ꯃꯤꯇꯩ ꯂꯥꯏꯍꯔꯥꯎꯕ

# উমংলাই হরাউরোল



ফাগুজবা ঃ

ইথনো হেরিতেজ কাউন্সিল (হেরিকোন)


লমাজং-লমতাকপিবা: শমচেৎশাবম কোন্দুম্বা,

মাইনকহনবা, শনা কোন্নুং

১। এম.এ. ২। বিশারদ ৩। জ্যোতিষশাস্ত্রী (জ্যোতিষাচার্য্য)।



শমচেৎশাবম কোন্দুম্বা,
মাইবহনবা, শনা কোন্নুং
১।M A ২। বিশারদ ৩। জ্যোতিষশাস্ত্রী।

# মীৎয়েং অমত্তং

লৈবাক অসিগী ওইবা মৈতৈ লাইনাংগা উফমদা নাৎকী মশক অমা শেম্লগা শাবম্লেলগী লমদাং অমদা কনানা কবম্বা মতমদা হৌদোক্লম্বনো হাযবা থোইনা থিনবন্দা তৌদনা লাইবম্লেলগী থাক্তা ইনখৎলগা পাওথোক্লকপনা ঙসিফাওবদা ইনৌতা নৌদনা লৈবিবা "উমং লাই হবাউবা" হাযবা লাইথৌ আসর্দি খুন নাই অসিবু হিংহল্লিবা পুন্সিগী শক্তম অর্দনি। অদুনা মসিদা খুন নাই অসিগী ওইবা মচত্তা মতম, মতমগী ওইবা যাওন্দা হোংলকপা পুক্নীংগী মহৌশা, অনাংবা, অপাম্বা অমদি থাজনবিগী মচৎ মওংশিংবু চুপশিন যোৎশন্দুনা শক্লোল কযা পদুনা চেম্ববক্নি। অদুনা থোঙজীন দা থাম্বা থাউমৈনা ইমুং অমসুং মাংগোন অনিমক্তা ঙাম্বগুম নুং পাল অনীবু ফাওনা উবা ঙম্বা মাইচৌশিংগী মীৎযেংনা তুংলমচৎকীদমক লাইবমলেলগী লমদাংদা ঙাল্লবা মৈবা থানবিবম্মী। অদুনা মখোযগী মীৎযেংনা তেংবাম্বা অসিবু যাম্না লাযনা পুথোকপিবা ঙম্বা মপু অমা লৈগনি হাযবগী অকম্বা থাজবনা মহাকপ থিবা হৌবকখি। অদুগা মপু মাগী মিংথোম্বুসু তেংবাম্ববু ইলায লাযনা পুথোকপা ঙম্মী হাযবদগী "লাই" হাযনা মিং থোম্বিদুনা মীওইবনা লাইগী খুবম্মু ফংজবা ঙম্নবগী লমদাং অদু লাইথৌশিদা উৎপিবম্মী।

অশুম্না মীওইবগী পুক্নীং বাখন্দা শাদোং ওইদুনা শেম্লকপা থৌওং অসিনা লাইবংপাল অসিবু 'মীবম্লেল' অমসুং 'লাইবম্লেল' হাযবা তোর্বাল অনীবু শম্নহন্নবা থোং থার্বিবি। অসিগুম্নবা মীৎযেং অসিগী পাদমদা মপু মানা থৌবায পান্নশিংবু শেম্লকপদা পোৎচঙ ওইবিবা ময, ঈশিং, নুংশিৎ, লযপাক, নোংথৌগী ওইবা ফিভমগা মীওইবগা লৈনবিবা নুংগী ওইবা মবী অদুবু শীংথাদুনা কাউহন্দে।

অদ কুপ্না শেন্নদুনা লাকখি। অদুবু মদুদা থেংনবকখিবা পোৎলুমদি হোংলক্লিবা মওংগী শাক অদনি। মাওইবগী পুক্লাং বাখল হায়বসিদি হিংবগী পান্স মবেন্দা মতম মতমগী ওইবা হোংলকপগা শক্লোগা মায়কৈ কয়াদগী ইথিল পীশিল্লি। অদুনা অমাংবা অতোংগা বাখল্লেমদ থোইনা লমথকবা তৌদনা পান্সিব তেংবাংনবগীদমক ওইজবা ফংগদবা মাইকৈবোমদা খোঙজেল য়াংশিনখি। অদবু অতোংবা হায়বসিবুদি হিংলিবা খুন নাই অমদদি মতৌশানি। অদু ওইদুনশু মায়বিবদি হোংলক্লবা যৌওং অদনা খুন নাই অমগী তুংগী পান্সিদা ওইবক্কদবদু খঙবনি। অদুনা তুংলমচত্তা লাইথুংগী মশক ওইখিদুনা ইশাগী অশেংবা শকথম মাঙলক্কদবদুদি অঙম্বা পান্থে পাংথক্লুনা থিংনবা তোংনহৌগদবনি। অদুনা পঞ্জানবা বাবোল আসগী মবমদি ঐখোয়গী লাইযৌসগী শকথমদশু অতোংবগী মতৌনা হৌজিক লাইথুংগী মশক ওইবাক্লি। অদুনা বাখল্লোনশিংসিন কুপ্থনা য়েংশিন্নবগীদমক হৌজিক ঐখোয়গী কোকথক্তা পোৎলম অমনা নল্লে। হায়বদি থায়নাংঙদা ওইবম্বা মতৌ, অশেংবা লাইমাক্লি হায়বগী বাখল্লোন্দা কিন লন পাংথোক্লকখিবা যৌওং অসি ঙাসদি তয়াং তশোইনা থনাখিদুনি। অচম্বা কুম্মে অমগী মতৌদা থৌরমসিগা শম্নবা ইয়ামক যাদবা থৌওং কয়া থাপচিন্দুনা অতোংবগী শক্লোন অমা শেমগৎনবা কন্না হোৎনবাক্লি। অদুবু ফিভম অসি ওইহল্লকখিবগী ইশানদি, মসিদা শাজিন্নাবিবা পোৎচাকশিং, হায়বদি জগোই ইশৈশিংগী নংগী ওইবা মশ ক্লোমদা থাইনা থিজিল্লুদনা অয়েংবশিংগী পুক্লাংচিংশন্দুনা ওইবা ওইথক কাংবা মনবগীদমক হোৎনবকপদগীনি। মসিদি অফবা অতোংবা নতে।

অদুনা বাবোল অসিগী মতাংদা ইথিবিবন খুদম থবদ লৌখৎলবাদ 'হোংতলাঙবদা' তৌবিবা মওং 'লাইবৌজগোইগী' মনা ওইবাক্লিগা মসাদ তখল নব বাগী মতাংশিংসিনি। 'হোইলাউবা' হায়বিবা ইবোল মতেক অসিদি লাইবৌজগোইগী মতাংদা অনোয়বোন তৌবা পোক্ল দৌবক থৌনায় অদু পানিয় হায়। থৌবাগী হওনকথম, ঈশং মপ ওইবব লাই 'বাংব্রেন খানচাউবগী' মথমদগী নম্বা অমদি নইব পক্সিন লোঙনদ। মীকায়না মপ নগী তি তোংদুনা তাইবং ইপাব (অময় খোংলেল) নাখিবগী মতাংশিংদু পাঙথোকপগে হায়ন শম্না শেথাদনা তাইবং মপুদা তাকচাবিবনি। অদুব মতাং অসি হৌজিক নতমগী অহেংবনা অকামপেৎকী মতৌ মালহল্লকপদগী ওহল লম্মনশিংগী পুন্নংদা হংগোইবা পোকহল্লে। অদগী অমুকশু লাইবৌজগোইগী মতাংদশু অদুমক্তই, লাইথৌবোয়শিংন অহেংবশিংদগী ওইজবা ফংনবা হোৎনবকপদা ওইবাক্লিব অহেংবগী মশক লাইগী থাক নেমথব ক্লুনা নুংগী ওইবা বাখল্লোন্দা অকায়বা পীব।

অদুনা ফিবুল জগোইগী মতাংদশু তৌহৈদবা থৌওং হাপচিন্দ্না ফিজওগী চুক পাযবিবা মীওইশিংদা ঙাথু-থেংথু তৌবদগী চুকখোঙ অদু লেঙহন্দুনা খুন্দা অকায-অতোই থোক্লবগী থৌওং তৌবি।

অদুনা মতাং অসিদা নিংশিগদবদি লাইথৌসিদা শিজিন্নবিবা পোৎশকশিংসি অচম্বা পোৎশকশিংনা ওইববশু নুংগী ওইবা মশক্তদি লাইঙাক্তনি। অদুগা থৌগল্লোয ওইবিবা মীশকশিংশু লাইথৌ হৌদ্রিঙৈদা অচম্বা মী ওইবম্বদু লাই শান্নবিঙে মনুংদদি লাইগী থাক্তা লৈবর্বান। অদগা অমুকশু লাইবোইগী ওইবা থৌবমদশু অকায-অতোই কযামকম থোকহল্লি। হাযবদি মতাং অসিগী শকক অমা ওইবিবা তাংখুল নুবাবিগী মতাংদা ফাগী কুম্মৈগী মতৌগুম মবী লৈনদবা থৌওং কযা হাপচিন্দুনা মতম শাংনা কর্নশিন্বদগী যাম্না লুবা মতাংশিং পাঙথোক্লকপদা মতম কোন্নহন্দবদগী খুন্দা খুদোংথীবা থোকহৌনবগী মওংদা নোংঙাল্লবা ফাওবদা লাই লোইশিন্দবগী চৎনবা অমা হৌবল্লি। অসিগুম্বা মবম কযাসিনা লাইথৌসিগী থাক নেমথবক্লবগী অচৌবা মবম ওইহল্লি। অদুগা অমনা অমুক থোইদোকপা হৌনবী (Law) অমগী মতুৎইন্না মতম শেমদুনা (অযুক, নুংথিন,নুংদাং) পবম্নাইনা শক্তদবা ইশৈ, শাগদবা জগোইশিংবু মতাং মতম খঙদনা ইশৈ পংশক শর্কচিন্বা, জগোই পংশা শাজিন্বা তৌবল্লি। মসিদি থৌবম অসিবু মুন্না থিজিন্দবর্গী মতৌনি। খুদম ওইনা পল্লবদা মাইবাশিংনা "লাইচিং" হাযবা জগোই অসি মবম ইখঙখঙদবগুম থৌবমাসদা নোংমদা অমুক্তগী হেন্না শাবা যাওই। মসি তৌহৈদবা মতৌনি। মসিদি বার্গানি। বাগা হাযবসি শৈযম অমদা অনিবক হৌবা যাদে। অদুনা অসিগুম্বা থৌওংশিংনা মবম ওইদুনা লাইথৌসিগী খোঙচত্তা মাযওন হোংলক্তুনা মাংলমচৎকী মাইচৌশিংদুগী পূক্নাংগী পান্দমদগী নাথৈখিগদবদু কঞ্জানংদুনা অইবনা অবিবা তাবৃশিং হাংদোক্তুনা উৎচবনি।

অদুগা অমনা মতাং আসদা পলহৌদবা শুকযামক যাদবা অমনা লাইবিকশিদা শীজিন্নবিবা লেল অমসুং মযেক অসিনি। মবর্মদ লাইবিকসিদা শীজিন্নজবিবা মযেক্লা বাংলা মযেক্লি। অদুগা লোন্না মৈতৈলোন্নি। আসনা মবম ওইদুনা অঙ্কম অযাংদা মপুং ফাবক্তবনা ব্রাবীগী ইচেলদা হেক হেক লম্মুক্রহল্লি। অদুগা অমুক্কা লুবিবা অমসু লোল অমদগী অতোপ্পদা হন্দোকপা অমসুং মযেক অমদগী মযেক অমদা শিন্দুনা ইবা (Translation & Transcription) হাযবসিনি। অদুনা অকবশিগী মমি লাইবিকশিদশু উগনি। অসিনা মবম ওইদুনা লীবিবা বাবীগী ইচেন্দ, ভাবতকী ওইনা ইকাইখুম্নবগী ফিদা ফংলিবা 'বাংলা' মযেক্লা লমদম অসিগী লোন্দদি ইশোন শোন্থবক্তুনা মীৎ উদবনা লম্বী থিবগুম

তৌবকই। অদুগা অমনা অমুক থোইদোক্লা লুবিবা অমনা লমদমসিগী মীযাম্না ঐখোযগী অবিবা লোলবু খঙখিদবা অসিনি। অদুনা হৌজিক মতমগী ওইনা মাযাম্না খঙনবা লোলগী মান্নবা বাপা থিদুনা অতোপ্পা লোলশিং (সংস্কৃত নত্রগা ইংগ্রাজী) হাপ্পবা যাদবা মতাং যাওবকই। খুদম ওইনা "ইবম" হাযবা বাহৈ অসিখক হাম্বগা থন্নবদি লোল অসি খঙদবাশিংদদি অখঙবদা অমুক চত্তুনা হংলবা হাযবা অবালা থৌওং অমা মাযযোক্লগদবদগী মীযাম্না খঙনবা মান্নবা বাপা থিদুনা তোঙান্না "ইবম" (মাগুব) অশুম্না থন্নগা লাযখোক্লবা হোৎনজে। অদুনা অসিগুম্না গোংলুমগা লোযননা ইজবিবা পাঙজদ্রবা ঐঙোন্দাদ অবাবনি।

অদুগা অমনা হবাইবক্লা ইস্লোকাপববা ঐগা অপাম্বনা ইজব বা লাইবিকসিনা চহী ৩০ হেন্না কনা খঙদা তাবুনু দা হন্দুনা লৈবক্লববু, লৈবাক্কী ওইবা নাৎকী শক্তম্ব কপশেল শেন্নাবাববা লুপ, Ethno Heritage Council (Hericoun) না মাযামদা খঙহনাবনবগীদমক ফোংদোকাপদুনা ঐগী নীংজবগী পোংলুম্ থাংহবিবগীদমক Hericoun গী ওইবা পান্দম পুন্নম ক্লা চিপ্পদনা ফংবা ওমহন্নিব হাযনা পুন্সি চুপ্পা থৌজানগী মপু মঙোন্দা থৌনিজগনি। অদুগা লাইবক যবা অমনা অসিগুম্না অবাবা থৌওং অসিবু যাম্না। হৈ শিংলবা ইচাগুম্নবা Monica Printers, Keishamthong Keithel, গী থৌগুবেযাশংন। যাম্না থবাহ যাওনা খাংবা কন্নগী থৌন পুথোক্লপদুনা অহিং নংথিন অনিমক্তা মিংশেং খাঙাবদুনা পূকচেল শেংনা শেংবা বিখিববু পুন্সিগী শিংংমদ্রবা লম্মান অমা তেশিঙ্গবি। মসিগীদমক ইচা ইনাউশিংগী পুন্সিদা মতৈ যানবা অমাদ মাযপাকপা ফংবা ওইসনু হাযনা থৌশিল মপু নোংদম্বগী মফমদা নির্জনি।

অদুনা মতাং অসিদা ইজবিবনা লাইবিক অসিবু পার্বিবিবা অখঙ অহৈশিংদা হগৎচনিংবদি ঐগুম্না শিন্দল্লোযগী মশক ওইবিবনা, অশুক লুবা হাবম অমদা খুৎ থানবা হোৎনকবিবা অসিদি লমদমসিগী অখঙ অহৈ কযানা অবিবা পোৎচাকশিংবু পুথোক্লবা কন্না হোৎনবক্লিবা মতম অসিদা অহোবা মখুল অমত্তা ওইববশু মেনশিনবগী থৌদাং লওজনীংবদগী তেংবাংজবনি। অদুবু অইবনা ইজর্কবিবা হাবম অসিদি থোইদোক্লা লুবা মতাং ওইবনা অশোযবা, শোকফদবা মতাং যাওখ্রবশু, অশোযবা অমসুং অবাৎপগী মপোক ওইবা মী ওইপোক্লি খনবীদুনা মথংগী খুৎনমদা চুমথোকচনবগী পাউতাক পীবিযু হাযনা অখঙ অহৈশিংগী যাথংবু কিগাও শানা যার্জাব।

**লমজিং-লমতাকপিবা**

# ৱাহৈ খরা

পোইরৈবে স্না কংলৈ মৈত্রবাক মণিপুবগী য়েলহৌঙেদগী শাগোল্লাদুনা লাক্লবা লাই হবাউবগী মবমদা লৈবাকসিগী অখং-অহৈশিংনা ইবা লাইরিক কয়া লৈখ্রে। ঙসিসু লেপ্লা লৈতনা অইবা কয়ানা কল্লা থিগংতুনা ইনারি। ময়ামসিগী মবু "উমাংলাই হবাউবোল" কৌবা শমচেংশবম্‌ কোন্দুম্বা না ইবা লাইরিকশিংসু অমনি। লাইরিকশী লৈবাকশাদা চৎনরিবা উমংলাই হবাউশিংগী মবমদা ইবা লাইরিক্লা। লাইরিকশী ইবদা লৈবাকশগী অরিবা লাইরিকশাং (পুয়া) কয়াগী মতেংনা মপুং ওইনা শাগৎতুনা ইরনি হায়বশী অইবনা শেংনা পন্দনা তাল্লা। লমদমসিদা নমু পেংগ তাইবং মাওইবানু তাইবংপোকপা পোকপা শিন নাইদবা মপুনা শেম্বা শানবকখাবা অমদা লৈতা খুন্দাইহল্লকখিবগী মতৌশিংগী মবা লৈননা ই।

লৈবাকশিদা উমংলাই হবাউবা হৌবকাখবগী মবম হবাউবগী নুং পান অানমক্লো চেল্লাবা ঈচেল চিংউ লাইয়াম পুখোনবকখিবা ম লেম লৈশেমলকখিবা নমু তাইবং মাওইবগী শমু হকচাং শেম্বা শর্নবকপা লৈখিবশিংদুগী মবী লৈননা ই। হবাউবম হবাউবদা শবক গাবিবশাং মব ওইনা অমাইব অমাইবা অমদা পেনাগী থৌগল হৈকং লৈকংকা তোঙান তোঙানবা মওং মতৌশিংসু শোক্লা হনি। মপুং ওইনা কৎকদবা পোৎলমশিং মৈ,ঈশং,নুংশিংকা তৎনা থনাবা যাদবশিংসু শোক্লা ই।

লৈবাকশিদা লাংলিবা উমংলাইগী খভমশিংদা চিংউ মাতক অচৌবা খোয়ুম মগুন অহকপা অহকপিশাংগী (লাইনিংথৌ লাইবেম্বাশিং) তোঙান তোঙানবা শকফমশিং শেংলী ইল্লিবা ফিবোলাশং (খোল্লিবা ফিজোল) হৈ লৈ কংপগী মান্নবা অমসুং মান্নদবশীংসু ইবি। কংলীনা লুক (তাবা চাক) হৌদুনা শেম শাবকপা থোঙ থাকলকপগী কৎপগী মতৌ ফাউবদা থেংনরিবা খুদম চাংদমশিংনা লম লমশিংদুগী তুংদা ওইবক্কদবা অফা ফত্তাগী মবম কয়াসু খংহল্লি হায়বগী মবমসু নান্দুনা ইবি।

হকথেংননা লাইগী থৌগলদা শরুক যাবিবা অমাইবা অমাইবী অমদা পেনাগী মী ওইশিংনা চৎকদবা লমচৎ শাজৎ ফিজেৎ-চাকচা থকশী খাশীশিংসু পল্লি। মখোযনা হবাউবগী থৌবমশিংদা লৌবিবা লৈবাক মীয়ামগী নুঙাই যাইফনবা অমদি চিংউনা পেনবিগদবা মতৌশিংদুসু পন্দুনা ইবি। হবাউবা হৌবকপদগী হবাউবিঙৈ মতমদা কোবৌ নোংমদোলথক্তা লৈ হায়না লৌনবিবা তেংবানবা মপু অতিংকোক মকশিদবাবু, নিংজবা অমদি মাইকৈ ঙাকপা চিংউশিংনা লৌবিবা থৌদাংশিংগসু যাম্লামক মবী লৈননা ই।

লাইশঙ (কাঁযোং/লাইযুম) নাইনা লৈবকপদগী হবাউবা হৌননবা কোৱৌ নোংমাদোলথক্তাগী অমদী লাইজা ঈশিংদগী চিংউগী থৱাই মমিবেল কৌখৎপগী মতৌ হোই লাউবা, অনোইবোল (জগোই) মথেক কয় লৈবকখীবা লাইবৌ লা থাদুনা মখা তাবা থৌবমশিং পাংথোবক্কদবশীং অমদী লাইবৌ শাদুনা নম্ন পোঙ তাইবংগী মমিবেল শেম্মী শাবিবকখীবশিংদসু ইবি।

লাইগী লাইবোলশিং মীনা শোনবনা শিজান্নগদবা বাহৈ বাতাশিংসু ইবি। অমাইবা অমাইবী পেনা খোংবা লাইগী থৌগল তৌবিবা শেল্লুংবা অমদি অতৈশীং লোইননা চোং খল ধাকল চোল্লাং হুমই থাঙ তা পাইবশিংনা শেৎকা ইনগদবা ফিজোলশিংগসু যাম্নমক মবী লৈননা ইবি। অনম অথৌ কোকথোকপা নাহৈবোল অপোকলোন ঈকৌবোল শবিক্কী মবম থা-থা খুদিংগী লাইশোল অমদী পৎফম খেনফমশিংসু পীদুনা ইবি।

তঙাইফদনা যেক্তুনা তাকপদা হেন্না খুদোংচগদবশিংসু মফম চানা চানা মযেক শেংনা যেক্তুনা তাকপশিংসু যাউবি। লোইননা হবাউবদা পাংথোক্লীবা থৌবমাশিংগী মতৌশিংসু অশেংবা মশক লোক্তুনা উৎপশিং (photo) গাপ্তুনা উৎলি। হবাউবগী মখা তাবকপাদা তাংখুল হাউবা (তাংখুল শাবম পাংবা) নংখুল ন্যাবা অনিনা হযেং তুংদা ওইবক্কদবা তাইবং মী ওইবশিংনা পাঙথোক্কদবা ফিশাবা, লৌযানবা, মহৈ মবোং থাবা লোকপা পুন্নমক যাউবি। ঈশৈ শক্তুনা থম্মোইনংদা লৈবা অবোনবা বাফম কয়া ফোংদোক্তুনা পাউশানবগা শিল্লম শিন্থা পাংখিবশিংসু ইবি। লোইননা হবাউবুং লিংদুনা লৈবিবা লমশিং অমদি লাইনিংথৌশিং লাইরেম্বীশিংগী কোলোয় মীংলেনশিংসু যাউনা ইাব।

অসিগুম্বা মবম কয়াশি উৎতুনা ইবা লাইবিক ওইবনা তাইবং মলেমদা লাই হবাউবগী লৈবাক ওইবা মণিপুবগীদি থাদোক্কবা যাববোই। লাইবিকশা লৈবাকশিগী মীযাম্না তঙাইফদনা হবাউবোলগী মশক মৃন্না খংনবা হোৎনবদা কান্নবা শোইদনমক্কী ফংলগনি। লোইননা লাইবিকশীনা মাংলমচৎতগী লৈবক্লাবা হৌজিক ওইবিবা মবক্তা অহোংবা লাকখিবা অমদী মতুংদা ওইবক্কদবা হবাউবগী থৌবমশিং কযাদা অফা ফত্তা খংবা ভুম্বা অমদী তঙাইফদবা খুৎলাই ওইনবগনি।

মীযামদা কান্নবগদবা লাইবিকশী পুথোকপদা মকওইবা থৌদাং লৌবিবীবা "হেংবিংকোংনং" থেইদোক্লা থগৎনিঙাই ওই। অসিখক্তা নত্তনা মতুংদা কযা অমসু পুথোক্কে খনবা পান্দম লৈবীবমগনি। মখাতনা লেপ্পা লৈতনা পুথোক্তুনা মীযামদা খুদোংচাবশিং পিবকখাগনি হাযবগী থজবা থমজবী।

Dt-5.9.2010

Dr. K. Bheigyachandra
MA, LLB, MPhil, Ph.D
Scholar in Social Science
State and National Awardee



# থাগৎ ৱাহৈ খরা

পোইবৈ কংলৈপাক চীং তম কংলৈচা, যেলহৌঙৈগী মৈতেগী উমংলাই হনাউবোলগী মবমদা মতম চংনা, অমসুং মতম মাংনা থিগৎচবকপা অসি, উমংলাই হনাউবগী লাইবোনগী মতাং অদগা হৈকৎ, লৈকৎ, হৈথা, লৈথা, তাংকক, পান্থা, অদণা বাখনলোন খবা চোইজাইনন লৈবা। অদুগা থৌনম অসিবুদি নাৎকি ওইবা বাখল্লোন্দ "অপুনবা মনুংগী শক্তম অমত্তা ওইবা", "উম লাই হনাউবোল"নি। অসি লম লমগী ওইব লাইবোল সৈথাবোন খবা খেৎনবসুলে। অদুগা হৈথা, লৈথাদা ওইববসু অদগা ইকৌবব ওইববসু নুমিৎ মশিং খেৎনবসু লৈ। লাই ঈকৌবা লোংমতা চংবা লাইফম। নিনি চংবা লাইফম। হুমান চংবা লাইফম্নচিংবা খেৎনবা কয়া লৈ। হায়বদি লম অদুগী থোকখিবা যেলহৌঙৈগী পুরানিগী মতং ইন্না খেৎনব খবাদ লৈতবদি নত্তে লৈ। অসিগুম্বা মান্নদবা অসি কবিগীনো হায়না, কন্না খোমজিন্দুনা মাইকৈ ৪ শুংদাই চদা চৎতনা, থিজিন হুর্মজিনর্জাবিবা ইনাও ইবুংঙো শমচেৎশাবম কোন্দুম্বা, মাইবহনবা, উত্রা শঙলেন, সনা কোননুং। ১। MA ২। *বিশারদ* ৩। জ্যোটিষশাস্ত্রী (জ্যোটিষাচর্য্য), মিংথোন কয়া ফংজববা অদুগা মৈতৈ নাৎকি মবমদসু, খব খংহৈববা শৈবাংবনা, নিংহন্নবা লৈতনা, থিচিন হুমচিনবিবল্লীবা, কংলৈ মৈতৈ চা অসিগুম্বা শিক্তমলোই, অসিগী থৌনা অসি উবদা থাগৎনিংঙাই মশক্নি, হায়না হায়জনিংঙি। অদুগা মতমগী লাংওননদি "নকশিল্লক,, ।

"তোং তোং তোংদ্রুম্বা, চক্রিক নাক্রিক চবাইবি, থাদোই মতোন তেম্মু তেম্মু, মতোন সনা "চি চৌ,,"। অসিগুম্বা তানজা মতাং অসিদা অচুম্বা থিবা মতাং চাবে। অদুগা "থৌবান চুমত্রংসু লৈবিদো" "লোক্তাক পাৎসু লৈবিদো"

"থাংজিং চাংসু লেংদবি" "লাংগোল চীংসু পাইদবি,, "নোংমাই চীংসু ফুক্কবি" "কৌব্রু চীংসু লেংদবি" "চীংখৈ ফিদুপ্সু হুল্লক্লে" "হুইথৌ লাবা চিফেংলে" "লাইবেন্ লাবা যাওল্লে" "নোংপোক্ মাইকৈ হাংলক্লে" থোংগী পৌবোন সৎখবে। তাইবং মীকপ থোক্লক্লে, অদুনা লৈখল নাইনা, লেংবগুম্, অভাংবা, অভৌবা, অমুবা, অশংবা, লৈচু ৭না, লৈচন চানা, চানা লেংদুনা পুথোক ওঃ। "কংলৈপাক্কী উমংলাই হবাউবোল লাইবিক, অদুগা খলাইচাংদোন্ অবনবদ' থেন্না লোংনা হাপলগা, লৈবোং লাইদা কৎপগুম তাইবং পানবগী মপু, ঈপুবোই শিদবগী চাংলৌখাদ ইখাই পুম্নমক্কা লোইননা কৎমিন্নবসি। লাইবিক অসি নওবা যেলহৌগী চৎনবন্না লিক্লম কযা, মখন মখন, খুদিংগী ওযবা ইবৈপাক্কা থৌগন্দা, তংগা খনবিদুনা অসি গুম্না লাইবিক কয়া পুথোর্ক্লপবব্রুবা, অইবগী তৌবিমলব থাগৎচবি-॥

**থাগৎচবিবা**

মভাং শগোলসেম বাজমৃহোন মৈতৈ।।
লৈফম-বাংজিং।।
অমাই পিবা, মণিপুর পান্দিত লোইসং।।
তাং ৩/১১/২০১০ ইং

# অফোংবগী ৱারোল

উমংলাই হবা ওবা হাযবা খুন্নাই অসিগা থাদোকনবা যাদ্রবা লাইথৌ থৌবম অসিদ ইণ্ঠনো হেরিটেজ কাউন্সিল, (হেরিকোন)না মতম শাংনা অচেৎপা মিৎযেং থমদুনা লাকলি। পাথাং পুথাং মীবোল কয়া খুন্নাইসিগী ৱাঙুলোন পুম্নমক পুদনা চৎলিবা লাই হবা ওবগী থৌবম অসিবু ঙসিগী মীবোলনা চেকশিলহৌদবদগী মতমগী অওলবা শাফুনা হুমদুনা মাঙহনখিদনবা হেরিকোন্না লমসিদা অখন্নবা মিৎযেং থমজবনি। অচম্বা মিৎযেংদ ইচম চম্বা থৌবম অমা ওইনা উন্নবরসু লাই হবা ওবনা পিবিবা বাঙুলোলশিং খবদং পনবা তাববাদ খুন্নাই অসিগী লৈশেম নুংশেমলোন (কোস্মোগোনি) লম্মিৎ তুম্মাৎ, যুম্বাল কৈবাললোন, লমচৎ শাজৎ, থবশি খ্যাশ, ফিজেৎ চাকচা, জগোই-ঈশৈ, শান্ন-খোৎনবা, নাৎ লাইনিং, ঈশৈ নুংশৈ, হেই লৈ, নাপী শিংবী, উপাল নাপাল, শুবা লোম্বা, লৌউ শিংউবা, ফিশা লোনশা অমদি পুবাবানচিংবগী মশক পুম্নমক লাই হবা ওবদা যাওরব। লাইশোন হিনশোলনা, জগোই ঈশৈনা অমদি হৈ লৈনা মহুৎ শিন্দুনা খুন্নাইগী মশক, থৌবম অসিনা মালেম শিনথুংনা তাকপদা অচৌবা ফিদা কন্দুনা লাকলি। যেক্রুবা ফুরপাশিং অমাদ লৈবাকশিংনা খুন্নাই অসিবু মালেমদগী মথৎনবা হঞ্জিন হঞ্জিন হোৎনববসু লাই হবা ওবগী থৌবম অসিনা ফুকপ অসিবু মালেমদা মৎনাইদবা ফুকপ অমা ওইনা লেংদনা থমলকই। লাইথোকপা যাদ্রবা মসিগী ভেল্যুশিং অমদি ঐখোযগী নেস্যানেল আইডেন্টিটিগী মশক তাকলিবা থৌবম অসি ঙসিগী মীবোলনা চেকশিন্না থম্বা হায়র্বসি ঙসিগী মীবোলনা তুংগী মীবোলগীদমক তঙাইফদনা ভৌদবা যাদবা থৌদাং অমা ওই।

অসিগুম্বা খুন্নাইগী শক্তম (নেস্যানেল আইদেন্টিটি) পুম্নমক পুদুনা লেপলিবা লাই হবা ওবগী মতাংদা হেরিকোননা লমসিদা খঙ হৈববা মী ওই কযাগা লোযননা মতম মতমগী ওইনা তান্না তিকনদুনা লাকলি। অখঙ অহৈশিংগা তান্নবদা নঙনা তোঙান তোঙানবা অইবা কযানা ইবা লাই হবা ওবগী লাইবিকশিংদসু মিৎযেং চংদুনা লাকলি। লাই হবা ওবগী তোঙান তোঙানবা মখল কয়া অমা লৈবগসু মপুঙ ওইবা মশক্তি অমত্তা ওইবগুম লাই হবা ওবগী লৈবিবা তোঙান-তোঙানবা লাইবিকশিংসু মপুঙ ওইনা যেংবদদি অমগা অমগা ইমান মান্নবগুমলি। অখঙ অহৈশিংনা ইবীবিবা লাই হবাওবগী লাইবিকশিং অসিদা অৱাৎপা, অদুগা খুন্নাইচাশিংনদি খঙদবা যাদবা শরুক খর্বদি অদুমমক লৈবি। অৱাৎপশিং অসি

কবম তৌনা মেনশিনগদগে হাযবসি হেবিকোননা অখণ্ড-অহৈ কযাগা মতম চুপ্পদা তান্নদুনা লাকলি। র্মসিগী শরুক অমা ওইনা "উমংলাই হবাউবোল" কৌবা লাই হবাওবগী ৱাহম্বোক পিবা লাইবিক, ইকাই খুম্নজবিবা শমচেৎশাবম কোন্দুম্বা, ম্না-কোনুংগী 'মাইবা হনবা'গা তান্নদুনা পুথোকচবনি। ইকাই খুম্নজবিবনা থৱায যাওনা অমসুং মতম চংনা হোৎনবীদুনা লাই হবাওবগী মতাংদ তোঙানবা লাইবিক মখল অসি থেংলবসু থেংনা ঙসিদি মীযামদা ফংহনবা ঙমলে। অতৈ লৈবিবা লাই হবাওবগী লাইবিকশিং অসি চুমদ্রে/ফত্ত্রে হাযবা নত্তে, অৱৎ-অপা মীযামনা খঙনিংবা খবদং মের্নশিন্নবা লাইবিক অসি হেবিকোননা ফোঙজবনি। লাইবিক অসিদসু অবাৎপা অহেনবা কযা যাওবম্বা যাই, পুম্নমক হেবিকোন্দা পাউতাক পিবীবকউ অমসুং মীযামগী পাউতাক্তা হেবিকোননা লম অসিদা মখা তানা অচেৎপা মিৎযেং থমজখিগনি।

ফোঙজবিবা,
Secreatary
Research & Education Cell (R&E)
(HERICOUN)
Dated 1/11/2010

## য়াওফম তাকপা

### অহান্বা তাংকক

(লাই হবাউবা-লাঃ ১, উমংলাই হবাউবা লাঃ ১, লাইবংথৌ-লাইনুবা হাযবসিগী মবম-লাঃ ৬, লাইবুং অমসুং লাইশঙগী মবম-লাঃ ৮, লাইশঙগী মবম ১০, লাইগী শক্তম শাবা হৌবকখিবা ১১, তাইবং লাংবুম ১৩, উমংলাই হবাউবা হৌবকখিবা-২০, লাই হবাউবদা মাইবা, মাইবী, পেনাগী মফম-২৫, মাইবীগী শক্তম অমসুং থৌদাং-২৫, অমাইবগী মশিন নত্রগা মশিল ২৬, ফূবা, লংমাই, শঙলেলগী হৌবকফম ২৮, সনামহীনা ওইবা মাইবী-৩০, তাইবং শিবা তম্বীবা ৩০, লযমাযহন্বি নত্রগা খোম্লেল মজঙথৌবী-৩৩, লযনুংমাইবী-৩৪, লগহৌমাইবী-৩৫, লযফাম্বী লযবাম্বী-৩৫, কোব ও নোংথৌমাইবী বাচুম্বী-৩৭, চকপা লন্নাং মাইবী-৩৮, মাইবীগী শঙলুপ ও পুথোকখিবা ৪১, মাইবীগী মথৌ-৪১, শবীক পাযবী অমসুং পাযদবী মাইবী-৪৬, হৌজিক্কী মাইবী-৪৭, মাইবীবু মমাংঙৈগা হৌজিক্কা চাংদম্নবা ৪৮, মাইবাশিংনা যুম পান্বা ৪৯, লাইনীং অমদি নাওগা মাইবীগী মফম-৫০, মাইবীদা খুন নাইগী মীৎযেং ৫১, মাইবীনা অনাবা লাযেংবা ৫১, মাইবীগী ফিশেৎ ৫২, মাইবীনা উমংলাই হবাউবদা লওবিবা থৌদাং ৫৩, লাইবম্লেলথিবদা মাইবীগী থৌদাং-৬৩, মঙচঙবা ৬৩, চেঙবা খুৎলও ৬৪, নুমিৎ কাপ্পা লাইবিক্কা মতুং ইন্না মঙচঙবগী মওং ৬৫, থাযনগী মঙচঙবাগা হৌজিক্কী মঙদাবগা খেন্নবা ৬৭, হৌজিক্কী মাইবীনা হেল্লিবা চাঙাকাশং ৬৭, 'মেৎপী' হাযবা মাইবী মখল ওইখিবশিং-৬৮, খানচাউবা-৬৮, বাংব্রেন ৭০, সম্ফোঙ পুংমায লেপ্পা -৭০, কৌবা অঙাংঙা-৭১, থাঙমাযমাব নিংথৌ ৭২, কাইনৌ চাংখেবাকপা ৭৩, মাইবীগী ফিশেৎ লৈতেং খব-৭৫, হৌজিক্কী ওইবিবা মাইবীগী ফিশেৎ ৭৭, মেৎপী লাইবী হাযবা মাইবী মথৌ খব ৭৯, লাইমাং খাইবা নত্রগা অপুম্বা নোযবা-৭৯, শাগৈগী অপাইবা শোইবেল নোযবা-৮৯, লোযনবা কশা খুকম্বা-৯০, পেনাখোংবগী শক্তম অমদি মথৌ ৯০, 'পেনা' অমসুং চৈজিংগী মশক ৯১, মাইবগী শক্তম অমদি থৌদাং-৯৬, মাইবগী মখল অমাদ পুগদবা মাইকৈশিং ৯৮, উমংলাই হবাউবদা যাওবিবা মাইবগী মশক ১০০,)।

### অনিশুবা তাংকক

(উমংলাই ৩৬১গী মমিংশিং-১০৩, উমংলাইশিংগী লাইচৎ-১১০, অশীবগী লাইচৎ-১১০, কোঞ্জিন তিংথোকপগী লাইচৎ ১১০, অতিযাশিদবগী লাইচৎ-১১০, লাইখুবেম্বীগী লাইচৎ-১১১, লৈমবেলগী লাইচৎ-১১১,

## অহুমশুবা তাংকক

## মরিশুবা তাংকক

# কচ্চবা

তাইবং লীচৎ থাউমৈ ওই,
পোইবৈ খুন-নাই কন্নবোল
খোইযুমগী লাইরা অহকপা,
কোবৌ-মালেম শেল্লকবা,
মীবম-পোংলম পোক্লবা
খুঞ্জাও লৈচাউ পান্নরা
লাইগী লমদাং অথোইবা
"উমংলাই হবাউবোল" লাইবিকপু
তৎপা কাংবা নাইদনা।
তাইবং লমদাং মুৎনাইবিনু
চিংঙুবগী ঙাংলৌখা
কচ্চবিযে ননাহনা।।

# উমংলাই হৰাউরোল

## উমংলাই হৰাউবা নত্ৰগা লাই হৰাউবাগী ৱাখল্লোল:-

### লাই হৰাউবা:-

তেংবান্বদা শক-পান্না উবিবা নুমিৎ, থা, থবানমিচাক মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, চীং, পাৎ, তুবেল, মী, লাই, সা, উচেক, তীল-কাঙ, লেঙলি-পাল্লিবা পুন্নমকসি শক-উদবা (অতিংকোক, অতিংখম, অতিংঙা, হায়না মিংথোন্বা) মপু মানা হৰাউ নুঙাইবকপদগী থোকাখবনি। অশুন্না মপু মানা শক নাইবা শাযোন্বু শাফোঙবিদুনা অনীগী তেংবানবা শেমগৎপনবা 'কুৰ্কসিদবা', 'লৈমবেল শিদবী' হায়না মিংথোনবীবা, পা অমসু পীগী শক লেপ্পবা হকচাংগী কাযাৎ শেন্বীবকই। আশুন্না কুরু লৈমবেল অনিনা হৰাউ নুঙাইনা শামন তোংথিন্নবকপদগী তেংবান্বগী শক নাইবা পুন্নমক পোকাপিবকখি। অশুন্না লাই অনীনা হৰাউ নুঙাইবদা অপেন্বগী পন্দোল লোন্নক্লবদা কুৰ্কশিদবগী হকচাং কাযাৎ ৯ মক্তা নুঙাই ইথক হওবক্লুনা ছুমাং লাইজ ইচেন্থবকপনা লৈমবেল শিদবীগী ঈবম ৭কী ইবেলপুংদা তুংশিনখি। মসিবু লাইবংথৌ ৯না ইচাইবগা লাইনুবা ৭না ইশোকপা কৌই। অশুন্না তাইবঙগা মপু ওইবিবা লাইনা হৰাউ নুঙাইনা ইশোক ইচাইবীদুনা লাইগী শিন্থা লেপ্পুবনা তাইবঙপান্না হন্না হন্না পোক্লুনা পুন্সি লমদাং মুৎহন্দববু 'লাই হৰাউবা' কৌই।

### উমংলাই হৰাউবা:-

(ক) লাই হৰাউবগী মপুংফাবা মশক্তি উমংলাই হৰাউবনি। 'উমং' হায়বদি তাইবঙ হকচাং হায়বনি। মসিগী মবমদা খবদং নৈনদবা যাদ্রে। তাইবঙ হকচাং কাযাৎ অসিদি উমং ৯না পুল্লিবা উমংলেন্নি। (লাইনিংথুদা ৯ হায়বা লাইবিক্কি বাবীনি)। উমং অসিগি উবেল উজাউ পুন্নমক কোবৌথক্তা মবা লেম্ফু লৈ। মশা মবেংনা মালেম লৈদা ওন্থে। অশুন্না তাইবঙ হকচাংনুংদা লৈবিবা উমং লাইফমাশিংবু মথক্কী লাইবিক্লা অশুন্না তাক্লি:-"তাইবঙগী শামু হকচাংনুংদা নুমিৎ থাসুং থোকপনে। থৱানমিচাক শুং লৈবনে। অশুম ওইবা তাইবঙ হকচাংনুংদা উমং লাইফম শেম্না চিঙু লাইযুম লৈবনে। তাইবঙ হকচাংনুংগী ওযগী কমখোঙ মিশুন্দো থংজিং লাইনা ওইবনে। সন্থোং পাংবা উমংনি। মমিংদি 'ওমবি' উমং কৌএ। ওয থংবা নাকতোন্দা মিহুল অমা লৈবদো লাইনিংথৌ পুবৈবোন্বনি। খা

পাংবা উমংনি। 'লির্মাব উমং' কৌএ। ওযগী খোমখা মিহুনদি বাংব্রেন লাইনা ওইবনে। মৈবম পাংবা উমংনি। 'থার্মাব উমং' কৌএ। থজিল থম্বালগী মিহুন্দো নোংপোক নিংথৌনা ওইবনে। নোংপোক পাংবা উমংনে। 'মিমবি উমং' কৌবনে।। যেৎকী খোমখা মিহুন্দি মার্জিং লাইগী উমংনে। চিংখৈ পাংবা উমংনি। 'যাইমক উমং' কৌএ। যেৎকী নাকতোন্দা লৈবা মিহুন্দি 'থাঙমাই মাং নিংথৌনি'। অব্রাং পাংবা উমংনি। 'মীমক উমং' কৌএ। চনীং শুর্মদিন্দা লৈবা উমংদি নোংচুপ অবিবগী লাইফমনি। নোংচুপ পাংবা উমংনি। 'নির্মাব উমং' কৌএ। খোযদৌ থম্বাল অকুৎপাদি হয়ি-হযা অনীগী লেঙদবা খুফম্নে। মফম অসিবু সনা শুর্মদিন কৌএ। মযাই থংবা উমংনে। যেৎকী কমখোঙ মিহুন্দি কৌব্রু লাইগী উমংনে। 'শিমবি উমং' কৌএ। লীক্লম পাংবা উমংনে"।।

অশুম্না তাইবঙ হকচাংনুংদা লাইগী উমং লাইফম ৯ লৈ হাযনা থাজনবাগী লমদাংদা নুংগী মশক অমা লেপ্পবা মাইচৌ লাই ওইবশিংনা লাইবমলেলগা মীবম্লেনগগী লান্ন লমদাং অমা শেম্বাদুনা আনিগা মবা অদু উৎপিবর্ম্মা। অদুনা উমং লাইফম ৯না লাংবুমলিবা তাইবঙ হকচাং অসিবু 'শিদবা উপাল' কৌই। হাযবদি লূ-তোংনা শাবিবা তাইবঙ হকচাংদি মপুগী খুৎশেম কাযফদবনা পোকপা হাযবা শিন্থাদা পুন্সি হাযবা থৌদাং অমা পাংথোক্কুনা তলা উপালগুম্না শক উৎলম্লগা শিবা হাযবা লমখৈ অমদা, তাইবঙ হকচাংবু থাম্বী মৈহুমনুংদা লোৎশিল্লম্লগা থবাযগী পোম্বী চেক্লচানা খোইযুম মকাইফমদ। মপুগী পাউখোল লৌবা অমুক হল্লি। অশুম্না তাইবঙ পান্না পোকপা শিবা হাযবা পুন্সি থৌদাংনা তাইবঙ লমদাং মুৎহন্দববু 'শিদবা উপাল' কৌবিবনি। খুদমগী মশক ওইনা পামেল উগী উনানা মতমগী খোঙচৎ লেপফদবনা নাকেন্থানা লাক্লবদা উনাগী পুন্সি লোইবক্লদুনা অব্রা নুঙাই খাংমিন্নবক্লবা পামেল মাবু থাদোক্লম্লগা মালেম থক্তো মাংখি। অদুবু উপালনুংদা থুপহৌবিবা উনাগী থব্রায অদুদি মাঙফদবা ওইবনা যেন্নং পান্থানা লাকপদা নিংথিবা শক্তম পুদুনা উশাথক্তো অমুক পোক্লকই / শাযোল্লকই।

মতৌ অশুম্না তাইবঙ হকচাংনুংগী থবায ওইবা লাইশিংদি শমু হকচাংনা মাংখ্রবসু লাইগী নিংথৌ অথোইবা মহীগী মপু 'মহীবেন্দা' চঙশিন্দুনা থুপহৌগনি। অশুম্না মহীবেনগী (ফম্বীকোনগী) মফমদা থুপলিবা থব্রায অদুনা পা-পী আনিগী তাইবঙ হকচাংনা হবাউ মথোই তোংনা শান্নবা মপুং ফাবক্লবদা অপেম্বা মহৈ

ফংলদুনা খোংলম ৯গী ইচেন্না চাংজৌ পানা চেন্থবক্তুনা ঈবম ৭কী ইবেনপুংদা তিনখ্রবদা তাইবঙ মক হুম্বিদুনা মীবন্নেলগী লমদাংদা তাইবঙ উপাল লিংলকই। অশুম্না হবাউ-নুঙাইবদগী পোক্লকপা তাইবঙ হকচাং অসিবু অবোই-অখম নাইদনা পোকপা শিবগী চগোনুংদা উরু উরু লৈদুনা চৎলিবা খোঙচৎ অসিবু 'উমংলাই হবাউবা' কৌই।

মথক্কী বাবী বাখোঙশিংসিবু চেৎশিনহন্দুনা তাইবঙ হকচাং অসিদি উমংলাই ৯না পুল্লিবা উমংলেন্নি হায়না 'উমংলাই ৯' কৌবা লাইবিক্লা শৌগৎলি। মদুদি.... ... হৌজিক্তি নুমিৎ চাযোন ৭মানা হকচাংদা থেৎনা লৈবগী ব্রা হাযগে। (১) মীৎ যেত্তা লংমাইজিংনে। লাইদি 'মুবানিংথৌনে'।। (২) মীৎ ওযদা নিংথৌকাবনে। লাইদি 'লাইযিংথৌ হন্বনে'।। (৩) নাকোং যেত্তা লৈপাকপোকপনে। লাইদি 'মোংবহন্বনে'।। (৪) নাকোং ওযদা যুমশকৈশনে। লাইদি 'নাউকননে'।। (৫) নাতোন যেত্তা শগোশেন্নে। লাইদি 'চখাবনে'।। (৬) নাতোন ওযদা ইবাইনে। লাইদি 'কৌব্রুনে'।। (৭) যাদা থাংজনে। লাইদি 'খমলাংবনে'।। (৮) ঈশিংথোঙদা 'লুবাং পুন্সিবনে'।। (৯) পেঙ থোঙদগী মার্জিং খোর্কাখিএ। অসিনা উমংলাই ৯মা ওইবে খঙও। বাবম অমসুং হাযগে। (১) অসি কৌবদি 'চহানে'।। (২) হযেং কৌবদি 'থানে'।। (৩) হযেংশিৎ কৌবদি "নুমিৎনে"।। (৪) মাশেম কৌবদি 'লৈপাকনে'।। (৫) মবৌ কৌবদি 'মৈনে'।। (৬) মকাপ কৌবাদ 'ঈশিংনে'।। (৭) মশিৎ কৌবদি 'নোংশিৎনে'।। (৮) খেনে দাংগা (৯) পুংলুপকা থানা ৯ মা অসিবু উমংলাই ৯মা কৌবনে"।

পুযা অসগী ব্রাবোল অসিনা উমংলাই হাযবা অসি তাইবঙমীগী হকচাং শাবদা চংলিবা পোৎশকশিং, হাযবদি- মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, লৈপাক, নোংথৌ, নুমিৎ,থা, থবানমিচাক, হাযবিবা পোৎশকশিংসিবু কৌই হাযবা উৎলি। অদুনদি খুদম মযাম অসিদগী উবে। মদুদি তাইবঙগী হকচাং নুংদা লাইশিংসিনা মথৌ তৌবি হাযবা। অদুনা উমংলাই হবাউবা হাযবা লাইথৌ অসি তাইবঙমীনা পোকপা শিবা অমসুং হিংলিবগী পুন্সিবোল অসি জগোই-ইশৈ অমদি লাইবমলেলগী ব্রাবী বাখোংনা মপু মাগী খুৎশেম্মু নিংশিংহল্লিবনি।।

**লাইবংথৌ ৯, লাইনুরা ৭ হায়বসিগী মরম:-**

লাই হবাউবোলগী ঈচেলদা লাইবংথৌ ৯ হাযবগা 'পা'গী হকচাং কাযাৎপু খঙনৈ। অদুগা লাইনুবা ৭ হাযবগা 'পী'গী কাযাৎপু খঙনৈ। অশুম্না লাই অনীনা হবাউ নুঙাইনা মথৌ তৌবকপদা কোবৌ নোংলোল ৯ মক্তগী নোংখোঙ ফুযনা হৌবকপনা খাগী ইবম ৭কী ইতিনফম, ইথক ইপোম হওখিবা লাইজ ইযোকোমদা ইতিনখি। মসিবু লাইবংথৌ ৯না ইচাইবা, লাইনুবা ৭না ইশোকপা কৌই। অদুনা মতাং অসিদা পল্লিবা ৯ অমসুং ৭কী মশক অসি তোঙান-তোঙানবা লাইশিংগী মশক নত্তে। কোবৌ-মালেম, হাযবদি লাবা-অমোম খঙনবগী বাহৈনি। তাইবঙ মীবমলেলগী মতৌদা পা-পী অনীগী শক লৌপ্লিবনি। মথক্তা পল্লিবা মবমশিংসি লৈবদগী লাই হবাউবগী থৌবমদা, লাইশঙনুংদা ফমদেংলিবা লাইগী শক্তম্ব থবায হাপ্পবগীদমক ঈশিংদগী থবায কৌখৎলকপদা 'ঈবী ফানবা' হাযদুনা লং অহিংবনা (লংদা চাক্কী চনাং থাবা ওইদবা) লাইনিংথৌ লাইবেম্বীগী হকচাংগী কাযাৎ শেমদুনা লাইনিংথৌগীনা লাঙা ৯, অদুগা লাইবেম্বীগীনা ৭ তিংলিবনি।।

অসিদসু নত্তনা 'লৈহুম্বা' হাযদুনা লাইদা লাংথৈ কৎপা মতমদা লাইনিংথৌগী লৈ ৯, অদুগা লাইবেম্বী ৭ ওইবিবনি। হাযবিবা লৈ অসিদি লাইগী শক্তম্না ফমদেংলিবা অদুগী যেৎ-ওযদা, হাযবদি লাইনিংথৌগী ৯না শক্তমগী যেৎথংবা নাকন্দা, অদুগা লাইবেম্বীগীনা ওয থংবা নাকন্দা থমগনি। অদুগা লৈগী মাযওন্না লাইনিংথৌগীনা লৈকানা লাইবোমদা ওনশিনগনি। লৈকোক্কা মপাল্লোমদা ওনথোক্কনি। মসি লাইনিংথৌগী 'শিন্নুংথোঙ'/ঈশিংথোঙ্গা মওং শাবিবনি। অদুগা লাইবেম্বীগীশু লৈগী মতোন্না লাইদা ওনশিনগনি মশীনা লাইবেম্বীগী চৎলমথোঙগী মশক তাক্লিবনি। অশুম্না লাইবংথৌ ৯, লাইনুবা ৭ হাযনা লাই হবাউবদা পল্লিবা অসিদি পানগী ওইবা লাই তোঙান্বা অদু নত্তে। অদুনা ইকৌবদা যেংদৌ উতোং ৯/৭ তৌবিবা অদু পা-পী অনীগী ঈবম-খোংলমগী শক্তম শেম্বনি।। মসিবু পুকযু-রাইযু কৌই। মসিদা পুকযু হাযবদি লাইনিংথৌগী পুক্কী মহী হাযবনি। অদুগা বাইযু হাযবনা লাইবেম্বীনা লৌশল্লবা মহী হাযবনি। 'রাযবা' হাযবদি লওবা হাযবনি। যু হাযবদি মহী হাযবনি।

---

N B - উমংলাইগী লৈহুন তৌবা মতমদা লৈহুনবগী হৌনবী অমা লৈ। মদুদি মাইবীশিংনা মানা মানা পুবিবা লাইবোলগী মতুং ইন্না (ফুবা, লংমাই, শঙলেল)

হুন্বদা লৈ মশিং মান্নরোই। মদুদি-'ফৃরা' হায়বা লাইরোল পুবা মাইবীনা লাইনিংথৌগী লৈ ৫, লাইরেম্বীগী ৩, কুরুগী ৫ হুনগনি।

(২) লংমাইগী:- লাইনিংথৌগী ৭, লাইবেম্বীগী ৫, কুরুগী ৭, হুনগনি।

(৩) শঙলেল:- লাইনিংথৌগী ৯, লাইরেম্বীগী ৭, কুরুগী ৯ হুনগনি।

অশুন্না হুল্লিবা লৈহুল অসিদি লাইনিংথৌশু ফৈজোমগী কুঞ্জা (লাইখল) মখাদা হুনগনি। অদুগা লাইরেম্বীশু ফনেক থল্লিবা অদুগী মখাদা থমগনি/হুনগনি। অদুগা কুরুগীনা লাই অনীগী ময়াযদা তুংলোমদা খব হন্থনা হুনগনি। হায়বিবা লৈহুন অসিদি মওং অদু হেক উবদা কবম্বা লাইরোল তৌবা মাইবীনো হায়বদু হেক্তা খঙগনি। লৈহুনগী ৱারী-ৱাখোং অসিদি লাই ইকৌবগী মতাংদা শুগায়না পল্লকখিগনি।

# লাইবুং অমসুং লাইশঙগী মরম

**লাইবুং:-**

'লাইপুন/লাইবুং' হায়বা অসি খুঙ্গং অমনা উমংলাইগী হবাউফম ওইবিবা মফম অদুবু খঙনৈ। মিংথোল অসিগী হৌবক-ওইবকফমদি হৌজিক্কী মীয়াম্না ইচম চম্না উবিবা অদু নত্তে। পোৎশক (লাইপুন) অদুনা ওইবকখিবা নুংগী ওইবা থৌবম অদুগী মিংথোন্নি। উমংলাই হায়বিবা লাইশিংসিবু হবাউবা মতমদা হবাউবিবা লাই অদুগী মচা-মনাই ওইবা শাবোয লাই মযাম্না পুন্দুনা লৈ। অদুম্না লাই মযাম্না পুনফম ওই হায়বদগী 'লাইপুন' হায়না কৌদুনা অখঙ-অহৈশিংনা মিংথোন অসি পুথোকপিবম্বনি। মসিবু হৌজিক্তি 'লাইবুং' হায়না খঙনবে।

অসিগুম্বা নুংগী ওইবা লাইবম্লেলগী থৌওং অমা শাগোন্নবিবা মফম অসিদি উমংলাই হবাউফমগী ৱাদশু নত্তে। লমহাং তুহাংদা লৈবা অতোংবা মফম্নুশু 'লাইপুন/ লৈপুং' হায়না অদুম্মক খঙনৈ। মতৌ অশুম্না মীবম্লেলগী মতৌদশু খুল্লক্কী মীশিংনা লমজাওদা থোক্কুনা মযাম পুল্লগা লৌশিং ওইবা বাবী-ৱাতাই কয়া হৌদোক্লদুনা খন্ন-নৈনৈ। অমসুং বাখল্লোল কয়াবু চুমশিন-য়াশিন্নৈ। মবমশিংসি ওইবনা মীফম অসিবু 'লৈবুংয়াকাবা' হায়না কৌনবি। অশুম্না উমংলাই হবাউফমদা লাইয়াম্না পুন্দুনা খন্ন নৈনবগা, মচা মনাই ওইনা থৌগঞ্জবিবা খুঙ্গং অদুগী মী ওইশিং/মচা-মনাইশিংদা কবি মহয পীশিগে হায়না খন্নৈ। অশুম্না নুমিৎ খুদিংগী লাইশিংনা পুন্না খন্ন-নৈনবিবা অদুদা অফবা মহয পীবিবম্মু হায়না নিজদুনা লাই হবাউবা নুমিত্তগী মশীং থীবদা চঙ তাবা (৩/৫/৭/৯/১১/১৩) নুমিত্ত লাইনিংথৌ-লাইবেম্বগী লোয়নবিবা মচা-মনাই শাবোয়শিং অদুবু মবুক পেলহন্নবগীদমক 'শাবোয খাঙবা' হায়না মচীঞ্জাক খাঙদোকই। অদুনা শাবোয খাঙবা হায়বা নুমিৎ অসিদি লাইনা মীবু শিহম্বা ঙম্বা নুমিৎ, হায়বদি শি তাবা নুমিত্তা (তুমা শুবা- ৪/৬/৮/১০/১২) তৌবা য়াদে। মবমদি মচা-মনাই ওইবিবা তাইবঙমীনা অবাল-অহুই য়াওবম্লবশু অচঙবনা ঙম্বা নুমিৎ চঙ তাবদা পাঙথোক্লবিবনি।

অদুগা অমুকশু নুমিৎ অসিদা 'শবেল কৎপা' নত্রগা 'চাক্লেল-কৎপা' হায়না লাইনিংথৌ-লাইবেম্বী অনীগীদমক্তশু ঙা অঙৌবা থোংলগা চাক থোংদুনা কৎলি। মশিদা লাইশিংনা মবুক পেল্লে-পেন্দে হায়বা খুদম খঙহন্নবিয়ু হায়না

অমাইবনা লাইশোল-তীনশোল তৌদুনা খুকল্লগা, হৌননী মতুং ইন্না চাক অদু থোংগনি। চাক থোংগদৌবিবা চফূ অদুগী মঙক্তা পযা ১ পুনগনি। পযা অদুগী পবৈ অদু ফমমেল্লোমদা হাযবদি লাইবোমদা ওনশিনগনি। অদুগা থোংগদৌবিবা চেঙ অদু ঈশিং হাপত্রিদৈঙদা চফূদা হান্না হাপচিনগনি। অদুগা শবেল ঙা অদুশু মশীং চঙ তাহল্লগা লাইবোমদা মকোক ওনশিন্না থমগনি। অশুম্না চফূগা ঙাগা লাইশাংদ থমদুনা অহিংবদা কৎলিদৈঙদা চফূ থাম্লবা লা অদু উপ্পা থাগনি। ঙা থল্লিবা লা অদুনা লোংগনি। চফূনা লাইনিংথৌগা মাযোক্লগনি। অদুগা ঙানা লাইবেম্বাগা মাযোক্লগনি। চাক্লা লাইনিংথৌগী মশাক্ল অদুগা যেনশাংনা লাইবেম্বীগী মশক্লি। অশুম্না অমাইবনা লাইশোল তৌদুনা কৎপা লোইববা তুংদা পোৎশিংদু থোংনবগীদমক পুথোক্লক্কনি। অদুগা চফূ অদুদা হাপ্লিবা চেঙ অদুগা মপা চানবা ঈশিং হাপকনি। ঈশিং হাপ্পা অসি যাম্না চেকশিনগদবানি। মবমদি ঈশিং অদু মৈথক্তা থাঙ ভুনা থোংখ্রবা মতমদা হেনমাল্ল হাযনা চিথোকপশু যাদে। হাপচিন্বশু যাদে। অদুগা খাবৈনা ওৎলুবশু যাদে। পুন্নমক অসিগী মবমদি, চাক্কী চমায অদুদা অফ যঙগী খুদম যেংগদৌবিবানি। অদুনা অহান্বা হাপখিবা পোৎশিংদু লেঙহন কায-হন্না যাদবগীনি। অদুগা চফূ মঙক্তা পযা ১/১ হান্না পুল্লিবা অদুনা লীক শিবিবনি। হাযবদি লাইমিং লৌবিবনি। অদুগা মখুম খুল্লগা লা মথক্তা পযা ৯/৭ পুল্লিবনা পা পাগী মশক শেল্লিবনি।

অশুম্না ঈশিং হাপ্পা লোইববতুংদা চঙ তাবা লা লাতোল মশীংনা লোন্নবগা উপ্পা চফূ অদু খুল্লগা পযা মশীং ৯না চফূগী মঙক্তা পুনগনি। অদুগা অহান্বদা চফূ মঙক্তা পযা অমখক পুনখিবা অদুগী পবৈ মপাদা যেৎওইননা পবৈ লৈদুনা পুনগনি। অদুগা যেনশাং থোংগদৌবিবা ইবান অদুশু থোংগদৌবিবা ঙা অদু শেম-শাবা লোইবগা মনুংদা হাপচিন্দুনা চঙ তাবা লাতোল মশীংনা লোংনা খুল্লগা পযা ৭না ওযবোমদা লোংনা পবয লযদুনা পুনগনি। চফূ-ইরান্দা কুপ্লিবা/ খুম্লবা লা মশীং অদু চফগীনা ইরান্দগী মশীং ২/২ হেলহনগদবনি। অদুগা শবেনগী থোংলিবা যেনসাং অদু যাইঙং থাকপা যাদে। পোৎশক অসিদি লাইশিংনা যাম্না কিবা পোৎনি। থুম মোবোক্তি নিংথিনা থাক্কনি।

অশুম্না লাইগী চাক-যেনসাং অদু মুল্লবদি লাইগী লাইমাংদা অমুক পুশিন্দুনা, থোংদ্রিদৈঙদা থমখিবা ফিভম অদু ইকায কাযদনা থল্লগা অমাইবা অমাইবীনা লাইশোন তৌদুনা কৎলগা (মাইবনা তাইবেলমনা অদুগা মাইবীনা

শরীক পায়গনি) চাক-য়েনশাং অদুগী মখুম হাংদোক্কনি। অদুগা চাক্কি চমায় অদুদা অফ-ফত্তগী ওইবা করি খুদম লৈবগে হায়না য়েংগনি। খুদমশিংদি (১) চাক্কী চমায অদু থমচেৎ মমায় শানা, হায়বদি চপ মান্ননা তোঙলবদি, লাইনা য়াম্না পেন্নিবে হায়না খঙগনি। (২) চমায অদুনা চিহৈ নাইনা অকুৎ-অতোঙ নাইববদি কুৎলিবা অদুনা লাইনিংথৌরোমদা ওইরগা লাইনিংথৌনা শাউরি খঙগনি। (৩) ময়ায়দা তংখায় তানা চেখায়রবদি ফত্রে, খুঙ্গং অদু থাইবুং থাইবুংনগনি হায়না খঙগনি। (৪) চফ্ মপান্দা চাক মকুপ-মকুপ চোংখত্তুনা পল্লবদি অঙাং মরী শোকই হায়না খঙগনি। (৫) অদুগা চাক মপুম পল্লগনা অহন মরী শোক্কনি। (৬) চমায়দা চাক মপুম/মরু ফজবনা য়ুংনা য়ুংনা লৈরবদি খুঙ্গং অদুদা মিংচৎ পুবকপা, অফ-নুঙাই থোক্কনি হায়না খঙগনি। অদুগা চমায়দা মায়কৈ নাইনা তোঙবা ওইববদি তোঙলিবা মাইকৈগী লাইনা থৌজাল্লে খঙগনি।

**লাইশঙগী মরম:-**

লাই ময়াম পুনফম লাইপুন/লাইপুং অমদা লাইনিংথৌ-লাইবেম্বীবু লাৎফম ওইবিবা য়ুম অসি 'লাইশঙ' হায়না কৌই। হায়রিবা মিংথোল অসি ওইরকখিবগী মরম খঙজিন্বদা তঙাইফদবা ওইগনি। উমং হায়বসি তাইবঙ মীগী হকচাংবু কৌই হায়না মথক্তা নিংথিনা পনখ্রে। অদুনা লাইথৌ অসিগী জগোই অমদি লাইরোল ময়াম অসি তাইবঙ পোকপা অমসুং খুঞ্জাও-লয়চাউনা পান্না অমদি অরান খুভমগী মবমদা য়াম্না হকচিন্না ব্রাখল্লোল থম্বা মশক্লি। লোয়ননা তেংবাম্বা শেম্লকপগী ব্রাখল্লোল অমসু লোইনরি। মতাং অসিদা তাইবঙ শেম্লকপগী ব্রাখল্লোল পুশিল্লুবগী ব্রাদি লাই ময়াম্না তাইবঙ হকচাংবু শঙদুনা লৈরিবনি হায়না থাজনবিবা ব্রাখল্লোল পুশিল্লক্লবগী পোমির্থনি। তাইবঙ হকচাংগী উমংশিংগী ময়ায়মক্তদা, খোয়দৌ- থম্বালদা হযি-হযা অনীনা খোঙফম অমা লেঙদনা লৈবী। অশুম্না লাই মহাকপু মচা-মনাই ওইবা লাই ময়াম্না য়োমশিন্দুনা লৈ হায়বদগী 'লাইয়োম/লাইয়ুম' হায়না কৌই। অদুগা লাইয়ুম অসিদা মপু মানা মচা-মনাই ওইবা লাইয়াম্বু শঙদুনা লৈবিরি হাযবদগী লাইনিংথৌ-লাইরেম্বী অনীবু লাৎলিবা য়ুম অদুবু 'লাইশঙ' কৌই।

অশুম্না লাইবুঙ অমগী মনুংদা লৈরিবা লাইশঙ অসি য়ুমশারোল হায়বা কাঙলোল অদু য়াম্না নিংথিনা য়েংলগা শেম-শাগনি। মরমদি মৈতৈ খুন-নাই অসিগী 'য়ুমশারোল' হায়বা কাঙলোল অসিদি মালেমগী ওইবা খুন-নাইশিংগা

মান্নদবগী মতৌ লৈ। হাযবদি 'যুম' হাযবা অসি তাইবঙ মীগী হকচাংগী কাযাৎমক্তি হাযনা থাজনৈ। অদুনা যুমগী কাযাৎ অমত্ত শোযহন্বা যাদে। অমুক্তশু খুন-নাই অসিগী যুম অমা শাবদা চঙলিবা পোৎচাক পুম্নমক লাইনি হাযনা থাজনৈ। অদুনা পোৎচাকশিং অদুনা মানা মানা লৈফম, হাপফম হেক শোযবদা 'যুম্লাইথোক' হাযবা, অসি- অনা থোকহন্বগী' ওমথীববা অবা-অনাগী চৈবাক অমা পীদুনা যুমগী মপু অদুবু খুদোংথীবগী কোমদগী হৌগৎ কাংখৎপা ঙমহন্দে। অদুনা মবম অসি লৈবনা লাইগী লাইশঙ শাবদা ভানথি লাইথিবগী মথৌ অহকপনি। অদুবু মতাং অসিদা খঙজিনগদবা অমনা মীনাচিংবা থৱাযপান্নশিংনা লৈগদবা যুমগা লাইশঙগা খেৎনবা মশক অদুনি। অদুবু মাযওনগী মবমদদি যুমগা লাইশঙগা খেৎনদবগী মতৌ লৈ। খুন নাই অসিগী থাজনবীদা যুম অসি নোংপোক ওনবগী চৎনবী লৈ। অদুবু লাইবিক অসিদি যুমশাবোল নত্রবনা লাইশঙগী মাযওন্দা খবদং পন্না তাবে। তাইবঙ থবায পুম্নমক অসি নোংমগী মনুংদা পোকই। অদুনা নোংমা হাযবা অসি 'কোবৌহনবা' (নুমিৎ)না ওইহনবা (পোকহনবা) পোৎনি। হাযবিবা পোৎ (মতম) অসি নুমিৎথোকপা অমদগী মথংগী নুমিৎ থোকপগী মনুংগী মতম অসিবু খঙনৈ। মসিবু নোংমা কৌই। অশুম্না তাইবঙ থবায পুম্নমকপু পোক্লিবা, নুমিৎনা থোক্লকপা মাযকৈবু 'নোংপোক' হাযনা কৌই। অদুনা বাখল্লোল আসগী মনুংদা তাইবঙ পোকপা অমদি মালেম শেম্নগী নীংশিং থৌবমগী লাইথৌ ওইবিবা থৌবম অসিগা লাইশঙ অসি নোংপোক ওম্নগী কাঙলোল থক্কী মাইচৌশিংনা থম্নীবম্মী। অদুবু হৌজিক্কী ওইবিবা উমংলাইশিংগী লাইশঙশংসিদি মাযওন্দ মনীং তম্নগী মতৌ উই। অদুনা মতৌ অসি হৌজিক মতমগী লৈবাক আসদা ওইবিবা হিন্দু লাইনীং চৎপাশিংগী 'দেবালয' হাযবা লাইশঙগী মমি তাখিববা থিজিন্না মথৌ তায।

## লাইগী শক্তম শাবা হৌরকখিবা:

লমদম অসিগী মৈতৈ খুন-নাইনা লাইবু শক্তম শাদুনা লাৎপা হৌবকখিবা আস নিংশিংবদা ৱাববা মতমগী থৌওংনা। মমি-শামি খুদমগা মশক ওইবা কুমশীং অমত্তং পল্লবদা ৪৮৩১গী অঙম্বা শকক্তগী তৌখ্রে হাযনা পাবা যাই। কুমশীং অসিমক্তি কবম্বা মতমদগী থীবা হৌবকখিবনো হাযবমক খঙনদ্রবশু 'লাংবচক্কী কুমশাং' হাযবনিনা 'নোংদা লাইবেল পাখংবা' হাযবা লমদমসিগী পুৱাবিগী অহৌবা ওইবিবা নিংথৌ অসিগী থক্তি হাযবদি শেংলে। মবমদি নিংথৌ (নোংদালাই) অসিনা ফম্বাল কাবা মতমদা লাংবচক্কী কুমশীং ৩১৩৫ শুবে হাযনা

'কুম্বাবা' কৌবা লাইবিক্তা পল্লি। অদুগা অমুকশু মসি 'কাংববোল' কৌবা পুযাগা নকশিন্ননা 'কাংবা' কৌবা লৈশাংথেম শলাইগী নিংথৌ অদুনা পাম্বদগী পাবা হৌবকপনি হায়না লওবশু যাওবি। অদুনা কুমশীং অসিগী কুমজিন্দা পানখিবা 'কাংবা নিংথৌনা' 'লাইনিংথৌ সনামহীগী' শক্তম্মু নৃংনা শাদুনা লাৎখি হায়না পল্লি। হার্যবিবা লাই অদুগী মিংনা 'লাইনিংথৌ শবী' কৌই হায়না পল্লম্মী। অসিগী মতুংদা অমুক কংলৈনিংথৌ খাবা শোকচ্রোম্বনা পাম্থোইবীবু শক্তম শাদুনা লাৎপা হৌখি। বাবী অসি পান্থোইবী খোংগুল পুযাদা পল্লি। মদুদি "........ইথংলেল, কংলৈ লযপাক মপা ও, তমফা কোনথৈ অতাম্বীদি শেল্লোই তগুপচীংদা কুপতুমকুপ্পা পাল্লিঙেনে। তমফা ৱাংঙমলোন্না লহান খাবা ইবানযায যাংবা ইশাইকোন্দা যাংগোইনোংগী যোইবু চৈবৈ শেৎনামন, তমফা চৈবৈ মাযিনফি অমনবা, যোইবু চোল্লাং কাউবী মনাশি অমনবা, লৈবাং চিন্নামন ফল্লাং লোঞ্জানুংদা থেৎলওবাশুং, খুকা নানবি ৱাশমচেৎনা হোন্নানোংগী শম্লাং চোইনা কেল্লহৌবাশুং লৈবনে। তমফা চৈবৈ ইন্নামনবু ৱাংঙম মহকচাংকম চিংঙ্ লাইফম শেম, খোইমোম লাইফম যাবে।"

অশুম্না খুন লাই অসিনা লাইনীং লম্বীগী বাখল্লোন্দা লাইবল্লেম্বু যংনবা খিজবাদা নাংজবিবা লাই মাগী শক্তম্মু শাদুনা মাঙদা থমজবগা খুযাখাদা হকথেংননা খুবমজবনা বাখল লম্মাক্লুবোইদবা অথোইবা লমদাং ওইগনি খল্লকপনা নিংথিবা লাইগী শক্তম্মু মওং মবিল তানা শাবগা লাৎচবকপা অসি নিংথৌ লোইতোংবগী (১১২২ ১১৫০) মতমদগী হৌবকখি। নিংথৌ অসিগী মতমদা লিল্গা মশক ওইবা 'লিল্লাই পাখংবা'না শেন্না শাদুনা লাৎপা হৌখি। অদুগা মোইবাংদনা মোইবাংগা নিংথৌ 'পুবিকলাইনা' পাম্বা মতমদা (মৈতৈ নিংথৌ লোইতোংবগী মতম) থাংজিং লাইগী শক্তম্মু শেন্না কোল্লু হযবগা লাৎলম্বগী বাবা ৱাখোং 'থংজিং যাগৈবোল' কৌবা লাইবিওা পল্লম্মী। মতুং তাবকপদা লাইনিংথৌ খাগেম্বনা পানবা (১৫৯৭ ১৬৫২) মতমদা 'লাইযিংথৌ নোংশাবা' 'উবেললৈমা' অমাদ 'লাইযিংথৌ লাইনা হাগবা' (লাইযিংথৌ সান মহী) হার্যবিবা লাইশিংস শেন্না হযবগা শক্তম শাদুনা লাৎখি। অদুগা হৌজিক লমদম অসিদা পাংথোক্লিবা লাইথৌ, উমংলাই হৰাউবদা লাৎনবিবা কোমাযগী লাইশক অসিশু লাই ৯গী শক্তম (লাইনিংথৌহনবা, চখাবা, মুবা নিংথৌ, খম্লাংবা, লম্মাবী, হুইদোন পোকপী, পান্থোইবী, শোবাবেল) শাদুনা লাৎলগা উমংলাই হৰাউবগী থৌবম পাঙখোকপা হৌবকখি।

অশুম্না লৈবাক অসিদা লাইশিংবু শক্তম শাবগা লাংপা হৌবকখিবা অসি ঙসিদগী চহি ৪৮৩১গী মাঙদগী হৌবক্লে হাযবদু, খুদমশিংসিনা খঙহল্লি। অদুবু হৌজিক্কী মতমদা লাংলিবা উমংলাইগী শক্তমশিংসিদি মওং মতৌদা হকচাং কাযাংশিং মপুংফাদবগী মশক ওইবিবসি থিজিন্দবা যাদবা ওইবে। মবমদি পুব্রাবিগী মীংযেংদগী যেংলুববশু তাইবঙ মাগী হকচাং কাযাংকুম্না শাবম্বগী বাবী-বাখোং ইবা লাইবিকশিংগী মনুংদা 'সনামহী লাইকল' কৌবা পুযা যাম্নমক থাউমৈ ওইবা মশক্লি। মবমদি নিংথৌ পামহৈবা (গরিবনিবাজ)গী মতমদা থুগাইখিবা লাইনিংথৌ সনামহীগী পামবোম্নু, নিংথেম্নুবী (নিংথৌগী লৈমশিংগী পাখোল শীজিন্ননবা থম্বা নুপী) অমনা লোন্না থমজিনহৌবগী বাবী পল্লি। অদুগা অমবোমদশু অমুক. লাইথৌবোল অসিদা শোল্লিবা লাইশোলশিং (অনোযবোল) অসিগশু থোইদোক্না ওঃবে। হাযবদি লাংলিবা শক্তমশিংসি মাযগী শকুকখক্তনি। অদুগা লাইগী হকচাং শাগৎলিবা 'অনোযবোল' হাযবিবা লাইশোল অসিদদি তাইবংমীগী হকচাংগী কাযাং অমত্তা বাংহন্দনা শাগৎপগী লাইশোন্নি। অসিদসু নত্তনা লাইগী শক্তমগী মবমদা শোযফদবা পাউতাক পাবিবা লাইবিক 'লৈশেম্লোল' অমদি 'তাইবঙলাংবুম' পম্বা যাই। লাহাবকশিংসিদ হযি লাইমকসিদবনা মচানিপা যাযমা অশীবদা তাইবঙ মা শাউ হাযনা পাউতাক পাবদা শক্তমগী মবমদি তাক্তবদগা লাইনিংথৌ অশীবনা তাইবঙ মা শাবা ছুমদ্রবদ কুকশিদবনা (হযি লাইমকশিদবা) ঐগী শক্তম অসি যেংলগা শাউ হাযনা তাব্রগা শাহনখিবগী বা পল্লি। মদুদা তাইবঙ মাগী হকচাংগী কাযাং শুনা শাবগা বাবা পল্লি। লোযননা হকচাংগী কাযাং খুদিংমক্তা লৌবিবা লাইশিংদুগী মওং মতৌগা মতংইন্না কাযাংশিংগী মিং থোনখিবগী বা যাওই। বাবোল অদুবু পুযাশিংসিদা অশুম্না পল্লি।

## তাইবং লাংবুম:

"লাইনিংথৌ অশুম্না নবু ইখুং ১০মক্তা খুকম্না ইজবক্কে, তাগিবী শুনো। পুখাংকোক্লা হাযবম্বা পানে। হৌজিক্ত মীনী হকচাংদা লৈবা লাই খৈবিক্কা মতীকশুং মশক মচু যিশেৎ চাকচা, মশক মঙান খৈবিকপু খাযনা হাযখৎলক্কে। লেমফু কৌবদো, লাবাই কৌবদো, বোক কৌবদো, থোপ কৌবদো, লাইপক কৌবদো, পাশুম কৌবদো, নাখাঙ কৌবদো, নাতোন কৌবদো, খজাই কৌবদো, চাযকং কৌবদো, নাপ্পা কৌবদো, নাকোং কৌবদো, নাকম কৌবদো, লুতুং কৌবদো, ঙক্লীলুশম কৌবদো, যাকৌবদো, লৈতোন কৌবদো, খৌবী কৌবদো, পাম্বোম

কৌবদো, খুবোম কৌবদো, খুজেং কৌবদো, খুবাক কৌবদো, খুনম কৌবদো, খুৎপী কৌবদো, খুদোম্বী কৌবদো, খুৎযাই কৌবদো, খুনিংথৌ কৌবদো, খুনাউবী কৌবদো, খোয কৌবদো, খোযশাং লিলশাং কৌবদো, হোপ কৌবদো, যুংপং কৌবদো, শিংখা কৌবদো, খুংশাবি কৌবদো, শৌবোম্বী কৌবদো, খ্বাঙ কৌবদো, পীবাই কৌবদো, কবাঙ কৌবদো, হয কৌবদো, অমাংথোঙ কৌবদো, ঈশিং থোঙ কৌবদো, থোঙযা কৌবদো, শেংক্রুক কৌবদো, নিংদু কৌবদো, নিংগোং কৌবদো, নিংজোন ফৈগল, ফৈবোম, খুক্লু, কপলাক, খুবাই, খুবোম, খুজেং, খুনীং, খোংনম, খুযালেনফু, খোঙবী, খোঙদোনবী, খোঙযাই, খোঙনিংথৌ, খোঙনাউবী কৌবদো কাবিগী কৌবনো হংলবদি হে মীও তাও হাযগে।

হৌজিক্তি মফম খৈবিক হাযগৎলক্কে। (১) খুনীং থম্বান্দা লৈবা লাইদি মচুদি সনাগী থম্বান্নে। যিশেত্তি ফিগে মৈবি শেৎলে। নাবিলবু খাঙফম লকা ওইনৈএ। ঈশিংবু খাঙনপ ওইনৈএ। পশোং খাউওন্নৈএ। অথুম্ববু চাকচা ওইনৈএ। ওইনম্বা খুত্তা শুইএ। মমিংদি লৈনপফা কৌএ। অসি লৈবগী খুনীং থম্বাল কৌএ। (২) খুযা লেম্ফুদা লৈবা লাইদি মচাদ হীগোক্কে। ফিশেত্তি ফিগে সনানে। খুৎ শুদি থাঙ অকোম্বা শুএ। থম্বালশুং শুইএ। শবীকশুং শুএ। মোইবুংশুং শুইএ। লৈদি চোম্লাং মপাল চিলএ। মমিংদি লৈহক্লেন যাশৌবা কৌএ। অসি লৈবগী 'খুযা লেনফু' কৌএ। (৩) খুদোন্দা লৈবদি মচু মেমাম্বনে। ফিশেত্তি মকোং শেৎলে। খুৎ অমদা মোইবুং শুযে। অমদা শবীক শুযে। চাকচাদি তমফা চাএ। মমিংদি লৈহক লৈযা শেলৈ উংযোই চিল্লিবা কৌএ। অসি লৈবগী 'খুদোন' কৌএ। (৪) খুজিংখাদা লৈবা লাইদি মচু অমুবনে। মখুৎ ৪ পাল্লে। অমদা থাঙশাং শুযে। অমদা চুগোয শুইএ। অমদা থম্বাল শুইএ। অমদা চৈশু শুইএ। মমিংদি উং শংশো খিংখাং ইথিবা কৌএ। অসি লৈবগী 'খুজিংখা' কৌএ। (৫) খোঙবী যেৎতি 'তুপি' কৌএ। (৬) খোঙদোনবীদি 'তবেৎও' কৌএ। (৭) খোঙযাদি 'লৈখোমতাউ' কৌএ। (৮) খোঙনিংথৌদি 'লৈশাং' কৌএ। (৯) খোঙনাউবিনা 'যৌভাইবা' কৌএ। (১০) ওযগী খোঙবীনা 'লৈভাউবা' কৌএ। (১১) খোঙদোনবীনা 'মুংমাবিংবা' কৌএ। (১২) খোঙযাযদি 'লাইকম' কৌএ। (১৩) খোঙনিংথৌদ 'লাইমৈকক' কৌএ। (১৪) খোঙনাউবীদ 'নেমদা' কৌএ। (১৫) খুজিন ২০মাগী মমিংদি 'শৌতাহিং' কৌএ। (১৬) অসিগী খোঙবি, খোঙনাউ কৌএ খঙও। (১৭) খুনমদা লৈবা লাইদ 'লমপু' কৌএ। (১৮) খুজেংদা লৈবদি 'মিরাহিং' কৌএ। (১৯)

খুমিৎ অনিমাদা লৈবদি 'সনা মৈখঙবা' কৌএ। ফিশেত্তি অমুবনে। মখুৎ অমদা চুমিথাঙ শুইএ। অমদা থবিযুম শুইএ। মমিংদি 'লৈফুবেল কিংনাইবা' কৌএ। অসি লৈবগী 'খুমীৎ' কৌএ। (২০) খুবোম ২মাদা লৈবা লাইদি মচু লৈচিল অঙাংবনে। মখুৎ অমদা মুকাক্লৈ শুইএ। অমদা পাংগোংলৈ শুইএ। মমিংদি 'পোম্বীশা' কৌএ। অসি লৈবগী 'খুবোম' কৌএ। (২১) খুবাইদা লৈবা লাইদি মচু কোবীনে। ফিশেত্তি অঙাংবনে। খুৎশুদি খেমজি অঙৌবা শুইএ। মমিংদি 'পোংথাংলেল' কৌএ। অসি লৈবগী 'খুবাই' কৌএ। (২২) খুক্লুদা লৈবা লাইদি মচু ঙাঙনা পাল্লে। ফিশেত্তি অমুবনে। খুৎশুদি তম্ফা পবেং শুইএ। অমদা থাঙ্গোল শুইএ। মমিংদি 'কংশু' কৌএ। অসি লৈবগী খুক্লু কৌএ। (২৩) কপলাক্তা লৈবা লাইদি মচু থংগোংনে। ফিশেৎতি অশংবানে। খুৎশুদি শবীক শুইএ। অমদা শাচৈ শুইএ। মমিংদি 'কোংদিংলেল লিখাকপা' কৌএ। অসি লৈবগী 'কপলাক' কৌএ। (২৪) ফৈবাক্তা লৈবা লাইদি মচু অঙৌবনে। ফিশেত্তি পশোংনে। খুৎশুদি কবেকলৈনে। মমিংদি 'পেংবিশানোয' কৌএ। অসি লৈবগী 'ফৈবাক' কৌএ। (২৫) কবাঙ অনীমাগী মবক্তা লৈবদি মচুনা ঙাঙবনে। ফিশেত্তি হীগোকনে। খুৎশুদি থবোনে। অমদা থম্বালশুযে। মমিংদি 'কাথোক্লৌ' কৌএ। অসি লৈবগী 'কবাঙ' কৌএ। (২৬) শেঙদৌদা লৈবা লাইদি মচু অশংবনে। ফিশেত্তি লীক্লানে। খুৎশুদি থেঙশু শুইএ। অমদা লৈহাউ শুইএ। মমিংদি 'কুহিংচি' কৌএ। অসিগী 'শেঙদৌ' কৌএ। (২৭) চেংক্রুক্তা লৈবাদি 'মিতালৈহিং' কৌএ। (২৮) পেঙগী থোঙদা লৈবদি মচু কক্লা মান্নবনে। ফিশেত্তি অশংবনে। খুৎশুদি শাজৈ শুইএ। অমদা শামু যোৎচপ (শামুকাতি) শুইএ। মমিংদি 'নুঙগাংমহাবাবা' কৌএ। অসি লৈবগী 'হোইবো' কৌএ। (২৯) শিনুংগী হয মবক্তা লৈবদি মচু লীক্লানে। ফিশেত্তি অঙাংবানে। খুৎশুদি থম্বাল শুইএ। মমিংদি 'কাংবিবেল' শক মব কৌএ। অসি লৈবগী 'শিনুং' কৌএ। (৩০) শিংলি হো বো সো কৌবনা নিপাগী ফিনুং মতোন্দা থাংএ। তিদা লৈবা লাইদি মচু অমুবানে। ফিশেত্তি অঙাংবনে। চাকচাদি তম্ফা মনিক চাএ। মমিংদি 'চিকিংহিং মিহিংশং' কৌএ। তিগী মমিংদি ' উই তেতেবা' কৌএ। অসি লৈবগী 'তি' কৌএ। (৩১) শিংলী হো বো সোনা নুপীগী থোঙ মচান্দা মতোন্দা লৈএ। শেংদোন মতোন মমিংদি 'উই তেতেনু' কৌএ। অনিমা ইমদিন্নববদি 'চিংতেতে চিং, তেতে নপনু' কৌএ,। নুপীগী থোঙ হাংনবাগী মমিংদি হংহিং কৌএ। (৩২) তৃক্নমদা লৈবা লাইদি মচুদি অশংবনে। ফিশেত্তি

হীগোক অমুবনে। অনীমানা ফিশেৎ ওইনৈএ। মমিংদি মীহিংশং কৌএ। চাকচাদি হযবী চাএ। অসি লৈবগী হয কৌএ। (৩৩) ঈশিংযাফমদা লৈবা লাইদি মচু হীগোক্লে। ফিশেত্তি অশংবনে। খুৎশুদি থবোনে। লিন্দু খাঙশেৎনাএ। মমিংদি বিশনকাংবি কৌএ। অসি লৈবগী 'যাফম' কৌএ। (৩৪) বেংগা ঈশিং থোঙগা অনিগী মবক্তা লৈবা লাইদি পেংবিশানোয কৌএ। বেঙগী থোঙফমনে। তিগী থোঙদি চিংখৈ অপাম্বানা ফম্বানে। (৩৫) পীবাইদা লৈবা লাইদি মচু মেনমাম্বনে। ফিশেত্তি কোম্বীবৈনে। চাকচাদি নমলেং চাএ। মমিংদি 'পিশিনখোম্বী' কৌএ। অসি লৈবগী 'পীবাই' কৌএ। পীবাইগী মথক্তা খুদোন ১বম নক্ল ২মানা লৈবদি মচুদি মযনে। ফিশেত্তি ফিগে সনানে। খুৎশুদি থম্বাল অঙৌবনে। চাকচাদি শঙ্গোম অহিংবানে। মমিংদি 'লাই' কৌএ। লাইবেম্মাগী মমিংদি 'নুংচিবি ণুংনপ্পা' কৌএ। লিন্থুপ অমদি তীল্লিবেন্নে অমদি লাইযিবেন্নে। লিন্থুপ অমদি খাইযিবেন্ন। লিনথুপ অমদি তীনঙাঙলেন্নে। লিনথুপ অমদি তীঙৌবেন্নে। লিনথুপ অমদি তীল্লিবেন্নে। লিন্থুপ অমাদি লাইযিবেন্নে। লিন্থুপ অমদি তীনমুবেন্নে। (৩৬) খোযদা লৈবা লাইদি ঙানু কাংঙাগী মকোক্লা কোযনা লৈএ। মযাদা হো হাযনা হোন্থোকএ। মনাতোন দা শো হাযনা চিংশিলএ। অকোযবা লৈবদি মচু হীগোক্লে। ফিশেত্তি ফিগে সনানে। খুৎশুদি শবীক, মোইবুং, থম্বাল শুইএ। লৈদি চোল্লাং মপাল াচলএ। মমিংদি শংঙাং কৌএ। খোযবীগা নাউফমগা অসিদি হযেং অমবক হাঞ্জন্নবা ফিনে। লেম্না মাঙদবনে। (৩৭) খৌনাউ মতোন্দা লৈবদি মমিংদি 'ঙাংএংবা' কৌএ তেংখল ফোল্লাং লেঙলে। (৩৮) খোম অনিমদি লাইগী পৃংনে। পৃং অনিমাদা লৈবা লাইগী মচুদি হীগোক্লে। ফিশেত্তি অঙাংবনে। মমিংদি বানশৌবী কৌএ। (৩৯) থবাক্তা লৈবা লাইদি কেক্রুশুম্বা থাঙযোল্লবনে। মমিংদি 'হকাথ মিহিংচি শোই শোই, হকথিচোন শৈহক, মিতেন শৈলুম কেপ, মাবংখৈনু চবাংপাবিক' কৌএ। অসি লৈবগী 'থবাক' কৌএ। (৪০) খৌবীদা লৈবা লাইদি মচুদি খে উপান্নে। ফিশেত্তি অঙৌবনে। চাকচাদি ঈশিং ঈবোঙ ২তিন্নবু যাদা থক্লা লৈএ। মমিংদি 'হীংক্ তৎতাঙ্গ' কৌএ। অসি লৈবগী 'খৌবী' কৌএ।

(৪১) থোঙ মনুং শানোংদা লৈবদি মচুদি লৈচিন্নে। খুৎশুদি কুশুমলৈনে। ফিশেত্তি অঙাংবনে। মমিংদি 'তোংশিনবী' কৌএ। অসি লৈবগী 'থুখুন শানোং' কৌএ। (৪২) নিংগোংদা লৈবা লাইদি মচুদি অশংবনে। ফিশেত্তি কুবাউ মপান নে। খুৎশুদি থাঙ অকোম্বানে। ওযদা শাজৈ শুইএ। চাকচাদি অঙাংবা

চাএ। মমিংদি 'তোংকোং' কৌএ। অসি লৈবগী 'নিংগোং' কৌএ। (৪৩) খ্বাঙদা লৈবা লাইদি মচু অঙৌবনে। ফিশেত্তি অঙাংবনে। চাকচাদি হৈবোং মবোংচাএ। মমিংদি 'পোম্লেল' কৌএ। অসি লৈবগী 'খ্বাঙ' কৌএ। (৪৪) যাংলেন নম্লী ২মাদি যাঙবানে। শিংলী তোংশাশং কৌবনা যেৎকী খুনীং থম্বালদা থাংএ। শিংলী তোংশং কৌবনা ওযগী খুনীং থম্বাল্দা থাংএ। (৪৫) যাঙলেন্দা লৈবা লাইদি তুবিশিদবা লাইবেল নাদবা, তুবি মথানা তীংশম্বা লাইবেল মনম্মা যাঙশম্বা, মমিংদি শংমকন্থা কৌএ। অসি লৈবগী 'যাঙলেল' কৌএ। (৪৬) লেংপাক ২মাগা মবক্তা লৈবা লাইদি মচু অঙৌবনে। মঙক্তা তম্ফামনিক শিএ। ফিশেৎশুং অঙৌবনে। খুৎ যেত্তা তম্ফা পবেং শিএ। ওযদা লীক্লাই পবেং শিএ। মমিংদি 'মাহিংশং' কৌএ। অসি লৈবগী 'লেংপাক' কৌএ। (৪৭) নাকন যেত্তা লৈবা লাইদি মচু অমুবনে। ফিশেত্তি ফগে সনা শেৎলে। খুৎ যেত্তা যোংকী চৈশু ২ শুএ। মমিংদি 'চকমাবিংবা' কৌএ। ওযগী নাকন্দা লেবা লাইদি মচুদি কোম্বিবৈনে। ফিশেত্তি অঙাংবনে। খুৎশুদি চযশু ২ শুইএ। মমিংদি 'কোনোকুম' কৌএ। অসি লৈবগী 'নাকল' কৌএ। (৪৮) শেগ্রাক যেত্তা লৈবা লাইদি মচ শংবানৈএ। ফিশেত্তি অঙৌবনে। খুৎশুদি লফুথবো শুইএ। মমিংদি 'খবিকান খবিকন্' কৌএ। ওযগী শেগ্রাক্তা লৈবাদি মচুদি সনা অহিংবনে। ফিশেত্তি চিংঙোন্নে। খুৎশুদি থম্বাল শুইএ। তম্ফা খুদোপশু শুইএ। মমিংদি 'সনাখোন্ন' কৌএ। অসি লৈবগী 'শেগ্রাক' কৌএ।

(৪৯) খুবাক যেত্তা লৈবা লাইদি মচু অঙাংবানে। ফিশেত্তি অঙৌবা, অবাংবা যান্ননা শেৎএ। খুৎশুদি খুৎ ১দা থেঙশু, পাইজা শুইএ। ১দা মযেক মখোৎ শুইএ। মমিংদি 'বিশাতাউ' কৌএ। অসি লৈবগী 'খুবাক' কৌএ। যেৎকী খুৎপাদি 'খুৎপী লাইতোং' কৌএ। খুদোম্বাদি 'খুনম্বী' কৌএ। খুৎযাযদি 'মেঙাং' কৌএ। খুৎনিংথৌদি 'চবোইবি' কৌএ। খুনাউবিদি 'শিমাবক' কৌএ। ওযগী খুৎপাদি 'চোন্নোইবি' কৌএ। খুদোম্বাদি 'খুৎনঙ' কৌএ। খুৎযাযদি 'চযনম্বা' কৌএ। খুৎনিংথৌদি 'লাইঙা' কৌএ। খুৎনাউবিদি 'বাইতেংবী' কৌএ। খুজান ১০মাগী মমিংদি 'শৌতাহি' কৌএ। (৫০) খুনম যেত্তা লৈবা লাইদি মচুদি ঙাঙনা ঙৌএ। ফিশেত্তি অশংবনে। খুৎশুদি মোইবুং শবীক শুইএ। মমিংদি 'শাইচাক্লেল' কৌএ। অসি লৈবগী "খুৎনম" কৌএ। (৫১) খুজেং যেত্তা লৈবা লাইদি মমিংদি 'মিংশংহিং' কৌএ। (৫২) খুবোম যেৎ - ওযদা লৈবা লাইদি 'হৈকোংলেল' কৌএ। মচু শংনা পাল্লে। ফিশেত্তি কক্লা মপান্নে। খুৎশুদি লীকং তেন শুইএ। অসি লৈবগী

তবেং' কৌএ। অসি লৈবগী 'নাখাঙ' কৌএ। (৭৫) নাকোং যেত্তা লৈবদি মমিংদি 'সোথ্‌পহিংনু' কৌএ। ওযবমদা লৈবদি 'শঙতবেং' কৌএ। অসি লৈবগী নাকোং কৌএ। (৭৬) যেৎকী নাকমদা লৈবদি মমিংদি 'তুমিনহিংচি' কৌএ। ওযবমদা লৈবগী মমিংদি 'তুমিনহিংগাঙ তুকবা' কৌএ। অসি লৈবগী 'নাকম' কৌএ। মাং ১ মর্দদ নুমিৎ থা নে। অসিগী মনুংদা লৈবদি মমিংদি 'মাৎ মব' কৌএ। (৭৭) পিশুম মথক্তা লৈবা লাইগী মমিংদি 'নোংদা তথবা' কৌএ।"

মথক্তা পঞ্জাবিবা পুয অসিগা বাবোলশিংগা শাংথ-লেংথ পল্লবগী মবর্মদি খুন নাই অসিগী থাজনবিদা তাইবংমীগী হকচাং অসি লাই মযামগী উমংদা (লৈফাম্ন) হাযনা মাইচৌশিংনা লৌনবকপা অদুগী মতুং ইন্না তাইবংমীগী হকচাং কাযাৎশিংগসগী মমিং থোল্লক্লিবা অসি লাই ১ / ১ গী লাইফম ওইবদগী থোনখিবান হাযবা খঙনবা পল্লবনি। অদুনা লাই হবাউবা হাযবা অসি, অসি গুম্লবা লাইশিংনা তাইবংপান্নু হিংঙনানগা অমাদ মাংলেম শেম্বগী মতৌ তম্বনি। অদুনা লাইনী শক্তম শাবনা অসি পীবিবা লাইলোন মযামগা খুদমশিংগসনা তাইবংমাগী হকচাংগী কাযাং শুতন্দবা যাদবগা খদম ওইবান।

অদবু বাবী বাখোঙশিংগসগী ওয় তৈনবদা ঙসিগা উমংলাইগী শক্তম হকচাংগী কাযাৎশিংন কযা খঙ্গকদনা মাযগী শরুকথক্তং মী মাহল্লাবা অদগা অতৈরুনা কযা খঙ্গকদবগুম তৌবিবা অসি তমথানা শোযবগা থাক্তা থম্লগা লৈনহৌবা চুমগনি। মবর্মদ খুন নাই অসিগী শক্তম্নু চহী লীশীং কযাদগা তিংতং দুনা থম্লক্লিবা লাইথৌ অসিগী মহযবু মপুং ফাদবা ওইগনি। হাযবদি লাইথৌ অসিগী মপুং ওইবা ব্রাখল্লোন্দি তাইবঙপাল অসি অতৎ অথম লৈতনা পোকপা হাযবনি। মদুদি তাইবঙ হকচাংগী কাযাৎ শুনা শাবব মতমদা অঙাং পোক্কদবনি। অদনা অনোযবোল হৌবমদাইদা মাইবানা লাইচিংজগোই হাযনা শাবিবা অদু লাইগা শক্তম অদু (মী ওই শুনা মপুং ফাববা শক্তম) পাবুক্লুংদা (মাইবীগী) লেঙশিনবীবো হাযবগী বাখলদা শাবা জগোইান। অদনদি ঙসিগী লাইশিংগী শক্তম অসি তাইবঙ মাগী শক্তমগুম কযাৎ মপুং ফাহন্দবা যাদবগী খুদম ওইবে। মবর্মদি লাইনা মীগা শক্তম লেপ্পকাখিবান। অদুনা মীনশু লাইগী শক্তম মপুং ফাহন্বা চুমগনি।

## উমংলাই হরাউবা হৌরকখিবা অমদি মফমশিং:-

লৈবাক অসিগী খুন-নাইনা কবম্বা মতমদগী হৌবকখিবনো হায়বা থোইনা খঙলুবা লৈতনা ঙশিফা ওবা পাংথোক্লুনা লাক্লিবা উমংলাই হরাউবা হায়বা লাইথৌ অসি তাইবঙ মীওইপোক্লা মক হুন্দ্রিঙৈদগী লাই হায়বা কাঙলুপ অদুনা তৌবকখ্রবনি হায়না মাঙলমচৎকী মাইচৌশিংনা ইথম্বা পুযা কযা থেংনবে। অদুনা পুযাশিংগী লংলাদগী ফংবা ৱাবোলশিং নৈনবা হায়বা অসি লাইথৌ অসিগী অশেংবা মশক অমা লেপ্লদা থোইদোক্লা মক্ক হক্কনি। মসি লাইযিংথৌ সনামহীনা মালেম শেম্বা হেক লোইবদগী লাইশিংনা পাঙথোক্লক্লে হায়বগী খুদমনি। হায়বিবা বাবী বাখোঙ অসি 'লৈশেম্লোল' অমসুং 'পাখংবা ফানখোঙ' নচিংবা পুযাশিংনা শৌগৎলি। মদুদি লাইযিংথৌ সনামহীনা লৈশেম্বা লোইববদা কুৰুশিদবনা মচা ৩ (অতিযা, অশীবা, কোঞ্জিনতিংথোকপা) মক্তা মালেম অসিগী মপু ওইনা পান্না ঙমগদবা মচা অমা খল্লগে হায়বা ৱাখল তৌবদুনা পা উতাক অমা পীবকাখ। মদুদি মালেম আসবু ৭লক কোযক্কবগা ইপাগী নাক্তা হান্না থংলবা ঙম্বা অমদা মাসেমগী মপু ওইহনগে, মীৎকুপ অসিমক্কগী কোযবো হায়বকাখি।

অদুগুম্লবা মপাগা যাথং অদুদা লাইযিংথৌ অশাবনা 'পান্না কৈবেল' (লবায পান্না পুম্নমক্কা তংনফম পুক্কে ওইবিবা অক্ষবা অপান্না ঈশিংগা ঈবম ৭)বু শাদে ওইদুনা মালেম্বু ৭লক কোযক্কনবা খোঙশানখি। অদুগ মযাম্ন অহল 'অতিযাশিদবনা' শবেল নোংসা (নোংলৈনুংশিৎ)ব শাদোং ওইদনা কোবৌ নোংখে ঙবু (নোংদে ঙক্তা) ৭লক কোযাখ। অগুম্না অশীবনা (ঈশিংনা) মালেম লখঙে। ঙবু বোযাখ। অদুগা অতিযাশিদবনা (নুংশিৎনা) কোবৌ নোংখোঙবু ৭/৭লক বোযনবা খোঙশান্নখ্রবদা মনাই অতোম্বা কোঞ্জিনতিংথোকপাদ ঐাদ শমু হুখে ও তেকপনা ইপাগা যাথং ঙাকপা ঙমদ্রে হায়না কপচখি। মতাং অসিদা কোঞ্জিনতিংথোকনা মখোঙ তেকই হায়না বাখৰদি মশাগা খোঙ তেকপা নওে। পাইবৌ। হায়বাদ মযাম্না অহল অতিযাশিদবদি নুংশিৎপু হায়নি। অদুনা নুংশিৎ হায়বা অসিদি মীৎকুপ (মিনিট) অমদা যাম্না যাঙনা শাৎপা লম্মী। অদুগা অমুক শু মযাম্ন হায়মা অশীবা হায়বদি ঈশিংবু হায়বনি। ঈশিং হায়বা অসিশু ঈচেল যাঙনা চেন্না লম্না মীৎকুপ অমদা যাম্না লাপ্না চেন্বা ঙম্মী। অদুগা কোঞ্জিনতিংথোকপদি মৈবু হায়বনি। অদুনা মৈ হায়বা অসিদি মাগী খোঙচত্তা মাঙদা লৈবম্বা পোৎ পুম্নমক চাকথেক্লগা চৎকদবনিনা খোঙচৎ যাম্না যাঙনা চৎপা ঙমদবা অদুবু খোঙ

তেকই হায়না পাউবৌ তৌবনি। অশুম্না মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ ৩গী মথৌ অদুবু, থৌবাংবিবগী মপু ওইবিবা কুৰ্কশিদবনা শীন্দোক্লকপগী মতৌনি।

অশুম্না মচা অতোম্বনা বাজবগী মতৌ অসিদা মচাগীদমক ৱাৰ্জাবিবী পলেম মমা লৈমবেলশিদবীনা লোন্না পাউতাক অমা পীবিবকই। মদুদি কোবৌ নোংখোঙ অমদি মালেম লযখোঙ হাযবা অতোপ্পা মফম অমা লৈবা নত্তে। নপন কুৰ্কশিদবগী খোইযুম থৌশীল অসিদি পাযমা লৌশিং চঙখোন্না মাঙলী-তুংলী উঙস্বা, মচা কবম্বা ওইবিবনো হাযনা লৌশিং যেংলিবনি। নপনগী থৌবাং পবিংদি নকপা লাপ্পা লৈতে। নপাগী মেন যম্বালগী ফানখোঙবু ৭লক হন্না কোযজবগা পাবি নঙনা নিজহৌবো হাযনা তাকপিখি। অশুম্না মমাগী যাথংবু কোক্তা থোংনা মপাগী ফানখোঙ কোজবগা মপাদা ফম্বাল নিজখি। মতম অসিদ কুকশিদবনা মচা অতোম্বগী পুক্লাং-লৌশিংদা মপুংফাবা মতৌ উবদা অমদি মমা মপাগী যাথংবু হাংক্তোক্তবা মতৌ অসিদা পেল্লদুনা মপুনা যম্লিবা মেন ফম্বালবু শিন্নবিদুনা লাইগী নিংথৌ হাপ্লিখ। অশুম্না মপা কুবশিদবগী থৌবাংবু খঙবা ঙম্বী হাযবদগী মচা কোঞ্জিনতিংথোকপবু 'পাখংবা' হাযবা মিংথোল অসি পীবিখি। অশুম্না পাখংবনা লাইশ্রা কৌবা লাইবৈমগা লোযননা কংলাদা মেন তোংলদুনা লাইগী নিংথৌ ওইববদা উমংলাই ৩৬১ মক্না লোযননা মমাংথক্তা লাইনিংথৌ অশীবনা মালেম লেশেম্লকইঙ্গদা তৌখবা থৌওং থৌদৌশং অমদি ইশে লংমাই পুম্নমক মতৌ ওমদন কংলাদা হরাউ তযান্না শান্নদুনা লৈখি।

মতাং অসিদা মালেম লৈখোঙবু ৭লক কোযখিবা লাইযিংথৌ অশীবশু থংলাখ। কংলাদা লাইযাম্না তৌনম্লিবা মতৌ অদুদা মনাউনিপা কোঞ্জিনতিংথোকপনা মতৌ অদুম তৌবমগনি হাযবা থল্লদবনা মপা কুৰ্কশিদবনি খন্দুনা মেন ফম্বাল নিজগে হাযনা চেনশিল্লকপদা মনাউ অতোম্বা কোঞ্জিনতিংথোকপা ওইবল্লবদা নীংবা কাযনা শাউনখি। মনাউবু হাৎলগে খনখি। অশাউ খাম্বা মৈ হৌনা চঙশিল্লক্লবদা মনাউ ইবেম্মা লৈমা লাইশ্রাগা লোযননা হাবেমা ৭ মক্না মবুংঙোবু হাৎখিবা তাবে হাযনা কিমনখ্রদুনা কোযশিন্দনা থল্লগা ফিনা ফিকক খুমদুনা খাঙখি। মতাং অসিদা মখোযনা কিনখিবগী মবমদি লাইযিংথৌ অশীবদি ঈশিংনি। অদুগা পাখংবনা মৌন। অদুনা ঈশিংনা মৈবুদি মুৎপা তাবনা মদুংঙো পাখংবদি শোযদনা মাঙলগনি খল্লুবদা থোইদোক্লা ৱাজখিবনি। অশুম্না লাইশ্রানাচিংবা লাইনুবাশিংনা মতৈ ইবুংঙো সনামহীবু কিদুনা মকোক্তা ফিনা খুমদুনা

লোৎখিবা অদুদগী ঙশিফাওবদা মৈতৈ নুপীশিংনা মতৌ উবগা কোক্তা ফি খুম্বগী চৎনবী অসি ওইখি। মতাং অসিদা মনাউ ইবেম্মা লাইনুবা ৭না মতৌ অশীবদা হায়জখি। ননাউ ইবুংঙোনা তৌবিবা থৌওং অসি মশাগী বাখন্দগী ওইবা নত্তে। পলেম-পম্বৌ অনীগী থৌজান্দগী তৌজখিবনি। শাউবিবগনু হায়জখি। মতাং অসিদা অশীবনা খনখি। ঐনা তৌবিবা থৌওং অসিদা ইনাউনুপীনদম ইকাইবা পীবে হায়না ইকাইবদুনা মশানা শেমজবা মালেম অশাদুম থম্লবোই থুগাইবগে খল্লক্লদনা মালেম ফুকপা হৌবক্লবদা মপা কুর্কাশদবনা থৌবাঙ পুম্নমক মাঙবা তাবে খল্লদুনা মচাদা থেম্লকখি। পাবি ইবুংঙো নঙ শাউবনু, কংলাগী মেন ফম্বাল অসিদি ইপানা ননাউদা পীথোক্লু বে। থৌবাংগী মপু ওইবিবা নপা ঐগী যাথং ওইখ্রবনা হন্দোকফদ্রেদো পাবি। অদুনা ননাউদি মালেম শঙবা ওইবশনু। মদুগা পাবি ইচাগীদমক্তি অথোইবা মেন ফম্বাল অমা পীবগে হায়না তার্কাপদুনা তাইবঙ যুমথোঙ খুদিংগী সম্থোঙ কাদা ফমদুনা মীগী নিংথৌ ওইদুনা তাইবঙ মীনা কুমগী অনৌ-অপেৎ কৎলকপবু ইচাগা চাকচা ওইববো হায়না থৌজার্লবিববদা অশাবনা শান্দবা নেমখিদুনা তাইবঙ যুমথোঙ খুদিংদা 'সম্থোঙনিংথৌ অপাপ্পা' কৌনা তাইবঙ মীগী নিংথৌ ওইখি। অশুম্না লাইযাম্না মালেম শের্মখিবগা থৌওং অদুবু তমদুনা পাখংবনা মেন তোংবা মতমদা হবাউ তযাম্না কংলাদা হবাউবা যোংদোক্লখিবা অদুবু 'লাইহবাউবা' হায়বা লাইথৌগী অসিগী হওবকফম ওইখি। মতাং অসিদা অশীবা অমদি লাইশ্রা, হাবৈমা ৭না ভাংনাখবা বাবোলাশংদু লাই হবাউবগী লাইবোই নুমিত্তা 'ঔগ্রী' হায়বা অদুগী মতাংদা পাঙথোক্লক্লনি।

হার্যবিবা থৌবম অসিগী মবমদা 'পাখংবা ফানখোঙ' কৌবা পুযাদা অশুম্না পল্লি- " . ... . লাইযাম শেম্বা লোইববদা লাইযংথৌ শিদবা মপুনা কোলোয বাহোমলকএ। পাবি অশাবা নঙগা, নশানৌ কোঞ্জর্নতিংথোকপগী নাপংঙাদ নোংথৌমখোঙ কোযঙাম্লও। হান্না থুংবদা মেন ফম্বাল পীঙামগে হাযঙৈদা অশীবগা লাইবেল কোঞ্জম্বগা হনবাযবকএ। অশীর্বাদ পাম্বা তোংনা মালেম খোঙশানখিএ। লাইবেল তাউবোইনাইদি (কোঞ্জর্নতিংথোকপা) মাকপ্লে। লৈশ্রের্নশিদবীনা উঙাম্লবদা কোলোয নুংওনবাবু পাওগৌবক্লে। পলেম্না কোলোয তার্কাপিগে। পাবি নপন হাল্লেল হাম্বা মপুগী মেন ফানখোঙদুম কোযঙামও। অদুনোংগী পলেমগী কোলোয ইন্না লাইবেল খোঙশাল্লবগা। মপন ফানখোঙবু ৭লক কোযবে। কুরু মখোঙখাদা মানবী খুদপ্না মুকমু লৈতোল কোন, চবৈ ঙকশিন্না

খোইযম লাইকোকহন্বা ও (ইতৈ ইবুংঙো ঙাইবিখো ঙাইবিখো) যাংগেল শন্বা শ্যাও শ্যাও (নথৌ পাঙথোক্লুবা ইবুংঙো অমুক্তা লেপ্লিখো)। তোকপগা, কাম্বগা, কৈগা য়েনগা কাওনবা, যেনখোংফত্তে চাশিল্লু, লাইগী যেন্নি চাফদে (ইতৈ ইবুংঙোগা ননাউগা লাম্বা নত্তে। ইতৈনা তোকপনি, ননাউনা যেন্নি। শোযদনা ইতৈনা হাৎলগনি। অদুবু নন'উনা অনীংবা তৌবা নত্তে। ইমা লৈম্রেনশিদবিনা তাকপদগী তৌবনি)। লীকশাবি লীকশাবি লীক্রু লীকশং তম্ফা পবেং, আগ্ন খুজি সনা চোমং, (ইতৈ ইবুংঙোগী নথৌ অদু, খোইযুম নথৌ ওইববশু ননাই ঐখোযগী ইবুংঙোদি ননাউ নুপী ঐখোযনা লীক্লাং পবেং লেংবগুম, নিংথিববা খুন্তা সনাগী খুজিনা শিবগুম, চবৈ কোক্তা খুম্না থৌগল্লি। ইতৈনা শোকপিবগনু।)

"খোইযম লাইকোকহনবা হুযাই শেনগোযনীকএ। অদুনেংগী পাযমা নীংখলএ। ঐনা শেন্বা মালেমসিদুম থল্লবোই হাযনা তক্লৌশিদং শোন, মালেম খোঙথীন্না অবাং চিবা পায মখা চিবা নমথবক্লে। অদুনোংগী কুরু চোংথোক্লে। পাবি ঙাইখমখিও। মালেম মাঙবা থোক্লে। পাবি ওন্দোখিও। লাংলেল কোংযাং বাপিহনও পাযমা নুংওল্লগুনো। নঙনা মালেম মবোল ৯গী খোইযুম লাইকোকহনবা ওইও। নমু যুমথোঙ খুদিংগী সনথোঙ কাজাউ যানা লৈখামও। লোইদাম থাজ অনৌবনা হেকমাই কাবকপা, লাংতে কশাং খুদংদা হৈবাং পুংগা থোন, থাজ নৌহৌনা লৈবাং লৈহন তমশুনো। নমু যুমথোঙ খুদিংনা খাযজানা কৎশুনো। ইপানা কোলোয নমিং থোন্নিঙামগে। সনাখাইজেং অহন্বা কৌঙামলে"। অশুম্না মালেম শেন্বা, নুমিৎ থা থবানামচাক শেন্বা লোইববদ পাখংবনা (তউবোইনাই/কোঞ্জিংতিংথোকপা) কংলাদা মেন তোংবা মতমদা লাইযাম্না হবাউবগী থৌবম পাঙথোকখি। অসিগা মতুংদা লৈবাক অসি চাংনা কোযশিন্দুনা লৈবা ওইবনা চীংদগী চেন্থবকপা ঈশিংনা তম্পাক্কী লম অসি থুমখ্রবদা খ্বাইদগী বাংবা চীং, কৌব্রুচীংদা চেনখৎতুনা লাইযাম পুম্নমক খুন্দাখ। মফম অদুদা অমুক লাইশিংনা হবাউ তাযাম্বগী থবক অস কুমশীং খুদিংগী তৎপা কংবা লৈতনা, পামেল উবৈ বাবৈ শংবা মতম, যেন্নীংপান্থা ওইবকপা ফাইবেন থা খুদিংগী হবাউ মথোই তোংনা শান্নদুনা লৈখি। অশুম্না লাইশিংনা শোবাবেন্দা (কৌব্রু চীংদোন্দা) হবাউবা অদুবু চীং অসিগী চীংখোঙদা খুন্দাবা চকপা ফুরুপকী 'শবাংবা' হাযবা শাদাম্না নিপা অমনা শা তাম্বা চৎপদা থেংনকই। মদুদা লাইশিংগী কুম্মৈ অদুবু পাম্লবদুনা মহাক্না তম্পাক্কী ঈশিংনা কংখ্রবদা অমুক লাইশিংগী মতৌ তমদুনা হবাউখি। অসিদগী অমুক, লাইশিংনা মোইবাংদা লৈশেম-খুনশেম্নবগীদমক তম্পাক্তা কুমথদুনা

হবাউই। অশুম্না মালেম লৈমায অসিনা ঈশিং মপুংফানা কংখ্রবদা কংলৈ পুংমযোল, মবম থিংগ্রু চীং, কংলাদা অমুক হন্না হবাউ তযাম্বগী থৌবম তৌখি।

**লাই হরাউবদা মাইবা, মাইবী, পেনাগী মফম:-**

খুন-নাই অসিগী পুন্সিবোল্দা মপুংকাবা শক্তম অমা লেপচদুনা লাইশিংগী মতমদগী ঙশিফা হবদা লৈবাক্কী মীযাম্না থাজন। যোক্কুনা লাকচবিবা 'উমংলাই হবাউবা' হাযবা লাইথৌ আসদা লাইবন্নেলগী থাকপু মমুংতানা খণ্ডহন্নবগীদমক অচৌবা থৌদাং লওবিবা মাইবা, মাইবী, অমসুং পেনা হাযবা লাইথৌবোয ৩ অসি কনানো অমদি কবস্বা থাক্তা মথৌ পাঙথোক্লিবনো হাযবা নৈনবদা ৩ঙাইফদবা ওইগনি। অদুনা অহান্বামক্তা মাইবী হাযবসি কনানো ? অমদি মহাক্না লাইথৌ আসদা কবি মথৌ তৌবিবগে হাযবদু তাবুনুংদগী খবদং চিংথোকচক্কে।

**মাইবীগী শক্তম অমসুং থৌদাং:-**

মৈত্রবাক্কী শল্লাই ৭না শাবা ফকুপ অসিগী পুন্সিদা 'মাইবী' থোইদোক্না মরু ওইবা শরুক্লি। মাইবী হাযবা মীশক অসি হওবকপদগী মাগী মথৌদি শেমগৎ শাগৎপনি। অদুগা মহাক্তে তেংবানবব শেম্বীবা মপুগী খুৎশেমদগী থোকখিবা তাইবঙ পান অসিবু যাইফনবা শীনবদা মরু ওইবা থৌদাং অমসু লওবিবনি। অমসুং তাইবঙপানবা আসিবু শন্দোকপা অমদি লোম্নাইদবা ওইহল্লিবা মশক্লি। অদুনা ঙসিগী মাইবী হাযবা অসিনা হওবক ওইবকপগী মবীদা পুযানা যুম্ফম ওইদুনা মখাগী লাইবিকশিং অসি নৈনবগীদমক লওখৎপা যাগনি। মদুদি (১) অমাইবগী মশিল, (২) তাইবঙ শিবা তম্বা। (৩) লংমাই লংবোন থিবেন, (৪) শঙ পানবগী মশিন, (৫) পানথোইবী খোঙ্গুল, অমদি (৬) উমংলাই হবাউবা, অসিনচিংবা। হাযবিবা লাইবিকশিংসিদা মাইবীনা হওবক ওইবকপা অমদি মাগী মথৌশিং নীংথিনা তাক্লি।

---

⊙ শোবাবেন লমদম অসিগী অখঙ-অহৈশিংনা অৱাংবা চীংগী মথকপু শোবাবেল হাযনা কৌনবস্মী। অদুনা কৌব্রু চীংদোনবু শোবাবেল কৌই।

## অমাইবগী মশিন নত্রগা মশিন:-

'মশিল' হাযবিবা পুযা অসিগী মতুং ইন্না তেংবানবগী মপুনা তাইঙপানবা অসি শেমগৎলকপদা লাইশিংবু হান্না পুথোকখি। অসুন্না মালেম শেল্লকপা মতম ফাওবগী মনুংদা লাইশিংতনা থবক কযামকম তৌবকখি। অদুনা লাইগী মতমসিদদি থোইদোক্লা মাইবীগী ওইবা মশক অমা খাযদোক্লুনা লৈবমদে। অদুবু মালেম শেম্বা মতমদা সনা মহীনা বাবা মতৌদু তেংপানবগী মপুনা থাগৎলুবদা মযাম্নানা মালেম শেল্লিবা অসিগীদমক বানা তেংবাংজবিবা পাখংবনা শাউদুনা মালেম চাইখাযবক্রবদা, মাইবীগী মশকপু ইহান হান্না ওইখিবা 'নোংথাঙলযমা' পুথোকখি। লাযিংথৌ অশীবনা মালেম শেম্ববু পাখংবনা থুগাযববদা নোংথাঙ লযমনা পাখংববু ফাজিন্দুনা থন্নগা অশীববু লযশেম্বা ঙমহনখি। অশুন্না শেমগৎ শাগৎপগী মপু ওইবিবা সনা মহী অমসুং নোংথাঙলযমা অনিমক মাইবীগী মশক্তা থোবকখি। লাইযাম পুন্নমক পুথোক্লুনা মালেম শেম্বা লোইববদা তেংবানবগী মপুনা মাইবাগী অহানবা মিংগৌ ওইবিবা 'যোইবেন' হাযবা মমিং অসি পুথোবকই। অশুন্না তেংবানবগী মপুনা তাইবঙপানবু নাংথি ফজনা শেম শানবগীদমক পুথোকই হাযবগীদমক্তা যোইবেন (ফজবা-নিংথিবা) হাযনা কৌবিবা অসি তাইবঙপান্দা মথৌ কাযদনা তৌহৌনবা লোযশঙ ওইনা লিংগে নীংদুনা লিংবিখি। অসশুম্বা শঙ অসিবু মথৌ তৌহন্নবা তাইবঙ মপুনা মচানপা অশীবা অমসুং কোঞ্জিন তিংথোকপা মচীন মনাউ অনীবু তাইবঙপানবদা অমাইবা অমাইবীগী মথৌ তৌদুনা তাইবঙপানবু শেল্লুবো হাযনা থাবকখি। অশুন্না কুকাশদবনা ময ঈশিং নুংশিৎনা যোমদুনা নোংদো দগী হুমথবক্লুনা মালেমদা শঙ অমা খিল্লবে। নোংদোন্দগী হুমথবকই হাযদুনা খিল্লিববা শঙ অসিগী মমিংবু 'নোংহুমশঙ' (কংলাগী মনুংদা লৈবা মফম অম') হাযনা কৌই। অসুন্না নোংদোন্দগী যাব্রা কোনখাংগা লোযননা তাবকই হাযবদি 'যাবা' হাযবদি লাইনিংথৌ সনা মহীবু হাযবনি। 'কোনখাং' হাযবদি 'কোঞ্জিনতিংথোকপা পাখংববু' হাযবনি। যোইবেন্না হাযবদি ফজবগী মতৌবু খুন্নুং লোন্দা "যোইবেনবা" হায। অদুনা তনৌ-তনৌনা, তথোৎ-তথোৎনা নীংথিবা মশক ওইনা ফাওববে হাযবগী মাইবীগী লোযশঙ অসিবু যোইবেন লোযশঙ হাযনা কৌবে।

তাইবঙপানবা অসিবু অফ নুঙাই ওইহনগে হাযবগীদমক মালেমগী মচি পুন্নমক্তা লৌবিবা পুন্নমকপু শিনবা থুংনা যেংশিন্নবগীদমক লাই তনা (১) সনা মহী (২) পাখংবা অমদি (৩) নোংথাঙলযমা, লাই ৩ অসিনা মফম কদাইদা

অব্রাৎ অপা লৈবিবগে হাযনা মানা মানা থিবে হাযবগী মাইবা মাইবীগী মমিংবু থোল্লে। পাখংববু মানা মানা থিবগী "মাবজিং" কৌই। অদুনা মাইবগী মমিং অসিবু "মাবজিং" হাযবগসু খঙনৈ। সনা মহী নোংথাঙলযমা অনিবুনা "মাইবী" ওইবে। অদুনা মাইবীগী নুংগী ওইবা মশক্তি সনা মহী অমদি নোংথাঙলযমনি। মতাংদা খঙগদবা অমনা সনামহীনা মাইবী ওইবদি 'তাইবঙশিবা তম্বা' হাযবা পুযাগী মতুং ইন্না মপা কুর্কশিদবনা তাইবঙমীবু শিহন্নবা মাইবীগী মতৌ শাদুনা লাইগী পাউ চেল্লুবো হাযনা থাবকখিবা অদুর্বুনি। অসুন্না মাইবা মাইবীনা তাইবঙপানবগী অফথৌবাঙ অসি মালেমদা শীনবীবে। মরু ওইনা মাইবীগী মথৌ তৌদুনা লযশেম- নোংশেম্না অমদি তাইবঙ থব্রাযবু শেমগৎনবা মথৌ তৌবিবদি সনা মহী ১সুং নোংথাঙলযমনি। অদুনা তাইবঙপানবা শেমগৎপদা নুপী হাযবা অসিনা অচৌবা থৌদাং লওবনা মাইবীগী মথৌদি শেমগৎপা অমদি যাইফনবা মশাক্র। সনা মহীনা মালেম শেম্মা তাইবঙমী শাই। অদুনা মাইবীগী মরু ওইবা মথৌদি শেমগৎ-শাগৎপনি। লাইনিংথৌ সনা মহীনা মালেম শেম্বা মতমদা কুকনা বা ওইবিদে হাযনা পাখংবনা শাউদুনা মালেম শেম্বা যাহন্দনা চাইখাযবক্লবদা নোংথাঙলযমনা নীংথিজনা শের্মজিন-শাজিন্দুনা শেমগৎপগী মশক ওইবি। অদুনা হৌজক ফাওবদসু মাইবীগী মরু ওইবা মশক অমা খঙনবগী কাঙলোন ওইবিবা শঙলোন ৩ হাযবদি লাইবোল ৩বু শিজিন্নবিবা শঙফম অহুম (১) শঙলেন, (২) লংমাই, অমসুং (৩) ফৃবা হাযবিবা অসি নোংথাঙলযমনা পুথোবকপা মশক্লি। নোংথাঙলযমনা লাইগী ওইবা শিন্থাসি তাইবঙপান্দা পুথোক্লুনা মপান্থোংদা খঙহল্লগে নীংদুনা চোংথোবকই। তাইবঙপান্দা ফাওবিবক্লবা মতমদদি নোংথাঙলযমা হাযনা কৌবা মিংথোল অসিদগী পান্থোইবী হাযনসু খঙনবে। মতাং অসিদা 'পান্থোইবী' হাযনা খঙনবিবা অসিদি 'পান্থোইবী থোঙ্গুন' কৌবা লাইবিক্তা যাওবিবা 'তংগানুবী' হাযবা পান্থোইবী অদুদি নত্তে। মিংগৌ অসিদি মপান্থোংদা লাইগী থৌবাং পুম্নমকপু খঙহল্লগে হাযদুনা ফাওবিবকই হাযবদগী কৌবা মিংগৌনি। অদুবু মাইবীগী মশক ওইবক্লিবা নোংথাঙ লৈমগী লাইচক্তদি পান্থোইবী হাযবসির্মদি অদুম্মক লোযদুনা লৈ। অসুন্না মাইবীগী মবোল-মবি তম্বীনবা নোংথাঙলযমনা পুথোবকপা শঙফম ৩ (শঙলেল, লংমাই, ফৃবা) অসিগী মমিং অসি কবিদগী কবম্না থোনখিবনো হাযবগী মতাংদা "মাইবগী মশিন" নত্রগা 'মশিন' কৌবা লাইবিক্তা অসুন্না পল্লি।

**শঙলেল:-**

নোংথাঙলযমনা কুর্কশিদবা অমদি ইমা লযমবেন শিদবীগী পাউতাক যাওদনদি থৌবম পাঙবা ঙম্লবোই হায়না খন্দুনা বাখন রানা লৈববদা কুকুগী লযমবেনগী মশকপু ঐনা শঙলুগে হায়না নীংলদনা 'শঙলে' হায়বগী লাইবোল অসি পুথোকখি।

**লংমাই:-**

নোংথাঙ লযমনা কুকশিদববু মপুগী থৌবম পবেংবু কবম্না পাঙথোক্লদবনো হংগে হায়না কুকুগী নুংফৃবা মনুংদা চঙদুনা যেংলুবদা কুক লৈবমদ্রবগী মালেমদদি কুকবু থিবা ফংদবে। অদুনা কোবও নোংদোন্দা অমুক কাখক্তুনা থিবগে হায়না নীংলদনা নোংথৌ লযবাক্তা অমুক লংখৎলক্তুনা থিবে। অসুম্না মালেমদগী নোংদোনথক্তা লংখৎলক্তনা কুকুগী মফম্বু কদাইদনো হায়না থিকই হায়বগীদমক 'লাংমাই' হায়বা মাইবীগী লাইবোল অসি পুথোকখি।

**ফুরা:-**

অসুম্না নোংথাঙলযমনা কুকুগী থৌবাঙ মযাম অসিবু কবম্না তৌদুনা শিন্থা চৎকদবনো হংগে হায়দুনা কুকুগী লৈফমবু কদাইদা লৈবিবনো হায়না মমাঙৈঙদা কুকনা যাবা কোনথাং কৌবা লাইনা ময-ঈশিং-নুংশিৎ ওগা লোযনন। শঙ ওবু পুথোকপিনবগীদমক্তা নোংথক্তগী নোংলৈ ওইনা হুমথনক্তুনা মালেমদা খির্নাখিবা নোংগুম শঙগী 'নুংফবা' মনুংদা, হায়বদি নোংহুমশঙগী মনুংদা চঙদুনা কককু থিকই। অদুবু কুবশিদবদি মফম অদদা লৈবমদবে। অসুম্না কুর্কশিদবগী নুংফবা মনুংদা চঙদুন থিকই হায়বগী 'ফবা' হায়বা মাইবীগী লাইবোল অসি পুথোকখি।

### সনা মহীনা ওইবা মাইবী:-

অসুম্না লাইগী মতমদা মাইবীগী মথৌ পুদুনা শেমগৎ-শাগৎপা হাযবা অসিগী শিন্থা কযা তৌদুনা অমদি মাইবীগী শঙ পুথোক্লুনা লাইবোল কযাশু পুথোক্লুনা মাইবীগী কাযাৎ অমা নোংথাঙলযমনা শেন্বা লোইববদা কুব্ক্শিদবনা তাইবঙপানগী কুম্মৈ হৌদুনা মালেমদা মাইবীগী মথৌ পীবগে খনখি। অদুনা মচানীপা সনা মহীদা মশানা শেমজবা মালেম অসিদা লৈননবা তাইবঙ মী শাবো হাযনা তাকপিদুনা শাখি। অশুম্না তাইবঙ মী অসিনা মালেমদা পাল্লক্লবা মতমদা কুব্লুনা তাইবঙগী পুন্সি পীদ্রিবা মতম ওইবনা তাইবঙ মীশিংশি অসি অনা হাযবা অসি লৈবক্তবদগী মীগী মশীং অসি হাযনিঙাই লৈতনা যার্মশিল্লকখি। মসিদা তাইবঙ মীনা শিবা নাইনবা হোৎনবকপদা সনা মহীনা মাইবী ওইখিবগী ৱাৱী অদু 'তাইবঙ শিবা তন্বীবা' হাযবা পুযাদা অশুম্না পল্লি।

### তাইবঙ শিবা তন্বীবা:-

তাইবঙ শিবা তন্বীবা হাযবা লাইবিক্কী মনুংদা লাইনিংথৌ সনা মহীনা মাইবা ওইখিবগী মতাংদা অসুম্না পল্লি। নোংমগী নুমিত্ত মালেম লযবোন হনবীনা কুব্ক শিদবদা হার্যখি। ইযুশিদবা ইবুংঙো ননাই ঐদি নমুতাইবঙ মী অসিনা যাম্মনখিবনা মালেম অসিবু পুবা ঙমদবে। ননাইবু কবম্না অবাবা খাঙজৌগে ' মপুনা নোংদম্বীযু হাযনা হঙ্গচ্চববদা কুব্ক্শিদবনা হাযখি 'ইবেম্মা ঐনা নঙগী অবাবা কোক্লবা শীল্লগে হাযনা তাকপিদুনা মচা ৩ (অতিযাশিদবা, সনামহী, পাখংবা অহুম্বু ) কৌদুনা তাকপিখি' পাবি ইবুংঙো অতিযাশিদবা নঙনা তাইবঙ পানবা অসিবু বাযেন্দুনা মবম লমলে মদাইমা খাবম পাংবা মাযকযদা খম্নুং লযবাক্তা থাঙঙালাইবমপাৎপু ৱাতেম্না, কম্লোং লাইবমপাৎপু ৱাহম্না (তাইবঙপানবনা মানা মানা তৌবকপা লমচৎকী মতুংইন্না অচুম অবান বাযেনদুনা) নমিংবু শৱা কংলৈ পুংফাবা, লযনুং থোঙঙাবেন কৌনা শালোল্লুবো। অদুগা তাইবঙপানবু অথেঙ অঙন যেংনা (নহা অহন খাযনা) তাইবঙ মক লোক্তনা অপোক অসি খাযবিক্লবো' হাযনা মচানিপা অহন অতিযা শিদবদা তাকপীখি।

অদুগা মচা যাযমা সনা মহীবুনা 'পাবি নঙনা মোম্নু শালোল ওইনা খোইযুমগী পাউবু তাইবঙদা চেন্দুনা খঙহল্লুবো। নমিংবু শবীক চোমজাউ সুবী কৌনা শালোন্দুনা খোইযুম নথৌ তৌব্লবো'। অসুম্না তাইবঙদা মাইবীগী মশক ওইনা খোইযুম লাইপাউ চেন্দুনা তাইবঙ পান্দা মথৌ তৌহন্নবগীদমক মাইবী

ওইনা থাবিবক্লে। অসুম্না লাইযিংথৌ সনা মহীনা মাইবীগী মশক ওইনা লাইগী অবোনবা পাউবু তাইবঙপান্দা খঙহন্দুনা লাইবাউ চেনখি। অদুনা মাইবী হায়বা অসিনা লাইবাউ চেন্দুনা তাহনবগী মথৌ তৌবিবা অসিগী নুংগী ওইবা মশক্তি সনা মহীনি। অদগা নোংথাংলযমনা ওইবা মাইবীনা জগোই-ইশৈ তৌদুনা পাখংবগী পূক্লীং ফাখিবা অদুগী মতৌ অদুনি। হাযবিবা মাইবী মখল অনিসিগী মথৌ অদু উমংলাই হবাউবদা পুন্না যাওবির্বনি। হাযর্বদি লাইবাউ চেম্বদা শবীক পাযবিবনা সনামহীগী শাযোন্নি। অদুগা লাইবৌদা থোক্লিবা মাইবীনা নোংথাঙলযমনা ওযবা মতৌনি।

অদুগা মচা অতোনবা কোঞ্জেনতিংথোকপদনা তাইবঙগী মথৌ তৌবদা শিন্তাক শিন্দম্বীবা অমাইবা ওইনা মামংবু 'কোন্দে নাকথংমাই' হাযনা কৌদুনা তাইবঙদ শালোল চৎলো হাযনা থাবকখি। অশুম্না অমাইবা কোন্দে নাকথংমাইগা শবীক চোমজাউসুবী মাইবীগা অনিনা তাইবঙ পান্দা লাক্লুনা তাইবঙ মীশিংদা হাযখি 'হে তাইবঙশা, ঐখোযদি লাইগী অমাইবা অমাইবীনি। অদুনা তাইবঙ নঙখোযগী অফ ফত্ত পুম্নমকপু খঙবা ঙম্মী' হাযনা মীশিংদা হাযখি। অসুম্না কোঞ্জেনতিংথোকপগা লাইযিংথৌ অশীবগনা অমাইবা অমাইবী শাদুনা চঙলকই। শবীক চোমজাউসুবী মাইবীনা তাইবঙ মীশিংগী মবুক্তা খল্লিবা পুম্নমক্ক উদুনা, পুম্নমক ফাওনা হাযবকখি।

অসুম্না তাইবঙ মীশিংনা মানা মানা খল্লিবা, নীংলিবা পুম্নমক চুম্না হাযবক্লবদা অমাইবীগা মপাউ অসিবু থোইদোক্লা থাজনখি। মাইবীবু তাইবঙ মীশিংনা মবুক্তা থোইদোক্লা থাজবক্লিবা অদুবু মুন্ন খঙলবদা মথংদা অমুক লৌনম অমা তৌবদুনা, কুকশিদবনা তাইবঙ মী শিহল্লু হাযনা থৌদাবিবকপগী মতুং ইন্না থৌবমদুবু মপুং ফানবগীদমক্তা হাযবকই। 'তাইবঙ মী নঙখোযনা খঙদ্রিবা থোইদোক্লা নুংঙাইখ্রবা থৌওং অমা লৈবি' হাযনা অমুক লৌনম তৌবকই। মসিদা মবুক পেল্লবা তাইবঙমীশিংনা মাইবীনা হার্যবিবা অদুদা থাজবদুনা থৌবম অদু কবিনো তাকপিযু হাযনা তর্কশিনখি। মদুদা মাইবীনা হাযখি 'নাবা' হাযবা অমা লৈবি। অনাবা হাযবা অসিদি যাম্না নুংঙাইখ্রপোৎনি। নাবু নাববদি 'অহাও-অথুম যাম্না চায' হাযববদা মাইবীবু থাজবিবা তাইবঙশিংনা মবমদু তাকপিবো হাযববদা মাইবীনা তাইবঙ মী অমবু নাবো হাযনা হীপহল্লে। মতাং অসিদা পাখংবনা শাল্লোনখিবা 'কোন্দেনাক থংমাই' হাযনা কৌবিবা অমাইবনা তাইবঙ মী অদুবু অনাবা ওইহল্লে।

অসুম্না নাহল্লবা তাইবঙ মী অদুগী মশাদা তৌবিবা অনাবা অদুবু লাইওং খঙনবগীদমক শবীক চোমজাউশুবী মাইবীনা চবৈ ফিঙৌনা মকোক খুমজিল্লগা শবীক খীংদুনা নাবিবদুগী মওং পুম্নমক হাযবকই। তাইবঙগী মশাদা তৌবিবদু শোযনদনা হাযবকপদুদা তাইবঙনা থাজবদা ঙমখৈ লৈখিদবে। অসুম্না নাবিবদু লাযেংদুনা যহন্নবগীদমক্তা লাইদা খুকুম খাজঙনবনি হাযনা অহাউ অথুম যাম্না লাঙহন্দুনা অনাবদুগী মমাঙদা থেন্দুনা থম্মী। অদু শুম্বা অচা-অথকশিংদু লাইদ খুকুম্বা লোইববদা অনাবদুদা পাজ পাথক তৌদুনা চামীন থকমিন্নে। অসুম্না নোংম নানি নাকুবদা চাবা থকপা যাদবব্ লাইদা খুকুমদুনা নাবা ফববা মতমদা অহাউ-অথুমশিংদু চাবদা হাউববদুদদি তাইবঙশিংনা নাবা হাযবসি যাম্না পাম্নবে। অহা৮ অথুম যাম্না চাবা ফংবসিদা তাইবঙমীশিংনা মাইবীবু যাম্না থাজনবে।

মখুক পেল্লবা তাইবঙমীশিংগী মতৌ অসি উববদা কোন্দেনাক থংমাহ অমাইবনা তাইবঙমীশিংদা অমুকসু সিহন্নবগী লৌনম অমা অমুক হাযবকই তাইবঙমী নঙখোযনা নাবিবা অসিদগী অমুকহেন্না নুংঙাইবা অমসু লৌব। মদু তাবদা তাইবঙমীশিংনা থৌবম অদু খঙননবা তকশিল্লক্লবদা মাইবনা হাযখি াসদগী হেন্না নুংঙাইবদি 'শিবা' হাযবা অম লৈ হাযখি। নুংঙাইবা থৌওংতনা মথং মথং ওইবকপনা লাইগী মবৌদি খঙদবা তাইবঙমীশিংনা লাইনা হাযবিন্দু থাজখিদুনা. হাযবিবা অদু ঐখোযদা ফংহনবীযু হাযনা তকশিল্লবদা মাইবনা হাযখি শিবা হাযবা অসিদি নঙখোযনা নাবদা নুংঙাইবদগী যাম্না হেন্না নুংঙাই, অচা অথক, ফি বোল যাম্না ফংঙ হাযনা খঙহল্লবদা তাইবঙমানা তাকপিবো হাযবে। মদুদা মাইবনা হায, অদদি অচা অথক যাম্না পৈবো হাযনা পৈহল্লে।

মদুদা অমাইবনা হাযবকই ঐনা শিববা অসি তাইবঙ নঙখোয মুম্না যেংঙু। অদুনা ঐনা হীপ্পচনবা কু অমা শাবো হাযনা তাইবঙশিংবু শাহল্লে। অদুগা কু অদুগা মনুংদা হীপ্পগা ফিঙৌ কু পুনা, তাইবঙমী নঙখোযনা কু অসি লমজাওদা পুথোক্লুনা ময থাবো হাযনা তাক্লুনা তাইবঙশিংনা তৌবে। মদুদা লাইদি কু মনুংদগী কুম্লক্লুনা যুমদা হঙিল্লক্লগা ঙশাই অহাউ অথুম মযাম পৈবিবা অদু চাদুনা তাইবঙমীশিংগা নুংঙাইমিন্নে। পোৎ চয শিংদুনা শিবিবা লাইনা ফংখি। অসুম্না লাইগী লাইবাউনি হাযজিন্দুনা লাইনা তৌবিবদু তাইবঙমানদি খঙদবদগী থোইদোক্লা থাজখিদুনা, ঐখোযদা অসিবা অসি পীবিবো হাযনা মাইনা মাইবাদা তকশিনখি। মদুদা লাইশিংনা মতাংচাবে খন্দুনা তাইবঙমীবু বাশক হল্লগা অমুক হন্দোকপা

যাদনবা থল্লবা মতমদা হায়বকখি, অদুদি নঙখোযনা ব্রাশক্রুনা যাববনিন্না অসিবা অসি লৌজহৌবো হায়না পীবল্লগা লাইদি লাইবমলেন্দা হনখি। অসুম্না মাইবীনা লাইগী পাউবু তাইবঙমীদা তাহন্দুনা থাজহনখিবদগী মাইবীগী মপাউবু তাইবঙনা অচুম্বনি হাযনা লওনবকখি। অসুম্না ম'ইবী হায়বা অসিনা তাইবঙ অমসুং লাইশিংগী মবক্তা লৈনবিবা মর্ী অদু খঙহন্নবা শরুক অমা ওইখি।

## লয়মায়হনবী মমাইবী নত্রগা খোম্লেন মঙজঙথৌবী:-

মাইবীনা মমিং অসি কৌদুনা লৈবা মতমদা মখোযনা তাইবঙপান্দা উবা ফংদবা পোৎপু উননবা হোৎনবদা থোনবা মমিংনি। হাযনিবা মিংথোন অসিবু কৌখিবদি পান্থোইবীদনি। মতাং অসি 'নুমিৎ কাপ্পা' কৌবা লাইবিক্কী মনুংদা থেংনৈ। নু'মৎ মনাউ অতোনবা তাউদনববু থিবা মতমদা তাউদনবগী মচননুপী 'পান্থোইবীনা' মাইবীগী মথৌ তৌখি। খ্বাই নোংজেংবম পিবানা, নুমিৎকী মশকুম্না যাম্না মতীক- মথৌনা লৈনা তাউহুইবেং অমদি মনাউনীপা তাউদনবনা পানবা মতমদা খাবা নোংজেংবনা মীনাই ওইনা লৈবদগী মথৌদা পোথাবা ফংলক্রবদা শাউলক্রুনা নুমিৎ মযাম্ববু তেন্না কাপ্পুনা হাৎনবা হোৎনখি।নুমিৎ মযাম্বা তাউহুইবেংগী শাদোং শগোন্দা তেন্না পাল্লবদা শগোনগা লোযননা চেন্দুনা লোৎখি। শগোন শিখি। নুমিৎ মনাউ তাউদম্বশু লোৎখি। অসুম্না খাবগী মতৌ অদুদা মাযথীববা নুমিৎ মচান-মনাউনা কিবদুনা লোৎখ্রবদা, লযবাক্কী অঙম- অথৌ ফমনাইবশিংনা নিংথৌ পান্দ্রবা লযবাক ওইদুনা যাম্না ব্রানখি। নিংথৌগী মনাউবু কোর্যাথিথবদা ফংলক্রবদ নিংথৌগী মচন্নুপী পান্থোইবীদা নিংথৌ পোংবা ১০না মঙচঙঙু হাযখি। হাযবদি লোৎখ্রবা নিংথৌগী মনাউবু মঙদা উবদৌনা উনবা যেংঙু হাযনা হাযবদগী মঙচঙখি। অসুম্না মঙচঙবদা পোৎলম কযামকম যাওনা অথেনপোৎ শেল্লগা পান্থোইবীনা মকোক্তা ফিখুমদুনা মমীৎ উইশিল্লগা যেংবা মতমদা নুমিৎ মনাউবু উবা ফংখি। অসুম্না মতম অদুদা লাইশিংনা তৌখিবা থৌওং অদুবু হৌজিক ফাওবদা মাইবীশিংনা মঙদাবা হাযবা থৌবমদা কাযদনা অদুম্মক শিজিন্নবি। পান্থোইবীনা অমাইবী ওইদুনা খোম্লেন মঙচঙবা মতমদা চঙখিবা পোৎচঙদা 'পাগী পাবম তাবনা পাথোম ৭ থোম্মো, নুগী নুবম তাবনা লাক ৭ শাউ। পাথোম্বনা পথোম্মো, লাকশাবনা লাক শাউও' হাযখি। হাযবিবা থৌওং অসিদা পল্লিবা ব্রাফমশিং অসিনা মাইবীনা মঙচঙবদা নীপা-নুপী যাওদবা যাদে হাযবা খঙহল্লি। নীপাগী ওইবা পোৎলমশিংদসু মশীং ৭ শুনা হাপকনি। হাযবদি পাথোম ৭ থোম্মো হাযবনিন্না

হাৎপা-তুপ্পা কযামকুম তৌকবা পুম্নমক অদুগী তীনকোক লাইকোক্লবা তৌবা থৌবাংঙদা নুংগী ওইবা থবক কযা শেমজিন-শাজিনবদা মথৌ তৌবদগী লযনুং মমাইবী কৌখি।

**লয়হৌ মাইবী:-**

হায়বিবা মিংগৌ অসি "লংমাই লংবোল থিবেল" কৌবা লাইবিক্তো পানবা থেংনৈ। লাইবিক অসিগী মনুংদা অসুম্না পল্লি ".................. মৈতৈ লযবাক অসিগী ঈবাং খৌনি, অশক অশোন, য়াহায থৌথা, অসিবু খেক্লবকপগী মরম অদুবু হায়গে। তাইবঙপানবা অসিবু কবিসুং লৈতবিঙৈদা ওইবঙ পানবা অসিবু লাই অথোইবা অদুনা তীল লাই থবায পাল্লিবা অচৎপা অবেংবা খৈবিক্তো মহাক্তো চিংশিন্দুনা মতুম অমত্তগী মশক ওইনা লৈববদা মমিং থিবেল কৌএ। মচু অঙৌবনে। অসুম্না চহি কুমশিং হক্লা যাম্না হওখিববদ তাইবঙ পানবা ১বুল ইগী লাইকপ শিদবনা মতৌ নেংদম ওক্লবদ মতুম অমত্তগী মশক ওইনা লৈবে। ম্রদদগী অসীবা, কোঞ্জিনতিংথোকপা, অতিযা তগী খোঙহও শানখবে হাযনা কাযখিবনে।

খে ঙশানখিবা অদুনা লাই নামুংবা অদুগা থক লাউনা পোখাযখিবা খোঞ্জেন অদুদগী পোকখাযদ্না ইঙ্গোকখিদুনা নোংনিংথৌ ওইদুনা নোংখাবোল ৭মা, লযখাবোল ৭মা অসিদা পাল্লে অকোনবগী নীক্লবিবা থিবেন মহাক যাওনা............... পোকখিবগী খোঙশানখিবা অদুনা লাইনিংথৌ ওইদুনা পাফমন্নবে। অদুম তৌববদা ঈশিং তমলেন অমম্বগী মশক ওইবক্লে। অমম্না অদুদগী নুংগাংগা (নুংগী) মশক ওইবা তবঙ চাং কৌবা অদুগী মথক্তো অতিযা শিদবনা মশক ১ ওইনা (১) লযহৌ মাইবী (২) লযহৈ মাইবা কৌনা লংখৎলক্লে। হাযবগীবু লংমাই কৌএ। মহাক্তি মর্জিং (মাইব)গা, পাঙ্গোইবী (মাইবী)গনা। লাই ২মগা লোযনদনা তবঙ চাং অদুগা মথক্ত তেংদনা অমম্বদা লযপাক শেমগে হাযদনা ফাওবে। অদুগীদমক য়াগী মবা থিদুনা তৌথোকএ হাযবগী লযহৌ মাইবী কৌএ।

**লয়ফানবী-লয়রাম্বী:-**

মমিং অসি কৌবা মতমদী লাইনা-হবাউবা মতমদা কৌবনি। হাযবিবা মমিং অসিবু মথক্তা লাইবিক (লংমাই লংবোল থিবেল) অসিদা পল্লি। অতিংঙা শিদবনা অসীবদা লাইশোন তাক্তুনা মালেম শেম্মো হাযনা তাকপিবে। অদুগা

অসীবগী মমীৎ ২মনা নুমিৎ থা ওইবে। মহক ইনখাযখিবা অদুনা ময ঈশিং-নুংশিৎ-লযপাক-নৌংথৌ অসি খৈবিক ওইবে। লযহৌ মাইবী, লয়হৌ মাইবনা শোনমবক, তাকমবক্তা (লাইশোন তাকপিববদা) অবেপ্পা উ-ব্রা, নাপী-শিংবী, অচৎপা অবেপ্পা অসি খৈবিক ওইবে। অদুগা অতিংঙা শিদবা অদুনা নঙবু কনানা তক্কুনা লযপাক শেম্বনো হাযনা হাএ। ইপাসুং ইমাসুং লৈতে। ঐগী পাঙ্গনে হাযবগাদমক নোংশিংকা নোংলৈগা হুমখৎখিদুনা লযপাক শেম্বা লাই মচু অঙৌবা অদুবু থা মচিদা কুন্দুনা লৈবে। অদুগী মতুংদা কোঞ্জিনবগী মতৌ নোন্না লূক্কা খুবম খাজঙবা অদুবু উদুনা অপানবা নঙ লযপাক শেম্মো হাযনা পীবে। হবাউনা যাজদুনা পুক্লাং হন্দোক্লা থৌবাঙলদুনা লযহৌ মাইবী লযহৌ মাইবনা অপানবগী পুক্লাং মতুং ইন্না 'থৌবী লযফানবী' কৌনা নোংপোক পাংনা লযফাল্লে (লযবাক শেমলে)। 'ঙাংঙোই লযবাম্বী' কৌনা নোংচুপ পাংনা লযশেম্মে।' অসুম্না 'লযফানবী লযবাম্বী' কৌবগী ব্রা ইবি।

"নিংথৌ অপানবনা তীল্লিবেন শিদববু নোন্না লূক্কা তাইবঙপানবগী লাইপোক অহানবা লযবু নোংবু পাফল্লিব ও (শেম্বীবিবও) নঙ যাওনা তাইবঙপানবা অসিদা শেন্নৌও। নঙবু ঙাইজবিযে। অসুম হাযদনা চহি হুক্লা যাম্ন' থৌনিজববগা থৌজাং বগা মবী তৎহন্দনা লাইপাখং-লাইনুবা, লযহৌ নোংহৌবা লাই খৈবিক তিন্নবদনা হবাউনা চিথেক ৪মক, মাযকয ৮মক্তা লৈবিবা লাই খৈবিক্লা চুপ শেং ওইনা ঙাওনা নোংচুপ নোংপোক লযফান-লযবাম যাওবদনা........ ... কোংলৌবেন লৌথীবগী পাঙ্গন্না চাউবগী শাম্মদোন অযাওবব ফাবে। মাগী লাংমৈ শৎলে। মকোই ফোইবে, মবাং ফোযবে। মশাকক্লদনা হুন্না লাংথুদনা পাম্থোইবীনা লীতোন পাযদনা ঔগ্রী শকলে। ........লাইনুবা লাইপাখং, লাইবংথৌ অযাম্বগা মৈতৈ লযবাক ঙাক্লবা কুম্মৈ অযাম্বগী মশকপু শান্নদনা"...........। অসুম্না লাই হবাউবগী ব্রা পল্লি।

মালেম অসিদা হবাউবা হৌবকপা অসিদা মাইবীনা 'লযফানবী লযবাম্বী' হাযনা কৌদুনা হবাউরা হৌদুনা তাইবঙপান অসিবু খুঞ্জাউ-লযচাউনবা হবাউখি। অদুগ্ন আসগী থক্তা শোবাবেন্দা, হাযবদি কৌব্রু চীংগী চীংদোন্দা 'লযহৌ মাইবী' হাযনা তাইবঙপানবা শেম্বা হৌনবগী কোবও-মালেম শেম্বগী মওং শান্নদুনা হবাউবম্লগ অমুক মালেমদা (তম্পাক্তা) কূম্নলক্লুনা কংলযদা অমুকসু মাইবীগী মমিংবু 'লযফানবী লযবাম্বী' হাযনা কৌদুনা হবাউবা হৌখর্বা্ন। অসিদগী অমুক

মোইবাংদা চত্তুনা হবাউই। মথংদা পুবৈবোম্বগী মতমদা চকপা হবাউবদা 'চকপা লমলাংমাইবী' কৌনা মাইবীগী মথৌ তৌখি। অসিদগীদি খাবা শোচ্রোম্বনা কংলযদা নিংথৌ ওইনা পানবা মতমদা তাইবঙমীগী মচত্তা পান্থোইবীগী শক্তম লাংদুনা হাযবদি পান্থোইবীগী শম অমদি মফিনা শক্তম শাদুনা মথক্তা হবাউখিবগী মতৌ তমদুনা লাই হবাউবা হৌবকই। (পাখংবা ফানখোঙগী মতমদা হবাউখিবা)।

## কোরও নোংথৌ মাইবী ব্রাচুম্বী:-

"পান্থোইবী খোঙ্গুন্দা" পান্থোইবী হাযবদি 'তংগানুবী' বু কোবও নোংথৌ মাইবী ৱাচুম্বী 'লযপাক মাইবী হনবী' কৌখিবগী মতাং অমসু লৈ। তংগানুবীনা হাযবদি পান্থোইবীনা তবঙ খোযনুচাদা লুহোঙদুনা খাবা শাগৈগী মৌ ওইববদা মহাক্না মাগী বাশক ঙাক্লবগীদমক মাগী মপুবোইবা ওইবিবা তবঙ খোযনুচাগা লুহোংলবসু চাকতিন-ফিদিন্নদনবা মবৌ তৌদুনা ঙাওশিন্নবগা মযুমদা ঙাইহাক্তা লৈতনা অহিং-নুংথিন নাইদনা কোযচৎ চত্তুনা লৈখি। অদুগা খাবা শাগৈনা শাউননবা থৌওং কযা তৌদুনা লৈখি। অসিগুম্বা পান্থোইবীগী মতৌ অসিদা শাউনীংলক্লবা মকুবোক্না নোংমদি মমৌনুপীবু ইকাইবা পীবগে হাযনা লৌতৌদ্না অশিবা শাদুনা লৈখি। অসুম্না সুমাঙদা ফি কুপশিন্দুনা খাঙেন্দুনা লৈবগা মনেম্বোকনা কপ্পুনা লৈখি। মতাং অসিদা পান্থোইবীসু মবুংঙোবু (নোংপোকনিংথৌ) উনবা চৎলুবদগী খাবা মযুমদা হল্লকখি। মসিদা মনেম্বোক্না হাযখি ইবেম্মা, নঙনা নকু-ননেম ঐখোযবু থৌশাবিদদুনা কোযচৎ চত্তুনা লৈবনা নকুবোক্না শিবা অসি থেংনদবনি। ঐখোযবু নঙনা ৱাওইবিদে হাযনা পান্থোইবীদা ইকাইবা পীববদা পান্থোইবীনা শাউদুনা মাগী মতীক খঙহল্লকই। ঐগী ইকুগী থৱাযদি থোঙঙাক অসিথেন্দা থৱায মযাম লাকপদা যাওবকপা উদে। লম্বী কদোমদা চৎখিবনো ? অদুনা অশেংবা খঙদবা যাদ্রে হাযদনা তবেঙযোৎনা/ যেত্তুমনা খংথিন থিল্লুবদা নাম্মনখিদুনা মকুবোক্না খংলাউ লাউবকখি। পান্থোইবীবু ইকাইবা পীনবা তৌকুবা থৌবাং অদুনা খাবগী অপাম্বদু ফংদনবগী মবমদুম ওইনা থোকখি। মসিদা নহান মখৈ পান্থোইবীনা খাবগী অকাযবা তাঞ্জা যেংদুনা লাকপদো মতাং চাবে খন্দুনা যাম্না শাউনা হাযবকখি।

"ঐবু নঙখোযনা খাবা নযুম অসিদা লৈহন্নীংদদুনা ইকাইবা পীনবা হোৎনবনি। অদুনা ঐদি খাবা নঙখোযগী নযুম অসিদা লৈবা ঙল্লবোই" হাযনা শাউখি। মতাং অসিদা ইকাইবা ফংলবা খাবনা পান্থোইবীগী মফমদা অকিবগা লোযননা হাযখি।

ইবেম্মা নঙাদি কোবও নোংথৌ মাইবী বাচুন্বী 'লাযবাক মাইবী হনবী' ওইবনা শিকববা ঐবু অমুক হনহল্লকপা ঙম্বীনে ইবেম্মা নহাক্তি নকৃ খাবা ঐগী শেম্বীবা মবেম্মনি, কবিগী মীবাযকুবগদগে, শাগৈগী উবেপ ওইগদবনি হাযখি। অসুম্না তাইবঙ মীবেম্নলগা লাইবম্লেলগা শম্মনা খঙহল্লিবা মাইবী অসিগী মমিংবু 'কোবও নোংথৌ মাইবী বাচুন্বী' অমদি 'লযপাক মাইবী হনবী' হাযনা কৌখি। অদুগা 'খাবী' হাযনা কৌবা মিংফম অসিসু পান্থোইবীনা ওইবা মাইবীগী মিংথোন্নি। মিংথোন অসি লাইশিংনা নোংমাইজিংদা হবাউবদসু কৌখি। বাবা-ব্রাখোঙ অসিবু 'পান্থোইবী খোঙগুন' পুযাদা অশুম্না পাল্লি ... ............

**চকপা লমলাংমাইবী:-**

মমাংঙৈদা লাইশিংনা শোবাবেন্দা হাযবদি কৌব্রচাংদা হবাউববু চকপা শবাংবনা শাতানবা চৎপদা লাইযংথৌ শোবাবেন্না লাইপাখং লাইনবা কযাগা মাখোযগী অহোঙ যোযথোনবা হাযবা কুম্মৈ অমা হবাদনা শান্নদনা খুঙ্গাউনবা, লযচাউনবা, যাইযনবা পুং শেন কযা যাওদনা হবাউবম্ববু থেংনকই। মাদবু চকপা শবাং হাযবা শাদানবা চৎলুবা নীপা অসিনা পামদনা শোবাবেন্দা তৌতৌলা অদুগা মতৌ তমদুনা চকপগী খুন্দাযমদা (কৌব্রু চাংখোঙদা খুন্দাবা) ফি অভৌবগী যিজঙ (চোঙ অভৌবা) খন্দুনা হবাউবা মতমদা 'হেমজেংনবী' কৌবা চকপা নুপী অমানা ওইবা মাইবীবু 'চকপা লমলাংমাইবী' হাযনা কৌদুনা হবাউখি। অশুম্না কৌব্রুচাংদা লযহৌ নোংহৌদুনা কোবও মালেম হাযবদি চাং-তম পুম্নমক শেমখবগী মওংদা হবাউবদা কৌবা মাইবীগী মমিংবু (১) 'লযহৌমাইবী' কৌই। অসিগী মতুংদা চকপাশিংনা হবাউবা মতমদনা (২) 'চকপা লমলাংমাইবী' হাযনা কৌবকই। অদুগা অমুক মেইবাংদা লাইযামশিংনা লযশেম নোংশেম্বগী মওংদা তাইবঙবু খুঙ্গাউ লযচাউনবা হবাউবদা কৌবা মমিংদি (৩) 'লযসুক লযশোই যাম্বী' হাযনা কৌই। অদুগা খাবা শোকচ্রোম্বনা পান্থোইবীবু শক্রম শাদুনা কংলেদা হবাউবা মতমদা কৌবা মাইবীগী মমিংনা (৪) 'খাবী লমলাং মাইবী' হাযনা কৌই। অমুকসু পান্থোইবী মশামকপু খাবা শোকচ্রোম্বনা লৌতৌদুনা শিশিন্নববদা মাগী তাং অদু পান্থোইবীনা মুন্না খঙখিদুনা অবোনবা বা পুম্নমক খঙহল্লক্রবদা খাবনা ইকাইদুনা মবাল ঙাকপিনবা হাযজখি। অমসুং পান্থোইবাবু পুম্নমক খঙবী উবানি হাযনা মাইবীগী মমিং ওইনা (৫) 'কোবও নোংথৌ মাইবী বাচুন্বী' অমদি 'লযপাক মাইবী হনবী' হাযনা কৌখি।

অদুগ' লাইশিংগী মতমদা লাইহরাউবদা য'ওখিদবা ম'ইবী মখল খরসু লৈবি। মখোয়শিংসিগীশু কুকশিদবনা মখল মখলগী মথৌ পীখি। মখোয়শিংসিগী মথৌদি তাইবঙপানবা অসিনা শিমন্দ্রবদগী মীশিং যাম্মনখ্রদুনা মালেম লয়মনা পবা বারে হায়না তেংবানবগী মপুদা হঙ্গচবদ' কুকশিদবনা মচা অসীবদ' তাক্লুনা তাইবঙদু শিহন্নবা শীনবদা থৌদাং লওখি। মদুদা লাইযিংথৌ সনা মহীনা ওইখিবা ম'ইবীগী মমিংনা (৬) 'শবীক চোমজাওসুবী', লাইবিক অমদনা 'শবীক লৈনাউতাবী' হায়না কৌই। অসুম্না মাইবী শিংসনা মাগী মাগী মথৌ পাঙথোকপদা ওইবিবা নুংগী ওইব' মশাক্ত, খুল্লক ইবক্তা লাইগী লাইবাউ চৌল্লিবা মাইবীশিংসিনি। হায়বিব' মশকশিং অদুদি (১) 'কোবও নোংথৌ মাইবী বাচুপ্পী' অর্মদি 'লযবাক মাইবী হনবী' হায়বা পান্থোইবীনা ওইবা মাইবী (২) 'শবীক চোমজাউসুবী' হায়বা লাইনিংথৌ সনা মহীনা ওইবা মাইবী ১দি (৩) 'খোমলেল মঙচঙথৌবী' হায়বা মখল ৩ অসিনি। হায়বিব' মাইবী মখল ৩ অসিদি লাইশিংনা লয়শেম নোংশেম্না ১দি খুঙ্গাও-লযচাউনবগী হরাউবদা শিজিন্নবক্তে।

হায়বিব' মখল ৩ অসিনা লাইগী লাইপাউ চেন্দুনা তাইবঙদা খঙহনবা মতমদা শেন নত্রগা শবীক পাযদুনা পাউতাক পী। মাইবীনা পাউ চেনবদা শেন পাযানবা অসিগী মরমদি তাইবঙ মপু শিদবনা মচানীপা অসীবদা শবীকচোমজাও সূদনা খোইযুম লাইগী পাউবু তাইবঙনা খঙনবা তাহল্লুবো হায়না তাকপিদুনা শবীক ১দি শেন পাযদুনা পাউ চেলহনখি। মসিদা সেনগী শবীক ওইবগা ১, অদুগা শেনগোয ওইবগনা ৩/৫/৭ মশীং অসি ফাওবা শেমদুনা পাযগনি। হায়বিব' শেনগোয়শিংসি মাইবীদুনা যেৎথংব খুৎনা পুল্লপ পায়শিল্লগা লাইদ (কুর্কশিদবা) কত্তুনা লযবাক্তা থাধদুনা যেংবদা শেনগী ফিভমদু যেংলগা শেনগী পাউতাক যেংদৃনা মীওইবদা পাউচৌল্লি।

অশুম্না মাইবীশিংনা শেনগী পোৎচঙশিংনা লাইগী পাউ পীহনখিবদি তেংবানবগী মপুনা মচা অসীবদা তাক্লুনা মপুগী হকচাংদা লূনা-শেংনা লীশিন্দুনা থম্ব ঈশেং অদুবু তাইবঙপানবা শেমগে হায়না খল্লকবদা শেংলী (শিংলী)দগী ঈশেংবু মালেমদা তাবক্লবদা (পুক্লীং যেল্লীংনা যাফম ইপোম ৩ ওবক্লবদা খঙহৌদনা চীথখিবা ফম্বীনা লযবাক্ত তাখিবগী ব্রানি) মপান থংবা নাউযোম্না মালেমদা চঙখিদুনা পান্বীশিংগী থরায ওইবিবা লৈহ'ওগী শরুক ওইখি। অদুগা ঈশিং ঈরু অদুনা লাইহিংথৌ হায়না চোংথোকখি (লাইযিংথৌ সনামহী

পোক্লকপগী ৱানি। লাইসিদি মমা লাইনা পোকখিদে)। অদুগা মালেমদা লৈখিবা ঈশেংনা শেল ওইখি। পোৎশক অসিদা লাইগী তৌবা ঙম্বা পুম্নমক শিন্নখি। মবম অসিদগী লাইগী অমদি শক্তম শাবদসু শেন্না শাবিবনি। অমদি মাইবীনা লাইগী ল'ইপাউ চেনবদা লাইগী থৌবাংনা ওইখ্রবা শেল শিজিন্নবনি।

অশুম্না মাইবী মখল-মখলশিং অসিনা লাইবমলেনগী ওইবা থৌবমশিংদা ম'গী মাগী মথৌ তৌদুনা তাইবঙ পাম্বু খুঞ্জাও-লৈচ'উহন্দুনা অতৎ-অথম লৈতনা মথং-মথং চথুবকখি। অদুগা ঙসিগী 'উমংলাই হবাউবা' হায়না খঙনর্বিব' লাই হবাউবা অসিনা হবাউবগী মর্মিং অসি কৌদ্রিঙৈদা, লাইগী হবাউ ত'যাম্বদা যাওবক্লিবা মাইবীশং অসিনা মীবম্লেনগী তাংকক যৌবক্লবদা কংলযদা 'পান্থোইবী হবাউবা' হাযবা শক্তম শাবগা হবাউবা হৌবকপদগী মথং মথং চথুবকপনা লযপাক অসিদা নোংদালাই পাখংবনা পাল্লবা মতমদগীদি মরু ওইবা লাইখবগী শক্তম্ব (উমংলাই ৯) শাদুনা হবাউবা হৌবকই। মসিদগী উমংলাই হবাউব' হাযবা (তাইবঙ মাগী হকচাংনুংদা যাউবিবা লাইশিং)মিংথোন অসি পুথোকখি। অসুম্না লাই ৯খক্কী শক্তম শাদুনা, মথক্তা (লাইগা মতমদা) হবাউবকপগী মওংদুদা হবাউখি। হাযবিবা লাই ৯ অসিবুশু উমংলাই ৯ কৌখি। অসুম্না কংলৈদা উমংলাই হবাউবদা যাওবিবা মাইবীগী মমিংনা 'খাবী' হাযবা মমিং অসিনা অদুম্মক ঙসি ফাওবা ওইবি। অদুগা মাইবগী মমিংনা 'অমাইকাযজবা' হাযবা অসিনা ওই। মবম অসিনা ঙসিগী মাইবীশিংনা মাখোযগী লাইবোল তৌবকপদা 'খাবী নত্তনা খাবীশা, অমাই নত্তনা অমাইশা' হাযবা লাইবোল অসি সিজিন্নবিবানি।

অদুগা চকপা হবাউবা মতমদনা হবাউবগী থৌবমদা পুবিবা মাইবীগী মমিংনা 'চকপা লমলাংমাইবী' হাযবা অসিগী মশকনি। অদুগা অমাইবনা 'চকপা মেনোংমীৎ' হাযবা অদুগী মশক ওইবিবনি। অদুগা মোইবাংদা লযশেম খুনশেম্ন া লাইশিংনা হবাউবা মতমদা ওইবা মাইবীগী মমিংনা 'তম্পাক লযসুক লযশোই যম্বী' নত্রগা 'লযহৌ মাইবী' হাযনা কৌই। অসুম্না মোইবাংদা হবাউবদি লাই মযাম্না খুঞ্জা ও লযচাউনবা, খুনশেম লযশেম্বগী হবাউবা মওংনি। লাইশক শাবগা ঈবাং থৌনিখিবা নত্তে। মসিদি অহানবদা লাইশিংনা শোবাবেন্দা (হাযবদি কৌব্রুচীংগী চীংদোন্দা) হবাউবম্বদগী মালেমদা কম্ললক্লনা (হাযবদি তম্পাক্তা কুম্লক্তুন') হবাউ তাযাম্না শান্নবা কুম্মৈনি। অসুম্না তম্পাক্তা কুমথবক্তুনা হবাউনা

শান্নৈ হায়বদগী মাইবাগী মমিংসু 'তম্পাক লয়সুক লয়সোই যাম্বী' হায়না কৌবিরবনি। লয়সুক লয়শোই যাম্বী হায়বদি 'সুক্তা শোহদা ফবী' হায়বনি। অদুনা মাইবী হায়বা মশক অসি তাইবঙপানবু খুঞ্জাউ লগচাউহনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবিরবনি। অসুম্না লাইশিংনা হৰাউবা মতমদসু মাইবী হায়বা অসি হৌজিক মতমগী 'লাইবাউচেম্না' হায়বা থৌওং অসি যাওদ্রবশু লৈশেম খুনশেমগী মওংদা অদুম্মক লাওরককখি।

অসুম্না থৌওং অসিনা লাইগী মতমদগী মথং মথং চথরকপনা অসুম অসুম চাউখৎলক্লুনা নোংদা লাইনা নংথৌ ওইনা পাল্লবা মতমদগীদি লাইনীংগী ওইবা চৎন পথাপ কয়া শেম্বা হৌরককদগী মাইবীগী ওইবা থৌবর্মাশিংসি যাম্না নক ওইশিল্লকপনা, লয়বাক্কী চৎনবী অমা ওইনা মাগী মাগী কাংলুপশিংনা মথৌতৌবদা মচা খায়না চৎননবগীদমক মথৌ খুদিংগী লোয়শঙ ১ / ১ লিংখৎখি। মসিদ মাইবাগী ওইবা লোয়শঙ অসিবু 'যোইবেল লোয়শঙ' হায়না লিংবা হৌবকই। মসিনা মমাংগৈদা লাইনা লিংখৎখিবা শঙ (যোইবেল) অদদগী তাইবঙপান্দা শেমদোক চাউথোকহন্দুনা মাগী মাগা লোয়শঙ লিংখৎলকপদা নিংথৌ অসিনা অহানবা ওইখি।

## মাইবীশিংগী শঙলুপ ৩ পুথোকখিবা:-

নোংথাঙ লয়মনা মপান ফাওনা তাইবঙপান্দা লাইগী ওইবা মথৌ তাকপিবগে হায়না থোক্লকপদা পাঙ্লোইবী হায়না মিংথোন্দুনা (১) শঙলেন, (২) লংমাই, (৩) ফবা, হায়না খায়বদুনা শঙলুপ ৩ অসিদা শক শোন্দগদবা লাইবোলসু ৩ শুনা পুথোকপিবে। অদুগা লাইবোলশিংগা লোয়ননা শঙশিং অসিগী মাইবীশিংনা মাগী মাগী লাইবোন্না লাইদা লৈ হুনবা (লাংথ্রৈ কৎপা) মতমদসু লৈহুন ১দি লাইবোল তোঙান তোঙাল্লি।

## মাইবীগী মথৌ:-

নোংথাঙলয়মনা মাইবীগী মবোল-মবি পুম্নমক পুথোকপা লোইবদুনা কোবওদা, মালেমদা লাইশিংনা হৰাউবা শান্নবা লোইববা মতুংদা কংলৈগী মফম (হায়বদি তম্পাক্কী মফম) কয়াদা মাইবী মখল কয়া পুথোক্লুনা শান্নথবদা নোংদা লাইগী মতমদা নিংথৌগী ওইবা ৱায়েন পথাপ্তা মচা খায়নবগীদমক শঙশিংনা

তৌগদবা মথৌশিং তোঙান তোঙান যাৎথোক্কুনা শেম্বীখি। মদুদি (১) অশৈনা (২) অমাইনা অমদি (৩) যোইবেন্না তৌগদৌবা মথৌশিং। 'যোইবেন' হায়বা লোযশঙ অসিনা মাইবীগী ওইবা শিনফমগী মশক অমা লেপ্লবা, শঙ অসিনা তৌগদবা কাযাৎ ১দি শাগৈ মশক তাক্লা পিবি। অসুম্না মাইবীগী কাযাৎ অমদি শাগৈশিংনা তৌগদৌবা মবমশিং অদু 'অমাইবাগী মশিন' হায়বা লাইবিক্তা মচা খাযনা পল্লি। অদুনা থাযনগী চৎনবীদা মাইবীগীদমক ওইবিবা শঙ অসিদা থবক তৌবিবা অসি অখন্নবা শাগৈ খবনা তৌবা ওইনা ইবি। লাইবিক অসিনা পীবিবা যোইবেন শঙ (মাইবীগী শঙ) হায়বা অসিদা মথৌ তৌগদবা যুম্নাকশিং ১দি মথৌশিংদু মখাগী অশুম্না লাইবিক অসিদা পল্লি- অশাংবমগা অবাম্বমগা শাগৈ অনাগী অমাইবীনা শাদা -লান্দা লান্মী কৌদুনা লাইশোন-তীনশোন তৌই। খুমুজম শাগৈনা 'কৈ বাবকপা' হাযনা লযবাক অসিদা কৈনা যাম্না মখে লাংলবদি শাদু ঙ্গা ওবা ফনবা লাইদা তাইনৈ। অদুগা 'খোইজু লাংবা' হাযনা লাইদা খোইজু লৈখাম ময থাদুনা কৎপগী থবকসু তৌই। মোংবীজমনা 'কৈ লাৎপা' হাযনা খুমুজমনা তৌখিবদু মাখোযসু তৌগনি। নাকনবমনা লাইগী চাক-ঈশিং থোংবদা শাজিন্নবা ময লওনবগীদমক মযবা চিংগনি। মৈযেংবমনা ময হৌবিবদু শেন্নগনি। মযমুত্তনবা শাং পীগনি। থাবিবা ময অদুনা মুৎলবদি মযকাম্বম্না ময অদু কামগনি। মযহৌবমনা মযফম শেমদুনা ময হৌগনি।

মোইবাংথেম্না পাত্তা লৈবা ঙানা মযেং তাবক্লবদি 'ঙামি কৌগনি'। থৌদাম্না কুম অমগী নোং চীংগী ফিভম ফত্তদুনা কুম কাংলবদি 'নোংমি কৌবা' হাযনা নোংজু ফনবা লাইদা খুকুমগনি। ফম্মিহনবমনা পাৎ-কোমনা ফৎলক্রবদি হাযবদি ঈশিং মচু ওন্দুনা ককই ঈবান যাম্না তাবক্কুনা ফত্তবা খুদম তৌবক্লবদি 'পাৎ লাৎপা' হাযব' লাই থৌ তৌগনি। অদুগা অপীকপা তৃ খোংনা খুদম তৌবক্লগনা থোঙামনা লাৎকনি। মযনা মখে লাংলবদি লাইবেনজমনা খুকুমগনি। নুংশিংনা মখে লাংলগনা শম্বানদোবাম্না খুকুমগনি। পুঙগ্রাইজম শাগৈনা 'পূং-থেন লাৎপগী' থবক তৌগনি (লাইফম-তীনফম ওইবা লৈবুং)। ইকুংবমনা শা-লানগী খোঙচত্তা অফবা ওইনবা ঈবাৎ থৌনি তৌগনি। লাংগোনজমনা লাইপাউ-তীনপাউ চেনবদা 'মঙচঙবা' হাযনা খঙদ-উদবা থৌবম অমা খঙনা উনবা হোৎনবদা মানা তাক্কনি। রাঙবীজমনা লযপাক্কী 'হীপুং-যাইপুং' লাৎকনি (লাইথৌগী ওইবদা যৈনবা পূং)। অমাকচমনা শামী-লনমীশিংগী খুৎসু-খুৎলাই 'লীকুং- তেনবু যাইফনবা ঈবাৎ-

থৌনি' তৌগনি। লমলৈ লাৎপমনা লম তুদা লাই ফত্তবা ঙাকশেন্নবা 'শাবোয লাল্লোয' খুকুম্বগী থবক তৌগনি।

অসুম্না পাখংবগী মতমদা লিংখিবা মাইবীগী ওইবা লোযশঙ 'যোইবেনশঙ' হাযবা অসিদা মথৌ তৌবল্লীবা অসি অকক্লবা শাগৈ খবগী মথৌ ওইনা তৌই। অদুনা মসিদা তীনফাও শাইফাও হৈবা মী খক্তনা তৌগনি হাযবগী অবেপ্পা থোইনা পীদম গুমতৌই। অদুবু 'মঙচঙবা' হাযবা, ঙসিফা ওবদা চৎনবী ওইনা মাইবীনা তৌবিবা পৌবম অসিমদি 'লাংগোঞ্জম' শাগৈনা তৌই হাযনা ইবি। মসিসু থোইদোক্লা অখন্নবা মীশক অমনা তৌগনি হাযবগী অকক্লবা লৈতনা শাগৈনা তৌগনি হাযনা ইবি। অদুনাদ মমাংঙৈগী মতমদা ওইবা মাইবীগী শিনফম অসি ঙসিগী লাইতোংলে হাযনা অনাবগী ম ওংদা হৌবক্লগা চঙবা মাইবী অসিগী মওং ওইবমদবা তাই। হাযর্বাদ লাইনীং শাজেন অমগী মতেংনা মাইবীগী শিনফম অসি ওইনবা তৌবম্বতাই। অদুগা অমুকসু শঙ অসিদা কাগদবা যুম্নাকশিংগী মবমদসু অসুম্না ইবি.- যোইবেন শঙদা কাগদবা যুম্নাকশিংদি: (১) নিংথৌজা শল্লাইদগী নাকনবম, নামোইজম, খুমনলম্বম, মযাংলমবম, লমলৈ লাৎপম, ইকুংবম, থৌদাম, হুইত্রোম, শাদোকপম ৯ অসিনা কাগনি। (২) অঙোম শল্লাইদগীনা শম্বান্দুবাম, লোইচাযাঙবম, যুম্নাক ২ সিনা কাগনি। (৩) শবাং-লৈসাংথেম শল্লাইদগীনা - শোবাইশম, কোঞ্জেংবম, ২সি কাগনি। (৪) খাবা শল্লাইদগীনা - খুমুজম, লাঙ্গোনজম, মযহৌবম, অব্দবম, নোংজেনবম ৪সি কাগনি। (৫) লুবাং শল্লাইদগীনা-অশাংবম, অবাম্বম, মযযেংবম, অব্দবম, ফৈবোইজম, লৈবোংজম, লুবাংশঙবম, ফম্মিহনবম, লাইবেনজম পৃংগ্রাইজম, বাংজম, যাঙম্বম, যুম্নাক ১২সিনা কাগনি। (৬) খুমন শল্লাইদগীনা- মোঙবীজম, অমাকচম, মৈকাম, থোঙবম, শিনাম, খোযবীশুম্বম ৫সিনা কাগনি। (৭) মোইবং শল্লাইদগীনা- মোইবাংথেম, যোইবেনবম, যুম্নাক ২ সিনা কাগনি। অসুম্না পাখংবগী মতমদা লিংখিবা যোইবেনশঙদা থবক তৌগদবা যুম্নাকশিং পীবি। অদুনা লাইবিক অসিগী মতুং ইন্না থাযনগী চৎনবীদা মাইবীগী থৌপুর্বাস অকক্লবা যুম্নাক খবগী ওইনা তৌবম্মী।

অসিগী মতুংদা লযপাক অসিদা মৈদিংঙু নাউথিংখোংনা পানবা মতমদগীদি যোইবেন শঙ অসি অমুক চাউথোকহন্দুনা মশা ৩ থোক্লা খাযদোকখি। বাফম অসি 'লাইগী শঙলিংবা' হাযবা লাইবিক্কী মতুং ইন্না অসুম্না ইবি। ''কুমশীং

৫৮৬তা লাযযিংথৌ না ওাথংখোংনা নিংথৌ ওইএ। পুথোকলম্বা শঙদি.........
যোইবেন. . . . অমেৎপা . . . মাইবী অাস লিংএ"। অদুনা মাইবী লোযশঙ
হাযবা অমত্ত ওইনা লৈবম্বদগী 'অমেৎপা' অমসুং মাইবী লোযশঙ হাযবা অনি
অমগা অমক হাপচিন্দুনা চাউথোকহল্লকই। অসুম্না চাউথোকখ্রবা মাইবী অমসুং
অমেৎপা লোযশঙ অনি অসিগী মথৌসু 'শঙপান্বগী মশিন' হাযবা লাইবিক্তা
অসুম্না ইবি- "মাইবীনা পুবা মশিন্দি মবোন মবি, খবায চবান, খুৎথেক শাথেক
অসিনে। হাযবদি লাইগী ওইবা লাইবাউ অমা তাইবঙপান্দা খঙতন্দুনা অমদি
কমগী ফত্তবা মওং লাকপা মতমদা, তৌবিবা অাসি মবম অসি লৈবদগী লাইনা
যাদদুনা তৌবির্বান হাযবনচিংবা খঙতন্নবা লাইমাঙফম্না হাযনা লাইগী ওইবা
মবোন মবি পীবগী মথৌ তৌই। অদুগা অদুগুম্না লাইশিংনা অসি হাযবি হাযবা
পুম্নমক মাযাম খঙনা মবোন মবি খঙহল্লবদা অদুগুম্বা ফত্তবা খুদম অদুব
শানকোক লাইকোক্লনা লাইনা তাক্লকপা পোৎলম চযবম লাচদুনা [illegible]
তৌহাল্লবা লাই অদুনা পেনবানবা খবায চবান কৎপা হাযবাস মখা তৌই। অদুগা
অমকসু জগোইগী ওইবা অমাদি লাই থুকম্নগা মবী লৈনবা কযাসু মাখোযনা জগোই
শাদনা লাইবু থুকমই। খুদম ওইনা লাই হবাউবদা শানবা জগোই মযাম।

অদুগা 'অমেৎপা লোযশঙ' হাযনা পুথোকালব শঙ অসিগী মথৌনা
লাইপু শল্লাইখঙনা তানাথুং লাইথুং পুম্নমক্কী ফনবগী হীদাক লাংথক, চবান
থাবা, খুৎসু খুৎলাই শিজন্নদুনা মেৎখোক নপথোকএ হাযবগী 'মেৎপী লাইবী'
হাযনা কৌএ। মেৎপা লাইবীনা অমেৎপা লোযশঙ লিংলমএ। খুৎসুদি শাংদুমনে,
বায ১ খুদোন ২ শাংবনে। মসিদি শাযাৎথাঙ কৌএ। থাঙ অসিনা অপোম্বা অতংবা
অপাৎ অনোম পুম্নমকপু যাত্তুনা মেত্তুনা মেৎথোক নমথোকও হাযনা তম্বিবম্বদগী
অমেৎপা লোযশঙ হাযনা পুথোকখিবনি (লোযশঙ অসিদদি মক ওইনা নিপানা
তৌই। বাবোল অসি 'পান্থোইবী নাহেবোল' পুযাদা পল্লি)। অসুম্না মাইবীগী
মথৌ কযামকম্না লযপাক অসিদা মখল কযামকমগী মথৌ তৌদুনা খুন-নাই অসিদা
যাইফবা কযা পুবকখি। মখোযনা লাইপাউ তীনপাউ খঙহনবগা লোযননা হীদাক
লাংথক কযা শিজিন্নদুনা লাইযেংবগী চৎনবী অমসু লৈবম্মী হাযবসি মথক্তা পল্লিবা
লাইবিক উবগা খঙবা ঙম্মী। হাযবিবা লোযশঙ অসি নিংথৌ লোইযম্ব (১০৭৪
১১২২) না পানবা মতমদসু নীংথিজনা লৈখি। অদুবু লাইপাউচেম্বা মাইবীশিংদি
শিনফম অসি যাদে।

মাইবীনা হওবক-ওইবকপা অসি মতৌ অসুম্না কুমজা কযাদা মমিং কযা কৌদুনা অমসুং মথৌ কযা তৌদুনা লাকখি। লাইনা মাইবীগী থৌ তৌদুনা লাকখিবা অসি লাইনিংথৌ খাগেম্বগী মতম ফাওবদা ওইবকখিবগী মওং থেংনৈ। মতম অসিদা 'থোঙঙাক লাইবেম্বীনা' মাইবী ওইখিবগী বা থেংনৈ। বাফম অসি 'নিংথৌরোল শীংকক' কৌবা লাইরিক্কী মনুংদা অসুম্না পল্লি মদুদি মাইচৌ ৭না খাগেম্বদা হায়খি ".. ..    .   নঙনা তৌবগদবদি নঙবু থোঙঙাক লাইবেম্বীনা থেমদুনা পুবগদনে। নহাক শিবগদনে। অদুগা নঙগী শামু যাইশসুং শিবগদনে। নঙনা শাম্বু তোংদুনা নিংথৌগী পোৎলোই পুন্নমক শেন্তুনা লাইবেম্বীনা লমচিংদুনা লাক্লবদা ইখোযনা লাঙ্গোনগী নাপ্পচাক্তা ফমদুনা যেংবদা উবদনা ইখোযনা নাপ্পচাঙগী কৃপ্পক্লনা হল্লো হাযবদা নঙনা যাবোই। অদুদা যাদদনা যাওমথেন তৌববদা ইখোযনা নঙবু হল্লো হাযবা যাদে হাযদনা ইখোযনা শাটবদনা [illegible] কোব তোংানবগী লাংশোই মুন্দনা শ মুগী মবাইবত্তা থিন্দনা [illegible] গদনে। থোঙঙাক লযমব লাঙ্গোল লুখোইনা ফাদনা মতু ওইবগদনে। লাইবেম্মবু লাংগোল লুখোইনা চাকমাং পীজদনা লাই ওইবা ঙম্লবোইদনে। খাগেম্বা নঙগী মাইবা ওইদনা লৈবগদনে।"

অসুম্না মাইবীগী হওবক ওইবকপা অসি লাইগী মতমদগানা মথং মথং লাকপনা খাগেম্বা নিংথৌগী হাঙক ফাওবদা ওইবকপা মাইবাগী শক্তম অসি অচম্বা তাইবঙমাদগী ওইবা উদ্রি। অদুগা থোঙঙাক লাইবেম্বানা ওইবা মাইবী অসিগা মমিংসু খাগেম্বা নিংথৌগী মমিং লওদুনা 'খাগী মাইবী' হাযনা কৌখি। তেংবানবগী মপুনা তাইবঙপানবগী অফ নুঙাই ওইহন্নবা পুথোকপিবকপা মাইবাশিং অসি লাইনিংথৌ সনামহী অমসুং নোংথাঙলযমগী শাযোন্না মথং মথং ওইবকই। খগেম্বগী মতমদা মাইবা ওইরবিবা থোঙঙাক লাইবেম্বী অসিসু নোংথাঙলযমগী শাযোন্নি। মথক্তা পনখ্রবা লাইবিক 'অমাইবগী মশিন' হাযবা লাইরিক্তি মতুং ইন্না নোংথাঙলযমগী শাযোন্না পান্থোইবী কৌই। 'মনুং মপাল ফাওনা খঙহল্লি হাযবগী পান্থোইবী কৌবনি' হাযনা পল্লি। অদুনা পান্থোইবীনা মাইবী ওই। অমুকসু তাইবঙপানবু সিতম-নাতমহন্দুনা অপোক-অসি নাইহল্লি হযবগী 'খম্লুংশিতানুবী' হাযনসু শাযোল্লি। খম্লুংসিতানুবীনা তাইবঙপানগী থব্রাযবু পুথোক-পুশিন তৌবগী তাইবঙগা খম্লুংগা লমদাইনফম থোঙঙাক অসিথেন হাযবা মফম অসিদা লৈ। অসুম্না লাঙ্গোন চীংনা কোনবা মফমদা লৌববা থোঙঙাক

লাইবেম্বীনা নিংথৌ খাগেম্বগী মতমদা তাইবঙপান্দা মাইবী ওইদুনা খাগী মাইবী কৌনা মথৌ তৌখি। অদুনা মাইবীগী মশক অসিনা লাইগী মতমদগী মখোযনা মথং মথং তৌবকলিবা মথৌদি লযশেম নোংশেম্বা অমদি লাইগী পাউবু তাইবঙমীদা খঙহন্দুনা অফ-ফত্তা তাকপিদুনা তাইবঙমীশিংনা অফ-ফত্তবা মবম পুম্নমক্কগী মশাবু চেকশিঞ্জনবগী তাঞ্জাপী। অসিদসু নত্তনা মীওইবনা অবানবা ৱাখল্লা ফত্তবা থৌবাঙ কযা তৌরুবদগী পৃক্সিদা চযথেং পীবক্লবা অদুগুম্বা অৱা অনা অদুবু মথক্তা খঙদবনা থোকখ্রবসু অমুক হন্না থোক্লক্তনবগী পাওতাক পীবগী মওংদা 'চূপশা-মেইথেম্বা' হাযবা থৌ ওংনচিংবা কযা তৌদুনা মীওইববু যাইফনবা শীনবদা অচৌবা থৌদাং অমা লওদুনা ঙসিফাওবদা লাক্লিবনি। অসুম্না মাইবীগী শক্তম অসি খুন-নাই অসিগী বাখল ১দি পান্দম মপুং ফানা উই।

## শরীকপায়বী অমসুং পাযদবী মাইবী:-

মাইবী হাযবা মশক অসি নীপা নুপী অনিমক্কী মশক্তা লাইহাক্তক্কগী অদুম্মক লাকই। ঙসিগী মাইবীগী মশক্তা (১) ফবা (২) লংমাই, অমদি (৩) শঙলেন হাযদনা শঙলোল ৩, লাইবোল ৩ পুথোক্লুনা চৎনবিবা অসি নোংথাঙ লযমনা পুথোবকপা মশক্লি। অদুগ হংক চক কযামকমদা মমিং কযা কৌদুনা লযশেম নোংশেম্বগী থবক কযা তৌদুনা লাক্লিবনি। অদুগা লাইনিংথৌ সন মহীনা ওইবকপা মাইবী 'শবীক চোমজাউসবী' মাইবীনা লাইগী লাইপাউবু মীওইবদা চেনবদা শবীক অমদি শেনমীৎ শিজিন্নদুনা পাউতাক পীবগী চৎনবী অমা ঙসি ফাওবদা উবিব অসি লাইযিংথৌ সনামহীনা ওইখিবা মাইবীনা পুথোকখিবনি। মাইবীনা শেন অমদি শবীক শিজিন্নবগী মবমসু মথক্তা পনখ্রে। অদুনা উমংলাই হবাউবদা অনোযবোল শান্নবিবা মাইবীগী মশক্লা নোংথাঙ লযমগী মশক্লি। অদুনা মহাক্লা লাই শান্নবা মতমদা খুৎকী খোঙগী শাথেক্লা জগোইশাদুনা শান্নগনি। মসি তাইবঙপানগী হৌনশা, পা-পী লাংবুম্বদা খোঙ-খুৎ অমদি হকচাংগী কাযাৎশিংনা লেঙ-ওৎপা তৌবিবগী মতৌনি।

অদুনা মতাং অসিদা মাইবীনা শাবিবা জগোইদি লযশেম নোংশেম্বা, তাইবঙ পোকপা অমদি যুম্বাল্লোলগী মশক অমা পুথোক্লুনা তাইবঙপানবু তত্ত-কাংদনা শেম-শাবগী মশক উৎপনি। অদুগা মাইবীনা লাইমাঙদা ফমদুনা, লাইগী পাউ চেন্দুনা তাইবঙ মীওইবদা তাহনবদা শবীক শিজিন্নবিবসিনা লাইযিংথৌগী শাযোন (নুপীগী শক্তম ওইবা) 'শবীক চোমজাউসুবী' হাযবা মাইবীগী মশক্লি।

লাইগী লাইপাউ চেনবদা মমাঙউৗদা লাইনিংথৌ সনামহীনা ওইবা মাইবীনা তৌখিবা মশক অদুবু লওবনি। অসুম্না হৌজিক ঐখোযনা উবিবা উমংলাই হবাউবা হাযবা থৌবম অসিদা মাইবী মখল অনির্গী মথৌ পাঙথোক্লি। অদুনা উমংলাই হবাউবদা শিজন্নবিবা মাইবী অসি নোংথাঙলৈমা অমদি সনামহীনা ওইবগী মশক পুনসিন্না উৎপনি। লাইগী মতমদা লাইশিংনা হবাউবদা শবীক পাযবা মাইবী মখল অসি যাওখিদে। মাইবী মখল অসিনা উমংলাই হবাউবদা যাওবকখিবসিদি তাইবঙমীগী লমদাংদা লাইগা মীগা উনবকখিদবদগী লাইগী মপাউ লৌনবগীদমক পুথোকখিবা 'শবীক চোমজাউসুবী' হাযবা, মাইবী অদুগী শাদোং ওইবিবা মীশক্লি। হাযবিবা মশক অসি লৈবাক অসিদা নোংদালাইনা পাল্লবা মতমদা, পোইবৈতোন্না খুন্থোক্লবদা পুবকপা লৈনাউতাবীনশু লৈবাক্কী লৈমা ওইদ্রিউৗদা শবীক পাযদুনা লাইবাউ লৌবগী থবক তৌবম্বনা 'শবীক লৈনাউতাবী' হাযনা মীবম্লেন্দা ইহাল হান্না শবীক পাইবা মাইবী ওইখি।

বাফম অসিগী মতাংদা 'লযশেমলোল' কৌবা লাইবিক্কী মতুং ইন্না লাইযিংথৌ সনা মহীনা লাইনাউতাবী কৌবী লাইনুপী অমবু তাইবঙ পান্দ থাবক্লুনা লাইগা মাগা পাউ ফাওননবগীদমক লাইপাউ চেনবগী মথৌ তৌহন্নবা শীনবীখি। অদুগা মমাঙউৗদা মহাক্না তাইবঙপান্দা তাইবঙমীবু শিহন্নবা থৌবাঙ তৌবম্বদা লাইগা লাইপাউ চেনবদা শিজিন্নখিবা শবীকসু লাইনাউ তাবীদা শিন্নবকখি। অসুম্না লাইযিংথৌগা শবীকপু শিজিন্নে হাযবদগী 'শবীক লৈনাউতাবী' হাযনা খঙনখি। লৈনাউতাবীনা তাইবঙপান্দা মাইবীগী মথৌ কযামকম তৌখি। হাযবিবা নুপী অসিবু নোংদালাই পাখংবা নিংথৌনা লওদুনা লযবাক্কী লযমা ওইনা পাল্লবদা বাযেন পথাপ কযা অমসু মহাক্না পুথোকখি। অসুম্না মাইবী মখল ২ হাযবদি জগোইশাদুনা মথৌ তৌবা মাইবী, (নোংথাঙলযমনা ওইখিবা) ১দি শবীক খীংদুনা লাইপাউ চেনবা মাইবী, (লাইযিংথৌ সনামহীনা ওইখিবা) অনি অসিনা উমংলাই হবাউবদা পুন্না মথৌ তৌবনা লৈশেম-মীশেম্বগী অনোযবোনজগোই (লাইবৌজগোই)দা শবীক পাযবোই। অদুগা লাইমাঙ ফমদুনা লাইবাউ চেম্বদনা শবীক যাওদবা যাদে।

**হৌজিক্কী মাইবী:-**

অদুগা মাইবী হাযবিবা মশক অসি হৌজিক্কী মতমদদি অশেংবা লাইগী মতম অদু লোইখিদুনা তাইবঙ মীখক্তনা ওইববা মশক্লিনা লাইমক্কী মওংদা লৈত্রবশু অচম্বা মীশিংগী শাজত্তগীদি যাম্না তোঙাল্লি। মতাং অসিদা যেংবা যাবদি মথক্তা পনখিবা 'নিংথৌবোল শীংকক' কৌবা লাইবিক্তা থোঙঙাক লাইবেম্বীবু

লাঙ্গোল লুখোইনা মাগী নুপী ওইনা লওবা মতমদা চাকমাং ফিমাং শম্নহন্বদগী লাই ওইবা ঙমখিদবনা তাইবঙপান্দা মাইবী ওইনা লৈখি। অদুনদি লাইগী মতীক লৈববা মাইবী হাযবা মীশক আস শাজৎতা অমদি চীঞ্জিক্তা অচম্বা মীশিংদগী খব তোঙাল্লি হাযবা উবা ফংই। হাযবদি থোঙঙাক লাইবেম্বী লাইনি। লাই হাযবসি তাইবঙপান্দগীদি ইতোপ তোপ্পা মর্শাক্লি। তাইবঙমীনা চাবিবা থল্লিবা চীঙ্গাক অসিদি লাইনদি চাদ থক্তুর্বাননা মসিবু লাইবমলেন্দ অমাংবা কৌই। অদুনা তইবঙগী চীঙ্গাক অসিবু লাংগোল লুখোইনা পীজবদা লাইনী বাখল ওইবা ঙমখিদে। মীগী বাখন্দগী হেনবা ঙমখিদে। মবম অসিদগী লাই ওইববসু মীবল্লেন্দা লৈদুনা মাইবীগী শিনফম তৌখিবনি। হাযবদি লাইবল্লেলগী ওইনদি লাই তোংবা হাযবা অমা লৈতে। অদুগা মীবল্লেলগী মাইবিদদি লাইগী মাইবি ওইবিবা নোংথাংলৈমানা অমদি লৈনাউতাবীনা ঙাইহাক তোংখিদুনা লাইগী পাউ পীবা ঙম্লবসু লাই অদনা হেক চোংথোর্কাখিবদা পাউ পীবা ঙমদে। মতৌ অসুম্না হৌজিক্কী অচম্বা তাইবঙমীগী মবক অসিদগী মাইবী ওইববদি লাইগী ওইবা থাক খবদা লৈবা ওইবনা চাবা থকপদা ১দি শাজৎতা অচম্বা মীগা মান্নদে। অদুনা লাইগী থাক্তা লৈবনিনা লাইনা যাদবা চীঙ্গাক অমদি শাজৎ খবা মখোযনা ঙাক্তবা যাদে। মবমদি মখোযগা মশা অসি লাইগী ওইবা পোৎনি। মীওইবগী শাজত্তা মনীংতম্বা যাদ্রে। মখোযগী শাজত্তা অচম্বা মীশিংগুম্না মনীংহেক তম্লুবদা মাঙোন্দা তোংলবা লাই অদুনা অবাবদা তাহল্লি, নত্রগা শিহল্লি।

## মমাঙঙৈগা হৌজিক্কা চাংদম্নবা:

লাইগী মতমদা লাইশিংনা ওইখিব মাইবীগা হৌজিক্কী মতমদা ওইবিবা মাইবীশিংগা হওবক ওইবকপগী মবমদা খেন্নবা লৈ। লাইগী মতমদা ওইবা মাইবীদি তেংবানবগী মপুনা ওইবো হাযবগা হেক্তা ওইবা ওইনা তৌই। অদুগা মাগী মাগী মমিংসু মানা মানা তৌবিবা শিনফম অদুগী মতুং ইন্না থোনবা ওইনা তৌই। অদুগা হৌজিক্কা মতমদা তাইবঙমীনা ওইবিবা মাইবীদি ওইনীংঙি হাযদুনা হেক্তা ওইবা যাদে। কনাগুম্বা নুপী অমনা যুম পাল্লবসু পান্দ্রবসু নত্রগা অঙাং অমনা মাইবা চঙবা তাববদি মঙোন্দা লাইতোংলে হাযবগী মশক অমা শোযদনা উৎলকই। মসিদা কনাগুম্বা অদুদা মাইবা ওইহনগদৌবিবা লাই অদুনা হেক তোংলকপদা মীদুগী বাখল অদু মীবল্লেলগী ওইবা বাখন্দগী তোঙানবা অমদা লৈখি। অমদি মীওইবগী বাখল হাযবসি ইযাও যাওদবগুম তৌবকই। অদুনা মহাকপু ঙাওবে হাযনৈ।

অসুম্না মীওইবগী ব্রাখনগী ব্রাংমদা লৈহল্লিবা অসিগী লম্বী কযামকুম লৈ। মীওইবগী মচত্তা লাইগা যানদবা চীঙ্গাক কযা শিজিন্নৈ। শাজৎ কযা চৎলি, বাখল কযা খল্লি। অসিগুম্বা তাইবঙগী হকচাংদা লাইনা শাদোং ওইবকপা মতমদা মীওইবগী ব্রাখল অসি কাউখিদুনা লাইগী ব্রাখল চঙখিবনি। লাইনা শাদোং ওইববা মীশক অদুব, অচম্বা লাযেং পাথাপ্পা অনাবা অদু ফহনবা ঙমদে। মাইবী ওইগদবা অনাবনা ঙাওবগা চুম্নগী লাইনা ওইনা ঙাওবগা মওং-মতৌদা হৌবকপদগী হৌনা অদুম্মক খেৎনবকই। অদুনা মাইবী ওইগদবা অনার্বদি মাগী লাইহৌ অদু হৌদুনা লৈববসু হৌদ্রবসু কনাগুম্বা মাইবী অমনা নত্রগা মাইবা অমনা মাইবীগী লাইবোল তৌদুনা শর্বীক খীংদুনা লাইদু থওদুনা যেংবা মতমদা মাইর্বাগী লাইখায তাবকই। অসুম্না থাঙ্গৈশেংনা মাইবীনি হাযবা মশক মুন্না খঙলবা মীশক অদু, নহানমখৈ মহাক্লা চাবম্বা চীঙ্গাক অদু অমদি শাজৎ-পুজৎ খবা হোংদোক্তবা যাবক্তে। অদুনা লাইগা যানদবা পুম্নমক থাদোক্তুনা মহাক অদু তাইবঙমী ওইজববসু লাইগী থাক্তা লৈতবা যাদে।

**মাইবীশিংনা মযুম পানবা:-**

লাইগী থাক্তা লৈববা কনাগুম্বীশিংনা মযুম পানবগী মতাংদা নীপা-নুপা যুমবান্নবগী মবমদা যাম্না চেকশিন্নৈ। যুম পান্দবা ওইববদি থোইনা অকাযবা লৈতে। হৌজিক্কী মতমদা কনা গুম্বনা মাইবী চঙবা মতম অসি মীশক অদুনা মশাগী চহি ১০গী মথক যৌবকপদগীনা মীযায চল্লকপা মতমগী মীওইশিংনা মাইবী চঙবগী মওং অসি লৈ। যুম পাল্লবী নুপীনা মাইবী চঙলবদি নীপা অমগা নুপী অমগনা যুম পানবদ অচম্বা মীশিংনা তৌনবা মওংদা নিপা অমনা তৌবা মচৎ মাইবী অদুনা চৎকনি। অদু নত্রবদি মহাক্তি লাইগা লোযনর্ববিবনিনা লাইগী পাউতাক ফংবা যাবোই। হাযবদি তূম্বা-হিপ্পদা ফমেনদা অমদি যেত্তা লৈগনি। অদুবু মাইবীবু লওনবা নীপা অদুনা লাইগী-তীনগী মবমদা অখঙ-অহৈ অর্মদি ফম্নাই ফানাইবা ওইববদি র্কবিসু কাযবা লৈতে। অদুগা যুম পান্দ্রিবী নুপীনা মাইবী চঙলক্লবদি অকবা অদুম্মক থেংনৈ। অদুনা মাইবীশিংনা যুম পানবা হাযবা অসি অদুম্মক থাদোক্লে। অদুনা মাইবী অমওইবগী খ্বাইদগী মরু ওইবা হাযবসি শাজৎ পুজৎ ১দি চাকচা-যুথক অসিদা লৈবে।

## লাইনিং ১দি নাৎতা মাইবী:-

মাইবী হাযবা অসি মৈতৈ ফূব্দপকী খুন নাই অসিনা লাইনীং লীচৎকী যুম্ফমদা নাৎকী মশক ওইনা পুথোবকপা মতৌনি। অদুব মাইবীনা খুন নাই অসিগী লাইনীং লীচৎকী লমজিংবা মপু অমা ওইনা লাইনিংবু শেমদোক শেমজিন তৌবদ তৌদে। অদুবু খুন নাই অসিগী অপূনবা নাৎকী যুম্ফমদা শকুক অমা ওইনা থৌদাং যাবিবা মীশাক্ল। অদুবু তৌর্জা ক্ত লাইনীং কাওলোন্দা চযেৎনকববা খুন নাই ওইবনা, মশানা লাইনাং কাঙলুপ অমগী মনুংদা (হীন্দু ধর্ম্মদা) লৈজববসু মাইবী হাযবা শিনকম অসিদি খুন নাই অসিগী অশেংবা মশক ওইবনা মাইবীনা তৌবিবা থবক, শোল্ল লোল্লিবা লাইবোল, শেৎলিবা ফিশেৎ, শাবিবা জগোই পুম্নমক লমদম অসিগী ওইবা মতৌন। অদুবু খুন নাই অসিগী চৎনবীদা মাইবাবু যাম্না মব ওইনা লওববসু লন্নাইগী ওইবা লাইথৌ তাঁহথৌগী থবক থৌবম খবদা মখোযগী মথৌ পীদে। খুদম ওইনা পল্লবদা শোবাংনাচিংবা অপোক আশ ১দ লুহোঙ কযহোঙবদা মখোযগী মথৌ পাবা ঙমদে। অদুবু অসি গুম্না থৌবমশংদা মখোয মশামক্কা মথৌ লৈত্রবসু ফূব্দপ অমা ওইনা, তৌবিবা থবকাশং অদুগা মনুংদা ফম্বে ওইনা (ভাবুক ওইনা) থৌবম অদুদা যাওবগাদ অথিংবা লৈতে। অদুবু লমদমসিগী ওইজবা নাৎকা পথাপ্তা লাইনাংগী ওইবা থৌবমদা, ঈবাং থৌনদা, হাযবদি খুঙ্গং অমগা কুম অমগী অফ ফত্তা ওইবদা কুমজন থাজন্দা, ধর্ম্মগী পুরোহাৎশিং (লুহোঙ খোঙদোংদা শাল্ল শোল্লিবাশিং)বু নাকোইনবমদুনা মাইবা নত্রগা মাইবী নত্তনা যাবক্তে। খুদম ওইনা হাযবনদা কুম অমগা লমতাগা শবোয খাঙবনাচংবা খুদাহ লযতাইবগী থৌবমদদি মাইবা যাওদবা শুকযা যাদবগা চৎনবা লৈ। অদগা অমবোমদা অমুক মাইবীবু লাইগা থবক হৈবা মাশাক্ল, নত্রগা মহাকপু লাইগা শন্নবা মান হাযদুনা ধর্ম্মগী মনুংদা লৈজবা লন্নাইগী ওইবা থৌবমশিং হাযবদি মথক্তা পনখিবশিংদা, অদুগুম্বা থৌদোক্কী পথাপ্তা মখোযগী যিদা ফংদ্রবসু লযবাক্কী ওইবা, খুঙ্গংগী ওইবা, লাইনীং কাঙলোন চৎনবীদদি মখোযবু অরাংবা থাক্ত লৈ হাযবসিমদি মীযাম্না যানৈ। অদুনা ঐখোযনা খঙবা ঙমলে মদুদি, লন্নাইগী অখুবা মীযেংদা পাঙথোকপা থৌবমশিং মাইবীগী ওইদে। অদুগা লযবাক্কী ওইবা, মীযামগী ওইবা, খুঙ্গংগী ওইবা ঈবাৎ-ঈশোন্দা মখোয যাওদবা যাদে হাযবা। অদুনা মখোযগী শক্তম অসিদ শেমগৎ শাগৎপা অমদি অফ-নুংঙাইগী ওইবা মক ওইবা মশক্লি।

## মাইবীদা খুন-নাইগী মীৎযেং:-

মাইবী হাযবা অসি খুন-নাই অসিদা যাম্না মৰ ওইবা শৰুক অমা ওইববসু মীযাম্না মখোযবু অচম্বা মীযাম মৰক্তগী তোখাই তাবৰা মীশক অমনি হাযনা অদুম্মক লওনৈ। অদুনা যুম্বাল কযপানগী মতাংদা মখোযবু কিনা হংগোইনা খন্নৈ। কনাগুম্বানা মযুম পান্দ্রবী মাইবী অমৰ চন্নানভোন্নি নত্রগা নুপী অমনি হাযদুনা মখোযবু যুমগী নুপী অমা ওইনা লওবগী চৎনবী কযা উদে, তৌসু তৌনদে। মখোযবু কনাগুম্বা অচম্বা মীশক অমনা লওদুনা যুমপানমিন্নববদি লওবিবা নীপা অদু পুন্সিদে নত্রগা তৌহৈদে হাযবা বাখল অসি লৈনবনা মখোযবু অচম্বা মীশিংনা লাপথোক্লবা হোৎনৈ। মতৌ অসুম্না মযুম পান্দ্রবা মাইবী চঙলবা লৈশাবিবু পাখং অমনা মাগী নুপী ওইবা হাযবসি হঙ্গোইনৈ। যাসু যানগন্দে। মখোযবু লাইগা শম্নবা মীনি হাযবগী হঙ্গোইনবা লৈ। অদুনা মাইবী হাযবা অসি খন নাই অসিগী চৎনবাদা মখোযবু যাওহন্দবা থাদ্রবশু অযান্না খবক পুম্নমক্তা মৰ ওইবা মীশক অমা ওইনা যুম্বান কযবান্দা ওঙাইফদনা যাওদবা যাদে হাযবগী বাখল লৈনদে। অদুনা খুন নাই অসিনা মাইবীবু কিনা হঙ্গোইনা লোযনৈ।

অসুম্না মযুম পান্দ্রবা লৈশাবীশিংনা মখোযনা মাইবা চঙলবা মতমদা মখোযবু যুমগী নুপী অমদি নীপা অমা ওইনা লওশিনবা পান্নদ্রবসু কনাগুম্বাশিংগী যুম্বান কযপানগী মতাংদা মখোয শিজিন্নবকপা যাওই। থাংগৈশেংনমক ঙোন্নিঙে মতমদদি মখোয অসি খুন নাই অসিগী ওইবা পুন্সিদা তুংগী লাইবক লেপ্পদা পউতাক পীবদি মখোয ওইনা লাকই। অদুনা কনাগুম্বা পাখং লৈশাবীশিংনা নত্রগা কনাগুম্বাশিংনা যুম্বান কযপান তৌবদা মখোযদা শেনমীৎ হুন্দুনা পুন্সিগী ফিবেপ খণ্ডনবা হোৎনবগী চৎনবী লৈবকই। মাখোযনা হাযখিবা বা থাসু থাজনবকই। অচুম্বসু ওইবকই। তশেংনমকসু মখোযনা লাইবাউনা তাকখিবা অফ ফত্তগী কাঙলম অদুম্মক মীদুগী পুন্সিদা অযাম্বনা থেংনৈ। অদুগা মাইবীনা লাইবাউ ওইনা তাকপা পাউতাকশিং অসি খুন নাই অসিনসু যানবকই। মৰম অসিদগী খুন নাই অসিনা মাইবীবু লাইগা লোযনবা মাশক্কি হাযবগী বাখন্দা কিনা হঙ্গোইনা লোযনবকপনা তৌজিকসু মখোযবু কিনা হঙ্গোইনা লাই ওইবা মীশক্কি হাযনা খন্নৰ।

## মাইবীনা অনাবা লায়েংবা:-

মাইবী হাযবা অসি মাগী মথৌদি লাইগী লাইপাউ চেনবনি। অদুনা ঙোন্নিঙৈ মতমদদি হীদাক লাংথক শীজিন্নদুনা লায়েংবগী চৎনবী লৈবক্তে। অদুবু

মথক্তা পনগ্রবা মাইবীনা 'মেৎপী-লাইবী' কৌদুনা অনাবা লাযেংলকপগী মতাংদা মাগী শিনফম অসিবু লোযশঙ অমা ওইনা 'অমেৎপা লোযশঙ' হাযনা মথক্কী নিংথৌবোল খবদা লিংখৎখিবগী ব্রাফম 'অমাইবগী মশিন' কৌবা লাইবিক্তা ইবম্না থেংনখ্রে। অদুনা মাইবীনা হীদাক-ল। '।ক শিজিন্নদু।া' অনাববু লাযেংবগী চংনবী অসি ৬সিগী মইবীশিংগী মবক্তা গওবি। অদুবু মখোযনা মাইবী অমা ওইনা অনাবা লাযেংবগী থবক তৌববসু চাবোক বাংগোনগী থবক্তা যা ওবদি শুকযা যাদে। মাইবী অমনা লাইবা শোন্দুনা অনাববু লাযেংবা যাই। হীদাক্লা যেংবা তৌনৈ। অপোম অতংর্নাচংবর্গী লাযেংদা থাঙ থাদুনা ঈ নাই থোকহনবগী লাযেং অসিমদি তৌবা যাদে। অদুগা মখোযনা অনাবা লাযেংবগী কাঙলোন্দা ফনযাম্না খঙদুনসু শিগদবা অনাবগী মাইবা ওইবদি যাদে, চংনদে। অদুগা লাযেংবগী কাঙলম অসি মিহুন যেংদুনা নাবিনা অনাবদুগী লাইওং লেপ্পা হাযবসি কযা তৌদে। মখোযনা অনাবা অমা যেংবা তাববদি লাইবাউ ভাগনি। হাযবদি নাবিবা অনাবদগী লাইওংদ মশক খ৮লবা শেনমীৎকী মবোল লওর্গানি। অসুম্না শেন হুন্দুনা শেনমীৎকা কাঙ ঃ। পীবকপা অনাবগী লাইওংদু লওই। অদুনা লাযেংবা মতমদা হীদাক থাবগী চংনবী কযা লৈ ত। মখোযগীদি শেনমীৎতা ফংবা লাইওংদুগী মতুংইন্না ঈবাৎ-চবান তৌগনি। অদুগা লাযেংবদা হকচাংগী মপানগী ওইবা শকক্তা মীৎনা উবা ফংবদা নাবা ওইববদি হীদাক লাংথক শিজিন্নবসু মযাওবিদি হাযববু মখোযগী অশেংবা লাযেংদি শেন হুন্দুনা শেনমীৎ যেংলগা লাইওং লেপ্পুনা ঈবাৎ চবান থাবনা মর্কনি।

## মাইবীগী ফিশেৎ :

মাইবীগী ফিশেৎ অসি লযবাক্কী চংনপথাপ্না মনা-মথুমগী ফিশেৎ ওইনা মাগী মাগী শেৎফমথোকপা শেৎনবগী মওং অসি লৈত্রিঙৈদা অডৌবা মচুনা মাইবীগী ফিশেৎ ওইবকপশি লাই হাওভ্রগী তৌবকই হাযবসি অবিবা লাইবিকশিংদা থেংনৈ। অদুবু খুননাই হাযবসি ফজবা মওংদা শেমগৎপনা লৈচাউবোল (সভ্যতা)গী মচৎ ওইবনা ফিশেৎলোলগী মতাংদশু খুন-নাইগী পুক্নীং বাখলগী চুনবা মতৌদা অদুম্মক শেমগৎপগী থৌওং তৌদুনা লাকই। অদুনা লযবাক অসিদা নুপীগী ওইবা ফিশেৎ ৫নি হাযনা 'লযমখুবী ফম্লুপ হাযবা' লাইবিক্কী মনুংদা ইবি। মসিদা মাইবীগী ফিশেৎকী মচু তাকই। লাইবিক অসিদা অসুম্না ইবি 'হৌর্জিক্তি ফিশেৎ খঙনবা বা হাযগে। ফিশেত্তি ৫ নে। (১) খোইদোম, (২) তোমফাং, (৩) খানিক খানাক্লবা (৪) পুংডৌ, (৫) শঙচু ৫ নে'। অসুম্না লাইবিক অসিগী মনুংদা থাযনঙৈদা মাইবীনচিংবা নুপী হাযবা কাঙলুপশিংনা শেৎকদবা ফিগী মচু হাযবম্মী।

অদুগা হার্যবিবা মচুশিংসিবু শেৎকদবা নুপীশিংগী মখলসু অসুম্না তাকই "(১) যোযবু যোযহৈগী ফিশেত্তি 'খোইদোম' নে। (২) মাইবীগী ফিশেত্তি 'পুংঙৌ' নে। (৩) লুখ্রাবীগী ফিশেত্তি শঙচুনে (অমুবর্নাচিংবা মচু শঙলবা ফি)। (৪) নুপী অযাম্বা অবাম্না শেৎকদবা ফিশেত্তি 'খানিক খানাক্লব' নে। অসুম্না লাইবিক অসিগী মতুং ইন্না মাইবী হাযবা অসিনা শেৎকদবা ফিশেত্তি অঙৌবা ওইগনি হাযবা খঙহল্লি। মসিগী মবমদি মাইবীদি মখোযগী পুন্সি অসি অমকপা, অমোৎপা যাওবা যাদবা মশক্লি হাযবা তাকপনি। অদুনা অঙৌবা মচু হাযবসি মচু পুম্নমক্কী হওবকফম্নি। অদুগা মসিদা অতোপ্পা মচুশিংশু অমত্তা যাওদবা পোৎনি। অদুনা ৱাখল অশিগী শক্তমদা মাইবীনা অঙৌবা মচুগী ফি শীজিন্নগদবনি হাযবসি থাযনগী মাইচৌশিংনা লেপ্পিবর্স্মী। অদুনা মাইবীশিংনা মখোযনা শেৎলিবা ফিজোন্না লাইগী ওইবা অব্দবা বাখল অমদি শাজত্তগী হেন্দোক্তুনা পুক্নীংগী অমোৎপা মচু শঙবা যাদে। কবিগুম্বদা অমোৎপা থৌওং অমনা মখোযগী মশাদা হক থেংখিবদা, লাইবমলেন্দা মখোযবু লাইশিংনা তিলহন্দবা ওইদুনা লাইগী মপাউ লৌবা ঙল্লোইদৌবিবর্নি। খুদমদি ফজবা অঙৌবা ফিদা অমুবা চুশিনখিবদা শীজিন্নবা যাদবগম। অসিগুম্নবা বাখল পোবম অসিবু তাইবঙ মীবম্লেন্দা খঙহনবিবম্ন বগীদমক লাইবম্লেন্দা মাইবী ওইখিবী 'নোংথাঙলৈমা' অমসুং 'পান্থোইবীনা' খিজোল অসি শেৎখি।অসিগুম্বা থৌওং অসি লৈবননি লাই হবাউবগী লাইবৌজগোইগী মতাং অমদা লশিং হুল্লগা অঙৌবা লং পুথোক্তুনা ফি শাবিবদু। অসিগী ফি অসিনি মাইবীনা অঙৌবা ফি শেৎকদবনি হাযবিবদু।

## মাইবীনা উমংলাই হবাউবদা লওবিবা থৌদাং:

উমংলাই হবাউবদা যাম্না মক ওইবিবা শকক্তি মাইবীনি। মাইবীনা উমংলাইগী মরু ওইনা থৌবম পুম্নমক হাকথেংনৈ। লাই হবাউবা হেক হৌবদগী মহাক্না তৌবিবা মথৌসি যাম্না যাস্মী। লাই ঈকৌবা নুমিত্তা মহাক্না লাইগী পোৎ পুম্নমক শেম-শাগনি। মসি মক্তনসু মাইবী হাযবসি লাইনিংথৌ সনা মহীগী অশেংবা মশক অমা উৎলি। লাযনিংথৌ সনামহীদি শেমগৎ-শাগৎপগী মশক্লি। লাই হবাউবা হৌবা নুমিত্তা 'লাই ঈকৌবা' হাযনা তৌবিবা অসিগী থৌবাঙ পুম্ন মক মাইবীনা শেস্মী। লাই ঈকৌনবগীদমক্তা ঈহাইফু হাযবা লায়নিংথৌ লাইবেম্বীগী থৱাযকোনগী মশক ওইবিবা চফু ২ অসি মাইবীনা শেম-শাই। মসিদা যাওবিবা পোৎলমশিংদি লাংথ্রে মপোপ, লাইনিংথৌগীনা ৯, লাইবেম্বীগী ৭পু

লানা যোম্লগা লং অহিংবনা যেৎতুনা পুনগনি। মদুবু চফ্ অহনবা মচা অমদা হাপ্তুনা লানা যোমশিন্দুনা হাপকনি। লাংথ্রে পুল্লিবা লৈতোন অদুগী মযাইদা লৈ অমসু থেংকনি। শেমলবা ঈহাইফ্ অসিদা অমৃকশু লাইনিংথৌগী লৈপোপ ৯ অমসুং লাইবেম্বীগী লৈপোপ ৭ অসি লং অহিংবগী লংজা ৯ অমসুং ৭না তিংবা হাঁবী হাযনা খণ্ডনবা অদুনা যেত্নুনা পুল্লগা শেমগনি। অদুগা হিখাউ পুবনা ঈকৌনবা পুবিবা অদু হোবেল ঈকৌফম যৌববা মতমদা মাইবীনা লওথোক্লুনা পাযবগা ঈকৌগনি। ঈকৌবমদাইদা ঈহাইফ্ অদু মাইবীনা পাযদুনা জগোই ওক্কনি। জগোই শাবা অসি থাংজিং পাংবা মাযকৈদগী হৌনা মাইকয তাইবা জগোই শাগনি। থাংজিংদগী হৌবগা মথংদা মার্জিং হাযর্বাদ চীংখৈ পাংবা মাযকযদা ওন্দুনা শাগনি। মথংদা বাঙব্রেনলোমদা হাযবদি মযবম পাংবা মাযকযদা ওন্দুনা শাগনি। মথংদা কৌব্রুবোমদা ওন্দুনা শাবগা জগোই লোইশিনগনি। অসুম্না জগোই শাবা লোইববা মতমদা মাইবীনা ঈশিংদগী লাই কৌখৎলগনি। লাই কৌখৎপদা ৬শাইগী লাইনিংথৌ লাইবেম্বীগী লৈযোম অনিদু মাইবীনা হাঁবী লং অদুগ লোযননা পাযবগা শবীক পাযদুনা মাগী মাগী লাইবোল লোন্দুনা (শঙলেল, লংমাই, ফবা) লাই থেমগৎকনি।

অসুম্না মাইবীনা ঈশিংদগী লাই থেমগৎপা লোইববা মতমদা ঈহাইফগা লোযননা লাংথ্রে লৈযোম অদু লাইপুবিবা মীশকশিং অদুদা অমৃকশিন্নদুনা লাইদু হিখাউ পুবনা কোন্দুনা পাযবগা লাইবু ৬ যৌনবা মাইবনা হিবোল শক্লুনা কাবক্কনি। মসিবু হীগাবা হাযনা কৌই। কাবকপা অসিদা মাইবীনা জগোই ওলক লমখা৬দা ওক্লুনা শাগনি। মসিবু 'লাই ওক জগোই' কৌই। অসুম্না কাবকপা অসিনা লাইগী ফম্বাল যৌববা মতমদা মাইবীনা লাইনিংথৌ লাইবেম্বীগী লৈযোম অনিদু লৌদুনা লাইগী মখোযদা শেক্লগা মাইবনা লাইবোল শোন্দুনা হাঁবী চল্লগা লাংথ্রে অদু মাইবীনা লৌদুনা মাগী মাগী থমফম থোকপা মফমদা থমগনি। লাইনিংথৌগী লৈনা লার্যনিংথৌদা অদুগা লাইবেম্বীসু লাইবেম্বীদা। লৈহুনবগী মবোংদি লাইনিংথৌগী লৈপোপ ৯না লাইগা ফি শেত্নুনা লৈবিবা ফৈজোম অদুগী লাইখল (গুঞ্জাফি) লৈবিবা অদুগী মখাদা লৈগী মতোন্না লাইবোমদা ওনশিন্দুনা হুনগনি। অদুগা লাইবেম্বীগীসু লাইগী ফি ফনেক অদুগী মখাদা লৈগী লৈতোন্না মপাল্লোমদা ওম্থোক্লা হুনগনি। হাযবিবা লৈ অসিদি লাইগী ফিনুংগী হকচাংগী মওং শাবিবনি। অদুগা লাই অনিগী মবক্তা গুকগী লৈসু লৈপোপ ৯না লৈতোন্না মনুং লোমদা ওনশিন্ন হুনগনি।

অসুম্না উমংলাইগী লৈহুনবা অসি মফম কযামকমদা মাইবীনা হুল্লি। ঙশাই লাই ঈকৌবদা ঈবাংপুন (ইশাযফ্) হাযদুনা পুবকখিবা অদু লাইগী লাইশঙ মনংদা লাইবেম্বীগী মাযকৈবোমদা থমগনি। মসিবু লযমবেল ইশাযফ্ কৌই। অসুম্না লযমবেলগীসু লাংখ্রে লৈপোপ ৭না ঈশাযফ্বোমদা লৈগী মকোক ওনশিন্দুনা হুনগনি। অদুগা লাইবং থৌ লাইনুবাশিংগীসু হুনগনি। লযমবেনগী হুনবা লৈদি ঈশাযফ্ মমাঙদা লযবাক্তা হুনগনি। অদুগা লাইবংথৌ ৯, লাইনুবা ৭কী হুনবনা লাইগী ফমদোংলিবা ফম্বালবগী নাকন / নাকন্দা হুনগনি। লাইবংথৌ ৯গী লৈহুন্না লাইনিংথৌনা লৈবিবা মাযকয অদগী ফম্বাল মচি অমদা লৈপোপ ৯ হুনগনি। অদুগা লাইনুবাগীসু লাইবেম্বীনা লৈবিবা মাযকযবোমদা ফম্বালগী মচিদা লৈগী লৈতোংা মপাল্লোমদা ওম্থোক্লগা লৈপোপ ৭ হুনগনি। লৈহুন খুদিংমক লৈদু চাইথোক খোঙোকপা তৌদনবা লানা যোর্মাশিনগনি। অদুগা লৈহুন অসি লাই হবাউবদা হবাটাবিবা নুমিৎ খুদিংগী ককগী লৈহুন অদু লৈপোপ ১ / ১ হেনগৎনা হপকনি। হাযবাদ হবাউবগী ঈকৌবা নুমিত্তা হুনখিবা লৈশিং অদুগী মশীং অদু নোংমা / নোংমগী ১ / ১ হেনগৎনা হুনগনি। অদুগা লাইনিংথৌগীদা হুনখিবা লৈপোপ ৯ অদু মথংগী নুমিত্ত ১০ হুনগনি। অসুম্না নুমিৎ খুদিংগী হেনগৎকনি। অদুগা লাই হবাউবগী লাই শান্নবা মতমদদি লাইনিংথৌ লাইবেম্বী ২দগী লৈপোপ ১ / ১ নুমিৎ খুদিংগী শক্তনা লাইশান্নবা, হাযবাদ অনোযবোল শান্নবদা লাইপুবনা পুবা লাইদা যোম্নবা মাইবানা লৈ ১ / ১ শৎকনি। মসি লাইপুবনা মঙক্তা যান্দনা পুবিবা লাই অদুগী মবক্তা নুমিৎ খুদিংগী হাপকনি। মসিগী নুংগা ওইবা মবমদি লাইনা থৌ লাইবেম্বী অনানা থবাযগী যোন্নং হুল্লিরবনি। অসিতৌবনা নুমিৎ খুদিংগী অচাং পোকপগী লাইবোল শান্নাববনি। লৈ ১ শৎপনা নুপী ওইবীগী থাশীং ১ ফাখ্রে। মদুগা ১ হাপ্পনা লৈশাং অমুক তম্লক্লে হাযবনি। অদুগা লাইনিংথৌগীশু থবায যেন্নীং হাল্লবনি।

অদুগা লাই হবাউবা মতমদা অনোযবোল শান্নবমদাইদা মাইবীনা লাইনুংদগী লাইদু চিংথোক্লুনা শান্নবগীদমক লাইবৌবা থাই। হাযবিবা অসিগী মওংদ লাতোন ফজবা ৩খক নিংথিনা লোনশিন্দুনা থমগনি। লা অদুগী মথক্তা ফি অঙৌবা অমনা ৩ থোক্লা থুপ্লগা কুপকনি। অসুম্না শেম্লবা লাতোন অদুগী মাযকয ৪ মক্তা লৈপোপ ৩ / ৩ থমগনি। লৈগী মাযওন্দি লা মতোল্লোমদা থংলিবা অদু লাগী মপাল্লোমদা ওম্থোক্লা থমগনি। অদুগা লা মকোক্লোমদা থংলিবা অদুশু

লাইনিংথৌ লা মতোল্লোমদা হুল্লিবা অদুগুম্না লৈগী মমায ওনগনি। অদুগা মযাযদসু লৈ অদু লৈপোপ ৫ পৈদুনা থমগনি। হাযবিবা লা অসি মাইবীনা লাইনুংদা শেম্বা লোইববা মতমদা লাইগী সুমাঙদা পুথোক্লক্কুনা মাযকয ৪দা ওন্দুনা কৎকনি। হাযবদি থাংজিংদগী হৌবগা কাবন ফৈজে চৎনা মার্জিং, ৱাংব্রেন, কৌব্রুদা কৎকনি। মাযকে শুববা মতমদা লৈবাক্তা থম্লগা মাইবীনা লাইচিংজগোই শাদুনা লাইদু বাখন্না মাইবীগী পীবুক্লুংদা চিংশিঞ্জদুনা লেঙশিলহল্লগা লাই শান্নবা হৌগনি।

অসুম্না মাইবীনা লাই হবাউবদা লাই শান্নবমদাইদা থাবিবা লাইপাউলা হাযবা অসিগী নুংগী ওইবা মর্শাক্ত 'লযহৌ নোংহৌ' কৌবা পুযাগী মতুংইন্না অশুম্না পল্লি-"তেংবানবগী মপুনা পাযমা নুংদা নীংখনখি। তেংপানবা অসি শেম্লগে নীংলে। অদুনোংগী তবঙথক্তা সন্নাগী পুখম ১ পুথোকপিবে। সন্না কৌবদি তেংপানববু সনদোক্কে নীংবগী সন্না কৌই। পুখম হাযবদি পুম্নমকপু অবোই অখম নাইদনা পুাব হাযবগী পুখম কৌএ"। অসুম্না মওং অসি মান্নবগীদমক লাদা মওং শেম্বনি। মসি তাইবঙপানগীসু 'নাউফম' হাযবদুগী মর্শক্লি লা মথক্তা হাপ্লিবা ফিনা নাউযোমগী মশকনি। অসুম্না খুবক্লৈ ওইবিবা লাংথ্রৈ ৮না মাইকৈ ৮ মক্কী, চুক ওইবিবা লাইগী মর্শক্লি। মসি পেন্না শকপনা অনোযবোল শক্কুনা, মাইবীনা লাইপাউ জগোই শাবদা খুবক্লৈ হাযদুনা খুৎ ২গী খুবক্তা যেপ্তুনা জগোই শাগনি। মসিদা খুৎশা ১০দা লৈ যেপ্লগা জগোই শাবিবসি থা ১০দা তাইবঙ মীনা নাউপুবগী মওং উৎপনি। অদুগা লাইপাউলা মথক্তা লৈবিবা লৈপোপ ১না তাইবঙবু হিংহল্লিবা মথ, ঈশিং, নুংশিৎ, লৈপাক, অতিংঙাগী মশক্লি। মতাং অসিবু লাইপাউ হাযব্বদি কৃকুমচীং কংলাদা লাইনিংথৌ সনা মহীনা মালেম শেম্বা লোইববা মতমদা কোঞ্জিনতিংথোকপবু মালেমগী নিংথৌ হাপ্লবদা লাইবংথৌ- লাইনুবাশিংনা হবাউ তাযাম্নবগী মালেম লযশেম- নোংশেম্বগী পাউব্ অতিংকোর্কশিদবনা পাউতাকপিদুনা লাইযাম্না শান্নখিববু মযনাবাই তাংনা শম্না তাইবঙ মীনা শান্নবকই। মসিবু লাইপাউ কৌই।

শঙ ৩ (শঙলেল, লংমাই, ফৃবা)গী লাইবৌবাগী লৈহুল:

(১) শঙলেল:- হাযবিবা শঙলুপ অসিগী লাইবৌবাগী লৈহুন্দি লাগী মাইকৈ ৪দা লৈপোপ ৩ / ৩না লৈগী মতোন্না মপাল্লোমদা ওনথোক্লগা হুনগনি। অদুগা লাগী মযাযদা লৈপোক ৫ হুনগনি। লৈগী মাযওন্দি ৪না লাগী মখোকলোমদা মতোল ওম্থোক্কনি। অদুগা মযাযদা লৈগী মতোল লাইবোমদা ওনশিল্লগা লৈপোপ ১ হুনগনি। অদুগা খুবক্লৈ ৮না লাগী মখোকলোম থংবা লাপান্দা থম্লগা লৈগী

মতোন্না মনুংলোমদা ওনশিন্না চুনগনি। হাযবিবসিগী নুংগী ওইবা ব্রাখল্লোন্দি মাইকৈ ৪গী লৈপোপ ১২না পল্লেমগী শিযোম্নুংদা (মপাগা-মমাগা পুন্না পুবা থা ১২) চঠী ১ নাউপূবগী মর্শাক্কি। লাবোল ৩না নাউফম্মি। লা মথক্তা থাবা ফিনা নাউযোম্মি। মযাইগী লৈপোপ ৫না থবায ৫নি। খুবকলৈ ৪ / ৪দি পল্লেম-পল্তৌ লাংবুম্বগী মতৌ উংলির্বনি।

(২) লংমাইগী: মাইকৈ ৪গী লৈপোপ ২x৪=৮ ওইগনি। অদুগা মযাইগীনা ৩ ওইগনি। অশুম্না খুবকলৈন্দি মথক্কীগুম্না ৪x২=৮ ওইগনি।

(৩) পৃবাগীনা খ্বাইদগী হন্থগনি। মদুদি মাযকৈ ৪গী লৈপোপ ১ / ১ খক্তা ওইগনি মযাযগীদি লংমাইগী মান্নগনি। মসিদি থৌব্রায ওইবা লৈনিনা মশীংদা চঙ তানবা হন্থবকপনি। অদুগা খুবকলৈন্দি শঙ ৩মক চপ মান্নগনি। অদুবু অতৈ লৈপোপশিংদা মশীং খেৎনবিবা অসিদি শঙগী নহা অহল খঙনবনি। নুংগী বাখল্লোন্দি শঙলেলগা খেৎনবা লৈতে।

খঙবীগদবা:- (উমংলাই হরাউবদা তাক্লিবা মাযকয হাযবদি থাংজিং হাযবাবর্বসি লাইফম লাইফর্মশিং অদুগী মায ওনগী বানি। মালেমগী নুমিৎনা থোকপদগী লওবা মায ওন্দু নত্তে। উমং লাইগীদি লাইনিংথৌনা লৈবা মাযকযবু থাংজিং হাযনা কৌই। অদুগা কৌব্র হাযবনা লাইবেম্বানা লৈবা মাযকযবু হাযবনি। অসুম্না থাংজিংদগী হৌদুনা মাযকয ৪মক্তা ওন্দুনা কৎপা লোইববা মতুংদা লাইবোমদা লাগী মতোন্না ওনশিন্দুনা থমগনি। অদুবু হৌজিক মতমগী কন্না গুম্বা মাইবীশিংনা উমংলাইগী মাযকয অাস মালেমগী মাযকযদগী লওদুনা সঙ্কোংদগী হৌনা কৎপা যাওই)

অসুম্না লাইপাউলা কৎপা লোইববদা মাইবীনা লাই শান্নবা হৌনবগীদমক্তা লা মথক্কগী খুবক্লৈদু লওদুনা খুৎ ২দা যেপ্পগা লাইচিং জগোই শাববা মতুংদা লযহৌ- নোংহৌ জগোই শাবগনি। মতাং অসিদা মাইবীনা লযহৌ-নোংহৌ, লযশেম্বা তৌবিবা অসিনা তাকপদ্দি মাইবী হাযবসি লাইযিংথৌ সনা মহীগী লাংওন ওইবনি খঙহল্লু। মসিদা খুৎশা ১০দা লাংথ্রৈ মপোপ ৪ যেপ্পুনা শাবা জগোইদি পা-পী অনীনা লাংবুম্বগা থা ১০ নাউপুবগী মওং লাকপনি। খুবাক খুদুনা শাবদি লাযতায-নোংদাইবনি (পা পী লাংবুমবা)। মসি চকপনা চক্ শাবগুম্বনি। হাযবিবা মব্রোং অসি চকপশিংগী লযশেম্লোন পূযা 'চাকশ্রোং' হাযবদ্দা চক্ শাবগুমনা মালেম শাবা অসি ফুযয চযনা যযদুনা শাই হাযনা যাওই। মদুগী লোন্দাদি অসুম্না হায - 'তোবোংশিবা নুংফবা ইবেবোংদা চাদো। ইবে

তেকতাক চামগো শানিংঙাবে চামনো। ফোনথোংশিবা চঞ্জেতক ইবেবোঙদা চাদে'। হায়বদি চফ্ শাবদি ফৃযযচযন" যযদনা শাই হায়বনি। অসিদগী জগোই লওদনা শাবনা লযশেম নোংশেন্নগী মওংনি।

অসুম্না লাই চিংথোক্লুনা ওশাইগা থাংজি, হায়বা মাযকয অদদগী হৌদুনা বাংব্রেন লৈমদা অসুম কোযবকপন ম'যকহ খুদিংদা খুৎ লোয়দুনা খুবন্নদুনা ৩লেক হন্না কোযগনি। খুকর্মালবা লাইদ থাংজিং, মাজিং, বাংব্রেন কৌব্রুনি। মসিবু লযখোঙ নোংখোঙ কোযবা কৌই। মসিদা লাই চিংথোকপা হায়বদি লাইনিংথৌ লাইবেম্নাবু লেঙথোর্কপিবক্লো হায়জবনি। মাইবীনা কোযবিবা অসি লাইনিংথৌ অসীবনা মালেমবু কোযবগী মওংনি। অসিদগীদ তাইবঙ লাংবুম্বগী জগোই শাবগনি মসিবু অনোযবোল হায়না খঙনৈ।

লাইকোযবা মতমদা লাইনিংথৌগা মাযকযবোমদগী হান্না তৌই। মসিগী মনর্মদি লাই শান্নবা হাযবা অসি লাইনিংথৌনা লুচিংদুনা শান্নর্বনি। মসিবু 'লিন্দাউবেন' কৌবা পৃযাগী মনুংদা অসুম্না হায়বি 'নুংজেংদা তাইবঙ মন্দ হুন্নবা লাইবঙথৌ লাইনুবানা শাবা জগোইদি লাইনিংথৌনা উপ্পালযএ লযখোঙ জগোই কৌএ। লাইবেম্নানা লোংনা লয এ নোংখোঙ জগোই কৌএ'। অসুম্না এউপ অবোং শান্নবনা তাইবঙনা মন্দ হুল্লির্বনি। অসুম্না লাংবুম ওইবগা মওংবু লওদুনা লাইবেম্বাগী মাযকযবোমদা লযদুনা কোযনা চৎলর্বনি। লাই অ্ননা লাংবুম্নগা পোক্লকপা অঙাং অদুবুনি অনোযবোলদা নোংপোক নিংথৌ লাকপা হাযনা যাওবিবদো। লাইনিংথৌ লাইবেম্বীনা লাংবুম্নগা মওংবু মাইবীনা খুৎ অনীনা খুবাক খদুনা শাবির্বনি। হাযর্বদি খুৎ যেৎনা লাইনিংথৌনি, ওযনা লাইবেম্বীগী মশক্লি অদুনা লাইকোযবদা খৎ ২না অমুক অমুক মাযকয ৪দা পুল্লল্লিবাদো। অসুম্না লাইনিংথৌ যাওনা শান্নবাননা লাইনিংথৌবোমদগী হৌর্বিবনি।

অসুম্না মাইবানা শাবিবা লাইপাউ শাখোয হায়বা অসি তাইবঙনা মন্দ হুল্লগা মমাগা পীবুক্লুংদা থাবুম ১০শুনা নাউপুবগা তাইবঙ পান ফাওদুনা পোক্লকপা অর্মাদি তাইবঙনা হিংবগী মওং অদুনি। তাইবঙ লাংবুম্বদা শা হকচাংব থেক্লা খোযনা কোন্না পাযনবগা থরায মক হুল্লি হায়বগী শাখোয খুৎথেক কৌবনি। তাইবঙ মী ওইবদা মমা ওইবীশিংনা নাউপুবা অসি থাবুম ১০নি। মসিগী মমাঙদা মপানা থা ২ পুবম্মী। থা ৩ শুবকপদা মমাদা মন্দ থাই। তাইবঙ মন্দবু মপানা থা ২ পুবল্লগা ৩ শুবদা পলেমগা শাগোন্নদুনা তাইবঙ কাযাৎ ৩বু শিন্নে হায়বগীদমক

লাইবৌ শাবগী কোযনা চৎপদা ৩/৩ শুবকপদা মাইবীনা লোংনা লযবিবনি। খূৎশা ১০মকতা লৈ যেপ্লুনা শাবদি খুৎশা ১০না থা ১০গী মশাক্লি। লাংথ্রে ২না ২৯ ২দা যেপ্পনা মপাগী থাবুম ২নি। অসুম্না থা ১২না নুমিৎ শীংবুম ৩৬০ শুবে। অদুনা তাইবঙ মীওইবদি মপা-মমানা নাউপুবা অসি চহী ১ চঙডি, অদুগা থবায অদ পে ক্লকই হাযর্বনি। অসুম্না মইবীনা লাই চংথো ক্লনা কোযবা লোইনবা মতুংদা লইপাউল থাবকা অদুগী মনাক্তা চঙশনগা অনোযবোল শকপা হৌবগনি।

উমাংলাই হবাউবদ মাইবীগা পেন্নাগা হেক হেক পুন্না পাঙথোকমিন্নবিবসিগী মরমলৈ। পেন্না অসিদি লাই হবাউবগা তৎন থানা যাদ্রবা মশাক্লি। পেন্নগী মশক অসিদি তেংপানবগী অমদি তাইবঙ থবাযশিংগী মওংনি। মানী মওংদনা মমা ওইবীগী নুংগা হকচাংগী মওংনি। পেন্না মকোকতা উগা বাগা শম্নবদি পা পী ২গী লাংবুম্বগী মতৌনি। অদগা পেন্নাগী শমযবু পুল্লিবা চখুল্লী। ল শীং ৩না তাবা) অদুনা থবায ৫ মিগ থানা ৬ মক্লা তাইবঙবু হিংহনবগী মশাক্লি। পেন্নাগী উযেপ তেঙখান্দ নুপী ওইবীগী ফিনুংগী থোঙ মচানগী মওংনি। ননাব মালেম লযমগীদি 'লযপা তোনশেন লযনপফা' হাযনা খঙনৈ।

চৌজং হাযবা অসিগা মওংদি তাউবোইনাই শিদবগী ( " )গী মশাক্লি। শবাক পবেংনা থবানামচাকশিংগী মশাক্লি (থবানমচাকশিংসিদগী তাইবঙমীগী থবায ওইবকপানি হাযনা থাজনবকপা)। শামৈ অনিনা তক্লবগা পেন্নানা মবোল থোকপদি পলেম পন্থৌ ২গা লাইজ ঈশেং ২না তিন্নবগা তাইবঙ থন্নায ওইবগী মওংনি। অদুনা পেন্নাগী শামৈদা চৌজংগী শময়না হঙৎ হন্দা লেল্লিবনি। পেন্নানা ফৌববা, চযজিংনা যুংলিবা তাইবঙ লাংবুম্বগী মশাক্লি। অদুগা পোৎশক অসিগী মমিংসু 'পেন্না পাঙথোকপা থবক্লি হাযবদগী পেনা' কৌবিবনি। এবম আসনা মাইবীনা অনোযবোল শান্নবমদাইদা পেন্না খোংবনা অশৈনা (ইশৈ শক্লুনা) থবায শেন্থা লাইবোল অদু শক্লকপনি। অদুনা পেন্না শকপনা থবায শেন্থা লাইবোলবু 'লাইবৌ লাউবা' হাযনা শক্লকপদা মাইবীনা খুৎ ২ অসি পুন্সিদুনা থম্বাল অশাংপগী মওংদা নোংদোন খযোম শাবা হাযনা যাদুনা লৈগনি। মসিদি মমা ওইবাগা থম্বাল লৈকাগী মওংনি। অসি শুম্বা থম্বাল লৈকা অসিনা লাইনিংথৌগী থৌজালবু শাইদুনা লৈবগী মতৌনি। অসুম্না লাইগী থৌজালবু যাজবে হাযবগীদমক হযা ৬ হাযনা লাউবক্লিবদো।

মাইবীগা পেন্না খোংবগা ২না লাইপাউলা থাফম মনা ক্লা চঙলগা পেন্না খোংনা হোইবৌ ৬ হযা ৬কী লাইবোল ইশৈ শক্লকপা মতমদা মাইবীনা নোংদোন খযোম শাদুনা লৌববা আসদি লাই লোইবা নুমিৎতা ওগ্রী শকপা মতমদা শাক্লিবা

ইশৈ “. ........মালেম হৌড়েংগীবু লযগহৌড়েংগীবু.. ....... কোংলৌবেন্ন, লৌথীবনা পুনুং থাগী, হৱাই থাগী থাঙপাক থানী শংলৌ লেক্লবদা যেল্লাঙ লাল্লবদা মতা লাল্লবদা, পুনুং যাল্লবসু, মিদম যাল্লববু, মহয পাল্লববু, অঙ্গো-পাল্লববু ... ...”। অসুম্না হায়বিবা অদুগী মওংদু অনোযবোন্দা মাইবীনা জগোইনা উৎলকপনি। ওগ্রীগী বাফম্ম তাং অসিদা লওখৎলুবগী ৱাফমদি ‘লাইবৌ খুৎথেক’ কৌবা পুযাদা ‘মাইবীনা নোংদোন খযোম শার্বদি পুনুং হৱাই থাবগা অঙ্গোমিদম্বনি’ অসুম্না লৈবদগী পুখত্তুনা খঙনবা উৎপনি। পেন্নানা হোইবৌ লাউবা লাইবোল শুদ্রিবা ফাওবা মাইবীনা নোংদোন খযোম শাদুনা লেঙ হাযদনা লেপ্তুনা লৈর্গনি। মসিদা লাই শান্নবদা যাওবিবা লাইনিংথৌ-লাইবেম্বীগী মনাই পুন্নমক্তা মশা লেঙহাইদনবগীদমক্তা মাইবীনা পাউতাক পীদুনা খঙহনগনি। মবর্মদি থবায মহী চিথবকপদা লেঙ হাইদুনা হযদোকপা যদবগী ৱাখন্নি।

অসিদগী পেন্নানা অসুম্না হাযবক্কনি-‘মযনা ৱাযনা নোযযে। অসি হাযবকপদা মাইবীনা হকচাং হাইফেৎ ওযবোমদা খোঙদি লেঙদনা পযথবল্লগা’ হে, তাংন শম্না নোযযে। বাহয অসি হাযবা হৌবকপদা যেৎ থংবা খোঙনা হাইফেৎ লযবাক্তা শিৎলপ তৌনা চৎপা হৌবক্কনি। অসুম্না পেন্না শকপনা নুংশিনা মীৎ উইশিন-দুনা পেন্নাগা চযজিংগা লেল্লগা হৌইবৌ লাউবা মতমদা মাইবীসু নোংদোন খযোম শাবা মতমদা মীৎ উইশিন্দুনা লাইবোন্দু তাদুনা লৈর্গনি। মসি তাইবঙ মন্দ হুনবগী মতৌনি। মন্দ হুনবা হেক লোইখিবগা অনোযবোল শক্তুনা লাইবৌ জগোই হৌবগনি। অসিদগীদি পেন্নানা অনোযবোল মথং-মথং শক্লকপদা মাইবীনা হকচাংগী কাযাৎ খুদিংমক্তা জগোইগী মওংদা পাযবকপদা মফম অদু শেম্বনি হাযবা খঙহল্লক্কনি। অনোযবোল শক্লকপা মতম অসিদা লাইনিংথৌ সনা মহীনা মালেম শেমখিবগী মবম অমসু পবিং নাইনা লাইশিংনা হবাউখিবগী মফম মথং মথং তাক্তুনা শক্লকই। অদুগা মালেম শেম শাবগুম্না তাইবঙমীবুসু শাবকপনি হাযনা খঙহল্লকই।

মদুদি:-

কোবও হৌড়েংগীবু নোযযে।
নোংগ হৌড়েংগীবু নোযযে॥
মালেম শেমড়েং, লযগ শেমড়েংগীবু
নোযযে ॥ শোবাবেন্দা নোযযে॥
পুংখৎতৈনা নোযযে॥

তবেৎ শেনফাং যযনা, মোইবুংখোংনা
নোযযে।।
লাইনুবা ৭না নোযযে।
লাইবুংথৌ ৯না নোযযে।
মালেমলযদা নোযযে।।
হযিচকঙৈগীবু নোযযে।
লম্মাবা তুম্মাবনা নোযযে।
লমশেনবা তুশেনবনা নোযযে।।
কেগে থাংজিংদা নোযযে।
ৱাংব্রেন খানচাউবদা নোযয়ে।
চীংঙু মার্জিংদা নোযযে।
অবাং কৌব্রু অসুপ্পদা নোযযে।
শীংখাই হুম্ফুমাথোইদা নোযযে।।

অসুন্না অমাইবা অমাইবীশিংগা লোযননা লাইশিংনা মালেমগী মফম কযামক্নমদা লযশেম নোংশেমবগী মওংবু ইশৈ ওইনা শক্নুনা খঙহল্লকই। মসিদা মাইবীনা খোঙথাং কযাদা জগোই শাদুনা চৎলি। অসিদগী অমুক তাইবঙ মীবু শেমগৎলকপগী মওং অমুক পেন্না শকপনা শক্লকপদা মাইবীনা তাইবঙ শাবগী জগোই শাদুনা চৎলকই।

মদুদি:-

পাখংবগা লযকক লযযাবেন চনুগা নোযযে।
খোইযুম অনিনা নোযবদি,
মাহৌযে চীংদা নোযযে।
মহৌ ফাইবোকচীংদা নোযযে।
ফাইবোক ফাইদম চীংদা নোযযে।।
কুমসুখোঙ নোংদমখোংদা নোযযে।
তাওজ মকুহুন নাক্লৌ ফিযান্না নোযযে।
অঙ্গো মিদমদা নোযযে।
লোইদাম মবি শুবদা
মিদম্না নোযযে।।

লুরাং কাবেন তবানিথোই যাৎনা নোযযে।
হকচাং কাযাৎ মাপন যাৎনা নোযযে।
- - - ---- ---- ---॥

অসুম্না পেন্না খোংবনা হকচাং শাগৎলকপগী অনোযবোল শকলকপদা মাইবানা হাযাখ্রবা মহর্মশিংদু খৃৎনা শোক্কনি। অসুম্না মাইবীনা হকচাংগী কাযাৎ পাযদুনা শাবা জগোইবু "লাইবৌখুৎথেক" কৌবা লাইবিক্তা অসুম্না পল্লি মাইবীনা লুতোন পাযবা লুতোন শেম্বনে। না পাযবা না শেম্বনে। লাইপক পাযবা লাইপক শেম্বনে। পাসুম পাযবা পাসুম শেম্বনে। নাতোন পাযবা নাতোন শেম্বনে। খজাই পাযবা খজাই শেম্বনে। চীনপান পাযবা চীনপান শেম্বনে। খদাঙ পাযবা খদাঙ শেম্বনে। ঙক্কী পাযবা ঙক্কী শেম্বনে। লেংদোল পাযবা লেংদোল শেম্বনে। খূনাং পাযবা খূনাং শেম্বনে। থবাক পাযবা থবাক শেম্বনে। ফৈগন পাযবা ফৈগন শেম্বনে। খুকলু নম্বা খুকলু শেম্বনে। খুবোম নম্বা খুবোম শেম্বনে। খূনাং নম্বা খূনাং শেম্বনে। খুদোন নম্বা খুদোন শেম্বনে। শোবাবেন্দা পাউ তাক্লে। হকচাং ইনজনে। নমশাকাপলে। মিংশেন যেংলে।

পাবিং হুল্লে। চুপথাবে। পাবিং কোল্লে। ইম শাবে। অমাংশঙ শাবে। যোৎশাবী শাবে। পান্থোইবী ঈবাল্লক্লে। নোংপোক্কা পান্থোইবীগা ফিজি হাইনবে। খুজেং লাক্লবে। লেংগোন্নবে। পানা ইন্নবে। তিংগোং কাংগোং শক্লে। সনাবেম্বী শকলে। উচিচি শকলে। শিংশিং লওবে। লীলালোইবে। পাম যাল্লে। লওযাল্লে। লশিং হুল্লে। লশিং খুল্লে। লশিং মল্লে। লশিং তক্লে। মোইথাপ তাইবে। লশিং নাইবে। লংসুবে। ফিহৌবে। ফি কক্লে। ফি লাকলেল নাইবে। ফি সুবে। ফি ফৌবে। ফি লাইদা কৎলে। লোং খোল্লে। মাইবীনা ফিজঙ লিংলে।

মতাং অসিদা মাইবীনা লোংখোনবা লোইববা মতমদা ফিজঙ লীৎলিবা অসিগী নুংগী ওইবদি ফি অঙৌবা ১ তিংথোক্লনা খল্লিবা অসি হকচাং পোলাংগী মশাক্নি। তাইবঙগী হকচাংবু ফিগী মশক্লি হাযদুনা খঙনৈ। অদুনা মাইবীনা ফিবুন হুন্দুনা চুই চুই হার্যাবিবা অসি চঙঙো চঙঙো হাযবনি। চর্ঙালবদি অতৈ নত্তে থবাযনি। অদুনা ফিদা পুন্সিন্না চঙশিল হল্লে হাযবগী 'ফিপুন জগোই' কৌবান। থবায পানবা পুন্নমকপু শেম্বীবিবা অসি লাইনিংথৌ সনা মহীননি। অদুনা মতাং অসিদা ফিবুল অসি মাইবী নত্তনা অতৈ অমনা শান্নবা যাদে। হন্দোক হনজিন হুল্লিবা অদুনা তাক্লিবদি থবাযনা তত্তনা অপোক-অসিগী লম্বী ২দা হঙ্গৎ হন্দা

চৎলি হাযনা খঙহল্লি। অদুনা মাইবী হাযবসিদি লাই হবাউবগী মনুংদা যাম্না মক ওইবা মতাং অমা লওবির্বনি। উমংলাই হবাউবগী মক ওইবা শকক ওইনা লাইগী পাউ নুমিৎ খুদিংগী লাইমাঙদা ফমদুনা মীযামদা চেনগনি। অদুগা ২ শুবা শকক্তা মাগী মক ওইবা থৌদাংদি তাইবঙ পান, ১দি মালেম্ম শেম-শাবগী থৌদাং ওইনা অনোযবোল লাইবোল শান্নে। মতাং অসিদা উৎলির্বদি তাইবঙপানবনা হওনক ওইবকপা অর্মাদ হিংবদা চঙলিবা পোৎলম থৌরম কযা অমা খঙহন্দুনা মহাক্না তাকই। হাযবিবা মতাং অসিনা মীওইবনা যুম পানগনি। অঙাং পোক্নি পোক্লবদি যোক্নি। হিংলবদি সুগনি। অদুগা পন্সিদা কর্নি কবি পোৎলম মথৌ তাবগে হাযবসু তাকই। অর্মাদ লাইদা থুরুম খাজংবা হাযবা অসি তৌদবা যাদে হাযবা মশক অমা নাংথিনা উত্নুনা মথৌ তৌই।

### লাইবল্লেল থিবদা মাইবীগী থৌদাং

### মঙচঙবা:

মাইবীগী মথৌদি যাম্না পাক চাউখ্রবা মীওইবা পুন্সিগী শকক ১নি। মচন্না মীওইবনা খঙবা ঙম্লবোইদবা কযা অমসু তৌদুনা খুন-নাই অসিদা লেপ্লি। লাইগী মপাউ মীদা তম, মীগী লাইকৎ মখোযনা তৌদুনা মীওইবা পন্সিনা নেতনা হিংবা ঙমজনবা কাংলমদসু অঙকপা থৌদাং লওবি। মসিগী মনংদা মখোযনা 'মঙচঙবা' হাযবা লাইথৌবোল অমা তৌদুনা অমম্বগা অঙানবগী মবক্তা লৈবা মীওইবনা খঙদ উদ্রবা থৌবম্ম মকাফোংনা খঙহন্নবগীদমক্তা অশান অবাঙ তৌই। হাযর্বদি থবাযগী লমদাং থিনবা হোৎনবদা পাঙথোকপা লাইথৌবোল 'মঙচঙবা' (ধ্যান তৌবা) হাযবা অসি 'যোইবেন' হাযবা অসিনা পাঙথোকপগী বাফম 'পাম্হোইবী খোঙ্গুন' লাইবিক্তা পল্লি। অদুনা যোইবেন হাযবা অসি নোংথাঙলযমনা পুথোকখিবা মশক অদুনি। অসিদি হৌজিক্কী মাইবীশিংনা 'মঙদাবা' হাযনা তৌবিবা অদুগুম্না থৌবাঙ চাউনা তৌদে। হেক্তা মীৎ উইশিল্লগা মঙলান অমদা বাখন্না চঙলগা উবা মশক্লি। মসিগী মনুং চনবদা 'খুৎলৌ যেংবা' হাযবা অমসু তৌই। মদুদি 'চেঙবা খুৎলৌ' অদি 'নোংথাঙলযমা শান্নবা'।

অদুনা মঙচঙবা হাযবা লাইথৌবোল অসিগী মতাংদ "পাম্হোইবী খোঙগুন্দা" অসুম্না পল্লি "থেবা লাহাকপা মমোম মুমশিল্লোল অশিনবগী মুমলাং অতাউবীনা চবৈ মকা ফোংবাবাগী কংলয লম্না ওল্লে। লেম্নৈ খেবাংথাংদা, ব্রানজেং

বাইকুপ তাউদা, পেঙবা লুবোই কাদা, ঙাৱা খুৎপুন চোংদনা লাইজ ঈবোন্নুং লযকু-লযবাইখা, কাওসুম-কাওবাথক্তা লেপ্লে অপকমাবু শানফোঙদনা শানথুপখিবা বাগী খাবা শোকচোম্বা কংলৈ লযপাক মপানা পাওমেনখিযে। ইদাইবেম ৱাংগোনজাম্বা নঙবু কংলৈ লম্না ওল্লে। খোমলেল মঙচঙলা ও হাযববদা খোযবা ব্যাগোনজাম্বনা খোম্লেল মঙচঙববু থেবা লাহাকপা মুর্মশিললোল অশিনবীনা মোম্নু চবৈ মকা ফোংবগীবু কংলৈ লম্না ওনবনে হাযনা খোমলেল মঙবাউ চেনবগী.. .......'' অসুম্ন পল্লি। হাযর্বাদ ইম্ফাল তুবেলগী মফম অমদা খাবা নিংথৌগী শোযফম অমদা ঙা অমত্তা মশক উদবে হাযবগী ৱাগো'নজাম্বা বাচুম্বাদা মঙচঙদুনা যেংঙু হাযনা তাক্লবদা বাংগোনজাম্বনা খুদক অদুমক্তা থৌৱোং অদুবু মঙচঙদুনা যেংবা মতমদা থেবা লাহাকপগী মচানুপী মুমশিল্লোল অশিনবীনা ফিশুবম্বদগী মফম অসিগী ঙাশিংনা লোৎখিবনি হাযনা খঙহনখি।

**চেঙবা-খুৎলওঃ-**

অদুগা মঙচঙবা হাযবা থৌওং অসি পাঙথোকপা মতমদা আসবা মীগী থবাযগা অমাইবীগা হাকথেংননা বাবী শাবগী মওংসি মৈতে নিংথৌ থৱান থাবগী মতমদসু নিংথিনা পাঙথোকখিবগী ৱা 'থৱান থাবা হিবান' হাযবা লাইবি ঞা ইবি। খুমন নিংথৌগী মচানুপী চকপা ঙন্বী শম্ফবীবু মৈতৈ নিংথৌ থবান থাবনা লযমা ওইববদা লযমগী লাইবক থীবনা যেক্লবনা খুদুম চনখিদুনা লৈনাচোম অমগী বাথোক্তগী নিংথৌনা খুমন নিঙোনবু লৱাইদা তবেঙ যোৎনা লেংদুনা হাৎখি। খুমন নিঙোনগী অসিবা মশা অদু মপামদা থিনখ্রবদা মপা খুমন নিংথৌনা মচাবু নাই হাযবসু তাখিবা লৈতে, কবম্না শিবিবনো হাযবা লাইওং খঙনবগীদমক্তা 'চকপা লম্লাং মাইবী মঙজুম্বীদা' মঙচঙভু হাযনা মঙজঙখিবগী মতাংদা অসুম্না পল্লি-'ইদাইবেম, চকপা লমলাং মাইবী মঙজুম্বী নঙবু লাও। ইমোম্বু কোবও কবম্না নোংগাবনো, চীংভু কবম্বনা থৌথাবনো হাযনা খোম্লেল মঙচঙলু-ও হাযববদা চকপা লম্লাং মাইবী মঙচুম্বীনা ফৈবোয মঙদাকক্তা (হাওকক হাযনা খঙনবা থুমোক মখল অমা) চেংঙৌ ফাহাপ্পা যেনলুম কাংখন্না তবা চযোমগা শংলৌ যেনযোম হাপ, বাংলৈ খোমগা হান, শিংশিং লাগা যোম্না মঙপোৎ লুখুম থানা খোম্লেল মঙচঙখিববু খম্লুং মথোঙজিন, শৱা মবাকচিন্দা লমওক্লকই এ''।

''যোইবুখযোইবোল ও নপন পন্থৌনিংথৌ অতোন পুঙ্গিবনা থৌশীবকএ। নঙবু কোবও কনানা তৌবকপনো? পাউহংববু ইদাইবেম চকপা

লমলাং মাইবীও পলেম পী খোয়রেল, পম্বৌ পা খোয়রেলগীবু নত্তে। য়োয়বু ইথী থীয়েকৱা, য়োযহৈ ইনুনুয়েকৱাগীবু নোংমল্লকএ। মোম্মু তরেঙ খোংফাংযোৎনা লৱাই হুমপুতোনদা থাথরবগী মোম্মু য়ারেন খোংজি মতাই কাঙঙমদা, চীনবান লৈতোল খৎফদে, হায়না পাউখুন্নকএ। চকপা লমলাং মাইবী খম্মুং চৎৱায় তাকপিনা-নোংয়ায় খুমর্ননিংথৌ অতোন পুন্সিবা-ও। নদাইরেম ঐনা খোমলেল মঙচঙলুবদি নমোম খয়োইরোন্দি কোরও মনোং থৌনা ঙম্বন্দে, ৱাংবন মকাশানা থাদদে। পলেম পী খোয়রেনগীবু নোংমন্দে। য়োয়বু ইথী থীয়েকৱা, য়োয়হৈ ইনু নুয়েকৱাগীবু নোংমল্লকএ। মোম্মু তরেঙ খোংফাংয়োৎনা লৱাই হুমপুতোন্দা চয়বীরবগী চীনবান লৈতোন খৎফদা, য়ারেন খোংজি মতাইমবু কাঙফদে হায়কএ।" হায়বদি পুন্সি খোয়রেল ওইদুনা শিবা নত্তে। য়েক্লবনা লৱাইদা তবেঙ য়োৎনা য়ৈবদগী শিবনি হায়না লৈমগী থৱায় অদুনা খুন্নকপদগী খঙবা ঙমখি। অসুম্না থৱান থাবা নিংথৌগী মতম ফাওবদা চকপা লমলাং মাইবীনা শিরবা মীগা উনদুনা ৱারী-ৱাতায় শাবগী মওং লৈরকই। (থৱান থাবা লাঃ ১৪)

## নুমিৎ কাপ্পা লাইরিক্কী মতুং ইন্না মঙচঙবগী মওংঃ-

লাইরিক অসিগী মতুং ইন্না লাইবেন তাউবোইনাইগী মচানুপী পাম্বোইবীনা 'খাবী লেংনাউমোম্বী' কৌনা মথৌ তৌবা মতমদা নুমিৎ মনাউ তাউদনববু নিংথৌ ওইহন্নবা থিনবগীদমক মঙচঙখিবদা তৌখিবা থৌওংনি লাইরিক অসিদা অশুম্না পল্লি- 'নিংথৌ পোংবা ১০ মানা তৌইগীদি তুবী ঙাঙয়েক চনু তংগানুবী পুইদিংৱাক কোরও নোংমাই হনবী, মালেম লয়মায় হনবীও নপল লাইরেল তাউরোইনাইবু পাউথেম্মু ও হায়না থৌনেক্লবদা তুবী ঙাঙয়েক চনু তওরা নোংদং লেংবী, তওজেঙ ফাম্মা হাইবী খুয়োন ফৈতং লওবীনা পাউখুন্নক এ। নিংথৌ পোংবা ১০ মাও, নপোইরয় চিনদুম চিন, ৱাংঙম মংদুম মংবা অসিবু থৌবী লয়মচা নুরাইরেম শাফববু তুবী ময়ানুং লাইরেল মকোন্নুংগীবু ঐ পাউথোম্মুগে। ইপন লাইরেল তাউরোইনাই পুনেম্মবা, ফৈরোয় মংদারুকতা চামলৌ লাবোল ঙৈথিংয়য়, শিংশিং লাগায়োম, চেংঙৌ ফাহাপ্পা, ৭ মরাই ই, নোইনু কাগুপ্পনা ফিমু লয়রূম শীবী-ও। ইপল লাইরেল তাউরোইনাইবু পুনেমলুগে। য়োইময়াই তাউদনবা ইঙাইরোয়বু পাউথেম্মবা মচেঙ পাউতাক য়েনবু তৈনা শেমও। অঙাঙবা নুমিৎ সনা পুরুময়েন, মাচেঙ পাউতাক য়েনবু য়েম্বা খুরৌ থাংবীও। নুগী নুরম তাবী মোম্মু তাঙজ লুমায় খায়বীনা পাথোম ৬ থোম-

ও। থোপশাবা নওশুং থোপ শা-ও। লাকশাবা নওশুং লাক শাও। পবযবা নওশুং পবযও। থাংথোংবা নওসুং থাংথোং ও। মালেম লযপী খোঙবায হক্লা যোইমাযাইবু পাউথেম ও হাযববদা তুবী ঙাঙযেক চনু মপাউমেনগীবু থোপশাবনা থোপশাবে। লাকশাবনা লাকশবে। পবযবনা পবযনে। থাংথোংবনা থাংথোংলে। নৃগী নুবম তাবীনা পাথেম ৬ থোমলে। পাগী পাবম তাবনা পাবাক ৫ শেমলে। মালেম খোঙবায শেম্লা ঙাইখল্লবদা খাবী লেংনাউ মোন্বী, খুযোন ফৈতং লৌবীনা মঙপোৎ লুদা থোং, মচেঙ কাইবয নাক্তা যেপ্লা খোমলেল মঙজঙববু তুবী ঙাঙযেক চনুনা লাইবেল মকোন্নুং তুবী মযানুংবু থিখি এ।"

অসুম্না মঙজঙবা হাযবা অসিগী থৌওংবু লাইবিক অসিদা নীংথিনা উবা যংই। পান্থোইবীনা মঙচঙবদা চংখবা পোৎশিং ফৈবোয মঙদাকুক (হাযবদি হৌজিক মতমদা 'হাওকুক' হাযনা খঙনবিবা থুমোক অসিনি। মসি মযুং-মফেন শইবিবা পযা অদুনা ফেবোই ওইনা লোইবা ফাওবা শাবা থুমোক মখল অমনি) হাইনিবা থুমোক অসিগী মনুংদা লানা মবোল ও থাগনি। চেঙ ফজবা ভৌনচোংবদু হ পকনি। ৭ মবাই ই, হাযবদি মৈতৈলোল অবিবদা শেনবু 'তবেং' হাযনা খঙনি। শেন কাপ্তপ হাপকনি। থুমশু কাপ্তপ হাপকনি অদুগা পুম্নমক অসিগী মং ঙা হ ভমবা মবাক তাইনা অমনা বুপশিনগনি। অদুগা যেন অঙাংবা অমস্তি খৌনা যেনদগী মখোঙদা হুকচিনবা যাবা খুদোপকুম্বা অমা শাদুনা হুক্কনি। মযুম পান্দ্রবী নুপীন লানা যোম্বা অচা-অথক ওইব মনা-মশীং হবা হাপ্লা, পযাদ পুন্দবা লাপ্তেম ৬ পাযগনি। অদগা থোপ শাবা হাযদনা পযানা পোলাং মচা অমা খাউগী মঙংদা শাবা ৬ নিপানা পাযগনি। অদুগা পবযনা হাযদনা খযোম লাকপগী পুনন্দৈন পযানা পুনবা লাগী মযোম তৈবম লৈবম যোম্বা ৬ অমসু নিপানা শাগনি লাকশাবা হাযবদি পোৎচৈশিংদু যোমশিন্নবগীদমক লাবাক লোন্দুনা পোং চৈদু হ পুনা শেম্বনি। থাঙথোংবনা থাঙথোংবা হাযবদি পোৎচযশিংসিবু মফম চানা চানা থমদুনা শেম্ববু হাযবনি। অদুগা লযবাক্তা নীংথিজনা ফমফম অমা শেমদুনা ('মালেম খোঙবায শেম্বা' হাযনা) থমগনি। (শোবাং শোনবদা শগ্যাথাব হাযবগুম্বনি)।

হাযবিবা অসিনদি মঙচঙবা হাযবা অসি নীপা-নুপী মযাম যাওনা মথৌ পাঙথোকপা মও, অমনি হাযবসি খঙবা ঙমলে। অদুগা ঙশাইগী মঙদাকুক অদু মাইবীনা মকোক্তা থাঙ্গৎলগা যেন ১না শেগাদা যেপ্লগা মঙচঙবগী থৌবম

পাঙথোকই হাযবসিবসু খঙলে। অদুবু মঙচঙবা হাযবা অসি মথক্তা পনখিবা খুদম খবদদি পোৎচঙ-চযজঙ ইযাও-যাওদনা হেক্তা খুদক্তা পাঙথোকপগী মওং লৈবগ্নসু পান্থোইবী খোঙগুন্দা 'বাংগোনজাম্বা' খোযনা তৌখিবদা উই। মসি হৌজিকসু অদুম্মক লৈবি। মাসি হৌর্জিক্ত নোংথাঙলযমা শান্নবা হাযনা কৌবে। অদুনা মঙচঙবা হাযবা অসি অতোপ্পা লোন্দাদা 'খ্যান তৌবা' হাযবা অদুগুম্ননি। মাস লমদম অসির্দাদ লাইহাওক্তগী মাইবীনা তৌদুনা অদুম্মক লার্কখি।

**থাযনগী ''মঙচঙবা''গা হৌজিক্কী মঙদাবগা খেন্নবা:-**

অদুগা থাযনগৈগী মঙচঙবা হাযবা অসি হৌজিক্কী মাইবীশিংনা মঙদাবা হাযনা পাঙথোক্লে। মমিং অসি তোংলকপগা লোযননা মমাঙগৈদা মঙচঙবদা চঙখিবা পোৎচঙশিং অমর্দি মফম তোঙাল্লে। মমাঙগৈগী মঙচঙবদি থোইদোকপা অখংবা মফম পল্লম্বগী বা থেংনদে। অদুবু হৌজিক্কীদি মঙদাবগী মফম অকক্লবা লৈ। মাংগোনগী নাকথা দবীমথক নত্রগা শুমাঙদা পাঙথোকপগী অকক্লবা চৎনবী লৈবে। হৌজিক্কী পোৎচঙনা ফকলোং অহনবা ১, ফি এবাক তাইবা ১, লফোয লযাং চঙথোকপা ৪, অথেনপোৎ ১, শেন ৪, ফৌদাং ১ (ঙা পবেং ১, শেন ২, থুমক শুপ, ফৌ, থুমোক ১দা হাপ্পা)। অসিগা লোযননা অনৌ অপেৎ হাপ্পা। অদুগা ফকলোং মথক্তা ফজবা চেঙ হযবা। অদুগা লাই পাউতাক তৌবগী মওং অমসু হাপ্পুনা নাকথদা থাবিবা ফকলোং অদুদগীনা খাঙেনফম যৌবা ফাওবদা লং আহংবগা লংলানা ৩/৫/৭ তিংদনা খাঙেনফম ফাওবা তিংলগা খাঙেনফমদা লাংথ্রেনা লৈ ওইনা থাদুনা শিগ্রবা মী অদুবু লাক্লনবা হাযজবগী মওং অমসু যাওই। যোইবেন হাযবা মাইবী কাংলুপ অসিগী মথৌ অসি মঙচঙবদা নত্তনা চেঙবা খুৎলও হাযবা অমসু তৌবগী মওংলৈ। হাযাবিবা থৌওং অসিদি নীংথিবা তীনচা খোইচাদবা লা, মতোন্না নোংপোক মাযকয ওন্না পানবা অমা হেক্কুনা লযবা ক্তা থাবগা নীংথিনা চোইবা চেঙখবনা লাদুগী মথক্তা হযথগনি। হযর্খবিবা চেঙ অদুগী ফিভম যেংলগা পাউতাক পীবনি। মসিবু 'চেঙবা খুৎলও' নত্রগা 'চেঙবা ওনবা' হাযনা খঙনৈ।

**হৌজিক্কী মাইবীনা হেল্লিবা চীঞ্জকশিং:-**

থাযনগী লাই হাক্তক্কী মাইবীশিংদি থোইদোক্লা চীঞ্জাক হেনবগী চৎনবী লৈখিবা থেংনদে। থোইদোক্লদুম মাইবীগী শক্তম যাম্না লওখিবা পান্থোইবীদি মাগী মনেম্বোক ওইবিবা অদুদা হাম্মে চাগ হার্যখি। অদুবু হৌজিক্কী মীবম্লেলগী ওইবা

মাইবীদি অদুক্কী মতীক চীঞ্জাক হেনবগী শাজৎ লৈ। মখোযনা হেল্লিবা চীঞ্জাকশিংশি থৱায পানবা অদি পান্দবা ২ মক্তা হেল্লি। থৱাযপানবা চীঞ্জাকশিংগী মনুংদা (১) শবেং খোইবী, (২) ঙামহাই, (৩) ঙাশেপ, (৪) ঙাক্রা, (৫) খজিং খোঙজাওবী, (৬) ঙাবিন, (৭) ঙাবেল, (৮) ঙাপ্রুম, (৯) ঙাকট্রৌ, হাযবিবা ঙাবম ৯ অসি হেল্লি। অদুবু 'ফৃবা' হাযবা মাইবী কাঙলুপ অসিদি 'ঙাকট্রৌ' দি অদুম্মক চাবা যাই হায। অদুগা থৱায পান্দবা চীঞ্জাক্কী মনুংদনা (১) মাইবেল অঙৌবা, (২) শেবোৎ লিলমানবী, (৩) থাবাম, (৪) কেঙোই, (৫) হৈমাং, অমদি (৬) লিলহাব মতোননি অদুগা তোকনিংকোক, লোম্বা, ফকপাইশু চাদবগী চৎনবী লৈ। অসুম্না মখোযনা হেল্লিবা চীঞ্জাক শিংসি থৱায পানবসু পান্দবসু পাখংবগী শাযোন ওইবা পোৎ ঙাক্তনি। অদুগা মৈ থানবা শীংদনা (১) হৈমাং, (২) লাংগোম, (৩) মৈথাক, (৪) মখোম থোকপা উশিং (৫) খাংখাতিংখং অমদি (৭) লাইকি হার্যবিবা শীং মবমশিং অসিনা লাইনা কিবা পোৎ ঙাক্তনি। অদুনা পোৎলমশিং অসিবু যাম্না চেকশিন্না ঙাক্তুবদি মাইবীগী লাই যৈশিনখিগনি। অমদি লাইনা নৈবক্কনি।

## "মেৎপী" হায়বা মাইবী মখল ওইখিবশিং:-

হাযবিবা মাইবী মখল অসিদি লাই নীপাশিংনা ওইবগা অনা অযেকপু লাইযেংবগী মথৌ তৌখি। লাইগী মতমদা নীপা ওইবা লাইশিংনা মাইবীগী মথৌ তৌবকপগী ৱাফম 'পান্থোইবী নাহেবোল' কৌবা লাইবিক্তা মবীক চুম্না পল্লি। লাইবিক অসিগী মতুং ইন্না মাইবীগী থবক যাম্না তৌখিবা পান্থোইবী হাযবা অসিনা খাবা মযুমদা লুহোংলবাতুংদা যাম্না কন্না নাখি। মাসিদা মানা (পান্থোইবীনা) মমা লাই নামুংবীদা মাগী অনাবা অসিবু যেংবা ঙমগদবা লাইগী মাইবী কনা লৈবগে ঐবু ফনবা যেংহনবীযু নত্রবদি শিবা তাবে (পান্থোইবী হাযবসি লাইগী মমৈ মীগী মকোক ওইনা মীবল্লেন্দা তাইবঙ কুম্মৈ শান্নবিবনি। অদুনা শিবা তাবে হাযবির্বনি) হাযবক্লবদা পান্থোইবীগী মমা লাইনামুংবীনা লাইগী 'খাবী' (মাইবী) কয়ামকম্থু লাইযেংহনখি। হার্যবিবা ৱাফম অসি মথক্কী লাইবিক অসিদা অসুম্না যাওই।

**খানচাউবা:-**

"তম্ফা মৈদেংঙু চনুনা কংলয পুংময়োন, মালং নোংহুমশঙ, মালেম লযমযোন্দা নাতম্ববু হৌএ। হাযু ইমা নামুংবী মায়েঙ্গী শিদবা মপান থা, নাদবা মউ লিংবী, খুনবী শল্লাইহল-ও। নমোম ৱাংঙমলোল ঐবু হয়ু ইনুংশং নুংনাং

ইনাবেক খাঙলা য়েককোইথোং, য়াইরেন মখোকলোয়, শেন্দৌ তৌঙাম হোইহোইনা য়াঙলা হুইচোননীক, লিলব্রায় শল্লম ইনগে তৌগুমলে। মালং মথিনাই, খমগোন মরাঙহৌবা করম্ববু, লমওক্লরবনো। খাবনা শিশুনু, য়াংবনা নাশুনু হায়বা নর্বিঙেনে। কবম তৌশিবনো। তম্ফা ঐবু ইপন তুবী য়েল্লাবনা শাৎপী, ইদু লাইরেল অরেম্বনা য়েনবী তুবী ঙাঙয়েক চনু তওরা নোংদং লেংবী, তওজেঙ ফাম্না হাইবী, ইপন তাংশক্তা ইদু মীথাদবী, ইপন তুবী অঙনবনা য়োয়নবী, ইদু লাইরেল অরেম্বনা চান্নবী, পোইরয়না য়োয়শক্তরিঙেদা য়োযগা শকপী, তম্ফা থাদরিঙে, তম্ফা থাবী, লুগা খুমদবিঙেদা লুগা খুম্বী, খোঙগা য়োমদবিঙেদা খোঙগা য়োম্বীনে।

ব্রাংঙম ঐবু নুংনাং ইনা বেক, হাযু ইনুং শঙলকলে। হে ইমা খোইমোম লাইনামুংবী তম্পাক লৈরেনহনবী, মানফম লয়তকপী, কোনফম লৈয়েংবী, নরা লীশীংমনা মালেম থৌবয় লয়পায়বী, নতোন কোরও নোংফংবীও। নমোম ঐবু খাবা মচাল লেন, য়াংবা মযাথংবু য়োন্দনা লাইথুংলে। ঐবু করম তৌশিবনো। তমপা ঐসুং তোইবী তংগা চনু ফুইদিংকোক, তওরা নোংদংলিংবী, তওজেং ফাম্না হাইবী, লেম্বা শগোল তোংববু লওমাতৈবী, খিকলোয় মানবনথক্তা খুরূপ মানবন হওববু তাঙজা খোঙগুন নাইদনা লিন্দু খাঙনপনা লিল্লা খাঙশেৎনবী, তমফা অঙাওবা মাঙহেন্নবী, অশিংবা তুং কোন্নবী, অকনবা থোরৈ তেংবাং হৈবী, ওইনম্বা খুত্তাসুবী, পুন্সি মশীংলেল, লৈরাংদুগুম্ববু থাদা থেৎপীনে।

হে ইমা খোইমোম লাইবেম্মা ও। নমোম ব্রাঙমলোল ঐদি মনু লাইপোইবা, খোয়ঙান লাবা ইমচঙবা করম্ববু লমওক্লরবনো কল্লকএ। নমোম ঐবু চুবা ঙৈচা য়েক, খ্বাঙ নোংজেংলাউ, নোংথী লাইমন হৌ, অনা লাইথোইরক্লে। লাইশনা লাকমাগুম্বদি ঈবোক অসুপ্পগুল্লক্লে। তুবী য়োয়নোংদা নোংদা লাইরেল পাখংবা লাকমাতোনবদি হেম্বা চীংশাং অব্রাংবাগুল্লে। কপলাক লাইমনচন, খুবোম শীংগায় হওববু লওমাতৈরক্লে। নমোম ঐসুং কোরও নোংথৌ মাইবী ব্রাচুম্বী, লয়পাক মাইবী হনবী ব্রাঙনবী, কোরও নোংনা নারবসুং লাইয়েংবী, মালেম লয়না নারবসুং লাইকেনবী, য়ুহা হাগনে হাহন্দা, য়ুচেংনীক্কনে নীকহন্দা কোরও নোংখোঙ কওগে কওহন্দা, মালেম লয়খোঙ কায়গে কায়হন্দা, খুৎয়োন ফোয়দং লওবীনে। পলেম ইমা নামুবীং ও, খাবী নঙগী থিয়াথৌ, অমাই নঙগী ননাউযেকপু কনা লৈবনো?

**ৱাঙব্রেন:-**

হায়না পাউহংলবদা, হোয় ইমোম তম্ফা ৱাঙমলোল-ও, নপল ঐগী খাবী থীযাথৌ, অমাই ইনাউযোক অমা লৈএ। হাওবৈ খানা পাংবাবমদা ৱাঙনবা, লাইজ ঈময খৈবা, খোযযুম লাইনিংথৌ ৱাংববেন খানচাউবা, মমা ৱাংনুলযমা খোংজোমফাবীচানা পোকপী, লাইজ নুঙখেনচামিলওদা ফমফম্না, ঈম্ হংজেলোনবা, লেমলৈ ঙাখোঙথিংবা, নম্ পোংথোঙলোনবা, থবায অপকমা পুম্নমাব্ লাইজ ঈথোঙ লোন্না থৌখাম্বা, খোইমোম মকম্বী, অনান খুনখা চনু, অনান খুনথক চনু, মৈবপুঙ খুন্দোনচনু, লোইবী থাকুপচনু, মাবেম থাযায চনু, খোইমেম লাইবেম্মা ৫ মাব্ লুম্নবা, চিঙঙু পীসুম কনবা, খোফৈচাউবা, লেমলৈ ঙাবা ঙাশিংনা খৌবেন খৌযাংনা ঙাথিনুংমোইলাংনা ঙাবেন তোংজঙনা যাকানবা লাযযিংথৌ, শবেং শমশাংবাচা, ঙাবেন কোকপাকপীচানা পোংপৈনবা, লযনুং চোপতাঙা, পেঙবা হুপমিবা লেমলৈ ঙাখুলাংনা মৈথানবা লাইংথৌ। চকপা খোংলোল ঈ, হেমজাং চকপা মাবেম চাবঙ ঈ, পোপচাই ঈনামুংব্ তানা খনবা লাইযিংথৌ। খোইযম অদুবু নপল ঐগী খাবী থীযাথৌ, অমাই ইনাউযোকনে চাংভু মাবু থৌনেক্কে। খোইযুম মাবু লাইকনহনগে।

**সন্ধোংমেবিবা:**

**সন্ধোং পুংমায় লেপ্পা:-**

হায়না পাওমেনববু পলেম নামুংবী ও খোইমোম নচাল লেল, চাংভু নযাথং থংদাওনে। খোযম অনৌবদুম লাইথোইবক্লে। চুবা ঙাইচাযেক, খ্বাঙ নোংলাউবব্ লওমা তৈবক্লে। তম্ফা ঐব্ কবম তৌশিবনো? পলেম নামুংবা ও, খাবী নঙগী থীযাথৌ, অমাই ননাউ যোকপু কনা লৈবনো? হায়না পাউহংলবদা, হে তম্ফা বাঙমলোল, নপল ঐগী খাবী থীযাথৌ, অমাই ইনাউযোক অমদি হাওবৈ খানা পাংবমদগী খোইযম লাযযিংথৌ ফেন্দ্রানোংহুম লম, মালং মথোঙচীন, খমগোন মবাক চিনবু তানাখনবা, সন্ধোংঙ পুংমায লেপ্প, ২ংজিং লইমক, কেংে লাইবুংথৌ, মোইবাং কছাবেন নামুংবা, খুযোন ফকতোম ফম্না, থাঙঙা তোনবন নিংথৌ, যাইবী পল্লোং তানবা, ৩খেন লাকচিন ফম্বা মযাং শগান তোংবা, পাঙন তম্পাক কোযবা, কেকে শনথোঙ মোবিবা, চাংলোন নাপোম ও তিনবদা ফমফমবা, থৌদু নুংপাক ও থোনখৎপদা বাতেম্বা। লীগাৎ কোনমা তৈব, লিবেন কংশি নীকপা, যাওবৌ শাশন কোন, শাজি-শঙাইকোনসুং কোনমা লোইবা, ঙানু কোনসুং কোনমা খাবা, খুনু কোনসুং কোনমা তৈবা, খাবম মে ঙুংম্বা হুযেন চাংগাপাক ফাবা, থোংনাং

মযাংঙম্বা তিনফোন ফাবা, অথেন ঙম্বা লিনচিং লিন্দেং ফবা খোইযুম লাযযিংথৌ অদুবু নপন ঐগী খাবী থীযাথৌ অমাই ইনাউযোকনে। ইমোম তম্ফা বাংঙমলোল ও, খোইযুম মাবু লাযকলহনগে। লাইবেম্মানা পাউখউন্নকএ পলেম ইমা নামুংবীও খাবী নঙগী থীযাথৌ, অমাই ননাউযোক চাংঙু মাবু পল্লুববগা অনা লাইথোবক্লে। অশুম পাওমেন্ববু অমযা নমোম ঐদি খাবা মচানলেল, যাংবা মযাথংবু যেন্দনা নোংমনগবনা থঙদে। খোইমোম অনৌবদুম লাইথোইবক্লে। খাবী নঙগী থীযাথৌ অমাই ননাউযোকপু কনা লৈবনো?

**কৌবা অঙাঙ:-**

হাযনা পাউহংলবদা হোয ইমোম তম্ফা লাইথযমা ও। খাবী ঐগী থীযাথৌ, অমাই ইনাউযোক্তি হাওবে লাইনা পাংথবমদা কৌবা লযমচা, কৌনু লযমনা যেনবা, ককযায ফর্মাথবা, শংলৌ নাকম্বা, লাইযিংথৌ কৌববেল অহনবা কৌবা ঙ্গাচঙ চাংপন পনবাইনথেক্তে বাতেম্বা। অকোং থাঙসুবাকপম নিঙোনবা, কৌবা লাংলেনহৈম্বা হুযেল লাকযাবী লমলোয তাই, লোযম্বা লমথোনপান, মল্ল খোক্লোযপোক, যাইথোঙ নৌশৌপাং, কম্বোং নৌহিবান, তক্লমানবী হৈ খোং, লা বন খোইনাং মানবী পাউচেনখোং, চামলৌ লাকপা মহাথেন। নম হৌখোং বেনমস, অকোং থাংসুবাকপম নিঙোনবী, যেনবা খন্দোম্ন মহাশিন, মল্ল নাউবেম পাম্ব লাংগোই শাতীক্লম, খোনাং শবমপাক, মযাং হাওবাখেন, চাংহ বাকমা থাথাবা, নম্বা খমথেং ভাংবা মখুবোনবু তানাখনবা লযযিংথৌ।

চাংলেন নাপোম মাদা চাকলীব নোংথয পোক এ। কৌবা লোকখন মর্দি খেদ খোঙদাঙবা ওঙলিবাইনে। কৌবা চাং নাপোম মর্দি চাংভম্বু নাপাকপ পাল্লবাইনে। চাংশা নাপোমমর্দি উল্লি উল্লা পাকএ। কৌবা লোকখনমর্দি চাংচু লন্দাউবেন খোইযুম পাফন নামুংবা মবনকু তল। শিথৈউ, খোম্লেল তমগনফদবা উ, পামেন নাচুম ওংলিবাইনে। কৌবা চাংলেন নাপোম মাদি লোইদাম কুমদমথেন, পোনবী চাংশোং কাবী হাগোকথেন, চেল্লা পোংপৈ থেন্নে। কৌবা চাংলামখাম লাক্লাই তবেঙ উজাও পোকপনা নুংবী মনা হুংনা থবায পোনযানচীং, চীংলেল থোন অমা থোল্লাংমযবু ফৈনা লাম্লা বাতেম্বা, পামেন উথম্বালসু খুংসূনা তাউবী ইবোযনাই, লাইবেন তাউবোইনাইগী তুবী শিনৌ কুবাং উনগী তাথোকপা, তাঙজ খকু হংনাইদবা, উকাক খুনান লাংনা ফাবওবা, নমু মী মবম অচঙববু হুযেন নাল্লোযনবা, অঙাং কৌবা মপু নিংথৌবু থৌনেক্লে। নপন ঐগী খাবী থীযাথৌ অমাই ইনাউ যোক্লে। ইমোম তম্ফা বাংঙমলোন ও।

**থাঙমায় মারনিংথৌঃ-**

হার্যনা পাউমেনববু হে পলেম ইমা নামুংবী ও। খোইযুম মাবু পল্লুববগা নমোম ঐবু খোইমোম লাই থোইবক্লে। কবম তৌসিবনো? নোংথী লাইমনহৌ, যাঙলা হুইশোন নীক, লিলৱাই শল্লম ইনগে তৌগুম্লক্লে। পলেম ইমা নামুংবী ও। খাবী নঙগী থীযাথৌ অমাই ননাউযোকপু কনা লৈবনো? হাযনা পাউহংখিএ। ইমোম তম্ফা লাইবেম্মাও। খাবী ঐগী থীযাথৌ, অমাই ইনাউযোক্তি অৱাং লাইনা পাংবাবমদগী খোইমোম থাঙৱায মাব নিংথৌ, চীংঙু ওংজা চীংমাবা, ওংলৌবেল শোক্লথীবা, ওক্লেন্না যাকানা লাইবেন পোংপৈনবা, ওংজা মপুনিংথৌ, হঞ্জিং লাংমৈ ওকথোং লম্মহন, যেননান লম্লুংশিবু ফৈনা লাম্না ৱাতেম্বা লযবাক মাইবাহনবা ৱাচুমবা, নোংথৌ মাইবা হনবা বাঙনবা, শেনবী কবো ক্যাংঙম্বা, তখেন লাকামুং ফাবা, পুকমঙম্বা, থোম্বা লৈবিশিন ফাবা, খোইযুম লাইযিংথৌ অদুবু নপন ঐগী থীযাথৌ, অমাই ইনাউযোক্লে। চীংঙুমাবু থৌনেক্কে। হাযনা পাওমেনববু ৱাংঙমলোন্না পাউখুমলক এ।

পলেম ইমা নামুংবী ও, নমোম ঐদি চীংঙুমাবু পল্লুববগা খম্লুং লাংওনগে, শৱা পনকেনগে তৌগুম্লক্লে। খাবা মচীনলেল, যাংবা মযাথংবু যোন্দনা নোংমল্লগববা খঙদে। পলেম ইমা নামুংবী ও, নহাননোং মালেম তম্পাক লযবৈতা, অৱাং কোবও নোংলৈ তবিঙৈদা, পলেম নঙনা থমলা লাকোং মবমগী মালেম লযশেম্বা, চাম্লৌ লাফা মবমগী অৱাং কোবও নোংশেমঙৈদা নমোম ঐনা ফেনজি নোংহুম ওইনা থৌবয তেংবাংনোং, চেঙজা ঙম্লুম নোংগী নাবা হুইবোং শোনবনা নোংথী লাইমন হৌ খ্বাঙ নোংজেং লাউ, চুবা ঙাইচা যেক্লা, অৱা হুইবাং শোনবনা অৱাং লাইনা পাংববু থৌকাউবববা? লাংবন অওল্লুক, চেঙগুম মনাউ তোনগুম্ববু নমোম ঐবু লনশিংবি ও। পলেম নামুংবি ও, নমোম ঐসুং তখেনঙম্বী কংকাচো মিংনাইবা ফাবীনে। নমোম ৱাংঙমলোল ঐদি শেন্দৌ তৌঙা হোইহোইনা যাঙলা হুইশোননিক, লিলৱাই শল্লম ইনগে তৌগুম্লকলে। পলেম নঙদি নবা লীশিংমনা মানথৌ লৈবা পাযবি। নদু লীশীংমানা অৱাং কোবও নোংফাবীনে। খাবী নঙগী থীযাথৌ, অমাই ননাউযোকপু কনা লৈবনো হাযনা পিবেম খকমাতনা হেঙাই মপাউ চাউনা অসুম পাউহংলবদা পলেম মমা খোইযুম লাই নামুংবী মানফম লয়তকপী, কোনফম লৈযেংবীনা পাউ খুম্লকএ।

## কাইনৌ চিঙখৈৰাকপা:-

হোযদা ইমোম তম্ফা লাইবেম্মা ও। নপল ঐগী খাবী থীযাথৌ, অমাই ইনাউযোক অমদি হা ওবয নোংপোক লাইনা পাংববমদগী অঙৌবা লংমাইনিথৌ কাইনৌ চাংখৈবাকপা, ঈবোক লাইচম ৭মা, চীংশা নাপোম ৯মাবু শোমজিনবা কাইনৌ চাংখোঙশোম্না, তাংখুল মোনথৈ ঙম্বা, হুযেন শামনতৈ ফাবা, মাবেম মোম্থৈঙম্বা, লাকযা মিংনাইবা ফাবা, তোমাল খাগোই শেৎপা, কোবও নোংখোঙ কোযবা, লৈচিন খোঙগাওনা, খমগোন খুনেৎনবা নোংপোক মালং হুমবদি কোবও নুমিৎমানা মালেম চিথেক ৪মা, মাযকয ৮মা, শুংদাই ১৬ মা শীখাই ৬১সুং নোংমনা ৭লক কোযবাবু অৱা হুইবাং শোন্দবা, লাযিংথৌ শেল্লোই মম্না শেমএ, মন্বীবোক, লংমাই লযনা শাযে, লযশাবোক ও তৌনা কৌএ।

শোল্লোয হান্না শাবা চীং, চীংলেল খুৎলাম খাম কজেং যোৎপী হুইথাচীং, তেৎনৌ পবযচীং, নোংখন চীংমতোন, যাবানা পুৰী চাং কোনখাংনা তাউবাচীং, লোক্কু খোমদুনা, লোকলেম লাল্লেমনা, পেকক পেদাযনা শাম্বা থানথোংনা তাউবা চাং, যাওব। চনু শুকোক চাং, অখোম লযকম ফৃইবী চাং, ঙানখা লযকম তাউবা চাং, নাম্থা খাইবুংচীং, কজিক-কাবাক চীং, উল্লী উল্লা চাং, শেল্লোয চু ও চুবা চীং, লংমাই শাও শাবা চাং, মানু উপী চাং মমৌ ওঙবী চীং, শেল্লোয চাংযাচাউ, চখানোংশীংবীনা নোংশীং চীং, খাবো ইথেম্বীনা ঈথেমখোং, মমা তম্পাক লৈহাউনুচা লংমাই পাযবং লৌথীবা শীংজঙ মখুৎসুনা থৌদু নূংখাযবা চাং, শেল্লোয পাযবংথেন, লংমাই কাপুক চীংমতোন, শেল্লোয তবঙ চীং, লংমাই তশুপচীং, মঙন তবঙ বাংবা চীং, শেল্লোয হযাই চাংবু তানা খনবা লাইযিংথৌ, কাইনৌ চীংশোম্বা অদুবু নপন ঐগী খাবী থীযাথৌ অমাই ইনাউযোক্লে।

ইমোম বাংঙমলোল ও, নপন ঐ খোযম মাবু থৌনেকলুগে হাযনা পাওমেল্লবদা তম্ফা বাংঙমলোল, অঙানবা হেলোয চঙবীনা পাওমেল্লক এ। হোযদা পল্লেম নামুংবী ও, খাবী নঙগী থীযাথৌ অমাই ননাউযোক অসিবু কোবও নোংখোঙ কোযবা লাইযিংথৌনে হাযববদি মনু লাইবা থিনা খোইঙাল লাবা ইমজঙববু খঙগববা হাযনা খোইযম অসিবু থৌনেকপিযো। ইপল নামুংবী ও, কৌবা লোকলৈখাম, পানবা হাথখাম, কৈবেন নাউশোঙখামগা, হাওবা মেন্দাংবা পাবী-পুবী খোই, মেন্দেমেনা খোই, মবাম লান্দা খোই, বাইশেং ফাম্না ঈক, কম্বী মযগা খু, খোইজু তোল্লোঙ ঈকানা ঙাইখম ও হাযনা পাওমেনখি এ।

খোইযম লাইযিংথৌ নোংপোক মালং হুম্মোইববু পাওগৌকববদা অঙৌবা কোবও খোঙজোম্বদি মালং ফেঞ্জি ওই, খমগোন নোংলৈ ওই, নোংশিৎ চযবোযননা তম্ফা বাংঙমলোলগী শাবেল যেৎলম ফমনা চিংঙু লাইযেংল্বদা যোযবু খোইমোম লাইবেম্মা তম্ফা বাংঙমলোন্না পাওমেল্লক এ। পলেম নামুংবী ও, নমোম ঐদি খাবী নঙগী থাযাথৌ, অমাই ননাউযোক অম্দিনা লাযযেংলবদা চুক ঙৈচা যেক্তবে। খ্বাও নোংজেং লাউ নোংথী লাইমন হৌদবে। খোইমোম লাইমন কাববু পুম্না চযবেপ্লে"।

অসুম্না লাইবিক অসিগী মতুং ইন্না লাই নীপাশিংনা মাইবীগী মমিং কৌদুনা "খাবী থীযাথৌ" হাযনা অনাবগী লাইওং লাইনা যেংবগী চৎনবী অসি যাম্না ঙল্লিঙৈদগী লৈবকই হাযবা খঙ্‌ঙি। অদুনা হার্যবিবা লাই নীপা শিংসিনা মক ওইনা মাইবীগী মথৌ তৌখিবনা হৌজিক ফাওবদা নীপানা মাইবী চঙবগী অচৌবা মবম অমা ওইনা উবি। অদুনা নিপানা ওইবা মাইবীশিংদি অনাবা যেংবদগী হেন্না উমংলাই হবাউবর্দাদি শীজিন্নবা যাদে। মসিদা মাইবীগী থবক তৌই হাযনা পান্থোইবীগী মফমদা মমা লাইনামুংবীনা খঙহল্লকপদা খবদি অনাবা যেংহন্খিদবে। অদুবু 'কাইনৌচিংখৈলাকপা খাবী থীযাথৌ' দি পান্থোইবীবু লাযযেংখি। হাযবিবা লাইবাগী থবক তৌখ্রবা লাই নীপাশিং অসি লাযনিংথৌ সনামহীগী লাংওন ঙাক্লেনি। লাইশিংসি সনা মহীগী লাংওন্নি হাযবসি 'লাইযোন লাইচৎ' কৌবা লাইবিক্কী মনুংদা অসুম্না লৈ- অসিবগী লাইচত্তি সামাদোন, খাকপা পুবাং, পুবৈবোম্না, নোংপোক, শেংবাবেন, পুথিবা, লোযযাবাকপা, মযাংনা শলাইথেম্না, যোযমোংবা, সনামহী, থোংনাংনংথৌ, তাউবোইনাই, কুপত্রেং, খুমুতুং ইন্নবা, বাংথ মাযবোযনবা, বাইকোক শাবিবা, লাযযিংথৌ হনবা, যেল্লাংবা, পাংগনবা, হংগোইনিংথৌ, তেবান, বাংব্রেন, বাখবাকপা, কৈবাউলাকপা, খোংজিবাকপা, অবোননুং, লোকনিংথৌ, লিশিং চাইবা, নোংগাজেং, কানঙৌবা, নৃংগাপাক, মোংবহনবা, কৌববেন, লৈযোৎপাৎ, কম্বোংপুৎ, বোকসুবাকপা, থোঙইবা, যুচেং-যুহা, খোবীফাবা, কোবওহনবা।

হার্যবিবা লাইশিংসি লাযনিংথৌ সনা মহীগী লাইচৎশিংনি। অদুনা পান্থোইবীনা নাবা মতমদা খাবী থীযাথৌ ওইনা লাযযেংখ্রিবা লাইশিংসি হাযবদি (১) খানাচাউবা (বাংব্রেন) (২) সঙ্কোং মোলিনা (সঙ্কোং অপাম্বা) (৩) কৌবা অঙাংঙা (কৌববেন) (৪) থাঙমায মাব নিংথৌ (শাম্মদোন) (৫) কাইনৌ

চীংখৈবাকপা (নোংপোক)। হায়বিবা লাইশিংসি লায়নিংথৌ সনা মহীগী লাংওন্না ওইবা ঙাক্কনি।

## মাইবীগী ফিশেৎ- লৈতেংখরা:-

লমদম অসিগী মীওইশিংনা অঙনবা মতমদগী শিজিন্নবম্বা ফিশেৎ-লৈতেংশিং অসি মখল কয়ামকম লৈবম্মী। মদুদি:- (১) লাইগী ফিশেৎ, (২) নিংথৌনা ফম্বাল কাবদা শেৎপা ফিশেৎ, (৩) হবাউ-কুম্মৈদা শেৎপা ফিশেৎ, (৪) অসি-অনানচিংবা অৱা-অনাদা শেৎপা ফিশেৎ, (৫) লয়ম-নিংথৌশিংগী ফিশেৎ, (৬) অঙম-অথৌনা শেৎপা ফিশেৎ, (৭) লান্মী অমদি বাযেন শঙদা শেৎপা ফিশেৎ, (৮) থৌগল্লোয়শিংনা শেৎপা ফিশেৎ, (৯) অযুক-নুংদাংদা শেৎপা ফিশেৎ অমদি (১০) মাইবীগী ফিশেৎ অসিনচিংবানি। লাইগী ওইবা থৌবমশিংদা শেৎপা ফিশিংগী মনুংদা চীনফি অমদি লাইফি হায়বসি শিজিন্নৈ। মাসিদা 'চীনফি' হায়বা ফি মখল অসিগী মশক অসি হৌজিক্তা 'তোংকাপ' হায়নবিবা মপাল লোনদবা ফনেক অবাংবা অদুবুনি। অদুগা 'লাইফি' হায়বিবসিনা অঙৌবা ফনেক্তা মপাল নাপু মচুনা চনবা অদুবু খঙনৈ। ফি মখল অসি লাইগী থৌবমশিংদা শিজিন্নৈ। হায়বিবা ফি অসিবু শিজিন্নদুনা মাইবীগী মশকপু মপুং ফানা লওখিবা, লাইনুপীশিংদি নোংথাঙলৈমা অমদি পান্থোইবীনি। মতাং অসি 'পান্থোইবী খোঙগুন' কৌবা লাইবিক্তা অসুম্না পল্লি-তম্ফা কোবও অৱাংবীদি তাংখুন শবম নুবাবীবু ওইনা শানওনখিএ। চীনফি খানীক্লা, লাইফি খোযদোম্না কোকচাক শমখোমনা, কোনঙৌ পনজনসি, লীক্লাই নাথংনা, তীংনা যৌকমখোৎ লওখোৎ মাঙইন্না হাওশম তুংথাংনা, লংমাই চীংনুং চাতাবৈবু চুবা লৈথেৎফনা.......।" অদুনা হায়বিবা মওঙ অসি লওদুনা হৌজিক্কী মাইবীশিংনা লাই হবাউবগী লাইবোই নুমিত্তা লও যাল্লমদাইদা শেৎলি। মসিবু তাংখুল নুবাবী কৌই। মসিদা হায়বিবদি চীনফি হায়বা ফিনা ইল্লে। অদুগা লাইফি হায়বা ফিনা খোযমখাদা শেৎলে। শম অসি নীংথিনা খোমজিন পুন্সিন্দুনা, লুপাগী খুজিশিদুনা চীক্লাই ওইবা ফজবা লৈনা নাদ যান্দুনা, যোৎপাক পাযবগা 'চীংনুংচাদ্রে' হায়বদি চীংদা শাৎপা লৈ মখল অমনা নাদা ফজনা থেক্তুনা শক্কা চুননা লৈতেংলে হায়বনি। অদুগা অমুকসু যেংশি। মাইবীনা লাইবোই নত্তবা মতমদা শিজিন্নবা ফিশেৎসু - 'তম্ফা মযবা ফানিক্লা, থবী লাইজা কানপ্লা, লীন্দু খাঙচেৎনা খাউবৌ লেংযান্না, কাইনৌ শমজী হুক তুংথাংনা চুবা লৈথেৎ মঙাননাই, অঙৌবা মাযকয ফি শেৎনা

সনা লৈ খাম তোল্লোঙ চিন, তাগুজা থৌযেৎনা লিল্লা থৌথাংনা, শেল্লোয লওতাবৈবু কোক্লেল লুফমগান।' হাযবা অসিনা ফিশেৎ অসি খঙহল্লি।

মাইবীনা শেৎপা ফি অসি মৈবি মচু মানবা অমদি অশঙবা মানবা মচু শিজিন্নে হাযবা খঙহল্লি। হাযবিবা মচু অসি মাইবীনা লাই হবাউবদা শিজিন্নবিবা 'শাবোং' হাযবা ফিদা উগনি। হাযবিব' মচু অনী অসিনা লিন্দুগী মচু ওইবা ঙম্মী। অসুম্না লাইবেনগী মচু ওইবা মশক অসিবু 'শাবোং' (মশা মবোঙ লোঙবা মচু ) কৌই। অদুগা মাইবীগী শম অসি নীংথিনা পুন্সিল্লগা মদুদা শমজিন্থক হাযনা ফজবা লৈ থেৎকনি। অদুগা নাদসু ফজবা লৈচিনগনি। অদুগা 'অঙৌবা মাযকয ফিশেৎনা' হাযবদি মাইবীগী মকু ওইবা ফিজোন্দি অঙৌবনি হাযবা খঙহল্লি। অদুগা লৈখাম হাযবা পান্বী অদুগী ফজবা মনা হেক্কুনা কোক্তা থেৎপগী মওং নৎত্রগা সনামচু ওইবা পোৎনা, উনা অসি মান্না শাবগা শীজিন্নবশু তৌই। অদুগা কোক্কী শমসু কবম্না পুনবগে হাযবদ্ অসুম্না পল্লি-'তম্ফা শমচি ওযবযহনবু শানশেমখিএ । অদুনদি পুল্লিবা শম অদু ওযথংবা শমজি মতোন্না নাকন্দা থাদগনি। মসিনা নুপীনি তাকপনি।

অদুনদি মাইবীগী ফিশেৎ অসি অঙৌবনা মপুঙ ওইনা শেৎলগা লৈতেংগী মশক ওইবা কযাসু কোক্তা থেৎলি হাযবসি 'পাম্হোইবী খোঙ্গুল' লাইবিক্কী মতুং ইন্না খঙবা ঙম্মী। অদুনা লাইহাক্তকুগী অসুম্না মাইবীনা শিজিন্নবকই হাযবসি হৌজিকসু উমংলাইগী থৌবমদা লাৎলিবা লাই অদুগী লাইবেম্বী অদুনা থোল্লিবা ফিজোন অদু মৈতৈ লংনা শাবা মচু-মচুগী মযেক থোকপশিংনা লমথাং অমদি কোকশেৎনচিংবা শিজিন্নবিবা অদুনি। লাইবেম্বীগী কোকথোন অদু খব থেঙথবক্লবা মতমদদি 'কজেংলৈ' হাযবা কোক্কী লৈতেং অমনা শিনখি। অদুগা নাগী লৈতেং ওইবা পোৎশিংদা মমিংশিংসি কৌবকপা ঐখোযনা থেংনৈ, মদুদি-'লীক্লাই নাথংননা' (মালেমদগী থোকপা অবংবা পোৎ মখল অমা = তম্ফা) 'ব্রাক্তং চুম্বুনচিন্না' নত্রগা 'বাক্তং নাশিননা (বাক হাযবা ব্রা অদুগী মকুদা থাঙনা ইত্তুনা নাকল অমবোমদা খোইজু কাহল্লগা নাকল অমদা নাদা থিংজিম্বা যানবা মচৈদু পীক্লা শেম্বা লৈ মান্বা) অমদি 'চোল্লাং নাশিননা' (চোল্লাং হাযবা উ পান্বী অদুগী মপানবু নাদা চিনবা) অসুম্না চোল্লাংবু লৈ ওইনা লাইবেম্বীগী নাদাচিনবা, অমদি মাইবীশিংনা কবিগুম্বদা শিজিন্নবসু যাওবা মফমলৈ।

অদুগা অমুকসু ঙল্লিংঙৈ মতমদা লৈবাক্কী নিংথৌ অমদি লৈমশিংগী ফিশেৎ অসি মাইবা-মাইবীনা শেৎপা ফিশেৎকা হাইবপ মান্ননা শেৎপগী মওংলৈ। মদুদি লাইবেল লাইজাউ, কুমশং ফনেক, কাব্রং ফনেক, কানপ, খাউওন, ফৈশা-লেংখাং, থাবোন ফনেক, শাবোং অসিনচিংবনি। মসিদা লাইবেল লাইজাউ হার্যবিবা অসি মযেক থোকপা ফি মখল অমনি। মসি হৌজিক্তি নিংথৌগী মনাফি ওইনা 'খামেনচৎপ্পা' হায়না নিপা ওইবা লাইথৌবোযশিংনা শিজিন্নবে। অদুগা 'শাবোং' হাযবা অসিসু মাইবীনা হৌজিকসু শিজিন্নবিবা ফি মখল অমনি।

অসুম্না লৈবাক অসিগী ওইবা ফিশেৎ কযামকম অসি লাইহাক্তক্তগী চথবকপনা গার্বর্বনিবাজ মহাবাজগী সনা হাক্তক ফাওবা কাযদনা চথবস্মী। অসিগী মতুং মচা ইবুংঙো মোবাম্বানা নিংথৌ ওইবকপদগীদি (১৭৫৩-১৭৫৯) লৈবাক্কী ফিশেৎশিংদা খব অহোংবা লৈখি। অদুনা মতম অসিদগী মাইবীগী ফিজোল অসি নিংথৌগী মনা ফংলবাশিংদদি খব অমুক চাউথোক্লকখি। মনা ফংলবা মাইবীনা ফূবিৎ 'বেশম ফূবিৎ' (ফিবোং ফূবিৎ) লীৎকনি। অদুগা 'খুজি পাম্বোমযাই' হাযদনা খুদাং অমদি পাম্বোমগী লৈতেংশিংসু মনা ওইনা পী। মসি লাইহাক্তক্কীদি থোইদোক্লা মনাগী মওংদা লৈবমদে। মসিবু মমাঙৈদা অসুম্না কৌনবস্মী-'তানচপ মঙাননাই' কোনঙৌ পানহৈন্না' নত্রগা 'কোনঙৌ পানচনশি' অসুম্না মাইবীগী ফিশেৎ হাযবস্মী। অদুগা শাবোং হাযবসিসু থাযনদগী মাইবীগী ফিশেৎ ওইবকপনি। অদুবু লযবাক্কী ওইবা ফিশেৎশিংদ লাইবিক অসিনা মাইবীগীদা নৈনবা ওইবনা ইদ্রে। অদুগা মাইবীগী কোক্তা হৌজিক লৈতেংগী মশক ওইনা থেৎলিবা, 'উবেকশেক' হাযনা খঙনা উচেক্কী মতু অঙৌবসি লাই হাক্তক্তগী অদুম্মক শিজিন্নবক্লবনি। মসিবু মতমদুগী লোন্দাদা 'লাংমৈ পুংলেন চিনবা' (লাংময হাযবা উচেক্কী মতুনা চবুন ওইনা থেৎপা) নত্রগা 'সনা লৈখাম তোল্লোঙচিনবা' হাযনা লৈখাম হাযবা মনাপাকপা পাম্বী অদুগী মতোল লোঙবা অমা কোক্তা থেৎপগী চৎনবী ওইবস্মী। নৎত্রগা 'উবেকশেক কোক্লেল লুফম হেম্বা' হাযবদি অঙৌবা মচু ওইবা উচেক, উবোক্কী লুশমদা হৌবা তুবীক অদু নিংথিনা থেৎকনি।

## হৌজিক্কী ওইরিবা মাইবীগী ফিশেৎ:-

ফনেক অঙৌবা শেত্তুনা ফূবিৎ খুদাং চোনবী অঙৌবা লিৎলগা ইন্নফি মচিন্দা শাবোং হাপা ফি অদুনা ওইগী লেংবান্দগী যেৎকী নাক্তা কাবল লাকলগা খ্বাঙ অকোযবদা যেপলগা তুংদা যেপকনি। মতোল অদু খুউ যৌনিং-যৌমাং তৌনা

চোল্লগা তুংদা সন্না তাহনগনি। মাংগী মচিসু তুংগা চান্ননা চোনগদবনি। ফি মথক্তা পুংগ্রি থোকপা মবাক অপিকপা খুদুপ ৪ / ৫ সাংবা ফিনা খ্বাও অকোইবদা পুনগনি। ফিজিন অদু ওইগী ফৈগন মপাদা তাহনগনি। লিক সিগনি শমনান্না হাত্তুনা শমজী পুল্লগা শর্মজি মমৈ সাংনা তাহনগনি। শমজী অকোয়বদা লৈথেৎকনি। মাইবী অসিবু ফিঙৌ ইবা তানবী হাযনসু খঙনৈ। অনৌবা মওংনি।

---

N B উমাংলাইগী লাইবেম্বীগী ফিশেৎকা মাইবীগা হাইবপ মান্নবিবা অসি লাই হবাউবদা শক্তম শেম্বগী মওং খাবনা পাম্হোইবী লাৎখিবগী মওংদুনি। পাম্হোইবীগী ফিশেৎ মাইবীগী ফিশেৎনি।

## মেৎপী-লাইবী হাযবা মাইবীগী মথৌ খব:-

মেৎপী অমদি লাইবী হাযবিবা মাইবী মখল অসিদি উমংলাই হবাউবদদি যাওবা যাদে হাযনা মথক্তশু পনথ্রে। অদুবু মাইবী মখল অসিশু খুন-নাই অসিদা লাইথৌ খবদা শীজিন্নদুনা অদুম্মক লাকই। অদুবু মখোযগী শীজিন্নফমদি অনা অযেক্কী লাইখাই-তীনখাই তৌবা অমদি অপোম অতংগী লাইযেংবা অমসুং চাবোক নাউশোংদা ইপান থ'নবনচিংবা মথৌ পাঙথোকই। অদুনা মখোয অসিশু মরু ওইবা শরুক অমনি। মখোযগী মথৌগী মবমদা 'শঙপান্বগী মশিল' কৌবা পুযাদা অশুম্না পল্লি 'অমেৎপা লোযশঙগী শিন্থাদি তীনথুং লাইথুং, অনা অযেক, অপোম অতং, অপাৎ অনোম পুম্নমাগী লাইচৎ যেংবদি লাইবীদা থাগনি। চাবোকপা নাউশুবদি মেৎপীদা থাগনি। লাইবীদি কুমশা চৎএ। (কুবাং লমতাইবনচিংবা কুম অমগী উশিল বাশিল তৌবা)। মাইবা শাবা, নাউশুবীনা, কুমশাশেল লীশীং ৫ কৎএ। পুঙজা শোযফদে। পূং মীৎকুপকী থৌগন থাগনি।"

অদুনদি বাবোল মতেক অসিনা খঙহল্লি মদুদি মাইবী কাংলুপ অসিদি খুন নাই অসিদা অনা অযেক অমাদ অবা-অনানা অমাং অতা থোক্লক্লবদা মখোযগী মতেং যাম্না লৌই হাযবা। অদুনা মখোয অসি নিপানা ওইবা মাইবীশিংনা তীবকর্পন হাযবা খঙবা ঙম্মী। মবমদি থাঙ পাযবগা অনাবা লেম্বা হাযবসি নিপাগী মথৌনি। অদুনা ঙাস ফাওবদা সিনফম অসি নিপানা তৌবা শিনফম ওইরিব। অদুনা মখোযগী থৌদাং অসি খুন নাই আসগীদমক্তা কবম্না তৌবগে হাযবদু মতেক অমত্তং লৌখত্তুনা যেংবদা উগনি। মদুদি লমদম অসিগী যাম্না কিনবা 'লাইমাংনা যেৎপা' হাযবা অমা লৈ। অসিগুম্বা অযেৎপা অসি যাম্না তমথী। মীওইবনা খাঙবদা বায, অবা অনা যাম্না থোকহল্লি। হাযবিবা লাইনা অসিদগী কনবিনবা মখোযনা তৌবা থৌদাং অদু যেংসি।

### লাইমাং খাইবা নত্রগা অপূম্বী নোয়বা:-

#### থৌওং:-

যুমগী মাংগোলগী ফমমেল্লোমদা পোৎ পুম্নমক থাগনি। খব অমনা নাকথগী মাংগোল মচীন্দা থাগনি।

পোৎলমশিংদি:- ফক ১, ফৌদাং ১, যেল্লুক (শিদ্ধা) ১, যেতুম ১, হৈজ্রাং ১, যোৎচপ (কার্টি)১, খুজীনথাঙ ১, শমচেৎ-নুংশেন, যাংকোক ১, চফ্ ১, ইবান ১, কেগাম ২, চেঙখবা, যেন্সাং ওইনবা মনা মশীং খবা, খুদৈমচা

১, ফি মবাক তাইবা ১, লৈশং, ফৈজোম ১, ইন্নফি ১, ফনেক ১, লমথাং ১, খুনেৎশেল ২/২, শুক-শুম্বল, লফোয লফাং চঙথোকপা ১, শিথোকপা ১, লূকমায ৭কী কবোক খবা, ঙমু ফুমলৌ ২, নুঙহৱাই ঙৌথোকপা খবা, নুঙমচা ৪, শাযবাতিংখং ৪, লাংগোম মতেক ৪, যোপি ৪, লাংথ্রৈ মপোপ ৫ নত্রগা ৭, হীবী লংলা ৯/৭, উতংগী ৱামতেক চুবিদা যুংবদা মতোন্না শাইজীন্দগী খব হেনগৎপা ১, লশিংনা লাইফদীবী ২ শাগনি। পুক্লুং থবো ১ যাওগনি।

নাকথদা থাগদবা পোৎলমশিংদি:- যাংকোক অদু হান্না থাগনি। মথক্তা হীবী লংশুংশিংদু থমগনি। যাংকোক মতোন্না নোংপোকলোমদা ওন্না থাগনি। যেৎথংবা নাকল্লোমদা হাযবদি যাংকোক্কী মখা মাযকযবোম থংবা নাকন্দা লাইনিংথৌগী লংলা ৯গী লংশুংদু নোংপোক নোংচুপ, শাংনা তিংদুনা থমগনি। লাইবেম্বীগীসু ওয থংবা নাকন্দা থমগনি। মথক্তা কেগাম ২দুদা লূকমায ৭কী কবোক্তু হাপকনি। পোৎলমশিংসি থাবা লোইবগা ঙশাইগী উতংগী বা অদু যাংকোক্কী মতোনগা থেংননা চুবিদা (ইচুমতাফমদা) যুংগনি। যাংকোক্কী পোৎলম থাবদু লৈশং মচেৎ খবসু হাপকদবনি।

অসুম্না পোৎশিংসি থাবসি ফম্মেন্দা থাবিবা পোৎলমশিং অদুগী থাবগী মওংদি:- থাবিবা পোৎ পুম্নমক্কুগী নোংপোক ইথং থংনা ফক অদু খা বাং ফৈনা থাগনি। মথক্তা খুদৈ মচা অদু তিংথোক্কুনা মাযথ ওইনা থাগনি। অদুগা লাই ফদীবী শাবিবা ২ অদু নীপা-নুপী যেৎ ওয কাযহন্দনা (নীপানা নোংচুপ, নুপীনা নোংপোক থংনা) মকোক্লা অবাং ওন্দুনা লোংনা হীপহনগনি। অদুগা মথক্তা ফি মবাক তাইবদুনা পুন্না কুপ্লিগনি। অসুম্না শাবিবা লাইফদীবীদু থম্বা লোইববা মতুংদা পোৎলমশিংদু মথং মথং থাগনি। লাই থম্মিবা ফক অদুগা তাইননা ফৌদাং ১দি যেল্লুক (শিদ্ধা) অনীদুনা খ্বাইগী মমাঙ থংদুনা থাবগা অতৈ পোৎলমশিংদুনা মতুংদা মথং মথং থমগনি। যেৎ-ওয নাইনা থাগদবনি। হাযবদি মমাঙ ইথং থংলিবা ফৌদাং ১দি যেল্লুক অদুসু ফৌদাংনা যেৎ থংনা থাগনি। অদুগা যেলুক অদুনা ওয থংগনি। অদুগা চেঙ হাপ্লিবা চফৃ অদুসু ফৌদাংগী মাযকযবোমদা যেৎথংনা থাগনি। অদুগা যেন্সাং হাপ্লিবা ইবান অদুনা যেল্লুক্কী মাযকযবোমদা থমগনি। অদুগা ফৌদাংগীদা হাপ্লিবা থুমপাক অদুদি ৩ শুগদবনি। অসুম্না পোৎ পুম্নমক থাবা লোইবগা ইমুংদুগী নীপাদুগা নুপী অদুগা থাবিবা পোৎলমশিংদুগী মতুংদা মমায নোংপোক ওন্না ফমহনগনি।

অসুম্না পোৎ-চয পুন্নমক থাবা লোইববা মতুংদা মাইবীনা শবীক খীংদুনা লাইবোল লোন্দুনা খুকম্বা তৌবগনি। অহানবদা শোনগদবা লাইবোলদি:-কুকুনা তেংবানবা শেমগে নীংদনা নুমিৎ-থা, থবানমিচাক্লচিংবা কোবও-মালেম শাবা লোইববদা মালেমদা লৈননবা তাইবঙ মী শাগে হায়না খল্লকই। কুকুনা লৈমবেন্দা মী শাবো তার্কপিববদা লৈমবেন্না হায কুকুনা শাবিযু হায়না হঙ্গচৈ। কুকুনা তাইবঙ মীদি কবম শাশিগে হায়না নুংবংলবদা লৈমবেন্না হায, তাইবঙ মীদি কুকুগী পিবুক্লুংদা লৈবে হায়না হঙ্গৎলে। কুকুনা পিবুক্লুংদা খোযজি খাদগী লৈতান্না খোই শাবে খোইকুনা মিদমলে। তাইবঙ নীপা অমা শাবে। কুকুগী তাঙবন্দা পুথোক্তুনা থমমে। নুপী অমসু শাদুনা পুবক্তুনা কুকুগী তাঙবন্থক্তা থমলে। কুকুনা লৈমবেন্দা শাবিবা তাইবঙ অসিগী মথবায হাপ্লো তার্কপিববদা লৈমবেন্না হাযজৈ কুকুনা হাপ্লিযু। কুকুনা তাইবঙ মী অসিগী মথবায হাপ্লিবে। কুকুনা লৈমবেন্দা তাইবঙ মী অনি অসি মমিং থোপ্লো তাকপিবে। লৈমবেন্না হাযজৈ কুকুনা থোনবিযু হায়না হংগৎচববদা তাইবঙ অনীগী মমিংবু নিপাগী মমিংনা চাউবা কৌশি হায়না থোনবিবে। অদুগা নুপাগী মমিংনা চাউবী কৌশি হায়না থোনবীবে।

অসুম্না চাউবা চাউবী অনিমক্তা কুকুনা হায, হে চাউবা চাউবী নঙখোয অনিনা তাইবঙ পানগী শলাই পুকোক ওইদুনা তাইবঙ শন্দোকউবো হায়না তার্কপিবে। কুকুগী যাথং তাবদা চাউবা চাউবী অনিনা খুমজখি হে কুকু ননাই ঐখোযদি তাইবঙ পান্দা শলাই পুকোক ওইনা পাঞ্জবা ঙমজবোই। তাইবঙ পানবা হাযবা অদুদি যাম্না বায যাম্না নংঙি হায। ননাই ঐখোযগা বা তানফম লৈতে। অদুনা ননাই ঐখোয ঙমজবোই। অসি হায়না যাদ্রবদা কুকুনা হাযবকই, হে চাউবা-চাউবী নঙখোযনা তাইবঙ পান্দা বা তানফম কনাসু লৈতে, যাম্না বায হাযবিবদো ঐলৈ। ঐনা নঙখোযগী অবাবা পুন্নমক কোকপিগনি হায়না থেম্লবদা চাউবা-চাউবী অনিনা যাজবদুনা তাইবঙ পান্দা তাইবঙগী শলাই পুকোক ওইনা পাল্লে।

অসুম্না চাউবা-চাউবী অনিনা তাইবঙ পান্দা যুমলেপ চাববা তমদুনা পাল্লকঅবদা চাউবীদি খোর্যাজখাদা হযবাঙ মচাযান, তাউজিং মরু পান্না নাক্লৌ ফীযান্দুনা নাউপুববদা লোইদাম থাবুম ১ হাযবে, ২ হাযবে, ৩ হাযবে, ৪ হাযবে, ৫ শুবে, ৬ হাযবে, ৭ শুবে, ৮ শুবে, ৯ শুবে। অসিদগী লোইদাম ১০নি, নুমিৎ শীংবুম ৩০০গা মাথোইনি শুবদুনা চাউবী, অঙাং উনগে তৌবক্লে। পিবুক্লুংগী মযচাক খাঙবা ঙমদ্রদুনা চাউবীনা ওম-থোইনা অবাবা খাঙঙকই। মতম অসিদা

চাউবদি মাংগোল ফম্মেন্দা ফমদুনা শংগাইনা পয়া সুদুনা লৈরম্মী। চাউবীগী অৱাবা উবদা চাউবনা করি তৌরে ইবেম্মা হায়না হংবদা চাউবীনা ননাইগী পিবুক্লুংগী অঙাং অসি তাইবঙপান থোক্কে হায়রকঅমানে। ননাই ঐদি ময়চাক খাঙবা ঙমজদরে। অসি হায়না ওন্না থোইনা অৱাবা খাঙবদু উবদা চাউবা ৱাখল মাঙখিদুনা মখুত্তা পায়রিবা শঙ্গাই অদুনা চাউবীগী খোয়জি খাদা ফীরাক খায়দুনা পীবুক্লুংগী অঙাং অদু লওথোকএ। মতম অসিদা চাউবীদি মমাগা মচাগা পুন্না শিম্মিন্নরে। অসিদগীদি কুক কৌদনা কপ্পকএ। কুরুগী নাক্তা চত্তুনা মওং অসিবু হঙ্গৎচগে লাকপদা, চাউবগী মশক উবদ করিগীদমক ঐগী নাক্তা লাকপনো হায়না কুরুনা হংবিরকই। মদুদা চাউবনা খুমজরকই হে কুরু ননাই ঐখোযবু তাইবঙ পান্দা অৱাবা লৈহল্লোই হায়না তাকপিরগা হৌজিক্তি ননাই ঐগী তালোয়দি পিবুক্লুংগী অঙাংবু পোকপা ঙমদবদগী ৱানা অৱা ময়চাক খাঙঙকঅবদা ননাই ঐনা করি তৌরে হায়না হংঙুবদা পিবুক্লুংগী অঙাং অসি তাইবঙ ফাওগে হায়রমাল্লে। ঐদি ময়চাক খাঙবা ঙমজদরে হায়না ওন্ন-থোইনা অৱাবা খাঙবদু উবদা ননাইগী খুত্তা পায়রিবা শঙ্গাই অসিনা ঐগী তালোয়গী ফীরাক খায়দুনা লওথোকচবদা মমাসু-মচাসু পুন্না শিম্মিন্নরে।

চাউবগী ৱাসি তাবদা কুরুনা হায়রকই-এ, হে চাউবা ঐনা লানখ্রে। ঐদি নঙখোয়দা তাইবঙ কুম্মৈখক্তমক তাকখি। তাইবঙ থোঙলোন্দি তাকখিদবে। অদুনা থোঙলোল ৯ থাখিদরে। অদুনা হৌজিক্তি থোঙলোল ৯মক ঐনা থাবিরগে। অদুনা নঙগী নুপীগা নচাগবু শোয়দনা হিংহল্লগনি। নহাক মোংবা নরানয়ায়দ হঞ্জখরো। ঐসু লাক্কে হায়না চাউববু ময়ুমদা থারক্লে। অসিদগী কুরুনা লাক্কুনা লাইমিং লাইৱা ময়েক ৩ শোল্লকপদা চাউবীদি মচাগা লোয়ননা হিংগৎলকএ। অসিগুম্বা কুরুগী লাইমিং লাইৱা ময়েক ৩ অসিবু অসিখোইনা তাখি। মসিদা অসি খোইনা খনখি কুরুগী লাইমিং-লাইৱা ময়েক ৩ অসিদি ঐসু লওশিন্দুনা থৱায় হাপ্পা ঙস্ত্র য়েংঙগে হায়দুনা লওশিনখি। অসুম্না অসিখোইনা মাগী মহুম্নুংদা অসিবা থৱায়শিংবু পুশিন্দুনা লাইমিং ৩ অসিনা ঙংঙকপদা অসিবদু থৱায় হাপ্পা ঙমখি। অসুম্না তাইবঙগী থোঙলোল ৯ থাদুনা লাইমিং-লাইৱানা চাউবগী নুপিগা মচাগা হিঙবদা কুরুনা হায়রকই, হে চাউবা হৌজিক্তি থোঙলোল ৯ থারবনি। অদুনা হৌজিক্তি তাইবঙগী অৱাবা লৈররোই। অসি হায়রম্মগা কুরুহনখ্রে।

মতাং অসিদা চাউৰীদি তুম্মুবদগী হৌগৎলকপগুম্মা মমীৎ পাঙথোকলকই। ঐদি য়াম্না নুংঙাইনা তুম্মুরবোইনা হায়না হওগৎলকই। মতাং অসিদা নাৰা অঙাংনা মমীৎ পাঙথোকলকপদা কুরুদি লৈরমদরে। মাগীদমক্তা মন্না য়েংবদা করি অমত্তা লৈরমদ্রবদা কুরুবু কৌদুনা কপচরকই। নাৰানা কপ্পসি তাবদা কুরু লেঙঙক্তুনা নাৰা নঙনা কপ্পদি করিগীনো হায়না হংবদা নাৰানা থুমজরকই। হে কুরু ননাই ঐগীনি হায়বা তাইবঙপান অসিদা করিগুম্বা অমত্তা লৈরমদরে। ননাইগীনি হায়বা শেৎন-চানবা লৈজদে, পলেম-পম্বৌ মশক খঙজদে। অসি হায়না হঙ্গচ্চরবদা কুরুনা তাকপিরকই। হে নাৰা নঙগী পলেম-পম্বৌদি কোরওথক্কী শোরারেন্না পম্বৌ নপানি, কোরও নোংলয়মনা পলেম মমানি। অদুনা মালেমদা লৈবা য়াদে। কোরও শোরারেন্দা পলেম নমা নোংলয়মগী মফমদা নচীঞ্জাক চা-থক্তুনা, চরৈফি থোন্দুনা অচা-অথক ফি-রোল ফংদুনা নুঙাইনা পাল্লুবো। অসি হায়না কুরুনা তাকপিখি অদুনা মমাঙনোংদা শোবাবেন্দা লাইয়াম পুম্নমক্তা পাম্নবা লৈ, শিঙেল 'লৈশং খেকরায়বা' য়াওনা থিল্লগে।

অদুনা মমাঙঙৈদা শোরারেন্দা লাইয়াম্না লৈশং হায়বা লৈবু পাম্নন য়ানখিবগী ৱারীদু লীগে তাও। নহান্নোং হয়িঙৈদা হাওরোক কোম্বৌনা পানবা মতমদা মমা হুয়মুলয়মনা খোয়জি মিদমনা খাংখা মিহুনববু লোইদাম থাশীং শুরবদা মমোম লাংলেল অমা ফংজখি। তরুক্লি ইপান থাদ্রিঙৈদা নোংমগী নুমিত্তা শোরারেন্না নোংদোম্বক্তগী লাউথবিরকখি। হে ইমান ইবেম্মা কোরও হুয়মুলয়ম ও, নমোম লাংলেল অসিদি চাকমাং ফিমাংহনগনো। শোরারেন ঐগী তালোয় ওইনা লাইয়রপাক অসিদা পানমিন্নগে। অসি হায়না লাউথরকপা তাবদা হাওরোক পুম্নমক্তা ঙক্লখি। অসুম্না মমোম লাংলেল অসিবু পলেম-পম্বৌনা চাকমাং-ফিমাংহন্দনা য়োকচখি। অসুম্না কোম্বৌচনু চিনফুরোল কোম্বৌসুনা চাউবা মপুং ফারক্লবদা, কোরও নোংমগী নুমিত্তা শংলৌ য়েনথিনা য়েল্লঙ কেঙোয় হেকলিঙৈদা কোরও নোংথৌ শোরারেন্না খমগোন নোংলৈ ওইনা পাওমেল্লকই। হে ইনেম মচা চিনফুরোল কোম্বৌসুও, নঙদি শোরারেন ঐগী তাল্লোয় ওইনবগী হায়ন-শীংনরবনে। অদুনা লম্লক-তুরক্তা পংচৎ চত্তুনা করিগী য়েল্লাং-কেঙোয় হেকপনো? ঙসিদগী নুমিৎ ৫নি শুবদা শোরারেন ঐনা শানৌ নঙবু লুহোংবা লাক্কনি হায়না নঙগী পলেম-পম্বৌদা তম্লম্মু হায়না লাউথরকখি। ৱা অসিবু চিনফরোন কোম্বৌসুনা পলেম-পম্বৌদা তম্নরবদা হে ইবেম্মা অচুম্বনি হায়না

খঙহনবিখি। অসিদগী নুমিৎ ৫নি শুববদা শোবাবেন্না কুম্লক্তুনা হযবাঙ যেনমেঙহযগী পামেন শাযি থেমতাইথক্তা ব্লাইথুংলে। থংবা নোংনিংথৌনা মশানৌ কোন্থৌসুবু নীংনা-নীংনা কুম্লকই হাযবগী তাউজীং কোলোয মমিং থোনবু 'হযনীং' হাযনা কৌখি। অসুম্না কোবও শোবাবেন্না কোন্থৌ শাগৈদা মচানুপীগীদমক্তা কাওজা মমল ওইনা কবস্বা নাইশন পাম্বগে হাযযু হাযনা তাকপিখি। অসিদা হাওবোক শাগৈ পুম্নমক্লা শোববেনগী মফমদা হাযজখি ঐখোযদি ইচাগী মমল পামজদে। ঐখোযনা ইবুংঙোদগী নিজহৌগদবদি ননাই ঐখোযগী শাগৈদা অশি-অনা যাওহনবিদনা নুংঙাই যাইফনা পানবা, হাওবোক ইমখু মনিন নাই, কোন্থৌ ইমলেল মবাঙ হও, লওক চাউবোকপা, শিঙজা কোনখিনবা, তযুম নাইশিবা, কাওবেল শনযাম লোইবা, শোযখোঙ ঙা চঙববু পীর্নবিযু হাযনা খুকুমজখি। মসিদা শোবাবেন্না থৌজানবীখি।

অসুম্না কোন্থৌচনুদা অমুকশু হাযবর্কখি। হে পলেম-পন্থৌ ও, নচানা খবদংগা হাযজগে। হযেং কোন্থৌ শাগৈনা লেমলৈ ঙাথিবা তাববসু ঙাযাম ফাবা ওইবিযু। লৌ উববসু লোইমোম ফৌযাম থোক্তুনা হোনবা ঙমদনা কযবুক থনবা ওইবিযু। যাবৌ শাবু তাল্লবসু শাযাম ফাবা ওইবিযু। অদুগা নমোম ঐগী তাউবা হুয, তাইবঙ মীবোন থোকপা অসিবু পাউ চৎথোক-চৎশিন ওইনা লৌবিহৌবো। অদুগা কোন্থৌ ইপাম শাগৈনা অবাবা তাববদী কোবও নোংদোন্থক্তা হেক্তা লাউবিবকউ। পলেম-পন্থৌগী তেংবাংনবা মী পীজবক্কে। অসি হাযনা থৌজালবিবল্লগা কোন্থৌসুদি শোবাবেনগী লযমা ওইদুনা কাউখংকোনদা পানখি। কোন্থৌসুগী কোলোয মমিংথোনসু 'ব্লাংবল লযমা নাহুইনু যোইবেনবী, অব্লাং কোবও নোংলযমা' হাযনা থোনখি।

অসুম্না হাওবোক কোন্থৌ শাগৈনা নুংঙাই মবাংকাযনা চাক্কী-শাংগী অব্লাৎপা লৈতনা পাল্লক্লবদা নোংমগী নুমিত্তা যাবৌ শা তানবা চৎপদা তাউবা হুয তাইবঙ মীগী মবোন খঙবা হুযবু লিন্না চীক্তুনা শিবে। অসুম্না হুযগী থব্লায মাঙখি হাযবগীদমক মফম অসিবু 'হুযমাঙ' হাযনা থোনখি। অসুম্না তাইবঙ মীবোন থোকপা হুযবু শিখিবগীদমক, কোন্থৌ শাগৈনা নুংশিবদগী তাইবঙ মীনা শিবগী মওংদা পুঙ ইশৈ শক্তুনা পুথোক্লকপু চিনফুবোন কোন্থৌসুনা তাবদনা মবুংঙো শোবাবেন্দা হঙ্গচ্চখি। হে ইবুংঙো ননাই ঐগী ইপাম, কোন্থৌ শাগৈবু অশি-অনা লৈহল্লোই হাযনা তাকপিখ্রগা হৌজিক্তি ইপাম শাগৈদা অশিবা যাওবে।

অদুনা শিবিবা অসি কনানো যেংজকুগে হায়না হঙ্গচখি। মদুদা শোবাবেন্না হাযবকই। ইবেম্মা নপাম শাগৈ কনাসু শিদে। নপাম কোম্ভৌগী তাউবা মীবোল খঙববু লিন্না চীক্কুনা শিবে। অদুগী কপ্পলাউনবগী খোঞ্জেন্নি। অসি হাযববদা কোম্ভৌসুনা থাজদবনা হাযবকই। কবিরানো ইবুংঙো, তাইবঙ লমচৎ নত্তবা, হুযবু শিবগা কবিগী পুঙ ইশৈ শক্কুনা কপ্পগদগে, ননাই ঐ চত্তুনা যেংজকুগে হাযখি। মদুদা শোবাবেন্না হাযখি। শানৌ নঙদি নুঙঙৌথক্তা খোঙনেৎনবা, কৈগী মখোম পীথক্কুনা যোক্লিবা, পলেম মমা লৈতবা ইচানিপাবু চাকইনখোমইন তৌদুনা লৈবিবনি। অদুনা মালেমদা কুমদুনা অসি-অমন য়েংবা যাবা নত্তে। চাকমাং-ফিমাং শম্নবা যাবা নত্তে। রাসি তাবদা হে ইবুংঙো নশানৌ ঐ মালেমদা কুমজবোই, কোবও মখন অমদা লৈজগে হাযনা লাক্কুনা কোবও মবোল অমদা লৈচিন মথক্তা লৈবগা হে পলেম পম্ভৌ শিবিবদুবু কনানো হায়না মপাম লমদা হাযজবকখি।

অসুম্না মমোমগী রা তাবদা কোম্ভৌ পলেম-পম্ভৌনা হাযখি। হে ইমোম নপাম লমদগী নবুং-নৌপরা কনাসু শিদে। তাউবা হুয, মীবোল খঙবা শিবগী কপ্প লাউনবনি। অদুনা নঙবু নহান্নোং লমদম অতাম্বদা লুহোংখিঙৈগী উনখিদবনা নখা তাবশিংনা ইচাবু নশক খঙখিদবে। নচীন-ননাউশিংবু শকখঙ-মাযখঙনবগীদমক অমুক্তা কুম্লকখো হাযনা হাযজববদা কোম্ভৌসুনা হে পলেম পম্ভৌ ও নচাবু কৌবিবগনু। নমোমদি ইথংলেল শোবাবেন্না মালেমদা কুমদুনা চাকমাং-ফিমাং শম্নবা যাদে, থুনা হল্লকউ হাযবকই। রাসি তাবদা পলেম-পম্ভৌ অনিনা অদু ওইববদি ঐখোযসু শিবগা ননাক্তা লাক্লগে হাযনা ওন্ন-থোইনা কপ্পকঅবদা নোংলযমনা খাঙবা ঙমদ্রদুনা মালেমদা কুম্লকপদা শাগৈ পুম্নমক্লা হবাউনখি। ইবেম্মা নপন ঐগী যুমদা চঙদুনা চাক চবা অমত্তং চামিন্নখিসি হাযববদা, হে পলেম-পম্ভৌ ও নচাদি ইথংলেলবু কিজৈ হাযববদা, হে ইবেম্মা পলেম-পম্ভৌ ঐখোযনা নবুঙো শোবাবেন্না উদনবা ফিজং মবোল-মবোল খনগে হাযনা খল্লগা যু হযদুনা থক্কদবগী তৌবিঙৈদা শোবাবেন্না উবদুনা মতিন সিথবকপনা লাইবেম্বগী মখুত্তা তাবকই। অসিদা লযমনা শাউদুনা ঐনা হাযজববু যাবিদবনা হৌর্জিক্তি শোবাবেন্না ঐবু চঙহল্লবোই হাযনা রাজখি। অসুম্না কোম্ভৌসুনা রানা কোবও থক্তা কাজবকপদা মবুঙোনা শাউদুনা নোংলৈপাক্তা চঙহনখিদে।

অসুম্না কোম্ভৌসুবু কোবও নোংথৌ শোবাবেন্না লৎনখিববদা শোবাবেনগী মপাবি স্না রাপীহন, লাইনিংথৌ খোবীফাবদি পলেম পীনাইদবনা

পানবা কৈখোম থক্লা নাউযোকপনা পলেম মমা লৈতবদগী অঙাং নাউব্রা ওইবগী মমা পীযু হাযনা কপ্লকপনা থেম্বা ঙম্মক্তবদা মপানা সনাগী লীক্লাং পবেং উত্তুনা কযা থেম্ববু ঙমখিদবে। কেগে থাংজিং লাইমক, মোইবাং কশাবেন নামুংবনা সনাগী থেঙ্গু পীদুনা থেম্বসু যাখিদে। কেগে হংগোইনিংথৌনা সনাগী শামু পীদুনা থেম্বসু ঙমখিদেবে। ব্রাঙববেন খানাচাউবনা সনাগী শবেং পীদুনা থেম্বদসু ঙমখিদে। অৱাং কৌব্রু অসুপ্পনা সনাগী যেনবাবাবা শাদূনা পীবসু থেম্বা ঙমখিদবে। কোবওনোংমগী নুমিত্তি অঙৌবা লংমাইনিংথৌ কাইনৌ চীংশোম্বা, শেল্লাই চীংমাবা, তাংখুন মোনথৈঙম্বা, লৈচীল খোঙাওনবা, খমগোন খুনেৎনবা লাইযিংথৌ নোংপোক মালং হুমওইবনা লুৱাং শিমবিং নোংগাবী, কৌবা লোক্লুং চঙনা উচেক লাংমৈ ওইখিবী, মোম্মু তাংজা মশমজিনা ওইখি লৈ, কৌবা চেঙলৈশং, লৈশং তোল্লোঙবা, কবুই মানথক মচন, নুংনাং তাউবী নুঙবী যাশৌ নেৎনা তাবা চাৱানবী, হাওনু লাশংনু শাফবী, অমজি নূংলাইকোনবু লানঙমদা, তাংখুনলৈহৌপোকপু লোইঙমদবগী তবা চাথংদনা নোংহাম্বীগী তাংজ মশমজিনা ওইখিলৈ, মনা কাইবৈ যেল্লে মানবা, মপান কোবী চীনবুল লৈবু মানব লৈবু খোইমোম লাইযিংথৌনা লৈবাংখুত্তাসুনা থেম্লবদা শোবাবেনগী মপাবি কপ্লা তোক্তুনা হবাউ হবাউ খেক্ল-খেক্ল নোক্তুনা লৈখি। অসুম্না নোংপোকমালং হুম ওইবা চীংঙু নোংপোক নিংথৌনা চিনফুবোন কোম্থৌসুবু তাইবঙ চাকমাং ফিমাংদবনি লৌশিল্লু হাযনা তাকপদগী শোবাবেন্না মশানৌ চিনফুবোনবু অমুক শেংদোকপিদুনা নোংলৈবাক্তা লৈমিন্নদুনা নুংঙাইনা পানখি। অসিগুম্বা লাইনিংথৌ খোবীফাববু নাউথেমখিবা লৈবাং লৈশং যাওনা নঙখোযদ তম্বীববনে।”

অসুম্না কোম্থৌজম লাইবেম্বী চিনফুবোন কোম্থৌসুনা শোবাবেন্দা লাইনিংথৌ খোবীফাববু পোকপগী বাবীসি লীবা লোইববা মতুংদা, ফক্তা থম্মিবা লাইদু অৱাংগী নাকথদা থাদুনা থম্মিবা যাংকোক অদুগী মনাক্তা চাক ইনবিনবগীদমক্তা ফক্তুগা লোযননা চিংশিন্দুনা থমগনি। অদুগা চফ্ অদুগা ইৱান্দুগা ঙমু ফুমলৌশিংদুসু থাংজিনগনি। অসুম্না থাববা মতুংদা লমলক-তুবক্তা পোইনা লৈবিবা অপূম্বী-শোইবেনগী থৱাযবু মাইবীনা শবীক খীংদুনা কৌশিনগনি:- হো শোইবেল অপূম-অবাবা, পাবি লাংলেল চাউদবা নঙবু মোংবা তুবেল তোৰ্ব্বন্দা তবা নচীঞ্জাক থিবল্লবসু পলেম নমা ঐনা তবা চইন তম, ব্রাংলৈ যুকৌবগে লাকও। হো শোইবেন অপূম-অবাবা, পাবি লাংলেল চাউদবা নঙবু লাংনা লাংদো থক্তা

অৱা পোৎলুম ফানা ওন্ন-থোইনা খাঙলম্লবশু পল্লেম নমা ঐনা তবা চইন তম ৱাংলৈ যুকৌবগে লাকও। হো শোইবেল অপুম-অবাবা পাবি লাংলোল চাউদবা নঙবু। তাইবঙ যুমথোঙ চঙঙমদা, লোইবি চীংদা কানা তবানঞ্জিাক থিবম্লবশু পল্লেম নমা ঐনা তবা চইন তম ৱাংলৈ যুকৌবগে লাকও। হো শোইবেন অপুম-অবাবা পাবি লাংলেল চাউদবা নঙবু। খম্লুংগী কিকোই লৌওনবীনা পলেম নমা শাদুনা ইচাবু পুবম্লবসু, ইচাদি অঙাংগী নাৱা ওইবনা খোঙকাপ নাউহুই থাংবা হৈতবনি। পলেম নমা ঐনা চবৈনাহোং কিশিনা মাল্লৌ থুপকীনবগে লাকও। পম্বৌ নপা-পলেম নমানা তবা মথেল লুক্কোয লাঙঙে। ইমাগী ফৈবাথক্ত পমদনা ইচাবু তবা ইনগে লাউ। তবা চাববো, লাইজ ঈশিং থক্লবো। হো শোইবেন অপূম-অবাবা, পাবি লাংলেল চাউদবা, নঙবু পলেম নমা ঐনা কৌবিবশে মবিংগী কাইবৈ যেনগোন্নুংদা লৈবা যেনবু কৌবা নত্তে। পাবি নঙবু কৌবনে। হো শোইবেন অপূম অবাবা পাবি লাংলেল চাউদবা নঙবু নমা ঐনা কৌবিবশে মবিং তেকপী ওক্কোন্দা লৈবা ওকপু তোই তোই কৌবা নত্তে, পাবি নঙবু কৌবনে। পলেম নমা ঐনা তবা চইনতম, ৱাংলৈ যুকৌবগে লাকও। হো শোইবেন অপূম-অবাবা, পাবি লাংলেল চাউদবা নঙবু ইমনা চবৈনাহোংশানা পোবগে লাউ। পলেম-পম্বৌনা মথেল-লুক্কোয লাঙঙিবসি চাববো লাকও। চবৈ ফিতল্লে, লীক্লাং লাকতল্লগে, যাংকোক পানাইদবা যাওবে, চফ ৱাংগোল লৈগা খিল্লে ইৱান ৱাংগোল লৈগা থাবে, যেল্লুক লেম্না থাবে পোৎলম মশীংশুনা পীবগে।

অসুম্না লাইবোল শোন্দুনা লাইদু কৌবগা চফুদা হাপ্পিবা চেঙ অদু ৫বক নত্রগা ৭লক ইনগনি। যেঞ্জাংসু ঙমু ফুল্লৌ অদুসু ৫ / ৭ লক ইনগনি। চাক ইনবা লোইববা মতুংদা যেত্তুম পাযদুনা লাইফদীবীদু মনা হুৎপিবগনি। ৱাহৈদি:- হে শোইবেন অপূম-অবাবা নহান মখৈ পম্বৌ নপা পলেম নমানা নাহুৎ-নাবেং তল্লমদববু ঐনা তম্বীবগেকো। অসি হাযনা মনা হুৎকনি। মথংদা খুজীন ককপিবগনি। লাইবোন্দি:- শেশে নহান মখৈ খুজীন-খুযা কক্লমদববু ঙসিদগী ঐনা ককপিবগেকো। অসি হাযনা কক্কনি। মথংদা কার্টিনা মশক ননা ককপিদবনা শম্লাং চোইনা তাববু কক্লসিকো। মথংদা চেঙহী লুবিবগনি। ৱাহযদি:- শেশে চেঙহীনা শম্বাল লাং, উতীনা শমখোঙ শেংলসিকো। অসি হাযনা শমচেৎ অদুনা মশম হাৎপিগনি। অসিদগীদি লাইদু তিংতিং চোংলগনি। ৱাহযদি:-তিংতিং চাউবো থবীনা কাবিঙৈ কাহওবো, নুমিৎনা ৱাংলিঙৈ ৱাংহৌবো। ইপা মচুম তাবো, ইপু

মচুম তাবো তিংতিং চাউবো। অসি হায়না তিংতিং চোংবা লোইবগা ঙশাইগী ফক মথক্তা তুমহনবা অদুগুম্না তুমহন্দুনা হান্নগী থমফমদা থম্লগা শুমগনি।

অসিদগীদি লাইনোংগানবা থৌবাং তৌবগনি। লাইবোন্দি:-'চিংঙু লাই ও, শবি নগুন নোংখোঙ নোংনাংখোং, কাউখংখোং ১৭মক্তগীবু খোইযুম ময, ঈশিং, নুংশিং ৩মক্লা তিল্লিবা, নুঙবী নুঙঙৌ শিদবা, নুঙগাং ঐবু মহাবাবা, যাইবী ঐবু নুঙঙৌ পীমাবা। শোবাবেন্না কোবওনোংদা কাগে হাযবে। হা পাম খাউবুবা পুববো' ব্রাসি ৩লক হায়না শবীক্কা লোযননা লাউদুনা নোংগাবোল শকপা লোইবকপদা মখাগী ব্রাহয অসি, থাবিবা যাংকোক অদুদা খুৎনা তাক তাক থাদুনা হাযগনি। বাহযদি:- 'ঘিন্ন থেন থেন নঘিনথে ধেন'। অসিদগীদি খুবল্লিবা শাগৈশিংদুগী শাগৈশিং অদু হাযদুনা 'অমুক হন্না শাগৈ অসিদা তেশিন হঞ্জিনবা যাদ্রেকো তীনযেৎনবা-লাইযেৎনবা যাদে। অদুনা কোবৌ নোংথৌ শোবাবেন্দা ঙশিদগী তিনদুনা কুকগী মফমদা লৈকবো। অদুনা অৱাং কৌব্রু অশুপ্পা নোংদ্রেন পাখংব ও, নঙনা ফত্ত হৌদিবু পুবিখ্রো। কপযাং তানযাংববু থম্লীবম্মো। ইমা ইবেম্মা নোংলযমগী মফমদা তিল্লুবো। অসি হায়না নোংগাগনি।

অসিদগীদি লাইদু ফক্তগী লৌখত্তুনা যাংকোক মথক্তা হা পুনা থোঙ্গান্দা ফুম্মুনবগীদমক্তা পুথোক্লগনি। যাংকোক অসি পুথোকপদি মমানা (যুমগী নূপী অদুনা) হাও কোকশেৎ হায়না খঙনবা, কোকশেৎ শেৎালবা ফি অদুগী মতেক খবদং নংগল্লোমদা পাক্লা তাহল্লগা মতেক অমনা কোকতা যেৎশিনবা কোকশেৎকী মওং অদু শেৎলগা মকোক্তা হাপ্লগা ফুমফম যৌনা পুথোক্কনি। অদুগা যাংকোক থাফমদা শিজিন্নবম্বা পোৎ পুম্নমক লোইনা পুথোক্কনি। মফম যৌবগা কোম অমা তৌবগা শাবিবা লাই অদু মকোক্লা অবাং ওন্দুনা হীপহন্দুনা ফুমগনি। ফুম্বদা যাওগদবা পোৎলমশিংদি:-নূং ৪, লাংগোম ৪, শাযবাতিংখং ৪, নূং হবাই অঙৌবা, যোপী। ইংখোল চিথেক ৪দগী চেগায, ফংদ্রগা লযবাক ওইনা যাওগনি। অদুগা মখাগী বাহয অসি হাযদুনা লাইদু কোম মনুংদা ইহান হান্না ফুমগনি। মদুদি: 'হনু কোকচাউ হনু মালহৈ মঙঙোন্দা শিন্নববনি'। অসি হায়না থমগনি। মথংদা শাযবা তিংখংদু যুংগনি। ব্রাহযদি: 'শাযবনা থোঙ থিংলে, লাংগোম্না পৌবোম্লে' অসি হায়না যুংগনি। তিংখং অমদি লাংগোম য়ুংবা অসি সন্ধাংদগী কৌগনি মথংদা চিংথৈদা, মথং মযবমলোমদা। অবোইবদা কৌব্রু মাযকৈদা লোইগনি। মথংদা নূং হাপকনি। ব্রাহযদি:- 'থৌদু নূং অসি মপান শাদ্রিবা ফাওবা নঙ শাগৈশিদা হল্লকপা

যাদেকো'। অসিনা হাযনা হাপকৰ্নি। মথংদা হৰাই ঙৌথোকপদু হাপকনি। ৱাহযদি:- হৰাই অঙৌবা অসিনা হৌদ্রিবা ফাওবা নঙ শাগৈসিদা হল্লকপা যাদেকো'। অসি হাযনা হাপকর্নি। অসিদগীদি ফুম্বা লোইবগা যোপীদু পাথদুনা মখাগী বাহয অসি হাযদুনা মংখোঙ থিংগনি। ৱাহযদি: 'হান্নশিবা মীনা মংথোঙ হাংবনু কোন্নাশিবা নঙনা অশিথোঙ খিঙবনি'। ৱাহয অসি হাযনা যুংঙমগনি। অসিদগীদি কেগামদা হাপ্লিবা লুকমায ৭কী কবোক্লচিংবা হুন্দোকপা যাবা পোৎ পুম্নমক লোইনমক ফুমফমদা চাইবমগনি। খুজিনথাংনা চিংবা লওবা যাবা পুম্নমক্তি মাইবীনা পুবৰ্ক্কনি। অসুম্না চঙলকপদা শঙ্গোয মচীন যৌবকপদা ময ওৰ্ক্কনি। অসুম্না পুমলোই লোইবগা মাঙ্গোন্দা থাবিবনচিংবা পোৎ পুম্নমক মাইবীনা লোইনমক পুখিগদবনি। যুম্বনা লৌশিল্লবদি তেকশিল হঞ্জিল্লি হায।

## শাগৈগী অপাইবা শোইরেন নোয়বা:-

ইশাগীদি নত্তনা শাগৈ অদুদা যাওখিবা শোইবেন্না নত্রগা অতোপ্পা শোইবেন্না যেত্তুনা অবা-অনা, অকায-অতোই যাম্না থোক্লবদি মখাগী থৌওং অশুম্না খুকমগনি। মদুদি:-অবাংথংবা নাকথগী মাংগোন মচীন্দা পোৎ পুম্নমক থাগনি। পোৎলমশিংদি-লুকমায ৭কী কবোক, হৈকক ১, পানা ১, লাংথ্রে মপোপ ৫, লৈশং, চফ্রমচা ১, শাগৈ অদুগী যুম ৬, ইশাগা থানা ৭কী চেঙ মুৎ ১/১ খাযগনি। পৈশাসু অঙম্বা হাপহনগনি। চেঙ অদুনা চফ্রদুদা হাপকনি। লাইফি ফিদোন ২ যাওগনি। হাযবিবশিংসি লাতোন মচা অমদা হাপ্তুনা মায অবাং ওন্না খুকমগনি। হাযবিবা অসিগী খুকুম্বগী লাইবোন্দি মথক্তা খুকমখিবদা যাওখিবা লাইবোলশিংগী মনুংদা, চাকইনবগী লাইবোন্দুগা, লাই নোংগাবগীদুগদি যাওবোই। অদুগা কুকনা মী শেল্লকপা অমদি কোম্বৌজম লাইবেম্বীগী ৱাবীদুগা শোনগনি। লাইবোল অনি অসি শোন্দুনা খুকুম্বা লোইবগা পোত্তু পুদুনা থোঙ্গান যৌনা থোবক্লগা মায অৱাং ওন্না ফম্মগা কবিগুম্বা হুযনা খোংবগী মখোলগুম্বা তাবকঅবদি হুয অদুদা শিন্নবমগনি। বাহযদি:- শেশে হে তাউবা হুয নহানমখৈ (মিং) অসিগী ইমুং মনুংদা যেত্তুনা লৈবম্বা শোইবেল অসি ঙসিদগী নঙঙোন্দা অমুক শিন্নববনি। নঙনা পুখ্রোকো। অসি হাযনা থাদোকঅম্মগা হন্না যেংঙমদনা চঙলৰ্ক্কনি। (হাযবিবা লাইগী ৱাবীশিংসি লীবদা শবীক খীংগদবনি)

**লোয়নবা কশা খুরুম্বা:-**

থৌওং অসি পাঙথোকপদি তুলশিবুংদা ৱাই তযথোক্লগা, মখাগী পোৎলমশিংসি থাদুনা কৎলগা, থৱানমীচাক নিংথৌশিদববু মায অবাং ওন্দুনা খুকমগনি। পোৎলমশিংদি: শংগোম অনৌবা, অফম্বা, চেঙপাক, কবোক চুহী, লফোয লফাং চঙথোকপা ২, তৈকক ৫, পানা ৩, দক্ষিনা ৩, খোইক থাংমৈ ৩, যুবী মপুম ১, কম্বী ১, চেঙ খবা, ক্বামপুম ১, মনা মপুম ১, লৈশং, হযমনম নাইবা ১, সনা-লুপা পু ১, ফনেক ১, ফৈজোম ১, ইন্নফি ২। হাযবিবা পোৎলমশিংসি থাবগা মায অবাং ওন্না খুকমগনি। চেঙপাক, কবোক, শঙ্গোম, চুহী অদুনা ফোলা তোৎকনি। মসিদি কনাগুম্বা নীপা-নুপীনা অযেৎ-অফাই লৈবদগী মচা-ফংদ্রবস্ থবানমিচাক নিংথৌশিদবদা খুকমজবগা কশাগী লাইবোল শোল্লগা খুকমদুনা কৎলিবা ফোলা অদু পীজগনি। শোযদনা পোকপনে। মচানিবা নত্তনা চুম্লগী অযেৎ অফাই লৈবগীদমক্তা খুকম্বা ওইবর্বদি খুকম্মিবা মা অমদুখক্তমক চাগদবনি। যাম্না ফবনে।

লাইবোন্দি· - 'কশা নঙবু শোইবেন্না পোকএ। কশা নঙবু পোকপা পল্টৌ নপাগী মমিংদি থৱানমিচাক তবংলেল হাযনা কৌই। নঙবু পোকপী পলেম নমাগী মমিংদি লীক্লামুহেন্নু হাযনা কৌই।' বাহযর্সিদি খুবাক ৩লক খুদুনা ৩লক হাযগনি। অদুগা নিনিংবা থৌজাল নিজদুনা খুবমগনি। অদুগা পোৎলমশিংদু চাবা যাবা চাবগা, কম্বীদা অথেনপোৎ ওইনা শেম্মিবা অদুদি মাইবীনা পুখিগনি। নত্রবদি অমূক অযেৎ অফাই লাক্কনি।

**পেনাখোংবগী শক্তম অমদি মথৌ:-**

লাইহবাউবদা পেনানা লওবিবা থৌদাং অসি যাম্না যাম্মী। মাইবীনা লৌবিবা থৌদাংগা চপ মান্নে। মবমদি লাই হবাউবা হাযবিবা মিংথোন অসিমক, অনী অসিনা তৌবিবা মথৌ অসিবুনি। হাযবদি পেনানা লাইনিংথৌগী মথৌ পাংথোকপা অদুগা মাইবীনা লাইবেম্বীগী মথৌ তৌবির্বনি। নিপা নুপী অনীনা তাইবঙ শন্দোকপগী মতৌনি। অদুনা পেনা খোংলিবা মীশক অসি কনা লাইগী সাযোল পুবিবা মীশক্লো হাযবদু খঙনা লাইথৌ তৌবা যাম্নমক মক ওই। অদুনা মানা পাযবিবা খুৎলাই অসি কবিগী মশক্লো, অদুগা থোকহল্লিবা খোজেল অসিনা কবি হাযবিবনো হাযবনচিংবা খঙদবা যাদে। অদুনা মীশক অসিনা পাঙথোক্লিবা মথৌদি ইচম চম্বা মীৎয়েংদা উবিবা মশক্তি 'পেনা' হাযবা জন্ত্র (মাক্) অমা পাযবগা

নুংশিবা ইশৈ শকপা মীশক ওইনা উই। অদুবু মানা ইশৈ শকপা মতমদদি (লাইহবাউবগী মতম) মশানা পেনা পাযদুনা খোংলগা শক্তবা শুকযামক যাদে। মবমদি শকউদবা মপু মানা নুংশিবা হাযবা মথৌ অদু তৌবদগী শক নাইবা তাইবঙপান্না পুথোকপিবকপ শুম্না। হাযবদি 'উচিখোই' হাযবা অদুনা অতোপপা থবায পান্বা অমা ফাবগা নুংশিবা খোংঙ্জেন্না ঙংবদা খোই মশামক্কী শাযোন ওইনা পোক্লকপশুম মাগী অপেন্বগী খোঞ্জেনা মাশুম্বা তাইবঙপান শেমগৎকদৌবিবনি। খুদমদি পলেম পন্থৌ অনিনা অবোন্বা ফিজঙনুংদা নুংশিবগী মথৌ পাঙথোকপদগী অপেন্বা মহয ফংলক্লবদা মীবম্লেন শেন্নকপদুনি। অদুনা পেনাখোংবা হাযবিবনি।

ইশেংনমক ইশৈ হাযবিব নুংশিবগী মশক ওইবিবা থবক অশিমক লাইহবাউবা লাইথৌগদি যাম্নমক চানৈ। মবমদি মিংথোল অসিগী মকদি ঈনা শাবা হকচাং ঐ হাযবনি। বাহৈ পবেং অসিগী 'শুপচিন-বাহে' (শব্দসন্ধি)গী মশক্তা 'ইশা + ঐ = ইশৈ' হাযবিবনি (পুংলোল খেনচঙ, লাঃ ৫)। মবম অসি লৈপনানা "অনোযবোল শকপা" হাযবা মতাংদা পেনা খোংবনা পেনাগা লোযনন নুংশিবা ইশৈ শক্লগা হকচাং শাবগী লাইবোল তৌবিবা। অদুনা নুংশিবদগা অপেন্বা খংলকপদা শক পানবা তেংবান অসি থোকহল্লি হাযবদগী অশৈবা অসিনা পাযবিবা 'মাক' (যন্ত্র) অসিগী মিং 'পেনা' হাযনা থোনখ্রিবনি। অদুনা 'পেনা' অমসুং 'চৈজিং' অসি কবম্বা মশক্লো খঙবা হাযবসি তঙাইফদবা ওই। অমুক্কসু অশৈবা ওইরিবা মীশক অসি কনানো অমাদ শিনফম অসিদা কবম্না চঙগদগে হাযবনাচিংবা মুন্না খঙবা তাই। অদুনা হৌজিক্কি মতমদা পেনা খোংবগী থৌ পাঙথোক্লিবা মীশক অসি লাইগী মতমদাদ লাইনিংথৌ সনামহীনা তৌবকখিবনি।

অসুম্না লাইনিংথৌ সনামহীনা (নুংগাং মহাবাবা)থবায পানবা খৈবিকপু শেমগৎ শাগৎখিবা অসি মানা লযখোঙ কোযবিঙৈ মতমদনি। মতাং অসি মথক্তসু শমপৎনা পনখ্রে। কুবশিদবনা লৈখোঙ কোযযু হাযনা থাবাখিবা অসি শেমগৎ শাগৎপগী মথৌদা মপুং ফাহন্নবগীদমক থৌবাঙখিবনি। অদুনা মতাং (লৈখোঙ কোযবিঙৈ) অদুদা উপাল-বাপালশিং অমদি তাইবঙ মীনচিংবা থবায পানবা পুম্নমক শেম শাবগী মথৌ পাঙথোকই। থৌওং অদুগী মতৌনি অনোযবোলগী মতমদা উপলৈ (যেৎলোমদগী ওযবোমদা লৈবা) তৌদুনা কোযনা চৎলগা পেনা খোংলিবা। মতাং অসিগী অকুপ্পা বাবী বাখোঙ 'লাইবৌজগোই'গী মতাংদা কুপ্পা

পল্লকখিগনি। অদুনা পেনা খোংবা হায়বদি 'অশৈবা' হায়বা শিনফম অসিনা মাবল্লেন যৌবক্লদুনা 'উমংলাই হবাউবা' হায়বা তাংকক/মতম অসি যৌবকপদগীদি (লাইগী মতমদা "লাইযাম হবাউবা" হায়বম্বা) তাইবঙ মীনা লাইগী মতৌ তমদুনা তৌবক্লবনা 'অশৈ, অমাই, যোইবেল' হায়বা মথৌ তৌবম্বদু 'মাইবা, মাইবী, পেনা হায়না শঙ ও অসিবু মিং ওল্লক্লুনা লাইথৌগী কাংলোল শেল্লকপদগীদি পেনা (অশৈবা কৌবম্বা) হায়বিবা শিনফম অসিদা মথৌ তৌগদৌবিবা মীশক অসি অমগা অমগা যেৎশিন্নদনবা অকক্লবা যুম্নাকশিংদা পীদুনা মচাখায়না শেম শাবকখি। মসিগী বাবী-বাখোঙ অসি 'অমাইবগী মশিল' অর্মদি 'শঙ পানবগী মশিল' কৌবা লাইবিকশিংদা মচা খায়না পল্লি।

লাইবিকশিংসিদা লাইথৌবোয অসিনা (পেনাখোংবা) তৌগদবা মথৌশিং অদু অকক্লবা যুম্নাক শাগৈশিংদা পাদুনা পাঙথোকহল্লকপগী মওংবু অশুম্না তাক্লম্বা অশৈবনা পুবা শিন্দ অশৈবমনা সনা লমওক শক যেনকোকপমনা খোইজ লমওক শকএ। লৈশাংথেম্না যাগে ফমদেং শকএ, (তুমবা হৌদোকপা)। হাওবিজমনা লৈবক তেবাল শকএ (চহী হৌবা, চৈবাউবা নুমিৎতা শবাক পুনবা চৈ পাযদুনা লৈবক কোনশাং চত্তুনা চহী হৌবে, মীযাম খঙঙে' হায়না লাউদুনা/ইশৈ শক্তুনা চৎপা ইশৈ মখল) থোঙাম্না লানফা ইশৈ শকএ (নিংথৌনা লানফমদা লাল ঙমদুনা হল্লকপদা কোন্নুংগী সনথোঙ চঙলকপদা শকপা ইশৈ)। শিংখাম্না 'লংমাইবোল খোল্লোল' শকএ (লংমাইজিংদা লৈবা নুংগোং নুলাউবী হায়বা লাই লাৎপদা অমদি লংমাইজিং চেকখাযবনচিংবা 'উতং কাপঙ হুইথাবা' হায়বা লাইথৌ তৌবদা শকপা) পাউনমনা 'পাউত্তাকহিদেল' লাৎলে (কংলামেনগী নোংপোক চিংখৈ পাংবা, ইম্ফাল তুবেলগী তোবয অমদা লৈবা লাইফম খুকম্বদা শকপা)। লাইগী পাউতাক, 'অহোঙলোল' শকএ (উহোঙবা, বা হোঙবা অর্মদি হবাউ নুঙাইবগী কুম্মৈ তৌবদা শকপা)।

নানবমনা হীযাঙকোক চোংএ (হীযাঙ তান্নবমদাইদা নিংথৌনা হিদা কাখৎলকপদা শকপা)। নাউশোংফাল লাৎএ (নিংথৌগী লৈমানা বাংগোল চঙবা (অঙাংপোকপা) মতমদা কোল্লগা পাযনবা ফালবু ফত্ত-হৌদি থোক্তনবা লাইথৌ তৌবদা শকপা)। লাইতোনজম্না 'লমতাইপুঙ লাৎএ' (চহী অমগী ওইবা ফত্ত-হৌদি থোক্তনবা লমতা থাগী থাংজা অহানবদা 'শবোয খাঙবা' হায়বা লাইথৌ অমা তৌদুনা ফত্তবা লাইশিংবু চীঞ্জাক পীদুনা তাইননবগীদমক লৈবাক্কী ওইবা

থাক্তা সনা কোন্নুংনা পাঙথোক্তুনা কোন্নুংগী মাযকৈ ৪দা লৈবা লাইগী চুক ওইবা পুঙ্ডশিং. (লৈপুংশিং) হাযবদি খুবায / ৱাংখৈ / খ্বাই-যাইস্কুলগী মশক ওইবা লৈপুংশিং (১) ককৱা লমদাইপূং, (২) কোংবা শৌদোনপূং, (৩) খুবায অহোঙপূং (৪) বাংথোম্বী হাযবিবশিংসি লাৎপদা শকপা )। তাইবঙজমনা 'অতাই পুবীথোকএ' (লাইমাং খাইবা, কশাখাইবনচিংবদা শকপা)। মংশা তাবমনা মংথোঙ থিংঙে (যুম অমদা নত্রগা শাগৈ অমদা অসি-অনা যাম্না থোক্লক্লবদ 'মংথোঙথিংবা' হাযবা লাইথৌ তৌবদা শকপা অমসুং কোন্নুংগী ওইবা লৈমা নিংথৌশিংনা শিবগী মৈ থাবা মতমদা মংথোঙ থিংবা হাযনা তৌবা লাইথৌ অমদা শকপা)। তৌবেম্না 'অযাঙতৌ লাৎএ' (অযাঙলৈমা কবোক চাইবা হাযনা লমতা থাদা পাংথোকপা লাইথৌ অমগী কবোক পোকপদা মৈ থানবগীদমক শীং ওইনবা তও যানবদা খুকুম্বা লাইথৌদা শকপা ইশৈ)। নিংথৌজমনা চীংঙা লাৎএ (চীংঙা লাইবেম্বী লাৎপদা শকপা)। লৌবেম্বম্না 'যুমজাও চেঙ কাপএ' (যুমজাও লাইবেম্বী চেঙ হৈবা হাযবা লাইথৌদা শকপা)। নিংথৌকাবমনা নোংগা লৈমা লাৎএ (নোংগা লৈমা হাযবা লাইবেম্বী খুকুম্বদা শকপা)।

মুতুমনা 'ললহামপূং লাৎএ' (ললহামপূং হাযবা লাইফম খুকুম্বদা শকপা)। হৈশ্নাম্না 'হযিং লাৎএ' (মতীন মকাং কন্দুনা অনা-অযেক থোক্লবদা ঙাকথোক্লবা হযিং পোকপা লাই খুকুম্বদা শকপা)। নাহাকপম্না 'নাপী-শীংবী লাৎএ'। (লৌউ-শীংউবদা অমদি মতয-মবোং থাবদা নাপী হৌমন্দুনা অমাং-অতা থোক্লক্লবদা, নাপী পোকপালাই = "লাইনিংথৌ সনামহী" খুকুম্বদা শকপা)। পোৎশঙবমনা 'শঙলাংমৈ লাৎএ' (নিংথৌনা ফম্বাল তোংবা মতমদা ফি শেৎফম ওইবিবা 'শঙলাংমৈ' হাযবা কংলাগী মনুংদা লৈবা লাইফম খুকুম্বদা শকপা) চিবোম্না 'মঙচঙএ' ('মঙচঙবা' হাযদুনা উখিদ্রবা পোৎ অমবু উনবা তৌবা লাইথৌদা শকপা)। ফনাম্বমনা 'নোংমি কৌএ' (কুমগী নোংনা চুবক্রুবা / কুম কাংলবা মতমদা নোংচুহন্নবা তৌবা লাইথৌদা শকপা)। চকপ্রম্না 'ঙামি কৌএ' (ঙানা যাম্না লৈত্রবদা, হাযবদি পাত্তা, তুবেন্দা অমদি শোয চাফমদা ঙা লৈত্রবদা খুকুম্বা লাইথৌদা শকপা)। চান্দমনা 'খোংচিংলোল শকএ' (থাযনাঙৈদা ইঙা থাদা পাঙথোকলম্বা 'খোংচিংবা' হাযবা লাইথৌ, মী ৪না লেংজাউ (দোলাই) অমা পুবগা লৈকাই অমদি খুংগং থুংনা-চত্তুনা খুকুম্বা লাইথৌদা শকপা)। থীয়াম্না 'হি লাৎএ' (নিংথৌগী ওইবা হিকশঙদা / হিজগাংদা লৈবা হিযাং হিবেম্মু খুকুম্বা মতমদা অমদি হিযাঙ তান্নবমদাইদা হিবু খুকুম্বদা শকপা)। পুখ্রনবমনা 'লৌম্লে

লাৎএ' (নিংথৌনা ফন্বাল কাবমদাইদা লোল্লে হাযবা কোযেত্তা থেৎনবা লৈ মখল অমা শাবদা শকপা)। অশৈবা পুম্নমানা ওগ্রী শকএ। লাইবৌ শকএ। হাযবদি মথক্তা পনখিবা যুম্নাকশিংগী শৈশকপাশিংনা মাগী মাগী তোঙান তোঙানবা লাইথৌদা শকুক/থৌদাং পাওথোক্লকুববসু উমং লাই হৰাউবা হাযবা লাইথৌ অশিদদি খুঁদংমক্তা লোইনা যাই হাযবনি)।

অশুম্না অশৈবা লোযশঙদা মথৌ তৌবিবা পেনা খোংবা হাযবসিগী ভুমখৈ অসি যাম্না পাকই হাযবসি লাইবিক অসিদগী খণ্ডিং। অমুক্তশু "শঙপানবগী মশিন" কৌবা পুযাদশু অশৈবাশিগী থৌদাং অদু মশক থোক্লা উৎলি। ব্রাবোন্দি

'পেনাখোংবগী শিন্থাদি লাইগী, নিংথৌগী থৌগন, ইশৈ শকপ, ফম্মাংচংবদি পেনাদা থার্গনি'।

(মথক্কী বাবোল অসি লৌথোক্লকফম পুযা 'মাইবগী মশিন নত্রগা মশিন' গী ফোটো হূপচণে)



## 'পেনা' অমসুং 'চৈজিংগী' মশক:-

পেনাখোংবনা পাযবিবা 'শৈবাংমাক্' নত্রগা শৈবাংবাক (বাদ্য যন্ত্র) 'পেনা' হাযবা অসিশু নুংগী ওইবা মশক্তা 'উমংলাই হৰাউবা' হাযবা লাইথৌ অসিমক্কী মপুংফাবা মতৌ অমা উৎলি। অদুবু হৌজিক ওইবিবা মশক (পেনাগী) অসিদি মীবমলেন্দা কনানা শাখিবনো হাযবা তাংদাংবা খঙদ্রবসু 'পাখংবা খুন্থোক' কৌবা পুযাগী মতুং ইন্নদি নোংদা লাইবেল পাখংবগী মতমদগী ওইবে হাযবদি লেংদ্রে। মদুদি শেন্দ্রাং পাখংবনা মোইবাংদা লোৎলিঙৈদা (খাবা শল্লাইগা অঙোম শল্লাইগা অনিনা কংলাগী মেন ফম্বাল মুন্নবকপদা অকনবা লাল থেংনদুনতা লৈখিবনা, হাযবদি 'নুমিৎ কাপ্পা' থৌথোক্লচিংবা শল্লাই অনি অসিগী নিংথৌশিং হাত্তোক্লবগী লান্দা খাঙবা ঙমদ্রদুনা শেন্দ্রেংনা মোইবাংদা চেম্বা মতম) পোকখিবা 'মৃংযাং চাউবা' না অমুক কংলাগী লাল নেমখ্রবদা মোইবাংদগী কংলাদা নিংথৌ খুভম লৌনবগীদমক লাকপা মতমদা 'লৈনুং থকুক অশৈবনা' পেনা খোংদুনা লাকই হাযনা পম্বনিনা মতম আসদগী হৌজিক উবিবা মশক অসি ওইবে হাযবা খঙ্গডি। মুযাং চাউবদি কংলাদা নিংথৌ ওইববা মতমদদি "নোংদা লাইবেল পাখংবা" হাযনা খঙনখ্রবনি। অদুনদি যামদ্রবদা শক্তম অসি (পেনা) চহী ১৯৭৭তগীদি তাববোই।

অদুবু খুৎলাই (মাক্) অসি শাবদা যাওবিবা মচাকশিংসিদি 'লীক্লমযাঙবী' কৌবা পুযাগী মতুং ইন্নদি নুংগী ওইবা মশক্তা লৈশেম নোংশেম্বা অর্মদি তাইবঙমী শাবকপদা যাওবা পোৎলমশিংনি হাযনা পল্লি। মদুবু অশুম্না হায " .... চৈজিং লীকোল মতৌদি তেংবানবা মপু অঞ্জিশিদবনে (তাউবোইনাইশিদবা)। শবীক পবেং অচুম্বদি থবানমিচাক ২৭ মানে। শমৈ লীতিং ওইবদি কোবৌ-মালেম ফাববা মিবেল লাংশংনি। তাইবঙ হকচাং নুংদশু মবী-শিংলি লৈবনে। পেনা যুবী মতুমদি মালেম মওং লাকপনে। পেনা চৈখোক ওইবদা ৱাগা উগা শম্বা হযি হযা অনীনা লাংবুম লীপুন্নবনে। কোঙযাং অহোবদি মালেম লৈমাগী লোইবেল খুনবীবোকনে। পামেল উগী মতোন্না থিংজিনবা কুরুগী শিংলী তোম্লোম্বনে। উযেপ তেংখল ওইবদি লৈপীতোশেল লৈনপফা লৈমবেলগী থোঙলেন মিংখৈ অথুপ্পনে। হাযহৈদবা ৱানে।"

হাযবিবা ৱাবোল মতেক অসিনা তাক্লিবদি পেনা হাযবা পোৎশক অসিগী শক্লোল অসি তেংবানববু অতৎ-অখম নাইদানা শেম-শাবিবা, হাবউ-নুংঙাইবা

হাযবা মশক অদুনি হাযবা তাক্লি। চৈজিংনা কোবৌ নোংথৌনি। পেনানা মালেম লৈমানি। অদুগা পেনাগী মখোকতা উ মতেক অমাগা ৱা মতেক অমগা থিংজিন্নদুনা শেম্লিবনা কোবৌ-মালেম অনিনা হকচাং লাংবুম্লির্বনি। তাইবঙপানগীশু অসিমঙাই। চৈজিং পেনা অনিগী শমৈনা তক্লবকপদা থোক্লকপা নুংশিবা মখোন্না তেংবান্বা অসি নুংশিবগী শাযোন্নি হাযবদু উৎনবা হকচাং অনিনা তক্লবকপদা শকউদবা অপেন্বা হাযবা মতৌ অদু ওইবকপদগী, শক নাইনা পোকপা হাযবা মহয অদু ফংলিবনি। অদুনদি লাই হবাউবগী লাইথৌদদি পেনাখোংবা হাযবা অসি থোইদোক্না মরু ওই।

## মাইবগী শক্তম অমদি থৌদাং:-

লাই হবাউবা হাযবা লাইথৌ অসিদা মাইবগী থৌদাংশু অদুম্মক থোইদোক্না মরু ওই। মবমদি লাইথৌ অসিদি লাই ৩গী থৌবম্নি। হাযবদি সনামহী, পাখংবা অমদি নোংথাংলৈমা, হাযবা লাই ৩গী থৌবম্নি। হাযবিবা লাই ৩ অসিদি থবায পান্বা পুম্নমকপু হিংহল্লিবা মৈ, ঈশিং, নুংশিৎকী মশক্লি। অদুনা মাইবনা নুংগী ওইবা মতৌদা পাখংবগী মশক্লি। পাঙ্গলগী মশক ওইবিবা মৈনি। মৈগী শুপচিন্বা মশকপু 'হ' হাযবা মযেক অসি ওই। অদুনা মাইবগী লাইশোল খুদিং মযেক অসিনা হৌবিবনি। অদুনা লাই হবাউবগী মাইবা হাযর্বসি নুংগী ওইবা মশক্তা কবম্না লৈবগে হাযবদু 'অমাইবগী মশিন' কৌবা লাইবিক্তা অশুম্না পল্লি-

"........অতিযা কুর্কশদবনা লৈপাক শেম্বা লোইববদা অশীবা, কোঞ্জিনতিংথোকপা ২ মাবু তীনগী মরুপ লুচিংবা কৌএ। .........তাইবঙপানবা অসিবু মানা-মানা থিএ, মার্জিং কৌএ। মাইবা লোযশঙ লিংএ। উং কৌবা খোঞ্জেল অসিবু পুবে। মৈ পোকখাযবে। ........তিল-লাই, মী-পোং, সা-ঙা, তীন-কাং, চীং-মান, তু-খোং, পুঙলোল-থেল্লোল, লৈবোল-নোংলোল, থৱায অচৎ-অবেপ, পুম্নমক অসিগী মনুং ওইনবা, তীনশোল-লাইশোল, ইবাৎ-থৌনি, তেংথা-নাউওই, কুমহৌ খাহৌ, কুমজন থাজন অসি খৈবিকপু যোইবেল, মাইবা, অশৈবা শঙ ৩ মাদা মাগী মাগী কুকনা খাযবিবে।"

অশুম্না তাইবঙপানবা অসিবু অফ-নুঙাই ওইনবা শেমগৎলকপদা মাইবা, মাইবী, অমসুং পেনা অশৈবা অসি পুন্না পাংথোক্তবা যাদে হাযবগী মশক অমসু উৎলি। অশুম্না শঙ ৩ অসিদা মথৌ পাঙথোক্লিবা লাইথৌবোয ৩ অসিগী মথৌদা অকক্লবা কাযাৎ অমা থমদুনা যুম্নাক-শাগৈ খবনা শিনফমশিংশি তৌগদবনি

হায়বা তাক্লি। অদুনা শিনফম (মাইবা) অসিদা করম্না চঙগদগে হায়বদু মথক্কী লাইরিক (অমাইবগী মশিল) অসিদা অশুম্না পল্লি। "..........মাইবগী মশিন্দি লিশম্না ফম্বালগী লী শাইএ। অয়াম্না পাখংবগী মমাইবনে (পাখংবা খুরুম্বগী থৌরমদা য়ুম্নাক অসিদগী ওইবা মাইবনা তৌগনি হায়বনি)। মাইমোম্না লয়খোঙ লাংএ (লৈপাক চেখায়বা মতমদা ফনবা খুরুম্বা)। থাউদেম্না য়াইরা খাঙএ (হী-যাই খোমজিনবগী লাইথৌ তৌনবা লা হেকপদা খুরুম্বা)। ঙাশেপ্পম্না তু-খোং লাংএ (তুরেন্না খোংবান্না মরম চাদনা লৈরাই কীম্থবনচিংবা তৌরকপদা খুরুম্বা)। ওয়নাম্না চীংথাং লাংলে। মুংখোম্না লৈরাই লাংলে। শৌবাম্না মব্রাউলৈমা লাংএ। মাইশ্রাম্না শনমি কৌএ। (সা সন্না লাইচৎ লাক্লবদা খুরুম্বা)। মাইবাথিয়াম্না মঙচঙএ। শারোক খাইবম্না ফৌওইবী লাংএ। নিঙোনবমনা ব্রাংগোনশঙ লাংএ (নোংপোক-পাম্থোইবীবু লাংনবা শঙ) 'ব্রাংগোন' হায়বা মিংগী অসি ওইবকপখিবগী মরমদা 'হয়িমিংলেল' কৌবা লাইরিক্তা অশুম্না পল্লি- 'ব্রাংঙমলোল পানথোইবীবু নোংপোক্তা নুংশিনা কোনবিরে হায়বগী ব্রাংগোল কৌএ।' অশুম্না লাই অনিগী লাইশঙবু খুকম্বনি। অদুগা অমনা ব্রাংগোনশঙ হাযবদি নিংথৌগী লৈমানা মচা পোকফম শঙবুশু কৌই। অদুবু শঙ অসিদদি মাইবা, মাইবী, পেনা- অশৈ, অমাই, য়োইরেল, হায়রিবা শঙ ৩ অসিদি চঙবা যাদবনা মসিবু খুরুম্বনি হায়না লৌরোইদবনি)।

হাওব্রোইবম্না নূং লাংলে (নূংগী মশক ওইবা লাইশিংবু খুকম্বা)। শোযবম্না কৌব্রু লাংএ। অক্কাম্না য়ুমদা উচেক চঙবা লাংএ। হৈক্রুজম্না তীল লাংএ (মতীন-মকাঙ কল্লবা মতমদা খুরুম্বা)। য়েনখোম্না পনমলাই ইললে। (পনমনিংথৌ খুরুম্বা)। নেপ্রম্না য়াই লাংএ, (হী-য়াই ওইবা পোং লাংপা)। হৈব্রাম্না নোংমি কৌএ। (কুম কাংলবদা নোংচুনবা খুরুম্বা) খম্নাম্না লাইজিং লাংএ। অহোংশাংবম্না শগোল লাংএ (নিংথৌগী শাদোং ওইবা শগোন্নচিংবশিংনা নাবক্লবদা খুরুম্বা)। কবোরম্বম্না লৈশৌ লাংএ। হোংনেমশুম্বম্না পাং লাংএ (পাংকী ঈশিংনা মচু ওম্বনচিংবা ফত্তবা খুদম তৌরকপদা খুরুম্বা) শাইবোম্না শামু লাংলে (শামুনা অনা-অয়েক তৌরকপদা খুরুম্বা)। লাইশোম্না উচি লাংএ (উচিনা মখে লাংলকপদা খুকম্বা)। চবুংবম, থিংবাইজম ২ মানা কৈথেন লাংএ। মাইবম্না 'উশোই লাইরেম্মা' লাংএ। (কংলাগী মনুংদা খুভম লৈবা লাইরেম্মী) খুমন শল্লাইগী মখৈশুং য়াওএ। থীনবমনা খোই লাংএ। (য়ুমদা, ইংখোলদা খোইনা মহুম থুরবদা খুরুম্বা)।"

অশুম্না অমাইবা হাযবা শিনফম অসি থাযনঙৈদদি যাম্না মৰু ওইবা শিনফম ওইনা অখণ্ড-অহৈশিংনা থম্বীবকপনা পঙতৌতৌবা শিনফম ওইবক্তে হাযবশি খঙহল্লি। অদুনা অখন্নবা যুম্নাক শাগৈ পীবতা নত্তনা শল্লাইশিংগী ওইবদগীশু খনগৎলম্মী হাযবসু উবা ফংঙি। মদুদি "........মাইবা শঙদা কাগদবা যুম্নাক্তি ১)নিংথৌজা শল্লাইদগী যেনখোম, থাঙগংশাবম। ২) অঙোমদগী লোংজম, শেবাম, লাইবেললাকপম, মুংখোম, নিঙোম্বম, হোংনেমশুম্বম, শাইবোম। ৩) শবাং লৈশাংথেমদগী- মাইবাথিযাম, শবোংখাইবম, হৈৱাম। ৪) খাব ঙাম্বাদগী- থীনবম, কবোবম্বম। ৫) লুৱাংদগী- শৌবাম, মাইশ্নাম, লাইশোম, অবুজম, ৱাকোংথেম। ৬) খুমন্দগী-অযাম, মাইমোম, ঙাশেপ্পম, ওযনাম, হাওৱোইবম, অক্কাম, হৈক্রুজম, নেপ্রম, অহোংশাংবম, চবুংবম, থিংবাইজম, থাউদেম, থোংগ্রাম, মাইবম। ৭) মোইবাং শল্লাইদগী "লিশম, লম্বুজম, খম্নাম।"

## মাইবগী মখল অমদি পুগদবমা মাইকৈশিং:-

অশুম্না লাইথৌসিগীদমক্তা লৈবিবা অমাইবশিংসি মথক্তা পীবিবা মখলশিংসিদা নত্তনা অমুকশু মানা মানা পুগদবা মাইকৈ অমদি মশকশিং তাক্লুনা পীবি। মদুদি-"কংলৈদা [১] লৈখা নোংখাবোল শেমএ (ইম্ফাল হাযবিবা লমখৈগী অকোযবাবু হাযবনি। মদুদি চিংখৈদা খুবায খোমিদোক মৈবমদা ক্যামগৈ, সম্থোংদা চঙানগৈ, কৌব্রুদা ইবোইশেনবা হাযবিবা লমখৈ অসিবু কংলৈ কৌই)। মাইবদি নোংচুপ হাওবোংমাই, নুংবান লুৱাং মাইবনে। পোইবৈ পুংমযোন্দা (লৈবাক অপুন্বা) লৈবোল-নোংলোল ১৪ শেমএ। মাইবদি লৈপাক মাইবহম্বা কোন্দে খুবাই তাঙবনে। খুমননে। উবাদা লৈথক-লৈখাবোল শেমএ। মাইবদি থিংগোল মবিংমাইনে। সনথোং ৱাকুমাইনে। খুযোনথেমনে। কংলানে। লাইজিংদা নোংথৌবোল লযবাক শেম এ। মাইবদি লুৱাং লংমাইবা যোইনৌ লাংপোকশুনে। হিজমনে। নোংশাবদনে। খুবাযদা লাইবোল-তীল্লোল শেমএ। মাইবদি নোংপোক পনর্মানিংথৌ অপানবা, পনম যাংকোকঙানে। অহল্লুপ নহাকুপনে। চুপশাবোল ৫মাগী মফমনে।

অসিদগী পুম্নমক পুদুনা 'ওমপুনতি' কৌদুনা শেমএ। অসিদা নুমিৎ কাপলে। অসিদগী শল্লাইবেল কৌদুনা শনখবে খঙও। খ্বাই যাইমৰু, খ্বাই মপীপোক, খ্বাই শাবুলোইবা কৌএ। খুবায ৱাযবংবা কৌএ। ৱাংখৈ কৈদুবা কৌএ।

যাইস্থু যাইচন্বা কৌএ। লৈকাই মেনফমদি খ্বাইদি কৌব্রুগী মেনফমনে। চুপ অমানে। খুবাযদি চিংখৈকুকশিদবগী মেনফমনে। চুপ ১নে। ব্রাংখৈদি ব্রাংববেলগী মেনফমনে। চুপ ১নে। যাইস্কুলদি থংজিংগী মেনফমনে। চুপ ১নে। হুইবেনলৈবদি খ্যোনথেমনে। 'শংনোং যুনোংদি' শেবামনে। 'শাবকখাইবদি' শাবোংখাইবনে। 'খুম্ম্‌তাইবদি' মুংখোমনে। 'লাংনাব্রাযবদি' শোযবমনে। 'লাংশংব্রায়বদি' মাতবমনে। 'কোন্দে খুবাই তাংবদি' অযামনে। ৭মা অসিনা লৈবাক মাইবনে। নোংথৌমাইবদি 'হামলেল্লেন্দি' হিজমনে। 'চাককোবাদি' অক্কামনে। 'পুথিবদি' পুথেমনে। 'চেঙবুমলৈদি' শল্লামনে। 'কোনশৌবেন্দি' যাংকোকঙানে, শৌবেলপুদি শৌবামনে। চিবাইতাঙবদি মাইশ্নামনে। মাসিনা নোংথৌমাইবনে। মাইবা ১৪মা অসিনে। চুপ ৫, শেং ৪, অপাকমা ৫। চুপ ৫ মাদি হিজম্নে। শৌবামনে। অযামনে। খুযোনথেমনে। যাংকোকঙানে ৫মা অসিনা চুপনে। শেং ৪ মাদি মাইশ্নাম্নে, মাইবমনে, মুংখোমনে, শল্লামনে, ৪মা অসিনা শেং ৪ মানে। অপকমা ৫ মাদি পুথেমনে, অক্কামনে, শোযবমনে, শেবামনে, শবোংখাইবমনে, ৫মা অসিনা অপকমানে খঙও॥০॥"

মথক্তা হাযবিবা বাবোশিংসিগী ব্রাবী-ব্রাখোঙদি শুপচিন্না হাযববদা লৈবাক অসিদা মশক নাইবা মাইবা মখল ১৪না অমগা অমগা মতেং পীনদুনা মথৌ তৌবকখি হাযবনি। মদুদি লৈবাক অসিদা মখোযশিংসিনা মথৌ তৌবদা নুঙাইনবা মাইকৈ খাযদোক্নদুনা তৌনখি। হাযবদি কংলৈ, পোইবৈ, উবা, উম্বু (খুবায ব্রাংখৈ, খ্বাই, অমসুং যাইস্কুল) হাযনা। মসিদা অমুকশু মাইকৈ মচা-মচা খব অমুক খাইদোকই। মদুদি লৈখা, নোংখা, লৈবোল নোংলোল, অমদি লৈথক লৈখা হাযনা। হাযবিবা মাযকৈশিংসি খাযবগী মওংদি চিথেক ৪ নাইবা মফম অমদা অচুম্বা লৈযিশিংনা খা-ব্রাং, নোংচুপ-নোংপোক কাবল-কাবল চিংবদা থোক্লকপা অহাংবা মফমশিং অদুবু মাইকৈ, শুংদাই, শীংখাই হাযনা অশুম অশুম পীকশিল্লক্কনি। অমদি মাইকৈ মশীং যামখৎলক্কনি। অসিগুম্বা মফমশিং অদুবুনি মথক্তা পনখ্রিবা মফমশিংগী মমিং থোনখ্রিবসি। অসিগুম্বা মফমশিংদা মশক নাইবা মাইবশিংনা অমগা অমগা মতেং পীনদুনা মথৌ তৌমিন্নববু চুপ, শেং অপকমা, হাযনা কৌই। খ্বাইদগী হেন্না খঙবা মাইববু চুপ কৌই। মসিগী খুদমদি তুবেন্দা পন থিংবা মতমদা চুক যুংবা গুম্বনি হাযবনি। অদুনা 'শেং' হাযবদি শেংগম শানা ফৈবিবা খোংবৈগুম্বা হাযবিবনি। 'অপকমা ৫' হাযবদি চুক্কা খোংবৈগনা নিংথিনা

থিংলবা পন অদু অহো-অরাক য়াওহন্দনবা কৌশীং কৌরাং হাপচিন্দুনা থিংবগুম্বনি হায়বনি। অদুগা অসিগুম্নবা অমাইবশিংসি কনা কনানা করম্না ওইবগে হায়বগী মতাংদাশু খঙহল্লি। মদুদি থোইদোক্লা খঙলবা মাইবশিং হায়বদি চুপ ওইগদবশিংনা শিনফম অসি ওইবা তারবদি অকক্লবা য়ুম্নাক শাগৈশিংদগী খনগৎলি। মদুদি লুৱাং শল্লাইদগী, খুমন শল্লাইদগী, খুয়োনথেম, হিজম, শেরাম, মুংখোম, শোয়বম, অয়াম, অক্কাম, পুথেম, শল্লাম, শৌবাম, মাইশ্লাম। হায়রিবা শিংসিনা মথক্কী কাংলুপ ৩ (চুপ, শেং, অপকমা) অসিগী মথৌ তাই। অশুম্না মাইকৈ য়েন্নদুনা মথৌ তৌরিবা মাইবশিংগী মমিংশু পীরি। মদুদি 'কংলৈ' হায়রিবা মফমদা মথৌ তৌগদবা মাইবগী মমিংদি 'নোংচুপ হাওরোংমাই নুংবাল লুৱাং মাইবা' কৌই। অদুগা লৈবাক পুম্নমক্তা মথৌ তৌবা য়াবনা "লৈবাক মাইবাহনবা কোন্দে খুরাই তাঙবা" কৌই। কংলৈদগী হেন্দোকখিবা খা-ৱাং (লৈথক-লৈখা = থরৈ লেমলৈ)দা পুবনা 'থিংগোল মরিংমাই' অমদি 'সনথোং ৱাকুমাই' কৌই। লাইজিংদা (অহল্লুপ পানাদা/ কৌব্রু মাইকৈদা) পুবনা 'লুৱাং লংমাইবা য়োইনৌ লাংপোকশু' কৌই। খুরায়দা (লাইফম পানা/চিংখৈ মাইকৈদা) পুবনা 'পনম যাংকোকঙা' কৌই। মখোয়শিং অসিদা নত্তবা অমাইবা মখলশিংগী মমিংশিংদি হুইরেল লৈবা, শংনোং-য়ুনোং, শারকখাইবা, খম্মু তাইবা, লাংনা ৱায়বা, লাংশংৱায়বা, কোন্দে খুরাইতাংবা, হামলেল্লে, চাকোৱা, পুথিবা, চেঙবুমলৈ, কোনশৌরেল, শৌরেলপু, চিরাইতাঙবা। হায়রিবা ১৪ অসিগা লোয়ননা অমাই লোয়শঙগী মথৌ তৌরকখি।

## উমংলাই হরাউবদা য়াওরিবা মাইবগী মশক:-

অদুবু হায়রিবা অমাইবা মখলশিংসিনা লাইগী থৌরম কয়ামরুম তৌরবশু উমংলাই হরাউবদা মথৌ তৌরিবা মাইবা অসিদি শায়োন অমা তোঙাল্লে। মসিগী নুংগী ওইবা মশক্তি মালেম লয়শেম্বদা লাইয়িংথৌ অশীবগী মতেং পাংখিবা, মাবু কুরুশিদবনা মালেমগী মপু ওইহন্নবা পাখংবা মিংথোন পীদুনা লাইগী নিংথৌ হাপখিবা 'কোনঞ্জিতিংথোকপা' হায়বা লাই অদুগী মশক্নি। মানা তৌরিবা মথৌ অসিদি মথক্তা পনখ্রিবা 'অমাইবা' হায়বা শিনফম অদু তৌবা নত্তে। ময়াম্বা য়াইমা অশীবনা মালেম শেম্বদা মানা তৌখিবা থবকশিং অমদি মালেমগী নিংথৌ ওইরমদাইদা মমা লৈমরেল শিদবীনা তাকপিবা লৌশিংদগী মপাকুরুশিদবগী ফম্বাল ফংনবা ফানখোঙ কোয়খিবগী মতৌ অদু তৌরিবনি।

হায়বদি লাইরেলমথেক নত্রগা পাফল চৎপা হায়দুনা চৎলিবা অদু। মতাং অসিদা মাইবা অসি 'নিংথৌ' অপানবা হায়বা 'লাই' অদুগী মশক ওইরিবনি। লাই অসিদি মপাগী ফম্বাল ফংলবনা মানা কুরুশিদবগী মথৌশু পাংথোক্লিবনি। অদুনা কুরুশিদবদি পাখংবগী মশাদা তিন্দুনা লৈখি। হায়বদি কুরুশিদবগা পাখংবগা অমত্তনি হায়বনি। অসিননি লাইনিংথৌ সনামহীনা লৈখোঙ কোয়রুবা থুংলরবদা মনাউবু শক খঙদদুনা মপারা হায়না খুরমগে চঙলুবদা মনাউ নিপা ওইরমদুনা শাউখ্রিবা। মরম অসি লৈবনা ইকৌবদা মানা খয়োম পীরিবনি (কুরুগী মশক ওইবনা)। খয়োম হায়বা পোৎশক অসি নুংগী ওইবা মশক্তা য়াম্না পাক-চাউবা পোৎনি। মসিগী মরম ইকৌবগী খয়োম লাকপগী মতাংদা কুপ্না পল্লকখিগনি। খরদং পল্লবদা হরাউগদৌরিবা লাই অদু পোক্লক্লবা মরু হুল্লিবনি। হায়বদি খয়োম লাকপা হায়বসিদা লৈরিব ঈশিংদা থাধরিবদি পন্থৌগী মশক ওইবা কোরৌথক্কী থব্রায় অদু পলেমগী মশক ওইবা ঈরমদা তিলহল্লগা লাইদুগী থব্রায়দু মরূ হুল্লে হায়না খল্লগা ঈশিংদগী পুখৎলক্লগা লাৎলিবা লাইদুদা থব্রায়দু হেক হাপ্লদা অহিংবগী মশক ওইরিবনি। অদুননি খৈয়োম লাকফমদগী ঈশিংবু ইশায়ফুদা শোক্লক্লগা লাইনুংদা থল্লরিবা অদু লাই অদুবু পলেম মমানা পোক্লকপনি হায়বা ব্রাখল্লোন্দা মমাগী শক্তম লাংদুনা থল্লিবনি। অদুবু লাৎলিবা লাই অনি অদু মমা অমত্তনা পোকপনি হায়নদি লওগদবা নত্তে। তাইবঙপানবা পুম্নমকসি মমা অমত্তনা পোকপনি হায়না তাকপনি। অসিগুম্বা পলেম মমাগী মশক ওইবা ঈশায়ফু লৈবনা ফম্বাল মথক্তা পন্থৌ মপাগী মশক অমা লৈ হায়বগী পুক্লিংনি 'কুরুশিদবগী লৈহুল' হায়দুনা লাই অনীগী ময়ায়দা লাংথ্রে কৎলিবদু।

অশুম্না উমংলাই হরাউবগী মাইবদি কুরুশিদবগী মথৌ পাংথোকপনা লাইথৌ অসিগী থৌরম পুম্নমক মানা য়াথং পীগনি। পেনা, মাইবীনচিংবা লাইথৌরোংয়শিংনা লাইথৌ তৌরমদাইদা মাঙোন্দা হান্না খুরুমদবা য়াদে। হায়বদি পোৎ পুম্নমক্কী কোকথোক চামথোকপগী থবক মানা তৌদবা য়াদে। কোথোক চামথোকপা হায়বা অসিগী মরমদি উচেক-ব্রাচেক, তীন-কাংশিংনা অমাং-অশোয় তৌরম্ববু চামথোক- শেংদোক্লিবনি। মতাং অসিদসু অমাইবনা তাইরেল মনা অমদি পোংফাই মনা পায়দবা য়াদে। মসিগী মরমদি তাইরেল মনাদি কোরৌ অব্রাংবদা পানবা পোৎনি। মসিনা কোরৌ নোংথৌ ইপাগী শক্তম লৌরিবনি। অদুগা পোংফাই মনানা অনেমবা মালেম লৈমায় থক্তা হৌবা ওইবনা মালেম

ইমাগী মশক ওইরবিবনি। অদুনা পলেম-পম্বৌনা পোকপনি। পল্লেম পম্বৌনা যাবিবে হার্যবিবনি। অদুনা তাইবেলবু মমিং অসি থোনখিবা অমদি পোংফাই কৌখিবগী মবম " উবোল" কৌবা লাইবিক্তা অশুম্না পল্লি-"………

অশুম্না অমাইবনা নাহৈ-নাশৈং তৌবা মতমদা মালেম লৈমগী ঈবম ৭ ইকৌগনি। অদুগা নাহৈ-নাশৈংগী মনা-মশীং পাযবদা মখল ২/২ পাযগনি। মসি পলেম-পম্বৌ অনিনা যাবিবে হাযবনি। অদুনা লাইশোন্দশু অনী-অনী পুন্না হাযদবা যাদে। খুদমদি-তাইবেন্না-পোংফাইনা, নাপুনা-নাশেন্না, লৌদ্রেনা-চাদ্রেনা, উখোক্লা-বাখোক্লা, অসিনচিংবা। অদুনা উমংলাই হবাউবা হাযনা লাইগী কুম্মে অসিদা মরু ওইবা থৌ তৌবিবসি লাই ৩নি। মদুদি সনামহী, পাখংবা অমদি নোংথাংলৈমনি। মসিবু অশৈ, অমাই, অমসুং যোইবেল হাযনা কৌই। লাই ৩না পাংথোক্লিবসি মালেম শেম্বা অমদি তাইবঙশাবগী মথৌনি।

## অনিশুবা তাংকক

### উমংলাই ৩৬১গী মমিংশিং:-

লমদম অসিগী থাজনবিদা উমংলাই হাযবসি ৩৬১ শুই হাযনা লৌনৈ। বাখল্লোল অসি " ইবেংপুৱাবি", "লাইচৎ-লাইযাৎ", "লাংলোল" অমদি "থৌদৌবোন" নচিংবা পুযাশিংনশু শৌগৎলি। অদুবু হৌজিক্কী মতমদদি ৩৬৪ / ৩৬৫ শুই হাযনা লৌনবশু যাওবি। হাযবিবা ৱাখল্লোল অসিগী ৱাবী-ৱাখোঙ ইবা পুযাদি থেংনদ্রি। অদুনা মথক্কী পুযাগী মতুং ইন্না (ইবেংবা পুৱাবী) লাই মশিং অশুন্না পীবি। মদুদি-

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১) | লাইযিংথৌহনবা | ২২) | পাঙ্গনবা |
| ২) | মোংবা হনবা | ২৩) | লম্মাবি |
| ৩) | ইপুলুৱাং | ২৪) | নুমিৎ লৈমা |
| ৪) | কৌববেন | ২৫) | যাওবৈবি |
| ৫) | মার্জিং | ২৬) | কোনথৌজম লাইবেম্মা |
| ৬) | খমলাংবা | ২৭) | ইবোক লৈমা |
| ৭) | চখাবা | ২৮) | চিংচবোইবি |
| ৮) | মুৱানিংথৌ | ২২) | পাঙ্গনবা |
| ৯) | পুথিবা | ২৩) | লম্মাবি |
| ১০) | লাইখুবেম্বী | ২৪) | নুংশিৎ লৈমা |
| ১১) | ফৌওইবী | ২৫) | যাওবৈবি |
| ১২) | লাই অৱাংবা | ২৬) | কোনথৌজম লাইবেম্মা |
| ১৩) | থাবৈমা | ২৭) | ইবোক লৈমা |
| ১৪) | শৌবোললৈমা | ২৮) | চিংচবোইবি |
| ১৫) | পাখংবা | ২৯) | চিংবাললৈমা |
| ১৬) | পুবৈবোম্বা | ৩০) | লীৱালৈমা |
| ১৭) | যুমজাওলৈম | ৩১) | নুমিৎলৈমা |
| ১৮) | পাম্ভোইবী | ৩২) | নোংশাবা |
| ১৯) | হুইদোমপোকপি | ৩৩) | চিঙঙালৈমা |
| ২০) | ইশিংচাইবা | ৩৪) | তেলোংবা |
| ২১) | লংমাইপেতংঙা | ৩৫) | থোঙঙাক লৈমা |

৩৬) লমতেং লৈমা
৩৭) কৈরাওলাকপা
৩৮) নোংপোক
৩৯) তরুংলাইরেম্মা
৪০) ব্রাংগোন শংব
৪১) হিয়াংথাং লাইরেমা
৪২) লাই অচঙবা
৪৩) চিঙগোন নিংথৌ
৪৪) চিঙখৈ নিংথৌ
৪৫) চিংথাঙ লৈমা
৪৬) নোংকাবি
৪৭) পুরৈরোম্বা
৪৮) নোংশাবা
৪৯) চখাবা
৫০) মারজিং
৫১) লুৱাংনিংথৌ
৫২) লাংবুম নিংথৌ
৫৩) শম্বুম নিংথৌ
৫৪) থৱারেন
৫৫) পোইরৈতোন
৫৬) পুতাংকোয়
৫৭) নুঙপোকপা
৫৮) নুঙকাংমহারাবা
৫৯) চিংখৈনিংথৌ
৬০) মহৌনিংথৌ
৬১) উতিং-উকাং নিংথৌ
৬২) ইপুনলে
৬৩) ইতাইরেন
৬৪) মকুরোন
৬৫) থোংথোককরান
৬৬) অন্দ্রোলাকপা
৬৭) চেংঙা
৬৮) থৱায়
৬৯) কৌব্রু
৭০) শাম্মদোন
৭১) খাকপা
৭২) লুৱাং
৭৩) পুরৈরোম্বা
৭৪) নোংপোক
৭৫) শোরারেন
৭৬) লৈচীকশা
৭৭) লোয়ারাকপা
৭৮) ময়াংনহা শলাইথেম্বা
৭৯) য়োইমোংবা
৮০) সনামহী
৮১) থোংনাংনিংথৌ
৮২) তাউরোইনাই
৮৩) কুপত্রেং
৮৪) খুমুতুংইন্নবা
৮৫) ৱাংথমায়রোইনবা
৮৬) ৱাইকোক শারিবা
৮৭) লইয়িংথৌহনবা
৮৮) য়েলাংবা
৮৯) হংগোইনিংথৌ
৯০) তেবান
৯১) ৱাংব্রেন
৯২) ৱাখরাকপা
৯৩) কৈরাউলাকপা

## তৎনবা নুমিৎ থোকখিবগী ৱারী ৱাখোঙ:-

কুরুশিদবনা মপাবি লাইযিংথৌ অশীবদা কোবৌ মালেম শেমহন্নবগীদমক পবিং, লাংশং, শীংকক, উবোং, লাংশোন হায়বা লাইমিং ৫ অসি পীদুনা মালেম অসি শবো হায়না তাকপিখি। মপাগী পাউতাক ফংলবদা অশীবনা মালেম শেম্ন বগীদমক মপানা পুথোকপিবিবা সনাগী পুখম মথক্তা চুক, উবোং যুংদুনা লয়শা শীবা যানবা পবিং লাংশং হুনখি। মদুদা পবিং অদু হন্না হন্না তৎখি। মদুদা নুমিৎকা থাগনা মালেমগী মথক-মখাদা ফাবগা হুন্নবদা যাখি। অশুম্না লাইযিংথৌনা পবিং হুনবদা পবিং তৎখিবা নুমিৎশিংবু 'তৎনবা' হায়না খঙনখি। অশুম্না লাইনা মালেম শেম্বদা পবিং তৎখিবা থাগী নুমিৎশিংবু ফত্তবা নুমিৎশিংনি হায়না মাইথৌশিংনা থম্বীবম্মী। অদুনা নুমিৎ অসিদা অফবা লাইগী থবক তৌবা যাদে। খুদম ওইনা হায়ববদা হৌজিক্কী মতমদা অঙাং পোকপা অমদি মহৈ-মবোং লোকপনচিংবা লাইগী অফবা থবক তৌবদা কবিগুম্বদা তৎনবা নুমিৎ থোকঅবদি মথক্কী লাইবোল (পবিং হুনবগী ৱাবী) অসি তৌবগা খুকুম্নবিবনি। অমদি যুমশাবগী 'পবিংহুনবা' হায়দুনা যুমগী কাযাৎপা মতমদা পবিংগী থৌবি তৎপা তৌহৈদে হায়না তত্তনবা তৌনবিবসি মবম অসি লৈবননি।

মতাং অসিদা পবিং তত্তুনা মালেম শেম্বা যাদে হায়বিবসি কোঞ্জিনতিংথোকপনা তুবি লয়থীনকায় লাইবেল হাবাবা হায়বা শক্তম অদু পুথোক্লগা মালেম থুগায়বা মতমদা পবিং থদৎপা অদুদগী থোকখিবনি। থৌদোক অসি থোকখিবগী মবর্মদি সনামহী (অশীবা)না মালেম শেম্বদা কোঞ্জিনতিংথোকপনচিংবা লাইশিংনা মতেং পাংখি। মদুদা কুরুশিদবনা সনামহীবু থাগৎপিবদা কোঞ্জিনতিংথোকপবুদি মিথানবিদে হায়না শাউবদগী ময়াম্বনা শেম্লকলিবা মালেম অসি ঙমদনবা হাবাবনা পবিং থদৎপা অদুনি। পবিং লাংশং হায়বা, লৈমবেল শিদবীনা পীবুক্লুংদগী খযাত্তা লংগী মশক ওইনা চিংথোক্লগা ফি শাবগুম্না শাবগা সনাগী পুখম মথক্তা তিংদুনা থম্লিবা অদুদা মালেম লয়শা হাপ্পুনা শাগৎলকপদা চবৈ ফিগী মশক ওইবিবা মিবেল লাংশং অদু লৈথিনগায় হাবাবনা কাওথত্তুনা থদৎপা নুমিৎশিংদুদগী 'তৎনবা' হায়বা নুমিৎ অসি থোকখিবনি। থৌওং অসিগী মতৌনি লাইবৌ জগোইগী মতাং অমদা যুমশাবোল জগোইগী 'পবিংহুনবা' হায়বা অমা যাওবিবসি। মতাং অসিদা সনাগী পুখম মথক্তা ঈশিং হাপ্লগা পবিং হুনবা হায়বদি পলেমগী নাউৱাকোন্দা মক্ষ তাববু খঙহনবনি। অসিগী

মতৌনি ঔগ্রীগী মতাংদা লাইবোল মতেক অমা যাওবিবা, লাংজখৈগী মচানুপী কোবৌ অৱাংবিদা নিংথৌ অপাম্বনা অঙ্গো মব্দ হুন্না হৱাই থাঙপাক (থৱায মব্দ) থাকুবদা শাম্মদোননা হৱাই মবী নেৎথত্তুনা (পুক্নুংগী অঙাংবু মাঙহন্দুনা) থদৎলগা মাঙহল্লি হাযবিবসি। অশিগুম্লবা লাইগী ৱাবী-ৱাখোঙ অসিদগী লৈবাক অসিগী চিংঙু লাইথংনবা মাইচৌশিংনা লাইগী থবক তৌবা যাদবা 'তৎনবা নুমিৎ' হাযনা শেম্বীবর্স্বনি।

**লাইথৌরোয়শিংগী ফম্লুপ:-**

লাইথৌ অসিগী শীল-লাঙনবগী থবক্তা অমগা অমগা যেৎশিন্নদনা মচা-খাযনা মথৌ তৌনবগীদমক মাগী মাগী ফম অমমম হাপ্পুনা পাঙথোকই। মসিবু "উমাং লাই ফম্লুপ" হাযনা কৌই। হাযবিবা ফমশিংদুদি - (১) লাই শেল্লুংবা, (২) চৌবোন, (৩) শঙগোইবা, (৪) শীঙলোয হঞ্জবা, (৫) লাবোয হঞ্জবা, (৬) লৈবোয হঞ্জবা, (৭) অহল্লুপ পানা, (৮) নহাকুপ পানা, (৯) পাখংলাকপা, অমসুং (১০) নিঙোল্লাকপা। হাযবিবা ফমশিংসিনা মাগী মাগী পুনবিবা মথৌশিংদি মখাগী অশুম্না খাযদোকই।

**লাইশেল্লুংবা:-**

ফম অসি পার্যবিব মীগী মথৌদি খুল অদৃগী উমংলাই হবাউবদা তৌগদৌবা থৌবম পুম্নমক মানা শীনগনি। অদুনা ফম অসিদি উমংলাইগী মবমদা মুন্না খঙবা মানা ওইদবা যাদবগী মবম যাম্না লৈ। খুদম ওইনা লাই হবাউনবগীদমক অমাইবা ওইবিবা মী অদুদি খুল অদুগী মী ওইবা যাই নত্রগা অতোপ্পা লোযশঙদগী নেক্কুবা যাই। অদুবু লাই শেল্লুংবদি নেক্কুবা যাদে। অদুনা ফম অসি পার্যবিবা মীদি অমাইবা অদুনা লম অদুগী লাইথৌদা মমুৎতানা খঙদ্রবশু মানা নিংথিনা লমজিং-লমতাকপিগদবনি। অদুগা মীশক অসিদি মশাদা শৈনাইবা নত্রগা 'পুংবা কাযবা' (পাত্রা) ওইবা যাদে। লাইগী লাইথৌ (হবাউবিবঙৈ) মনুংদা শেন-থুম্নচিংবা অৱাৎ-অপা পুম্নমক মানা যেংশিংনগদবনি। লাইগী শেল পুম্নমক মাগী অযাবা যাওদনা ফম পার্যমিন্নবিবশিংনা শীনবা যাদে। লাই লোইবা নুমিত্তা "ঔগ্রী হংগেল শকপা" হাযবা মতাংদা 'শবীক থাংবা ' হাযবা থৌওং অদু তৌদুনা ঔগ্রীগী থৌবী লীতোন পাযবগী থৌবমশু মানা তৌগনি।

(২) চৌবোন:-

হাযবিব ফম অসি পাযবিবা মীনা হৰাউবিঙৈ মনুংদা শীজিন্নগদবা চেঙগী মখৈ অৱাৎ অপা যেংশিনগনি। লাইবল্লেনগী ওইবা শক্তমদা 'নোমোইনু অহোঙবী' হাযবা অদুগী মশক্নি।

(৩) শঙগোইবা:-

ফম অসি পাযবনা লাইথৌ তৌবিঙৈ মনুংদা চান-থক্লবগী পোৎলম পুম্নমক, হাযবদি চফু-ইৱান লযগনি। অমদি যেনশাং-ন।পীনচিংবা থোং থাক্ল বগী থৌবাং তৌগনি। অদুগা লাইগী শবেন কৎপা, কুম চনবা, অমসুং কুম অমগী খুনগী ওইবা লাইথৌ শবোয খাঙবা/লমতাইবগী লাইদা কৎনবগী চাক থোংবা মানা থোংগনি। হৈকুক-হৈবাশু মানা যেনগনি। লাইবল্লেনগী মশক্লা 'চীংখৈ যাইফুনিংথৌ' নত্রগা 'হীবৈমা' হাযবা লাইগী মশক্নি।

(৪) শীংলোয়হঞ্জবা:-

ফম অসি পাযবিবা মীনা লাই হৰার্উবিঙৈ মনুংদা শীজিন্নগদবা শীংগী মখৈ, ৱাত্তনবা যেংশিনগনি। লাইবল্লেন্দা 'উবেলউথানিংথৌ' হাযবা লাই অদুগী মশক্নি।

(৫) লারোয়হঞ্জবা:-

ফম অসিগী মীনা লাই হবাউবিঙৈ মনুংদা শীজিন্নগদবা লাগী শকুক মখৈ মানা ৱাত্তনবা থৌবাঙ তৌগনি। লাইবমলেলগী ওইবনা 'লাযোল্লাং তনৌবী' হাযবা লাইবেম্বী অদুগী মশক্নি।

(৬) অহল্লুপ পানা:-

ফম অসিগী মথৌদি লাইবুং অদুদা লাই শান্নবিঙৈ অমদি মুক্লা-লমজেলগী মতাংদা থোক্লকপা অকায-অতোয পুম্নমক মানা নহাকপ পানাগা তানবগা ৱাতেমগনি। অমদি মানা তাকপা কাঙলোল অদুদা যেৎনবিবর্শিংনা যাগদবনি। লাইবল্লেন্দা 'ৱাংব্রেন'নি। অদুগা মাগী ফমফম্না লাইবুং অদুগী অকোযবদা শাবিবা খাঙপোক শঙগী (হৌজিক মতমগী লাইবুংগী মওং ওইববশু) ফমমেনগী ফম্বৈদা (ফম্মেনগী ফম্বৈ হাযবদি লাৎলিবা লাইগী মাযওনগী মতুং ইন্না লাইনিংথৌগা লাইবেম্বীগা অনীগী মবক মযায মপাচানা তংখাযতানা যেনথোক্লগা লাইনিংথৌবোম থংবা মাযকৈবু 'ফম্মেন' কৌই। মাযকৈ অদোমদা থল্লিবশিংবু

'ফম্মেন ফম্বে' (ভাবুক) কৌই। মাযকে অশোম থংবদা নৃপীনা ফমবা যাদবগী চৎনবী লৈ। অদুগা লাইবেন্থীগী মাইকৈবুনা মাঙশোক কৌই। অদোমদা নিপানা ফম্বা যাদবগী চৎনবী লৈ। মসিবুনা 'মাঙশোক ফম্বে' কৌই। অদুগা লাই হৱাউবা লোইববা তুংদা পাঙথোকপা থৌবমশিং মুক্না অমসুং লমজেনগী নুমিত্তা অহল্লুপকী শান্নবোযশিংনা (খুৎ ৭) শান্নবা চৎলমদাইদা 'চাক খাঙবা' হাযদুনা মখোযবু (শান্নবোযশিং) পিজ-পীথক তৌগনি। অমসুং শান্নবা লোইববা তুংদা মনা-মথুম পীগনি।

## (৭) নহারুপ পানা:-

ফম অসিগী মথৌশু অহল্লুপ পানাগী মথৌগা চপ মান্নগনি। তৌবতংবু মাঙশোক ফম্বেগী নাকল্লোমদা মানা মীৎকুপ-নাহুমশিংনা মীযাম্বু যেংশিনগনি। লাইবেন্নন্দা 'মার্জিং' নি। অদুগা লাইথৌগী মবমদা যেৎনবকপা থোকপদা মানা অহল্লুপ পানাগা তানবগা বাতেম্নবা শীনাগনি। অমদি মাখোযনা পাযবিবা ফমশিংদুবু লাইগী ওইবা থাক্তা লৈবা ফমনি হাযবা বাখল্লোন্দা যেৎনবিবশিংনশু যাবিগদবনি। হাযবিবা ফম অনী (অহল্লুপ পানা অমসুং নহারুপ পানা) অসিদি থাযনঙৈগী নিংথৌগী ওইবা লৈঙাক পথাপকী ফমলোন্দশু 'পানা পাম্বোম' নত্রগা 'পুথ্রম্বা' অমসুং 'নোংথোম্বা' হাযবা ফম অদুগী মশাক্নি। অদুগা লাইবল্লেন্দনা 'বাংব্রেনগা' 'মাজিং'গনি। অদুগা মাগী (নহারুপ পানা) ফমফমনা লাইবুং অদুগী অকোযবদা শাবিবা খাংপোকশঙগী 'মাঙশোক ফম্বেদা' হাযবদি লাইবেন্থীবোম থংবা নাকলগী হোজঙ মযাদা লাইবোমদা মায ওনশিল্লগা ফমগনি। অদুগা লাই হৱাউবা লোইববা তুংদা পাঙথোকপা থৌবম, মুক্না অমসুং লমজেনগী নুমিত্তা নহারুপকী শান্নবোযশিংনা (খুৎ ৭) শান্নবা চৎলমদাইদা মখোযবু (শান্নবোযশিং) 'চাক খাঙবা' হাযনা পীজ-পীথক তৌগনি। অদুগা শান্নবা লোইববা তুংদা মনা মথুম পীগনি।

অশুম্না মথক্কী ফম অনী (অহল্লুপ পানা-নহারুপ পানা) অসি হাপ্লদি মাগী হওনবী কাঙলোল খবা লৈ। মদুদি লৈবিবা খুংগং অদুগী মাযকৈগী মতুং ইন্না খাযবা, লৈকাই লৈকাইদা খাযবা অমদি চহীগী নহা অহন যেংলগা খাযবা। অদুবু থৌ ওং খবসিগী মনুংদা ফম অসি হাপ্লগী মওংদি চহীগী নহা- অহল যেংলগা হাপ্লনা অচুম্বনি। মবমদি লাইথৌ অসিমক নহা- অহল খাযনা পাঙথোকপা থৌবমনি। খুদম ওইনা লাই শান্নবমদাইদা লাইগী থৌগন তৌগদৌবিবশিংদা চহী অহন্না

• নো অতোপ্পনা থাও ফানবা যাদে। অদুগা মাগী ফিশেৎশু মনাফি শেৎকনি। গাযবাদ ফৈজোমদা খামেনজৎপা, ফুবিৎ অঙৌবা, কোযেৎ অঙাংবা খদাংচেং অশংবা লেংযান অমসুং খাংলাকশু অশংবা হাযাববসি ফিশেৎ লৈতেংগনি।

**(১০) নিঙোললাকপা:**

ফম আপা পার্গবিবা মীনা ইকৌবা নুমিত্তা ল হর্বেন্নী থাও ফানগনি। মহাক্লা ওইবিবা নুংগী ওইবা লাইবপ্লেলগী মশক্লা 'কৌব্র লাইগী' মশক্লি। মাগী ফমফমনা লাইবেন্নীগী মাযকৈবোমদা, লাইবেন্নীগী চোং যুংলিবা অদুগী ওযবোমদা খব হন্দোক্লগা ফমগনি। মাগীশু লাইথৌগী ওইবা যেৎন ফৈনগী কাওলোন্দা অকনবা থৌদাং অদুক হাক্লা লৈতে। অদুবু মাগী মরু ওইবা মথৌ খবদি নুপীশিংগী ওইবা লাইথৌগী থৌদাং শীনগনি (নুমিৎ নুমিত্তুগী ওইনা লাইগী থৌগল তৌপদৌবা নুপীশিং শীল লাওবা) অদুগা লাই শান্নাবিংঙদা নহা ওইবিবা নুপীশিংনা (লাই পুবিবীশিংনা) খংতৌদনা থাগী খোঙকাপ হেক লাকপা, অমদি যুম্মাং কমাংনচিংবা খুয়া থিজিন্নচিংবা মানা তৌগ না। অদুগা নিংথৌগী লযমনচিংবা অপম অথৌগী নুপীশিংনা লাই খুকমগে হাযববদি মানা শীনগনি। অদুগা লাইলোইবা নুমিত্তশু মানা লাইবেন্নাগা থাও ফানগনি। অদুগা মাগী ফির্শেত্তি- খামেনচৎপা ফৈজোম, ফুবিৎ অঙৌবা, কোযেৎ হীগোক খদাংচেৎ অঙাংবা। লেংযান অমসুং খাঙলাকশু অঙাংবা ওইগনি।

হাযাববা ফম অসিগী মবমদা খঙগদবা অমনা হৌজিক মতমসিদদি মসি নুপীশিংনা ওইবা হৌনবক্লে। মসিদি মতমগী অহোংবনি। অদুনা ফিভম অসিদদি লাইবপ্লেলগী ওইবদদি চযেৎনবা লৈবনা খব চেকশিলহৌগদবান। খুদম খবদং পল্লবদা শংগোইবা, চৌবোন, লৈবোযহঞ্জবা, হাযদুনা লৌববা ফমশিংসি লাইবমলেং দদি নুপী ওইবা মশক্লি। অদুবু নিপানা অদুম্মক তৌনবি। হার্যাববা ফম অসিগী মাশকশিংসিনা মশক হোংদোক- হোংজিন (নুংদা লাই নুপীশিংনা তৌববশু মীবপ্লেন্দা নিপা ওইনা) তৌবগী অযাবদি খুন-নাইনা পীবগী চৎনবি অমা লৈবদগীনি। মতাং অসিদা খুদম অমত্তংগা পল্লবদা 'ইকুম পুবাবি' (সংকীর্ত্তনবিচাব) হাযদুনা লৈবিবা লাইবিকশিংদা লৈ যেল্লিবা, ক্লা যেল্লিবা অমদি চাক থোংলিবা লাইশিংদি নুপীশিংনি। অদুবু হৌজিক নিপানা তৌবি। মসি খুন নাইগী অযাবনি।

## ''লাই শেল্লুংবা'' হাপ্লকপগী ৱারী-ৱাখোঙ:-

'লাই শেল্লুংবা' হাযবা ফম অসি হাপলকখিবদি লাইবল্লেনগী ওইবা মশক্তি নত্রে। মসিদি পুৱাবিগী তাংকক্তা যাম্না থেঙনা ইনিংথৌ 'চুবাচন্দ'গী মতমদগী (১৮৯১-১৯৪১)হাপ্পা হৌবকখিবনি। মসিগী মবমদি লৈবাক অসিদা লৈবিবা উমংলাইশিংগী লাইফমশিংদা মফম অদুগা (খুংগং অদুগী) মাওইশিংনা লাইগী বাবা ৱাখোঙ খঙদবা ওইবদগী হবাউগদৌবিবা মাইবনদি অতোপ্পা লমদগী লাকপা ওইবনা লমদম অদুগী নত্রগা লাই অদুগী চৎন কাঙলোল মুন্না খঙদবনা লাইগী পবম চুম্না তৌবা বাৎপদগী খুংগং অদুদা লৈবা মীওইশিংদা লাইগী মবম শিন্নদুনা মক ওইবা মথৌ তৌহল্লকপনি। হাযবিবা বাবী বাখোঙ অসি নিংথৌসিগী মতমদা গুনশিং পন্দিৎনা ইবস্বা পুবাবি মতেক অমদা পল্লি। মদৃবু মখাগী অশুম্না হায। মদদি "শ্রীযুক্ত ভুবযোইনোংদা নোংদা লাইবেল পাখংবগী ভুবি মহুইশাং খোইমোম লাইমৈ হুইথ্রকপা, লাইবেল মনুংযাই। পোইবৈতোনা খুনথোকমৈ পোইনাইতানা খুনফাওমে, থাংজিং উপী উবেল মৈ, হেস্না পামচাকমৈ, শদু তেকচাকমৈ, চকপা ফুইক মৈ, চক তাংশম মৈনা ফংফদবা মালং অইংবনা লাংগোলফবা, লাইজ অরুবনা নাইযোকপা ভুবি ইনোংথৌ হেবাদি যাইমাবা, মনিদি যাইনিংথৌ, লৌক্লাই ইবুংঙো নৃপচুবামনি, শোবাবেনগুম, পানফবিবা সনা হাকথক্তা মদাইবেম পোইবৈ লৈপাক ঙাকপা গুনসিংহ পণ্ডিত অচৌবনা পোইবৈ লৈপাক নুঙাইনবা, ইযু নিংথৌ পুন্সিনবা, পোইবৈ চাকহোঙ ঙাহোঙনা, নুংঙাই যাইবি মবাংকাযনববৃ পাযমা পিবুক্লুংদা নীংখল্লুববু থৌবম অমা নীংশিংলক্লে। পোইবৈ মৈতৈ অসিদি খোযাম লাইবু থৌওইদবে। মবুধৌশিংগী থৌগল বাওইদবে। খুনুংঙৈগী পাথাঙ পুথাঙ কাযবে। অশানা ওইবমাল্লে। চাকতাঙ-শাংতাঙলে। অনা লাইশক খঙদনা তৌনশঙ-লাইশঙ কল্লে। ইযু সনা চবন্দা হংগৎলগে হাযনা পাযমা পিবুকনুংদা নীংখল্লদনা মপু সনা চবন্দা হংগৎচববু সনা পৃক্লীং যাবিদুনা সনা যাথংবু পণ্ডিত লোযশঙদা তাকপিবে।

হে পণ্ডিতসা পোইবৈ ঐগী মাযকৈ ৮ শুদাই ১৬তা লৈবিবা ইবুধৌগী লাইবুং খুদংগী লাই পান্নবা, লাইগী শেবা চৎনবা লাই শেল্লুংবা অমমম হাপ্লো। ফবাংজি ফমহল্লো। মাবু লাইগী শোযদনবা পুহল্লো হাযনা সনা যাথং তাকপিববদা মপু সনা য়াথং লযদা তাফদবগী শ্রীগুনসিংহ পণ্ডিত অচৌবগা শ্রী চাউবা সিংহ পণ্ডিতকা শ্রী মাধোপ হঞ্জবগা অহুম্মক্লা সনা যাথংবু চবৈ ফিগাওশানা য়াজদুনা মাইকৈ ৮মক, চাই থাদুনা মাগী মাগী খুন্না যাবা মী খন্দুনা লাই পান্নবা শেল্লুংবা হাপলে। মতমদি চন্দ্রাব্দ শোক ১১৪০ ফাইবেন থা মাকমৈ ২২নি, ইবাই নুমিৎ,

শোকাব্দ ১৮৬০ তাং ২৭ (ইং ১৯৩৮) অসিদা, থৱানমিচাক, তিথি, ক্ষণ দগু ফৈ। শ্রীযুতকী পক্লে। লৈবাক্কী ফৈ হায়দুনা, ফাইরেন থাগী ইরাই ২২নি পানবা, পুং ৩ তাবা, বরুণ দগুনা পুং মবুক হেক থললকপদা মবুধৌগী শেল্লুংবা হাপখিএ। লৈপাক পূম্নমক নুংঙাইখিএ।"

## লাই শেল্লুংবা ওইগদবা মী খনবা:-

লাই শেল্লুংবা ওইগদৌবিবা মীশক অসিদি মী খুদিংমক্তা হেক্তা ওইবা য়াবদি নত্তে। ফম অসি হাপ্লবগীদমক মথক্কী অখণ্ড-অহৈশিংনা থায়নদগী হৌদুনা লাইগী থৌগল্লোয়শিং হাপ্পগী চৎনপথাপ অদুগী মতুংইন্না লেপ্পিরম্মী। মদুদি মীশক অদু লাইগী লাইথৌরোল মুন্না খঙদবা য়াদে। মরমদি মাদি হরাউরিঙৈ মনুংদা মাইবা অদুনা তৌবা য়াদবা লাইথৌ লাকপা মতমদা মানা তৌগদৌবিবনি। লাই তাইনগদৌরিবনি। হাযবদি করিগুম্বা খুনগী মীওইশিংনা লন্নাইগী ওইবা হীরমদা লাইদা করিগুম্বা অমতং কচ্চগে, খুকুমজগে হায়দুনা লাক্লবদি লাই শেল্লুংবনা তৌগদৌবনি। মদুদি উশিন শিম্বা, য়েলহিং থাবা, মচানিবা, অমদি শবেল কৎপনচিংবা, লাইবুংদা, লাইদা কৎপিযু হায়না লাকপশিং। মরমদি লাই হরাউবগী লাইথৌ তৌরিবা মাইবা, মাইবীশিংদি লাই হরাউবগা মরী লৈনদবা লাইথৌদি তৌবা য়াদবনা। লাইগী লাইপু অমা লৈবনিনা। মতাং অসিদা খুনগী মীনা লাইবুংদা লাই খুরুম্নীয়ু হায়না লাক্লিবগী মরমদি উমংলাই হবাউরিঙৈ মনুংদি লাইবুংদা নত্তনা খুনগী অতোপ্পা মফমশিংদা লাই খুরুম্বা তৌহৈদবদগীনি। মরমদি লাই অদুনা কোল্লিবা মফম অদুদা লৈরিবা লাইশিংদি লাইবুংদা (লাইপুন) পুল্লপ লৈখিবনা। অদুগা হায়বিবা খুরুম্বা মখল অসি লাইথৌ তৌরিবা মাইবা মাইবীশিংনা য়াদবগী মরম্না লাইযেংবগী মরম ওইবা লাইথৌ তৌবদি থায়নদগী অথিংবা লৈবকপা, অমদি শিনফম অসিদি 'মেৎপী-লাইবী' হায়বা মাইবী মখল অদুগী থৌ ওইহনখিবনি। অদুগা খঙগদবা অমনা খুংগং নত্রগা লৈকাই অমগী লাই শেল্লুংবা অদুনা হরাউবগী মাইবগী শিনফম হৈদুনা অতোপ্পা খুনদা, লৈকাইদা, লাইগী মাইবা ওইরুবদা অকায়বা লৈতে। অদুগা খুংগং অমদা মাইবা ওইকুবা মীশক্লা মশাগী খুন্দা শেল্লুংবা ওইবশু কায়দে।

## শেল্লুংবা ওইবদা য়াদবা খরা:-

শেল্লুংবা হায়বা ফম অসি ওইবদা য়াদবা ফিভম অমসু থায়নগী অহলশিংনা শেমদুনা থম্বীরম্মী। মদুদি মশাদা শৈনাইবা মীনা ওইবা য়াদে। যুম্বাল-কৈবালগী মরমদশু খঙহল্লি। মদুদি য়েক থোকপা নুপী লওবা য়াদে। লুখাবী লওবা য়াদে।

লাখং শেবাংনবা মীশু যাদে। মশাশু নাম্মা হাঙবা, হায়বদি পাখ্রা ওইবা যাদে। অদুগা মাদি থাযনঙৈদগী কোন্নুংনা হাপ্লকাখবা ফম মখল ওইবনা নিংথৌনা শক খঙবা ওইদব যাদে। অদুনা কোন্নুংদা যুম্নাক শাগৈগা লোযননা মিং চন্দবা যাদে।

## শেল্লুংবগী মথৌশিং:-

লাই হবাউবগী মতাংদা শেল্লুংবা (লাইপু, পিবা) গী মথৌ যাম্না যাম্না হাযবিবা ফম অসি উমংলাইগীদশু, শাগৈগী ওইবা লাইদশু লৈগনি। অদুগা অমুব শাগৈ লাই হাযবসিদশু মখল অনি অমুক থোল্লি। মদুদি 'শাগৈ অপোকপা' হাযবা অমা। অদুগা থাযনঙৈদগী নিংথৌগী অযাবা যাওনা যুম্নাক শাগৈশিংদা লাংহল্লকপা লাইশিংগী কাঙলুপ অমা। হায়াববা মখল অসিসিংগী ওইবা ফমগী মিংগৌশিং লেঙান তোঙাল্ল। মদুদি যুম্নাকশিংনীনা 'লাইপু', অদুগা শাগৈ অপোকপগীনা 'পিবা' হাযনা খঙনবকই। মীশকশিংসিগী মথৌ যাম্না যাম্না মদুদি উমংলাই শেল্লুংবগী মথৌদি কুম অমগা ওইবা লাইথৌশিং, হাযবদি লমং থাগী শবোয খাঙবা মতম যৌবকপদা মানা লাইগী থৌবম পাঙথোক্লবগাদমক শীল লাঙগনি। লোযননা শবোয খাঙবগী লাইথৌ তৌগনি। অদুগা উমংলাইগা চাকলোন/চাকলেল কৎপা অমদি হবাউবগী মবমদা লাইগী থৌগল্লুপশিং কৌদুনা খন্নগনি। লাইগী থৌবম তৌবগী অফবা নুমিৎ, থাবালশিং মানা খওহনগনি। লোযননা লাইথৌ তৌবমদাইদা কোন্নুংদা চত্তুনা মাইবা, মাইবী অমসুং পেনাগা লাইথৌবোযশিং লৌকনবা হোৎনগনি। নত্রগা থৌগল্লুপুগী মী থাদুনা হৈবম ৩, লৈবম ৫, লফোয লফাং ফজবা চঙ থোকপা ১, খুদৈ মচা ১ (কোন্নুংদা লাৎলিবা লাইগী লাইমাঙদা কর্মফি ওইনা থানবা), ঙমজবা শেল খবগা লোযননা পুদুনা কৎহল্লগা লোযশঙগী অযাবা লৌবক্কনি। পুম্নমকসিগী শীল লাঙনবা শেলগী কাযাৎ মানা শীনগনি। (হৌজিক মতমগী কম্মিটি হাযনা খঙনববা লুপ অসি থোক্লক্লিঙৈগী বাবীনি)। মক ওইবা মাগী মথৌশু লাইগী শেল মাগী খুত্তা থম্বনি। মশিবুনি 'শেল্লুংবা' হাযবিবসি। 'লুংবা' হাযবদি থম্বা হাযবনি। অদুনা অবাৎ অপা পুম্নমক মানা পুথোক্কদবনি।

## যুম্নাক লাইশিংগী লাইপু:-

যুম্নাক শাগৈশিংনা লাৎপা লাইগীদি 'শেল্লুংবা' হাযবোই 'লাইপু' হাযগনি। হাযবিবা ফম অসিদি নিংথৌনা পীবম্বা যুম্নাক অদুনা খনবা মী অমনা হেক্ত

অসি থমগদৌবিবা মফম অদু লৈনুংদা খোযদৌ যৌনা লুবা কোম অমা তৌবগা থিম্বিনা মখা অদুগা খল্লোংনা মথক থংদুনা নন্দুনা থম্লগা, কোম অদুগী মনুংদা হান্না মৈতান খব থাবপ তৌনা থাবগা লাই অদু থমগনি। লাই অনী নন্নবগা থম্লিবগী মবর্মাদ পা-পী অনীগী মতৌশুম শুক্তা-শোইদা ফহনবিযু হাযবগী বাখল্লোন্নি। অদুগা অমুকশু মথক্তা মৈতান্না থানা কুপশিল্লবা তুংদা লৈবাক্লা কোম অদু ফুনজির্নখিগনি। অশুম্না তৌববা মতুংদা মফমদুদা শাগৈনা চহী চহীগী চাকলোল কত্তুনা খুরুমজগনি। অশুম্না তৌবিবা অসি লাইগী মফম অসিদা লাইশঙ শাবগা থম্বগী চৎনবীশু লৈবমদে। অদুনা কবিগুম্বা মতমদা খুদোংচাদবদগী মতম কুইনা চাকলোল কৎখিদ্রবদি মফম অদু খঙখিদদুনা থিবদা বানবর্ম্মী।

অশুম্না লাৎলিবা লাই অসি হৌজিক্তি যাম্না চা ওখৎলক্লবনা নির্ংথিবা লাইশঙ শাদুনা যাম্না চাউনা চাকলোল কৎনবকপগী মওং অমা লৈবে। অদুনা লাই অসিবু ইকুম ইতাদুনা হীবী ফাল্লগা খুরুমজবা তাবর্বাদ যাওগদবা পোৎলমশিংদি উমংলাই অমদি যুম্নাক্কী লাইশিংগীদা তৌবা থৌবাংশিং অমত্তা বাত্তনা তৌগনি। অদুবু লাইগী থৌগল্লোযশিংগী থৌবাংদদি খব অমুক তোঙাল্লে। মদুদি শাগৈগী পিবা ওইবিবা মশামক্লা ইবুধৌগী থৌগল তৌগনি। অদুগা ইবেন্হৌগী থৌগন্না 'নাউদা' (পিবা ওইবিবা অদুগী হেক মথংগী পু অদুবু 'নাউদা' কৌই)না তৌগনি। মসিদি শাগৈ অদুনা হান্ননা খঙনা থমগদবনি। হাযবিব মীশক অসিদি শাগৈ যাম্না চাউবক্তুনা ফুরুপ অমা অমুক খাযবগে হাযববদি মানা খাইবিবদুগা পিবা অমুক ওইগদৌবিবনি। অদুবু হাযবিবা পু অসি থিবদা বাববদি (ইবেন্হৌগী থৌগল তৌনবা) পিবা ওইবিবা অদুনা মখাদা মনাউ তাববদি মানা তৌগনি। (থৌগল তৌবা হাযবদি ইকৌবদা লাই পুববুনি)। অদুগা থাঙ অমদি চোঙগী থৌগন তৌবা নিপাশিংদি চহীগী নহা অহন যেংনা অহন্না ইবুধৌগী অদুগা নহানা ইবেন্হৌগী তৌনি। অদুগা ইশাযফূ পুবীনা পিবাগী নুপীনা পুগনি। অদুবু পিবা অদুনা কবিগুম্বা লাইবক থীবদগী অহানবগী নুপী লৈখিদদুনা মথংদা অমুক লৌবা ওইববদি (মৌ ওইনা)মদুনা লাইবল্লেন্দা অকাযবা লৈবনা নাউদগী ওইনা খনগনি। অসিদগী হেনদোকপা মবমশিংনা খনবা তাববদি শাগৈনা পাম্বা থিগদবনি। অদুগা অমনা অমুক পিবা অদুনা কুইনা পুন্সিদুনা লাইগী থবক্তা ব্রাববা মতম ওইখ্রবদি মদুশু মাগী মচা-মশুশিংনচিংবশিংদগী শাগৈনা খনগদবনি।

## উমংলাইগী লাইচা শেন্নকপা:-

লমদম অসিগী উমংলাই হরাউবদা মাইবশিংনা মাগী মাগী লাইথৌ তৌনবকপদা য়েৎশিন্নদনা অমদি লাই হরাউবগী মতম শীনদোকপদা খুদোংচানবগীদমক 'লাইচা' হায়বা থৌওং অমসু নিংথৌ চুরাচান্দগী মতমদা (১৯৩৮) শেন্নম্মী। থৌওং অসিনা মবম ওইদুনা লাইফম (খুঙ্গং) অমগী থৌদৌবোম্ভু অকক্লবা মী অমনা (লাইচা ওইরিবা) মতম শাংনা পুহম্বনা লমদম অদুকগী লাইথৌ পাঙথোকপদা চৎনবী অদু মুন্না খঙলবনা অশোয়বা অমত্তা যাওহন্দবা ঙম্লম্মী। অদুনা খুঙ্গং অদুদা লাইথৌরোয়শিংগা, খুনগী মীশিংগা যেৎনা- ফৈনবগী থৌওং অমত্তা থোক্লমদে। অদুবু হৌজিক্তি মসিগী থৌওং অসি হোংখ্রবনা মতম মতমগী ওইবা খুদোংচাবা য়েংদুনা, অহাঙবা লাইথৌরোয়শিং খল্লগা লোয়শঙনা থাবা, অমদি খুঙ্গংনা অপাম্বা মীশক খঞ্জবদগী অমসুং লাইথৌরোয়শিংনা কান্নগদবা মওং য়েংজবকপদগী লাই হবাউফমদা লাইগী থৌরম পাঙথোক্লকপদা য়েৎনবা অমদি শাউনবা কয়া থোক্লি। অদুনা লাই হবাউবা হায়বা লাইথৌ অসিদি অরুবা ওইবনা অসিগুম্বা ফিভমদা থোক্লক্লিবা অকায়-অতোই অসিদগী কম্বা ঙম্নবা চেকশিলহৌবা তঙাইফদে। মবমদি খুন্নশু খুঙ্গংদা ফত্ত-হৌদি থোকহন্নিংলোই। অদুগা লাইথৌরোয়শিংনশু মশাদা তেম্বান্দনবা পাম্বে য়েংলক্কনি। মসিদি অফবগী থৌওং ওইরোই।

অদুনা অসিগুম্বা ভুংগী পোরম কয়াবু উবা ঙম্বা মাঙলমচৎকী অখঙ-অহৈশিংনা মাঙজৌননা লাইথৌদা অকায়-অতোই থোক্তনবা শেম্বীরম্বা থৌওংশিংগী মনুংদা "লাইচা" হায়বা কাঙলোল অমা পুথোকপিরম্বগী থৌওং অদু "উমংলাই লাইচা" হায়বা লাইবিক্কী ব্রাবোল অসিদা অশুম্না পল্লি:-

১। 'থাঙগংশাবা শঙলাকপগী' লাইদি — খল্লাংবা। লাইখুবেম্বী। ফুমলৌ। শোয়চেপ কমেং। উখোঙশাং। খাঙঙাবোক। তেকচম। হৈবোংপোকপী। শনশেনবম। লাইরেম্বী নোংদোললয়মা।

২। 'মাইশ্লাম হঞ্জবগী' লাইদি — লুৱাংপোকপা। মন্ত্রি লৈকাইগী 'লুৱাং পোকপা। তেঙখল। হৈয়েল। হংগুন। নুংঙুলাইমনাই। কিয়ামগী পাখংবা। কাইনা। যেল্লাংবমগী পাংগনবা। মাইশ্লামগী য়ুমজাও লাইবেম্মা।

৩। 'শরোৎখাইবম হিদংগী' লাইদি — মোইদাংপোক। হাওরঙ। খুম্বোং।

তাউবুংখোক। ৱাংগোই। লর্মাদিং। লাংমৈদোং। থাঙগাগী চীংনিংথৌ। হৈশ্নাম।

৪। 'পুখ্রম্না পাখংলাকপাগী' লাইদি - পনশাং। তোকপচীং। অথোকপম। পাৎশোয লাইবেম্মা।

৫। 'অশাংবা নহাবকপগী' লাইদি কাউত্রুক। ঙাবংযান। বামশালা।

৬। 'বাইখ্বাগী' লাইদি - লৌবেম্বমনে।

৭। 'খুমনথেম্বগী' লাইদি -- থোকচোমনে।

৮। 'লোতোনাশংগী' লাইদি — শেকমাইনে।

৯। 'কৈশাগী লাইদি — তাখেল। শল্লুংফম মমাংলৈকাই।

১০। 'শাইখুবা পাখংলাকপগী' লাইদি - মযাং ইম্ফাল। তওবুল। ইদাকশুংবা। হৈনৌপোক।

১১। 'যুমখাইবগী' লাইদি — পেচি। ফুবালরানে। ওযনাম খংভম ইন্বগী লাইবেম্মনে।

১২। 'থৌগনাউ যাইমগী' লাইদি -- ঙাইখোংনে।

১৩। 'লাইশ্রবা মীচাউগী' লাইদ লাইশ্রমগী যুমজা ওলৈমানে।

১৪। 'শাইখ্রবা অমুগী' লাইদি - পোৎশঙবমনে।

১৫। 'চাউবগী' লাইদি -- হৈক্রুজমনে।

১৬। 'ওখেলগী' লাইদি - আবাপাতি। ঙাইখোং।

১৭। 'কোনশবা পাখংলাকপগী' লাইদি — শেকতা। ফক্লুং। খোঙহামপাৎ।

১৮। 'লৌপাল নহাবাকপগী' লাইদি - নিঙেল। লাংমৈথেৎ। ৱাইখোংখুনৌ।

১৯। 'মযাং লম্বগী' লাইদি - কোদোকপোকপী। শল্লুংফম মমাঙ।

২০। 'হাওবোকচাম্বগী' লাইদি - পাংগৈনে।

২১। 'থোকচাউগী' লাইদি — শাৎপমনে।

২২। 'কেঙবগী' লাইদি — শেকমাইখুনৌনে।

২৩। 'ঙাঙোম্বা পাখংলাকপগী' লাইদি — অৱাং পোশঙবম। মৈত্রম। তেন্থা।

২৪। 'লৈতাঙ্খেম্বা নহাবাকপগী' লাইদি — ৱাংজিং। খেকমন।

২৫। ‘খাঙেম্বগী’ লাইদি — উয়ান্নে।

২৬। ‘খাঙেম্বা পাখংলাকপগী’ লাইদি — শাম্ব্রামনে।

(ৱাবোল অসি লৌথোক্লককফম পুযাগী ফোটো হাপচগে)



**চঙ-শি পাবগী মখল:-**

উমংলাই হবাউবগী থৌবমদা 'চঙ-শি' পাবগী থৌওং অসি যাম্না মক ওই। হাযবিবা থৌওং অসি মখল ২ শুই। মদুদি 'তুমা চঙ-শি' নত্রগা 'লফোয চঙ-শি' হাযবা অমা অদুগা "নাম্মা চঙ-শি" হাযবা অমা। হাযবিবা মখল অনী অসিগী মনুংদা অহান্বগী অসি যাম্না মক ওই। মসি পাবগী মওংদি পোশক ২/২ পুনশিল্লগা তুমা তুমা থীগনি। অদুনা মসিবু 'তুমা চঙ-শি' কৌবিবনি। মসিবু 'লফোয চঙ-শি' হাযনশু খঙনৈ। মবমদি লফোযগী থীবদা নাম্মখক থিবা চৎনদে। মসিগী নুংগী ওইবরাখল্লোন্দি অনীনা লাংবুম্লগা অমা পোক্লক্কদৌবিবনি হাযবনি। অদুনা পুংবা/তুমা শাবগা চঙ-শি পাবা অসি লফোয নত্তনা কবিগুম্বা পোৎশক অমত্তা লৈবোই। অদুনা লাইগী লাইথৌদা লফোয হাযবা হৈ অসি যাম্না মক ওই। মবম অসিনা উমংলাই হবাউবদশু থোইদোক্না মক ওইবা হৈ ওইনা হাপ্তবা শুকযামক যাদে। মতৌ অসিগী চঙ-শিগী মওংদগী লৌবকপা থৌওংনি লাইগী থৌগন তৌবিবা লাইথৌবোযশিংনা পুংবা কাযবা মীনা, হাযবদি পাখ্রা অমদি লুখ্রা ওইবা মীশিংনা লাইগী পোৎলমশিং হাকথেংননা পাযদুনা থৌগন তৌবা যাদে হাযনা খূন-নাইশিগী থাজনবীনা অথিংবা থম্লিবসি। লোযননা লাইগী থৌগনশিদা পুংবা-পুংবা তৌবিবনি।

নাম্মা চঙ শি:- হাযবিবা অসি পাবগী মওংনা পোৎ খুদিংমক ২ শুহনবা যাদে। নাম্ম-নাম্মখক্তা থীগনি। মশিগী শীজিন্নফম্না নুমিৎ মশীং পাবনচিংবা থরায পান্দবা পোৎশিংদা শীজিন্নগনি। মদুদি হৈ মশীং, লৈ মশীং, থাউমৈ মশীংনচিংবা লাইদা কৎকদবা, অমদি লাইথৌ তৌগদবা নুমিৎ মশীংনচিংবা নাম্ম-নাম্মখক থীবগা শীজিন্নগনি। মক ওইবা খুদম খবদং পল্লবদা লাইগী শবেন কৎপা নুমিৎ (হবাউবিঙৈ মনুংদা), অমদি লাইগী লৈহুনগী (লাংথ্রে কৎপা) মশীং অসিনচিংবা পাবদি পুংবা থীজিন্বা যাদে। নাম্মা চঙ-শি ওইনা পাগদবনি।

**লাইদা কৎপা য়াবা অমসুং য়াদবা পোৎলমশিং:-**

উমংলাই হবাউবদা কৎলিবা পোৎলমশিং হৈ-লৈ, মনা-মশীং অমদি ঙানচিংবা কৎপদা যাবা অমসুং যাদবা মখল খব খাযদোক্কুনা থম্বীবম্মী। হাযবিবা অসিগী থৌওং অশি লাই অদুগী লাইচৎকী মতুংইন্না তৌবা অমা, অদুগা মাইবীশিংনা চাবা যাদবা পোৎলমশিংগী মবমদা অমা। মতাং অসিদা নিংশিংগদবা অমনা হৌজিক মতমদা মী অয়াম্বনা খঙনবিবা থম্বাল, থম্বৌ, থাংজিং, কিহোম,

কুন্দো, শেবোৎ-মাইবেল, যেন্দেম, অসিনচিংবশিংশি কৎনদে। অদুবু থোইদোক্লা মবমদি থিজিন্নদে। অদুনা মবম খবদং পন্নবদা কান্নগনি। মদুদি থম্বাল, থম্বৌ, থাংজিং হাযবা পোৎশিংশি পাখংবনা শাযোন ওইবা পোৎনি। অদুনা মঙাং শল্লাইগী অপোকপা থকুম্বদা হাযবিবা পোৎশিংসি সীজিন্নবি। অদুনা লাই অসিগী লাইচৎ ওইবা লাইশিংদা পোৎশিংসি কৎপা যাই। অদুগা 'কুন্দো' হাযবা লৈ অসিদি পাখংবগী লাইচৎশিংদদি কৎপা যাদে। মবমদি মসিদি লাইযিংথৌ সনামহীগী সাযোন্নি। সনামহী অমসুং পাখংবা হাযবিবা লাই অনী অসিদি লৈখোঙ নোংখোঙ কোযবগা মতমদগী শাউনদুনা লৈবিরবনি। থোইদোক্লশু মযগা, ঈশিংগা অনী অসিদি যেক্লদুনতা লৈবিরবনি হাযরদি পাখংবনা ময অদুগা সনামহীনা ঈশিংনি। অদুগা লৈ অসি অশীবগী লাইচৎ ওইবা লাইশিংদদি কৎকদবনি। থৌজাল যাম্না লৈ। মবম অসি খঙবা মাইচৌশিংগী পাউতাক্তগীনি মমাংঙৈদা নিংথৌশিংনা লৈ শাসবু উমং লাইদা কৎহন্দবা, অথিংবা থমখ্রিবসি। মবমদি উমংলাইদা কঙুনা থৌজাল নিখ্রবদি নিংথৌগী খুভম শিন্না ঙন্দ্রা হাযবা মবম লৈবদগী। অসিগুম্না মতীক মযাই লৈবননি খুন নাই আসগী থাজনবীনা নীপা-নুপী অনীনা যুম্বাল পুন্সিদা খোঙদাবমদাইগী লুহোঙবদা পুন্সি লৈপুন ওইনা কুন্দো পবেং হুক্লবিবসি। অসিনা তাইবংগী যুম্বাল লম্বীদা অশেংবনি খন্নবিবনি। অদুনা বাখল্লোল অসিদগী খুন-নাই অসিগী লুহোঙবদা লৈ অসি নত্তনা অতোপ্পা শীজিন্নদ্রিবনি।

অদুগা অমুক পাখংবগী লাইচত্তা কৎলিবা পোৎলমশিংসি অশীবগী লাইচত্তা যাদে। মদুদি থম্বাল, থম্বৌ, থমচেৎ, থাংজিং, কিহোম হাযবিবশিংসি যাদে। অদুনা মবমশিংসি লৈবদগীনি হৌজিক মতমদা মবম খঙলবশু খঙদ্রবশু নুংগী বাখল্লোল ইযাও যাওদনা যাই-যাদে ঙাঙনবিবশে। অদুগা অমনা অমুক মাইবীশিংনা চাবা যাদে হাযবা পোৎশিং হাযবদি মখোযগী যেলহেল ওইবিবা পোৎশিংশু যাদে। মদুদি শেবোৎ, মাইবেল অমদি হৈমাং কবোক যাদে। অদুগা শবেলগী ঙাশিংশু মচি পান্নবশিং অমদি মকু পান্দবা ঙা অমত্তা কৎপা যাদে। অদুগা লৈগী কাঙলুপ্তা পাংগোংলৈগী শাগৈ ওইবশিং, উতোংলৈ, জুবাকুশুম, অমদি মচু মুবা লৈশিং কৎপা যাদে। মবমদি হাযবিবা লৈ মখলশিংসি ফত্তবগী (মীহাৎ মীপুনগী) লাইথৌদা শীজিন্নবা ওইবনা। অদুগা ময থানবা শীংগী মবমদশু হৈমাং পান্বী অমদি শিংখাংখা পান্বী যাদে। মবমদি অফবা লাইশিংনা যাম্না যেংথীবা পান্বীশিংনি।

## লাইগী থৌগল্লোয়শিংগী মরম্দা খঙগদবা:-

থাযনঙৈদগী হৌনা লাইগী থৌগল্লোযশিংগী মবমদশু পুবমচৎ (পবমপবা) ওইনা মবম খবদা থৌগন যাবা অমসুং যাদবগী মবমদা নৈনদুনা থল্লম্মী। মদুদি লাইগী থৌগন্দা হকথেংননা লাইগী পোৎলমশিং পাযগদৌবিবা মীওইশিংগী মবমদা অথিংবা থম্মী। মী অদু মশা শৈনাইবা যাদে। হাযবদি মীৎ তাঙবা, খোঙ খুৎ শোইবোম্বা, অমদি ৱাখল শেবাৎনবা যাদে। লুখ্রা অমদি পাখ্রশিং যাদে। অদুগা যেক-মুংনবা লৌবশিংশু তৌনবক্তে। অদুবু মতাং অসিদা অবিবা খুন-নাইগী থাজনবি অসিগী মবমদা লাইবিক লাইশু হৈববা মীওইশিংগী বাহং খবদি থোক্লকই। মদুদি লাইবক্লা পুন্সিবু লাক্লবিববা ঐখোযনা লাইগী থৌগন তৌজবগা মথংগী পুন্সিদা লাইবক ফবা মপোক ওইজগে হাযনা খঞ্জবদা যাদ্রিবসিবু কবিগীনো হাযনা। বাহং অসি অকুবনি। অদুবু লাইবক থীবা, ফবা, অমদি শাগৈ কযা পুন্না পাঙথোক্লিবা লাইথৌনিনা থাযনগী বাখল্লোন্দুদগী হোংদোকপদি ঙমদ্রি। মবমদি শাইনাইবশিংনা লাইগী থৌগন তৌববদি অফ-নুঙাই ওইজগে হাযনা তৌজবিবা লাইথৌ অসিনা মবম ওইদুনা খুনগী ফত্তবা মহৈ ফংগনি হাযনা থাযনগী অহল লম্মনশিংনা পাউতাক পীবিবম্বনা। হাযবিবা থৌওং অসি থাযনদি মাইবা, মাইবী অমদি পেনাগী থবক তৌববশিংদশু থল্লম্বগী ৱাবী-বাখোঙ থেংনৈ। অদুব হৌজিক্ত মখোযগা ওইনদি কযা থিজিন্নদ্রে। মাৎ তাঙবা, খোঙখুৎ শোইবোম্বা অমদি ৱাখল ৱাৎলবা মীখক নত্তনা।

## লাই শান্নরিঙৈদা যুহারাবগী মরম:-

লাই শান্নবিঙৈদা যুহাহাবক্লবদি হাবকপগা লেপকদবনি। অদুবু লাই শান্নবিবা মতম অদুনা হোইবৌ লার্উবিঙৈ অমদি অনোযবোলগী মতাংদা হকচাং শাবিঙৈ ওইববা, অদুগা লাইবেল মথেক চৎলিঙৈদা ওইববদি হোইবৌ লার্উবিবদু হযা ৬ লাউবা লোইদ্রিফাওবা লেপ্পা যাদে। হকচাং শাবিবদু অঙাং পোক্ত্রিবা ফাওবা লেপ্পা যাদ্রে। অদুগা লাইবেল মথেক ওইবগনা অবোইবগী নোংলৈ পাফল ফাওবা চৎত্রবদি যাদে। মবমদি মতাং অসি পাখংবনা মপাগী ফানখোঙবু মমা লৈম্রেনশিদবীনা তাক্তুনা ৭লক কোযবগা, মযাম্বা সনামহীনা লৈখোঙ কোযবা চৎখিঙৈদা মপাগী খুভম লৌনবা হোৎনবিবনি। হাযবদি মালেম কাযদনবা তুথুপ ৭না ফানবা হোৎনবিঙৈ মতমনি হাযনা মাইচৌশিংনা খঙহল্লিবা মতাংনি। অদুনা মতেক অদু লোইশিল্লগা নুমিত্তুগী লাই শান্নবা লেপ্লগনি। অমদি মাইবনা অনম-

অথৌ কোল্লগা লাই অদু নুংদাং ওইববদি পেনানা নাউশুমদুনা তুমহল্লগনি। অদুগা অঙনবদা লাই শান্নদ্রিঙৈদা হাবা ওইববদি অনম-অথৌ কোল্লগা লাই শান্নববোই। অদুগা লাইবোই নুমিৎকী অহিংদা হাবা ওইববদি ঔগ্রী হৌদ্রিঙৈদা ওইববদি লাই অদু লোইশিনবগী থবক চথবা যাদ্রে। অদুনা নোংঙাল্লগা লোইগনি। অদুবু মথংগী নুমিৎ অদুনা লাইচা ফত্তবা নুমিৎ ওইববদি খুনগী ফত্তবা ওইগদবনা নুমিৎতুদা অনম-অথৌ কোকথোল্লগা মাইবীবু ঙাইহাক লাইমাঙ ফমহন্দুনা লাইবাউ তাববা তুংদা, লাইবাউগী মতুং ইন্না লাই লোইবো হাযনা লাইবাউ লাল্লগা লোইগনি। লোইগনু হাযবগা লাইনা ফত্তবা পুম্নমক ঙাকপিবগদবনা মথংগী নুমিত্তা লোইগনি।

মতাং অসিদা নীংশিংগদবা অমনা যুহাবাবা হাযবসি বিজ্ঞানগী মীৎযেংদদি তৌহৈবা-তৌহৈদবা কবিশু ওইদে। অদুবু থাজনবীগী ওইবা ব্রাখল্লোন্দদি থৌওং অসি মালেম অসিবু পুবিবা লাইনা বাবক্লদুনা লেঙ-হাইদুনা অৱাবা ফোংদোক্লিবনি হাযনা লৌনৈ। অদুনা যুহাবাবনা মবম ওইদুনা লৈবাক মীযাম্না ফংলক্কদবা অফ-নুঙাই অমদি অৱা-অনানচিংবা মবম কযা নৈনদুনা পুযাশিংদা থম্নীবর্ম্মী। অদুবু নুমিৎ থাবু শানা ফংবদা (অতোপ্পা লোন্দা গ্রহণতৌবা হাযনা খঙনবা) মাংবা শেংবা হাযনা নৈনবিবা অদুম্নদি নৈনবমদে। মবর্মদি বিজ্ঞানগী কাংলোল ওইনা অংক হোৎলগা মাঙজৌননা থা অসিগী নুমিৎ অসিগী পৃং অশুক্তা থোক্কনি হাযনা পুথোক্লুনা থমদবা থৌওং ওইবনা। হাম্রবা তুংদা তৌগদৌবা থৌওংখক্তং তাক্লম্মী। অদুনা থৌওং অসিগী মবমদা চংনবকপীগী মীৎযেং মুন্না খল্লগা চেকশিনগদবা ওই।

**<u>লাই হরাউরিঙৈদা নুমিৎ-থাবু শানা ফংবগী (গ্রহণতৌবা) মরম</u>:-**

'শানফংবা' (গ্রহণ) হাযবা থৌওং অসি থাযনদগী অঙ্ক (শীংকক) হৈবা মীশিংনা নোংদোনথক্কী নুমিৎ, থা অমসুং মালেম হাযবা নোংদুম (গ্রহ) ৩ অসিগী খোঙচৎ অসি মুন্না থিজিল্লগা, মখোযগী লম্বী পবিংদা অমনা অমদা খঞ্জিন্নদুনা মমি তাশিন্নববু (ভাৰতকী ওইবা লোন্দাদা) 'গ্রহণ' হাযনা খঙনৈ। অদুগা লৈবাক অসিগী (পোইবৈ) লোন্দনা 'সানাফংবা' হায। অসিগুম্বা নোংদুম ৩গী খোঙচত্তগী থোক্লিবা থৌওং অসিনা তুংদা ওইবক্কদবা মহয অদুশু নৈনৈ। লাইগী থৌবম্ন চিংবগী মবমদা অমাং-অশেং তাক্লুনা, থৌবম অদুগী যাবা যাদবা খঙহল্লি। হাযবিবা থৌওং অসিদি যুহাবাবগুম্না খঙহৌদনা থোকপা নত্তবা, যামদ্রবদা চহী অমগী মাঙদগী হৌনা নুমিৎ-থাগী খোঙচৎপু থিজিল্লিবা অখঙ-অহৈশিংনা শীংকক্কী (অংক) মতেংনা হান্ননা খঙহন্দুনা থল্লবনা অমাং-অশেংগী মবমদা

নৈনবিবা মতম অদু ঙাকপদা লুদে। অশুম্না শানা লাক্লিঙৈ মনুংবু মাংলিবা, অদুগা থাদোকখ্রবা মতুংবুনা শেংলে হায়না লৌই। অদুনা মাংলিঙৈদা লাইথৌ যাদে। মবমদি নুমিৎ থাবু শানা চাদুনা মপাংগন শোর্স্থবি হায়না লওবনা। শানা থাখ্রবা তুং. পুং খব নত্রগা নুমিৎ খবগী তুংদা নোং খব চুবকপশু লৈ। মসিবু গ্রহণ চাল্লিবনি হায়না মাচম মীযাম্না থাযনদগী খাজনবকই। অদুগা অমবোমদশু অমুক বিজ্ঞানগা কাঙলোন্দশু নোং তাবিবগী মবম উংনা খঙহল্লিবনি। মদুদি মালেমগা থাগা অমদি নুমিৎকা লুমশিন্নবিঙদা নোংদুম (গ্রহ) শিংগী চিংশিন্নবগী পাংগল কনখৎলকপদগী মালেমগী 'ইযাচাউ' (সমুদ্র)গী ঈমায বাংখৎলক্লুনা ঈশিংনা নোংদোন্দা পাইখৎলকপদগী নোং ওইনা চুবকপগী মবম পুথোক্লিবনি। অদুবু লৌশিংনা (বিজ্ঞান্না) নাকল অমবোমদা পোৎশকশিংগী মথৌদা নৈনখ্রবশু খাজবোলগী মাযকৈদগী লৈবিবা অশেং অমাংগী কাঙলোল অসিদি কবিগুম্বা থিভম অমত্তদা, বিজ্ঞান্দগী নোম্ববা যাবা নত্তবনা লাইগী থৌবমদা ঙাক্কবা শুকযা য়াদে।

অদুনা অমাং-অশেংগী পুংফম অসি নুমিত্তা তৌবগা, থাদা তৌবগা খেৎনৈ। মদুদি থাদা তৌবনা মালেমগী মকম অসি থাদা যৌবক্কদবা 'পুংকুপ' ৩০(দণ্ড), হাযবদি হৌজিক্কী মতমদা মীযাম্না খঙনববা ঘড়িগী পুংশীংদনা ১২ চৎখৎনা মাংলে হাযনা লৌই। অদুগা নুমিত্তা তৌবনা পুংকুপ ৬০, অদুগা ঘড়িগী পুংনা ২৪ চৎখৎনা লৌই। অনি অসি খেৎনবগী মবমদি নুমিৎকী খোঙচৎনা ওইবকপা চহীগা, থানা ওইবকপগা খেৎনবগী বাখল্লোন্দনি। মদুদি নুমিৎকী খোঙচত্তা অমম্বা তংখাযগা অঙাম্বা তংখাযগনা লেংমা শাবগা চৎপা খোঙচৎ ওইবনা ৬০ = ২৪গী মতম অসি নুমিৎনা ব্রাদুনা লৈ হাযনা লৌবদগীনি। অদুগা থাগীনা থানা মপাংগল কন্না মতম অহিংগী শরুক হাযবদি পুংকুপ ৩০ (ঘড়ীগী পুং ১২) অসি চুপ্পা বায হাযবগী ব্রাখল্লোন্নি। অদুনা নুমিৎকীনা শানা লাক্কদা পুং ৬০ = ২৪ চৎখৎনা অদুগা থাগীনা পুং ৩০ = ১২ চৎখৎনা মাংলে। অদুনা মতম অসিগী মনুংদা লাইথোঙ হাংবা অমদি লাইগী থৌবম অমত্তা যাদে। মাংবা হৌখিবগা লাইশঙগী অকোযবদা তাইবেল মনা পবেং লেংলগা যান্দুনা থমগনি। মসিগী (তাইবেল মনা যাল্লিবগী) মবমদি অতৈ নত্তে। উপাল অসিগী মিংথোল ওইখ্রিবদি, মথক্তা লাইযিংথৌ সনা মহীনা উপাল-ব্রাপাল ওইনা শাযোনখিবগী ব্রাবীদা যাওখ্রে। মদুদি কুরুগা তাইনৈ হাযবদগী 'তাইবেল' কৌখিবগী ব্রা। অদুনা মপুগী যাথং

লৈবনা থোক্লিবা ফত্তবা মবমশিংবু কুরুশিদবনা তাইনবিদুনা খুংগংদা অৱা-অনা থোকহনবিদনবগী ৱাখল্লোন্দ্রনি। অদুগা উমংলাই হবাউবিশুংদা নুমিৎ-থা শানা লাকপবু হকচিন্না লৌবিবগী মবমদি লাইনিংথৌ লাইবেম্বী অনী অসি নুমিৎ-থানি হাযনা লৌবদগীনি।

## খুনগী মী শিবকপদা তৌগদৌবা:-

লাই হবাউবিশুং মনুংদা খুনগী মী শিবক্লবদি মাংবা-শেংবগী মবমদি মথক্তা পনখিবা নুমিৎ-থা শানা লাকপগী মতাংদা তৌবগুম্বদি ওইদে। হাযবদি মী শিবগীদি মাংবা-শেংবগী মবমদা পুংশীং পীদুনা অকক্লবা মতম পীবা তৌদে। অদুবু মী শিগদৌবা লৈবর্বাদি লাই হবাউবুংগা পাউ পীনদুনা মা ঙজৌননা খঙহৌবদি চুম্মী। মবমদি শিবিবা মীদুগী হকচাং অদু মৈথাবা লোইদুনা মংথোঙ থিংদ্রিবা ফাওবা লাই শান্নবা যাদবনা। অদুবু মী শিবনা মবম ওইদুনা লাই শান্নবা লেপ্পা তাববশু লাই শান্নবিশুংদা হকচাং শাগৎলকপা মতম ওইববা অমদি লাইবেল মথেক চৎলশিং ওইববদি মতেক অদদা লেপ্লবনা হেন্না খুনগী ফত্তবা ওইগদবনা হকচাং শানবগী মতেক অদু অমদি পাফল মথেক ৭ অদু লোইশিল্লগা নুমিত্তুগী লাই শান্নবা লেপকদবনি। অদগা নামৎ অদুনা লাইবোই নুমিৎ ওইদুনা মথংগী নুমিত্তা যৌথোক যৈশিন হৈবা যাদ্রবাদ হকচাং তুমখ্রবা মতুংদা অনাম অথৌ কোকপনাচংবা কোকথোক-চামথোক্লগা চথগনি। অদগা শিবিবদনা লাই শান্নবা হৌদ্রিশুংদা ওইবর্বাদি হকচাং তুমদ্রিবা ফাওবা লাইগী থোঙ থিংগনি। লোযননা লাইশঙ্গী অকোযবদা তাইবেল মনা পনেং লেংদুনা যাল্লগা থমগনি। অদুগা হকচাং তুমখ্রবা মতুংদা লাই শান্নবগী মতম লৈববদি কোকথোক-চামথোক্লগা শান্নবা যাই। অদুবু শিবিবা মীদুগী শাগৈগী মীওইশিংদি যুম শেংদ্রিবা ফাওবা লাইগী থৌগল যাওবা যাদে। অদুবু যুমশেংবা হাযবশিগী মবমদি লৈবাক্কী ওইনা চযেৎনবা খবদি লে (লৈবাকসিগী ওইনা পোইবৈ)। মবমদি মৈতৈ খুন-নাই অসিদা লাইনীং ২গী লীচৎ লৈবনা যুম শেংবগী নুমিৎ মশীং খেৎনবকই। অদুবু উমংলাই হাযবা অসিদি মৈতৈ লাইনীংগী লাইশোন-তীনশোন্না পাঙথোকলিবা ওইবনা খুন-নাইশিগী চৎনবিদা ( মৈতৈ লাইনীংগী চৎনবীদা) শেংবনা চুমগনি। অদুনা শিবিবদু নুমিৎ ১০নি শুখ্রবদি যাবে। অদুবু হাযবিবা নুমিৎ মশীং অসিগী ৱাবী-ৱাখোঙদি যাম্না পাক চাউবনা নাকল অমবোমদা চৎখিগদবা অমদি ঈবম অসিগা চানববোইদৌবনা তেনশিন্বা তাবে। অদুবু খুদম ওইবা যাবা মতেক খিত্তং পল্লম্বা তাববদি তাইবংমীদি

পলেমগী পীবুক্কুংদা থাবুম ১০ নাউ পুবল্লগা তাইবংপাল ফাওবকপনি হায়দুনা মাঙহৌববা নাউযুম অদুবু মথংগী মপোক্তা অমুক শেম-শাদুনা পোক্লক্লবগীদমক লাইবমলেলগী ৰাবী-ৰাখোঙ লীদুনা ১০নিদা মপা লাক্কুনা শেংলিবনি। মসিগী অচেৎপা খুদমদি লাইথৌ অসিমক্কী অনম-অথৌ কোকপা লাইবোনগী মতাংদা 'পোংনিং' হায়বা লাইশোলদা 'নমুপোংদি লোইদাম থা ১০, শামু থা ১০, শগোল থা ১০, ষন থা ১০' হায়না শোল্লগা লাই অদু কোকথোক চামথোকপগী লাইশোল তৌবিবনি।

**থারোম্নবা থাদা হরাউবা য়াদবগী মরম:-**

লমদম অসিগী চৎনবীদা থাজৎলোল ৩ লৈ। মসিবু (১) খুনুং মাকমৈ, (২) তখেন মাকমৈ অমসুং (৩) ঙাইবোং মাকমৈ হায়না কৌই। অদুনা থাবোল ৩ অসিগী শাজৎকী মতুং ইন্না থায়নদগী লমদম অসিদা লাইনিং অমদি নাৎকী ওইবা লাইথৌ-তীনথৌ পাংথোক্লবকই। অদুবু থাজৎ ৩ অসিগী থাবাল্লোলশিংদা পাঙথোক্লিবা লাইথৌশিংদি তোঙাল তোঙাল্লি। অদুগা থাজৎশিংগী খোঙচৎশু অমমম্নি। মদুদি খুনুং মাকমৈ হায়বসিনা নুমিৎকী খোঙচৎ হায়না খঙনবিবা মচং অদুনি। মসিদনা লমদম অসিগী ওইনা লাইনিংগী ওইবা পোকপা শিবগী লাইথৌদি থাজৎ অসিগী মতৌ লওদুনা পাংথোক্লে। অদুনা থাজৎ অসিগী খোঙচত্তি মালেম্না নুমিৎকী অকোযবদা চৎলকপদা খোঙকাপ (ডিগ্রী) ৩৬০ শুই। মসিদা অমুকশু ফৈদোম (লোযশঙ) ১২ অমুক যাৎথোক্কুনা লৈ। মসিবু 'থাবোল নমখায' কৌই। মসিদনা খোঙকাপ ৩০/৩০ লৈ (অংষ-ডিগ্রী) অশুম্না খুথেক্কী খোঙচত্তা মালেম্না নুমিৎকী অকোযবা লম্বীদা চৎলকপদা লাল্লিবা ফৈদোম ১/১দা খোঙকাপ ৩০ অসি খোঙকাপ ১/১না নোংমা নোংমা চংঙি। অদুনা ফৈদোম ১ লানবদা চঙলিবা (খোঙকাপ ৩০গী) মতম অসিবু থা ১ কৌই। অদুনা খুৎথেক্কী থা ১দা নুমিৎ ৩০/১০/৩০/৪৬ চঙঙি। অদুনা খোঙচৎ অসিদি থাশি-থানিল হায়বা লৈতনা খোঙকাপ ৩৬০গী মশিংদা, ফৈদোম ১২ অসিদা কোযনা চত্তুনা অদুম্মক লৈবনি। অদুনা খোঙচৎ অসিগী হৌফম অমসুং থুংফম ফৈদোমদি লমতা থাগী অবোইবা নুমিৎতা থুংগনি। অদুগা শজিবুগী থাগী অহৌবা নুমিৎতগী অমুক হৌবগা চৎখিগনি। অশুম্না খুথেক হায়বা থাবাল্লোল অসি মালেমগী খোঙচত্তগী শাগৎপা মওংনি। মসিবু মালেম পুম্বগী ওইবা লোন্দাদা নুমিৎকী খোঙচৎনা ওইবা থা (Solar system) হায়না খঙনৈ।

অদুবু মতাং অসিদা খঙগদবা অমনা খোঙচৎ অসিদদি লাইনিংগী ওইবা থবকশিংগী ওইনদি লওনদে। মসিদি শুপ্নগী কুমগী কুমচৎ শেম্নবা থাজৎনি। অদুগা হৌজিক মতমদা খঙনবিবা লমদম অসিগী থাগী মিংথোলশিংসিদি থাজৎ অসিদগী লৌবগা থোনবনি।

অশুম্না লমদম অসিগী মক ওইবা লাইথৌগীদমক্তা চৎনবিবা থাবাল্লোন্দি তখেল অমসুং ঙাইবোং মাকমৈ হাযবা অসিনি। হাযাববা থাবাল্লো ২ অসিমক থাগা খোঙচৎনা শেম্বনি। মদুদি মালেমগী অকোইবদা থানা কোযনা চৎপদা চংবা মতম্না শেম্বা থাবাম্নি। মদুদি থানা মালেমবু অমুক্তং কোযবদা নুমিৎ ২৭নিগা পুং ৮ লোম চঙভি। অদুবু মালেমদি নুমিৎপু কোযবিবনিনা অশুম চৎখিবনা থানা তান্নদুনা কোযবা ওইবনা নুমিৎ ২৯/১২, ৪৪/৩দা নোংমা পাম্বদগীনা থাশি নমিৎ ওই। অদুনা হাযবিবা থাগী খোঙচৎকী থাবাল্লোল অসিদা তখেন মাকমৈ হাযব অসিনা নোংমা পাম্বদগী থাশি ফাওবনা থা শাই। অদুগা ঙাইবোং মাকমৈ হাযবাসানা থানিন মতুং নোংমা কোম্নদগী মথংগী থানিল ফাওবনা থা শাই। অশুম্না থাজৎ ২ অসিদশু তখেন মাকমৈনা অমুক মক ওই। অদুনা থাবাল্লোল অসিদদি লমদম অসিগী নাৎকী ওইবা লাইথৌশিংগী নুমিৎ যাম্না লৌই।

অশুম্না মালেমগী খোঙচত্তা ওইবা চহীগা, থাগী খোঙচত্তা ওইবগা ফাউবাক্না নুমিৎ ৯, পুং ২১, মি: ২১ বোম খেৎনৈ। অদনা মালেমগী খোঙচৎকী (নমিৎকী খোঙচৎ) চহী ফংগদবা নুমিৎ ১০নিবোম বাৎলি। অদুনা চহী ৩দদি খোঙচৎ ২ আস নুমিৎ ৩০নিবোম (থা ১) লাপ্পবকই। অদুনা লাপ্পাবিবা মবক অসি থাশি থানিল নাইনা চৎলিবা থাগী খোঙচৎনা লাম্না ফংনবগীদমক চহী ৩/৩ খুদংগা থা মশাং ১৩না চহী শাদবা যাবক্তে। অশুম্না থাগী থাজৎকী চহীনা থা ১৩ শুবকপবু থাবোন্নবা কুম কৌই। অদুনা থা ১২গী মমিংদি যামখৎলুবা যাদবনা থা ১দি ২বক হন্না মমিং থোনগনি। অশুম্না থাবোন্নবিবা থা অদুগী অহাম্বা অদুদি পোকপা শিবগী লাইথৌ নত্তনা কবিগুম্বা লাইনিংগী ওইবা থৌবমদি তৌবা যাদে। অদুনা উমংলাই হবাউবগী থৌবমশু তৌবা শুকযা যাদে। মবমদি থা অসি মীবোম্বনি হাযনা লওনবকই। অদুনা মীবোনবীনা লাইদা কৎনবা পোৎলমশিং পাযবা যাদবগী রাখল্লোল অদুনি।

অদুনা থাবোন্নবকপগী মবমদি মথক্তা পনখিবা খুনুং মাকমৈ হাযবা থাজৎ অসিগী মনুংদা থাশি-থানিন্দা চৎলিবা থাচৎলোল অসিগী থাশি অনি লোল্লক্লবদি খুনং মাকমৈগী মনুংদা অহানবা পানখৎলক্লিবা থা অদু অমাংবা ওইবে। অদুনা অহাম্বা থা অদু, থা ১গী থাবাল্লোন্দা পাঙথোকপা লাইথৌদি অমত্তা তৌবা যাদে।

**শজিবু থাদা হরাউবা য়াদবগী মরম:-**

লমদমসিগী থাজনবীদা 'শজিবু' (শচিফোয) হাযবা থা অসি কুম অমগী ওইনা মালেম লযমানা পীবুক্কুংগী লৈশাৎ তম্বা থানি হাযনা লওনবকই। অদুনা খুন-নাইশিগী থাজনবীদা নুপী ওইবিশিংনা থাগী মতম ওইবিঙৈদা লাইগী থৌবমদা যাওবা যাদে হাযবগী চৎনবী লৈবি। মতৌ অসিগুম্না হাযবিবা থা অসিশু মালেম লৈমানা মতম অসি ওইবা থানি হাযনা লৌনৈ। অসিগুম্বা ৱাখল অসি লৈবনা থা অসিগী ৭নি পানবা থাবান্দা লৈথোঙ ফাৎপা হাযবা লাইথৌ অমা তৌবগা কোংবা মৈবোম্বী হাযবা মফমদা লৈমায অসি যোৎন তৌবগা হাংদোক্লুনা থম্মী। অশুম্না হাংদোক্লবা অসিগী নুংগী ৱাখল্লোনশু মথক্তা হাযবিবা অসিগী কাংলোন্নি। অশুম্না হাংদোক্লিবা অসি, হাংখিবা নুমিত্তগী ৭নি শুবা নুমিত্তা লৈথোঙ ফুনবা হাযনা খমক তৈথোক্লবা মফমদু ফুনাজল্লি। অশুম্না থা অসিবু মাংলিবা থানি হাযনা ৩ওঅদুনা লাইগী থবক যাদবনা থা অসিদা উমংলাই হবাউবনচিংবা লাইথৌশিং তৌনবক্তে। অদুগা অমুক থা অসিমক্তা কুকগী হকচাংশু শজি-শযাকেম্বা' হাযনা অসিবগা শক্তম পুথোকপা থানি হাযবগী ৱাখল্লোনশু ওলকপনা লাইথৌ তৌবদা ঙাক্লবকই। অদুনা লাই হবাউবগী লাইথৌ যাদে।

**মাইবা, মাইবী, পেনাগী য়ুম্মাং-কৈাং:-**

মাইবা, মাইবী অমসুং পেনানা লাইবুংদা লাই শান্নবিঙৈদা মযুমদা যুম্মাং-কেমাং থোক্লবদি লাইবুংদগী কুমদ্রবদি লাইগী থবক তৌবদা অকাযবা লৈতে হাযনা চৎনবকই। অদুবু অমাং-অশেংগা মবী লৈনবিবা যুমগী ওইবা অপোক-অসিগী থৌবম যাওকবদি যাদে। মদুদা তঙাইফদনা যাওদবা যাদবা ওইববদি মাইবা, মাইবী, পেনা অদু যুম শেংদ্রিবা ফাওবা লাইগী থৌবমদা যাওবা যাদবগী চৎনবী লৈবকই। অদুগা হবাউব হৌদ্রিঙৈদা মাংলক্লবশু শেংদ্রিবা ফাওবদি যাদে।

**লাই কাংজৈ-কাংহোগী মশক:-**

'লাইকাঙজৈ' হায়বা পোৎশক অসি উমংলাই হবাউবদা যাওদবা শুকযামক যাদে। পোৎশক অসিগী মিংগৌ অসি লাই হবাউবগী অশেংবা মতৌ অদুনি। পোৎশক অসিগী মিংগৌবোম্দি (terminology)'কাংজৈ' হাযবদি কাঙখৎলকপদা চৈ ওইববা হাযবনি। অদুগা 'কাঙহো' হাযবনা কাঙজৈ অদুনা থিংজিনফম অহোবা হাযবনি। মসিবু 'কাঙপাক' হাযনসু খঙনৈ। ৱাহৈ অসিনা

কাঙজৈনা থিংজিনফম মপাক হাযবনি। অদুনা নুপী ওইবীশিংগী খুদম লৈ। অদুগা কাঙজৈনা নীপাগী মশক্লি। অদুনা অনীনা পূল্লগা 'কাঙজৈ-কাঙতো' হাযনা কৌই। পোৎশক অসিগী খুদম্না খঙহল্লি, মদুদি শকুক অনী অসিনা থিংজিন্নবগা শেন্লিবা অসি লাই অনীনা লাংবুল্লগা তেংবানবা পোক্লকুবা অমদি খুংগংগী শুক্তা-শোইদানবগী মতৌনি। অদুনা কাঙজৈ অসি শাবদা যোপীনচিংবা হুই থাবা যাদে। মবমদি লাইনিংথৌ অমদি লাইবেম্বী অনী পুন্নবগী মতৌ ওইবনা। মতৌ অসি লৈবননি পোৎশক অসি পাযবগা চৎপা মতমদা শাবোয-ঙাবোয ওইবা লাইশিংনা চঙবা ঙমদে হার্যবিবা। মসিগী খুদম ওইবা বাবী অমত্তং পল্লবদি মোইবাংগী হেমজু নহাবু শবোযশিংনা হাৎনবগী তান্নবকপদা কাংজৈ অসি পাযবদগী ঙমখিদে। অদুবু কোম্হোং কাম্বদা পন্দুনা নাম্থোকখিবদগী লাইনা ঙমখির্বনি। অদুনা মসি শাবদা মচৈ ওইবিবা অসিদা শম হৌবগী মতৌগুম লংনা জোম জোম তানা শেমগদবনি।

**লাইথাঙগী ৱারী:-**

'থাঙ' হাযবা বাহৈ অসিগী মবম লৈ। মদুদি থবায পানবা পুম্নমকপ্ মথং মথং থাঙথবিবকই হাযবগীদমক থাঙ কৌবির্বনি। অদুনা উমংলাইগী থাঙদি চকথা ঙ নত্রগা লাইথাঙ হাযবা অদুগী মওংদা শাদবা যাদে। মসিবু 'কানাইবা' নত্রগা "যাবোঙবা" হাযনশু খঙনৈ। মসিগী মওংদি ঙমুনা মযা কাথোকপগী মতৌগুম মকোক চাউবা মমৈ হুইথবা ওইগনি। ৱাখল্লোল অসিগী খুদমদি নিপা ওইবাশিংগী ফিনুংগী মশক্লি। থাঙগী মতোন্দা কাচিগুম খাযদোক্লিবা অদুনা ফিনুংগী হকচাংগী অহোবগী মতৌনি। অশুম্না শাবা থাঙবু "লাইথাঙ" কৌই। হাযবিবা থাঙ মওং অসি কৌব্রু লাইশু শীজিন্নখি। লাই অসিগী হাক্তক্তগী থাঙগী মকোক যাওখিদে। বাবী ৱাখোঙ অসি 'লাইকাও' কৌবা পুযাদা অশুম্না পল্লি- "... ..........অসিগুম্বা লাইগী খুদম ওইবনা হৌজিকশু মীবল্লেন্দা ফিনুংগী হকচাংনা লাইথাঙ মান্না হাযবদি মখোক্লা পীক্লগা মতোন্না চাউবা মীদি লাইগী যাথংদগী অসিংবা মী শোযদনা ওইগনি। অসিগুম্বা নুংগী মশক লৈবনা লাই হবাউবগী থাঙ ফানবা মীদি থৌগল্লোযশিংগী খ্বাইগী মাঙথংগনি। অসিগা মবী লৈনবনি শুম্বল পবী ২না তুং ইথং থংলিবা। মবমদি থৌগল্লিবা লাইশিংসিনা ইকোয কোযনা শর্মজিল্লকপদা মমৈবু মযানা চিকপগী মওং ওইবকপদ শুম্বনগা থাঙগা থেংনগদৌবির্বনি। মসিবু থৱাযগী চগোলম্বী কৌই

## খুনগী মী শিরকপদা তৌগদৌবা:-

লাই হবাউবিঙৈ মনুংদা খুনগী মী শিবক্লবদি মাংবা-শেংবগী মবমদি মথক্তা পনখিবা নুমিৎ-থা শানা লাকপগী মতাংদা তৌবা গুম্বদি ওইদে। হায়বদি মী শিবগীদি মাংবা-শেংবগী মবমদা পূংশীং পীদুনা অকক্লবা মতম পীবা তৌদে। অদুবু মী শিগদৌবা লৈববদি লাই হবাউবুংগা পাউ পীনদুনা মাঙজৌননা খঙহৌবদি চুম্মী। মবমদি শান্নবা যাদবনা। অদুবু মী শিবনা মবম ওইদুনা লাই শান্নবা লেপ্লা তাববশু লাই শান্নবিঙৈদা হকচাং শাগৎলকপা মতম ওইববা অমদি লাইবেল মথেক চৎলিঙৈ ওইববদি মতেক অদুদা লেপ্লুবনা হেন্না খুনগী ফত্তবা ওইগদবনা হকচাং শাবগী মতেক অদু অমদি পাফল মথেক ৭ অদু লোইশিল্লগা নুমিত্তুগী লাই শান্নবা লেপকদবনি। অদুগা নুমিৎ অদুনা লাইবোই নুমিৎ ওইদুনা মথংগী নুমিত্তা যৈথোক যৈশিন তৌবা যাদ্রবদি হকচাং তৃমখ্রবা মতুংদা অনম-অথৌ কোকপনচিংবা কোকথোক-চামথোক্লগা চত্থগনি। অদুগা শিবিবদুনা লাই শান্নবা হৌদ্রিঙৈদা ওইববদি হকচাং তুমদ্রিবা ফাওবা লাইগী পোঙ্ থাংগনি। লোযননা লাইশঙগী অকোযবদা তাইবেল মনা পবেং লেংদুনা যাল্লগা ‌হমগনি। অদুগা হকচাং তৃমখ্রবা মতুংদা লাই শান্নবগী মতম লৈববদি কোকথোক-চামথোক্লগা শান্নবা যাই। অদবু শিবিবা মীদুগী শাগৈগী মীওইশিংদি যুম শেংদ্রিবা ফাওবা লাইগী যৌগল যাওবা যাদে। অদুবু যুমশেংবা হায়বাশিগী মবমদি লৈবাক্কী ওইনা চয়েৎনবা থবাদ লৈ (লৈবাকসিগী ওইনা পোইবৈ)। মবমদি মৈতৈ খুন-নাই অসিদা লাইনীং ২গী লীচৎ লৈবনা যুম শেংবগী নুমিৎ মশীং থেৎনবকই। অদুবু উমংলাই হায়বা অসিদি মৈতৈ লাইনীংগী লাইশোন-তীনশোন্না পাঙথোকলিবা ওইবনা খুন-নাইশিগী চৎনবিদা (মৈতে লাইনাংগী চৎনবীদা) শেংবনা চুমগনি। অদুনা শিবিবদু নুমিৎ ১০নি শুখ্রবদি যাবে। অদুবু হার্যাববা নুমিৎ মশীং অসিগী ব্রাবী-ব্রাখোঙদি যাম্না পাক চাউবনা নাকল অমবোমদা চৎখিগদবা অমদি হীবম অসিগা চানববোইদৌবনা তেনশিন্বা তাবে। অদুবু খুদম ওইবা যাবা মতেক খিত্তং পল্লম্না তাববদি তাইবংমীদি পলেমগী পীবুক্লুংদা থাবুম ১০ নাউ পুবম্লগা তাইবংপাল ফাওবকপনি হায়দুনা মাঙহৌববা নাউযুম অদুবু মথংগী মপোক্তা অমুক শেম-শাদুনা পোক্লক্লবগীদমক লাইবেমলেলগী ব্রাবী-ব্রাখোঙ লীদুনা ১০নিদা মপা লাক্কুনা শেংলিবনি। মসিগী অচেৎপা খুদমদি লাইথৌ অসিমক্কী অনম-অথৌ কোকপা লাইবোনগী মতাংদা 'পোংনি' হায়বা লাইশোলদা 'নমুপোংদি লোইদাম থা ১০, শামু থা ১০, শগোল থা ১০, ষন থা ১০' হায়না শোল্লগা লাই অদু কোকথোক চামথোকপগী লাইশোল তৌবিবনি।

**লাইগী ফিশেৎপাঃ-**



লাইগী ফি শেৎপা হাযবিবসি লাইনিংথৌ লাইবেন্বী অনীগী ফিশেৎ-লৈতেংশিং নিংথিনা শেম-শাদুনা থোম্ববুনি। মসি থাযনদগী হৌনা খুন-নাই অসিগী থাজনবীগী ওইবা নুংগী বাখল্লোনগা ইবোইননা পাঙথোক্লক্লিবনি। অদুনা লাইনিংথৌগী ফিশেৎ- লৈতেং শেম-শাবা অসি মাইবা নত্রগা পেনাখোংবনা তৌবকই। মাইবীনা তৌবা যাদে। অদুগা লাইবেন্বীগীনা মাইবীনা শেৎপগী চৎনবা লৈবকই। মাইবা অমদি পেনানা যাদে। মবর্মদি লৈবাক অসিগী চৎনবী ওইনা নিপানা ফৈজোম অদুগা নুপীনা ফনেক শেৎলি। অদুনা উমংলাই হবাউবা হাযবা থৌবম অসিদি খুন-নাই অসিগী থাজনবীনা শাগৎচবকপা চৎনবোলবু ঙাক-শেন দুনা থম্লক্লিবা থৌওংনি। অদুনা মতাং অসিদা খঙগদৌবা অমনা লাইনিংথৌগীনা মাইবা অমসুং পেনানা শেৎকদবনি হাযবিবা অসিগী মবমদি মাইবা ওইবিবা মীশক অসিগী নুংগী ওইবা মশক্তি 'কোঞ্জিনতিংথোকপা' হাযবা লাইদুগী শক্লোল পুবিবনি। অদুগা অমুকশু মাঙোন্দ কুরুশিদবদি তেথোক-তেশিন তৌদুনা মশা অমতা ওইনা পুন্দুনা লৈগে হাযনা পাখংবা ফানখোঙগী মতমদা লৈখ্রবনি। অদুনানি লাইগী ফম্বাল মথক্তা 'কুরুশিদবগী লৈহুল' হাযনা লাইনিংথৌগী লৈহুনগা মশীং মান্নহল্লিবা অসি।

অদুগা অমুক পেনা খোংবনা শেৎকদবনি হার্যবির্বসিনা মাদি নুংগী ওইবা মশক্তা লাইযিংথৌ সনা মহীগী শকলোল পুবিবা মীশক্লি। অদুনা লাই অসিদি তেংবানববু শেম-শাবিবগী থৌদাং মানা ওইবির্বনি। মানা পার্যবিবা চৈজিং অসি তেংবানবগী মপু কুরুশিদবগী মশক্লি। হাযবদি মমাংনোংদা কুরুশিদবনা মপাবি অশীবা (সনামহী)দা তেংবানবা শেমমো, থৱায পানবা শাবো হাযবদা কবম্লা শেমগদবনো খঙদে হাযনা যাদ্রবদা কুরুনা ইপাগী পিবুক্লুংদা চঙলো। অদুগা ঐগী

পুক্লুংদা লৈরিবা মমি ময়াম অদু য়েংলুরো হায়না খয়াৎ কাথোক্লক্লবদা অসীবনা পীবুক্লুংদা চঙদুনা য়েংলুবদা তেংবানববু উবা ফংলদুনা অদুবু শেম-শাখি হায়রিবগী মতাং অদুনি। হায়বদি কুরুগী খয়াত্তা চঙখিদুনা হকচাং অমত্তা ওইখিবগুম চৈজিং পাইরবদি কুরুনি হায়বনি। হায়বদি মানা পেনাগী চৈজিং পায়দুনা শেম-শাবগী লাইথৌ তৌরক্লিবনি (পেনাখোংদুনা)। মসি কুরুগী পিবুক্লুংদা লৈরিবনি। অদুগা পেনাদা চৈজিংনা হংগৎ-হন্দা লেপ্লিবা কুরু লৈমরেল অনিনা লাংবুন্নগা তেংবানবা অসি শেম-শাখিবগী মতৌনি। অদুনা লাইথৌরোল অসিগী নুংগী মরু ওইবা থৌদাংশু পেনানি। মতাং অসিদা কুরুশিদবগী পিবুক্লুংদা চঙলগা মমি পুন্নমক য়েংহল্লি হায়রিবদি তাইবংপানগী শক-পাম্বা পুন্নমক শক পান্দবা মপু মাগী পিবুক্লুংদা লৈবনি হায়রিবনি। অদুনা মপু মাদি লৈরাংগী মশক-হৈরাঙগী মতৌনি। খুদমদি পাম্বীনা লৈশাৎ তন্নগা হৈরাং অমুক পুথোক্লকপাগুম্বনি। হায়বদি পাম্বীনা লাবশু অমোমশু ওইবগুম মপু মাদি পলেম-পম্বৌগী শক্তম্বু মথন্তনা ওইদুনা তেংবানবা অসি মানা অরোই-অথম নাইদনা শেম-শাদুনা লৈরিবনি। হায়রিবা খুদম খর অসি পল্লুবগী মরমদি পেনা খোংলিবা মীশক অসি লাইনিংথৌ সনামহীগী মশক ওইবনা লাইগী ফি শেৎপগী থবক মানা তৌবা য়াই হায়বগী মরমদনি।

**লাই ফমদেংবা:-**

অশুম্না লাইনিংথৌ লাইরেম্বীবু ফিশেৎ-লৈতেং তৌদুনা শেম-শাবা লোইরবা তুংদা লাইগী শক্তম্না ফম্বাল (ফম্নবা-ফাল)গী মথক্তা লেঙশিনববু ফমদেংবা কৌই। অদুবু লাইশিংনা ফম্বান্দা ফমদেংবা অসি থব্রায় য়াওদ্রিবানা হকচাং পোল্লাং (পোল = পোম্বী = থব্রায়না, লাং = লাংবুমফম) ওইনা লৈরি। অদুনা লাই অসিগী থব্রায় হাপ্তুনা অহিংবা হায়বা মশক অদু ওইহন্নবগীদমক ঈশিংদগী থব্রায় লওখৎলুনবা হোৎনরগনি। অদুনা লাইগী থব্রায় লৌরুনবগীদমক্তা থব্রায়গী লমদাং ওইনবা 'লাংথ্রৈ' হায়বা লৈ মখল অসিনা শেম শারগনি। অদুগা মরু ওইবা অমনা উমংলাই হরাউবা হায়বা লাইথৌ অসিগী মরমদা মরু ওইনা খঙগদবদি লৈ (লাংথ্রৈ) অসিগী মরমনি। মরমদি লাইথৌ অসিগী নুংগী ওইবা মরম পুন্নমক লৈ অসিনা শাগৎলিবনি। হায়রিবা লৈ অসিনা থোক্লকখিবা/ ওইরকখিব অমদি মিংথোল অসিগী মরমদা খঙজিনবশু ফৈ। মসি তেংবানবগী মপু কুরুশিদবনা থব্রায় পুন্নমকপু লাংবুম্বীনবগীদমক (শেম্বী-শাবিনবগীদমক) খুৎকী খুপীগা, খুদোম্বীগা অনীগী মরক্তা হওবা তুনা ওইহনবিখিবনি ("ইরেংবা

পুৱাবি' কৌবা লাইবিক্কী বাবী)। অদুনা থৱায পুম্নমকপু লাংবুম্নবা থাবিবা লৈনি হায়বদগী কুকনা মসিবু 'লাংথ্লৈ' (লাং = লাংবুম্নবা, থা = থাবিবকপা, লৈ) কৌবিখি। অদুনা থবাযগী লৈবাং ওইবিবা লাংথ্লৈনা থৱাযবু লাং ওইনা ফাজিন পুনশিন্দুনা, মহীগী মনুংদ লৈবিবা থবায ওইবনা ঈশিংদগী কৌখৎলিবনি।

**লাইগী ফম্বালগী মশক:-**

লাইনিংথৌ-লাইবেম্বী অনীনা ফদেংবিবিবা ফম্বাল অসিশু পানগী ওইবা মাৎযেংদা অচম্বা পোৎ চৈশিংনা শাবা ওইনা উববশু, নুংগী মশক্তি শেম-শাবিবা পোৎ পুম্নমক লাই অমমমগী মহুৎ শিল্লিবা ঙাক্তনি। মদুদি 'থকখল' ওইবিবা, ফম্বাল ওইবিবা, নমঙা ওইবিবা, পামবোম ওইবিবা, অদুগা ফানখোঙ(মখোঙ ৪) ওইবিবা অমদি চোঙ, শেকপিন ওইবিবা পুম্নমক লাই ১/১গী মশক্লি। হাযবিবসিগী বাবী বাখোঙ অসি 'পাখংবা ফানখোঙ' কৌবা পুযাদা অশুম্ন পল্লি। ". . . . .লাংহৈ কুমজা খুদিংগী লোইদাম থা অহল্লোং খুদিংদা চিংঙু লাইকপ পুম্নামানা যোযন থৌখন্নৈএ। অবাং কৌব্রু অশুপ্পনা নমখাঙৱোই। থংজিং কোইবের্নানিংথৌনা নমঙা ওই। বাংনুবৈমা খোংজোমফাবিচা ৱাংব্রেন্না খুনেৎ ওই। থাঙবাযমার্বানিংথৌনা সনা তাঙবল ওই। নোংপোক মাল্লং হুম্মোইবনা নোংপোক চাকমিংশেনবু ওই। চিংঙু নোংথৌ শোবাবেন্না সনা থকখন ওই। তীর্ল্লিনিংথৌ শিদবনা সনা পল্লাংখোক ওই। যোইমযাই সনা খোম্মদোন্না শেকপিন ওই। লোইদাম থাজ পাখংবনা অবংদি (চোঙ) ওই। মালেম লৈবোল ৭ মানা দু লাই ওই (লেংজাউ)। যোইবু নোমোইনু অহোঙবীনা ১০ লুকমায ওই। যেল্লম মথেন শেম্না। যোইবু শীংজা খোম্বীনা লাইবিক মাঙদা থানা যোযনৈএ। নুমিৎ চযোন ৭ মাদা খোইমোম হীবৈমা ৭মানা চবৈ ফিশেৎ লাল, হযিং পেংলোই হুম, কাঙহাই মিদম খন, সনা ক্লাগোক যোযনা খন্নাএ। থাম্বী মৈত্রেং, লাইজা ঈবীল্লাই, মাল্লং নুংশিৎ শিদবা ৩মানা চিংঙু মাগী পনগোয ও। থাবিযুম, চুমিথাং, নোংথাঙ ৩ মানা খোইযম নঙগী নাউযোম ওইনা, খোইযম লাইশীং ৱাত্তনা যোইনা থৌখন্নবা লাইযিংথৌ............ .।"

ৱাবেং মতেক অসিনা হাযবিবসি পাবদা লাযনা খঙনবা হন্দোকচগে। লাইনিংথৌ অসিগী ফম্বাল অসি লীক্লম পাংবা মখোঙদি অৱাং কৌব্রু অশুপ্পনা ওই। সন্ধোংগী মখোঙনা থংজিং লাইনা ওই। মৈবম পাংবা মখোঙনা ৱাংব্রেন্না ওই। চিংখৈ পাংবা মখোঙনা থাঙৱায মাবনিংথৌনা ওই হাযবি। অদুনা অবিবা

লোন্দা অশিদা নমঙা, নমখাং, খুনেৎ, তাংবল হার্যবিবা অসি ফানখোঙ ৪ পুবিবনি হাযবনি। অদুনা লাই অনীনা ফমদেংলিবা ফম্বালগী ফানখোঙ ৪বু পান্থোম ৪ হাযদুনা হৈ-লৈ কৎলিবসি মখোযদনি। অদুগা অমুক শু নোংপোকনিংথৌনা মাংদা ঙাক্লি হাযবিবনি। 'নোংপোক চাকমিংশেল ওই' হাযবিবসি। অদুনা লুকমাংথাবা হাযদুনা কৎলিবদু লাই অসিদনি। অদুগা লাইগী মথক্তা খল্লিবা থকখন্না শোবাবেল হাযবা লাই অদুনি হাযবনি। থকখন অসি খনবদা মথক্তা থকখনগী মবীনা যান্ননবা শোল্লিবা ফৈবা অদুনা 'তীল্লীনিংথৌ শিদবা' হাইবা লাই অদুনি হাযবিবনি, 'তীল্লীনিংথৌ শিদবনা সনা পল্লাংখোক ওই' হাযবিবসি। অদুগা নুমিৎনা 'শেকপিন' হাযবা ফিবাল অসি ওই। থানা অবংদি (চোঙ) ওই হার্যবিবনি অবিবগী লোন্দাদা 'যোইমযাই সনা খোম্মদোগ্না শেকপিন, লোইদাম থাজ পাখংবনা অবংদি ওই হাযবির্বসি। অদুগা মালেম লৈমনা ফম্বালগী ফমপাক ওই হার্যবিবনি 'মালেম লৈবোল ৭ মান দুলাই ওই' হাযবিবসি। অদুবু দুলাই হাযবা লোল অসির্দি লমদম অসিগীদি ওইদ্রে। অদুনা 'ফমপাক' নত্রগা 'লেংজাউ' হাযবনা অচুম্বা ওই। অদুনা থক্তা পুবিবা লাইগা মালেম লৈমগদা কৎলিবনি ফানখোঙ মখাদা চনীং থাবা হাযদুনা হৈ-লৈ অউপ অবোং তৌদুনা থাবিবদো। মসির্দি লাই লোইদ্রিবা ফাওবা লেঙহনবা যাদে। মবমদি কোবৌ মালেম লাংবুমলগা মচা মনাই ওইবা লাইশিং অমদি মীনচিংবা থবায পান্বশিং পোকহল্লগা খুঞ্জাও-লৈচাউ হনগদৌবিবনি।

অদুগা লাইগী চাকখুমগী থৌপুবিবা শঙগোইবা হাযবিবা অসিনা লাইগী শবেনগী চাক থোংবদা মানা তৌবিবা অসি নুংগী ওইবা মশক্তা ইমোইনু (নোমোইনু) নি হাযবিবনি 'যোইবু নোমোইনু অহোঙবীনা ১০ লুকমায হও, যেল্লম মথেল শেম্না' হার্যবির্বসি। অদুগা লাইগী থৌগল তৌবিবী নুপীশিংনা থৌগল্লিবগী মওংশিং, ফিদা পুবিবা, হুমাই, পুবিবা, ক্বাগোক পুবিবা অসি হীবৈমা, ৭ হাযবা লাইবেম্বীশিং (হীবৈমা, যাইবৈমা, হীকুবী, যাইকুবী, হীপোকপী, যাইপোকপি, যাইশ্না) অসিনা শিন্ন শিন্না নুমিৎ ৭নি পুই হাযবনি। 'নুমিৎ চযোন ৭ মাদা খোইমোম হীবৈমা ৭ মানা চৈবৈ ফিশেৎলাল, হযিংপেংলোয হুম, কাঙহাই মিদমখন, সনা ক্বাগোক যোযনা থৌগল্লে' হার্যবিবসি। অদুগা মৈগা ঈশিংগা, নুংশিৎকানা পনগোই ওই হাযবদি লাই ৩ অসিনা কোযেৎকি মশক ওইনা থোল্লি হাযবনি। অদুগা থবীযুম, চম্মিথাং, নোংথোঙ ৩ না নাউযোম ওই হাযবদি ফিদা মবোল ৩ থুপতুনা থাবিবদু লাই ৩সিনা ওইবনি হাযবনি।

অশুম্না লাইনিংথৌ-লাইবেম্বীনা ফমদেংলিবা ফম্বালবু শেম-শাবিবা পোৎচাকশিংসি ইচম চম্বা পোৎনা শিজিন্নববশু নুংগী ওইবা ৱাখল্লোন্দদি লাই মযাম অসিনা পুন্সিল্লগা থৌগল তৌবিবনি। অদুবু লাইশিংশিনা থৌগল তৌখ্রিবা হবাউর্বদি কংলাদা কোঞ্জিনতিংথোকপনা মালেমগী ফম্বাল ফংলবদা হবাউখিবা মতমদনি। অদুনা থৌওং অসিগী ৱাবী অসি মথক্কী লাইবিক্তা (পাখংবা ফানখোঙ) শুগাযনা ইবন্নিবনি।

## ফিবাল শেকপিল কৎপা:-

'শেকপিল' হায়বিবা ফিবাল অসি লাইগী খুভম লৈবা মফমদা, লাইদা কৎননবগীদমক খুন-নাই অসিগী থাজনবিগী পাগোইনুংদা শেম-শাজখ্রিবা মশক্নি। মসিবু 'ফিবাল উচিমৈ' হাযনশু খঙনৈ। মসি ওইখিবগী লাইশক অমদি শেম-শাবদা চঙলিবা পোৎচাকশিংগী নুংগী ওইবা মবমশিংসি 'পাখংবা ফানখোঙ' অমদি 'মহৌ লাইকোক' কৌবা পুযাশিংদা নিংথিনা উৎলি। অদুগা "উচিমৈ" কৌ" মবমদি ফিবাল অসিগী মওংদা লৈমাযবোম থংবা মথোন্দগী অশুম অশু মথক্লোমদা উচিগী মামৈগুম্না পিকশিনখিবা মওং অসিদগী মিংগৌ অসি ওইবনি। অদুনা ফিবাল অসিগী মথোল ওইবিবা অকোযবা চগো অসি ৭ শুগদবনি। মবমদি মথক্কী পুযাদা (পাখংবা ফানখোঙ) মসি নুমিৎনা ওইর্বনি হাযবিবসিনা খুদমনি। হাযবদি নুমিৎ চযোল ৭তা তাইবংপাল পোক্লকই। অদুগা হনগদবশু অসিদনি হাযবিবনি। অদুনা মসিগী মথোল শেম্লিবগী শক্তমশু নুমিৎকী মওংগুম্না অকোযবা ওইবিবনি। অদুগা অমুকশু ফিবাল অসি শাবদা চঙলিবা পোৎচাকশিং, চৈখোক ওইবিবা ৱা, চগো কোল্লিবা পজেং, অমদি লৈনা যাৎলিবা ফি, হাযবিবশিংসিশু লাই ১ / ১না পুল্লগা ওইবনি হাযনা মথক্কী লাইবিক্তা (মহৌলাইকোক) পল্লি।

## লাইগী থৌরমদা চঙগদবা পোৎলমশিং:-

লাই হবাউবদ চঙগদবা পোৎলমশিংসি মকুপ-মতা ফননিংথিনা যাম্মী। হার্যবিবা পোৎলমশিংসি তাংকক ৩ থোক্লা খাযদোক্লুনা থৌবাং তৌগদৌবা ওই। মদুদি অহানবদা লাইহৌবা নুমিৎকী ওইনা (১) ইকৌবগী পোৎলমশিং (২) অনীশুবদা হবাউবিঙৈ মনুংদা নোংমগী চঙবা, অমদি (৩) লাইবোই নুমিত্তা চঙগদবা। অশুম্না খায়দোক্লুনা লাঙবা যায়।

## ইকৌবা নুমিত্তা চঙগদবা

### (ক) ১/লাইনিংথৌগী :-

লাইনিংথৌগী ফৈজোম ১, লমথাং ১, চোল্লাংলৈ পু ১, শমজিন নত্রগা কোকয়েৎ ১, (শমজিনগী থেৎনবা উচেক মতুদি 'লাংমৈ' হায়বা উচেক্কী মতুনা শেমগদবনি। মসিবু 'লাংমৈ পূংলেলচিন্বা' হায়দনা লাইনা ফম্বাল তোংবগী ফিশেৎ তৌগদবনি। কোকয়েৎ ওইরগনা "তোলোক" হায়বা মখল অদু য়েৎকনি)। খুরুম পু ১, খুনেৎশেল ২, লীক পরেং ১।

### (২) লাইরেম্বীগী:-

ফনেক অরাংবা ১, (পুমথীৎ ফনেক) লমথাং ১, কোকশেৎ ১(কোকখুমফি), কজেংলৈ ১ (সনা লৈত্রেং), খাঙচেৎ ১, খোঙখুমফি (খুদোন খোঙউপ) ১, নাগী নায়ান (চোল্লাং লৈ) উরেকশেক (উরোক কৌবা উচেক্কী মতু তুবিক) লীক পরেং ১(ক্যাং লীকফাং)। অদুগা লাই অনীগী লেংগোনফি ১, খুনেৎশেল ২।

### (৩) অতৈ পোৎলমশিং:-

মথোল ৩গী থকখল ১, ফম্বাল থানবা ফি মরাক তাইবা অঙৌবা ১, থাঙ ২, ('লাইথাঙ = চকথাঙ = কানাইবা')। হায়রিবা থাঙ অসি কনাগুম্বানা শল্লাইশিংগী থাঙ মওংদা শাদুনা শীজিন্নবা য়াউই। মসিদি লাইথৌ অসিগী নুংগী ওইবা ৱাখল্লোনগদি চানদে। উমংলাই হরাউরিবসিদি লাইগী লাইচৎশিংগী ওইনা হাউরিবনি। শল্লাইগী ওইনা নত্তে। অদুগা ৱাখল্লোন্না তাইবঙমী শেম-শাবা, পোকপা, য়ুম্বাল খুল্লিংবা অমদি তাইবঙ পুন্সিনা পোল্লোই য়ৌরক্লবদা থৱায়না ৱাকয়ৈ হি তোংদুনা অমম্বা ইপাক লাল্লগা লাইরমলেল অমদি মীরম্লেল অনীগী হেন্দোক হাইদোকফদ্রবা থৱায়গী চগো লম্বী অদুখক শান্নবনি। অদুনা শল্লাই অপোকপা খুরুম্বগুম্না মচু-মমেন অমদি শল্লাইগী থাঙ মওং শাদুনা তৌরুবা য়াদবা মশক্লি। হুমাই ২, শুম্বল ২, ইশায়ফু ১, মখুম ওইনবা চফু মচা ১, ইকৌফূ ২, নাহৈফু ২, লাংথ্রৈ মতোল তীনচঙ-কায়চঙদবা ৭১, (হায়রিবা মশীং অসি লৈহুল, লৈয়োম অমদি খয়োমগীদা য়াওগদবা অপুনবা মশীংনি)। শেনথক শেনখা, কাউশেন (ক্লাগোক), লাংদে পুং ১, চোঙ ২, থুম মপাক ২ (মৈতৈ থুম), ঙারি খরা, থুমোক লাইতং ১, ফৌ লাইতং ১, পান্নাউ-শিংনাউ খরা,

ঙানু মকুম ৩, শেন খবা (অচোইবা যাই, চে ওইবা যাই), মশা কনবা মৈতৈ ঙমু ১ (খোঙগাল ঙা), হীবী ওইনবা চাক মেত্তবা লংনা (লং অহিংবনা) শেম্বা লংজা ৯। ৭না তিল্লগা তাববা লম ৩/৪ শাংবা ২, খযোম শেম্নবা তীনচঙ-কাযচঙদবা লা লাতোন ১৪, (হাযবিবা লা অসিদি মফম অমদি লাইগী মতুংইন্না লৈহৌবানচিংবা ওইবা যাই) পযা পবল ১, যাংকোক ১, যেংদৌ উতোং ১৬, যাম খবা, হৈবম ৭, লৈবম ৭, কবোক নাচল ৭, চেং মেকুক (শেব) ১০, হিগাউর্ফি খুদৈ ২, অনম-অথৌ কোক্লবা খুদৈ ১, হৈজাং ১, ইশাযফুগী তোংকাপ ফনেক ১, লমথাং ১, কোকখুমাফ ১, ফিজুম ১, কোনযাই, নোংদা, লিকোল, হৈকক হৈবা, অথুম অহাও, সনা কোনযাই পু ৪ (ফানখোঙদা হুন্নবা ১, খযোমগী ওইনা যেকম ২দা লাংথ্রে থেৎপদা হাপ্লবা ২, ঈশিংদা থানবা ১))।

লফোয লফাং চংথোকপা ১২ (ফম্বালগী ফানখোঙ ৪দা পুবিবা লাইশিংগী ৪। মসিবু পাম্বোম থাব কৌই। ফম্বাল মখাদা কুক লৈম্রেল অনিগী লফাং ২ অউপ অবোং তৌদুনা থাগনি (পাখংবনা ফম্বাল তোংবা মতমদা কুক লৈমবেল ২দি থুপ্তুনা লৈবদুনি)। অনী অসিনা লাই মযাম অাস পুথোকপিদুনা শান্নবিবা কুম্মনি। মসিদা চেঙ খবা অমসুং লফোয ২গী মযাযদা হৈগনি। চেঙ অসিগী নুংগী ওইবা বাখল্লোন্দি চেঙ মকুনা মশীংথিবা ঙমদনা যাম্বগুম মশীং থীবা ঙমদ্রবা তেংবানবগী পোৎশকশিং পোকপিবি হাযবা বাখল্লোন্নি। অদুনা থৌবম অসিদাদি লফোয অমসুং চেঙ হাযবসি যাম্নমক মকু ওই। অদুনা লফোয কৎপা মতমদা চঙথোকপা হাযবসি নত্তবা শুকযামক যাদে। অদুগা চেঙ হাযব অসিগু মালেমগা থবায পাম্বা পুন্নমক্কী চিঞ্জাক = 'চীন্না-চাবা চাক' ওইদুনা মচা মযাম, শন্দোকপিবিবা মকু ওইবা পোৎনি। অদুনা চেঙ পাল্লম্বা পাম্বীবু ককথত্তুনা কংহল্লবা মতমদা 'চাক' – (মচামযাম শন্দোক্লবা মকু ওইবা চীঞ্জাক ওইবিবা) হাযনা কৌবিবনি। হাযবিবা মিংগৌ অসিগুম্না হিংলিঙৈদা চকুগা লেংগামিন্ননা হৌমিননবম্বা। পাম্বীশিংনা শিববা মতমদা মিংথোল অাস ফংবা ঙম্বা নত্তে। অসিগুম্বা নুংগী বাখল্লোল লৈবননি পেনা অমসুং মাইবীনা লাইথৌ তৌবমদাই হাযবদি পেনানা ফম্মাং থৌগল তৌবমদাই অমদি মাইবী লাইমাংঙ ফমলমদাইদা 'লাফুৎ' হাযবা ফাল শাবগা ফম্লিবনি। ইশাযফুগী ১, লুকমাঙগী ১, খযোমগী ২, তুবেল হৈকক্কী ২, লফোযদা থেৎনবা ক্বা ১২ মনা ১২ (ক্বা ১ মনা ১গা লানা লাবৈ কোন্দুনা মনুংদা হাপচিল্লগা লফোযদা যেপ্লিবগী বাখল্লোন্দি থব্রায মকুম পুবে হাযবিবনি)। খযোম ২ (মাইবনা শেমগদবা)। খোইজু লৈখাম।

## লৈরাইয়ুখাঙবগী পোৎলম:-

লাতোন ১২ থাগনি, চেঙ হাপকনি। লাউপ্লা লোংনা থাগনি। য়েংদৌউতোং ৯ + ৭ =১৬ (উতোং ১৬ অসি যেংদৌনা ওইদবা য়াদে। মসিবু য়েংদৌ কৌখ্রিবা অসি কুরুশিদবনা অফ-ফত্তগী খুদম যেংবগী থবক তৌই হায়বদগী 'য়েংতৌ' কৌখিবনি। মসি লাইনিংথৌনা মোংবা যুমজাও শাবদা কুকনা পীবা পরিং তিংনবা চুক যুংবদা থোনখিবা মিংগৌনি। মদুনি লাই হবাউবদা য়ুম শাবিবাসি। মদুদি যেংদৌনা তুম্লিবা চুক অদুনা লৈবাক্তা যুংলুরগা শত্তোক্কুনা চুক অদুগী মনুংদা চঙলিবা লৈবাক অদু মবুক থনবরা-থন্দবরা যেংবগী থবক তৌই হায়বদগী পাম্বী ম্রসিগী মিংথোন অসি ওইখ্রিবনি) অদুনা লাইশিংশু উতোং অসিবু পাম্মী। যাম খবা, শেনকৎ ২, হৈ-লৈ, ক্বা মরু-না ২/২, ফমফি ২ (খুদৈ২), হৈবীমনা শিংজু, (হৈ পাম্বী অসি শবোয-ঙারোযনা যাম্না পাম্বা হৈনি হাযনা লৌনরকপদগী শবোয খাঙবদা মসি যাওদবা যাদবগী মবম ওই। মসি শেম্বদা থুম, মোবোক, ঙাদি যাওনা শেমগদবনি), হৈরম ৭, লৈবম ৭, কবোক নাচল ৭, তুবেল হৈরুক ২ (অথেনপোৎ)। মসি লাইনিংথৌ লাইবেম্বী অনীগী থব্রায় নিনবা খযোম ২ কৎকদৌরিবা লাই ২ (ইখৈরেন নামুংবা অমদি ইবাই লৈমা)গীনি। খোইজু-লৈখাম। চোম্মং লৈনা (লাই নাউশুমখ্রগা মাযদা কুপ্তুনা থম্নবা ফি অঙৌবা মরাক পাকপা) ওইনবা ফি ১।

## (খ) নোংমগী ওইনা চঙগদবা:-

লাইবৌবা শেম্নবা খুদৈ মচা ১(মসিগী খুদৈ অসিদি নুমিৎ খুদিংগী অসিমনা অদুম্মক শিজিন্নগদবনি)। লাইবৌলা ওইনবা তীনচা-খোইচাদবা লাতোল মচা ৩। লাংথ্রৈ মপোপ ২৫ (শঙলেলগী লাইবৌলাদা হাপ্নবা)।(লংমাইগী ১৯ ওইগনি)। ফুরাগী ১৫ ওইগনি। অদুগা ফম্বান্দা হুনগদবনা, শঙলেলগীদি লাইনিংথৌ-লাইরেম্বীগী পুন্না ১৬ (৯+৭=১৬)। লংমাইগী ১২(৭+৫=১২)। অদুগা ফুবাগীনা ৮(৫+৩=৮)। ফি অঙৌবা মবাক তাইবা ১ (চুকখোঙ শান্নবা অমদি লাইরেল মথেক চৎপগী মতমদা চুক ৪দা তিংদুনা লাইগী ফম্বাল শেম্নবা)। মশিশু ফি অসিমনা নুমিৎ খুদিংগী অদুম্মক শীজিন্নগদবনি। লাইগী শান্নখিবা ৩/৩ শুবা নুমিত্তা লাইগী লুক কৎনবা (শরেল) ঙা অঙৌবা মকু পাম্বা ৩/৩ চাক থোংনবা চফু ১, ইব্রান ১, শেল অচোইবা ৪/৪। অদুগা লাইগী থারিবা লুকফমশিংদা হয়নবা চেঙ খর। মেক্রুক, থাউমৈ। হায়রিবা শিংসি নোংমগী চঙগনি। অদুগা লুক কৎপা নুমিৎশিংদদি শরোয় খাঙবগী পোৎশু চঙগনি।

(গ) লাইরোই নুমিৎকী চঙগদবা পোৎলমশিং:-

থৌবী লীশাং অহনবা ১, নৌ ওইনবা যেংদৌ লম ফানা শংবা ১৪, শবীক ১, খোইজু লৈখাম, উচান মৈবা ওইনবা খবা, শম ১, ফৌ খবা, চাক্কী মশক শেম্নবা কবোক খব, নত্রগা চাকখবনা চযোম শেম্বা ১, তুম্বা মঙকপানবা (য়ুখোম) ১, যোৎপাক ১, লফোয চঙথোকপা ২, ক্বা ২, মনা ২, হৈকল-লাকল, কবোক অথুম-অহাউ, শেনকৎ ১০ (মাইকৈ ৪ পুবা লাইগা লাইনিংথৌ-লাইরেম্বী ২গা, মাইকৈ ৪ পুবা শবোইশিংগী ৪), অনম অথৌ কোক্লবা খুদৈ ১, লফোয লফাং চঙথোকপা ১, হৈ মনম নাইবা ১, শেনকৎ ১।

লাইগী থৌগন্দা চঙগদবা মীওইশিং:-

নিপা ৭, ( থাঙ ফানবা ২, চোঙ থৌগন ২ লাইনিংথৌ-লাইবেম্বীগী থৌগন ২, পুং যৈবা ১) নুপী ৭ (হুমাইপুবী ২, ক্বাগোক পুবী ২, শুম্বল পুবী ২, ঈশাযফৃ পুবী ১)। মখোয ১৪ অসিদি লাইপাখং ৭, লাইনুবা ৭, হাযবা অদুগী মশক্নি।

থৌগল্লোয়শিংগী ফিশেৎশিং:-

লাই ইকৌবা নুমিত্তদি নিপাশিংদি ফি অঙৌবাঙাক্তা শেৎকনি। লৈশাবী ৪শু (হুমাই পুবী ২, ক্বাগোক পুবী ২) পুঙৌ ফনেক অমদি অঙৌবা ফুবিৎ লীৎকনি। অদুগা মৌ ৩দি (শুম্বল পুবী ২, ঈশাযফৃ পুবী ১) ফনেক মযেক নাইবানা ফিদোন চিংখত্তুনা শেৎকনি। ফি ইনগনি। খ্বাংচেৎ হংগাম মপাল মচুনা নীংকুপ্লা শেৎকনি। শম পুনগনি। মসি নুংগী ওইবা মশক্তা লৈমবেল শিদবীগী মশক লওদুনা মমা ওইবীগী থাক্তা লৈবা নুপীনি হাযবা খঙহল্লিবনি। অদুগা লাইনিংথৌ-লাইবেম্বীবু থৌগল্লিবা নিপা ২নি, অমদি চোঙখনবা, থাঙ ফাম্বশিংশু কোকযেৎ য়েৎকনি। অদুগা কোকযেৎ মখন্না "শল্লাই কোকয়েৎ" হাযনা খঙনবা মখল অদু যেৎকনি। মবমদি মতাং অসিদা তৌবিবা থৌগলগী মতৌ অসি পাখংবনা (কোঞ্জিতিংথোকপনা) ফম্বাল কাবদা তৌখিবা অদুগী মওংনি। অদুগা মাইবগা, পেনাগশু অঙৌবা ঙাক্তা শেৎ-ইল্লগা কোকযেত্তি যেৎকনি। মখোযগী কোকযেৎ মখলদি মাইবগীনা শল্লাই কোকযেৎ হাযবা মখল অদু যেৎকনি। অদুগা পেনাগীনা 'কোকযেৎ অচৌবা' হায়বা চেঙগুম অপোম্বগী মশক মানবা কোকয়েৎ অদু যেৎকনি। হাযবিবা কোকযেৎ অসিদি নুংগী ওইবা মশক্তা তাইবংপানবু মরু থাবিবিবা লাইনিংথৌ সনামহীগী ফিনুংগী মতোনগী মওংনি। ব্রাখল্লোল অসি লৈবননি। ইকৌবদা মাইবীনা লাইথেমগৎলিঙৈদা মানা পেনা খোংলিবদু। থৌওং

অসিদগী লাইগী থব্রায অদু পোল্লক্লিবনি। অদুনা কোকযেৎ অসিগী মবুক অদু মথক মখা ফাওনা হোহল্লিবদু ফিনুংগী মখুলগী ব্রাখললোন্নি। অদুগা মাইবীগীশু নুমিৎ অসিদি অঙৌবা ঙাক্তা শিজিন্নগদবনি। মবমদি তাইবঙ মক্ত হুন্বা অমদি থবায পুম্নমক অসি অঙৌবা মচুনা মক্ত হুল্লক্কদৌবিবনি। অদুগা পেনাগী ফিশেত্তা ফৈজোমদা 'তোমাল' নত্রগা শামুনাভাল হাযবা ফিশেৎ অদু শেৎকদবনি। মাঙগী লাইখল (কুঞ্জ) মচিল লোৎশিন্দুনা 'কপব্রেং ফিশেৎ' তৌবা যাদে। অশুম্না পেনাদি লাই হবাউবগী থৌগন্দদি ফিশেৎ অসিদগী হেন্না যাদে।

## লাই হবাউবিঙৈ মনুংদা শেৎকদবা ফিশেৎশিং:

### মাইবগী ফিশেৎ:

হবাউবগী মাইবা ওইবিবা মীশক্না নিংথৌগী মনা-মথুম ফংলবা মী ওইববদি মনাগী পোৎলম পুম্নমক শুনা শীজিন্নগনি। খামেন চৎপা, ফিবোঙ ফুবিৎ (বেশম) লমথাং খুৎহৎ, সনা খুজি অমদি পাম্বোমযাই মশাং শুনা শীজিন্নগদবনি।

### পেনাগী ফিশেৎ:-

অদুগা পেনাগীশু অমত্তা বাত্তনা শীজিন্নগদবনি। অদুবু মনা ফংবগী মওংদি অশৈবগা অমাইবগা খিত্তং খেৎনবা অমনা অশৈবগীদি কোকযেত্তা যেৎপা 'লমথাং-খুৎহৎকী' মথক্তা 'লৈখাম' হাযবা, 'মনা' মখল অমসু থেৎকনি (মীদুগী মহৈগী থাক যেংলগা পীবা)। হায়বিবা অসিগীশু অমুক মখল অনি শুবি। মদুদি 'লুপ' লৈখাম' হাযবা অমা অদুগা 'সনালৈখাম' হাযবা অমা। হায়বিবা অসিশু অমুক লুপা লৈখাম ফংবনা অহান্বা থাক্কী মনানি। অসিদগী অমুক মানা (পেনানা) হৈব শিংবগী মতুং ইন্না 'সনালৈখাম' হাযবা অসি অমুক ফংবা ঙম্মী। হাযবিবা মনা-মথুক পুম্নমক অসি উমংলাই হবাউবগী লাইথৌদা শীজিন্নগদবনি। অমদি অতৈ মতমদশু শীজিন্নগনি।

### মাইবীগী ফিশেৎ:-

অদুগা মাইবীগীনা মনা ফংলবী ওইববদি পুম্নমক শীজিন্নবা যাই। হাযবদি সনাখুজি, পাম্বোম যাই, শাবোং, ফিবোং ফুবীৎ (বেশম ফুবীৎ) শাইককপা, চবেকশেক, হাযবিবশিংশি পুন্না শীজিন্নগদবনি। অদুগা শমশু লাবাইদা মযায চানা খাযগনি। মসিনা মাইবী অসি মমাগী থাক যৌববা মশক্লি হাযবা খঙহল্লিবনি। হাযবদি নুপী ওইবিশিংনা যুম্বাল পুক্সিদা খোঙদাদ্রিঙৈদা তাইবঙ লৈবাং পুম্নুম

লৈবন্দদু মমাগী থাক কাবা নুমিত্তগী লৈবাংগী লৈকা কাযদুনা লৈশাৎ তল্লে হাযবনি। বাখল্লোল অসি পুশিল্লুবগী মবমদি শমগী মওং অসি পান্থোইবীনা শিজিন্নখিবনি অদুনা মাইবীদি পান্থোইবীগী মশক অমা ওইবিবনি। অদুগা অমুকশু মাইবীনা পাঙথোক্লিবা থৌওং অসি মমাগী থাক্তা লৈবগী ব্রাখল্লোন্নি। অমুক্কশু লাইবল্লেল অসিগী মতৌদনি খুন-নাই অসিগী অবিবা নাৎতা লৈশাবী অমনা মযুম হেক পানখিবগা 'মৌহুগৎপা' হাযদুনা শমখায অসি তৌবল্লিবা। অশুম্না শম অসি নিংথিনা শেন্নগা পুন্সিল্লগা শমজি অদু শাংনা থাধগনি। অদুগা কিশিল্লবা শম্বুল অদুগী মথক্তা 'শমজিবৈ' হাযবা লৈ থেৎকনি। মসিবু 'শর্মজিহুক তুংথাংনবা' কৌই।

অদুগা থৌগল্লোয নিপাশিংগী ফিশেত্তি লাই পুবা অনি অদু ফৈজোম অঙৌবনা লাইখন (কুঞ্জ) থাধদুনা শেৎকনি। কোযেত্তি মথক্তা হাযখিবদুনি(শলাই কোযেৎ)। অদুগা অঙৌবা ফিনা ইনশিনগনি। মওংদি লাই অদু হিগাউর্ফিনা যোন্নগা ঙক্তা যাল্লগা খোযদৌমপাচানা লাইগী লৈযোম অদুনা তাহল্লগ' কোন্দুনা পাযগদৌবিবনি। অ.. । অতৈ নিপাশিংগীনা ইন্নফি অদু ইল্লোই। থুপ্লগা ওইথংবা লেংবান্দগী যান্থবক্লগা খ্বাংদা অমক্কুং যেৎলগা যেৎ থংবা নাকল্লোমদা ফি মচিল অনীদু লৌশিন্নবগা থাদগনি। অদুগা চোংপাযবা ২ শু কোযেৎ যেৎকনি অতৈশু যেৎকনি।

## লাইগী থৌরমদা 'লা' অমসুং 'লফোয়' য়াওবগী মরম:-

লাইগী থৌবম খুদিংমক্তা 'লা' অমসুং 'লফোয' হাযবা অসি যাওদবা শুকযামক যাদে। মবমদি পোৎশকশিংসিগী মিংথোল অসি লাইশিংনা ব্রাকশক্ল খিবা থৌওং খবদগী থোল্লকখিবনি। অদুনা লাইথৌ অসিগীদমক্তশু যাওদবা যাদবা পোৎনি। বাবী-বাখোঙদি লাইযাম্না অযুক নুংথিনগী মতমদা মাখোযগী চিঞাক ওইননবগীদমক থবায পান্বশিং ফানবা লমলক-তুবক্তা কোযনা চত্তুনা লাং থাক্লবগা অহিংগী মতমদা হঞ্জিন্নবক্তুনা লা পান্বীগী মখোঙদা ফমদুনা উনৈ। মদুদা মখোযনা ফংলকপা চান-থক্লবশিংদু লা থাবগা মথেল লুক্কোয (চাক্লক্তা কোযনা থন্বা) শেমদুনা হাপ্লগা লওদুনা চায। থৌওং অসিগী মতৌদগী 'লা'বু 'চাল্লৌ' কৌই। অদুনা লাইগী লুক শেম্বদা লাদা হাপ্তবা যাদে। অদুগা মখোযনা তৌগদৌবা থৌবমশিং যানদুনা লেপ্লে। অশুম্না মখোযনা পান্বী অসিগী (লফ্) মখোঙদা অৱা পোথাফম ওইনা নুমিৎ খুদিংগী নুমিদাংদা খুন্দিন্নফম ওইবদগী পান্বীসিবু মখোযনা (লাইশিং) থোইনা হেন্না খোযদজবা ওইখি। অদুনা মখোযনা খোয়দাজবিবা পান্বীসিগী শকক খুদিংমক মখোযনা তৌবিবা থৌওংশিংদগী লৌবগা মমিং থোল্লি।

মদুদি লাই ময়াম্না ফমদুনা উনৈ হায়বদগী 'লাফ্' (লাই-ফম্ব-উ) কৌই। লাইশিংনা চীঞ্জাকথিবা চৎলুববু 'লাপ্না' হুল্লক্লগা লফ্ মনাদা ফমদুনা পোৎথাই হায়বদগী 'লা' হায়না থোনখি। মরম অসি লৈবদগী লাইদা কৎনবা পোৎ হাপ্পদা লাদ হাপ্তুবা যাদ্রিবনি। অমদি লাইগী ফমফম থাবদা লানা শেম্মী। লোযনন লাইগী থৌগন তৌবদা লা মথক্তো খুনেৎশেল হাপ্লগা নেত্তবা য়াদে।

অশুম্না লাইশিংনা যেংবা মতমদা পাম্বী অসিগী মহয় অসি চরোংচরোং নিংথিনা মুম্বা উরবদা হেক্রুনা চায় হায়বদগী উহৈ অসিগী চরোংবু "লাউ" (লাইনা-উবা) হায়না কৌই। অদুগা মহয় অসিবু লাইনা য়াম্না পাম্না ফমদুনা চাকচা ওই হায়বদগী 'লাফোয়' কৌখি। অদুনা লাইগী লাইথৌ পুম্নমক্তা লাফোয় হায়বা অসি হেক য়াওদ্রিবা ফাওবা লাইগী হৈরুক চিংদে হাযনা হৌজিক লওনরিবনি। অমসুং লা য়াওদবা য়াদ্রিবনি। অদুনা লাই হরাউবগী থৌরমদশু লা অমসুং লফোয় যাওদ্রবদি হরাউবা য়াদে। অমুকশু লাই হরাউরিঙৈদা লাইবুংগী হোজঙদা (কোম্থোঙ) লফ্ পাম্বী য়ুংলবদি লাইনা থোইদোক্লা পেনবী। অশুম্না লাইগী ৱারী অসি লৈবনা হৌজিক্কী মতমদা মরম খঙনবু ওইরবশু খঙদনবু ওইরবশু নুংদাংদা লফ্ মখোঙ চঙগনু অমদি লা হেক্কনু, লাই লৈরমগনি হায়নরিবনি।

**মৈরা- মৈক্রুক লাইদা কৎপগী মরম:-**

করিগুম্বা লাই অমা খুরুম্বদা মৈরা অমদি মৈকুরুক হায়বা পোৎলম অনী অসি য়াওদবা য়াদবগী মরম লৈ। মদুদি 'ময়' অমদি 'মৈক্রুক' হায়বা পোৎশকশিংসি কুরুশিদবনা পুথোকপিখিবনি। লাইগী হংক ১২দা (আআচি, আআরং, আআকা, তনৌনাতি।। কোকো, কাকো, শিংবি, কোকায়।। কোহংক, পোইহংক, থোইহংক, তয়ো হংক) লাইগী কুম্মৈ লোইরবদা কুরুশিদবনা চক ৪ মক্তা (হযিচক, খুনুংচক, লাংবা চক, কোন্নচক) থৱায় পাম্বশিংগী কুম্মৈ অমুক শান্নরগে নীংলকখি। মদুদা তাইবঙমীনা শিরগা অসিবা হকচাং অদুবু 'পোৎলোইহিথাবা' হায়না মৈদা থাদোকপগী থৌবম তম্বীরগে হায়না, খাখোং, লাইখোং, মরোংখোং, হায়বা (কংলাগী মনুংদা চেম্বা তুরেল) খোং ৩দা শন অশিবা শাদুনা তাউথখি। মদুদা মচা অতোম্বা পাখংবনা অশিবা শন অদু ঈশিংদগী চিংখৎখি। অদুগা কুরুগী ৱাখল মতুং ইন্না তাইবঙ মীগী অশিবা হকচাংবু মৈদা থাদোকপগী থৌওং অসি তম্বীনবগীদমক মরম পুম্নমক মচাদা (পাখংবদা) তাক্তুনা পাঙথোকহনখি। মদুদা মচানা কুরুগী হকচাংবু মৈদা থানবা মৈদি কদাইদগী লওগদগে হংলবদা, কুরুনা

ইপাগী (ষণগী) মৈকুংদা ময লুংলিবনি লও, হায়না তাক্লুনা লওখি। অশুম্না শনগী মমৈগী মখোঙবু 'মৈকুং' কৌখি। অদুম্না কুকগী হকচাংবু মযদা থাখিবগী মতৌ অদু হৌজিক ফাওবদা লৈবাক অসিগী শিবদা মৈ থাবগী থৌওং কাযদনা তৌবি।

অশুম্না কুকগী হকচাংবু মৈদা থাবা মতমদা কাখিবা মৈখু অদুনা পামেল উদা চঙখিদুনা উগী মখোম ওইনা লৈখি। অদুম্না কুকগী হকচাং মযদা থাখিবগী পাইখৎখিবা মৈখু অদুনা লৈখিবা উপাল অদুগী মিংবু 'মযপাউ' (মযখুনা পাইখদুনা লৈখিবা উ) হায়না কৌখি। অসিগুম্নবা উ অসিগী মশাদা চঙখিবা মৈখুনা উগী মখোম ওইনা শৌদোক্লকবা মতমদা মখোম অসিগী মিংবু 'মৈক্রুক' (মৈখুদগী কুকনা-পুথোকপা) হায়না কৌখি। অদুগা পোৎশক অসিনা মথ থাবক মতমদা থোক্লবা মনম অসিনা কুকগী হকচাংবু মৈদা থাবদা থোকখিবা মনম অদুনি। অদুনা কুকনা তাকপিখিবা ঐগী পোৎলোই হিথাবগী মৈখুনা পামেল উদা চঙখিবা মৈক্রুক্না খোইযুম লাইদা লমওক্লববাদ নপল ঐনা পেনবশুম অফবা ওইশনু হায়না তাকাপখি। অদুগা কুকগী হকচাংবু থৌগনখিবা কুকনা পুথোকপিবা মথ অসিনা খোইযুম লাইগী লমওক ওইববদি লাইশিংনা পেনবা ওইশন হায়বম্বদনি (সন্দাউবোল পুযা, লাঃ ৩৫) লাইবু খুকম-খাজংজবা মতমদা যাওদবা যাদ্রবনি

**খৈযোম লাকপদা যাংকোক শীজিন্নবগী মবম:**

'খৈযোম লাকপা' হাযবা লাই খুকম্বগী থৌবম অসদা 'যাংকোক' হায়না পোৎশক অসি যাওদবা যাদে। মবমদা 'খৈযোম' হাযবা পোৎশক অসাদ বর্শিদবনা খৈনা পাম্বা মযোমনি হাযবদগা মিংথোল অসি ওইবিবনি। মবমদা মালেম্বু মতুম ওইনা শাখিবা অদুগা মতৌনি। অদুগা খৈযোম হাপ্লিবা যাংকোক অসিনা মালেম শাবা মতমদা সনাগী পৃথম মথক্তা শাখ হাযবা অদুগী মতৌনি অদুগা পোৎশকশিংগী মিংথোনশিংসি ওইখিবগী মবম লৈ। মদুদি নমু তাইবঙমীশিংবু কুকনা শিহন্নবগী থৌবাঙ তৌবিদ্রিবনা শিমল্লক্রবদা মীগী মশীং যাম্মনখ্রবনা মালেম লৈমানা পুবা বাবক্লদুনা কুকশিদবদা বাকৎচখি। মদুদা কুকনা মালেম লৈমগী অবাবা কোক্লবা তাইবঙ মীবু শিহন্নবা থৌবাঙ তৌবিখি। অশুম্ন মচা ৩ (অতিযা-অশীবা-পাখংবা)দা তাইবঙপাল অসি শিবা নাইহল্লশি। অদুনা নচিন ননাউ নঙখোয ৩না তাইবঙ মক্ষ লোকশিল্লো হাযদুনা অতিযাশিদববু খম্লুং থোঙঙাবেল ওইহনখি। অদুগা অশীবদনা অমাইবীগী মশক লৌহনখি। পাখংববুনা অমাইবা ওইহনখি। অশুম্না থোঙঙাবেন্না তাইবঙ মীবু শিহন্নবা থৌবাঙদুনা

নাহল্লবদা অমাইবাবু লাইগী লাইপাউ লৌহনখি। অদুগা অমাইবনা খোযবেল যৌদ্রিবা মীবু অনাবা ফনবা লাই খুকমহন্খি। অশুম্না থৌবাঙবিববদা লাইদা কৎনবা পোত্তি 'খৈযোম' কৎলবাদ ঐনা যাম্না পোল্লি হাযনা তাকপিদুনা কুকনা খৈনা পাম্বা মযোম 'খৈযোম'গী মবম তাকখি। অদুম্না থৌবাঙ অসিগীদমক কুর্কশিদবনা লাইযামদা হাযখি তাইবঙগী অনাবা কোক্লবা খৈযোম অসি হাপ্লবা পোৎশক্তি কনানা পুথোক্কনি হাযবক্লবদা যাংগোইনিংথৌনা সনাগী পুখম মান্না মালেম লৈশানা শাবা পোৎশক অমা কুকদা কৎখি। মদুদা কুর্কশিদবনা পেম্নীবদুনা তাইবঙগী অনাবা কোক্লবা পুথোক্লবা পোৎশক অসবু 'যাংকোক' কৌখি। অদুগা 'খৈযোম' ওইবিবা পোৎশক আসদি খৈযোম লাকপগী মতাংদা শুগাযনা হাযবকখিগনি।

**মাইবনা খৈয়োম শেম্বা:-**



খৈযোম্ব শেম শাবা অসি মাইবনা নত্রগা পেনা খোংবনা তৌগনি। মবমদি ও যবিবা পোৎশক অসি অতিংকোক কুর্কশিদবনা তাইবঙ মীবু শিবা নাইহন্নবা থৌবাঙবিবদা মচা অতোম্বা পাখংবদা অমাইবা ওইনা চৎহন্নবা তাকপিখি। মদুদা কুর্কশিদবনা অশুম্না হাযখি। 'পাবি ইবুংঙো নপন ঐনা থৌবাং অমা তাকপিগেদো। নমু তাইবঙ মী আসবু শিবা হাযবা অদু নাইহন্দ্রবনা মালেম লৈমা নমানা পুবা বাণে হাযবেদো। অদুনা তাইবঙ পুন্সি লোকশিল্লসি। তাইবঙ শিনবা থৌবাংলো। অদুমহিক্তি ওইববদা তাইবঙপী খোবেল ওইদ্রিবদি লাইগী লাংদা থুববগী অনা লাইথোইবক্লবশুং তাইবঙ খাঙতেক্লফদেদো। নমু উশিনচাক নপন ঐনা খৈনা পাম্বা, মালেম লৈমি লাক্না খৈযোম চুম্বুল তৈন শেম চান্নৌ লাতোন থক্তা চেংঙৌ ফাহাপ্না, যেকুম কাংখিনতম, লুপা কোনগচন, সনা যাইগা থানা লাংথৈ

তোল্লোকচিন, পথোম ৭ থোম মালেম লৈমি লাক্লা কৎলবগা অনা লাইকোকশুনো। নপন ঐনা খৈনা পাম এ।' অশুম্না তাইবঙ মপুনা খৈনা পাম্মী হাযবদগী মিংথোন অসি ওইখিবনি। অদুনা মসি শাবদা চঙলিবা পোৎশকশিংসি মালেম অসি শেম্বদা যাওখিবা পোৎশকশিং অমদি তাইবঙ থৱায মব্ধ হুল্লগা তাইবঙপাল পোল্লকপগী ৱাখললোল লৈবা মর্শক্নি। অদুনা মসি শাবসি মাইবা নত্রগা পেনা খোংবনা তৌগদবনি। মাইবীনা যাদে। মবমদি মালেম শেম্বা অমদি তাইবঙ শেম্বগী থবক লাইযিংথৌ অশীবনা তৌখির্বনি।

অদুগা খৈযোম শেম্বা মতমদা মাইবনা ফম্মেল্লোমদা, হাযবদি লাইযিংথৌনা লৈবা মাইকৈবোমদা ফমদুনা, মাঙশোকলোমদা (লাইবেম্বীনা লৈবিবা মাযকৈবোমদা) মায ওল্লগা ফমগনি। অশুম্না মসি শাবমদাইগী থৌবাংদি অহান্বদা অমাইবনা খৈযোম শাগদৌবিবা মফম অদু তাইবেল পোংফাইনা ঈশিং লুপ্তুং চাইথোক্লুনা শেংদোক্কনি। অদুগা শেগাযদবা লাতোন অপাকপা ১, নত্রগা যি অঙৌবা ১ তিংথোক্লুনা থাগনি। মদুগী মথক্তা খৈযোম শেমগদৌবিবা লাদু শেগাযদবা লাতোল ৭তং কাবন কাবন লোনশিন্দুনা থাগনি। অদুগী মথক্তা চেঙ মেকুক ১ (খুজোক ৩শু যাই) হাপকনি। অসি হাপ্পদা লাইবোনগা লোযননা হাপকনি। চেঙ অসিগী মথক্তা ঙানুমকম ১ নিংথিনা চামথোক্লগা খিনগনি। অসিশু ৱাহৈগা লোযননা হাপকনি। মসি খিন্দ্রিঙৈদা ঙানুমকম অদু থাঙ মতোন তুম্বা ১না লাইবোনগা লোযননা হুত্তুনা লৱাই ফাৎকনি। মসিগী ৱাখল্লোন্দি মালেম্না মতূম তাবিবা (যেকুমগী মশক) অমদি নাবা অঙাংনা পলেমগী শিযোম্নুংদা লৈবগী মতৌনি। অদুগা অমুক সনা মচেৎ ১, লূপা মচেৎ ১ পাযবগা লাইৱা শোন্দুনা যেকুমগী অহোবা মচীলদুদা থাধদুনা কোনচন যাইচল্লগনি। মসিগী নুংগী বল্লোন্দি তাইবংপানবু হিংহল্লিবা 'থবায' 'মি' ওইবিবা 'বাবা' অমসুং 'শাদোকপা' হাযবা অনীদুগী মর্শক্নি। অসিদগী অমুক তীনচঙ কাযচঙদবা লাংথ্রৈ মতোন ৩ যেকুমগী অহোবা অদুদা লাইবা শোন্দুনা মকোক্লা খজিক্তং থিংজিন্দুনা থমগনি। অসিদগী অমুক লাংথ্রৈ মতোন ফজবা ৪দং পাযবগা লা মথক্তা লৈবিবা চেঙগী মাযকৈ ৪দা ১/১ মকোক্লা চেঙ মনুংদা ফৈনা থিংজিন্দুনা থমগনি। লৈ অসি চেঙদা থেৎপা মতমদা মাযকৈ লান্নবা যাদে। হাযবদি থংজিং লোমদগী হৌগনি। মথংদা মার্জিং মথংদা বাংব্রেনলোমদা, অদুগা অবোইবদা কৌব্রু মাযকৈদা লোইগনি। মসিদা পল্লিবা থাংজিং, মার্জিং, ৱাংব্রেন, কৌব্রু, হাযবিবসিদি মাযকৈশিংগী মপূ

ওইবা লাইশিংবু হায়বনি। মদুদি সঙ্কোং পাংবা মায়কৈ পুবা লাইবু 'থংজিং'। চিংখৈ পাংবা মায়কৈ পুবনা 'মার্জিং'। মৈবম পুবা লাইনা 'ৱাংব্রেন'। অদুগা লীক্লম পুবা লাইনা 'কৌব্রু', অশুম্বা খঙগদবনি।

অশুম্না লৈ থেৎপা হৌফমসি সঙ্কোংদগী হৌগনি। মথংদা চিংখৈদা। মথংদা মৈবমদা। অবোইবদা লীক্লমদা লোইগনি। মসিদশু লাইৱাগা লোয়ননা থেৎকনি। মতাং অসিদা খঙগদবা অমনা তাক্লিবা মায়কৈ অসি উমংলাই হরাউবগী ওইনদি নুমিৎনা থোক্লকপা মায়কৈদগী লওবা যাদে। লাইগী মায়ওন্দগী লওবনি। মদুদি লাইনিংথৌনা লৈবিবা মায়কৈবু 'থংজিং' (সঙ্কোং) নি হায়না লওনৈ। অদুগা খৈযোম শাবা মতমদা লওবিবা মায়কৈনা হায়ববিবশিংসিদগী অমুকশু তোঙাল্লি। মদুদি মাইবনা খৈযোম শেম্বা মতমদা মায় ওল্লিবা মায়কৈ অদুনা নোংপোক ওল্লিবনি হায়না লওগনি। হায়বদি মাইবগী মাঙদা থাবিবা লাতোল অদু মকোক্লা থংবনা মাইবগী মাঙলোমদা থংগনি। মবর্মদি লাগী মতোন্না নোংপোক অদুগা মকোক থংবনা নোংচুপনি হায়না লওবিবনি। লাখোক্লোমগী মাইবগী যেৎথংবা মায়কৈবু 'থংজিং'নি হায়না লওগনি। অদুগা ওয়বোম থংবা লা মতোনগী মায়কৈনা মার্জিং'। লা মতোনগী যেৎলোম । নাকন্না 'বাংব্রেন'। অদুগা মাইবগী ওয়বোম থংবা লা মখোকলোমগী মায়কৈবু 'কৌব্রু' অশুম্না লওগদবনি। অশুম্না থাবিবা লা মতোল অসি ৭ ওইগদবনি। মসি কাবন্ননা থাগদবনি। অসিগী নুংগী ওইবা ৱাখল্লোন্দি নুমিৎ চযোন ৭ মক্তা তাইবঙনা মন্দ হুল্লি হায়বিবনি। হায়বিবা লা অসি হান্না মথক্তা তৌবগুম্না লাইনিংথৌ, লাইবেম্বীগী ওইবা হওনবী যেংদুনা উপ-অবোং কায়দনা শেমগনি। অশুম্না লা মথক্তা হাপকদবা পোৎলম পুম্নমক হাপ্পা লোইববদি যোমশিল্লগনি। যোম্বা মতমদা লাইবাগা লোয়ননা যোমগনি। যোমশিল্লবা লাযোম অসি লাইনিংথৌগীনা পযা ৯না পুল্লগা পবৈ অদু উপ্পা লয়গনি। (যেৎলোমদা)। অদুগা লাইবেম্বীগীনা পযা ৭না লোংনা লয়গনি (ওয়বোমদা)। অদুগা পবৈনা খৈযোমগী মাঙ চপ চানা তাহলগনি। খৈযোমগী মাঙ হায়বদি মাইবগী খোয়দৌগা ওনশিন্নববুনি। খৈযোম ২মক মাইবগা মাযোক্ল বিবনি। অশুম্না লৈশিল্লিবা পবয অসি লাইনিংথৌগীনা পবৈ মতোন অদু হুম্থনা থমগনি। অদুগা লাইবেম্বীগীনা পবৈ হনগৎনা থমগনি। পবৈ অনি অসিগী নুংগী ওইবা ৱাখল্লোন্দি লাইবেম্বীগী লৈকা অবোংবদা লাইনিংথৌগী লৈখোকচয উউপ্পগা লাংবুম্বগী ৱাখললোন্নি। অদুনা খৈযোম অনীদু ঈশিংদা লাকশিনবা মতমদদি পবৈ অনী অদু ওনশিন্নদুনা থেংনহল্লগা লাকশিনগনি। পবৈ অসি পুনবদা

লাইরাগা লোযননা পুনগদবনি। অশুম্না খৈযোম অনীদু শেম্বা-শাবা লোইববদি যাংকোক অমগী মথক্তা নিংথিবা লাতোল ২দং অউপ-অবোং তৌদুনা থাগনি। মদুদা লোংলিবা লা অদুগী মচি খবদং নল্লগা অউপ্পা লাদু থাগনি। অদুগা লাইবেম্বীনা লাইবেম্বীগীদা, অদুগা লাইনিংথৌনা লাইনিংথৌগীদা থাঙ্গত্তুনা থল্লগনি। অসিদগী লৈবাই যুখাঙপোৎশিং, যাম, যেংদৌ উতোং ৯+৭—১৬, অমদি হৈবী মনা শিংজুনাচিংবা হাপকনি। অদুগা অমনা খৈযোম শেম্বদা মবম লৈতবা পোৎলমশিং হাপচিন্বা যাদে। হাযবদি হৈ লৈ, শেল, অমদি যাম্লাচংবা হাপচিন্বা যাদে। মবমদি খৈযোম শেম্বদা যাওবিবা পোৎলমশিংসিদি লৈশেম্বা অমদি মীশেম্লোনগী বাখল্লোন দা শাগৎখিবা পোৎশকশিংনি। মসিদা যাওদগবা পোৎশকশিংসি অকক্লবা মশীংনি।

**খৈযোমগী পোৎলমশিং হাপ্পদা শোনগদবা লাইব্রাশিং:-**

১/ লাথাবগী লাইশোল· "শিযোম লাবোল ৭মানা লৈযাববনে"।

২/ চেঙ হযবগী লাইশোল:- "চেঙডৌ ফাহাপ্পববনে"।

৩/ যেকুম মচীন হুৎপগী লাইশোল· "যেকুম চীন্নাইদবা নঙবু ঙসি কোবৌনোং যাইফবা, থবী চৈজেন্দবা থাবা লান্নংদবা নুমিৎসিদা কুরুগী থাঙলেল যাশাবনা যেকুম নচীন পাল্লবনে"।

৪/ চেঙদা যেকুম খিনবদা শোনগদবা:- "যেকুম কাংখিন্নববনে"।

৫/ যেকুম মনুংদা কোনযাই হাপ্পগী লাইশোল:- "লুপা কোনগাচন সনা যাইগা থানা যাইবী মউলিংলবনে হৌফবো"।

৬/ যেকুমদা লাংথ্রৈ থেৎপগী লাইশোল:- "শজিক, চেংঙা, যুহা ৩ মক্লা লাংবুমলবনে"।

৭/ চেঙগী মাযকৈমবিদা লাংথ্রৈ থেৎপগী লাইশোল:- "চুক ফানখোঙ ৪ মক্তা থবায লাংফাববনে"।

৮/ লা যোম্বগী লাইশোল "শিযোমলাদি নাউযোম্লবনে"।

৯/ লাইযিংথৌগী পযা পুনবগী লাইশোল:- "খোংলম ৯না ফাববনে"।

১০/ লাইবেম্বীগী পুনবদা শোনগদবা· "ঈবম ৭না পুল্লবনে"।

অশুম্না খৈযোম শেম্বা লোইববদি ইকুম্নবা যাংকোক্তা হাপকৎলগনি। লৈবাই যুখাঙপোৎনচিংবশিংশু হাপকৎলগনি।

## খৈয়োমগী ওইবা নুংগী ৱাখল্লোল:-

'খৈযোম' হায়বিবা পোৎশক অসিগী নুংগী ওইবা ৱাখল্লোন্দি মালেম অসিবু শাবা মতমদা 'নুবা খুদোংলৈগী' ম ওংদা লাইযিংথৌ অশীবনা শাখি হাযবগী বাখল্লোল, অমদি তাইবঙমীবু শাবকপদা মালেম লযশা মতুম্না খুবাক্তা হাপ্পগা ে দ্না শাখি হাযবা অদুগী পান্দম ওইবা বাখল্লোন্নি। মদুদি মসিদা যাওবিবা যাংকোক অসিগী মতৌদি, অতিংকোক শিদবনা মালেম শেম্নবগীদমক সনাগী পৃখম অমা পুথোক্লুনা উফম শের্মাখ হাযবা অদুগী মতৌনি। অদুগা মীশেল্লোন্দশু প়লেম ওইবীশিংগী পাবুক্কুংগী নাউবাকোনগী নাউফমগী মশক্লি। লাতোল ৭ ' বিবনা ঈবম ৭কী ইবেনপৃংদা কোবও শীংবুম ৭না তাইবঙ মক্ন হুল্লকপগী মওর্নি। অসিগী মথক্তা চেঙ হযবনা ঈশিংদা কাবকপা কোংগোনগী মথক্তা কর্বী কাঙভাও শেম্মী হাযবা অদুগী মওর্নি (লৈশেম্লোনগী বা)। পোৎশক অসিদগী মালেম শেম্লক্লুনা মশীং লাকঙমদ্রবা নুমিং থা, থবানমিচাক, লেঙলি পাল্লবা - বাথপাপ্পা কযা শেম্লকপগী মতৌনি। অদুগা পল্লেমগী পাবুক্লুংদনা নাউযোম্নুংদা নাউবা অঙাং লৈবগী মওর্নি। অসিদগী চেঙগী মাযকৈ ৪ মক্তা লাংথ্রে মতোন ৪ থেৎপগী বাখল্লোন্দি মাযকৈ ঙাকপা লাই ৪না চুক ওইনা ফাবগী মশক্ল। তাইবঙমীগী হকচাংনুংদানা মক ওইবা থবাযগী চুক্কী মশক ওইনা তাইবঙ হবাগ ফাবিবা মিহুন ৪নি (ওযগী কমখোংগী মিহুন, যেৎকী কমখোঙগী মিহুন, যেৎকী লকাগী মিহুন, অমদি ওযগী লকাগী মিহুন)।

অশুম্না চেঙগী মথক্তা যেকম (ঙানুমকম) হাপ্পবনা লৈবাক লযশানা মালেম অসি শেমগৎলকপদা 'নুবা খুদোংলৈগী' মশক মান্না লাইযিংথৌ অশীবনা শাখি হাযবা অদুগী মশক শের্মলিবনি। তাইবঙ মীবল্লেলগী লমদাংদনা পলেমগী শিযোমনুংদা মক্ন হুল্লিবা ঈবীক মতৃমনি। যেকম মনুংদা হাপলিবা সনা-লুপা অনীনা মলেমগী মযায শুমদিন্দা কুর্কশিদবা অমদি লৈমবেল শিদবা অনীনা উবোং ওইনা মালেম্বু লেঙহন-হাইহন্দনবা ফাবগা মালেম্বু শের্মাখিবগী মতৌনি। তাইবং পানগীনা পলেম পল্লৌ অনীগী ঈবীক-কোংগোল ('ঈবীক' – পলেমগী শরুক অমদি 'কোংগোল' পল্লৌগী শরুক ওইবীবা থবায অনী) অনীদা যাওবিবা থবায মক্ন অনীদু তিন্নবে হাযবিবনি। অসিদগী নিংশাশোব অনী (হোন্দোকপা অমসুং হোনজিম্বা অনী) পোল্লক্লুনা তাইবঙ মীবু অহিংবা ওইবিবনি। যেকমদা লাংথ্রে মতোন ৩ থেৎলিবা মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ ৩ মক্লা থবাযবু অহিংবা ওইহন্দুনা হকচাং পোল্লাংবু

ফাদুনা থম্বগী মতৌনি। অদুগা খৈযোমদা পুল্লিবা পযানা মালেম লৈশেল্লকপদা মিবেল লাংশংনা মাযকৈ ৪গী চুক ফানখোঙ ৪দা পুন্দুনা ফাখিবগী মতৌনি। অদুগা মীশেল্লোলগী ৱাখল্লোন্দনা ঈবম ৭, খোংলম ৯গী মতৌনি।

অদুনা খৈযোম হাযবা পোৎশক অসিদি লাইগী থৌবমদা (উমং লাই হৰাউবদা) অদুক্কী মতীক মরু ওইখ্রে। মবমদি মসিদা তেংবান্বা অমদি থৱায পান্বশিংনা ওইবকখিবগী মতৌ অমা মপুং ফানা শাগৎলি। অদুনা লাইথৌ অসিদদি হাযবিবা পোৎশকসিবু যাম্না মুন্না মশক খঙনা পাঙথোক্লবদি থোইদোক্না অফবা মহয ফংগদৌবিবনি। অদুনা লাইথৌ অসিগী অহৌবসি মসিনা খ্বাইদগী হান্না পাঙথোক্তবা যাদ্রিবনি। হাযবিবা পোৎশক অসিদা যাওবিবা নুংগী ৱাখল্লোল অসিনি হৰাউবিঙৈ মনুংদা হোইবৌ লাউবদগী, হিজিং-হিবাউ ফাওবদা পাঙথোক্লিবা থৌওং পুম্নমক। অদুনা পোৎশক অসিগী মওং অসিনা পল্লেমগী পীবুক্লুংদা নাউৱা অঙাংনা তাইবঙ শক্তম মপুং ফাবকপদা চঙবা মতমগী মতৌ অমসু শাগৎলি। হাযবদি নুমিৎশীংবুম ৭না থাবুম ১০ মপুং ফাবক্লগা তাইবঙ পাল পোক্লকই হাযবা। অমদি পন্থৌ মপা ওইবশিংগী হকচাংনুংদা যাইবীকোনগী ঈপাক্তা লোইদাম থাবুম ২ চঙনা থৱায মরূম পুবম্ববু মপুংফাবক্লগা পল্লেমগী শিযোম্মুংদা শিন্নবিবগী মতৌশু শাগৎলি। অদুনা অসিগুম্না পাগী যাইবীকোন্দা যোক্লিবা থৱায মরূনা থাবুম অনীদা চাউবা মপুংফাবা হেক ঙমদবদা পীগী শিযোম্মুংদা তাইবঙ মউলিংবদা হিংবা ঙম্লোইদৌবিবনি। অসিগুম্বা ফিভম অসি লাকপর্দনি যুম্বাম্বদা নিপাদা মচা লৈতে হায়বিবদো। অসিগুম্বা ৱাখল্লোল অসিগা লোযননা শেমলিবা পোৎচঙশিংনি।

অসিগুম্বা বাখল্লোন্দা শেল্লিবা মতৌদি-(১) যাংকোক, (২) লা, (৩) চেঙ, (৪) যেকুম, (৫) কোনযাই, (৬) লাংথ্রৈ, (৭) পযা, হাযবিবা পোৎ মখল ৭ অসিনা, নুমিৎ চযোন ৭না থা শাগৎলি হায়বা মতৌ উৎলি। অদুগা থা ১০দা থৱাযনা অহিংবা ওইনা চাউখৎলকই হাযবগী ৱাখল্লোন্দা লাবোল ৭কা য়েকুমদা থেৎপা লাংথ্রৈ মতোল ৩গনা খঙহল্লি। অদুনা হায়বিবা পোৎ মখল ২ অর্সিদি অকংবনা শীজিন্নবা যাদে। অদুগা চেঙদা থেৎপা লাংথ্রৈ মতোন ৪গা যেকুমগা পুন্না পোৎলম ১২ অসিনা পলেমগা পন্থৌগা অনীনা থৱাযবু নাউ পুবকপা মপুং ফাবে হাযবা ৱাখল্লোন্নি। (পল্লেমগী থা ১০গা, পন্থৌগী থা ২গা) অশুম্না শাগৎলিবা হকচাং অসিবু অহিংবা ওইবে হাযনা খন্দুনা অমাইবনা ঈশিংদা

কৎলবা তুংদা অমাইবীনা অমুক শবীক খীংদুনা হীবী ফাল্লগা থৱায অদু হীবীদা কাখৎলক্লে হায়বগী ৱাখল্লোন্দা লাইগী যাইবীকোল ওইবিবা ইকৌফৃদা হাপ্লগনি। অদুগা পল্লেমগী মশক ওইনা খৈযোম মব্ধ থাখ্রবা ঈশিং অদু ইশাযফৃদা শোক্কত্তুনা (মাইবীনা) থৱায যাওববা লৈযোম হীবী অদু হাপচিল্লগা পলেম্না নাউপুবগী ৱাখল্লোন্দা ঈশিং মপান্দগী পুখৎলক্নুনা (ইশাযফৃ পুবীনা) ফমদেংলিবা লাই ২দা হাপকদৌবিৰ্বনি। অসিগী মখাতাবা অকুপ্পা মতৌদি ইকৌবগী থৌবমদা পল্লগনি।

**মাইবীনা ইকৌফৃ নত্রগা ইহাইফৃ শেম্বা:-**



'ইহাইফৃ' হাযবা অসি ঈশিংদগী লাইগী থৱায লৌখৎলুবগা ফম্বান্দা ফিশেৎ- লৈতেং লোইবদুনা ফমদেংলিবা হকচাং পোল্লাংদা হাপ্লবা লাই অনীগী থৱায মব্ধ লৈফম নাউৱাকোলগী মশক ওইবা 'নাউফম' শেল্লিবনি। মসি শেম্বদা লাইনিংথৌ-লাইবেম্বী অনীগী মওং অসি খুৎশেম মান্নবোই। মদুদি লাইনিংথৌগী শেম্বদা নিংথিবা তীনচা খোইচাদবা লানা 'হাওকাপ' (খুৎকী খুপিগা খুৎযাইগনা তিংথোকপগী চাংদা পাকপা) ১ পাকপা লাবোল ৩ লোল্লগা লাদু উপ্না থল্লগা লাংথ্রে মতোন নিংথিবা ৯দং, লৈগী লৈখোক্লা মথক থংলগা পীক্লা তাশিন্দুনা যোমশিনগনি। অদুগা কোনশিল্লবা লাকোল অদু চফৃ মনুং অদুদা যুংখৎপদা চফৃগী মনুংদা লৈগদবা শকক অদুদা লংনা মতাং ৩ থোক্লা যেৎকনি। অশুম তৌবগা লা মকোল অদু চফৃগী ময়ায চানা যুংখৎলগা চফৃগী মপাল অকোযবদা লাওবা চপ মান্নহল্লগা লাশেৎ ৯ থোক্লা শেথবক্লগা চফৃগী মঙক অদুগা পান্নবা নীংথিনা

পুন্দুনা থমগনি। মশিবু লাইনিংথৌগী খোংলম ৯না ইচাইবা কৌই। অশুম্না লাংথ্রৈ যোমখ্রিবা লা অদু লোংনা কোনশিনখ্রগা উপ্না চক্ মপান্দা তাবকপদুবু লা উপ্না শেৎপা কৌই।

অশুম্না শেম্লবা চক্ মনুংগী লাকোল অদুনা চক্ মপান্দা হৌনবী মতুং ইন্না লাশেৎ মশীং শেথখ্রবগী ভুংদা য়ুংখত্তুনা লৈহৌবিবা লাকোল অদুগী মতোন্দা অঙৌবা মচুগী নিংথিবা লৈ অঙৌবা অমা থেৎকনি। অশুম্না শেম্লিবগী মবম্দি লৈনিবা তাইবংগী থৱায মন্দদা হকচাংগী কাযাৎ মপূং ফায হাযবা মতৌনি। মদুদি লাগী লাকেন্দা মবোল ৩ ওইবিবা থবাযবু হিংহল্লিবা মৈ, ঈশিং, নুংশিৎকী মশকনি। অদুগা লংনা মতাং ৩ পুল্লিবনা হকচাংগী ফিথুপ ওগী মওংনি। লাকোলগী মতোন্দা থেংলিবা অঙৌবা মচুগী লৈনা ‘ফম্বীকোন্নি’। কোক্কী মশক শোম্লবনি। অদুগা য়ুংখৎতুনা লৈবিবা লাকোল অদুনা তাইবঙগী যাংলেল লুজাওনি। শাবিবা শম্বুগী অসগী মওংদা চক মপান্দা শেৎথবিবা লাশেৎকী মশীং অমদি লৈগী ... আসনা লাইনিংথৌগী মশক্তি হাযবা হেক্তা খঙবা ঙম্মী।

অশুম্না লাইবেম্নীগীশু মথক্কী মতৌগুম্না শেম-শাগনি। অদুবু লৈগী মশাংদা অমদি লাগা অউপ অবোংদা থেৎনৈ। মদুদি লাংথ্রৈ যোমগদৌবিবা লাশেৎ ৩ অদ লোনদুনা লোংনা খমলগা লাগী মবুকলোমদা লাংথ্রৈ মপোকপ ৭ থম্লগা নিংথিনা পাক্না তাশিন্দুনা কোনশিনগনি। অদুগা লৈগী মতোন্না মথকলোমদা ওনখৎলগা, থক্কীগুম্না হাবি লংগী মতোল অমনা পুনগনি। অদুগা মথক্কীগুম চক্দা হাপ্লগা লাশেৎ ৭ শেথদুনা শেমগনি। অদুগা মসিগীদি লাকোল মতোন্দা থেৎপা লৈগা মচু অঙাংবা ওইগনি। মবমদি লাইবেম্বীগী ঈবম ৭না লৈশাং ওইবা মতৌনি। অদনা শেম্লিবা ইহাইফৃ অসি হেক উবদা লাইবেম্বীনি হাযনা খঙগনি। অশুম্না শেম্বা লে ইবগা হিগাউফি খুদৈ ২দুনা চক্ ২দু ১/১ যোম্লগা লাইনিংথৌগীনা লাইনিংথৌগী যেৎ থংবা ফম্বাল মথক্তা, অদুগা লাইবেম্বীগীশু ওযথংবা ফম্বাল মথক্তা থম্লগনি। পোৎশি শেম্বা মতমদা মাইবীনা মাংশোকলোমদা ফম্লগা মাযদি ফম্মেন ওনগনি।

**ঈকূম্নবগী থৌরাঙ:-**

ইকৌপোৎ পুম্নমক শেম শাবা লোইরবদি ঈকূম্নবা থৌবাঙলগনি। অদুনা লাইগী থৌগল্লোযশিং লাইশঙ মনাক্তা কৌশিল্লগনি। থৌগল্লোযশিংনা চঙলক্তুনা অমাইবনা নত্রগা লাইশেল্লুংবনা তাইবেন মনানা ঈশিং খিকহল্লগা লাইবু হান্না খুকমজগনি। অদুগী তুংদা মখোযবু অমাইবা অমাইবীশিংনা চহী নহা-অহল যেংনা মাগী মাগী লৈফম থোকপা মফমদা পবেং লেপহল্লগনি। মদুদি লাইযিংথৌ-লাইবেম্বী অনীগী থৌগনগদৌবিবা (লাইপুগদৌবিবা) নিপা ২ না লাইগী লাইমাংদা চঙশিন্দুনা লাইদা হান্না ওনশিন্দুনা খুকমজগনি। অসিদগী অমুক মখোয অনিমক চপ মান্ননা মায় ওম্থোল্লক্কনি। অদুগা লযমাইদু তাইবেল মনানা ঈশিং লুপপ্তুনা খিকতোক্লগা লা মচেৎ ২ / ২ থাদুনা খুনেৎশেল ২ /২ হাপ্লগা মখোয অনিবু নেৎহল্লবা তুংদা (লাইনিংথৌনা লা উপকনি অদুগা লাইবেম্বীগীনা লোংগনি) মাইবা মাইবী অনিনা লাইনিংথৌ-লাইবেম্বী অনীগী হিখাউ পুথোক্লক্তুনা লাইপুগদৌবিবা ২গী ঙকশমদা হিখাউফিগী মচীল ২দু নিংথিনা তুংগী ঙকশমদা কশিনগনি। অদুগা লাই-পুবনা ইল্লিবা ফিনা কোন্দুনা খোয মপাদা নিংথিনা পাযগনি। অদুগা ঈশাযফূ পুগদবা মৌ নহা অদুশু লাইপুবা অনি অদুগী মনাক্তা কৌশিন্দুনা লাইবু হান্না খুকম হল্লগা লেপহন্দুনা লৈগনি। অদুগা মাইবীনা লাইগী ফৈজাফি অদুনা ফৈজা কোল্লগা মকোক্তা হাপহল্লগা মপাল্লোমদা অমুক ওম্থোকহল্লগা ঈশাযফূ অদু মকোক্তা থোংগৎপিগনি। অসিদগী মাইবীশিংনা লাইগী থৌগন্দা য়াওগদৌরিবা লাইপোৎ-শেনপোৎ পুম্নমক পুথোক্তুনা পায়গদৌবিবা মীশিংদুদা শুম্বল-ফিদা পুবী ২দগী হৌনা মথং মথাং পায়হল্লকপনা খ্বাইগী মাং থংনা লৈবিবা থাঙ ফানবা মীদা লোইগনি। হাযরিবা থৌগল্লোয়শিংশিনা লৈনগদবা মফমশিংদি মথাগী অশুম্না থঙগনি মদুদি:-




তুবেল হৈকক পুবী(ইখৈবেনগী) ১০, খৈযোমগী যাংকো পুবী ১১, তুবেল হৈকক পুবী (ইবাই লৈমগী) ১২.

মাইবা, মাইবী, পেনাশিং মথং মথং চৎকনি

অশুম্না লাইগী থৌগল্লোয মযাম অসি মাগী মাগী লৈফম থোকপা মফমদা লৈনববা তুংদা অমাইবনা 'লাই শেল্লুংবা' নত্রগা 'লাইপু' অমদি পিবানচিংবা (হবাউবিবা লাইশিংদুগী মতুং ইন্না) লাইগী মপু ওইবিবা মীশকশিংদগী খুকমদুনা ইকৃম্নবগী যাথং লওববা তুংদা খুনগী নত্রগা লৈকাইগী অমদি শাগৈগী মীশিংগা লোযননা ইকৃমলগনি। মতাং অসিদা মাইবীনা লাইশঙনুংদা ফমদেংলিবা লাইযিংথৌ-লাইবেম্বীগী শক্তম্ম ঈশিংদগী পুখৎলক্কদৌবিবা থব্রায অদু চনশিন্নদা যানবগীদমক জগোই-খুখেক্লা শেম-শাদুনা শক্তম শাগৎলগা থল্লমগনি। (হাযবিবা জগোই মখল অসি ভাবতকী মুনি-ঋষিশিংনা পুথোকপা 'স্থাপন মুদ্রা' হায়বা অদুগুম্বনি) অহানবা জগোই লওবকপগী খুৎ উপকনি।

**ঈশায়ফৃ পুবীগী মরমদা খঙগদবা:-**

ঈশায়ফৃ পুবী/ইরাংপুন পুবী নুপী অসিদি মাগী মরমদা খঙদবা য়াদবা মবম খর লৈ। মদুদি মাদি লৈশাবীনা য়াদে। মমাগী থাক্তা লৈরবা নুপীশিংনা (মৌ) তৌগদবা থৌগন্নি। মরমদি মাদি লৈবখৈবিকপু পোকপিরিবা লৈমরেল শিদবীগী মশক্তি। অদুবু মতাং অসিদা অমুকশু খঙগদবা অমনা মৌ হায়রিবা নুপী ওইবিশিংগী তাংকক অসিদশু শরুক ৪ থোক্লা খায়দোক্তুনা লৈরিবা অসিনি। মদুদি, (১) মৌ, (২) মৌয়াংথাং, (৩) মৌরি অমসুং (৪) হনুবী। অদুনা অচম্বা মওংদা চুম্নদংগী মৌ ওইরকপগী থাক ১। তংকক অসিগী চহী মতাং অসিদি নুপী অমনা চহী ১৮ শুদুনা ময়ুম হেক পান্বদগী মশাগী চহী ৩০ ফাওবগী মনুংদা লৈবা নুপীশিংবু খঙনৈ। মাদি মৌ ওইজরবশু ব্রাখল-লৌশিং মপুংফারবী নুপী ওইদুনা লৈবাক্কী মমা অমা ওইবগী তাংকক য়ৌদ্রি। অদুনা মাদি ঈশাযফৃ পুবা য়াদ্রি। অদুগা চহী ৩০দগী ৪০ ফাওবদা লৈবা চহী মতাংবুনা 'মৌয়াংথাং' হায়না কৌই। অসিদগী অমুক চহী ৪০দগী ৫০ ফাওবদা লৈবা মৌশিংবু 'মৌবি' কৌই। হায়রিবা তাংকক অনি অসিদি ঈশায়ফৃ পুবগী চপচাবা মতাংনি। অসিদগী হেনগৎখিবা চহী মতাংগী মৌশিংদি হনুবীগী থাক যৌথ্রবনা মাখোয়শু য়াদ্রে। হায়বিবা অসিগী নুংগী ওইবা কাঙলোন্দি ঈশায়ফৃগী মশক ওইরিবা লাই অসিদি তাইবঙপান্বা অসি পোক্কদৌবিবনি। অদুনা চাখম-নাউখমখ্রবা নুপীনা ওইবা যাদে। মরমদি লাইথৌ অসিদি পুক্লীং য়েন্নীং হুল্লিবশিংগী ওইবা নুংগী ব্রাখল্লোল পুবা থৌরম ওইবনা য়েন্নীং কংলবা মীনা তৌদবগী চৎনবী থল্লকপননি।

অদুগা অমুকশু মাগী মরমদদি খর কুপ্পা থিজিন্দবে য়াদ্রি। হায়বদি লমচৎ-শাজৎ অমদি যুম্বাল-কৈবালগী মবমদা অকক্লবা থৌওং খরদ থায়নদগী অথিংবা থল্লকই। মদুদি লুখ্রা ওইবা য়াদে। য়েক্তা য়ুমপানবা ওইবা য়াদে। অদুগা নোংদমথীবা লাইবক ওইবদগী য়ুম্বাল ফমহোং তোয়খিবশিংশু য়াদে। মরমদি মাদি লাইথৌ অসিগী নুংগী ওইবা কাঙলোন্দা হকচাংনুংদা অমোৎপগী খুনাম লৈতবা অমদি য়াইফবী মীওইপোক অমগী মশক্তা খুঙ্গং অসিগী ওইনা চাদা-নাউদা ফজগে অমদি খুঞ্জাও-লৈচাউহনবিয়ু হায়না নিজরিবা অসিদা পুম্নমকপু পোকপিগদৌবিবা মমাগী মশক ওইবা লাইরেম্বীগী মশক ওইরিবনি। অদুনা লাইবক ফবী মমা অমা ওইবগী মশক লওদবা য়াদবা ব্রাখল্লোন্দগীনি। অদুনা মাদি হয়েংদি ইকৌবদা ঈশায়ফৃ পুগদবনি হায়বা পাউজেল হেক ফংবগা, লাইপুবদা

শেৎ ইনগদবা ফি বোল পুম্নমক নোংমা ৱাৎলিডৈদা শেংনা শুদোক চামথোক্কনি। অদুগা অহিং ফর্মদিন্নবশু যাদে। অশুম্না নোংঙাল্লবা মতমদা ইরু শান্দেংজবগা লাইগী ইকৌবা মতম অদু চানা নুঙাইবা ৱাখলগা লোযনা লাইবুং কাগনি। অশুম্না লাইবুং যৌববদা লাইগী খুভম হাযবদি ফম্বান্দা ফমদেংলিবা লাইগী শক্তম্ব খুকুম্লগা লাইশঙগী মাঙশোক ফম্বেদা অতৈ ফম্লিবশিংগা শম্নদনা ফমদুনা লৈগনি।

অদুগা অমনা অমুক অশুম্না মানা লাইবুং যৌবক্লুনা ফমখ্রবা মতমদা কবিগুম্বদা মযুমদা যুম্মাং কৈমাং থোক্লক্লবদি মাইবা, মাইবী পেনানচিংবা অতৈ থৌগল্লোর্যশিংনা তৌবগুম মযুম কুম্লুদ্রবাদ লাইগী থৌগন তৌবা কাযদে। অদুগা মানা নুঙাইত্রে থৌগন তৌবা লেপ্লগে হাযববদি মাগী মহুত্তা ওইবা যাবা নুপী অমা থিদুনা পুহনগদবনি। অদুগা মীশক অদুবু অমাইবনা নাহৈ নাশে, তৌদুনা হান্না কোকথোক চামথোকপিগনি। থৌওং অদম তৌবর্বদি নোংমা বাৎলিডৈদা তৌহৌগদবা থৌবাংব তৌহৌদবা অদু পৃমশেং শেংলে। অদুগা অমনা লাইগী থৌগল তৌবা হৌবক্লবা মতমদা থাগী হওনবী ওইনা মশা শেংলক্লবদি ইকৃম্বদা ওইববদি খুদক্তা লাইগী পোৎ পাযবম্বদু থাদোক্কনি। অদুগা তন্না অমুক অতোপ্পা থিদুনা শিনগনি। অদুবু হাযবিবা অসিনা মতাং যাম্না চামন্দ্রবদি হাযবদি হাগাবকপা ওইদুনা শিন্দোক শিজিন যাবগী মতাং নত্রবদি তুমন্না মীডোন্দা খঙহন্দনা হীবীচম্বা ফাওবা খাঙগনি। অশুম্না হীবীচম্বা লোইববা মতমদা মাইবাদা খঙহল্লগা মাইবনা অনাম অথৌকোকপা মতমদা মাগী মমিং যাওনা শোন্দুনা কোকথোকচামথোক্কনি। অশুম তৌববদি খুনগী অকাযবা লৈবোই। অদুবু খুনগী মীনা তাবদা চিংনবা ওইগদবনা চেকশিনগদবা ওই। অদুনা অরুবা ফিভম মযাম অসি লৈবনা হার্যাববা মীশক অসি থিবা মতমদা মাগী থাগী ওইবা মতম অদু মুন্না খঙনহৌগদবনি। অদুগা মতাং অসিদা লাইগী থৌগন তৌমিন্নবিবা অতৈ নুপী থৌগল্লোযশিংশু থৌওং অসিগা চপ মান্নবা মওং ওইগদবনি। অদুগা কবিগুম্বদা উমংলাই হবাউবগী ইকৌবা নুমিত্তা শোক্লুনা থমখিবা ঈশিং অদু কংখিদুনা মবক্তা ঈশিং হযগে হাযববদি চহী অদুমগী ওইনদি অতোপ্পা মীনা হয়বা যাদে মানা (ইশাযফূ পুখিবিদুনা) হয়গদবনি।

**নীপা থৌগ<u>ল্লোযশিং</u>না খঙগদবা:-**

নীপা ওইবা থৌগল্লোযশিংশু যুম্বাল-**কৈবাল** অর্মদি অমাং অশেংগী মবমদা মথক্কী (ইশাযফূ পুবী) অসিগা চপ মান্নগনি। অদুবু মাখোযগীদি হেনদোকপা

থৌওং অমানা চীঙ্গাক্কী মবমদদি থোইদোক্লা চেকশিনাগদবা ওই। মদুদি যু, গঙ্গা, কানিনচিংবা মযাইকাবা চাঙ্গাক চাবগা থৌগন যাওবা যাদে। খুদি থীবা, থেংজিন-তুশিনবা তৌদুনা থৌগল্লিবা লাইপোৎ-শেনপোৎশিং লৈবাক্তা তাহনবা যাদে। মবমদি কাবগুম্বা লাইগী পোৎনা লৈবাক্তা তাখ্রবদি তাবিবা মফম অদুমক্তা কোম মচা অমা তওবগা ঈশিং হয়দুনা ইকৌগদৌবিবনি। অসি তৌদ্রবদি লাইগী হকচাং কাযনবনা খুন্দা অবা অনা থোক্কদৌবিবনি। লোযননা লাইবু লৈতাহল্লিবা মীশক অদফন্তবা মহযফংগদৌবিবনি। অদুনা নযাইকাবা চাঙ্গাক চাবগা লাই পগবা যাদে।

## ইকৌবদা লাংদে পূং যৈবগী মরম:-

ইকৌবগী মতমদা লাংদে পূং হাযবা অসি যৈদবা যাদে। মবমদি উমংলাই হরাউবা হাযবা লাইথৌ অসিদি তাইবঙ পোকপগী থৌবাংনি। হাযবদি লাইথৌ অসিদি হকচাংগী কাযাৎ শাগৎলিবনি। মসিদা শক্লিবা ইশৈনা ঈগী ইচেনগী ইনাউখোংনা। শাবিবা জগোইনা নুংগী কাযাৎশিংনা সেঙ ওৎপগী মতৌনি পুংলোয়া মিহুন্নি। অদুনা মী হাযবা অসিনা হিংলিবা আস মিথন হাসবা ঈগী ঈচেলগী পুংলোল অসি কাযদনা যৈবদগী হিংবা হাযবদু ওই হাযবগী নুংগী বাখল্লোন্নি। অদুনা থবায অমা হেক ওইবকপদা মিহুন চনবা হাযবা অসি কাযবা যাবা নত্তে। অদুনা মীওইবগী হকচাংদা হুল্লিবা মিহুন অসিনা মবোল।খত্তং কাযবকপদা অনাবা হাযবদু ওইনিবনি। হাযবদি মতাং আসদা যৌবিবা পুংলোলগা শাক্লিবা ঈশৈ অমদি শাবিবা জগোইগা খুৎলোল খজিক্তা মান্নবক্তবদা শক্লিবা ঈশৈ অমদি শাবিবা জগোই অদু অসবা ওইবিবনি। অদুনা লাইথৌ অসিদদি 'লাংদে পূং' হাযবা অসি যৈদবা শুকযা যাদে। অদুনা পূং অসিগী মমিং অমদি মশক অসি তাইবঙ পোকপগা যাম্নমক মবী লৈনবা মশক্লি। 'থবাযবু লাংবন্নবা তেথববা' হাযবনি। তেথবা হাযবদি পূংগী পূংমাযদা খুৎনা যৈশিনবদা থোক্লিবা নুংশিবা মখোল অদুদগী থবায ওইবশিং পোকথবক্লে হাযবনি। হাযবদি পোকপবু 'তেবা' কৌই। মবম অসি ওইবনা পোকপা শিবগী থৌওংবু 'থবাযনা' তেথোক তেশিন তৌবা হাযনা খঙনবি। 'পূং' হাযবদি পোৎ অনিনা অমত্তা ওইনা পুনববু 'পুন' (পূং) হাযনা কৌই। মদুদি পোৎশক অসি (পূং) মখোল অন্দম্বা অমগা অযাংবা অমগনা পুল্লগা শেম্বা পোৎনি। অকম্বা মখোল থোকপা 'মক' হাযবা অমা, অদুগা অযাংবা মখোল থোকপা 'মনাউ' হাযবা অমা। হাযবিবা শকুক আনি অসিনা পবম নাইবা কাঙলোন্দা পুন্না যৈমিন্নবকপদা থোক্লকপা, তাবদা নুঙাইবা খোঙ্গেন্না পুক্নীংদা

ইথক হৌহনবা ঙম্মী। মশিবু থৱায শেম্না কৌই। অদুগা পূং অসিগী মশক অসি মমায পাকপা ওইগদবনি। মবমদি পলেমগী মশক্তি। অদুগা খুৎকী খুৎশানা পঙ্খৌগী মশক্তি। মসিবু 'লাইপূং' হায়নশু খঙনৈ। অদুনা তাইবঙ মীগী হকচাংদশু মফমসিবু 'লাই' কৌই। অদুনা লাইথৌ অসিদা পূং অসি যা ওদবা যাদে।

অশুম্না থৌবম অসিদা পূং অসিবু পাযবগা যর্যবিবা মীশক অসি 'লযকোযনিংথৌ' হাযবা লাই অদুগী মশক্তি। মিংগৌ অসিনা ওইবিবা নুংগী ওইবা বাখল্লোন্দি তাইবঙমীগী হকচাংনুংদা মক ওইবা শিংলী ১০৮গা লোযননা মশীং লাকঙমদ্রবা শিংলীশিংনা ফাদুনা লৈবিবনি। অসিগুম্বা শিংলীশিং অসিদা ঈগী ইচেন্না কোযনা চেন্দুনা লৈ। অশুম্না শিংলী পুম্নমক্তা কোযনা চেন্দুনা লৈ হাযবদগী লৈকোয নিংথৌনা লাংদেপূং যয হাযর্বনি।

অশুম্না থৌগল্লোয পুম্নমক থৌবাঙ লোইববাতুংদা মাইবনা লাই শেল্লুংবদগী ইকুম্নবা যাথং লওবগা মাইবীন শকশেম জগোই শাবা লোইবর্ন ইকুমগদবা লাইথৌবোয পুম্নমক পরেংশানা মথং মথং থোক্লক্তুনা অমাইবনা থাঙ ফানবর্গী মাঙদা চৎখত্তুনা নাইহৈফূ পাযবগা তাইবেল মনানা ঈশিং লুপ্তুনা লম্বীদা চাইদুনা চাইদুনা চৎকনি। অদুগা লাই শেল্লুংবা/লাইপু/পিবানা মাইবগী তুংদা কবোক অফাবনা লম্বীদা চাইদুনা চৎকনি। মসিবু লাইনিংথৌ-লাইবেম্বীনা লুপাগা থোং লাম্বা কৌই। অশুম্না লম্বীদা কবোক অফাবা চাইদুনা চৎপর্গী ৱাখল্লোন্দি লাইনিংথৌ-লাইবেম্বী অনীনা, কবোক্লা পোকপগুম চাবোক নাউযান ফনা খুঞ্জাও লৈচাউহনবিযু হাযবগী বাখল্লোন্নি। হাযবিবা থৌওং অসিদি পান্থোইবীনা লৃহোংবা মতমদগী হৌদোকখ্রবনি। অদুনা উমংলাই হবাউবা হাযবা লাইথৌ অসিদি লাইনিংথৌ লাইবেম্বী অনীবু তাল্লোয তুযিন তম্লা তেংনা যুমগাবগা খুজাও লৈচাউবক্কদৌবির্বনিনা থৌওং অসি তৌবিবনি। মসিদা নুংগী ওইবা বাখল্লোন্দা লুপাগী থোং লাম্বা হাযবদি তাইবং মব্দ ওইবিবা অঙৌবা ইচেন্না পা পী অনীগী ঈবেনপুংদা লাম্থোক লানশিন তৌববুনি। অশুম্না লাইবুংবু থৌগল্লোযশিংনা ও লক হন্না কোযবম্লগা ঈশিং মপান যৌনবা কুমথবগনি।

অশুম্না ইকৌফমদা যৌববদা থৌগল্লোয পুম্নমক তৌর্বান্দা লেপ্লগনি। অদুগা লাইনিংথৌ-লাইবেম্বী (হিগাউ) পুবা অনীনা মাইবীনা ইতাগদৌবিবা মফম অদু নক্লা চঙশিন্দুনা লেপকনি। অনীমক খোঙনেৎশেল ২/২গী মথক্তা লেপহল্লগনি। মসিদা শেল হাপ্লিবা লা মচেৎশিংদু লাইশঙ মনুংদা লৈবিঙৈদা তৌবগুম অউপ-অবোং কাযদনা থাগনি। অসিদগী ইকৌবা হৌনবগীদমক অমাইবনা

কোম্ভাবোল তৌদুনা 'ইবাইলেমা অর্মদি' ইথৈনিংথৌ' কৌবা লাই অনীদা লাৎকদৌবিবা লাই অনীগী থৱায পীর্নবিযু হাযনা কোন-যাই থাবগনি। কোনযাইথাবা হাযবা অসি অমাইবনা সনা অশেংবা মচেৎ ১, লুপ। অশেংবা মচেৎ ১গা যেৎথংবা খুবাক্তা হাপ্পগা লাইশোন তৌদুনা ঈশিংদা থাধববু কৌই। হার্যবিবা থৌওং অসিগী নুংগা ওইনা বাখল্লোল খঙনবা মখাদা শুগাইনা পল্লকখিগনি।

## কোম্ভোরোল লাইশোল:-

অমাইবগী যেৎথ না খবাক্তা সনা মচেৎ ১, লুপা মচেৎ ১, অনী অসি পুন্না হাপকনি। অনী অসি খুবাক্তা হাপ্পা মতমদা যেৎথংবা নাকন্দা লুপা অদুগা ওয থংবদনা সনা ওইগনি। অনী অসি মাযকৈ লান্নদনা হ প্লগা মখাগী নাবোল অসি হাযবগা ঈশিংদা থাধগনি।

লাইবোল:- "হৈ (মফমদুগী মামং)দি লম্যাংলও,
লমলেম্মাদ অনি থেকও, তুনেম্মাদি ৩ থোকও।
সেহাওবোর্লাদ ৫মক, লৈমুবোন্দি ৬মক, অপোক চনু
ইমুবোল লোললোল ৬মক,
ইভৌবোল লোললোল ৩মক
অপোক চনু খম্মোই যাংগোইবী তম্পাক লৈশুক-লেশোই যাম্না ও।
তাইবং অপোক-অশাৎপগা ডাইবোইনা
নখুন খুনপুক্লেল অচঙবগা, নশু হেবুংথৌ
নশু হেবেম্মা খৈবিকপু চাবোক কদার্শিং
নাউদা খোংফাং যাম্না, পুন্সি চাবিকুই, বাঙম
খোঙদোন শাং, হাইহৈ লৌহৈ, পুন্সি নুংশাংনা
পালহনাবযু হাযবর্গাদমক কোবৌ নোংলুপান
অভৌবনা মালেলযদা তাই, মালেম লযশা অডাংবনা
কোনও নেংদা তাইববনে হৈ' ফাবিও"।

হাযবিবা লাইশোল অসিদি লৈবাক অসিগী তোঙান তোঙানবা মফম কয়মকমগী ওইনা, মফমশিংদুগী মমিং হাযগদবনি হাযবগী চৎনবী অমসু মাঙলমচৎকী মাইচৌশিংনা শেম্বীবম্বগী বাফমশু লৈ।

## কোম্ভোরোলগী মাইকৈ তাকপা:-

লমদম অসিগী ওইনা লাইগী থৌবমদা কোম্ভা যাইথাবদা শোল্লিবা লাইবোল অসি মফম মফম অদুগী মতুং ইন্না লাইবোল খব খব মান্নবোই। অদুনা

লৈবাক অসিগী ওইনা "পানা" হাযনা মিং থোল্লগা মফমশিং খাযদোক্লুনা শেল্লকখিবা, হাযবদি (১) নহাকুপ, (২) অহল্লুপ (৩) খাবম, অমসুং (৪) লাইফম, অশুম্না শরুক ৪ (মারি) থোক্লা খাযদোকখি। অসিদগী অমুকশু 'লৈকাই' হাযদুনা ইম্ফালগী লমদমদ অপীকপা শরুক ৪ (মরি) অমসুং অমুক খাযদোক্লুনা থম্মী। মদুদি (১) খুবায, (২) বাংখৈ, (৩) খ্বাই, অমসুং (৪) যাইস্কুল হাযনা। অদুগা খাযদোক্লিবা মফমশিংসিদা অমুকশু লমখৈ মচা মচাশিং অমুক খাযদোকই। মদুদি থবৈ, লেইস্লে, বাযবং, থোংনাং, শেল্লোই, লংমাই হাযবনাচংবা। অশুম্না খাযদোকলিবা চাং অমসুং তমগী ওইবা মফমশিং অদু খঙনবা শুগাযনা ইগে। মদুব "কোন্থাবোল" কৌবা পুযাগী মনুংদা অশুম্না পল্লি। কোন্থাবোলগী মাযকৈ খঙনবা হাযগে ইম্ফালগী মখৈবু কংলৈ। অবাং মাইকৈদা 'থাঙবায'। বাংখৈ বাক্রু মপন্থোঙগা মমাঙ মখৈ বাযবং। নোংমাইজিংগী বাংমা মখৈ 'শেল্লোই'। নিঙোম্থমদগা হিযাংথাং, হৈযেন, কযবক, বাবগাও থ " " 'লাংলোই'। চৈ নগৈদগী নম্বোল লৈস্রাম, মোইদাংপোক, পাংশোয, তাউবুংখাক, লমশাং ফাওবদা "লম্লোই"। ওযনামদগী লোকপ্চীং, লমলাংদো ফাওবদা 'খুবেই'। নিংথৌখোংদগী মোইবাং ফাওবদা "ঙাঙোই"। তুবেল বাংমদা "কেগে"। লম্লোঙদগী থৌবাল ফাওনা "লাল্লোই"। অবোং যৌবাকচাউদগা শুগ্ন ফাওনা 'থবৈ'। শুগ্নগী মখা মখৈনা 'লেইস্লে'। লমদেং, কমেং, লোইতাং, খোযবাখুন, চিবাং, কাউত্রুক, কদাংপন পনখা, লম্বাল, মযাং লাংজিং, ঙাবিযামবম, অখাম, অবাং শেকমাই, কংলাতোংবি ফাওববু "লোলোই" হাযগনি। অশুম্না খাযদোকলিবা চাং অমসুং তমগী ওইবা মফমশিং অদু খঙনবা শুগাযনা ইগে।

### পানা ৪মক্তা যাওবা তম্পাক্কী লমশিং:-

(ক) **লাইফম পানা:-**

| | |
|---|---|
| ১) পুখাউ নহাকুপ। | ২) পুখাউ অহল্লুপ। |
| ৩) পুখাউ খাবম। | ৪) পুখাউ লাইফম। |
| ৫) শগোলমাঙ। | ৬) খেব্রা কোমপানি। |
| ৭) যুম্নামপাংলৌ। | ৮) উযুমপোক। |
| ৯) লম্বোইখুল। | ১০) তবে খুল। |
| ১১) কৈবি খুল্লেল। | ১২) কৈবি কুমুদা। |

১৩) কৌবি লৈশাংখোং।
১৪) কৈবি হৈকক মপাল।
১৫) সিনাম।
১৬) যুম্নাম খুনৌ।
১৭) ব্রাইতোন।
১৮) শম্বে।
১৯) চিংখু।
২০) খুন্দ্রকপম।
২১) তাংখম।
২২) হবাউবৌ।
২৩) ঙাইবাংবম।
২৪) মোবোক ইংখোল।
২৫) শবৌথেল।
২৬) তাউবেম।
২৭) পাংগৈ।
২৮) থাংজম খুনৌ।
২৯) শেক্তা।
৩০) পুংদোংবম।
৩১) ইতম।
৩২) ইয়ামপাল।
৩৩) কংলাশিফাই।
৩৪) পৌবাবি।
৩৫) নুংগোই।
৩৬) খাবৈশোয।
৩৭) অঙোম লবাই।
৩৮) শংগোম শঙ।
৩৯) ফক্কুং।
৪০) চোনথাবা।
৪১) শাজেপ।
৪২) শনজেনবম।
৪৩) শঙশাবী।
৪৪) শলাখুল।
৪৫) তখেল।
৪৬) খবাশোম।
৪৭) কাংবা চীংজিল।
৪৮) কমেং।
৪৯) তেল্লৌ।
৫০) লাইকোৎ।
৫১) নোংগ্রেন।
৫২) ককচিং।
৫৩) নোংদম।
৫৪) ওকশু।
৫৫) হৈবোক।
৫৬) কবো শিফাই।
৫৭) নিল্লকুথি।
৫৮) কোইবেংগৈ।
৫৯) মাইবখুল।
৬০) মোংজম।
৬১) অচানবীগৈ।
৬২) অশৈ লোকেল।
৬৩) মতাই।
৬৪) কোনথা খাবম।
৬৫) হৈঙাং।
৬৬) কাইবং মৈতৈ।
৬৭) খোমিদোক।
৬৮) খুবাইকোনশম লৈকাই।
৬৯) লাইবিকযেংবম লৈকাই।
৭০) কোন্থা অহল্লুপ।
৭১) লমলোঙগৈ।
৭২) লাইফম শিফায।

৭৩) খুবায শাজোব লৈকাই। ৭৪) থাংজম লৈকাই।
৭৫) লাইশ্রম লৈকাই। ৭৬) মোইবাং কমপু।
৭৭) তোপদ্‌শাবা (নোংচুপ)। ৭৮) তোপদুশাবা (নোংপোক)।
৭৯) লাইঙমপাৎ। ৮০) নিংথৌনুং।
৮১) চিংগাংবম লৈকাই। ৮২) কোংখাম লৈকাই।
৮৩) খাইদেম লৈকাই। ৮৪) খুবাই খোংনাংখোঙ।
৮৫) খোঁত্রি বেংগুন।

(খ) **খাবম পানা:-**

৮৬) ব্রাখা। ৮৭) মখাপাৎ।
৮৮) নহাকুপ। ৮৯) খোঁত্রগাউ।
৯০) তোপ নাউবিযা। ৯১) কোংবা নোংথোনবম লৈকাই
৯২) গংগাপাৎ। ৯৩) কৈখু।
৯৪) থাঙব্রিজৌ। ৯৫) উচেককোল।
৯৬) নান্দেবম লৈকাই। ৯৭) বাংখৈ লৌমানবী।
৯৮) কিন্না পন্নুং। ৯৯) থোংজু।
১০০) কিযামগৈ। ১০১) বাশিখোং।
১০২) লৌমানবী। ১০৩) উচেক্কোন খুনৌ।
১০৪) তাখোক অবাং। ১০৫) তাখোক মখা।
১০৬) ব'মোন কমপু। ১০৭) মচাহল।
১০৮) কালিকা। ১০৯) লৈতন্পী।
১১০) কৈবাউমার্ক্কিং। ১১১) উকপ।
১১২) আবাপর্তি। ১১৩) কৈবাউ-বিত্রা।
১১৪) কৈবাউ লংদম। ১১৫) খন্নবোক।
১১৬) কৈবাউ ব্র'ংখেম। ১১৭) থিযাম কোঞ্জিল।
১১৮) চনম শন্নবোক। ১১৯) ব্রাযথৌ চিক।
১২০) হুইকপ। ১২১) অংথা।
১২২) তুলিহল। ১২৩) পোইবৌ খোংজিল।
১২৪) তোপাচিংথ। ১২৫) যামবেম।
১২৬) কামু। ১২৭) অন্দ্রো।

১২৮) মোইবাং পুবেল।
১২৯) হথম।
১৩০) মোম্বৌ।
১৩১) নুংব্রং।
১৩২) থৌবাল খুনৌ।
১৩৩) নেপ্রাকম্পনি।
১৩৪) চবাংপাৎ মাক্লুং।।
১৩৫) বেংগী।
১৩৬) ইচমখুনৌ।
১৩৭) খাঙবোক।
১৩৮) বাংজিং।
১৩৯) লাংঙথেল।
১৪০) ফানজংখোং।
১৪১) চন্দ্রখোং।
১৪২) নিঙেল।
১৪৩) লৈবোংথেল।
১৪৪) ককমযাই।
১৪৫) লৌবেম্বম।
১৪৬) লাংমৈথেৎ।
১৪৭) চবাংপাৎ।
১৪৮) ব্রাংখেম।
১৪৯) পেচি।
১৫০) খোইবোম।
১৫১) ইঙৌবোক।
১৫২) থোকচোম।
১৫৩) বাংবর্লী।
১৫৪) উযাল।
১৫৫) কাইবেম্বীখোক।
১৫৬) শলুংফম থোকচাউ।
১৫৭) শলুংফম যাম্বেম।
১৫৮) বাংজিং হৈতুপপোকপা।
১৫৯) হৈবোক 1।
১৬০) হৈবোক 11।
১৬১) চিংদোম্পোক।
১৬২) নোংপোক শেকমাই।।
১৬৩) উখোংশাং।
১৬৪) লাংথবাল খুনৌ।

(গ) **নহারুপ পানা:-**

১৬৫) লৈঙাং পোকপী।
১৬৬) মোইদাংপোক খুল্লেন
১৬৭) মোইদাংপোক খুনৌ।
১৬৮) মাইশ্নাম কাংমোং।
১৬৯) অব্রাংজিবি
১৭০) হৈক্রুজম।
১৭১) শজিবোক।
১৭২) খাইদেম
১৭৩) খুমবোং।
১৭৪) ঙাইবাংবম।
১৭৫) মাক্লুং।
১৭৬) লুকেব।
১৭৭) অব্রাংখুনৌ।
১৭৮) লানশোম্বি।
১৭৯) কোনথৌজম।
১৮০) তোপখাবি।
১৮১) থাঙতেক।
১৮২) যাবৌবমদিযাব।

১৮৩) যাবৌ মৈত্রম।
১৮৪) যুবেন্বম।
১৮৫) শলাম কৈখু।
১৮৬) পাৎশোয।
১৮৭) লাংজিং অচৌব।
১৮৮) লাংজিং।
১৮৯) তাউবুংখোক।
১৯০) চাঙাংগৈ।
১৯১) ঘাড।
১৯২) শঙাইপ্রৌ।
১৯৩) ম'লোম তুলিহল।
১৯৪) মালেম তলিযাযমা।
১৯৫) মৈত্রম।
১৯৬) নিঙোম্বম।
১৯৭) কোদোম পোকপী
১৯৮) লাইবেঞ্জম।
১৯৯) বাকচিং খুল্লেল।
২০০) ইবোম মৈঙ্গ্রাও।
২০১) হিযাংথাং।
২০২) লাংথবাল (লেপ)।
২০৩) লাংথবাল ফুবামখোঙ।
২০৪) মোংশাংগৈ।
২০৫) ওযনাম লৈকাই।
২০৬) নাউরেম লৈকাই।
২০৭) লাইফ্রাকপম লৈকাই।
২০৮) লাংথবাল মপিংখোং।
২০৯) লাংথবাল কুঞ্জ।
২১০) নাবল কোংঞ্জিল।
২১১) তখেল্লম্বম কোঞ্জিল।
২১২) বিত্রা উবোকখোং।
২১৩) চোংথামকোনা।
২১৪) উচিবা।
২১৫) হৈযেল।
২১৬) হংগুল।
২১৭) থোঙাম।
২১৮) ফৌবাক চাউ।
২১৯) কোল্লাখোং।
২২০) লফুপাৎতেবা।
২২১) শামুশঙ।
২২২) পাপাল।
২২৩) তেন্থা।
২২৪) লমদিং।
২২৫) শাপম।
২২৬) তেকচম।
২২৭) খোংজোম।
২২৮) চিংথাম।
২২৯) ইবেংবন।
২৩০) কৈবক।
২৩১) বাবগাই।
২৩২) হিযাংলম।
২৩৩) হিযাংলমতু।
২৩৪) মযেং লমজাও।
২৩৫) লাইমনাই।
২৩৬) লাংমৈদোং।
২৩৭) পল্লেল।
২৩৮) লফুপাৎ।
২৩৯) থৌনাউজম।
২৪০) যেল্লাংখাংপোকপি।
২৪১) খোংজাও।
২৪২) ব্রাইখোং লাইমনাই।

২৪৩) ৱাইখোংনিংথৌমনাই।
২৪৫) অবোংনোংমাইখোং।
২৪৭) চাইবেল।
২৪৯) নুঙু ৱাপোকপি।
২৫০) শেবৌ।
২৫২) ককযাইলাংপোক।
২৫৪) লৌবেম্বম।
২৫৬) লৈমাপোকপম।
২৫৮) শদু কোইবেং।
২৬০) নামোইখুল।
২৬২) যুন্নাম খুনৌ।
২৬৪) ঙাইখোং খুনৌ।
২৬৬) ঙাইংখো খুল্লেল।
২৬৮) খোইজুমাল খুল্লেল।
২৭০) নাচৌ।
২৭২) নিংথৌখোং অৱাং।
২৭৪) থিনুংগৈ।
২৭৬) শুনুশিফাই।
২৭৮) খোইবেন্তাক।
২৮০) ঙাংখালৱায।
২৮২) খা থিনুংগৈ।
২৮৪) কবাং।
২৮৬) থাঙ্গা।
২৮৮) শগাং।
২৯০) তোর্বুং।
২৯২) ৱাংঙু অহল্লুপ।
২৯৪) তাংজেং।
২৯৬) খোর্দাক।
২৯৮) মাইবম কোঞ্জিন।
৩০০) থৌদাম।

২৪৪) থোঙাম।
২৪৬) ৱাঙু।
২৪৮) নুঙু।
২৫০) তাংজেং।
২৫১) উৎলৌ।
২৫৩) থিযাম।
২৫৫) পুখ্রম্বম।
২৫৭) ইশোক।
২৫৯) লৈমবাম।
২৬১) ইবেংবম।
২৬৩) কৈনৌ।
২৬৫) তেংখল খুনৌ।
২৬৭) তৌবুল।
২৬৯) খোইজুমাল খুনৌ।
২৭১) পোৎশঙবম।
২৭৩) নিংথৌখোং খা।
২৭৫) ফুবালা।
২৭৭) নাবালশৈনা।
২৭৯) থম্নাপোকপী।
২৮১) ক্লাক্তা।
২৮৩) শাইতোন।
২৮৫) ইথিং।
২৮৭) কুম্বী।
২৮৯) ৱাঙু কৈবাপ।
২৯১) ইথাই।
২৯৩) চাইবেল।
২৯৫) নোংমাইখোং।
২৯৭) উচিৱা।
২৯৯) ইবোঙ থোকচোম।
৩০১) লেশাংথেম।

৩০২) হৈযেল।
৩০৩) হংগুল।
৩০৪) খেকমন।
৩০৫) ওইনাম।
৩০৬) লাইথ্রাকপম।
৩০৭) হাওবৈবী।
৩০৮) 'লল্লোং।
৩০৯) তাকএন মপাল।
৩১০) শগোলবন 1।
৩১১) হৈনৌ খোঙনেম্বী।
৩১২) মাইবম লৈকাই।
৩১৩) অহোংশাংবম লৈকাই
৩১৪) শবোকখাইবম লৈকাই।
৩১৫) ওয়নাম থিঙেল।

## (ঘ) অহল্লুপপনা:-

৩১৬) লল্লাম্বুং 1।
৩১৭) মৈতৈ লাংগোল।
৩১৮) ইবোইশেলবা।
৩১৯) কুবাউপোকপি।
৩২০) হৈনৌপোক।
৩২১) তোকপা খুল।
৩২২) কৈথেলমাম্বী।
৩২৩) কাংপোকপী।
৩২৪) শেকমাই 1।
৩২৫) কান্তো।
৩২৬) খুবখুল।
৩২৭) মহাবাবী।
৩২৮) মান্দোপ যুমফম।
৩২৯) অৱাং লৈকিন্থবী।
৩৩০) তিংগ্রা।
৩৩১) পোৎশঙবম খোইক।
৩৩২) তেন্দোংযাল।
৩৩৩) কোনশাখুল।
৩৩৪) শেঞ্জম খুনৌ।
৩৩৫) লোইতাং খুনৌ।
৩৩৬) লোইতাং লৈকিন্থবী।
৩৩৭) ফৈদিংগা।
৩৩৮) খোঙহামপাৎ।
৩৩৯) লোইতাং খুল্লেল।
৩৪০) লোইতাং শন্দুম।
৩৪১) মন্ত্রি লৈকাই।
৩৪২) খাম্রল।
৩৪৩) ফুল্লৌ।
৩৪৪) কমেং।
৩৪৫) কৌক্রুক।
৩৪৬) লাইবেল শজিক।
৩৪৭) কদাংবন।
৩৪৮) লমলোঙগৈ।
৩৪৯) ময়াং লাংজিং।
৩৫০) কাংচুপ।
৩৫১) খা-লাইবেলকাবী।
৩৫২) অবাং লাইবেলকাবী।
৩৫৩) লম্বাল।
৩৫৪) উবিপোক/থাংমৈবন/ চীংমৈবোং
৩৫৫) লমশাং 1।
৩৫৬) অখাম।
৩৫৭) ঙাবিযাম্বম।

৩৫৮) হৈবোংপোকপী। ৩৫৯) শনজেনবম।
৩৬০) ফযেং। ৩৬১) তাইবেলপোকপী।
৩৬২) কংদাবী। ৩৬৩) অতোম খুমন।
৩৬৪) হাওবং কৈবেল। ৩৬৫) হাওবং শাবল।
৩৬৬) কিযাম। ৩৬৭) থাউবোইজম।

# চীংগীলম

(ক) **অহল্লুপপনা (সদবহিল বেষ্ট)**

১) বোল্লেল। ২) খোমুনোন।
৩) গেলজাং। ৪) শোংজাং পাকাং।
৫) কোৎলেন। ৬) মাইলস আই,টি,বোদ।
৭) হোলজাং। ৮) শোংপিজাং।
৯) খোল্লেল। ১০) পাউদেলবস্তি।
১১) শেলাস। ১২) শোংজাং ফাইলেল।
১৩) থোংলাং অকুৎপা। ১৪) থোংলাং অতোঙবা।
১৫) ঝিল। ১৬) খার্পানি।
১৭) মকুই অশাং। ১৮) মাওকোৎ।
১৯) গেলেন। ২০) বাইচোং।
২১) জৌপী। ২২) গেলবুং।
২৩) দহাল থাবি। ২৪) হাকপ।
২৫) নাইবেৎ। ২৬) গোর্খাহাকপ।
২৭) তিমসিনা। ২৮) মকুই মযাংখাঙ।
২৯) গোবাজাং। ৩০) সান্তিং (নোংচুপ)।
৩১) চালৱা। ৩২) ফোইকোল।
৩৩) থাবদাবা। ৩৪) হাকপ।
৩৫) ধোবি ঘবি। ৩৬) চুচেখুপ।
৩৭) তাহাববস্তি। ৩৮) লমচোক।
৩৯) স্কুলপাবগান্দা। ৪০) মাউহিং নেপালি।
৪১) ঘিমি থাবি। ৪২) চালজাং।
৪৩) লালোই। ৪৪) মকুই।

৪৫) কোলঘাবি।
৪৬) থুলোচোব।
৪৭) বিযাব তাহাব।
৪৮) মানেদ্রা।
৪৯) হাকুপ খোপি।
৫০) মাওহিং।
৫১) হাইজ্বাল।
৫২) বিলৈজাং
৫৩) তাপোন
৫৪) গোর্খা তাপোন।
৫৫) নুনপানি।
৫৬) কাইলেলজাং।
৫৭) লাইকোৎ।
৫৮) লংকা।
৫৯) কৈথেলমালবী।
৬০) নাথেলজাং।
৬১) সতিখোলা।
৬২) সান্তোলাবাবি।
৬৩) খাবখাবি।
৬৪) পানিখোতি।
৬৫) হাস পুখ্রি।
৬৬) বাজাঘবা।
৬৭) তোবিবাবি।
৬৮) শোংতুন (J)।
৬৯) শোংপেকজাং।
৭০) শোংপেকজাং নেপালি
৭১) তাফৌ।
৭২) মবামৈ।
৭৩) হেংবুং।
৭৪) মযাংখুনৌ।
৭৫) মযাংখাং।
৭৬) নিংথৌফম।
৭৭) খুল্লেল।
৭৮) চণ্ডৌবুং।
৭৯) চিংলৌবুং।
৮০) শাইকোৎজাং।
৮১) তোকপা।
৮২) জাংনোম।
৮৩) মহাবাবি।
৮৪) ব্রাশাংপুং।
৮৫) চন্দ্রমান।
৮৬) মকুলি।
৮৭) খাবখোলা।
৮৮) থানাম্বা।
৮৯) হাইপি।
৯০) লুংফৌ।
৯১) লুংফৌনেপালি।
৯২) চণ্ডৌবুং।
৯৩) চণ্ডৌবুং।
৯৪) খোলজাং।
৯৫) অমেলাদাবা।
৯৬) পবশাইন।
৯৭) কোংপাউ।
৯৮) তুমনৌপোকপী।
৯৯) তুমুযোন খুনৌ।
১০০) দাইলি।
১০১) কাংপোকপী।
১০২) হাইজাং।
১০৩) অপ্পব কালাপহাব।
১০৪) মহিকা।

১০৫) গোপিবুং খোংজাই।
১০৬) গোপিবুং নেপালি।
১০৭) লিয়াই কালাপহার।
১০৮) মনিদারা।
১০৯) চান্দমাবি।
১১০) তোকপা নেপালি।
১১১) তুজাং I।
১১২) তুজাং II।
১১৩) পাসপাতি।
১১৪) জাংমোল।
১১৫) মোলশাং।
১১৬) লব্রর কলাপহাব।
১১৭) শোংতুন।
১১৮) ফোইবুং।
১১৯) মোলনোম।
১২০) বোলশাং।
১২১) কৈথেলমানবী

**(গামনোম - সপরমৈনা**

......................

......................

......................

......................

## (সাইটু গমফাজোল)

১২২) হাইজোল।
১২৩) বেলৈজাং।
১২৪) ফাইলেলকোৎ।
১২৫) থোমজাং।
১২৬) গামঙাই।
১২৭) সাইতু।
১২৮) শিলেল।
১২৯) খোলেপ।
১৩০) বোংজোল।
১৩১) শিংহোল।
১৩২) কোলপেচাং।
১৩৩) কোলপেচাং নেপালি।
১৩৪) শোংপি।
১৩৫) চজাং।
১৩৬) শোংলুং।
১৩৭) গেলবুং।
১৩৮) জৌজাং।
১৩৯) থাংবু।
১৪০) কৌব্রু লাইখা।
১৪১) খোমুনোম।
১৪২) তুইপাজাং।
১৪৩) ফোইবী।
১৪৪) মোৎজাং।
১৪৫) বুনিং।
১৪৬) শিপিজাং।
১৪৭) খোখেং।
১৪৮) বুনিং।
১৪৯) সপরমৈনা।

লোইদাম থামায চাউজিন্নবা,
ইবেং মাল্লে কোনশিন্নবা মিকৌবদি,
থাঙতেক খোইযাংবা লাইনা থুঙামদে।
লাইবেল নঙবু সনা লেংজাউ (দুলাই) থক্তা
কবিগী লকত্রোই নোংথোইবগো লাকশিকও।
শাবেল যেৎনা লাম, খুৎপী কৌবোঙ শু, খুজেংহংজিলাক,
খুযা যেৎ-ওয থুম্না সনা লমওকফমদা,
সনা নমিবেল মিবেল থৌযাংববু তিল্লবেল্লে।।১০।।

লোইনাই নপাবি লীক্লাই মৈদেংথৌনা,
লাংগোই শাযাঙথক্তা,
সনাখোকখৈ মবোল যাম্বশিংনা,
লাইবেল ইপা মৈদেংঙু পাখং মাম্বা ইশমচিন,
খোইনৌ ইবাংমৈ লাংজেং চাবা ইরুথেৎ চা ও।
মাল্লেম মনালোযনা মিকৌবদি,
ব্রাযবা শানাঙম, হুবেল্লান্না ঙমমে হাযবগীবু মিকৌদে।।১১।

মর্যবী শল্লম ওই, উবেপ চাবা ওইনবা,
কোবও খোংজোম্নবীদুগুম্ববু,
কুমজা পালহৌনবা, তোংজেং কাইনৌদুগুম্ববু
থাজ ওঙহৌনববু মিকৌবদি,
বাবা মার্নাতিং লওবা শিলহৈলাং,
উকাক খুনাল লাং, শাংদিং নমিলাংনা থুঙামদে।।১২।।

লাইবেল ইপা-মৈদেংঙু নঙবু,
লাংগোই শাযাঙথক্তা কবিগী,
লাকত্রোই নোংথোইবগো লাকশিকও।
খুযা যেৎ-ওয থুম্না, সনা লমওকফমদা
সনা নমিবেল মিবেল থৌযাংববু তিল্লবেল্লে।
নমোম তমফা ব্রাংঙল্লোল চীংলাই লৈমা,
সনা কোনখাং মবোল যাম্বীশিংনা

লাইবেল ইপা মৈদেংঙু
কোবও শোযনদা, ৱাংবল হেন্নদবা নঙবু
খুম্নাউ হেশোল্লে, যেন্নাউ নাহে এ হাযবগীবু মিকৌদে।।১৩।।

থৌদুদুগুম্ববু লেপ্না যুং,
চেঙজাদুগুম্ববু লেপ্না খিন্নববু মিকৌবদি
মোংবা তোংখল্লাং, বাচেৎ খাযজা লাং,
লাংগো পৌনম লাংনা থুঙমদে।
লাইবেল ইপা মৈদেংঙু নঙবু,
লাংগোই শাযাঙথক্তা,
কবিগী লাক্লোই নোংথোইবগো, লাকশিক ও।
শাবেল যেৎনা লাম খুযা যেৎ-ওয থুম্না,
সনা লমওকফমদা
সনা নমিবেল মিবেল থৌযাংববু তিল্লবেল্লে।।১৪।।

যোইবু যোইহৈ খুল্লেম্বী, চেংলৌ শামন লাথেনবী,
খোংফাং চাম্মনা যোইথোন্নবি,
লুপা কোনখাং মবোল যাম্বীশিংনা,
লাইবেল কোবও ইনোংথৌ, লীক্লাই তাইবং শোবাবেল,
চিংঙু ইবলবা নঙগীদমকপু, মোংবা তাজিনহন্দা
থাপ্লৌ মবিল শত্তনা,
তবেঙ খোংফাং নামুংনা,
মাল্লেম মনা লোযনা মিকৌবদি,
অৱাংদা কৌবা কৌনু যৌকই এ মিকৌদে।
খাদা থবৈ কুমলুই এ, লেম্লৈ তাকই এ মিকৌদে।।

পীশোন-পাশোন এ মিকৌদে।।১৫।।
নুমিৎ নশোংচাউ, থাবা নঙান নাই,
কুমজা তেকহৌনা, থাজা নৌহৌনববু মিকৌবদি,
নোংযাই নৌখাম্বা লীবৌলাং, ওকশোং পুমথাংলাং,
শংগাই তোৎনৌলাং, লিবেল তাংমালাং,
নাবক শোনশিল লাং, লাফুৎ ফমচিংলাং,

নাবা কোংগোই লাংনা থুঙামদে।
লাইবেল নঙবু লাঙ্গোই শাযাঙথক্তা
কবিগী লাক্লোই নোংথোইবগো, লাকশিক ও।।১৬।।

শাবেল যেৎনা লাম, খুৎপী কৌবোংশু,
খুজেং হংজিবায, খুযা যেৎ ওয থুম্লা,
সনা লম ওকফমদা, লাইবেল সনার্নমিবেল,
মিবেল থৌযাংববু তিল্লবেল্লে।
অবোইনোংনে, লোইনাইনোংনে,
লোইনাই সনা মিকোল্লো নে।
হে কোল্লৌবেল্লে।।১৭।।

([illegible] ক্লকফম অ[illegible] পুয়া[illegible])

অশুম্না লমওক ইশৈশিং শকপা লোইববদি থৌগল্লোয পুম্নমক ফৌদাং থল্লিবা অদু যৌদ্রিঙৈদা চরু অকংবা খবনা ময থাদুনা থমগনি। মৈ অদুবু লাইথৌবোর্যাশিংনা মথং মথং কান্দুনা চঙলক্কনি। মসিবু 'ময ওকপা হাযনা কৌই। মসিগী মবমদি ঈশিংদগী লাই কাবকপদা যত্তবা লাইমাং তুমাংশিং ইল্লকপদ্ মৈ অসি হেক উবদা হনখিগদৌবিবনি। হাযবিবা অসিগী মতৌনি খুন-নাই অসিগী থ জনবাদা লংফৈ চংলুবা হল্লকপা অমদি অতোপ্পা লম অমদা অনা-অযেক লাইযেংবা চংলুবা হল্লকপদা মং ওকথোক্লবিবসি। অশুম্না মথ কাল্লগা চঙশিল্লকপনা ফৌদাং থল্লিবা অদু বাখন্ন খুকম্লমগনি।

## "ফৌদাংগী নুংগী ব্রাখল্লোন":-

মসিগা মবমদি ফৌদাং হাযবিবা লাইপোৎ অসিদি তেংবানবগী মপু মানা শেমজবকপা "ফজবনা মউ লিংবা" কোবও মালেমগী মওং শেল্লিবনি। হার্যাববা পোৎশক অসি খুন নাই অসিগী অফ-নুঙাইগী লাইথৌদা মপুং ওইনা যাওনবিবা নশকনি। মসিবু পাউবৌ অমদা "ফৌশঙবায অচোম্বা. ঙাবা পবেং অচম্ব , নুমিৎ থান খোকপমুক ফজৈ" হাযনা পাউবৌর্নাবিবনি। অদুনা লাইপোৎ অসিদা যাওববা পোৎচাকশিংসি নুংগী ব্রাখল্লোল চেম্বা মতৌনি। মদুদি ফৌ যাওবিবা অসি ফজবা পুম্নমক্কা মউ ওইবিবনি হার্যাবিবনি। হাযবদি 'ফৌ' হাযবা মিংথোন অসি 'ফজবগী মউ' ফ-উ ফৌ কৌবিবনি। অদুগা থুম মপাক ২না নুমিৎ থাগী বাখল্লোল ওইনা। নুমিৎ থানা থোক্লিবা মখৈ অফ নুঙাই ওইহনবিযু হার্যবিবনি। ঙাবি পবেংদা ঙা ৭ লেংলিবনা নুমিৎ চযোন ৭তা হন্না হন্না শিববশু হন্না হন্না পোক্লুনা তাইবং লমদাং মুৎহনবিগনু হার্যবিবনি। অদুনা ঙা অসিবগী পবেংগা অহিংবগী থবায ওইবিবা ফৌগা শম্নহল্লিবনি। পান্নাউ শিংনাউ হাপ্লিবনা চাদা-নাউদা ফনা খুঞ্জাও লৈচাউহনবিযু হাযবিবনি। যেকুম ২না (ঙানুমকম) কুরু লৈমবেল অনিনা ফজবা পুম্নমক অসিগী মপুনি হাযবা ব্রাখল্লোন্নি। হাযবদি লাই অনিনা মকম ওইনা শাযোল্লগা পুম্নমক অসি পোকপিবকপনি হার্যবিবনি। শেল অনীনা লাইগী খুদা শেল্লিবনি। অদুনা শেল ২ অসি যেকমগী মপা মপাদা ফৈনা থমগদবনি। অদুগা থুমোকশু 'লাইতং' হাযবা মখল অদুনা ওইগদবনি। মবমদি থুম্মোকশিগী মমিংবু 'লাইতোং' = 'লাইতং' (লাই অনীনা তোংবা) কৌবিবসি থৌওং অসিগী মবীদগী কৌবক্লিবনি। অদুগা ফৌথাং = ফৌদাং কৌবিবনা লাইগী লাইমাংদা থাংদোক্লুনা থম্মী হাযবদগী কৌবিবনি। অদুনা মসিদি কাম্বা যাদে, অফ-নুঙাই ওইহনবিযু হাযনা থৌজাল নিদুনা খুকমগদবনি।

অশুম্না ফৌদাং খুকুম্লম্লগা চঙলকপনা খোঙগাল ওইনবা থম্লিবা ঙম্ম অদু অমুক কানগনি। হার্যাববা ঙা অসি মশীংদা চঙ তাহনগদবনি। মদুদি ৩/৫/৭ ওইবা যাই। ৩দগীদি তাবা যাদে। মসিগী মবম্না ইকুম্বা চৎপদা লাই ফত্তবনা খুবৌ চেলহন্দুনা অনা অযেক থোকহনবা তাববশু ঙম্ম অসিনা উশিল ওইনা পুহনখিগদৌবিবনি। অদুনা ঙাশিংসি মথৌ লোইববা মতমদা ঈশিংদা থাদোকাখিগদবনি। লৌশিন্দুনা চাকুবা যাদে। অশুম্না মথং মথং চঙশিল্লকপনা লাইশঙগী দাবি মপাল যৌশিল্লক্রবদি ইকৌফৃদগী হীবী মচীন অদু অমাইবনা লাইনিংথৌগী অদুগা অমাইবীনা লাইবেম্বী লৌথোক্লগা. লাইনিংথৌগী শু অমাইবনা লীতোল পাযবগা নিপা ৫না খুৎ উপ্না পাযগনি। অদুগা লাইবেম্বীগী শু মাইবীনা লীতোল থংলগা নুপী ৫না খুৎ লোংনা পাযগান। অদুগা অমাইবনা ঈগাবোল ইশৈ অদু ৩লক লাউগনি। মসিবু হীবী ফানবা কৌই। মযামশু ঙশাইগী অদুম্না খুমগনি। (হার্যাববা মতাং অসি হৌজিক্কী অনৌবা মওং অসিগদি থৌওং মান্নদ্রে। মদুদি হৌজিক্কী মওংদি লৈযোম পুল্লিবা হীবী অসি ইকৌফাশংদ হার্পাচিল্লগা, ঈশাযফৃপুবীগা শম্নদনা কাবকপনা লাইমাং যৌদনা হীবী চল্লমদাইদা লৌথোক্লগা, ঈশাযফৃদা লৈযোম হার্পাচিল্লগা হীবী ফান্বা ওইনা তৌবে। অদুগা হীবী ফানবগী হিবাউবোলশু মান্নদে। মদুদি হৌজিক্লা মখাগী অশুম্না হাযবে "ও৷ ওঃ ওলে ওঃ। এঃএঃ ওলেওঃ" অশুম্না চৎনবে)।

অশুম্না অহাম্বা লাউবা লেইবকপদা থৌগল্লোযশিংনা লাইবোমদা থংলিবা খোংনা খোঙফম ১তপ্না ফুক্কুনা থাংগনি। অনিবক লাউবা লোইবদা অমুক থাংগনি। ৩লক শুবদগীদি ফম্বাল যৌনবা তপ্না চঙশিন্দুনা হীবী মচানশিংনা লাইগা খোযদৌদা শোক্লগা থবায হাপ্না লাইশোন্না ৩লক শোন্দুনা হীবীচনগনি। লাইশোন্দি "হী ৩, হো ৩, ও ৩" লাইমিং ৩ অসিদি ময, ঈশিং, নুংশিংকী মশক্কি। অসি হাযদুনা থবাযগী হীজগাং ওইবিবা লাইগী খোযদৌদা চনগনি। অসিদগীদি ঈশাযফৃদগী লৈযোম অদু লৌখত্তুনা হীবী লংদুনা যেৎলগা মাগী মাগী লাইদা ঙাদুনা থমগনি। অদুগা ঈশাযফৃপুবীগী ইবাংপুনশু মাইবী ১না মকোক্কগী থাদুনা হান্না শেমদুনা থম্লিবা ফৈ দা থমগনি। অদুগা হিগাউ পুবা অনীদুগী ইকৌফৃ অনীদু লাইনিংথৌগীনা মাইবনা অদুগা লাইবেম্বীগীনা মাইবীনা হিগাউপুবগী ঙকশমদগী লৌথোক্লগা, হিগাউফিনা যেৎশিল্লগা লাইনিংথৌগীনা লাইগী যেৎতা, অদুগা লাইবেম্বীগীশু লাইগী ওইদা থমগনি। অদুগা থৌগল্লোযশিংনা পাযকুবা

থৌগনপোৎশিংশু মাইবীগী নহা অহল কাযদনা মথং মথং লৌশিন্দুনা লাইনিংথৌগীনা লাইগী তুং থংবা নাকন্দা অদুগা লাইবেম্বীগীশু তুংগী ওযথংবা নাকন্দা থম্লগনি। অদুগা হীবী লং অদুনা কোন্সিল্লগা মাগী মাগী ইকৌফৃদা হাপ্তুনা থম্লগনি। অদুগা ঈশাযফ অদুশু মাঙশোকলোমদা লাইনিংথৌ-লাইবেম্বীগী ফম্বালগী মাঙ ওইবপ্পা লাইবেম্বীগী ওয থংবা ফক্লাং মযাদা চকুগী ফৈ অমগী মথক্তা থমগনি। অদুগা মনুংদা লীক্কোল ১, 'চকপি-লাইশ' অমদি 'নোংদা' হাযবিবা পোৎলমশিংসি হাপচিল্লগা ইশায ফৃগী ফৃখুম(মখুম) চফ্ মচা অদুনা খুম্লগা, লাইবেম্বীনা থোল্লিবা ফিশেৎ- লৈতেংগা চপ মান্না শেল্লগা থমগনি। অদুগা ফৃখুম অদুদি লাই অসিগী কোক্কী শকুক ওইবনা লান্নাইগী থোঙ ওইনা মনীংদু হুত্তোক্কনি।

**লৈহুম্বা:-**

অশুম্না লাইগী ইকৌপোৎলমশিং মাগী মাগী মফমদা থম্বা লোইববদি 'লৈহুম্বা' হাযনা লাইগী হকচাংথোঙগী মশক ওইনা শেম্নবা ইকৃম্বদা লৈযোম ওইর্কাবিবা লৈযোমদগী লাংথ্রৈ মপোকশিংদু লওথোক্তুনা মাগী মাগী মফমদা হৌনবী মতুংইন্না (লৈগী মাযওন অমদি মশীং) কৎলগনি। হাযবিবা লৈশিংসি কৎপদি লাইনিংথৌ-লাইবেম্বী অমদি কুকশিদবগী লৈদি লাইথৌ তৌবিবা মাইবীশিংনা মানা মানা পুবিবা লাইবোলগী মতুং ইন্না, ইকৌবদা লাই থেমগৎপগী লাইবোন্দা তৌখিবগুম লৈগীশু মশীং মান্নবোই। হাযবদি শঙলেল, লংমাই, অমদি ফৃবাগী লৈহুন হাযবা হৌনবী মতুং ইন্না হুনগনি। হাযবিবা লৈহুল্লোল অসি থাযনগী অবিবা চেদা যেক্তুনা লৈ। হাযবিবা নোংশান (মেপ) অদু ফোটো ওইনা হাপচবি। নোংশান অসিদা উমং লাইগীদা নত্তনা যুমগী লাইশিংগীশু যাওবি। অদুনা মাইবীগী শঙ ৩গী লৈহুন্দি মখাগী অশুম্না পল্লি:-

(১) **শঙলেলগী লৈহুন:-**

লাইনিংথৌগী লৈপোপ ৯ ওইগনি। অদুগা লাইবেম্বীগীনা ৭ ওইগনি। অদুগা লাই অনীগী মযায মপাদা, তুং ওইবপ্পা হুল্লিবা কুকশিদবগী লৈপোপশু ৯ হুনগনি। অদুগা ফম্বালগী নাকল নাকন্দা লাইনিংথৌগী যেৎ থংবা নাকন্দা লাইবুংথৌ ৯গী লৈপোপ ৯, অদুগা লাইবেম্বীগী ওযথংবা নাকন্দা লৈপোক ৭ হুনগনি। অদুগা লৈশিংসিগী মাযওন্না লাইনিংথৌগীনা লৈগী মতোন্না লাইগী হকচাংলোমদা ওনশিন্না, নিংথিনা লানা যোমশিল্লগা ফৈজোমগী লাইখল (কুঞ্জা)

মখাদা হুনগনি। মসিদা লৈগী মকোক্না মপাল্লোমদা ওম্বোক্না থম্লিবাস ফিনুংগী হকচাংগী মওং শেম্লিবনি। অদুগা লাইবেম্বীগীনা লৈগী মতোন্না মপাল্লোমদা লৈকা ওম্বোক্লগা লানা নিংথিনা যোমশিল্লগা লাইবেম্বীনা থোল্লিবা ফনেক্কী মখাদা হুনগনি। মসিশু লাইবেম্বী ফিনুংগী হকচাং শাবিবনি। অদুগা নমঙালৈ হাযনশু কৌনবা লাই অনীগী মবক্তা হুল্লিবা কুৰ্বাশদবগী লৈহুনশু লাইনিংথৌগীদা হুল্লিবগী মওংগা চপ মান্ননা হুনগনি। অদুগা লাইনিংথৌগী যেৎ থংবা নাকংগী ফম্বাল মথক্তা হুল্লিবা লৈপোপ ৯ না লাইবোমদা লৈগী মতোন্না ওনাশন্না হুনগনি। অদুগা লাইবেম্বীগী ওযগী নাকন্দা হুল্লিবা লাইনুবা ৭কৌশু লাইদা লৈগী মতোন ওনশিনগনি। মসিদি যোমশিন্দনা হুনগনি। মবমদি মসিদি লাইগী হকচাং শাবা নত্তে। অদুনা মাহবীশিংগী শঙলুপকী মতুং ইন্না মশীং তোংদোক হোংজিল লৈবোই। হাবী লংজাদা ৯/৭ তিংলিবা অদুশুম্নি। লাইশিং (লাহানংথৌ লাইবেম্বী)গী ঈশম, খোংলম পুবা লাইশিংগীনি ((১) লাইনিংথৌগা ওইনা তাল্লিবেল, (২) থাযিবেল, (৩) লাইযিবেল, (৪) ইপুমলেল, (৫) ঙাউবেল, (৬) লিন্দাউবেল (৭) তাউবোইনা, (৮) তাউথংমাং, (৯) যেইমেংবা, মসমু লাইবেম্বীগী ওইনা (১) চিংনু (২) থম্মু (৩) থুম্মু (৪) অংম্মু (৫) অবেনু, (৬) তবেনু (৭) তোম্থাংনু হাযবিবশিংসিদা কৎপনি। অদুনা মসিবু লাইবুংথৌ লাইনুবা হাযবিবনি। অদুগা ঈশাযয লযমবেলগাদি শঙলুপকী মতুং ইন্না হনগনি। মদুদি লাইবেম্বীদা হুল্লিবা মশীং অমদি মাযওনগা মান্ননা হুনগনি।

## (২) লংমাইগী লৈহুন:

শঙলুপ অসিগী ওইবা লৈহুন্দি লাইনিংথৌ লাইবেম্বী, অমদি কুরু লৈমবেলগী লৈপোপ মশীং অসি শঙলেন্দগী ২/২ হন্থনা হুনগনি। মদুদি লাইনিংথৌগী ৭, কুরুগী ৭, লাইবেম্বীগী ৫, লৈমবেল ঈশাযফুগা ৫ হুনগনি। অদুগা লাইবুংথৌ লাইনুবাগীদি শঙ তমক অদুম মান্নগনি।

## ফুবাগী লৈহুন:

শঙলুপ অসিগী লৈহুন্দি লংমাইদগী অমুক লৈপোপ ২/২ হন্থগনি। মদুদি লাইনিংথৌগা কুরুগী লৈহুনগা ৫/৫ হুনগনি। অদুগা লাইবেম্বীগা, লৈমবেলগা ৩/৩/ হুনগনি।

অশুম্মা শঙলুপশিংসিনা লৈপোপ মশীংদা অথোই অহেন নাইনা লৈকৎলিবগী মবমদি কুরু-লৈমবেল অনীবু নোংথাঙলৈমনা থৌগঞ্জগে হাযনা

লাকপদা কুক-লৈমবেল অনীনা নুংফূবা মনুংদা লাইগী লৌশিং যেংনবা লোত্তুনা লৈবদগী নোংথাংলৈমনা থেংখাং ৩লক থিনকপদা অকোম্বদা নুং ফূবা মনুংদা কুক লৈমবেল ২ ফংজখি। অশুম্না কুকবু থিবদা নোংথাংলৈমনা পুথোকচবা শঙ (নুং ফূবা) ৩দা নহা-অহল (অকোন-গ্রহান)গী মতুং ইন্না পুথোকচবকপা লেবোন্নি। অদুনা কুক লৈমবেন্দা কৎখিবা লৈ ওইবনা লাই অনীগী (কুক-লৈমবেল) লৈহুন মতুং ইন্না হুম্বনা উমংলাই ওইনা হবাউবিবা কুক-লৈমবেলগী মশক লওবিবা লাইনিংথৌ-লাইবেম্বীদা লৈহুন মান্নবিবনি। অদুনা হৌজিক্কী উমংলাই হবাউবদা যাওবিবা মাইবী অসি নোংথাংলযমগী শক্তম লাংলিবনি। অদুগা লাৎলিবা লাইনা কুক-লৈমবেন্না নুং ফূবা মনুংদা লৈখিবা অদুগী বাখল্লোনি লৌদুনা উমংলাইবু হবাউবিবনি। অদুর্নানি উমংলাই হবাউবগী লাইথৌদা লাইগী থৌগল চঙলিবা নুপী অসি মাইবী চঙবা নুপীনা নত্রবদি যাদ্রিবনি। অদুনা কুক-লৈমবেলগী খুভমশু যাদবা যাদবনা কুকগী লৈহুন অমদি ইশাযফুগী লৈহুন হায়না তৌবিবনি।

(১) **শঙলেলগী লৈহুন:-**



১ কুকশিদবা
২ লাইনিংথৌ
৩. লাইরেম্বী
৪. লাইবংথৌ
৫. লাইনুবা
৬. ইশাইফু



(২) **লংমাইগী লৈহুন:-**



১. কুকশিদবা
২. লাইনিংথৌ
৩. লাইরম্বী
৪. লাইবংথৌ
৫. লাইনুবা
৬. ইশাইফু



## (৩) ফুবাগী লৈহুন:-





অদুগা অমনা হাৰবিবা লৈহুনশিংসিদা নত্তনা অপোকপগী খুভম হাযবা অমসু থমদুনা লৈ কৎপগী চৎনবী অমা হৌজিক চৎনবি।

### পুযাদা যাওবা লৈহুনগী ফোটো:-

অশুন্না উমংলাইগী হবাউবগী ওইবা লৈহুনগী শক্তমদা নত্তনা যুমদা লাৎলিবা লাইশিংগী মবমদগু লৈহুনগী মশক অসি মখাগী অশুন্না অবিনা লাইবক্তা যেক্কুনা থন্বীবম্বদু ফোটো হাপচবি





**লাথা-হৈথাগী মরমঃ-**

অশুম্না ফম্বালদা লৈ হুম্বা লোইবর্দি ফম্বালগী মখোঙ ৪দা পাম্বোম থাবা হায়না হৈকংক হৈবা কৎলগনি। মওংদি লাতোন মচা ৪দং মতোন্না ফানখোঙলোমদা ওনশিল্লগা লোংনা থাগনি। অদুগা চেঙ খব খব নিংথিনা হুগনি। অদুগা হৈ মনম নাইবা (হৈজাং ৪) লফোয লফাং চঙ থোকপা ৪, কবোক অথুম-অহাউগা লোযননা থাগনি। অদুগা ফম্বাল মখাদা লাতোল ১ লাগী মতোন্না লাইগী মাযনা ওল্লিবা মাযকৈবোমদা ওল্লগা (মসি নোংপোক ওল্লবনি) উপ্লা থাগনি। অদুগা চেঙ খবনা 'চি শানা' হযগনি। (হযবিবা চেঙবুং অদ মতোন তুম্না বাংহনবা)। অদুগা মথক্তা লফোযলফাং চঙ থোকপা ১ উপ্লা থাগনি। হৈজাং ১, লৈশং, শেল ১ যাওগনি। মসগী নুংগী ওইবা বাখল্লোন্দি মালেমদা লা উপ্লা থাবনা তেংবান্বরু থৌজালগী ললকুবিদুনা কুকশিদবা হাযনা মিংথোল্লিবা তাইবং মপুগী মশক্নি। মালেম লৈমনা, ঈশাযফৃ ওইবিবা লৈমবেল শিদবীনি। লা না উপ্লা থাবিবগী বাখন্না ফম্বালদা লেঙখৎলিবা কুকশিদবনি। অদুগা লফোযগা হেজাংগনা মপু মাগী ফিনুংগী হযগী মশক্নি। লৈশংনা মালেম লযমগী লৈকানি। অদুগা চিশানা পৈবিবা চেংবুংনা কুক লৈমবেল অনীনা পোকাপিবিবা মশীং লাকঙমদ্রবা মচা মযাম অসিগী মতৌন।

অশুম্না মপুমানা পোর্কাপবিবা মচা মযাম্মু লুনা-চান্না নীংবী হাযবগীদমক মসিবু 'চানীংথাবা' হাযনা কৌই। মশিগী লুকফম অসিমদি লাই লোইদ্রিবা ফাওবা লেঙবা যাদে। লাইগী থৌদোল লোমদ্রিঙৈদা লেঙলুববদি চুক ফুকপা কৌই। খুনগী ফত্তবা ওইগনি হাযনা ঐখোযগী খুন-নাইনা থাজনবকই। অদুগা ঈশাযফ্ লযমবেলগীশু শেগাযদবা লাতোল মচা ১ লাগী মকোক্কোম্না ঈশাযফ্দা থংলগা লোংনা থাগনি অদুগা ঙশাইগুম্না চে, চি শানা পৈগনি। চেঙগী মমাঙ থংবা শবক্তে লফোয লফাং চঙ থোকপা ১ লোংনা হাপকনি। ক্বা মপুম ১, মনা মপুম ১ যোমশিল্লগা লফোযদা থেৎকনি। লৈশং মতেক ১, শেল ১ হাপকনি। অশুম্না চনীংদা থাবিবগা ঈশাযফদা থাবিবা পোথা অসি লাংবুম্নে হাযবগী বাখল্লোম্না চনীংদা থাবিবা অসি। অশুম্না কুব লৈমবেল অনি অসিনা লাইযাম পুম্নমক পোকপিদুনা অমদি তাইবংপান শন্দোকপিদুনা তেংবাম্নগী মশক লেপ্লিবিবনি।

অসিদগী লাইনিংথৌবোমগী পাম্বোম অনিগী মবক, মযায চানা অউপ্পা লাবোল ৯দা (লাইবুংথৌ ৯গী) চেঙ-লৈ, লফোয চঙথোকপা ১, অথুম অহাউ হাপ্তুনা কৎকনি। অদুগা লাইবেম্বীবোম থংবা পাম্বোম অনীগী মবক্তন লাবোল ৭ লোন্দুনা (লাইনুবা ৭কী) লা লোংনা থাবগা চেং-লৈ, লফোয লোংনা থমদুনা শেল ১, কবোক অথুম অহাউ হাপ্তুনা থাগনি। লফোযদা ক্বা ১, মনা ১, লান্না যোমশিল্লগা থেৎকদবনি। লফোযদা ক্বা থেৎপা অসিদি থাবিবা লুকফম পুম্নমক্তে থেৎকদবনি। অদুগা লুকমাংদা অথেমপোৎ ওইনা থাবিবা লুকফমগীদি থেৎলোই। অশুম্না থাবিবা লুকফমশিংসি কুক-লৈমবেল অনিনা লাংবুল্লিবা চনিংগী নত্তনা পাম্বোমগী লুকথা ওইনা ফানখোঙ-শীংখোঙদা থাবিবশিং অমদি লুক্লেল নত্রগা লুকমাঙ থাবা হাযনা মমাঙদা কৎলিবা হৈকুক-হৈবাংশিংদি লাইগী লুক কৎপা নুমিৎ হাযবদি ৩/৩ নি শুবা নুমিৎতা কাইথোক্কদবনি। অশুম্না লাইগী ওইবা হৈথা-লুকথা লোইদ্রিঙৈদি খুনগী মীনা পোৎচৈ কৎপা যাদ্রি। অদুগা লুকফমশিংসিগী চাকথুং শকক্লা লাইনিংথৌবোমগী, যেৎ থংবা পাম্বোমগী মমাং থংবদা থাবিবনা অমাইবগীনি। মনীংথংবা পাম্বোমগীনা পেনা খোংবগীনি। ওযথংবা পাম্বোমগী লুকফম অনিনা মাইবীশিংগীনি। অদুগা চনীংগী লুকফমদি লাই লোইববা মতমদা লাইশেল্লুংবনা ফংগনি। যুম্নাকশিংগী লাই ওইবগা লাইপুনা, শাগৈ অপোকপগী চাক্লোন কৎপা ওইবগনা পিবানা লৌগদবনি।

মতাংসিদা খঙগদবা অমনা ফানখোঙ ৪দা থাবিবা লুকথা অসিদা লাগী মওংদা অউপ-অবোং তৌদুনা থাবগী চৎনবী অমা হৌজিক লৈবি। মসিদি মওং অসি যেংশিনহৌবনা চুমগনি। মবমদি ফানখোঙ ৪ পুবিবা লাইশিংদি নিপাঙাক্তনি। মদুদি (১) থৱা (২) চেংঙা, (৩) যুচেং, (৪) যুহা, হাযবিবশিংসিদনি। অদুনা

মখোযশিংসিদদি অউপ-অবোংগী ৱাখল্লোল পুশিল্লুবা চানদে। অদুনা অউপ-অবোং শেমগদবদি লাইনিংথৌ লাইবেম্বী ওইনা লেঙশিল্লিবা লাইশিংগীদা শেমগদবনি। অদুনা চনীং অমসুং লাইবুংথৌ-লাইনুবাগীদা শেমগদবনি। অশুম্না লাইগী পোথ্বা-চৈথা লোইববদি অমাইবনা অনম-অথৌ কোক্লবগীদমক মাইবীনা শেম-শাবগনি। লাতোল মচা ৩ লাবোল শেল্লগা খুদৈমচা অমনা ৩ লক শেপ্লগা লা মথক্তা থাগনি। অদুগা মথক্তা চেঙ খুজোক অথনবা ৩ হাপকনি। চেঙগী মথইকৈ ৪দা লাংথ্রে মতোন ৪ থেৎকনি। লফোয লফাং চঙ থোকপা ১, হৈজাং ১, শেল ১ হাপকনি নুংগী ওইবা মশক্তা হাযবিবা পোৎশক অসিগী মতৌশু খৈযোম শেম্নগুম অমদি চনিং থাবগী ৱাখল্লোল ওইবা পোৎনি। অশুম্না শেম্বা লোইববদি অমাইবনা নাহৈফু পুশিন্দুনা লাইমাংদা ফমদুনা (লাইদা মায চুম্না ওনশিন্দুনা) তাইবেল পোংফাইনা ঈশিং খিক্তুনা মখাগী লাইশোলশিংসি শোন্দুনা শেংদোক্কনি।

লাইশোন্দি-

**ইকৌবোল:-**

কোবৌ মচি ঈ, বাংবন মমাউ ঈ,
কশা লাল্লোই ঈ, খাবা পুবৈবোম্বা ঈ,
তুবেল লোকচা মংচা ঈ, শাবোল মংলোল ঈ,
চেংলৈ নাবাং ঈ, কম্বোং নাতম ঈ,
ভাক্লা লাইবোং ঈ, থযোংচুম্বা লোকচাউ ঈ,
চেংগোই নাবল ঈ, নোংবাল তোইবিলযম লাইশেং ঈ,
লোইদাম থাবুম ১২ মাগী ইবম ১২ মাবু
ইবেংপফৃদা ফমফমলা-ও ॥১॥

লাইশোল অসি হাযদুনা মালেমদা চেল্লিবা খোংলম ১২ মক্তগী ঈশিংবু কৌদুনা ৱাখন্না নাহৈফুদা তৃংদুনা লৈবে হাযনা খল্লগা মখাগী যুমদাইমাকশেং হাযবা লাইশোল অসি শোল্লগা লাইশঙ হান্না শেংদোক্কনি। লোযননা লাইদা কৎলিবা পোৎলমশিং শেংদোক্কনি। অসিদগী ইক লাইশোল তৌদুনা লাই অনীবুশু ইক-শন্দোংজগনি। অসুম্না অনম-অথৌ কোকপগী লাইশোলশিং মথং মথং শোনগনি।

**ইরু লাইশোন:-**

কোবৌ মচি ঈ, ৱাংবন মমাও ঈ,
কশা লাল্লোই ঈ, খাবা পুবৈবোম্বা

পুবাং নাগাবা, কোকমলোং ওন্দেবা,
খোকমলোঙ হনব্লাযবা।
অবাং কৌব্রু অশুপ্পা নৃংলক্তগী শিন্থ ঈ,
খোল্লাং নানিলোংবা। লৈতুম ঈ, নুংদুম ঈ,
নুঙমু-নুঙৌ ঈ, অবাম্বম ঈদি বাযচৎ ঈ,
অশাংবম ঈদি বাইকোয ঈ,
নিংথৌ শোবাবেন মবিকপি-মবিকপা,
শমখোম্বি শমখোম্বা, হে ইবেন পিথ্রাই খোংদ্রাইবি
কশা অশেম-অশা হৈবি নঙনাশেম্বী শাবিও।। ১।।

(অশিনা লাইশোল পুম্নমক্কি মমাংদা শোন্দুনা ঈকগনি)

**যুমতাই নাকশেং হাযগে:-**

হাউং হাযেং মাংশোক মদাইমা,
ফম্মেন মদাইমা যাওংদা কোন্দংদা,
তকতু মদাইমা, সঙ্কোং নাবিনমা,
নাফাশেং নাখোংকান, নবালি,
থবৈদা, লেইন্নেদা, কোবৌদা কাবগে,
অমাইবী মালেম তম্পাক লৈহৌ মাইবি,
অমাইবা তম্পাক লৈহৌমাইবনা,
তাইবেন লোংমা পাযনা লাইজ খিকফেন চাইববদা,
তিনলৈ লাইলৈবগনো তিনশেং লাইশেংনবশে,
লুনবে পান্নবে শেংনবে উংহে উংহৈ।। ১ ।।

**পোংনিং লাইশোন হাযগে:-**

হে কুম সনা কুম লিক্লাই, অবাংচিঙথং লাংদা,
কুমওইবিনা কুমওই তিনবাকুম,
পোকপিনা পোকপিহন, তাইবোংনা তাইবোংহন,
কেগে যাংকোংজম চনুবিনা লাংলেন কোঙযাং মচৈশুনা,
ফৈনা ওনবা মকুমশা, কুমনোংতম্বু তাম্লি, থানোংতম্বু তাম্লি,
শেনোংমৈনে, পাইনোংমৈনে, কবিহেন্নে,
কবাহেন্নে হাযগুনো। তাইবং পানবগী মীবম পোংলম,
ওকলম, ষনলম্বু পোকলিবি নঙবু তাইগে।। ১।।

নমুপোংদি লোইদাম ১০, শামুলোইদাম ১০,
শগোন লোইদাম ১০, ষন লোইদাম ১০,
ওক লোইদাম ৫, তাওবা হুই লোইদাম ৩,
কাইবৈ লোইদাম ১, খুনু লোইদাম মখায অমা,
তাইবং চাদা শোইতাবিবি পলেম নওবু তাইগে॥ ২ ॥

অসিগী মথংদা অনম-অহা লৈবম্বা পুম্নমকপু কোক্নবা নাহৈবোন শোন্দুনা অনম-অথৌ কোক্কনি। লাইশোন হাযগে:-

**অনম-অথৌ নাহৈরোল:-**

উঁহৈ ৩ কে যোইগা মেনগা যাইগা
থৌবি-থৌযালাংবু থৌবি থৌদুলাংবু
থৌবি থাবা পোংথৌ তল্লি থাবা মাবু লান্নংদে।
নুমিৎ পোংথৌ ৩র্মাল নুমিৎ মাবু লান্নংদে
যাৱা কোঙ্গাংশাগী পোংথৌ মথং পিজগে।
কুমজা পাল্লো থৌগে, নোংজা পাল্লো থৌগে ঙাল্লবে তেবগে॥ ১ ॥

নহান্নোং মোংবা তুদৌ খোংদৌনোংগীবু,
তুদেং খোংদেং নোংগীবু থৌবি থৌযা লাংবু,
থৌবি থৌদু লাংবু থৌবি থাবা পোংথৌ তল্লি,
থাবা মাবু লান্নংদে, নুমিৎ পোংথৌ তল্লি, নুমিৎ মাবু লান্নংদে।
যাৱা কোঙ্গাং শাগী পোংথৌ মথং পীজগে,
কুমজা পাল্লো থৌগে নোংজা পাল্লো থৌগে
ঙাল্লবে তেবগে উংহৈ ৩।। ২॥

**পুরৈরোম্বা নাহৈরোল:-**

হাউং হাযেং থৌবিতেং লোইবিতেং,
চাংলৈঙাই তাংলৈঙাই, উঙানঙৈ-ৱাঙানঙৈ,
শিনশুঙৈ শানশুঙৈ, চবোযনা খোংদম ঙৈ,
যাম্বীনা খাইদৌঙৈ, হুইথৌনা চিফেংঙৈ, কৈবেন্না যাথোকঙৈ,
লংমাইনা মহেনঙৈ,
লংমাই হিজিন-হিযাথৌবনা থিংগাইঙৈ লাউখাযঙৈ,
পুবৈবোম্বা অঙক অঙাও হৌববাবু

অমাইবা লৈহৌমাইবা তম্পাক লৈহৌমাইবিনা
তাইবেন লোংম পাযনা লাইজ খিক্লেন চাইববদা
পুবৈবোম্বা মবোম্থোক মবিথোক খুন থন্না নাইথন্না
খাবৌ-লাইবৌকোয, নোংচুপ-নোংপোককোয,
পান্নবে শেংনবে তিল্লৈবগনো লাইবৈবগনো।। ১ ।।

হাযবিবা লাইবোল অশিনা তাইবেন মনা অবোংবা পাযদুনা ঈশিংদা লুপ্পগা চাইদুনা অনম-অথৌকোক্কনি। মশিদা অমাইবনা তাইবেল মনা-অমর্দি পোংফাই মনানা অক-অশেংগী মবমদা শীজিন্নবিবা অসি তাইবং মপুনা পীবম্বা মবম লৈবদগীনি। অদু গুম্লবা ৱাবী ৱাখোঙ অদু "উবোন" কৌবা পুযাদা পল্লি. .

**লমতাইরোল:-**

খুনুংদা লৈনুঙনা, খানুনা-ঙানুনা,
পোকপিনা পানবিনা, নহানা নুবিনা,
যাহৌঙৈ, ফুথোংঙৈ, ফৌজুপ-ফৌবাই থোকঙৈ,
পুলাং খুত্তাপায পুলাং লুবোই থোং, লাইজ ইপাল্লাং,
ঈমুমযোনশং লৈবাই হুইজোললাং,
মচন-মনিং তাউবা মোইথাপ-মোইবেং মতৌঙৈউ,
শবোয লাল্লোয মতিংঙৈ, পান্নবে শেংনবে,
তিনলৈবগনো লাইবৈবগনো ॥১॥

পোইবৈনা কংলৈনা উবানা লাইজিংনা,
খোযনাইনা উম্বুনা চেংলৈযাং থাওদৈশু,
হাওচেং যাং লম্বুশু, লাংজ লৌকুমফৈ,
হেমজেং খাবৈপুঙ, শন্দং তোংহাংচিঙ,
তাঙ্গন লিক্লিথা, লিৱাপোক খোমিদোক উঙামফৈ,
কাযবং হিহোল্লম, ৱাইবি-ৱাযতোন,
তাকঙা যুচেং, কৈখু কৈবেন, শোযবী শোযা মতাঙৈ,
শাবোয লাল্লোয মতিঙঙৈ পান্নবে শেংনবে,
তীল্লৈবগনো লাইবৈবগনো॥ ২ ॥

লৈচোম হাওতমবা চানেম যুনেম্বা,
থোংগ্রাং মেন্দং লাকপা লেংনা কোনবা,

চিংনাংখু, চিঙনাং লেন, শয়েপলা মনথুম্বী,
লৈহৌ ৱাখ-লৈতা, চিঙগোই নারন,
থোঙখোঙ কারন থৌবান ঈখোঙ,
করাং, কারোং ঙাইখোং তাঙৈ,
শারোয় লালোই মতিংঙৈ,
পান্নরে শেংনরে তিল্লেরগনো লাইরৈবগনো ।।৩।।

১. খুরাই অঙৌবা য়ুমখু-য়ুমলেম্বা,
চকপ্রমকোংগাং লাইজৌবা য়াংলৌকংদা,
তেৎনা লাংয়ুম, ময়াইরম, শঙ্গৎলম,
নুঙখোং-নুঙনাওবি, ফুরোয়শি ঙাবংয়ান,
থোংগ্রাংবি মাক্তিং উরান কৈরাও পোইরৌ হাল্লৌ,
শিগোং লেংখোং লেংলেংতা লারাখোংদৈথোং,
ৱায়রং খোইনিংমেন কানপ খোয়দোম লাকঙৈগী,
চিনলেল মায়কোইরেল, শারোয় লাল্লোই মতিংঙৈ,
পান্নরে শেংনরে তিল্লেরগনো লাইরৈরগনো ।। ৪ ।।

২. ৱাংখৈ অপোকপা ফৌরায়াং লাইকোকশু,
লৌরেম্বম, তোংনেম্বম্মা পোকপা,
পনম য়াঙ্কোকপা, কোংবা হিগু হিবাল্লম,
খাখোং-লাইখোং পারশিঙ্খি, লিনচিক মুকলৌ ঙাংলৌ,
চিঙখম, চাউপোক কোইজিং কোয়মহাও, কাদোং কাবাংচিঙ,
তোকপা য়েনফৈচিঙ হিদামচিঙ খুনুহায, চেপ্পী য়াৱা মতাঙৈ,
লাবা খাংদৈথোং, ৱায়বং খোইনিং মেন,
কানপ খোইদোম লাকঙৈগী চিনলেল মাযকোয়রে,
শারোয় লাল্লোয় নতিংঙৈ,
পান্নরে শেংনরে তীল্লেরগনো লাইরৈরগনো ।। ৫ ।।

খাংশু অতাবা লাংঙা শিন্নাইবা, নকুম-ফৈরুম্বা,
চিঙখোঙ চুমবা কেক্রুপান, কাশান শঙ্গৎলম,
মৈদিংঙু উবা কোম্হৌবা লুথোইপুঙ, চিঙমৈরোং য়াঙমথেন,
অশৈ ৱানবী, চিরিক চিবান, হঙ্গেন পাওবি, ঈরোঙ-ঈখাঙ,

শিঙমৈ-উমৈ মতাঙৈ, হিয়াং হিরেন মতাউঙৈ,
শারোয় লাল্লোয় মতিংঙৈ,
পান্নরে শেংনরে, তীল্লৈরগনো লাইরৈরগনো।। ৬ ।।

উমুখুন পুঙগাই থেঙ্গায়না, খুমনচা মাইবা,
শুল্লমপান খোইরমপান লৈমোম চাকোয,
খোইচু লৈমোমপান, পিদিংঙ্গোই লাম্বিচা,
উয়োককোল তলাউবিংকোন, শিংথা লৈথোন,
কক্লৌ-তাউথোং, লোইজিং-লোয়া তাঙৈ,
শারোয-লাল্লোয় মতিংঙৈ,
পান্নবে শেংনবে তীল্লৈরগনো লাইলৈরগনো।। ৭ ।।

লমলৈ খুমিৎপাৎ, খুদাং যাইখুবা, য়াংলৌ নঙামাঙ,
উরিপোক খোংশায়ান, তাকএন নুংথিন য়াচিঙ লাংচিঙ
পেরে শাবে, লাকচন ফিবৌ নাৱা খোইমোম,
য়ারৌ কংদা, চেঙবা ফুবা, খাবি নম্বোন্তাঙৈ,
শাবোয় লাল্লোয মতিংঙৈ,
পান্নরে শেংনরে তীল্লৈরগনো লাইরৈরগনো।। ৮ ।।

৩. খ্বাই খোংমবিন, লাইতোন হেমলাই থুমশাবা,
নম্বুন ৱায়নেম, চিঙঙা পিশুম হৈপোক-নারন,
তৌরিংবি লমযায লৈতাং ইমোই কোন,
শরেন য়াঙ্গোই, লোক্তোক হাওতাক তাকমু-তাকশেন,
খুগা মাযতেক চকপি লৈতেম তাঙৈ,
শাবোয লাল্লোয মতিংঙৈ,
পান্নরে শেংনবে তিল্লৈরগনো লাইরৈরগনো।। ৯ ।।

৪. য়াইস্কুল থোঙলেল য়াচম্বা মুতুম হৈরাংখোং,
হৈম্নামাঙ হামচৌবা ককৱা তিনবান,
খোংজু ৱাইরোকপা মশুমাঙ, থোঙলেল লাংথবান,
লিলোং থরোং তবুংবা চেগাযকৈ, কৈবি-শওম্বন,
ঙাহৈ ফিবৌ লৌকু অচনবা নোংয়াই লৌকোইপুঙ.
উচিবা খোইদোমপান হৈয়েন হঙ্গুন,

কোক্লেনশোয ফৌগাকচাও, পুম্লেন হামচা,
ইথাই পুনমচিঙ, শুগু ইব্রাযতা থবে লেম্লে মতাঙৈ,
হিযাং হিবেন মতাওঙৈ শাবোয লাল্লোয মতিংঙৈ,
পান্নবে শেংনবে তিল্লৈবগনো লাইবৈবগনো।। ১০ ।।

**অপোক্লোন লাইশোন:-**

হাহাউং হাহাযেং তম্পাক্কা পোক্লিবি,
তম্পাক থেবি থেবে তিংথৌ হুপ্লা-হাবা,
কোন্দে শেম্বাং, চানা ইমি, তোংলেম লৈশং,
শিঙ্গ্রেং লাঙ্গ্রেং, যাংলা-থৌবোম, শাদৌ যেংদৌ,
তৌমু-তৌহাও, চবোৎ-ফাইবং,
তেনু নামোইগা পোক্লিবি নঙবু তাইগে।। ১ ।।

উযেন কোংযেন চুপযেন চামযেন চেঙ্গুম পন্দোং,
উচিনা যেনশাবা, যেনখুবৈ, তেকতেকপান,
শংলৌ রাঙ্গন অকনবা,
যেনথাবাম নাপাকপগা পোক্লিবি নঙবু তাইগে।। ২ ।।

হৈকক-থাংজিং, লেম্ফু, থবো, খোংদুম মাইবেন,
কৌথা, কক্লা ঙাচক খোমোনগা, পোক্লিবি নঙবু তাইগে।।৩।।

হুইজিন হুইযা, মেলৈ-শেবাং, লৈশোক খোংগম,
হাওবৈ ফোলাং কোনবি কোনযাং, পাঙ্গোং নাওদু,
চিঙহাও লমশাং কোক্লেন লুচি,
ঔবি ঔবাগা পোকলিবি নঙবু তাইগে।। ৪ ।।

উপি উবেন, তনমু তনহাও, হিযাং হিবেন,
উখোক থাংদোং, ফৈজা ফৈঙৌ, মিশি থাংযান,
শযি কুহি, উপন লেংতা, উনিংথৌ তাইমবেং,
উযিন খানগাপোক্লিবি নঙবু তাইগে।। ৫ ।।

উমাং বামাং মাওবী থাওদম, লিব্রা লোংবা,
খোকবা লাইচা, উতং উযেঙ উই উনান,
নাচৈ নাবিনগা পোক্লিবি নঙবু তাইগে।। ৬ ।।

লিথিং-লিবেন, হুম্পোপ শাগন,
যাইবি থম্মং লিবেন যাইথম্পোক,
ইবোক অনি পাফল্লি, চিঙশাং অনি লামথবি,
পনশা থোংশালি, পনওই থোংওই লিগা,
পোক্লিবি নঙবু তাইগে॥ ৭ ॥

চংবি লাফুৎ-লাযাইবা, লৈহাও যুতাও খাঙবাবা,
কাযবং থুমযোমলা, মোইথাপ-মোইবেং লাগা,
পোক্লিবি নঙবু তাইগে॥ ৮ ॥

তবা তেংনু লিকশি খবো, যাইফৌ যাইশেন,
চজাক চহাও, পুমানবি-লাংমানবি মোবশি মাংদাং,
ফৌবেমা ফৌনিংথৌ,ইবোইযা কৈদেকপাগা,
পোক্লিবি নঙবু তাইগে॥ ৯ ॥

চিঙফৌ তমফৌ, নাইজাচইন থোইদিং কবোক,
কোক্লোং খোংলোং, পাল্লু-পানফোই,
শিংখা শিংথুম, হাঙাং হাঙৌ, শৌগ্রি মযাংবা,
তিলহৌ-চনম, থাংপাক-মেমান, হবাইঙৌচা,
শাবি-মুবোক কুম্না খোংনেমগা,
লিনাই খোইনাইগা পোক্লিবি নঙবু তাইগে॥ ১০ ॥

সঙ্কোং হৈমবি হৈমযাং, হৈশুক শোযাম, পুইখাকোই হৈ,
থুম নাবিনচাম হৈ, হৈবি-হৈজাং, হৈবা-হৈবোং,
পিবেনহৈ, কাংগ্রৌ, গা পোক্লিবি নঙবু তাইগে॥ ১১॥
ঙাশিং ঙাবেন, খৌবেন খৌযাং যাঙ্গন-শুজা,
ঙপি ঙাবেন শবেংগা পোক্লিবি নঙবু তাইগে॥ ১২ ॥

তাম্নশিক:-

হাযেং মপী যোইবেম্বা, যোইবেল ফম্মাকলৌ,
লৌথা লৌকুম, পুংখোং- শেনখোংথোক,
নশুহেবুংথৌ-নশু হেবেম্মাবু, কপ্লবা-লাউনবববু
পিতাবা-নপতাবা,থীকফুবা-থাফুবববু
ফীগেগা-ফিবাংগা,চাবীক্কা-মোইবীক্কা

কোনশিগা নাশিগা, কোবী শেঞ্জাওগা,
সনা তম্ফাগা হনযেংদনা ললখাইখিএ।।

যাংলৈ তাউবা মহুইচা, তাউবা হুযমীৎ-হুইযা তেক্তববু
কাইবৈ মযেনচা, তেক্ত-লাইতাদবা, অফবা থাববু
হনযেংদনা-ললখাইখিযে।
তেকপী মওকচা-শুল্লেল পনখাগী,
খাজম ব্রাইকুপচাবা মযেনখঙ,
কাওবেল পাঙদা শাববু হনযেংদনা ললখাইখিযে।
উইনখানমা, খেকব্রা, লাইবা, উতং, উযেং,
উই-উনাল, নাচৈ নাবিল, চীংহৈ- লেলহৈগা,
অশিৎ-অবান খাঙলিবী নঙবু তীললৈহৈদে, লাইবৈহৈদে
মোংবা তুদৌবা-খোংদৌবা, থবৈ-লেমলৈ মতাঙৈ,
নগাগা, নুবীগা তৌযৈগা ফকশাগা,
লীথাং মথাংগা, লীথু- খোইথুগা,
অশীৎ অবান খাঙলিবী নঙশুং তীল্লৈহৈদে, লাইবৈহৈদে।।

নোংপোক চক্লাইথাঙ তোনগোনবা,
মযা ৭৬১ পান্বা থাঙ, কাওঙোইনুবাবীবু ফানা থাঙনা
পাৎচা শেনকু হৌনা উবা ৬০মা, নোংপোক থাঙদি
পযা চেপ্পা শিনা পবৈ হোংলামাবু খুনু মথীশা,
কোনথা ফাইবেলইনা পাক্তু ইতাইমা,
শেনখোঙ নাবিনমাগী, অশিৎ-অব্রান খাঙলিবী নংবু
তীল্লৈহৈদে-লাইবৈহৈদে।।

নযুবা চীংখোঙ পোইবৈতোল
খোংফাং অতোম্বনা খুম্ভোকমৈ
পোইনাউতোন্না খুনফাওমৈ
নিংনাং চবাবোয অহেম্বা, শীংতেক শীংখাঙমৈ,
অযাং লেমখোঙ চবামৈ, পুজেং হেম্বামৈ, লাংজেং থুম্বামৈ,
চকপা নুবী ফৃগামৈ, হেমজেং নুবী ফুইকমৈ,
চেগাই কাগুপমৈ, চব্দ তাংশমমৈ, তৌমু তৌহাওমৈ

শংগন নোংফাইমৈ, লমলেম কাচক মৈবু,
লৈনুং পিশম্নুনা শল্লৌমৈ, নোংবান মোন্তেকপা লুথোংমৈ,
ওক্লেল মহী শেকচুপমৈ, লাইবেল মহী কংনামৈ,
তীনচা-লাইচা মহুস্নু লৈনা-ফোয়না মৈশুং,
ফুংগা থীকপী-থীকপান চেৎনামৈ,
থৌদু নমঙানা উয়ুম মৈথান্নবী নঙশুং,
চকপা লোইথা হাওখানুবী মশুম ময়েকখঙ।।

চদুম চাঙানগা, হোঙনেম চাউনেমগা,
লোন্না শুংনবিবী নঙশুং, লুৰাংখুবা হন্বা মবক-মকৌরোং
লাবা চীবোঙবা লাইরোংবানা তানখৎ-থেনগৎফম নঙশুং
তীল্লৈহেদে লাইরৈহেদে। মফমলেম্বু-মফাল্লাংবু তাংফারোইশুং
চাশেংফম-নাউশোঙফম্বু তাংফরোইয়ে।
মথোঙচিন-মবাংচিম্বু তাংফবোইয়ে।
মাংগোল্লাং-মনুংলাংবু তাংফরোইয়ে।
মশুমাঙ-মথেনমাঙবু তাংফরোইয়ে।।

হাইনু লাঙৌবী-লাঙৌবা ফানালা,
চংবি লাফুৎ লায়াইরা,
নশু হেবুংথৌবু, নশু হেবেম্মাবু,
মোংবা খুল্লম ইন্না, থরৈ লক্তা, লেল্লৈবক্তা তাববববু,
নপাংলক্তা তিল্লরো, নপু লক্তা তিল্লবো।
পাথোইবকও, পুথোইরকও, মাথোইবক, পেম্থোইবকও।।

**উমংলোল লাইশোন হায়গেঃ-**

নচিববু তাইগে নচি লাইংথৌহনবা স্না হিহোন হনবা, কম্বোং খাবমপাৎপু ৰাতেম্বা থাঙ্গ লাই বম্পাৎপু ৰাহম্বা, ইবোক অকুৎপা থোঙ্গৎপাবু, চিঙশাং নাপোক অৰাংববু মনা নেৎনা ফোযথুবা শাবন কক্লৌথক্তা স্না হিহোন হনবাবু খুমু নৌশৌদা, তৌরাং তেকশোক্তা, য়েনপোৎ লিকাওদা লিলা হায়চেৎ নাইদবা লাইজ ইপাক থক্তা লমজেনববু খুয়া ঈচোত্তা, খুদোল নাহৈদবা, শেনবী লৈহেন্নববু ইঙেন নোংফাইদবা। কাইরৈ য়েনমৈ শিৎপবু য়েনহৌদা, কাওবেন ষল্লক চঙববু ষনহৌদবা। তেকপি ওক্লক চঙববু ওকখংদবা। মরুম্বী খোইমোম লাইরেম্মা তেন্নু

তন্নু উশোং লৈবা নিংথৌ চনু লিবি থবাম্বা গুম্বী, লোকযাই তামগা তোমগুম্বী, চাংখ্রং-পোংখ্রং অবনবদা লাইজ ঈশোকপবু ঈবিত্তুবিবু লুম্নবা, মপাবি অমুদোন লৈবাবা, লাইপাখং মঙাইবোইবু যাহৌবা, লাইকবা মফেল্লোযবু থৌনেকপা, শেল্লোয লৌথোংখোং, থোংখোঙ চিঙলাংমৈদা নুঙবি মনা নেংনা থৌনাবা।

খোইমোম লাইনুংখিনবু তমহনবা, পাবি নপাবি মমাইবা থিক্লোং চাওবোংমাই, মমা লৈবোং শুজা মঙচুম্বীনা মঙফাওথবদি খোযুম ঐবু মানবি চাক্তকপা কাওবেন চিগোনবনা তাইবো। কোনজন্না যাইচন্না, শঙ্গাই চন্না তেনবি চন্না, থাংদ্রৈনা তাদ্রৈনা ঐবু তাইবো। কম্বোং খাবম্পাৎপু উমালিংবিযো। শাবন টংলি ব্রাইবি হৌদববু উংলি বাইবি হৌবিগে। কোবৌ হিমালাম মথাদলবু কোবৌ হিমালাম মথাবিগে। হাযনা মঙফাওথবদি মৈদিংঙু লোইনাই থব্রাম্থাবগা হুযেন লাল্লোযনবা, পল্লৌ হিথাবা, লম্লাং লমওকপা হুযেন লান্নিগদি নোংযাই হাওদ্রৈবা, হাওদ কোইবা, অবোন্নিক্লম্পা যাইথিংকৌবোংশু, নিঙোন কোনুশুবু কাইনা হুনবা।

মৈদিংঙু শেম্বি খাগেম্বাগা হুযেন লাল্লোযনবা কাপি কাঙম্বা, চাওবা শুমচাইফাবা মবোয লোযনবিবদি থোংনাং কালৈ অচঙবা, ফৈমবি তানবাৎপা, লমযাই শিঙ্গনবা, পোংশুম লিক্লা থৌনাববু লোযনবিবা। চিঙখোঙ পোইবৈতোন অকন অযাং খিদ্রিঙৈ হান্না অকন অযাং খিনহনবা, নঙবু তাইশিনগে মনেম মতাইথোক্কে।।

নচি খানিংথৌ মোংবা হনবা লাল্লোই খনবি, মকম্বী খোইমোম লাইবেম্মা হাওনুখু-হাওনুহন লাইতোংখু লাইতোংহন যেনমোম কাওনোম হনগা শিংপাক নাযতৈগা, চদুম চাঙানগা, হোংনেৎ চাওনেৎকা, শাচুং লাল্লংগা, লাংহৈবি কাক্লেন মীঙম্বাবু কাযনা হুনবীবু লুম্নবা। মমাইবা অপকমানা মঙফাওথবদি মানবি চক্লেকাও, কাওবেন লেংফাং চন, মচন শিবা খোংদিংনু ফানমন, মুকমু হৈমৈচোন মপি অমুবা কাওবেন চিগোনবগা, তেকপি শুল্লেন পনখাগী মবেঙ্গানববু মিংনাইবা যানা শুক। কাইবৈ পুঙথি-যেম্থি যেন্না ঐবু তাইবো হাযনা মঙফাওনবদি মৈদিঙু লোইনাই থব্রান থাবগা হুযেন লাল্লোযনবা। নোংযাই অকবা খুমন আবাম্বা বাংদোই যাম্ববু থোঙাই শুবা কাযনা হুনবা, মৈদিঙু শেম্বি খাগেম্বাগা হুযেন লাল লোযনবা, কবো কাংঙম্বা চাওবা শুমচাইফাবা, মবোয লোযনবিবদি খুনবি কাপথা হোইজা, ঈপুকখায, ঈমু তোংগা চিংনা থোনাববু লোযনবিবা, অকোয-অশোওবা শকউ শাউদবা নঙবু তাইগে। মনেম-মতাই থোক্কে।

লিনবা য়াইনাওহন, নাওহন অহনবা হৈবিলিশিং নেৎপা, খোইশিং চাইবা, থোংনাং মুজেং ঙম্বা, হৈরি চাকঙৌবা, খোয়চিং লুপাংববু কায়না হুনবা, হৈবেম খুনজান ঙম্বা, ঙাংখ খোংথিন চাইবা, তেনদে তেনব্রায় মকু অতেংববু, খুনবি কাপথা ফোযজববু শোংগিবগী কাওরেন শয়াংথক্তা হেনমোয়বাবু, কায়না হুনবা, মরুপ্পী খোইমোম লাইরেম্ম, খুন্দোং নাওশং চনুবু লুম্নবা মপাবি অথি কৈহৌবি, কৈহৌবা, মুমতাবোয় ঙাংদরি, চাইথাগা, তেম্থাগা, নাফুৎ-নারেংগা, মিৎলং-মায়বংগা তমহায়ববু মমাইবা খাবলাংথংচা ককব্রা লৌশেম্বনা মঙফাওথবদি, উরুপ লম্মহন, নমু পোংহৈথা ঙানপ চাচনব্রায়, খাংলা তৌরুমব্রায ফুনান তেন হৈবা মচিঙশাংবু থেঙ্গোইবা, থোঙলেন ব্রাংখৈরাকপা, মফৌ শায়াই চেনবা, য়াবৌ শাগারক ব্রাংখৈ লিখুন পুঙবু ফোইবা লাম্না ব্রাতেম্বা, মৈদিংঙু শেম্বী খাগেম্বা হুয়েন লাল্লোয়নবা কামমুঙ খুনঙম্বা, থামুং ফাবা মারোই লোয়নরিবদি, হাওবা চেংবা খমলৌ লাইতোন নোংয়াই লৌকুম তাইবেংমনগী চিঙখম চাওপোক্কা, মুক্লৌ ঙাংলৌগা পুন্না চন্না লল্লোকচরিবা, অকন অয়াংবা, শকউ শাউদবান লোয়নরিবা নঙবু তাইগে। মানেম-মতাইথোক্কে।

খোয়ুম লাইংথৌ খল্লাংবা য়াংলৌ খনবা মকুমবি খোইমোম লাইরেম্মা সন্ধোং হুইমুলৈমা, মঙাং নিংথৌচনু, থোংনাং মোইবুং পোত্তল্লোয, লিকোন খাওচাও লোয, পাশোৎ ফিরাক্লোই ক্লায়াচুলোয, লোয়াবিবু লুম্নবা, মপারি নুঙপাক ঙম্বা, হাল্লোই ফাবা, তিকমলিবা, কারাম লালহাবা, শোংবু ঙম্বা থোলাম ফাবা, নমুখেলাম্বা, লময়াই য়ুমচং থৌবা। কেগে মোইরাং শাম্বা, পাওতোংনু চাফাবা, পাৎলৌ হিথাবা, কম্বোং পয়াকোৎ, শিংহৈ পাফাববু পাবি নপা মাইবা চাগযানা মঙফাও থবদি উরিপোক খোংশাযান ফৌবায়াঙ অচনবা নোংদা লাইবেন পাখংবা, মপু মিংবু মিংনা পুঙ।

মবেন লাইম্না মিংবু মিংনবপুং, মযেং ঙাযেংখোঙ কম্বোংফেৎ মমাং য়াংলৌ নহামাং, পুরোই নাবাম্না ব্রাতেম্বা, মৈদিংঙু কোংয়াম্বা হুয়েন লাল্লোযনবা, ইঙেন চাগুন লোক্কি মযাম মাইশাম লোইবা, থিঙ্গুলাবা ব্রাশকপা, অফেবাজ থাংযান কনবা, লাক্কশুমগাতাও, অরিক-অরাংতাওবাবু কাযনা হুনবা ময়াম্বা নিংথৌ ফাববু মৈদিংঙু শেম্বি খাগেম্বা হুয়েন লালোয়নবা, কবো ক্যাং ঙম্বা চব্রাইরিকফাবা, মবোই লোয়নরিবা, কম্বোংলোয়, লোইরাংহন, শাংমু-শাংহন্নাও, অকোয অশাওবা শকউ শাউদবা লোয়নবিবা নঙবু তাইগে। মনেম মতাইথোক্কে।।

হোংনেম লুৱাংনিংথৌ পুনশিবা নুঙপান শাজান চিঙগী যোযঙনবা। লুবাং লাংহৈ চিঙগী তোযজানবা, চাবোন ৫ নেৎশিনবা, শুবোন ৬ তান ফংবা, পাখং কুমশিং লোনখোং ৬ তানফংবা, নুবা কুমশিংলোনখোং ৫ ৱাযশিনবা, হুইক্র কবাক্লোয, চিবিক য়াংফাংলোয, চহুই ককপাবোয, কৌবা নুঙবুচিঙ, তাংলেমচা, কালৈ অচঙবাবু কাযনা হুনবা নুংপান মচা, লুৱাং মমেল্লুনা ৱাকযৈ ফানফক লৌবা, হিযাং নাপন থোঙ্গাবী, লৈকু যুশিনবা, লৈবাই খমখাংবা, তুবেন লৈতৌবা লৈবাই হিগুম হিগাচাক্কা তানফংবা। মকুন্বী হাওকুলৈমা লৈতং নিংথৌচনু লমদং শেলংবনা পোকপি থিক্লেন তনগাংনু ঙানুবোন থোঙাইবা চনু ইবেন তাইদন লৈমা, মোইনু চানু খুযাই শেনবি শেনবা পোর্কপি চিংযায ঙাইচনু থুম্বি শেকমু নাওশংকাইশুং তালোযতুনা থোইবা।

লুমলেল ১৬ লুম্বা, মমাইবা কৌবা মীযোম্বনা মঙফাও থর্বদি লুবাং মকুবিচিঙ মোংবা যুমজাওমান, যাংলৌ হৈতুপপোক, শংদিং লোইফৌচিঙবু খেংগোইবা। চিঙখোং চুম্বা কেক্রুপান কাশান শঙ্গৎলম মৈদিংঙু উবাকৌন্থৌবা লুথোইপুঙ, চেংলৈ লম্মহনবু ফৈনা লাম্না বাতেম্বা, মৈদিংঙু তেলহৈবগা হুযেন লাল্লোযনবা। খুনজান নিনন্দুম নিঙ্গাম্বা বাগী হৌনখিযে। লাবাই পোনবিখোর্কাক থাকং যোইথোংঙাই, হনবা কোনখুনাও, হন্নু কোম্থোংঙৈবু কাযনা হুনবা, মৈদিংঙু শেম্বি খাগেম্বগা হুযেন লাল্লোযনবা, কবো ক্যাংঙম্বা চবায লিকফাবা, মবোয লোযনবিবাদি শবাকোইফাগে কাযঙংনবা, হুযেন লানফাগে খোম্নেন মঙখোযননা লানখঙনবা, থিবা কোইথৌ ঙাইখম্বা কোন্দে কৌম্থৌমাই, হাওকুতেক নানম্বা, মশেম তোংলাং ওনবা, নুংপান মযুমনাক লুবাং মশাইকোনবু লৈচেনচিনবা। লৈথিৎ নোংথিনযাং হাওকু চবাইযাং অকন অযাংবা শকউ শাউদবা লোযনবিবা শঙবু তাইগে।।

খোইমোম লাইংথৌ চখাবা, লাংমৈবেম্বা, লললোয পানজুম্বা, মকুন্বী খোইমোম লাইবেম্ম, লাইতোল্লৈমা শনাবেম্বী খুমনখাদা লাইথালোইাবক শঙ লিকঙাংলোয, ফিবোং শামিবোযবু, লোযাবিবু মমাইবা মৈনা মংফাওথর্বদি লাল্লোয যাচিক শিংখোং মতোন মবোইযাং খংগুমচা পাওবনবা তুচোংবায, মযাম্ম ঙনহাং লৈবদি তাহুল্লম, লংমাই নিংথৌ চনু কাইবৈমা খুৎথন্তাবি লৎননুঙ, চিঙঙু লৈমা তনশোনপুংবু ফৈনা লাম্না বাতেম্বা মৈদিংঙু তেনহৈবগা হুযেন লাল্লোযনবা। তুশাং হনামথাবা, হনবা নাওশেকযাম্বা, হৈবেম কদাম্বা, খল্লাং মখিচাম্বা, লাঙ্গোয শগোল লোইবা, খুনজাল লৈম খল্লাংফাবিবু কাযনা হুনবি, তুশাংনা পুদোই তানফংবা।

মৈদিংঙু শেম্বী খাগেম্বগা হুযেন লাল্লোযনবা, কবোক্যাংঙম্বা থামুংফাবা মবোয লোযনবিবদি কবোবি কবোবা ১ ঙানাঙ থুম্নাংচা, পোইবৈ শিঙখাই ৬১ মক শংনাম চোমজাওশু, কবাক যেন্দং হাইবা, অকন-অযাংবা, শকউ শাউদবা লোযনবিবা নঙবু তাইগে। মনেম মতাইথোক্কে।।

হেঁপিথোংলেল যাইকাইবৈমা কাইবসু, হুইযাই খনবী লৈচোল হাওতমবা, চানেম-যুনেম্বা, থোঙ্গ্রায মেন্দং লাকপা, পোকপি মপাম লাংতে মৈহৌঙে, খোইমোম লাইওই ফাবি, মযেক অনি নানমৱায, মতোন ৱাশৈবায, মতোন্না নোংপাযৱায, লৈবোংনা পাযশেনৱায, খুংপিনা ৱাশৈৱায, থবাম্না নোংশাৱায, মুংবি পাতাইথিকোন, লুঙনাপাৎ নালশেনকোন, যেম্বিপাৎ শংদোনকোন্দা তাংগোমচৈনা ওন্না খোমহানবি। কৌবা কৌদাইবোই। মৈদিংঙু নাওথিংখোংদা ফাওযাই চৈযাযবৈ লৈনা চেৎচিৎপি। মৈদিংঙু পোইবৌ লাম্থবদা হাযতৌ মোলোয কোপ্পু খোমহাম্বীলোয, শাক হুপকপ লোযবু লোয যাওবি, অমুবি লাযাৎশ, শকউ শাউদবী অকোয অশাওবি, মাবোয লোযনবিবি, নঙবু তাইগে। মনেম মতাইথোক্কে।।

খোইযুম লাইংথৌ মুবানিংথৌ ৱাতোনবা মকুম্বী খোইমোম লাইবেম্মা চিম্ফুবোন লাইতোংখু মঙচুম্বীবু লুম্নবা, মপাবি লোযা খুনৌশিবনা শম্লুং তবা চাথেং লাম্বগী যাইফু চেপ্পা লৈববু উবক্কে। লংমু যেম্থি মানববু তুং হন্ননা হল্লম্মে। লৈশি উবোংগা থোন্নবাবু পাবি নপা মমাইবা, থোংওইবানা মঙফাও থবদি লম্বান খোইবোংপান, লৈমোম জগোই পান খোইজু লৈমোনপান, পিদিঙ্গৈাই লাম্বিচা উযোককোন, নিংথৌ শোবাইবা উলিংকোনবু থিংকোযবা। খ্বাই যোইযাইফম নাইফা থানফমমাঙ, লৈচোন মিথোইফম, চকপা পুমশাইখোং থোংকাপাক লাচেলৱায, ৱাঙঙুলৈমা চিল্লোযখোং, চেংলৈ লম্মহনবু ফৈনা লাম্না ৱাতেম্বা মৈদিংঙু শেম্বী খাগেম্বা হুযেন লাল্লোযনবা, কবো ক্যাংঙম্বা, শমচেৎলৈমা খমযাই ফাবি, খাম্রন নোংথৌচনু অখমলানমিং, নাই, চিনফুবোন হাওশু চাংগনমা লৈমাবি, মুতুম চনু সনা লাংমৈবেম্বী কাযনা হুনবা। মৈদিংঙু শেম্নবি খাগেম্বা হুযেন লাল্লোযনবা, কবো ক্যাংঙম্বা চাওবা শুমচাইফাবা মবোয লোযনবিবা নঙবু তাইগে। মনেম মতাইথোক্কে।।

## লাইশোনশিংগী বাখল্লোল

### ১/ ইকৌরোল:-

হাযবিবা মতেক অসি লাইগী থৌবমদা নাহৈ ঈশেং ওইগদৌবিবা ঈশিং অসি লাইনা শেমখ্রবা, মালেমগী লযমাযদা অশেংবা ঈচেল ওইনা লৈখ্রবা ঈবর্মাশিংনা লাক্লুনা তুংবিববো হাযনা কৌবনি। অশুন্না বাখন্না ঈশিং অসি তুংহল্লবা মতুংদা 'যুমতাই নাকুশেং' হাযবা লাইশোন্না লাইশং হান্না শেংদোক্লনি। মবমদি লাইশঙ হাযবা অসি শাদুনা লৈবা ওইববশু থা ১২দি অদুম্মক নোংজু-নুংশা নংদুনা লৈবিবনা তীন-কাঙদগী তাইবঙমীনচিংবা অপঙবশিংনা অমাং-অশোয তৌশিল্লন্বা অদু হান্না শেংদোক্লুনা অশেংবা শঙ ওইহনগদৌবিবনি। অসিগী মথংদা "নাহৈবোন" শোন্দুনা পোংচৈ পুম্নমক শেংদোকপা হৌগনি।

**ইরুলাইশোন:-**

লাইশোল মতেক অসিনা হাযবিবা বাখল্লোন্দি 'কোবৌ মচি ঈ' = হাযবদি লমতা শচি ফু থাদা কোবওথক্কগী তাবকপা নোংগী ঈশিং, হাযবদি থা অশিদা হৌবা নোংদি চাং নাইনা তাদে মচি মচি দা তাই। অশুন্না তাবা নোংগী ঈশিং হাযবনি।

বাংবন মনাও ঈ - হাযবিবসিদি নোংজু থাদা অবাংবা নোংদোন্দগী চুবা নোংগী ঈশিং হাযবদি লমতা-শচিফু থাগী মথংদা লাকপা থাবু মনাউ কৌই। অশিদা চুবা নোংগী ঈশিং হাযবনি।

কশা লাল্লোই ঈ হাযবদি কশানিংথৌ হাযবা অশি লাইংথৌ সনামহিবুনি। অশিগুম্বা লাইনা পুথোকপা ঈশিং হাযবনি।

খাবা পুবৈবোম্বা পুবাংনাগবা হাযবিবা অশিদি অইংবা ঈশিং হাযবনি। মৈতৈগী অবিবা লোন্দা উনবু খাবা উলেন কৌই। অশিগুম্লবা উন্দগী ওইবকপা ঈশিং, পুবৈবোম্বগী খুভমদা নোংমাইজিংদা চেন্বা হাযবনি।

কোকমলোং ওন্দেবা হাযবদি নোংচুববা মতমদা চিঙগী ঈচেলগী মকোক ওইবা লোকশিংদা অমুক হল্লকপা ঈশিং হাযবনি।

খোংমলোং হনব্রাযবা অশিদি তু-খোং হাযবদি ঈশিং যাওদ্রবা পাং তৃবেন্দা অমুক হল্লকপা ঈশিং হাযবনি।

অবাং কৌব্রু অশুপ্পা নুংলক্কগী শিন্থু ঈ = অশিদি কৌব্রু চিঙনুংমবক্কগী চেন্থবকপা ঈশিং হাযবনি।

খোল্লাং নানিলোংবা ফেন্থু ঈ = হায়বিবা অশিদি নুংশিংকা লোয়ননা তাবা নোং (হায়বদি "খোল্লাং নানিলোঙবা" উ-ৱাশিংবু থুদোকপা ঙম্বা (নোং)গী ঈশিং হায়বনি।

লৈতুম ঈ    লৈমায়দা ফাওবা ঈশিং।

নুঙদুম ঈ = নুঙলক্তা চেনবা ঈশিং হায়বদি লোক্ত চেনবা হায়বনি।

নুঙমু-নুঙঙৌ ঈ = তম্পাক্কী তুবেন্দা চেনবা ঈশিং হায়বনি।

অবাম্বম ঈদি ৱাইচৎ ঈ – অশাংবম ঈদি বাইকোয় ঈ = হায়বিবা অশিদি "অবাম্বম-অশাংবম শাগৈনা লাই ঈকনবা লৌবকপা ঈশিং। (অবাম্বম-অশাংবম হায়বা য়ুম্লাক অনি অশি লাইগী থৌগল মশিন পিবকপদা লাই ঈকনবা ঈশিং শোকপা ওই অদুবু হায়বনি।

নিংথৌ শোবাবেন, মবিকপি মবিকপা শমখোম্বী শমখোম্বা। হে ইবেন পিথ্রাই খোংদ্রাইবী কশা অশেম অশা হৈবী নঙনা শেম্বী শাবিও। হার্ম অশিদি পুম্নমক অশিবু শেম্বীবিবা লাইংথৌ-লাইবেম্বীদা হায়বনে। মথক্কী ৱাহৈশিং অশি লাইগী মমিংশিংনি।" "কশা অশেম অশাহৈবী" হায়বাদি "কশা" হায়বদি লাইবু হায়বনি। মী-পোং, শেম-শাবিবিবী হায়বনি।

**অনম-অথৌ নাহৈরোন:-**

লাইশোল মতেক অসিনা হায়বিবা ৱাবোন্দি 'উং-হৈ' (কুক লৈমবেল) হায়বা লাই অনীনা, য়োইগা, মেনগা, য়াইগা (মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ) হায়বাময়াই ও পুথোকপিদুনা শেম্বী শাবিবকপা ষন-লোক, হুয়-য়েন্নচিংবা সা-উচেক অমদি তাইবঙমীনা চিংবনা অমম অঙান খায়বিবিবা নুমিৎ-থাগী (থবী-থাবা) মাঙদা তৌকবা অবাল-অহুই পুম্নমকপু লাই অনীনা (কুক-লৈমবেল - উং - হৈ) অফবা ওইনবা কোকথোক চামথোকপিয়ু হায়বিবনি।

**পুরৈরোম্বা নাহৈরোল:-**

হায়বিবা লাইশোল মতেক অসিনা হায়বিবদি তাইবঙপালগী ওইবা মচত্তা অথোয়নাপল কাদুনা অকায়-অতোই কয়ামকম তৌকবদগী ফত্ত-হৌদি থোকহনবা কোকপিয়ু হায়বনি। হায়বদি পুবৈবোম্বনা 'লুৱাং লংমাইবা' হায়বা নাপল চাউবা মীশক অমগা তিন্নদুনা ফত্তবা থৌবাঙ কয়ামকম তৌকবা পুম্নমক কোকপিয়ু হায়জবনি। অদুনা পুবৈবোম্বনা তৌকবা থৌবাঙশিংবু লাইথৌ অসিদা মক ওইনা পুশিল্লক্লিবা আসগী মবমদি অঙোম শল্লাইগী নিংথৌ ওইবা লাই অসি

লাইবল্লেন্দা মশক নাইবা অমনি হাযবদু খঙহল্লি। অদুনা মাগী মবমদা মরু ওইবা থৌওং খব পল্লগা লাইশোল ওইবিবা অসিদি মচং ওইবা খবনি। মপুং ওইবা পুন্সি রাবীদি 'লংমাই লংববোল' কৌবা পুয়া অমদি 'পুবৈবোম্বা' কৌবা লাইবকশিংদা শুগাযনা ইবি। তশেংনমকশু পুবৈবোম্বা অমসুং লংমাইবা অনীগী মতম অসি লৈবাক অসিদা খমথেংনা লালগী অবাবা চৈথেং ফংবা মতমনি। হাযবদি নুমিৎকাপ্পনচিংবা লৈবাক মুৎপা থৌথোক থোকপা মতমনি। অদুগুম্বা অরাবা অদু থোকহনবিগনু হাযনা শোম্বা লাইশোন্নি।

**লমতাইরোল:-**

লাইশোল মতেক অসিনা হাযবিবদি তাইবঙ মীওইপোক ওইনা পোক্লিবশিংনা নুপী অঙাংদগী চিংলদনা, লমদম লমদম্বু ঙাক্লিবা অকন-অথৌশিংনা তৌরুবা অমাং অশোয অমদি অবাল-অহুই পুম্নমকপুশু কোকপি লাপ্পাবম্মু হায়বিবনি। মদুদি:-

খুন্নুং-লযনুংনা, খানুনা ঙানুনা,
পোকপীনা-পাম্বীনা, নহানা-নুবীনা,
যাহৌঙৈ-ফৃদোংঙৈ, ফৌচুপ-ফৌবাইথোকঙৈ,
পুল্লাং খুত্তা পায পুল্লাং লুবোযথোং,
লাইজ ইপাল্লাং, ইমু মযোন শৎ,
লৈবাই হুইশোলকা, মচল-মনিং,
তাউবা মোইথাপ-মোইবেং মতাউঙৈ,
শাবোয-লাল্লোই মতিংঙৈ পান্নবে শেংনবে,
তীললৈবগনো লাই লৈবগনো॥

লাইশোল অসিনা হাযবিবদি থাযনঙৈ খুন্নুংঙৈদগী হৌনা ঙানু খুনুনা মচা কোক্লকপগী অমোৎ অকায, অমদি নুপী-নহাশিংনা যাহৌবকপগা মমিৎ-মমাযতাবগা ফৌশুবা মতমদা খুবাক্তা তিন্নচিংবা থাক্তুনা শুক পাযবগা শুরুবনচিংবা অমাং অশোয তৌরুবা পুম্নমকপু তুবেন্দা ইকথোক্লুনা ঈশিং শোক্লগা কাখৎলক্নুনা নিঙোল ওইবীশিংগী মচল-মনিংশিংনা মোইথাপ নাইবগী মথৌ তৌজবা যাবগুম ঈশিংনা ফত্ত-হৌদি পুম্নমক শেংদোক্লবনে হাযবনি।

অসিদগীদি মতমদুদা মাযকৈ ঙাকপা লাইশিংনা মানা মানা পুবিবা লমশিংদা লৈবা মীশিংবু অযোল-অবাল কোপিবগুম খুঙ্গং অসিবু ফত্ত-হৌদিদগী কোকপিযু হাযনা মাযকৈদুগী মপু ওইবিবা লাইগা লোযননা লমদমসিংদু থাবনি। মদুদি:-

খুবায, ৱাংখৈ, খ্বাই-যাইস্কুল হাযনা কৌবিবা লমখৈগী মপুশিংদুনা পুবিবা লমদমশিংদুবু অশুন্না শোল্লি।

## খুরায়

"খুবায অঙৌবা, যুমখু যুমলেম্ব, চকপ্রম কোংগাং লাইচৌবা
যাংলৌ, কংদা, তেংনা লাংযুম, মযাযলম শংকংলম,
নুংখোং-নুংলাউবী, ফুবোযসি ঙাবংযান, থোংগ্রাংবী,
মাক্তিং, উবাল, কৈবাউ, পোইবৌ, হাল্লৌ, শিগোং লেংখোং,
লেংলেংতা, লাবা খাংদৈথোং, ৱাইবং খোইনীংমেন,
কানপ খোইদোম লাকঙৈগী, চীনলেল মাযকোযবে।"

হাযবিবা লাইবোল মতেক অসিনা খঙহল্লিবদি "খুবায" হাযবা লৈকাই অসিবু ঙক্লিবা লাই "খুবাযঅঙৌবা-যুমখু যুমলেম্বা" হাযবা লাই অসিগী লম অসি লাইশোল অসিদা যাওবিবা লমদমশিংসিনি হাযবা খঙহল্লি। অদুনা লমদম অসিদা লৈবা মীশিংবু অৱা-অনা কোকপগুম খুঙ্গং অসিবু কোর্কপিযু হাযলিবনি। হাযবিবা লাই অসিগী খুভমদি খুবায হাযবা লৈকাইদা লৈবা "অহোঙগৈ" হাযবা লাইফমদা ঙাক্লিবান।

## ৱাংখৈপুবা লাই

"বাংখৈ অপোকপা ফৌবা যাং লাইকোকশু,
লৌবেম্বম তোংনেম্বমনা পোকপা পানম যাংকোকপা,
কোংবা, হীগু-হীবাল্লম, খাথোং লাইখোং, পাবশিন্থি,
লিলচিক, মুমলৌ-ঙাংলৌ, চীংখম, চাউপোক,
কোইজিং কোইমা হাও, কদোং-কবাংচীং,
তোকপা যেনফৈচীং, হীদাম চীং, খুনুহাই, চেপ্পী যাবা।।"

হাযবিবা লাইবোল অসিনা "বাংখৈ অপোকপা ফৌবাযাং লাইকোকশু" হাযবা লাই অসিনা পুবা লমসিংসি কংলাদগী নোংপোক-মযবমদা খুন্দাবা মফমশিংসি পুবনি হাযবা খঙহল্লি। অদুনা লমদমশিংসিদা লৈবা মীশিংবু অৱা-অনা কোকপগুম কোর্কপিযু হাযবিবনি। হাযবিবা লাই অসিগী খুভমদি ৱাংখৈ হাযবা লৈকাইদা লৈবা "শৌদোনপূং" হাযবা মফমদা ঙাক্লিবনি।

## খ্বাই পুবা লাই

"খ্বাই খোংমবিল, লাইতোল, "হেন্নাই থুমশাবা" নম্বুল, ৱাইনেম,
চীংঙা পিশুম, হৈপোক, নাবল, তৌবংবি লমযায, লৈতাং ইমোইকোল,

শরেল য়াংগোই, লোক্তাক, হাওতাক, তাকমু-তাকশেল, খুগা
মাইতেক, চকপী লৈতেম।"

হায়বিবা লাইশোল অসিনা "খ্বাই হেন্নাই থুমশাবা" হায়বা লাই অসিনা পুবা লমদম অসিদা লৈবা মীশিংবু শারোয় ঙারোয়না য়েৎলম্বদা কোকপিবগুম খুঙ্গং অসিবু অৱা-অনাদগী কোকপিয়ু হায়বনি। লাই অসি 'খ্বাই' হায়বা লমখৈগী মপু ওইনা 'ৱাংথোনবী পুং' হাযবা মফমদা খুভম ওইনা লৈ।

## য়াইস্কুল পুবা লাই

যাইস্কুল থোঙলেল য়াইচম্বা, মুতুম হয়রাঙখোং, হৈশ্লামাঙ,
হামজৌবা, ককৱা-তিম্বান, থোংজু ৱাইরোকপা মশুমাঙ,
থোঙলে লাংথবাল, লিল্লোং থারোং, তাবুংবা চেগাইকৈ,
কৈবি শাওমপন, ঙাহৈ ফিবৌ, লৌকু অচনবা,
নোংযায লয়কোযপূং, উচিৱা খোইদোমপাল,
হৈযেল, হংগুম, কোক্লেলশোয়, ফৌগাক চাউ,
পুন্লেল হাপচা, ইথায় পুনমচীং, শুগু ইৱাইতা।।"

লাইশোল অসিনা খঙহল্লি মদুদি "য়াইস্কুল থোঙলেল য়াইচম্বা" হায়বা লাই অসিনা পুবিবা লমদমশিং অসিদা লৈবা মীশিংবু লাই ফত্তবনা য়েৎলম্ববু কোকপিবগুম খুঙ্গং অসিবু অৱাবদগী কোকথোক-চামথোকপিয়ু হায়না শোনবনি। অদুনদি লাইশোলশিংসিনা খঙহল্লি মদুদি উমংলাই হরাউফম হায়বসি মাযকৈ ঙাকপা লাইশিংনা চিংবনা পুন্না তিন্দুনা যাওই হাযবা। অসিদশু নত্তনা লমদম কযা অমসু মমিং মথা পন্দুনা অদুম্মক য়াওবি। অসিদগীদি লমদাইরোল শোন্দুনা কোকথোক - চামথোক্লবদি চাকহোঙ-ঙাহোঙনা ফৌথোক-চাথোক মবাং কাযনা অমদি মহয-মবোং মরীক চূম্না পানহলবিনবা অমসুং খুঞ্জাও-লৈচাউহনবীনবা লাইশোল 'অপোকলোল' শৌনগনি। লাই অসিগী খুভমদি "ককৱা লমদাইপূং" হাযবসিদা ঙাক্লিবনি।

## অপোকলোল লাইশোল:-

হায়রিবা মতাং অসিদা শোল্লিবা লাইশোন্দি মালেমদা হৌরিবা মনামশীং পুম্নমক, থাদুনা মালেম লয়মদা তাইনবনি। মদুদি হুপ্লা-হারা, ঙা-চাক, মবোয়-মপাং , নাপী-শীংবীদগী চিংনা চাবা য়াবা পুম্নমকপু পোকপিবিবা অমদি নিংথিবা লৈবাং কয়াবু শাৎহনবিদুনা থৱায় পান্বা পুম্নমক পোকপি-শাৎপিরকপদা অমোৎ-অকায থোকখিবা পুম্নমকপু মালেম লৈমদা তাইনদুনা অমোৎ-অকাযবু লৎনবিনু হাযনা তেংথাজদুনা ঈশিংনা চামথোকপনি।

**পোংনিং লাইশোল:-**

লাইশোল অসিনা তাইবঙ পান্দা, লৈবিবা মীনচিংবা শা-উচেকশিংনা পল্লেমগী পীবুক্লুংদগী থাবুম খব নাউ পুবল্লগা তাইবঙ পান্দা পোক্লকপদা অমাং-অশোয তৌখিবশিংবু শেংদোকপিযু হাযবনি।

**উমংলোল লাইশোল:-**

লাইশোল অসিদি উমংলাইশিংগী থৌজান্দগী লৈবাক্কী নিংথৌশিংনা যাইফ-মাযপাক্লক্তুনা যেক্লবশিং ফাবকখিবা অদুদা পাঙ্গল হাপ্লিখিবা লাইবু তেংথাদুনা ফত্ত-হৌদি থোকহন্বিদনা অফবা ওইহনবিযু হাযনা কোকথোক চামথোকচবনি। মসিদা পাখংবা, খল্লাংবা, লুৱাং পুন্সিবা, নাউথিংখোং অর্মদি খাগেম্বা যাওবি।

(মথক্কী লাইশোলশিংগী পুযাগী ফোটো হাপচগে)



**ফম্মাং থৌগন:-**

অশুন্না অনম-অথৌ কোক্লবা মখাদা ফমাং থৌগন হাযদুনা লাইগী থৌগন পেনানা তৌগনি। মাশিদি লাই অদুগী লাইচৎ শিংথাদুনা শক্লনি।

**পেনাখোংবনা লফুৎফম্বা:-**

অনম-অথৌকোকপা লোইববদি পেনানা লাইনিংথৌ-লাইবেম্বীবু পোখাহন্নবগী ফম্মাং থৌগল তৌবগনি। হাযবিবা মতম অসিদা অশৈবা অসিগী ফিন্দাদি 'লফূৎ' হাযবা মখল অমগী ফিন্দাদা ফমদবা যাদে। মসি শাবদি 'চব্ধ' (ফৌগী পাম্বী অকংবা) না শাদবা যাদে। অদুনা মসিগী মবম খঙবদা কান্নগনি। ফিন্দা অসিগী ম ওংদি 'কাং' (শকনা শাবা শান্নপোৎ মখল ১) মান্না শাগনি। অদুগা মতাং ৩ থোক্লা পুনগনি। মসিগী নুংগী ৱাখল্লোন্দি মালেমগী মশক, অমদি পল্লেমগী হকচাংথোঙগী মওংনি। অদুগা পেনাখোংবদি সনা মহীগী মশক লওবিবনি। মালেম শেম্বা, তাইবঙ শেম্বা মাননি। অদুনা মতাং ৩ পুল্লিবগী ৱাখল্লোন্দি পল্লেমগী থোঙবা ২গা মযাযগী থোঙনাগনি। মসিবু 'অহিংলীক্লা কংদবা নুংথিল লীক্ল তাক্তবা" লাইফম কৌই। অদুগা মসিগী মিংগৌদা 'লাফৃৎ' কৌবিবগী ৱাখল্লোন্না তাইবঙ পাম্বা পুম্নমকসিবু অবোই-অথম নাইদনা পুথোকপিবিবা লাইগী ইফুৎনি (লাইফুৎ) হাযবিবনি। ফাল (ফিন্দা) মখল অসিদি পেনা খোংবা অমদি মাইবী নক্তনা অতোপ্পনা ফম্বা যাদে। মবমদি পেনা খোংবনা পাইবিবা চৈজিং অমদি মাইবীগী শবীক অসি ফিন্দা অসিগী নুংগী মশক্তা অমত্তনি।

অশুন্না নুংগী বাখল্লোল যাওবা ফিন্দা অসিবু শানবগীদমক পোৎচাক ওইনা অখঙ-অহৈশিংনা থম্বীবল্লিবা 'চাব্ধ' হাযবা পোৎশক অসিশু মিংথোল অসি নুংগী বাখল্লোল পুবা মতৌ অমদা থোনবীবম্বা মিংথোন্নি। মদুদি মসিনা হিংলিঙৈদা তাইবঙ পানবু যোকপিনবা মক ওইবা চাঙ্গাক পীবিবল্লগা শিবদুনা মাগী মহযগা হে কাযনখিবগা 'চাব্ধ' হাযবা মিংথোল অসি ফংলকই। মিংথোল অসিবু শেম্বীবল্লিবগী মবমদি তাইবঙপান্দা 'মচা মযাম যোকপিনবা মক ওইবা' পোৎশকনি হাযবগী বাখল্লোন্দা থোনখিবগী মবমনি। অদুনা পাম্বী অসিনা হিংলিঙৈদা লেংগামিন্নবম্বা নাপীশিংনা শিদুনা কংলবা মতমদা মিংথোন অসি ফংবা ঙমদে। অসিগুম্বা নুংগী মশক লৈবনা খুন নাই অসিগী থাজনবিদগী মিংথোল অসি ফংলবা নাপী অসিবু লাইবম্লেনগী লমদাংলোমদা, অমুক পুনশিল্লকই। হাযবদি অসিগুম্বা লাইথৌদা মক ওইনা শীজিন্নবকপনি।

**অসীবগী লাইচৎকি তেংথা হাযগেঃ-**

উম, হযাহে নহান্নোং ব্রাকমনা, মালেম লযশেম লযবোইশৈ,
যাবাবেন্না কাউদশৈবু পুনুং পুতাংঙৈদগী আ হৌনবকপা ৱাক্লে।
ইবা বাবীনা কাউদশৈ, খুং যাবা ইখোঞ্জেন্না নিল্লক্তা,
খোঞ্জেন যাইবিবেন শিদবা,
খুংখুং লাংজেং কাইগী নেম নেম ইদম হৌবকপা,
তাম্না হাওবৌ লৌখোং নিংথিবাবু ফুলহন্দা
লাইবা উনিংতোন্না কংলা হৌনবকপা ৱাক্লা,
হযিংখোংগী খোংগাইৱা, যাইথোং শীংশু শীংথাৱা,
খনিং মিকৌবানিদো লাইনিংথৌ।
ঔগ্রী কোলোশৈ, খোঞ্জো পাউশাশৈ
মৈদিংঙু মচা পামহৈবা, বাংলম মচা যোইবেম্বা,
কোমফু নিংখম নানৌবা, চন্থই লিঙ্খাম কোহেনবা,
লৈনুং যাবিবোক মপাবি নোংদা লাইবেল পাখংবা, লাইশ্না ফম্বাললাং,
হাওনুখুনা হাওনুহন, লাইতোখুংল লাইতোংহনগী বাবীবু
বাকমানা থৌকাউদনা শৈহৌজবক্লে॥
হযাহে খোইযুম লাইনিংথৌ, উংলৌ যাইবিবেল শিদবা,
যাবা কোনখাংশাগী, নমু পোংথাং মথং লেন্না থেত্তুল্লকপা,
থিবেল উংলৈনুংগী লাবা থীযাঙথোক্লা লমহৌবকপা,
চিংউ যাবা নখোঞ্জেম্বু লাংবন খোইমু খোন্দানবগী,
চেংলৌ শকথোঙ ওইনা, মালেম মপুং লাকহৌবকপা,
সনা কোনফুবেল, মালেম লৈশিবক্কী তোন্নিংথৌ,
কোবৌ নোংমদোনগী অৱাং নোংথৌ যোইবেম্বা,
চাদা লাইহুই হৌনা লোইদাম থাজা পাখংবদা যাহিপ্পা,
লাংবন তৌসনা তৌবীক্লাই নমু মচেঙখোম্না,
থবী শেনগোইবেং অপাম্বদা সনাতোন্নৌ হুম্বা,
তাইবঙ থৌবায অপকমাবু লাংবন কাওবেল শনশেম্বগুম,
অপোক লীহুই নোংদম্বা, নমু পোংশেম্বা লাইনিংথৌ॥ ১ ॥

(মখাগী শৈবোনশিংশিদি লাইখুদিমকতা মান্নগনি)
চিংঙু ইবুংঙো নহাক্কী নশু হেবুংথৌ হেবেম্মশিংনা,
নকুম কুম্বী-কুমগাউদা থাজ ব্রানিন্দনা,
হবাউ মথোইতোং শান্ন কুম্মৈনববু
চিঙু নতৈ-ননাও, হবা ওথিবা লৈইদুগা মমিং হায
খোইমোম নপিংঙানা,
ইনখোঙলিগুম শোযনদা,
হঙ্গোল্লিগুম শজিং নাইফদানা,
সনা ফম্বাললাং নিংথিবা, লুপাগী তাংবন নুঙাইবদা,
থবী অনি থোকপগুম থাবা অনি ঙানবগুম ঙাল্লক্লে।
খুবায ব্রাইবংবম চনুবি ব্রাংখৈ কৈদুবম নিঙোনবি,
লৈকায চনুবাশিংনা তিন্দুনা মচল্লেমা শিলহৈতবি,
শিন্দমপুং মনিং লৈমা ওনহৈতবি ওন্দমপুং,
অবাম মাইবা থাঙ্গম পাৎ মৈদিংঙু লৈচোন কৈথেল্লেন্দগী,
তবুৎ শাবা তযাংশাবা, অন্দৌবিবা শগবিবা,
শংনচাবা মবম ১০০ মুন্না চাবা মবম ১০০,
হৈবাং অশংযেং তাওজিং অমুন থন্না,
লুক্লেম পাগা চোন্না কৎলক্লেনে লাইনিংথৌ।।২।।

হযা হে চিঙু ইবুঙো লাইনিংথৌ,
যোযমাযায মালেম অঙানবা,
নুবা খুৎপিগুম লুমলাই চাযগে হাযবক্লে,
পাখং লিবেল্লাবা চেপ্পা হযগে হাযবক্লে,
লোংঙামৈগুম মদোম লোইখোইনবক্লে,
নোংচুপ চিংযা পনখৈদা অমমলোকশা তান,
যোযমাযায ফম্বানাবন চনখ্রবা,
অহিংগী তাংলৌ থেংলক্লবনা,
চিংঙু নতৈ-ননাও খোযমোম নবিংঙানা,
চিঙু ইবুংঙো, খোইযুম নঙগী শংগাইনিংথিবা,

মীবাযমানা কাঙমদবা, পোংলাইমানা যৌঙমদবা,
সনা শঙলেল নুঙাইবা, হাঙোই নুবা কুমদমশঙ,
ককচেং লুচাউবী যাকাশঙ, শম্থিনা কাংমায় নাম্বা শঙদা
ইবুংঙো-ইবেম্মা অনিনা, তুৰী-লাইবেল শাংনা,
চিংঙু মিৎযেং মদাইনাওশুমবিবো।। ২ ।।
লাইনিংথৌ ইবুংঙো চিংঙু নঙগী
নখুন খুনপুক্লেল অচঙবা অসিগী নদাইবেম,
নচা-ননাই পুম্নমকপু পাবি-মমোম শেৎনহনবীগনুদো,
পল্লেম-পন্থৌ কাযহনবীগনুনে লাইনিংথৌ।
পল্লেম-পন্থৌ কাযনববা নাৱা অঙাং কযানা
যোর্কাপ-থাকপিনবা লৈতবনা
অবাম-খৌবাংবু পল্লেম-পন্থৌদা হাযফম লৈতবদগী
পন্থৌগী মাংগোন উখোকতেন কোন্দুনা
খুদাংপফম্মা হীক্ল-হীক্লা কপ্পদু
উহনবীগনুদো লাইনিংথৌ।।
মচা কাইনববী পল্লেম্না ফিজিগী লল মাঙখ্রবদা
থীক্লেল খাগা ফুনা থৱায যাওদ্রবা মচাবু কোন্দুনা
খাম্বী মৈথক্কী কম্বীদা লেম্লেঙানা খাঙবগুম খাঙববু
থোকহনবিগনুকো ইমা ইবেম্মা লাইবেম্বী।।
নখুন খুনপুক্লেল অসিগী ফত্তবা হৌদিবা লাক্কদবু।
মবম লমলেল মদাইমা শুগ্নু খুম্বী ইৰাংকোন,
হুৎশু হুৎলি-হুৎশু হুত্তে, হুত্তংঙানা কোম্বলম
পাম্বকৈবেল মপি-মচানা ফত্ত-হৌদিববু ঙাইবিবা মাইকৈ,
লম্লেল চীংনুহুত্তা হোইথবিযুদো।।
নখুন খুনপুক্লেল অচঙবা অসিবুদি অফবা-নুঙাইবা
কপযাং তানযাংবা, উবম ব্রাহোংবা-চেঙজা কোনখিনবা,
থবীগুম মশেকলাবা-নুমিৎকুম মঙান্নাইবা,
পাবি থোইবা-পুবি থোইবা ওইহনবিযু।
ইমিং লোম্না কোববশু ইমাঙলোম্না তাদবা,
ইমাঙলোমদা কৌববশু ইমিং লোম্না তাদবা,

খুম্বন্না-লাইথন্না পুন্সি নুংশাংনা তুবৈ-ইবৈ চন্দবা,
খুঞ্জাও-লৈচাউবা, শুক্তা-শোইদাফববু পীনবিদুনা
অৱাং কৌৱু অশুপ্পগী শামু লৈতপ্লেম্বীনা
মচাবু মবৈনা শীংনা নান্না কৌম্বীবগুম
কোনশিম্বিযুদো লাইনিংথৌ।।
ননাই ৱাকমা শৈদমপান্দি
শাংনা চংখিবা শোববু শাংনা হঞ্জিঞ্জবগে।
তেন্না চংখিবা শোবশু তেন্না হঞ্জিঞ্জবগে,
হযিচাদি হযাচা, হযাচাদি হযিচা হযুম হযুম।।

অশুম্না তৌবা ফম্মাং থৌগল অসিদি হবাওবিবা লাইদুগী লাইচং যেংনা তৌগদবনি। অদুনা মখাগী অশুম্না লাইচংশিংদু শৈথাবক্কনি:-

**নোংশাবগী তেংথা হায়গে:-**

চিংঙু ইবুংঙো খোইযুম লাইযিংথৌ,
তাইবং নোংশাপানগী মপুবেল,
মালেম তাইবংপাম্ব পুম্নমক্কী
কোবৌ মনোংথৌবু ওইবিবা লাইযিংথৌগী
চিংঙু অমম্ববু মপালাক, খোইযুম উদববু মতম যেংনা
খজিক্তবু তেংথাজবক্কেদো লাইযিংথৌ।। ১ ।।

চিংঙু ইবুংঙো অৱাংফাংলৌ লাইমাখোম্বাগা
খোইমোম লাই পুম্নমক্কী মপুবেল নঙগা,
চিংঙু শনা হকচাংলেন্দা, মোম্মু শুনা থাংদিল্লং,
ফৈবাক তামুল্লং, চাবি থাংদিল্লংগুম তাশিন্ননা
শৱা তুখোঙ অমনা নুমিৎ লিশীং থোক্কুম্বা,
মাল্লেম চিথেক মবিমক, মাইকৈ নিপানমক
শুংদাই তবা তককমক, শীংখাই হুমফুমাথোইমক্তা
মাল্লেম লৈপাক ঙাকপিবিবা লাইনিংথৌ।।২ ।।

চিংঙু কোলোয নমিংথোংবু চীংলেল নোংদাইনিংথৌ,
থোংনাং লাইচাখোম্বা, শিঙেল লৈচাহেকপা,
উবেল উথানিংথৌ, উথা লাংগা ফাবা কৌবা,
চিংঙু ইবুঙো নহাক্কা নশানৌদি ইবেম্মা

যোইবু খোইমোম লাইবেম্মা, থোংনাং লোচাখোম্বী
শিঙেল লৈচা হেকপীগা, খোইযুম নবিংঙাগী
চিংঙু নঙাল অবাবনা, নুমিৎ থা, থৌব্রানমিচাক
খোংজোম্নুবী পুম্নমক্তা ঙানবিবিবা লাইয়িংথৌ,
চিংঙু নঙগী কোলোয নমিংথোংবু
উবেল উথানিংথৌ নোংসাবা হাযনা
মিংথোল্লিবা লাইযিংথৌ ॥৩॥

তাইবং নোংশা পাল, মাল্লেম লযনেমথক্কী,
থৌব্রায নিংশা হেল্লিবা পুম্নমক্কা পুকম্নবা,
চিংঙু নবোয লোযনবিবা, খোইযুম নহিশাং,
ইবেং পুবাল্লোনগী লাই হন্নুবা চামমা,
খম্লাং পাপল্লোনগী, লাই হনুবী চাম্মানা
নঙল অকুববু খোইযুম নঙগী নবমপু
লৈনুং থকক অশৈবা, মোইকাইথাবু লীবা,
অশৈ পনমাবনা চিংনা চিংঙুলাইযাম পুম্নতিল,
চিংঙু মমাইবা মমাইবী পুম্নতিননা,
লোইবী চীংবুবোযবা হেম্বা তম্বু থম্বনা,
শিঙেল লৈযাম হুন, লৈবাং খৈযোম শেম্না,
খোইযুম লাইশক থানা পুকম্নবা লাইযিংথৌ।
চিংঙু ইবুংঙো নহাক্কী নশু হেবুংথৌ হেবেম্মশিংনা,
নকুম কুম্বী-কুমগাউদা থাজ ব্রানিন্দনা,
হবাউ ম:থাইতোং শান্ন কুম্মেনববু
চিঙু নতৈ-ননাও, (হবাও নব লাইদুশা মমি হায়),
খোইমোম নপিংঙানা,
ইনখোঙলিগুম শোযনদা,
হঙ্গোল্লিগুম শজিং নাইফদানা,
সনা ফম্বাললাং নিংথিবা, লুপাগী তাংবন নুঙাইবদা,
থবী অনি থোকপগুম থাবা অনি ঙানবগুম ঙাল্লক্লে।
খুবায ব্রাইবংবম চনুবি বাংখৈ কৈদুবম নিঙোনবি,

লৈকায চনুবাশিংনা তিন্দুনা মচৈল্লেমা শিলহৈতেবি,
শিন্দমপূং মনিং লৈমা ওনহৈতেবি ওন্দমপুং,
অবাম মাইবা থাঙ্গম পাৎ মৈদিংঙু লৈচোন কৈথেল্লেন্দগী,
তবুৎ শাবা তযাংশাবা, অন্দৌবিবা শগবিবা,
শংনচাবা মবম ১০০ মুন্না চাবা মবম ১০০,
হৈবাং অশংযেং তাওজিং অমুন খন্না,
লুক্রেম পাগা চোন্না কৎলক্লেনে লাইনিংথৌ।।২ ।।

হযা হে চিঙু ইবুঙো লাইনিংথৌ,
যোযমাযায মালেম অঙানবা,
নুবা খুৎপিগুম লুমলাই চাযগে হাযবক্লে,
পাখং লিবেল্লাবা চেপ্পা হযগে হাযবক্লে,
লোংঙামৈগুম মদোম লোইখোইনবক্লে,
নোংচুপ চিংযা পনখৈদা অমমলোকশা তান,
যোযমাযায ফম্বানাবন চনখ্রবা,
অহিংগী তাংলৌ থেংলক্লবনা,
চিংঙু নতৈ ননাও খোযমোম নবিংঙানা,
চিঙু ইবুংঙো, খোইযুম নঙগী শংগাইনিংথিবা,
মীবাযমানা কাঙমদবা, পোংলাইমানা যৌঙমদবা,
সনা শঙলেল নুঙাইবা, হাঙোই নুবা কুমদমশঙ,
ককচেং লুচাউবী যাকাশঙ, শম্থিনা কাংমায নান্না শঙদা
চিংঙু মিৎযেং মদাইনাওশুমবিবো।। ২ ।।
লাইনিংথৌ ইবুংঙো চিংঙু নঙগী
নখুন খুনপুক্লেল অচঙবা অসিগী নদাইবেম,
নচা-ননাই পুম্নমকপু পাবি-মমোম শেৎনহনবীগনুদো,
পল্লেম-পম্থৌ কাযহনবীগনুনে লাইনিংথৌ।
পল্লেম-পম্থৌ কাযনববা নাবা অঙাং কযানা
যোকপি-থাকপিনবা লৈতবনা
অবাম-খৌবাংবু পল্লেম-পম্থৌদা হাযফম লৈতবদগী
পম্থৌগী মাংগোন উখোকতেন কোন্দুনা
খুদাংপিফম্না হীক্ল হীক্লা কপ্পদু

উহনবীগনুদো লাইনিংথৌ।।
মচা কাইনবী পল্লেম্না ফিজিগী লল মাঙখ্রবদা
থীক্লেল থাগা ফুনা থৱায যাওদ্রবা মচাবু কোন্দুনা
খান্বী মৈথক্কী কম্বীদা লেম্লেঙানা খাঙবগুম খাঙববু
থোকহনবিগনুকো ইমা ইবেম্মা লাইবেম্বী।।
নখুন খুনপুক্লেল অসিগী ফত্তবা হৌদিবা লাক্কদবু।
মবম লমলেল মদাইমা শুগ্গু খুম্বী ইৱাংকোন,
হুৎশু হুৎলি-হুৎশু হুত্তে, হুত্তংঙানা কোম্বলম
পাম্বকৈবেল মপি-মচানা ফত্ত-হৌদিববু ঙাইবিবালম,
লম্লেল চীংনুহুত্তা হোইথবিযুদো।।
নখুন খুনপুক্লেল অচঙবা অসিবুদি অফবা-নুঙাইবা
কপযাং তানযাংবা, উবম ৱাহোংবা-চেঙজা কোনখিনবা,
থবীগুম মশেকলাবা-নুমিৎকুম মঙান্নাইবা,
পাবি থোইবা-পুবি থোইবা ওইহর্নবিযু,
ইমিং লোম্না কোববশু ইমাঙলোম্না তাদবা,
ইমাঙলোমদা কৌববশু ইমিং লোম্না তাদবা,
খুন্থন্না-লাইথন্না পুন্সি নুংশাংনা তুবৈ-ইবৈ চন্দবা,
খুঞ্জাও-লৈচাউবা, শুক্তা-শোইদাফববু পীনবিদুনা
অৱাং কৌব্রু অশুপ্পগী শামু লৈতল্লেম্বীনা
মচাবু মবৈনা শীৎনা নান্না কৌম্বীবগুম
কোনশিম্বিযুদো লাইনিংথৌ।।
ননাই ৱাকমা শৈদমপান্দি
শাংনা চৎখিবা শোববু শাংনা হঞ্জিঞ্জবগে।
তেন্না চৎখিবা শোবশু তেন্না হঞ্জিঞ্জবগে,
হযিচাদি হযাচা, হযাচাদি হযিচা হযুম হযুম।।

**পাখংবগী তেংথা হায়গে:-**

উম, হযাহে নহান্নোং বাকমনা, মালেম লযশেম লযবোইশৈ,
যাৱাবেন্না কাউদশৈবু পুনুং-পুতাংঙৈদগী আ হৌনবকপা বাক্লে।
ইবা ৱাবীনা কাউদশৈ, খুং যাৱা ইখোঞ্জেন্না নিল্লক্তা,

খোঞ্জেন যাবিবেন শিদবা,
খুংখুং লাংজেং কাইগী নেম-নেম ইদম হৌবকপা,
তাম্না হাওবৌ লৌখোং নিংথিবাবু ফুলহন্দা
লাইরা উনিংতোন্না কংলা হৌনবকপা ৱাক্লা,
হযিংখোংগী খোংগাইৱা, যাইথোং শীংশু শীংথারা,
খনিং মিকৌৱানিদো লাইনিংথৌ।
ঔগ্রী কোলোশৈ, খোঞ্জো পাউশাশৈ
মৈদিংঙু মচা পামহৈবা, ৱাংলম মচা যোইবেম্বা,
কোমফু নিংখম নানৌবা, চহুই লিঙ্খাম কোহেনবা,
লৈনুং যাবিবোক মপাবি নোংদা লাইবেল পাখংবা, লাইশ্না ফম্বাললাং,
হাওনুখুনা হাওনুহন, লাইতোংখুনা লাইতোংহনগী ৱাবীবু
ৱাকমানা থৌকাউদনা শৈহৌজবক্কে।।
হুম হুম হুম উং হে খোইযুম লাইযিংথৌ,
অতিংঙা উংলৈ অমম্বা, যাইবী মতুম মাগী
লিহুনফম অথুপ্পা, পোক্লেল যাইবিবেল অচিবা,
উংলৈ যাইবিবেল শিদবগী লীহুল ফম,
নুংগোল ফম্বীবেল চিথোইবা,
পোক্লেল যাইবিবেল অচিবা।।১।।

অৱাং নোংফু মহুম্মুং অমম্বা, হুম্লেন যাইবিবেল শিদবা,
মবিমক্লা যাতাফম, থৌৱায লেঙদবগী লিহুনফম
লাইজ ঈফমলেল চিথোইবা,
থিক্লেল উংলৈনুংগী খাকপা তেংলোযনবা
অতিংঙা যাইবীবেল শিদববু
নবী লীতিন্নবকপা লাইযিংথৌ ও ।।২।।

থীক্লেল চবুকখায, যাৱা খোঞ্জেললেলগী,
লাবা থীযাঙথোক্লা লমহৌবকপা
লাইযিংথৌবু ঙাইবোইননা, ওংথি হকচাং ওইনা
লাইজা পোক্লেল যাইবিবেল, খোইযুম কোঞ্জিনতিংথোকপা,
ওংথি লাইজ হুমওইনা, চিংঙু উনবি খোযখৈনুংগী,

থম্বাল লাকোন মানা নুংমু নুংগাং ৯মকপু,
হোইদোক্লকপা লাইযিংথৌ, যেন্দাউ তাউবিবোইনাই,
তাউবি ইবোইননা মবী হুইদোক্লকপা ॥৩॥

লাইবেল তাউবোইনাই ৩ মকপু হান্না থোক্লকপা,
নুংমু শিদবা নুংগাং মহাবাবা, যাইবি নুংঙৌ পিমাবা
৩মকপু থিক্লেল খোযজি নুংগী থম্বাল লৈবিক অমনা
তীল্লী তোন্দৌ লিন্দাউবেলগা, খোইমোম ফিথুপ ৩ শুবা,
চিংঙু নখোয ৩মক্লা তোইদাউ হৌনবকপদা,
খাম্বী মৈত্রেঙ মৈযাই ইক, মৈথাঙথৌ, অচাউমৈ,
খাম্বী মৈবম ৭মক, লাইজা যাব্রা ইবীক ঈগা,
ওংথি ইঙৌ লাইজা ইবম ৭মক, নুমিৎ, থা,
থৌবানমিচাক খোংজোম্লুবী পুম্নমকপু
শব্রা তুখোঙ খুদিংদা, হুইদোক্লকপা,
খোইমোম ফিদুপ ৩শুবা নঙনা, অঙাল মৈবা হৌনা
লীক্লথম-লিক্লা হুম্বকপনা, খাইযিবোল, লাইযিবোল
লিন্দাউবেল, তাউবোইনাই মঙামকপু
ইন্থোক্লকপা লাইযিংথৌও ॥৪॥

চিংঙু ইবুংঙো নহাক্কী নশু হেবুংথৌ হেবেম্মশিংনা,
নকুম কুম্বী-কুমগাউদা থাজ ব্রানিন্দনা,
হবাউ মথোইতোং শান্ন কুম্মৈনববু
চিঙু নতৈ-ননাও, (হবা ওর্বিবা লাইদুগী মমিং হায়ু),
খোইমোম নপিংঙানা,
ইনখোঙলিগুম শোযনদা,
হঙ্গোল্লিগুম শজিং নাইফদানা,
সনা যম্বাললাং নিংথিবা, লুপাগী তাংবন নুঙাইবদা,
থবী অনি থোকপগুম থাবা অনি ঙানবগুম ঙাল্লক্লে।
খুবায ব্রাইবংবম চনুবি ব্রাংখৈ কৈদুবম নিঙোনবি,
লৈকায চনুবাশিংনা তিন্দুনা মচল্লেমা শিলহৈতবি,
শিন্দমপুং মনিং লৈমা ওনহৈতবি ওন্দমপুং,

অবাম মাইবা থাঙ্গম পাৎ মৈদিংঙু লৈচোন কৈথেল্লেন্দগী,
তবুৎ শাবা তযাংশাবা, অন্দৌবিবা শগবিবা,
শংনচাবা মবম ১০০ মুন্না চাবা মবম ১০০,
হৈবাং অশংযেং তা ওজিং অমুন-খন্না,
লুক্রেম পাগা চোন্না কৎলক্লেনে লাইনিংথৌ ।।২ ।।
হযা হে চিঙু ইবুঙো লাইনিংথৌ,
যোযমাযায় মালেম অঙানবা,
নুবা খুৎপিগুম লুমলাই চাযগে হাযবক্লে.
পাখং লিবেল্লাবা চেপ্পা হযগে হাযবক্লে,
লোংঙামৈগুম মদোম লোইখোইনবক্লে,
নোংচুপ চিংযা পনখৈদা অমমলোকশা তান,
অমমফিদুপ নাতৈনখবে,
যোযমাযায ফম্বানাবন চনখ্রবা,
অহিংগী তাংলৌ থেংলক্লবনা,
চিংঙু নতৈ-ননাও খোযমোম নবিংঙানা,
চিঙু ইবুংঙো, খোইযুম নঙগী শংগাইনিংথিবা,
মীবাযমানা কাঙমদবা, পোংলাইমানা যৌঙমদবা,
সনা শঙলেল নুঙাইবা, হাঙোই নুবা কুমদমশঙ,
ককচেং লুচাউবী যাকাশঙ, শম্বিনা কাংমায নাম্বা শঙদা
ইবুংঙো-ইবেম্মা অনিনা, তুবী-লাইবেল শাংনা,
চিংঙু মিৎযেং মদাইনাওশুমবিবো ।। ২ ।।
লাইনিংথৌ ইবুংঙো চিংঙু নঙগী
নখুন খুনপুক্লেল অচঙবা অসিগী নদাইবেম,
নচা-ননাই পুম্নমকপু পাবি-মমোম শেৎনহনবীগনুদো,
পল্লেম-পম্বৌ কাযহনবীগনুনে লাইনিংথৌ।
পল্লেম-পম্বৌ কাযনববা নাব্রা অঙাং কযানা
যোকপি থাকপিনবা লৈতবনা
অবাম-খৌবাংবু পল্লেম-পম্বৌদা হাযফম লৈতবদগী
পম্বৌগী মাংগোন উখোকতেন কোন্দুনা
খুদাংপিফম্না হীক্রু হীক্রা কপ্পদু

উহনবীগনুদো লাইনিংথৌ।।
মচা কাইনবী পল্লেম্না ফিজিগী লল মাঙখ্রবদা
থীক্লেল থাগা ফুনা থরায় য়াওদ্রবা মচাবু কোন্দুনা
খাম্বী মৈথক্কী কম্বীদা লেম্লৈঙানা খাঙবগুম খাঙববু
থোকহনবিগনুকো ইমা ইবেম্মা লাইরেম্বী।।
নখুন খুনপুক্লেল অসিগী ফত্তবা হৌদিবা লাক্কদবু।
মরম লমলেল মদাইমা শুগ্নু খুম্বী ইৱাংকোন,
হুৎশু হুৎলি-হুৎশু হুত্তে, হুত্তংঙানা কোম্বলম
পাম্বকৈরেল মপি-মচানা ফত্ত-হৌদিববু ঙাইরিবালম,
লম্লেল চীংনুহুত্তা হোইথবিয়ুদো।।
নখুন খুনপুক্লেল মচঙবা অ৺িবুদি অফবা-নুঙাইবা
কপয়াং তানয়াংবা, উরম ৱাহোংবা-চেঙজা কোনখিনব..
থবীগুম মশেকলাবা-নুমিৎকুম মঙান্নাইবা,
পাবি থোইবা-পুবি থোইবা ওইহনবিয়ু,
ইমিং লোম্না কো· বশু ইমাঙলোম্না তাদবা,
ইমাঙলোমদা কেঁ ববশু ইমিং লোম্না তাদবা,
খুম্হন্না-লাইথন্না পুন্সি নুংশাংনা তুরৈ-ইবৈ চন্দবা,
খুঞ্জাও-লৈচাউবা, শুক্তা-শোইদাফববু পীনবিদুনা
অৱাং কৌব্রু অশুপ্পগী শামু লৈতল্লেম্বীনা
মচাবু মবৈনা শীৎনা নান্না কৌম্বীবগুম
কোনশিম্বিয়ুদো লাইনিংথৌ।।
ননাই ৱাকমা শৈদমপান্দি
শাংনা চৎখিবা শোরবু শাংনা হঞ্জিঞ্জবগে।
তেন্না চৎখিবা শোরশু তেন্না হঞ্জিঞ্জরগে,
হযিচাদি হযাচা, হয়াচাদি হযিচা হয়ুম হয়ুম।।

<u>লৈমরেলগী তেংথা হায়গে:-</u>

উম, হয়াহে নহান্নোং ৱাকমনা, মালেম লয়শেম লয়বোইশৈ,
য়াৱারেন্না কাউদশৈবু পুনুং-পুতাংঙৈদগী আ হৌনবকপা ৱাক্লে।

ইরা ৱারীনা কাউদশৈ, খুং যাৱা ইখোঞ্জেন্না নিঙ্গক্তা,
খোঞ্জেন য়াবিরেন শিদবা,
খুংখুং লাংজেং কাইগী নেম-নেম ইদম হৌরকপা,
তাম্না হাওরৌ লৌখোং নিংথিবাবু ফুলহন্দা
লাইৱা উনিংতোন্না কংলা হৌনবকপা ৱাক্লা,
হয়িংখোংগী খোংগাইৱা, য়াইথোং শীংশু শীংথাৱা,
খনিং মিকৌৱানিদো লাইনিংথৌ।
ঔগ্রী কোলোশৈ, খোঞ্জো পাউশাশৈ
মৈদিংঙু মচা পামহৈবা, ৱাংলম মচা য়োইরেম্বা,
কোমফু নিংখম নানৌবা, চহুই চিঙ্খাম কোহেনবা,
লৈনুং য়াবিবোক মপাবি নোংদা লাইরেল পাখংবা, সাইশ্লা ফম্বাললাং,
হাওনুখুনা হাওনুহন, লাইতোখুংল লাইতোংহনগী ৱাবীবু
ৱাকমানা থৌকাউদনা শৈহৌজবক্কে॥
হে পালেম ইমা ইবেম্মা, লৈফুবেন নামুংবি,
নোংফুবেন অচিবি, অকোংবদা তৎতবী,
অবাইবাদা কংদবী, সনা ফুদোংবি ঙাংখ শিংশুবি,
চিক্লবা লাইশং নুঙদা সনা ইচিক হুল্লিবি,
নদাইবেম থৱায় পানবা পুম্নামকপু,
অয়ুক ঙন্না কোম্থাবি, নুমিদাং ঙন্না কোনজনবি,
ফুবেপ লৈমা লুচাওবি নাকথলৈমা পাওদোইবি,
লিকোন অচঙবদা খোঙনেৎনবী নোংদাব খুদানবি,
চকপি লাইশম খাওন্না লিন্দু খাংচেৎনবি,
লাইজ কোনম্বদা যাহিপ্লিবি। ইমা লৈমবেন শিদবী ....॥১॥
ইমাইবেম্মা খোইমোম লাইরেম্বী
পলেম নহাক্কী নশু হেবুংথৌ হেবেম্মশিংনা,
নকুম কুম্বী-কুমগাউদা থাজ ৱানিন্দনা,
হবাউ মথোইতোং শান্ন কুম্মেনববু
চিঙু নতৈ-ননাও, (হবাওাববা লাইদুগী মমিং হায়),
খোইমোম নপিংঙানা,

ইনখোঙলিগুম শোযনদা,
হঙ্গোল্লিগুম শজিং নাইফদানা,
সনা ফম্বাললাং নিংথিবা, লুপাগী তাংবন নুঙাইবদা,
থবী অনি থোকপগুম থাবা অনি ঙানবগুম ঙাল্লক্লে।
খুবায ব্রাইবংবম চনুবি ব্রাংখে কৈদুবম নিঙোনবি,
লৈকায চনুবাশিংনা তিন্দুনা মচল্লেমা শিলহৈতবি,
শিন্দমপূং মনিং লৈমা ওনহৈতবি ওন্দমপুং,
অবাম মাইবা থাঙ্গম পাৎ মৈদিংঙু লৈচোন কৈথেল্লেন্দগী,
তবুৎ শাবা তযাংশাবা, অন্দৌবিবা শগবিবা,
শংনচাবা মবম ১০০ মুন্না চাবা মবম ১০০,
হৈবাং অশংযেং তাওজিং অমুন-খন্না,
লুক্রেম পাগা চোন্না কৎলক্লেনে লাইনিংথৌ।।২।।

হযা হে চিঙু ইবুঙো লাইনিংথৌ,
যোযমাযায মালেম অঙানবা,
নুবা খুৎপিগুম লুমলাই চাযগে হাযবক্লে,
পাখং লিবেল্লাবা চেপ্পা হযগে হাযবক্লে,
লোংঙামৈগুম মদোম লোইখোইনবক্লে,
নোংচুপ চিংযা পনখৈদা অমমলোকশা তান,
যোযমাযায ফম্বানাবন চনখ্রবা,
অহিংগী তাংলৌ থেংলক্লবনা,
চিংঙু নতৈ-ননাও খোযমোম নবিংঙানা,
চিঙু ইবুংঙো, খোইযুম নঙগী শংগাইনিংথিবা,
মীবাযমানা কাঙমদবা, পোংলাইমানা যৌঙমদবা,
সনা শঙলেল নুঙাইবা, হাঙোই নুবা কুমদমশঙ,
ককচেং লুচাউবী যাকাশঙ, শম্বিনা কাংমায নাম্বা শঙদা
ইবুংঙো-ইবেম্মা অনিনা, তুবী-লাইবেল শাংনা,
শিনৌ লশিতীন্না তৌবগুম কোংগোন যাতাবিববু,
যোইমযাই মালেম অঙাম্বদি কোবৌ ঙানগে হাযবক্লে,
ইবুংঙো ইবেম্মা অনিমক খোমলেল পানবা যাহৌবিবো।।

চিংঙু মিংয়েং মদাইনাওশুমবিরো।। ২ ।।
কাংখন্‌গী থরাক লৈনা খঞ্জরগে
চোম্মাং লৈনাবু থাধজরগেদো লাইনিংথৌ
লাইনিংথৌ ইবুংঙো চিংঙু নঙগী
নখুন খুনপুক্লেল অচঙবা অসিগী নদাইরেম,
নচা-ননাই পুম্নমকপু পাবি-মমোম শেৎনহনবীগনুদো,
পল্লেম-পল্থৌ কায়হনবীগনুনে লাইনিংথৌ।
পল্লেম-পল্থৌ কায়নরবা নাব্রা অঙাং কয়ানা
য়োর্কপি-থাকপিনবা লৈতবনা
অরাম-খৌরাংবু পল্লেম-পল্থৌদা হায়ফম লৈতবদগী
পল্থৌগী মাংগোন উখোকতেন কোন্দুনা
খুদাংপিফম্না হীক্ল-হীক্লা কপ্পদু
উহনবীগনুদো লাইনিংথৌ।।
মচা কাইনবী পল্লেম্না ফিজিগী লল মাঙখ্রবদা
থীক্লেল থাগা ফুনা থব্রায় য়াওদ্রবা মচাবু কোন্দুনা
খাম্বী মৈথক্কী কম্বীদা লেল্লৈঙানা খাঙবগুম খাঙববু
থোকহনবিগনুকো ইমা ইবেম্মা লাইরেম্বী।।
নখুন খুনপুক্লেল অসিগী ফত্তবা হৌদিবা লাক্কদবু।
মরম লমলেল মদাইমা শুগু খুম্বী ইব্রাংকোন,
হুৎশু হুৎলি-হুৎশু হুত্তে, হুত্তংঙানা কোম্বলম
পাম্বকৈরেল মপি-মচানা ফত্ত-হৌদিববু ঙাইরিবালম,
লম্লেল চীংনুহুত্তা হোইথবিয়ুদো।।
নখুন খুনপুক্লেল অচঙবা অসিবুদি অফবা-নুঙাইবা
কপয়াং তানয়াংবা, উরম ব্রাহোংবা-চেঙজা কোনখিনবা,
থবীগুম মশেকলাবা-নুমিৎকুম মঙান্নাইবা,
পারি থোইবা-পুরি থোইবা ওইহনবিয়ু,
ইমিং লোম্না কোরবশু ইমাঙলোম্না তাদবা,
ইমাঙলোমদা কৌববশু ইমিং লোম্না তাদবা,
খুম্থন্না-লাইথন্না পুন্সি নুংশাংনা তুরৈ-ইরৈ চন্দবা,
খুঞ্জাও-লৈচাউবা, শুক্তা-শোইদাফববু পীনবিদুনা

অৱাং কৌব্রু অশুপ্পগী শামু লৈতল্লেম্বীনা
মচাবু মরৈনা শীৎনা নান্না কৌম্বীবগুম
কোনশিন্বিয়ুদো লাইনিংথৌ।।
ননাই ৱাকমা শৈদমপান্দি
শাংনা চৎখিবা শোরবু শাংনা হঞ্জিঞ্জরগে।
তেন্না চৎখিবা শোরশু তেন্না হঞ্জিঞ্জরগে,
হয়িচাদি হয়াচা, হয়াচাদি হয়িচা হয়ুম হয়ুম।।

**নোংথাং লৈমগী তেংথা হায়গে:-**

উম, হয়াহে নহান্নোং ৱাকমনা, মালেম লয়শেম লয়রোইশৈ,
য়াৱারেন্না কাউদশৈবু পুনুং-পুতাংঙৈদগী আ হৌনরকপা ৱাক্রে।
ইরা ৱারীনা কাউদশৈ, খুং য়াৱা ইখোঞ্জেন্না নিল্লক্তা,
খোঞ্জেন য়াইবিরেন শিদবা,
খুংখুং লাংজেং কাইগী নেম-নেম ইদম হৌরকপা,
তান্না হাওরৌ লৌখোং নিংথিবাবু ফুলহন্দা
লাইৱা উনিংতোন্না কংলা হৌনরকপা ৱাক্লা,
হয়িংখোংগী খোংগাইৱা, য়াইথোং শীংশু শীংথাৱা,
খনিং মিকৌৱানিদো লাইনিংথৌ।
ঔগ্রী কোলোশৈ, খোঞ্জো পাউশাশৈ
মৈদিংঙু মচা পামহৈবা, ৱাংলম মচা য়োইরেম্বা,
কোমফু নিংখম নানৌবা, চহুই চিঙ্খাম কোহেনবা,
লৈনুং য়াবিরোক মপারি নোংদা লাইরেল পাখংবা, লাইশ্না ফম্বাললাং
হাওনুখুনা হাওনুহন, লাইতোখুংল লাইতোংহনগী ৱাবীবু
ৱাকমানা থৌকাউদনা শৈহৌজবক্কে।।
হে খোইমোম লাইরেম্ম, নবানা লৈম্রেন ওইবি,
নদুনা নোংথাং লৈমা,
চিঙগী মচা পামহৈবি তমগী মচা নানৌবি,
উমা সনা চিঙজরোয়বি, খিক্লোয় পাবম্থক্তা,
লাংগোই খুরুপ মানবন হৌবাবু, তাংজ খোঙ্গুন নাইদবী,
নোং চুদনা চাইজোৎপি, নুংশা শাদনা ফৌগংবি,
ফৌরা মচেঙ খোম্না পানফবিবি খোইমোম লাইরৈমা...।।১।।

ইমাইবেম্মা খোইমোম লাইবেম্বী
পলেম নহাক্কী নশু হেবুংথৌ হেবেম্মশিংনা,
নকুম কুম্বী-কুমগাউদা থাজ বানিন্দনা,
হবাউ মথোইতোং শান্ন কুম্মৈনববু
চিঙু নতৈ ননাও, (হবাওবগী লাইদুগী থমিং হায়ু),
খোইমোম নপিংঙানা,
ইনখোঙলিগুম শোযনদা,
হঙ্গোল্লিগুম শজিং নাইফদানা,
সনা ফম্বাললাং নিংথিবা, লুপাগী তাংবন নুঙাইবদা,
থবী অনি থোকপগুম থাবা অনি ঙানবগুম ঙাল্লক্লে।
খুবায বাইবংবম চনুবি বাংখৈ কৈদুবম নিঙোনবি,
লৈকায চনুবাশিংন' তিন্দুনা মচৈল্লেমা শিলহৈতবি,
শন্দমপুং মনিং লৈমা ঙাহৈতবি ওন্দমপুং,
অবাম মাইবা থাঙ্গম পাং মৈদিংঙু লৈচোন কৈথেল্লেন্দগী,
তবুং শাবা তযাংশাবা, অন্দৌবিবা শগবিবা,
শংনচাবা মবম ১০০ মুন্না চাবা মবম ১০০,
হৈবাং অশংযেং তাওজিং অমুন-থন্না,
লুক্লেম পাগা চোন্না কংলক্লেনে লাইনিংথৌ।।২।।

হযা হে চিঙু ইবুঙো লাইনিংথৌ,
যোযমাযায মালেম অঙানবা,
নুবা খুৎপিগুম লুমলাই চাযগে হাযবক্লে,
পাখং লিবেল্লাবা চেপ্পা হযগে হাযবক্লে,
লোংঙামৈগুম মদোম লোইখোইনবক্লে,
নোংচুপ চিংযা পনখৈদা অমমলোকশা তান,
যোযমাযায ফম্বানাবন চনখ্রবা,
অহিংগী তাংলৌ থেংলক্লবনা,
চিংঙু নতৈ-ননাও খোযমোম নবিংঙানা,
চিঙু ইবুংঙো, খোইযুম নঙগী শংগাইনিংথিবা,
মীবাযমানা কাঙমদবা, পোংলাইমানা যৌঙমদবা,
সনা শঙলেল নুঙাইবা, হাঙোই নুবা কুমদমশঙ,

ককচেং লুচাউবী যাকাশঙ, শম্ভিনা কাংমায নাম্বা শঙদা
ইবুংঙো-ইবেম্মা অনিনা, তুবী-লাইবেল শাংনা,
চিংঙু মিৎযেং মদাইনাওশুমবিবো।। ২ ।।
লাইনিংথৌ ইবুংঙো চিংঙু নঙগী
নখুন খুনপুক্লেল অচঙবা অসিগী নদাইবেম,
নচা-ননাই পুন্নমকপু পাবি-মমোম শেৎনহনবীগনুদো,
পল্লেম পন্থৌ কাযহনবীগনুনে লাইনিংথৌ।
পল্লেম-পন্থৌ কাযনববা নাব্রা অঙাং কযানা
যোকপি-থাকপিনবা লৈতবনা
অবাম-খৌবাংবু পল্লেম-পন্থৌদা হাযফম লৈতবদগী
পন্থৌগী মাংগোন উখোকতেন কোন্দুনা
খুদাংপিফম্না হীক্ল-হীক্লা কপ্পদু
উহনবীগনুদো লাইনিংথৌ।।
মচা কাইনবী পল্লেম্না ফিজিগী লল মাঙখ্রবদা
থীক্লেল থাগা ফুনা থব্রায যাওদ্রবা মচাবু কোন্দুনা
খাম্বী মৈথক্কী কম্বীদা লেল্লেঙানা খাঙবগুম খাঙববু
থোকহনবিগনুকো ইমা ইবেম্মা লাইবেম্বী।।
নখুন খুনপুক্লেল অসিগী ফত্তবা হৌদিবা লাক্কদবু।
মবম লমলেল মদাইমা শুগু খুম্বী ইবাংকোন,
হুৎশু হুৎলি-হুৎশু হুত্তে, হুত্তংঙানা কোম্বলম
পাম্বকৈবেল মপি-মচানা ফত্ত-হৌদিববু ঙাইবিবালম,
লম্লেল চীংনুহুত্তা হোইথবিযুদো।।
নখুন খুনপুক্লেল অচঙবা অসিবুদি অফবা-নুঙাইবা
কপযাং তানযাংবা, উবম ব্রাহোংবা-চেঙজা কোনখিনবা,
থবীগুম মশেকলাবা-নুমিৎকুম মঙান্নাইবা,
পাবি থোইবা-পুবি থোইবা ওইহনবিযু,
ইমিং লোম্না কোববশু ইমাঙলোম্না তাদবা,
ইমাঙলোমদা কৌববশু ইমিং লোম্না তাদবা,
খুম্থন্না-লাইথন্না পুন্সি নুংশাংনা তুবৈ-ইবৈ চন্দবা,
খুঞ্জাও লৈচাউবা, শুক্তা-শোইদাফববু পীনর্বিদুনা

অৱাং কৌব্রু অশুপ্পগী শামু লৈতল্লেন্নীনা
মচাবু মবৈনা শীৎনা নান্না কৌন্নীবগুম
কোনশিন্নিযুদো লাইনিংথৌ।।
ননাই বাকমা শৈদমপান্দি
শাংনা চৎখিবা শোববু শাংনা হঞ্জিঞ্জবগে।
তেন্না চৎখিবা শোবশু তেন্না হঞ্জিঞ্জবগে,
হযিচাদি হযাচা, হযাচাদি হযিচা হযুম হযুম।।

অশুম্না পেনানা লাইগী মমাংদা থৌগন তৌবা লোইবগা মাইবিনা লাইমাং ফমদুনা লাইগী পাওচেল্লগনি। মশিদা অশুম্না মাইবিনা কাবগীদমক কবম্ন লাইগী পাও চেল্লিবনো হাযবর্বদি মাইবি হাযবা অশি লাই অশিগা খ্বাইদগী নক্লনা হাকথেংনর্বদি মহাকনি। হাযর্বদি লাংলিবা লাই অশিগী থবায অশি মহাক্লা থাঙ্গেমকশেংনা পুখৎ লক্লগা লাইশং মনুংদা শাদুনা থল্লিবা শক্তমদুদা হাপ্তুনা অহিংবা ওইহল্লি। অদুনা লাইগী পাওচেল্লকপদা মাইবি নত্তনা অতোপ্পা কনা অমতনা যাদে। মদুদি খুদম ওইনা হাযববদা কনাগুম্বা মীনা হাকথেংননা নক্লবা মীদা পাওহং অমদি পাওচেন্নবা অদুগুম্বাগী মওংনি।

অশুম্না লাই অসি শুমদুনা থম্লবা মতুংদর্দি ইকৌবা নুমিৎকী ওইবা থৌবমশিংদি থৌদোন লোম্লবনিনা লাই অদু নাওশুমনবগীদমক্তা ফিকক খুমদুনা থাকন লাইনা হাযথবগনি।

## শরীক্কী নুংগী ৱাখল্লোল:-

### শারিৎ (শালিৎ):-

শবিক (শালিৎ) হাযবা পোৎশক অমা লাইবু ইকৌবা নুমিত্তা অমাইবিনা পাযবিবা পোৎশক অশি তাইবঙ শেম্বা-শাবদা চঙদবা যাদ্রবা খ্বাইদগী মক ওইখ্রবা পোৎ অমগী শক্তম্নি। মশি "পী" হাযবা তাইবঙশিংগী নাওপেং (চাপোক থোঙ) থাঙনি। মাশিদা তাইবঙগী মক হুন্নফম অমদি তাইবঙ পোক্লফম ওইবি। মাশিগী মওং অসিদা মযাইদা মতুম অমা যাওবিবা অশি "লৈপিতোনশেন লৈনকফা" (থৱায শেম্ফম) হাযবা লাই অদুগী মশক্নি। ("মাশি তাইবঙ লাংপুম" হাযবা পুযাগী বানি) মাশি লৈমবেন্না পুথোকখিবা পোৎশক্নি। শালিৎ (শবিক) হাযবগী ৱাদি তাইবং শা-হকচাংগী থৱায অদুবু লিৎথবকই হাযবগী "শালিৎ" হাযনা কৌবনি।

## কোন-য়াইগী নুংগী ৱাখল্লোল:-

'কোন যাই' হাযবিবা মিংথোল অসি লাই অমা খুকুম্বা মতমদা সনা মচেৎ অমগা লুপা মচেৎ অমগা পুন্ন পাযববু কৌই। হাযবিবা পোৎশক অনী অসি সনা তমসুং লুপা ওইববশু লাইবোল ওইনা শোল্লকপদা 'কোনযাই' হাযবা মিংথোল অসি ওইবকপগী মবমদি পোৎ অনী অসিনা থবায মক্ষ হুল্লে হাযবগী বাখল্লোন্নি। অদুনা লাইশোল অসিদা পল্লিবা বাবোল 'কোবও নোংলূপাল অঙৌবনা মালেম লযদা তাই", হাযবিবসিগী বাখল্লোন্দি 'কোবও নোংলূপাল' হাযবদি পার্যবিবা লপা মচেৎ অদুনি। মসিগী মতৌদি তাইবঙ লাংবুম্বদা থক্তা থংলিবা 'পা'গী তাইবঙ মক্ষ ওইবিবা ফম্বীকোন্না পীগী শিযোম্লুংদা চিথবকপগী বাখল্লোন্নি হাযবদি লুপানা মালেমদা থাবিবে হাযবিবনি। অদুগা "মালেম লৈশ্রা অঙাংবনা কোবও নোংদ তাই" হাযবা মালেম লৈখাগী মশক ওইনা খাদা থংলিবা, পীগী ইবম ৭না লোইদাম লৈশাৎ তর্মাখবগী লৈকা ফন্না শাৎকাযবিবা লৈবাংনা কোবওথর্ক্কী ঈবান ভাইববুনি। অনী অশিনা তিন্নবগা থবায ওইনা হিংহন্নবা ঈগী ঈপাল থাবন মতৌনি। অদুনা হাযবিবা থৌওং অসিদি (কোনযাই থাবা) অফ নুঙাইগী ওইবা লাইথৌদদি মক ওইবা পোৎচঙনি। অদুনা লাইনিংথৌ লাইবেম্বীগী থবায লওখৎপনচিংবদা যাওদবা যাদে।।

## ইকৌবদা থাযনগা হৌজিক্কা খেৎনবা মশক:-

থাযনদগী হৌনা লমদম অসিদা পাংথোক্লক্লিবা লাইথৌ অসিগী ওইনা ইকৌবগী মতাং অসিদশু মোংহাদনা মিৎ নাশিংনা অতপ্পা খোঙথাং অমদা হেৎহল্লকর্খ্রিবা মতৌ অসি যেংশিলহৌবগী থবক যাম্না মক ওইবি। মবমদি খুন নাই অমগা মতমগী খোঙচত্তা অহোংবগী মতৌ হাযবসিবুদি মহৌশানি। অদবু অহোংবদুনা খুন-নাইদা লাইথুংগী মশক ওইবক্কদবা খোঙথাংদগীদি চেকশিনহৌগদবনি। অদুনা শাগেগী অপোকপনচিংবা লাইশিংগী ইকৌবগী থৌওং অদু থাযনগী অহলশিংনা পুযা ওইনা লা চন্দুনা থম্বীবম্বগা, হৌজিক্কা খেৎনবিবা মতৌ অদু মিংশেনগী মশক ওইবা পুযাগী লাতম ফাক্কত্তুনা যেংশি।

"লৈবাই যুখাঙবগী পোৎযাওদি ঈশিং মপান্দা লাতোল ১২ শেত্তুনা ওয যেৎ নাইনা থা-ও। লা উপ্লা থা ও। চেঙ খব খব ১২ ওইনা থা-ও। যেংদৌ উতোং ১৬তা যাম্না পুকযু লাইযু ওইনা লেংদুনা মমাঙদা খিল ও। যোৎ ফিবাক ২, শেল ২, ফমফি ১, হৈ লৈ পানা ক্বা থও। লাইশোন্দি.

"কশা নোংথৌ লাইযিংথৌ অপোক-অশাংপা
অকু-অযেনবা নঙগী চাদা যুকৌবনে"॥

অসি হাযনা শোল ও। পোৎ অদুদি মৈদা ইক্কুনা হুম্থোক ও। যুকৌবগী (লাই থেমগৎলমদাইগী) পোৎযাওদি, শাবেল ১, শাপাদি, ঙানু, খুনু, যেন, চেঙ, যেকুম, হৈ, লৈ, লৈশং, লৈ অযাম্বা, ফকলোং ১, ফমফি ১, যোৎফিবাক ২, শেল ২, কোনযাই পু ১০, লৈবি ৯, লাবোংগী লাপোৎ ৭, শিংপোন ৭, খাংখা পোন ৭, খামেন পোন ৭, পান পোন ৭, চাবান ফূ ১, মনুংদা মথাক-মথুম শুনা হাপও। শামুক মখাংদা লাবোল ৯, হৈ, শিং, শোইখোক্লবা, হৈতুপ, শিং। পাঙনপুল ২, ইবাংপুল ১, লংলা মপুম ৭, হীবী ওইনবা লংলা ৯ তিম্বা অশাংবা ১, অহোবা ২ মাদা (ঈশাযফৃখিনফমদা হুৎপা অহোবা মখুল ২) 'কোনযাই সনা-লুপা' অশেংবা, লিকোল মবিল ফাত্তবা, নোংদা ঙানোয শাবনবা, লাফু থবো মনুংগী ১, লাফোয থবো পালবা লাউ ১, ফিমু ১, চেঙ, যেকুম, লৈশং, লৈ অযাম্বা, হৈ, পানা ক্বা, উচিমৈ ৮, লাফু ৮, চু ৮, হৈনৌ মনানা থকখল নমখাং ২মাগা কাবল লাক্লা কোয ও। চেঙপাক, কবোক, অহাও-অথুম অসি যাও ও"॥

" শোবালেলগী পোৎযাওদি (অপোকপা খুকম্বগীদা লাইগী ফম্বাল মমাংদা থাবা) যুম্বী ইহম যোম্না ফি অহনবা অঙৌবা ১ (উনা মখোঙ যুংদুনা শাবা লাইশঙগী বানি) পোক্লেলপোকপা-শাৎসেল শাৎপা লাইগী খুভম ওইবিবা যুমগী 'উবোং-যাত্রা' হাযনা খঙনবা যুম্বী) উতংনা খাবা শা-ও। উচিমৈ ফিবাল অঙৌবা ৪। লফু ৪, নম্লোন্দা যুংনবা অচৌবা ১, মতোন্দা ফিবাল অঙৌবা ১, খৈযোমদা পুন্নবা ফি অঙৌবা ১, লফু ১ চু ১, চেঙ, যেকুম, লৈশং, পানা, ক্বা, হৈপাল লাপাল অসিনে। হৌজিক্তি অদু খৈবিক্কী মফম মফম খঙনা লাথা পোখা হাযগে। নিংথেম পোকপদি লৈকুথক যাও ও (কোযেৎ মখল অমা)। লাইবেম্মাদি ফৈজা-লেংখাং (কোকশেৎ মখল ১)। অঙোম পোকপদি 'লোনঙৌ' (অঙৌবা মচু)। খুমন পোকপদি লোনমু। মোইবাং পোকপা, শবাং লৈশাংথেম পোকপা, খাবা-ঙাম্বা, অবোং-অপাউ পোকপদি লোলঙাংনে। লপযানকাদা ফানজাও (ফম্বাল) থা-ও। মথক্তা লা লোংনা থাও। লা মথক্তা ফক থা ও। ফক মথক্তা যেৎফিকবা থা ও। অপোকপদা নমখাং থাখল খলও। (পোল্লাংখোক শেম্বদৌনা মথক্তা ৱানা ফৈদুনা শেম্লগা ফি অঙৌবনা শাংনা খন্থদুনা শেম্বা) লোৌল্লে, ফৈজা-লেংখাংগা। নুপীগী ফিবোয, খুজিনাশি থাও। লাইবেম্মাদি ফৈজা-লেখাং, লৈশং খেকৱাযবা যেলও। থেৎপিও। লাইবংথৌ ৯ মদা নুপী নিপা ফীবোয ওয-যেৎ নাইনা ইন্নফিনা খাযনা থাও। ওয-যেৎ নাইনা ইন্নফিনা খাযনা থাও। ওয-যেৎ নাইনা লৈহুল ও।

অপোকপাগী মমাংদা শামুক লুক্লেন ২দা লাবোল ৭ উপ্লা থাও। চাক্লুক্তা চেঙ, যেকুম যাওনা থাও। হৈকক্তা মবোয শুনা হাপ ও। চিথেক ৪মাদা লফূ উচিমৈ ফিবাল থেৎ ও। মবিমাদা লোযকক নাউকক্তা চেঙ, যেকুম হৈ, লৈ, পানা ক্কা মবোয শুনা হাপও। কেগাম মথক্তা লৈবি খিল ও। যুশিনফমদা (লৈমবেল লাইমাংদা) লাইবেম্মাদা কোনযাই, নোংদা, লিকোল হুলও। লাতোল ১না ঈশাযফূ খুম ও। লা মথক্তা ফি অমুবা ১না খুম ও। লাইমাংদা লাবোল ৭ থুপ্লা থা ও। লুকলেল ৩ শেম ও। চেঙ, যেকুম, হৈ, লৈ পানা ক্কা, চেঙপাক, কবোক, অথুম-অহাউ হৈ মনমনাইবা থা ও। নাকন যেৎ-ওয নমলোল ৩মাদা লা ৭/৭ থুপ্লা থা ও। চেঙ, যেকুম, হৈ,লৈ মবম শুনা থা-ও। পানা ক্কা হাপ ও। শেং ৪ মাদা (মখোঙ ৪দা) লাফূ, উচিমৈ ফিবাল থেৎ ও। হৈনৌ মানা, লেংদুনা কোযনা যাল ও। মবক মবক্তা লৈ যাল ও । চিথেক ৪ মাদা লোযকক নাউকক মশীংশুনা থা-ও। চেঙ, লা, থিনবী ৪ মাদা (অপোকপা ইবুধৌগী শক্তম) থা-ও। মমাঙদা চেঙ পূং ওইনা পৈ ও। উচেকলম যেকুম, হৈ, লৈ পান্না, ক্কা মশীং শুনা হাপও। নাকন্দা লিল্লু লাইক শা ও । মকোক্তা যেকম ১ থেৎও। হৈ, লৈ, পান্না ক্কা হাপও।

অসি লোইববগা শোবাবেলগী লাথা পোৎযাওদি ইন্নী ঈহমদা লা যোম ও। মথক্তা ফি অঙাংবা ১ না যোমও। ফি মথক্তা লাবোল ৭ যোমও। পাথোম ৫ পুল ও। মমাঙদা খাবা শাও। খাবা মথক্তা লাবোল ৭ লোন্না থাও। পান্না ক্কা থা ও। যেকম থেৎও। হৈ, লৈ, লৈশং থাও। লুক ১নে। খাবা (ফম্বাল) মখাদা কোনযাই থা ও। লা উপ্লা লাবোল ৭ থাও। চেঙদা যেকুম ৭ থেৎও। হৈ, লৈ পান্না, ক্কা থা ও। লুকলেন ১নে। চিথেক ৪মাদা লাফূ উচিমৈ ফিবাল থেৎও। চিথেক ৪মাদা লোযকক নাউকক থাও। চেঙ, যেকুম, হৈ, লৈ, পান্না ক্কা থা ও। নমলোন্দা লাফু, উচিমৈ ফিবাল থেৎও। লাতোল ১ উপ্লা থা ও। চেঙ, যেকম, হৈ, লৈ, পান্না ক্কা থা ও। অসি লোইববগা ঈশিংদ খৈযোম লাক্কুনা লাই কৌখৎপাগী বা হাযগে। ইখৈবেলগী খৈযোমদি লাবোল ৭ কাবন্না ও। চেঙদা যেকুম ৭ থেৎ ও। যেকম মযাযগীদি মচীন থুগাযও। কোনযাই পু ১, লাংথ্রৈ মপোপ ৭ থেৎও। লফোয লফাং চঙ থোকপা ১, হৈ, লৈ, পান্না, ক্কা যাওনা থাও। অদুগা ফিবাক ১না শুপ্লা যোম ও। পাথোম ৭ পুল ও। খৈযোম ৮ মাশুং মাবোল ৭/৭ কাবন্ননা থা ও। চেঙ, যেকুম ৩/৩ হাপও। হৈ, লৈ, পান্না, ক্কা হাপও। যেকুম মযাযগীদি মচীল থুগাইও। কোনযাই পুমা হাপও। লাংথ্রৈ ৫/৫ হাপও। পাথোম ৭ পুলও।

ইবাই লযমাগীদি লাতুং ৭ কাবন্ননা থাও। লা লোংনা থাও। চেংদা যেকুম ৩ থেৎও। মযাযগীদি মচীল থুগাযদুনা কোনযাই পু ১ হাপও। লাংথ্রৈ মপোক ৩ হাপ ও।

পাঙনপুন ২ মাগী মঙক্তা হৈনৌ মনা লেংদুনা পুলও। মনুংদা লা হাপও। কুপ্না শেত্তুনা লৈনা হুস্থাও। লৈমবম ৭ হাপও। ইবাংপুল ১, পুনমাং ৩, লৈমবম ৭ মা, লংশুং মনীং মমাঙ কিও। মযাযদা লৈ যালও। থাঙমৈ পুন যাওও। ইকুমও। ইরানশেন ২, খৈযোম লাকও। লাল্লিক্তৈদা লৈবাইদা লাইওকঙামবা মমাঙদা লা থাও। অদুগা খৈযোম লাকও। মাইবনা পাঙন পুল ২ মাদা শেল ২ মা খুৎ ওয-যেৎনা চপ্তুনা লাকচিল ও। ঈশিংদা পোৎলাল্লিক্তৈদা শোনবদি -"কশা নোংথৌ লাইযিংথৌ, ইখেবেল অবিবাও, নঙগীনে হাযনা শোল্লো।। "কশানোংথৌ অপোক-অশাৎপা ও। অসিগী নুমিত্তা লযবোল ৭ মাদাগীশুং কাবকও, লাইজা ইবোল ৭ মাদগীশুং কাবকও। কোবও নোংলোল ৭ মাদগীশুং কৃম্লকও।" হাযনা লাকচিলও। খুজিন্না ঈশিংদা ৭লক কাপচিল ও। লাইশোন্দি "থাঙ ও থাওতেতো অসিগী নুমিৎমাদা কাবকও" হাযনা শোলও। অদুগা মাইবা ২মাদি (লাইপুবা ২) লাতোল থাবা অদুদা নেৎহল ও। মাইবা ২মাদা মখুৎ ওয-যেৎ চপতুনা ঈশিং ৭লক শোক্তুনা ২মাগী মখোঙদা চাইখৎ ও। (খুৎ ২না খুজোক শাবা)। অদুগা লাইবেম্মদি মাঙদা চৎও(ঈশাযফৃ পুবা)। লংশুংদি লাইনিংথৌ-লাইবেম্মদি তুংদা পাযও। ইবাংপুনদি মাঙদা থাংমৈপুন থালও (মৈবা থান্দুনা মাঙদা চৎপা)। কবোক্লা লমলোয ও। মাইবা মাইবীদি শবীক খাংও। তওর্দবি, পেনা খোংও। লাই পুখৎলকও। অদুগা চাদা যুকৌফমদা থুংও। যুমগী তাবি মপান্দা লাতোল থাও। অদুগা কবোক্লা লমলোযও (কবোক হাপ্তুনা থল্বা) চঙলকও। যুশিনফমদা থুংও।

লযফৃদা থুংলবগা শোম্বদি-"কশা নোংথৌ অপোকপা অশাৎপা, অকু-অযেম্বা, লযপাক্কী শেক্লীং হা ওশম গুম্বা মনুংদা তিংগোংগুম্না কুন্না লৈবাও। অসিগী নমিত্তা কাবকও" হাযনা শোল ও। "লাইবেম্মা অপোক-অশাৎপী অকু-অযেম্বী ও, তম্পাক লৈমুবোল ৭তা তাযা তাবী, লৈহাওবোল ৭তা পুম্না নোংশাবী। থাঙঙা যুম্লুম হাঙদবীও, লৈকাই পনশাং লোম্বীও। কাকলেল অঙৌবনা উবাউনবী ও, মকু থোংঙাইবনা যুমশঙনাবি ও, থীনবীনা লযহোন্না, কামাবিনা লযশেম্নবী ও (থিনগায-তৌখাযদুনা লযপাক লওবগা কাখত্তুনা লৈবাক শেম্বা)। ককচেং লৃচাউবীচানা লযহোন্নবিও । হে লাইবেম্মা ও হাযনা শোল ও। অদুগা হীবী লংশুংদি যেৎ-ওয নাইনা কোনচিলও। অপোকপগী মমাঙদা ফমফম মথক্তা ফম ও। পাঙনপুন ২মাদি (ইকৌফৃ) লাইবেম্মগী নমলোন্দা থমও। অদুগা মযবাচিং ও। ময লৌও মযবা যেংও। শাফুৎ ফৃ, চবানফৃ থোংগৎ ও। অদুগা শা হাপ ও, শাবৌ হাপও (ঙাপাং), যুচাউ ৭লক কাও (ঈশিং ৭লক হযবা - যেঙ্গাং মহী)। চবান যেংও। শাপৈ যেংও (চেঙগী চাং, যেঙ্গাংগী চাং হান্না থোংদ্রিক্তৈদা

য়েংহৌবা)। অদুগা হয়রুক্কী মখৈ লোকও (থারিবা হৈরুক-হৈরাশিং লওশিন্বা) চেঙ-য়েরুম লোক্কুনা চাফু অয়াম্বা থোংগৎও।"

অশুম্না মতমগী মচুদা অহোংবগী শক্তম্না মতম মতমগী খুন-নাইগী মচু চুপশিল্লকপনা ঙসিগী শারেপ অসিদদি থায়নগী থৌওং অদু মায়থোং ময়েং তাথখিবনা শক খঙবদা ৱারে। পুম্নমক অসিগী শায়োন্না ঙসিদি লাইথৌ অসিগী তাংকক খুদিংমক্তা অরিবা চেনা তুংওইনরল্লগা অনৌবা খুৎশেমগী মতৌ অমদা লাইথৌরোয়শিংগী হৈ-শিংবগী নিংথিবা মচু অমনা য়াম্না মান্না লেপ্লরিবসি য়েংশিলহৌবগী মতম হেন্দোকহন্দবা চুম্লে।

(মথক্কী অরিবা ৱাবোলশিং লৌথোক্লককফম পুযাগী ফোটো হাপচগে)



## ৩শুবা তাংকক

## লাইগী থৌরমদ খঙগদবা পুংফমশিং:-

খুন-নাই অসিগী চৎনবীদা লাইগী থৌবম পাঙথোকপদা অফ-ফত্তগী পুংফমশিং পুথোকপিদুনা থাযনগী মাইচৌশিংনা থম্বীবম্মী। অদুনা পুংফমশিংদুগী মতুং ইন্না লাইগী থৌবম হৌবনকই অমসুং লোইশিন্নে। অশুম্না নোংমগী মনুংদা লৈবিবা পুংজা ৬০ অসি ( হৌজিক্কী মতমদা চৎনবিবা ঘড়িগী পুংশীং পাবগী মওং অসি লৈত্রিঙৈদা চৎনবম্বা পুংশিংনি) অফ-ফত্তগী পুংলুপ কযা শেম্বীদুনা মমিং-মথা কযামকম পুথোকপিবম্মী। খুদম ওইনা খবদং পল্লবদা মীৎকুপ, নাহুম, পংজা, খেন্দোং, অমসুং যুথক অনিচিংবা। অদুনা মমাংঙৈদদি অশুম্না শেম্নম্লিবা পুংফমশিংসি উমং লাই হবাউবা হাযবা লাইথৌ অসিগী মবমদশু যেংশিন্নবগী চৎনবী লৈবম্মনি। অদুনা মবম ওইদুনা মমাঙৈগী মতমদা হবাউবদি হৌবগী পুংফম অমসুং লোইবগী পুংফম ঙাক্না চৎলম্মী। অদুবু হৌজিক্তি পুংফমগী বাখল্লোল অশোমদদি কযা খিজিন্নদনা থাবাল খক্তা খিদুনা পাঙথোক্লবে। অসিনা মবম ওইদুনা লাই শান্নবগী মতম অসি মনিং তমলে। মসিমক্তি যাম্না চুমদবনি। মবমদি পুংফমগী কাঙলোল অসিশু লাইথৌগী মবমদদি অফ-ফত্তগী মহয ফংবদা থোইদোক্না মক ওইবিবনি। খুদম ওইনা অপৌবা খবদং পল্লবদা লুহোংবদা নুংদাং তৌবিবা, অদুগা শোবাত্তা অযুক-নুংথিন তৌবিবা অমসুং ইপান থাবদা অযুক তৌবিবা, পুম্নমক অসি মবম লৈবননি। অদুবু মযাম অসিগীদি নৈনফম নত্তবনা লাইথৌ অসিগী মবমদা পুংফম খব খিজিনহৌবদা যাম্না কান্নগনি।

লাইথৌ অসিগী অহৌবা ওইবিবা থৌবমদি ইকৌবনি। অদুনা নুমিৎ অদুগী অফবা থাবাল যেংবগা লোযননা অফবা পুংফমশু তঙাইফদে। অদুগা অমনা হৌজিক মতমদা কন্না থিনবিবা থাবাল্লোল অসিদি থাবান্দা ফববশু থাবানদুদা ওইবিবা নুমিৎকী মমিং অদুনা থাবান্দুগা যেক্নবা থোকপা ওইববদি লাইচা ফত্তবা থাবান্নি হাযনা খঙনবিবা অসিদগী হেন্না ফত্তে। নুমিৎ অদুদা লাইথৌ তৌববদি অৱা অনা নংগনি। অমদি লুহোং-খোংদোংলবশু পাখ্রা-লুখ্রা ওইগনি হাযনা অবিবা পুযাশিংদা ইবি। ৱাবোল অদুবু অশুম্না পল্লি "তপথোগী ৱাশুং হাযগে। লুহোংবা অমসুং ইবাৎ-থৌনি যাদে। নাববশুং হিংগন্দে খঙও।। থা ১গী মনুংদা (১) লংমাইজিংনা ৮/১২ নি পানবা থোক্লবা, (২) নিংথৌকাবনা ৪/১১নি থোক্লবা, (৩) লৈবাকপোকপনা ২/১০নি থোক্লবা, (৪) ইমশাকৈশানা ৩/৭নি থোক্লবা, (৫) শগোনশেন্না ৫/৬ নি থোক্লবা, (৬) ইবাইনা ৫নি থোক্লবা,

(৭) থাংজানা ২/৮ নি থোক্লবা হায়বিবা মরমশিং অসিদি ফত্তবা মশেন্নে। লুহোংবা অমদি মহৈতম্বনচিংবা অফবা থবক পুন্নমা য়াদবা মরমনে খঙও"।

হায়রিবা ৱাবোল অসিদি থাবান অদুখক্লা ফংগদবা মহয়দুগী ৱানি। পুংফমগী ৱা লৈতে। অদুগা পুংফমগী ওইবা কাঙলোল অসিদি নুমিৎ খুদিংগী ওইনা তৌবা লাইথৌদা অফ-ফত্ত খাযদোক্কুনা লৈরিবনি। অমনা কুম্বী কালেল হায়বা লৈতনা চাং নাইনা নুতিগী তৌবাশিংদি থৌরম অদুগী মতুং ইন্না পুংফমসিদা হৌগদবনি, লোইগদবনি হায়বা চাং কক্কুনা পাঙথোক্লবগীদমক মাগী মাগী পুংফম লৈনৈ। অদুনা লাইথৌ অসিগীশু লাই হরাউবিঙৈ মনুংদা চাং নাইনা লাইথৌ পাঙথোক্লদবা পুংফমশিং যাক্তুনা লৈ। মদুদি অযুক্কী থৌরমশিংদা (১) লাই য়াকায়বগী পুংফম, (২) হৈকৎ-লৈকৎ তৌবগী পুংফম, অমদি লাইবাউ চেনবগী পুংফম, অসিনচিংবা। অদুগা নুংথিনগী ওইবদা হৌগদবা অমসুং লোইগদবা অমদি নুমিদাংগী ওইবদা লাইবোইগী ওইবা থৌরমশিং পাঙথোকপগী পুংফমশিং অসিনি। অদুনা লাইথৌ অসিগী ওইনশু ইকৌবা নুমিৎ অসি থাবান য়েংবগা লোযননা অফবা পুংফম য়েংবা হায়বসি কাউবা যাদবা পোৎনি। অদুবু মতাং অসিদা খঙগদবা অমদি লমদমসিদা থায়নদগী চৎনবক্লিবা পুংশীং পাবগী মওং অসিনি। মদুদি অপৌবা খবদং পল্লবদা পুংজা, খেন্দোং, যুথক, থোকপা (নুমিৎনা থোকপা) যুংবা, চুপ্পা, তাবা, খাযবা, ঙানবা, তানথোঙ, লেমথোঙ, অথীনবা, অথুম্না অসিনচিংবা। হায়বিবা পুংফমশিংশি পুংজা (হাযরিবা পুং অসিদি ৬০না নোংমা শাবা পুংনি)। হাযবিবা অসিনা পুংলুপ পুংলুপ ওইনা পুনশিল্লগা অচৌ- অপীক / অতেন-অশাং নাইনা শেম্বা পুংলুপশিংনি। অদুনা তৌগদৌরিবা লাইথৌ অদুগী মতুং ইন্না মথক্তা পীরিবা পুংফম মযামসি অফ-ফত্ত য়েংলগা শীজিন্নরিবনি। অদুনা লাইথৌ অসিগীদমক্তা ওইনা থায়নদগী চৎলম্বা পুংফমশিংদু য়েংশি।

## ইকৌবগী পুংফম:-

হায়রিবা মতাং অসিগী পুংফমদি নোংমগী মনুংদা তাংকক ৮ থোক্লা খায়দোক্লগা চৎলিবা পুংচৎ, 'যুথক' হায়বা অসিগী মনুংদা নোংঙাম্বদগী যুথক ৩ চৎথ্রগা পাঙথোকপা য়ারে। হায়বদি নুমিৎ অদুগী ওইনা নুমিৎ তাগদবা পুংজা ৮ ৱাৎলিঙৈ (হৌজিক মতমদা চৎনরিবা ঘড়িগী পুংশিংনা নুমিৎ তাগদবা ২.৩০ = অনি মখায়, ৱাৎলিঙৈ ওইবা মতম্মি)দা পাঙথোক্লদবনি। অদুগা খঙগদবা অমনা মসি ইকৌগদৌরিবা লমদমদুগী চৎনরকপগী মতুং ইন্না অযুক্তা তৌনবশু য়াওই।

মসিগীদমক্তদি অকাযবা লৈতে। অদুবু অযুক নুংথিনগী মতমদা ওইববশু নুমিৎযুংবা পুংফমদি শোকপা যাদে। মবমদি মতাং অসিদি লাইনা মশোং চাউবা মতমনি। অদুগা অমুকশু নুমিৎকী মণ্ডল লোইখ্রবদি হাযবদি নুংদাংদদি শুকযামক যাদ্রে। মবমদি নুংদাংদদি ফত্তবা লাইশিংগী মঙম (পালী) ওইবা মতম্নি। মতাং অসিদি অফবা লাইশিংদি শোন্থদুনা লৈবা মতমনি। অদুননি মীনা লাৎপা লাইশিংনা নামদাং ওইববদি থোঙ থিংলিব্দু। অদুগা পুংফমগী মতাং অসিদা অমুক্কশু সংশিনগদবা অমনা মালেমগী খোঙচৎকা মতুং ইন্না উত্তম-কামবী (উত্রাযণ-দক্ষনাযণ) নাইনা চৎলকপা অমদি খোঙচৎ অসিনা মবম ওইদুনা 'পান্থা' (ঋতু) শাদংগী 'তাম্থোঙ লেমথোং' অহিং নোংথিন (দিবমান বাত্রিমান)গী ওইনা তনবা শাংবা খেৎনবকপনা মবম ওইবনা নুমৎ থোকপা অমসুং তাখিবা অসি লৈদুনা লৈবা নত্তবনা মতম মতমদুগা ওইনা নুমিৎ থোকপা তাবগী মতম অদু থংনা তৌগদৌবা ওই।

য়াকাযরোলগী পুংফমঃ-

হাযাববা মতাং অসিগা ওইগদবা পুংফমদি নোংমগী মনুংদা শরুক ৮ য়াক্লা খাযদোক্লগা লৈবিবা 'যুথক' হাযবা পুংলুপ অসিনা লোইগদবা পুংঙা ২ থংগা ঙাইবকপগা লোযননা লাইথৌনোযশিংনা হকচাং শেংদোক্কুনা ইকশানদেংবা লোইদুনা লাই যাকাযগনি। (হাযবিবা পুংফম অসি হৌজিক মতমগী ওইনা চৎনাবিবা ঘড়িগী পুংফমদি নোং পুমঙালঙাল্লক্কদবা মিনৎ ৪৫ ব্রাৎলিঙেগী মতাম্ন)। অশুম্না পেনা খোংবনা যাগৈবোলগী লাইশোন তৌদুনা চত্থবকপা অসি নুমিৎকী মশেক্লা মালেমদা হেক যৈবকপদা লেপকদবনি। অসিদগীদি অমাইবীশিংনা লাইগী লাইপোৎ-শেমপোৎ পুন্নমক শেংদোক চামথোক্লগনি। নত্রগা তাইবেল মনানা ঈশিং লুপ্তুনা চাইথোক্কুনা নোংঙাল্লকপগী হৌনবী ওইনা তৌবগনি। অশুম্না নোংঙাল্লকপগী ওইনা লাইনা লেঙখৎলকপা মতম অসিবু "লাই যাথোকপা" কৌই। অসিদগীদি নুমিৎ থোকখ্রবদি খেন্দোং অমসুং যুথক হাযবা পুংলুপসিংদু লাইথৌ অসিগীদমক্তদি যাম্না মক ওইবনা মথং মথং পাদুনা লাইথৌ তাংককশিং পাওথোক্লনি। অদুনা নুমিৎতুগী ওইনা যুথক্কী খোঙচৎ হৌবকপাগী অহান্বা খেন্দোংগী পুং লুপ্তা (ঘড়িগী পুংশীং ওইনা নোং ঙানাখবদগী পুং অমা মখায = ১.৩০, ফাওবগী মনুংদা, হাযবদি খুদম ওইনা হাযববদা নুমিত্তুগী ওইনা অযুক্কী পুং মঙা মখায - ৫.৩০, দা নুমিৎ থোকখ্রবদি পুং ৭ ফাওবগী

মনুং) অমাইবনা অনম-অথৌ কোকপা লোইহৌগদবনি। লোযননা মাইবীশিংনা হৈকৎ-লৈকৎ অমদি লৈহুন্নচিংবা লোইহৌগনি। থৌবাঙ অসি লোইশিল্লবদি খুঙ্গংগী ওইনা হৈকুক কাবনচিংবা তৌবা যাবে। অশুম্না মথং মথং চথবকপনা অযুক্কী ২ শুবা খেন্দেং ফাওবদা (ঘড়িগী পূংফমদা নুংমিৎযুংগদবা পূং অমা মখায ১ ৩০, বাৎলিঙৈগী মতম) মাইবীনা লাইবাউ চেম্বনচিংবা অযুক্কী থৌবমশিং লোইশিন হৌগদবনি। মতাং অসিদা খঙগদবা অমনা মাইবীনা লাইবাউ চেম্বা লোইদুনা অযুক্কী থৌবম লোইশিল্লকপদা জগোই কৎপা হাযববদি নুংথিল অমদি নুংদাংদা শকপা ইশৈশিংদি শকপা যাদে। অদুনা মখাগী ইশৈ অশি শক্কদবনি। অদুগা নুমিৎ অদুনা ৩/৫/৭/৯/১১ চনবা নুমিৎশিং ওইদুনা লুক কৎপা (শবেল কৎপা) অমদি শবোয খাঙবনচিংবা তৌবা তাববদি হান্না পোৎ-চৈ শেম-শাদুনা থম্লগা নুমিৎ যুংদ্রিঙৈদা পাঙথোহৌগদবনি।

## নুংথিনথৌবমগী পুংফমঃ-

অশুম্না অযুক্কী থৌবম লোইশিনখ্রবদি লাইশিংবু ঙাইহাক পোত্থাহনবগী বাখললোন্দা নুমিৎ যুংবা লাম্থোকপা ফাওবা লাইথৌ লেপকনি। অশুম্না নুমিৎ অদুগী যুথক হৌখ্রবদি, হাযবদি ঘড়িগী পূংফমদা নুংথিনগী পুং অনি মখায ২ ৩০, তাখ্রবদি লাইগী থৌবম অমুক হৌবগনি। অশুম্না 'ফুঙ্গাবেল জগোই' হাযনা খঙনবা লাই শেল্লুংবর্নাচিংবা লাইগী ফম্নাইবশিংনা মাগী মাগী নুপীশিংগা লোযননা পুংবা পুংবা শাবা জগোইনচিংবা থৌগনজগোইশিং মথং মথং কৎকনি। অসিদগীদি লাইথৌ হৌনবা লৈলাংবর্নাচিংবা মথং মথং চৎথবকপনা লাইবৌ লোইশিন্দুনা বাকোল ফাবা ফাওবদা যাচঙবা মতম চানা লোইগদর্বনি। মবমদি ঙশাই অযুক্কী যেন্দা মাঙদা (নুমিৎ থোক্লকপদা) লাইশিংনা যাথোকখিবদু নুমিৎনা অমুক অমম লৈশালোক্তা চঙখ্রবনা লাইশিংশু অমুক শঙ্গাযনুংদা যাচঙলগনি। অশুম্না লাইনা যাথোক্লুবদগী যাচঙলকপা অসিবুনি ব্রাকোল ফাবমদাইদা যা যা লাউবা হাযবা অমা তৌবগা বাকোল ফাবগা লাইশঙদা লাই লেঙশিল্লিবদু। অদুনা ব্রাকোল ফাবা হাযবা অসিদি লাইনিংথৌ-লাইবেম্বীগী থব্রাযনা যাথোক্তুনা মচা মনাইশিংবু শেন্নবিকুবদু কৌসিঞ্জবনি। অদুগা তাইবঙগী থব্রায ওইবা লাইশিংশু মপুগী খুযাখাদা চঙজবিবনি। মসিগী মবমদি ব্রাকোলগী মতাংদা শুগাযনা পঞ্জবগে।

## থা থাগী ওইবা লাইথৌগী পুংফমশিং:

থাযনদগী হৌনা উমংলাই হবাউবা হাযবা লাইথৌ অসি অকক্লবা থা খবদা পাঙথোক্লবকপগী চৎনবি লৈবকই। মদুদি কালেল, ইঙা, ফাইবেল, লমতা অমসুং মেবা থা, হাযবিবশিংসিদা হবাউনবকই। হাযবিবা থাসিংশিদা মপুং ওইনা থাশিংসিগী মপু ওইবিবা লাইশিংদি কালেন্দা পাখংবা, (চেঙহোঙবনচিংবা), ইঙা থাদা অশীবা (সনামহী)গী লাইচৎশিং (সনামহী চেঙহোঙনচিংবা), মেবা থাদা পান্থোইবী অমসুং পাখংবগা লাইচৎশিং (পান্থোইবীগী চাউবেল কুমৈ অমদি পাখংবা মেনতোংবনচিংবা)। অদুগা ফাইবেল অমসুং লমতা থাদদি লাই পুন্নমক হবাউনবকই। অদুগা কালেল অমসুং ইঙা থাশু লাই অযাম্বা হবাউনৈ। অদুগা লেমহৌবিবা থাশিংদদি থৌবম অসি পাঙথোক্লবক্তে। অদনা লাইথৌ অসি ভৌবা থাশিংসিগী ওইনা তৌগদৌবা পুংফমশিংসি মখাগী অশুম্না তৌগনি।

### কালেল অমসুং ইঙা থাগী ওইনা

(ক) অযুক্কী থৌবমশিং:-

| থৌবমপবেং | | পুংফম |
|---|---|---|
| ১/ যাইকাযবোল | - | ৩/৫১-৪/৩৬ নোংডাল্লমদাই |
| ২/ অনম-অথৌকোকপা | - | ৪/৩৬ - ৬/৫ |
| ৩/ মাইবীগী লৈহুন্নচিংবা হৈকৎ-লৈকৎ | | ৬/৫ ৭/৩০ |
| ৪/ লাইবাউচেনবা | | ৭/৩০ - ৯/৩০ |

(খ) নুংথিনগী থৌবমশিং:

| | | |
|---|---|---|
| ১/ থৌগলজগোই | - | ২/৩০ - ৩/০ |
| ২/ লৈলাংবা | - | ৩/০ - ৩/৩০ |
| ৩/ হোইলাউবা | | ৩/৩০ ৪/০ |
| ৪/ হোইবৌদগী ব্রাকোল ফাওবদা | - | ৪/০ - ৬/৩০ |

(গ) নুমিদাংগী থৌবমশিং (লাইবোই):-

| | | |
|---|---|---|
| ১/ শবোযখাঙবা, থাঙ, ফিবাল, মৈ, কৎপা | - | ৮/০-৯/৩০ |
| ২/ লৌতাবোল অমদি তাংখুল-নুবাবী | - | ৯/৩০ - ১২/৩০ |
| ৩/ ঔগ্রী-হংগেন | - | ১২/৩০ - ২/৩০ |
| ৪/ হিযাল্লোল | - | ২/৩০ - ৪/০ |

## মেরা থাগী ওইনা:-

### অযুক্কী থৌবমশিং

| | থৌবমপবেংশিং | | পূংফম |
|---|---|---|---|
| ১/ | যাকাইবোল | - | ৪/২৯ - ৫/১৪ |
| ২/ | অনম অথৌকোকপা | - | ৫/১৪ - ৬/৪৪ |
| ৩/ | মাইবীগী লৈহুন্নচিংবা হৈকৎ-লৈকৎ | - | ৬/৪৪ - ৮/১০ |
| ৪/ | লাইবাউচেন্বা | - | ৮/১০ - ১০/১০ |

### নুংথিনগী থৌবমশিং

| | থৌবমপবেংশিং | | পূংফম |
|---|---|---|---|
| ১/ | থৌগল জগোই | | ২/০ - ৩/০ |
| ২/ | লৈলাংবা | - | ৩/০ - ৩/৩০ |
| ৩/ | হোইলাউবা | - | ৩/৩০ - ৪/০ |
| ৪/ | হোইবৌদগী বাকোল ফাওবা | - | ৪/০ - ৬/১০ |

### নুমিদাংগী থৌবমশিং

| | থৌবমপবেংশিং | | পূংফম |
|---|---|---|---|
| ১/ | শাবোয খাঙবা, থাঙ ফিবাল,মৈ,কৎপা | - | ৮/০ - ৯/৩০ |
| ২/ | লৌতাবোল অর্মদি তাংখুল-নুবাবী | - | ৯/৩০ - ১২/৩০ |
| ৩/ | ঔগ্রী হংগেল | - | ১২/৩০ - ২/৩০ |
| ৪/ | হিযাল্লোল | - | ২/৩০ - ৪/০ |

### ফাইবেল অমসুং লমদাগী

### অযুক্কী থৌবমশিং

| | থৌবমপবেংশিং | | পূংফম |
|---|---|---|---|
| ১/ | যাকাইবোল | - | ৪/৫৪ ৫/৩৯ |
| ২/ | অনম অথৌকোকপা | - | ৫/৩৯ - ৬/৩০ |
| ৩/ | মাইবীগী লৈহুন্নচিংবা হৈকৎ-লৈকৎ | - | ৬/৩০ - ৮/০ |
| ৪/ | লাইবাউচেন্বা | - | ৮/০ - ১০/০ |

### নুংথিনগী থৌবমশিং

| | থৌবমপবেংশিং | | পূংফম |
|---|---|---|---|
| ১/ | থৌগল জগোই | - | ১/৩০ - ২/৩০ |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ২/ | লৈলাংবা | - | ২/৩০ - ৩/০ |
| ৩/ | হোইলাউবা | - | ৩/০ - ৩/৩০ |
| ৪/ | হোইবৌদগী ৱাকোল ফাওবা | - | ৩/৩০ - ৫/১০ |

নুমিদাংগী থৌবমশিং

| | থৌবমপবেংশিং | | পুংফম |
|---|---|---|---|
| ১/ | শাবোয খাঙবা, থাঙ ফিবাল,মৈ,কংপা | | ৮/০ - ৯/৩০ |
| ২/ | লৌতাবোল অমদি তাংখুল-নুবাবী | - | ৯/৩০ - ১২/৩০ |
| ৩/ | ঔগ্রী হংগেল | - | ১২/৩০ - ২/৩০ |
| ৪/ | হিযাল্লোল | - | ২/৩০ - ৪/০ |

## <u>অয়ুক্কী য়াকৈরোন</u>

উম, হযাহে নহান্নোং ৱাকমনা, মালেম লযশেম লযবোইশৈ,
যাৱাবেন্না কাউদশৈবু পুনুং-পুতাংঙৈদগী আ হৌনবকপা বাক্রে।
ইবা ৱাবীনা কাউদশৈ, খুং যাৱা ইখোঞ্জেন্না নিল্লক্তা,
খোঞ্জেন যাবিবেন শিদবা,
খুংখুং লাংজেং কাইগী নেম-নেম ইদম হৌবকপা,
তান্না হা ওবৌ লৌখোং নিংথিবাবু ফুলহন্দা
লাইৱা উনিংতোন্না কংলা হৌনবকপা বাক্লা,
হযিংখোংগী খোংগাইৱা, যাইথোং শীংশু শীংথাৰা,
র্খনিং মিকৌবানিদো লাইনিংথৌ।
ঔগ্রী কোলোশৈ, খোঞ্জো পাউশাশৈ
মৈদিংঙু মচা পামহৈবা, ৱাংলম মচা যোইবেম্বা,
কোমফু নিংখম নানৌবা, চহুই চিঙ্খাম কোহেনবা,
লৈনুং যাবিবোক মপাবি নোংদা লাইবেল পাখংবা, লাইশ্না ফম্বাললাং,
হাওনুখুনা হাওনুহন, লাইতোখুংল লাইতোংহনগী বাবীবু
বাকমানা থৌকাউদনা শৈহৌজবক্কে॥
শাচুং নিংথৌ শাচুং লাংমৈবেম্বা, পানফুক পানফোইলৌ,
শিংখা-শিংথুমলৌ, শংনা চাবা মবম চাম্মা নিপান (১০৮)
মুন্না চাবা মবম চাম্মানিপান (১০৮), অন্দৌবিবা শাগবিবা
মবম পুন্নমক পুথোকলকপবু থৌকাউদনা শৈথাজবক্কে॥

অসি মতুং থোকপদা ননাইনা মাইকৈ মরিমকপু তাইজরমগে।
থাংজিং শরোয় হুমফুমাথোই, য়াখমলোয় নিপানমকপু তাইরমগে।
মাজিং শরোয হুমফুমাথোই, য়াথমলোয় নিপানমকপু তাইবমগে।
ৱাংব্রেন শবোয় হুমফুমাথোই, য়াখমলোয নিপানমকশু তাইরমগে।
কৌব্রু শরোয হুমফুমাথোই, য়াখল্লোয নিপানমকশু তাইবমগে॥
লম্মাবা, তুমাবা, লমশেনবা-তুশেম্বা, হনুকোকচাউ-হনুলৈখম।
য়েন্নাখা পাউদবা-শাইজিন পোল্লিবা লাইবশু তাইরমগে।
অসিগী মতুংথোকপদা কোরৌ-মালেম্বু তাইজগে।
মঙাং লুৱাং, খুমন ৩ বুশু তাইজগে
হে ইবেন, পীথ্রাইবী-খোংদ্রাইবী অশেম-অশা হৈবিও,
ইমা নঙনা শেন্বীয়ু-শাবিয়ুদো পল্লেম ও॥
অসিগী মতুং থোকপদা লৈনুং থাকক অশৈবা
মোইগাই থাবু লীবা ননাইনা লফুৎ ফল্লাং ফমদুনা
পেনা থদা কোন, চৈজিং শবেল য়েংনা পায়না
মরী লীশিবা মরাং লাংশাবা, শমৈ অনি কারন্না
চিংঙুবা মিংখৈরেনবু ক রু য়াগকৈনা শৈথাজবক্কে॥
(অসিদগীদি লাইগী লাইচৎকী লাইশোন্না শমথৌ অদুগা
মথাগী অসি শক্কদবনি)
য়োইময়াই মালেম অঙানবা, খাগিনিংথৌ নহাশাফবদি
মকুম্বীনিংথৌ ঙাংবচনুনা শনা হংজৈ য়েংনা শৎ,
লূপা হংজৈ ওয়না শৎনা, থোঙজীন নাতৈকাঙ,
চারগী নাপৌ শৎলক্লেদো লাইনিংথৌ।
পলেম মমা ইবেম্মা, থবিরৈবম চনু মৱারেম শাফবীনা
তরা চাঙন লাঙনা শংলৌ মথেন শেম্বা লোইরবদা
তরা চাবা মতোল লোম্লকলেদো॥
শোরারেনগী মমোমলোই, খেত্রে-নুংদ্রে পুহুতনৌবী,
নুরা মিনুকাদি শকহেনবী, লমহাজগোইশাবি ৭ মক্কা
মল্লপাংগনবা ৩০ মক্কা লোয়ননা, লাংগোই শগোল অয়াঙববু
য়াচল লীগ লৌ, খুর্জী শোংয়ানম
কাংলেল খুরুপ থওনা লয়না-লানা কাখৎলক্লে।

ইংথি কান্নচোং, শেল্লোই তান্না হুন,
তরেৎ নুমথৌচীং তবুং চীংয়ায় খায়রক্লে ।।
য়োইময়াই মালেম অঙান্বা নুমিৎ সনা খোম্মদোলদি
নোংপোক লৈহৌচাং, সনাগী থাংতুপ মখোঙদগী,
অঙান খিংখিং খেনগাবক্লেদো ।।
চিঙু ইবুংঙো, অযুক্কী য়েন্দা অঙম্বদা
নোংদোল লীক্লনা ফুযনা তাবক্লবা মতমদা
লিবি হুম্বা মালংবনা কাইদা খোঙদোই হুল্লক্লবদা
পামেল নঙগী, চাউথোইবা তলা উযোক্কোন্দা
অহিং নোংলেল-নোংফাইবম্বা লমগী চেক্লদি খোন্দৈবশিংনা
ইনুংমা শোরা নাতৈনরক্লবদা চেক্লা খোংখৈনরক্লেনে লাইনিংথৌ।
ঙবাংগী যাইফ নোংজাদা,
নোংয়াই চবুক লোল্লকপা,
অহিংগী তাংলৌ অথেংবদা,
চিঙুগী সনা শঙগাইনুং,
চিঙু ইবুংঙো, খোইযুম নঙগী শংগাইনিংথিবা,
মীবায়মানা কাঙমদবা, পোংলাইমানা য়ৌঙমদবা,
সনা শঙলেল নুঙাইবা, হাঙোই নুরা কুমদমশঙ,
ককচেং লুচাউবী য়াকাশঙ, শন্থিনা কাংমায় নাম্বা শঙদা
ইবুংঙো-ইবেম্মা অনিনা, তুবী-লাইরেল শাংনা,
খোইয়ুমগী লাইশঙনুংশিদা,
সনাগী তাংবল নুঙাইবদা,
চিঙু নতৈ ননাউ খোয়যুম লাই অনীনা
ইনখোঙলীগুম শোয়নদা হংগেল্লিগুম পাংশোয়দনা
ইনুংমা কোংগোল য়াতাখিববু
ঙসি কোরৌনোং য়াইফবা,
থবী চৈজেন্দবা থাবা লান্নংদবা অসিদা
খোমলেল পাম্বা মীৎকপ্পবিরো ।।২ ।।

মতমগী খোঙৱায় অসিদা
তাইবঙ থৱায় অপুম্বা, পোম্বী চেক্লা খৈবীক্লা
ইনুংমা শীংখোঙ য়াগা কৈবক্লে

**য়েনগী য়াকৈরোল:-**

কাইবৈ মচেংজা চেংজা যেল্লু ৭মক
অঙাংবা কশা পাওতাকযেন,
অমুবা লোইমোম ফৌগৌযেন,
চিঙ্গোয মানবা থৌনি যেন,
তৌবান মানবা ইবাৎযেন,
লৈচিল মানবা কোবৌ নোদাইযেন,
উফক মানবা মালেম লৈতাই যেন,
অঙৌবা নুমিৎ স্না পুকমযেন,
কাইবৈ যেল্লম ৭না শাগন তুফাংখপ,
ঙকশম লুচাউথেক মালেম খেঙথিন্ননা,
ইনুংমা কে ক্রেক কেক যাগ কৈবক্লে।।৫ ।।

**ক্বাক্কী য়াকৈরোল:-**

লোইবি হেম্বা অমুবা,
থোংনাং চিঙশ্রোই অমুবি,
থিংবাই নিংথৌ পাওহনচেক চেক্লা ক্বাক্লা,
নমু যুমথোঙ খুদিংদা কৌবা নোংগা শোযবক্লে,
ইনুংম ক্বাক ক্বাক ক্বাক্কি লানবাউ চেল্লক্লে।।৬ ।।

**উথুমগী য়াকৈরোল:-**

লৈতান কোঙ্গম অশৈবা নমু মীবোয অতোনবা,
তবা চথিন হৈতবীনা লাংওনচেক,
শবেন ফুমদি থক্তা যাতাবা হুপ্নৌ নাযেৎ হৈবা,
লাংবন ফৌখোঙ কোযবা। চেক্লা উথুম থুম্বীচানা,
ইনুংমা তুম-তুম যাগ কৈবক্লে।।৭ ।।

**লমখুনুগী য়াকৈরোল:-**

লমগী চেক্লা থাবিকপি চিংশেং খুনু লম্লেমা,
শাযবা কাংগোন্নুংদা যাহিপ্পা অশিকোলোয পাওজেনচেব
লৈনুং খোঙঙাবেলগী মদাইবেম চিঙগী চেক্লা লম্লেমা,

তমগী পোম্বি মৈপুংবি, ব্রাশগী ফৈবাদা তোংদুনা,
লমখুনু কৌবি চেক্লানা চেক্লা মখৌ ইপোংপোং,
পোম্বি মথিক ইচোয় চোয়,
ইনুংমা কুক্রকু খোংদুনা চিঙ্খে য়াগ কৈবক্লে ।।৮।।

তেনুব্রাগী য়াকৈরোল:-

পোইরৈ তাম্না চাক্তাবী কবোতম্পাক য়াহিপ্লি,
পামেন থক্তা য়াইবেকপি, লোইবি চিঙনা নাওকোনবি,
হাওনু কোন্দে লৌঙাকপিনা শালোনচেক,
চেক্লা তেনুব্রা কৌবিনা তলা পামেন চাউথোইবা,
উপাম্থক্তা তোংদুনা চেক্লাগী ফিবেপ কাযদনা,
কৌবা নোংগা শোযবক্লে, ইনুং মাতেৎ তেৎ যাগ কৈবক্লে ।।৯।।

হারিনোংনাংগী য়াকৈরোল:-

পম্বৌনা লৎনা থোঙথিংবী লুৱাং চনু যাংদৌবোয,
অপাম্বগী মশুংলাং নুংশি চৈবাক ফংলবি,
কোরৌ খোংজোম্নুবীনা শাৎচবী লুৱাং লৈমৈ মমোম্লোন,
কৌব্রু চিঙনা নাওকোনবী, পামেন উনা নাওযোকপি,
চিঙশাং নাওপোম য়াহিপ্লি, লোইবি চিঙগী মিংখৈতাং,
চিঙনুং কোলোযনজবি, ইঙা কুমদমনা , ইঙেন কুমখাইচেক,
চিঙনুংগী হারি চেক্লানা পামেম্থথক্তা তোংদুনা,
ইনুংমা নেংনেং য়াগ কৈবক্লে ।।১০।।

চরোয়গী য়াকৈরোল:-

কালেল চবোয় অমুবী নিংথম উলেল কিজবি,
উলেল লাইজৈ ইমৈদা ওলাং থাবু ইরোয়না,
মমৈ ব্রাযর শেঙ্গমশা, কোবৌ নোংদা খেৎনা পাই,
চবোয তেত্তু খোংলক্লে চিঙখোঙ যাগ কৈবক্লে ।।১১।।

নোংঙ্গৌবীগী য়াকৈরোল:-

চিঙনুংচাদি নোংগৌবী, চেক্লা থৌরৈ ব্রাকম্বোং,
চেক্লানা নোংদম থিখিবনা, পুখ্রি চোন্না লৈবশু,
চেক্লানা থকউ নোংদমদে। তুরেল কোইনা চেনবা শু,

চেক্লানা থকউ নোংখাইখিদ্রবা চেক্লনা,
নোংমদোস্থক্কি লাইজবু লাংলেল কোংয়াং ৰাতোস্থক্কা,
ৱাশগী ফৈরাথক্তা তোংলগা কুমগী নোংলেল ঙাইবাচেক,
চেক্লা নোংগৌবিনা কুউ কুউ খোংদুনা ইনুংমা য়াগা কৈরক্লে ।। ১২ ।।

চিংঙু ইবুংঙো নকুম কুমগী কুমগাউদনা চেক্লা শয়োম য়াগৈরক্লেদো। খোইয়াঙবম মাসুমমাঙদা। থাঙঙা উপুলসি তেরা কঙলঙ ময়দা য়াকৈপাদী। সাবা লুমলেলতাঙ। লুমলাং পাফনথৌ। চেকলা লুমলেলতু। থোংনাং তানতে ফিসাবানা ওনখিচেক। মায়াং মানিংথৌ লোকফঙবানা। চয়রয় ফিসিঙ সিঙনাঙয়দা। থোংনাং তানদে ফিসাবাবু। থোংনাং কতাপান মাযাং নিংথৌ ফিবু। কোলৌ নুমিৎ ৩ত চয়লয় ফিতোল লোমও। ইয়োং লাইচি ককতাবাবগিদামক। থোংনাং মানিংথৌনা থাঙলেল কোমসৎপা। লাংগোই সাবিথোকপাবু। সোংগিরাবাগি। থোংনাং কতাপালবু নমঙাকনা। মায়াং নিংথৌফিবু মোয়তোপনা। সোইবেল ফুমবি চঙ ওনখিচেক। সাৱা লুমলেলতাঙ। লুমলাং পাফনথৌ। চেকলা আতু মাচনা খাইনুমল খাইনু লাইসেং চেকও। কৌবাদি কাদৌনোংগিনো। হয়বেম খুনচাল নিংথৌলুমচেং তাওবাগি। মামোম খাইনু লৌথিবিনা। নোংয়াই মারমখইদা। লেমলয় ঙাতাকবাবু নোংয়াই খুমল নিংথৌ আতোল পুলসিবানা। নঙদি কাদৌবা লেমলয ঙাহুবাবানো। হায়না ৱা তাথিখিয়ে। খুনচাল খাইনু লৌথিবিবু। য়ুমলক নাইফাবাকুম ফাবৌবে। কুরাও হংগাচলনা ৱাতাথিখিয়ে। হয়রেম লুমচেং তাওবানা। নুমিদাং তাংলৌ থেঙলাবাদা। মামোম খাইনু কৌবিবু মারাল ওনদেরকতাবে। হাযবাগিদামক। মাদু নিংথৌ হয়রেম লুমচেংতাওবানা। খুনচাও সিঙজারাইকোইবা। হয়বেম য়েনলাং থৌচৎপাসিংদা। পাওহংখিযে। ইদাইবেমসিংও। ইমোম খাইনু কৌবিবু। য়েনলাং থৌচৎনাদা। সিঙজা ৱাইকোইনাদাবা। আসি কোরৌ নুমিৎমাদা। লেমলৈ ঙাথিখিববু। মারাল ওনদেরকতারে। ইমোমবু মিৎয়েং সানথৈরমবারা। হায়না পাওহংববু। হয়বেম লুমচেংতাওবাও। নামোম খাইনু লৌথিবিদি। নোংয়াই খুমল নিংথৌ আতোল পুলসিবানা। কুরাও হংগাচলনা থৌখামলৌরে। হায়না পাওতাকলাবাদা। হয়বেম নিংথৌ লুমচেংতাওবানা। আচেন লোকলৈহৌনা। ইলদালখিয়ে। ইমোর্মগিদামকপু। কাওরেল সলথাগে। তায়ম নাইথাগে হায়খিরে। হয়বেম লুমচেংতাওবানা। পাথৌ নোংয়াই খুমল নিংথৌ আতোল পুলসিবাও। ইমোম

খাইনুবু। লাইসেংবিও হায়না। কাওরেল সলথাগে। তায়ম নাইথাগে। ৭ সেলমি নাইদাবা। সেনজাও পাললোং থোইদাবা। লাংবল নোংলোল চলদাবা। তলদু মায়রেন হৌদাবা। থাব্রাল নোংলৈ উদাবা সেলবু। ৭ মামল নাইদানা। ইমোমবু লাইসেংবিও। হায়না পুনেমববু। আতোল পুলসিবানা ৱাওইখিয়ে। পাথৌ হয়রেম লুমচেংতাওবাও। নঙগি তায়ম নাইসমসাং। কাওরেল সলমৈসাংনা। ঐগি লেমলৈ ঙাহুরাদে। নামোম খাইনু লৌথিবিনা লেমলৈ ঙাহুরায়ে। নামোমবু লাইসেংলারোই। হায়না ৱাকনলাবাদা। হয়রেম লুমচেংতাওবানা। আনৌবা পাওখুমখিয়ে। পাথৌ নোংয়াই খুমল নিংথৌ আতোল পুলসিবাও। খুনজাল ইপুঙয়ায়বাগি। হয়রেম চাপুতাবারকতাগি। চেংলৌ সকওই হেনবি। পুনুংলিলনা ঙালবি। সমচিলাকপি। চোমমায় লাংবিবু। হয়রেম চাপু তাবাপুঙতা। পাথৌ নিংথৌ চেংলৌমিৎচুবাবু। খনবিও। ইমোমবু লাইসেংবিও। হায়না ৱাহমবাসুঙ। নোংখুমল নিংথৌনা ৱাকনখিয়ে। পাথৌ হয়রেম লুমচেংতাওবাও। নঙগি হয়রেম চানুরা আতেংবিদি। মাপল হয়রাঙ মাসিংতং। তাওজিঙ মীহয চারিঙয়নে। নামোম লাইসেংলারোইয়ে হায়খিয়ে। হয়রেম লুমচেংতাওবানা মারাল ওনদেখিরাবাতা। নোংয়াই মারমখৈ। মায়ুম কোংবাদা হেকঙাইবা সলজোলপাল। হাওতঙপোক লাইমলবা সলচিংলমদা। হয়রেম লুমচেংথৌবানা। মরাল ওনদেলকপাদা। খোয়মা নারোলনুংদা। য়োয়মায়াই তাওতলবানা। নুমিৎ মাতাং তেনলাবাগি। খোয়মা নবোলনুংদা। য়ারৌ সঙাই লামবিচা যাহিপতম কাঙবি নমঙালনা। য়াওৱা পুরোয। চকমোম লাংচালকতা। খোয়মা লুগাথুপনা। য়াতারিঙযদা। ইমোম খাইনুসুঙ। নোংযায় মাপুঙ য়ায়দা। কুরাও হংকাচলনা লালনংলৌয়ে। ঐসুঙ য়াৱা পুজারুক। চকমোম লাংচালক আসিদা। আসি ইনুংমাদা। পালবানা চিলগোয়চল। কৈরেলনা যাথোঙবিনাবাবু নোংহামগে। তাঙচা লিললাথি নোংগোল সেবলমৈ। লিলা সোকনাথিবা চয়লয় ফিহায় ঙমতাবানা ঙমবলবাবু নোংহামগে। হাযনা কোরৌ থোয়নায়েং। ৱাঙবল পাংনা য়েংনা। মিৎয়েং নাওসুমখিয়ে। খোমলেন তুমগনখিবাবু। চিঙণ্ডু নোংথৌ সরারেল আৱাং ফাখঙ য়োইরেলবানা। কোরৌ নোংলাংপালগি। কোরৌ থারুপনা। ৱাঙপল খাথানানা। পাওমেল থারকয়ে। হযরেম লুমচেংথৌবাও। নাদাইরেম য়িমনিঙ ঙাকনা সোয়রেল পাৎলমতাবানা। নারা কোঙগোইলাংনা হৈরৌবাচেক। থোংনাং তানদে ফিসাবানা ওইখিচেক। সারা লুমলেলতাঙবু লৈবানে। পোলজেম লৈচম খন। কোংয়াঙ পৌদোং লোননা।

নামোমবু লাইসেংবিকুও। চিঙচু কোনলোয মাতিলমেলগি কৌবা সোযবম সেযদানা। চিঙলেল ঙাললম ঙালদাবিঙে। হযবেম মাপলমবু যিলদালখিযে। মাদাইবেম যুমনিঙ ঙাকপা। সোযবেল পাৎলমতাবানা। নাওৱা কোঙগোই লাংনা হৈলৌবা আদুবু। হযবেম লুমচেংথৌবানা। পোলজেম লৈচমখন। থিঙলৌ নিঙতেনা। নোংযায মাপুঙ যাযদা যিলদালখিযে। খুনজাল নিংথৌ লুমচেংথৌবানা পাওমেলখি। পাথৌ নোংযায খুমল নিংথৌ আতোল পুলসিবাও। থোংনাং তানদে ফিসাবানা ওনখিচেকনে। লুমলা পাফনথৌ অসিবু। পোলবি সোঙতাপা। চেকলা ওনথোকপা চেকনে। ইমোমবু লাইসেংবিও। হাযনা আনৌবা বাহমচাবাবাদা। নোংযায খুমল নিংথৌনা। হযবেম খুনচালচনু। মামোম খাইনু লৌথিবিবু। লাইসেংবিবকলে। আদুনোংগিবু খুনজাল খাইনুমল। খাইনু লাইসেংচেকও তৌনা কৌযে। থোংনাং তানদে ফিসাবানা। মাযাং নিংথৌ ফিবু নমনাকনা। থোংনাং কতাপানবু খোযদোমনানা। ওনখিচেক। সাবা লুমলেলতাঙ। চেকলা লুমলেলতুনা। কেগে পোংনুনা নুকোনবা মাসোযমাঙ। তৌমু লালফোইয সোযবেল ফুমবিথকতা। চাকতাবাবু। পোলাব মাঙাইবোয চেকলা মাতিসাং মাসেলবু ৱাখননাখিযে। পোলবি যিঙাইবোযসিংও। আসি কোবৌ নুমিৎমাদি কাদাযদা যাকাসে হাযবা। কংলয মাসুম মাঙদা যাকাসে হাযবাসুঙ। মাকমবি পোংনু যেনকম চানুনা। তাওজিঙ হযগুম সিনলে। ঙাইবোং সিংগুম সাযে। সুমমাং মৈখুদে। নামু পোংতিলদে। কাদৌবা যাকাসিবানো। আতোল খোইযা লযকঙপা মাসুমমাঙ। থাওঙা উপুলসি। তেবা কংবংমৈদা যাকাসে। হাযনা নিঙখননাখিযে। চেকলা লুমলেলতুসু মাদোম নিঙখনদে। পোংনু মাচন কুবাও তাওবি সালওনচেক। আতোল খমবা মাঙদা চাকথোকপা। খুমল লালচেলবম। লৈপামতা চাকতা চেকনা। ফেনজি ইকোপ লাইপলসোযদা। সোযবেল ফুমবিথকতা। চাকতাবাদা। চেকলা মাঙাইবোয মাসেল ৱাখননাখিযে। পোলবি ইঙাইবোয। পোলবি ইহিসাংসিও। আসি কোবৌ নুমিৎমাদি। নোংযায কৌবামাঙ। আতোল তমপা মাসুমাঙদা। যাকাসে হাযবাসুঙ। সুমায মৈখুদে। নামু পোংতিলদে। আতোল খোইযা লযকংবা মাসুমমাঙ। থাওঙা উপুলসি। তেবা কঙলং মৈদা। যাকাসে হাযনা। নিঙখনলাবাগি। আতোল খোইযা লযকংবা মাসুমমাঙ। থাওঙা উপুলসি। তেবা কঙলংমৈদা। চেকলা লুমলেলতু। থৌবাল উফোঙফোঙলংমৈগা। পোলবি খোংদিলনা। চেকলা তুবোননানা। যাকাবা চেকনা। ইনুংকৌবাচিঙনুং সোয।

চেকলা নমবমযেংলাপাতি। নমবম ঙালবাচেক। সাৱা থাবম যেংলাবাদি। থাবম ঙালবা চেক। সাৱা লুমলেল তাঙগা। উপোঙ পোঙলাংমৈগা। চিঙখোঙ যাগৈ তমলে। কৌবা চিঙনুংসোয। সোবাতৈনা ওনলকলাবাদা। চিঙখোঙ যাকৈবক্লে।

**বাইনুঃ-**

চিঙযায চাহুইবোং। লমযায লৌখৈ নিংথৌবা। হুপসিৎ নোংদম খোংবাচেক সঙদিঙ লোনঙাঙবা। সাবা নাওফঙচা। সেলচা হাযহৈবানা। চিঙখোঙ যাগৈতম। সেলচা হাযহৈপানা। কোবৌ নোংথাঙকোল। নুংনাং কাওখঙকোলদা। নোংবাললোন নোমোইনু অহোঙবিবু। কাওজা চৎঙৈ। চিঙঙু নোংথৌ সবাবেল। মামোমলোলপু মললা বাহললুঙৈতা। আৱাং পাখঙ যোযলেববানা। সেলচা হাযহৈবাদা। সঙদিঙ লোনঙাঙবাবু। ললকুচেকনা। আতোল নোংযায লৈমা সঙদিঙ ঙালবি। কমবোংথেম চানু। নাপা নাকম কাঙবিনা। যোযচাল চেকও কৌবাদি কাদৌ নোংগানো। ওইন সেংব্রা। লমযায লৌখৈ নিংথৌবা। চিঙযায চাহুইবোংগা। ওইনু মাবর্মাব। সঙদিঙ লোননৌতাবিগা। চেকলা মাপাব সাবা নাওফঙচাগা। কৌবা চিঙনুং সোয তমলোল ঙাললকলাবাদা। নোংযায মাবমখে। বাযবং চিঙঙামাঙ। থৌবাল সোযথুম মাঙতাবা। চেকলা মাথংলেল। চিঙযায চাহুইবোংনা। বাহর্মখিযে। তানলোয ইকর্মবি। সঙদিঙ লোননৌতাবিও। নঙদি সম তুংদা কোললো। নাথংলেল ঐদি। সম মাঙহোল নাগে। পাৎথি নমদমনাগে। নোংযায লাংতমবা। আতোল লাংসেমবা। মাবাংফমবু। ঐ হালনা মিৎযেং সানখৈগে। যাংলৌ লমগাচিংনা। খোযমা নাখাযগে। নঙদি মাবা ইখোঙখুলবু যললকও। ইপাবিগা সংলৌ কুমমানাবাতা যুমলৌ তামানাবা। পাবি সাবা নাওফঙচা আতোলবাদি। মাবি লিখঙদা মালাংলাং খঙদাবিবানে। সমু যাযতা চৎসুনো। হাযনা ৱাহর্মখিযে। চেকলা মাথংলেলদি। মাঙদাচৎ। মাকমবি। সুঙদিঙ লোননৌতাবিদি। সমু তুংদাকোল মাপাবি সাৱা নাওফঙচাদি। যাইতাচৎ। নোংযায সঙলৌ কুমবাদা। আতোল লৌবি সুংতাই কাল বাদা নোংযায আকাঙজম লাংতমবানা। নালখমবা লিবৌলাং। পাখং সংগাই তনৌলাং। লিবেল তাংমালাং। ওকসোং পুমতালাং। নাওবা কোঙগোইলাং। ফৈপাক তামুললাং। লাফুৎ ফর্মাচিংলাং। নাবক সোলচিললাং। সললম ফৈদিংলাংবু লাংথাক ঙামলাবাগি। ওইনু হামবোইনা। চেংলৌ মিৎযেং সোযবাবাগি। মাবাবি সংলৌ কুমমানাবা চেকলাবু। নাওখমবা লিবৌলাংনা। লিথুবৌলে। আকাঙচম লাহৈবানা হৈহৌবে।

লমযায লৌখৈ নিংথৌবা। চিঙযায চাহুইলোংবু। মাকম সঙদিঙ লোননৌতাবিনা। ব্রাইওখিযে। চেকলা ইথংলেল ওইনু হামবোইবা। নঙদি নোংযায সংলৌ কুমবাদা। পাৎথি লমতমবাদি। নোংযায নাওখমবা লিবৌলাংবু। কাবম মিৎযেং উযোন থিবাবানো। কনলকযে। ইপাবিবু নাওব্রা কোঙগোইলাংনা থুবৌবে। পাবি সংলৌকুমবা সাবা নাওফঙচাবু। কোবৌ আসি নুমিৎমাদা। নোংপোক ব্রাযবং চিঙঙামাঙ। থৌপাল সোযথুমমাঙদা। ইপাবিবু খাইনাবে। থংলেল ইবিঙঙাসু খাইনাবাসে। হাযনা চেকলা মাথংলেলগা। মাপাবি কোঙগোই লাংথুবাগা। পোলবি চিনওকনা চেকলা থাফংনানা। মিকপমানাখিযে। মাবুম সঙদিঙ লাননৌতাবিনা। কোঙগোই নমঙাননা। লাফুৎ খোঙগাওনা। চেক্লা তুবোননানা। মিকপনাখিযে। চেকলা ইপাবিও। আসি কোবৌ নুমিৎতা। থৌবাল সোইথুমমাঙ। ব্রাযবং চিঙঙমাঙ আসিদা। পললেম ইমা ইচা খাইনাবে। নপল ঐদি। থোংনাং কাবোঙলৈ। মাযাং কাফাইলৈবু। ইনতাখিবাকে। থোংনাং দোবা ফিসুবা। উতি সমখোঙযি। কুব। যার্চাযতা চাকতাগুবাদে। হাযনা মাপাবিবু পোলবি চিনদিলনা। চেকলা চিন ওকনানা। মিকপনাখিযে। পললেম মমা সঙদিঙ লোননৌতাবিদি। হাওবৈ নোংচুপলা পাংবাবম। থোংনাং কাবোঙলৈ। মাযাং কাফাইলৈ। তানদে খুৎকুমবা। বাইবংলমওলবা। থোংনাং বিসুলাৎপা। মাযাং মাথংতৈবা। ফনচঙ পুমনা মাবা পামেল কাবোঙযুংনা। মেললাং তলবা সাখৌথৎ। নমু পোংযাননা। খোইযুম লাইযুমথঙবা। পামেল উহৈচানা ঙাওনৈবা। থোংনাং মিতাক সানফোংবা। মাপুঙযাযদা চাকতাগে। হাযনা চেকলা সাবু থোইনা। হাওবৈ নোংচুপলা পাংপাবমতা। চাকতাখিবে। মাথংলেল চিঙযায চাহুইলোংতি। হাওবৈ নোংপোকলা পাংবাবম। চেকলা সাফুথোইনা। সেলবি মাতমবাকতা চাকতাখিযে। মাপাবি আমুবাবু। খাইনাবাবাগি। আব্রা তোঙদোযপুঙ চেককোং মাপুঙযায। খাঙলা উযাম পোকপা। সামন উযামহৌবা। চকপা যিংথি যিযাচাও। চোইনৌ সনা পোকপাযি। নুঙখেন চামিলৌ। লযঙোই সেকতাথক্তা। চাকতাখিযে। হাযেং লোইতাম মানুং ওইবকলবাদা। থাঙঙি ঙাঙতমযাল। লোইমোম খোইঙাঙ সাবকলাবাদা। চিঙযায চাহুইবোং। ওইনু সেংপাবাচানা। চেকলা মাকুমবিবু। চেংলৌ সকউনাদাবাবাগি। মাদোম নুংওনখিযে। পোলবি নিঙনা তেনা। হলব্রাইবকযে। সেলপি মাতমপাক। নিংথি যিচাওবু নমদাহুলনা। মামায হাওবৈ নোংচুপপাং। পোলবি খুমলহলনা। লাহালনোং চেকলা মাগি চাকতাফম। ব্রাযবং

চিঙঙামাঙদা। চাকতারাবাবু। মারুম সঙদিংলোননৌতাবিবু। লমওকনাতারাবাগি। ওইনু পোংবারাচানা চেকলা মারুমবিবু। লমলেল ফেনচি য়িকোপ লাইবলসোয়দা। চাকতাবারা। হায়না মিৎয়েং সানগৈবাসুঙ। চেংলৌ সকউনাদারে। লোকতাক বালপারেল আচৌবাগি। সোয়রেল ফুমবিথকতা চাকতাবারা। হায়বাসুঙ। চাকতাঙামদে। লয়তাঙ যিমোইকোল লাললোই পাওবিতেকতা। নোংযায় ফালচঙপুঙদা। খুমলকংদাথোংদা। চাকতারিবা। থিরুবাসুঙ লৈঙামদে। ওইনু সেংবারাচানা। কোবৌ থোইনা য়েং। ৱাঙবল পাংনা য়েংনা। নুংসিখিয়ে। লাহাল চেকলা য়িরুমবিনা। পারি খাইনা নোংদা। ৱাহমলমবাবু লৈয়ে। হায়না। চেকলা মাকমবিগি। পোলবি খুমল য়িলনা। হাওবৈ নোংচুপলানা পাংবারম। থোংনাং তমদাতানা। লাকুঙ পাৎলেল ইলনা। চেকলা মখোঙখুলবু লিথিবাবু। মাকম সঙদিঙ লোননৌতাবিবু। লমওকনাদাখিযে। চেকলা মাথংলেলদি। ওইনু গামবোইবানা। লাপুঙ পাৎলেলকোলদা। কোরৌ থোয়না যেংনা নুংওনখিয়ে। চিঙযায চাহুইবোংনা। কোরৌথকতা। চেক্লা সাফুথোইনা। লোকলৌ সাতোলফুনা। ওইনু মাকমপি। সঙতিঙ লোননৌ তাবিবু। থোংনাং মাসুমমাঙতা। মায়াং লাংতমবানা। নাৱা কোঙগোইলাংনা হৈহৌবে। পোলবি সেঙদাবা। চেকলা ওনথোকপানিগিনা। পোলচেম লাইচম খননা নাওয়োকখিয়ে। থোংনাং কংতি মাসুমমাঙ। সুমায় মাথৌবোমকি। পোলচেম লাইচমনুংগি। ওইনু নোংতম খোংপি। চেকলা নুবাবি। সঙতিঙ লোননৌতাবিনা। কোবৌথোয়না য়েংনা মিকপখিয়ে। মাথংলেল চিঙযাই চাহুইরোংনা। কোবৌ নোংলাংপালগি। মাললেম লযবু য়েং। কোবৌথোয়না য়েংনা। নুংওনখিবে। চেকলা ইলুমপিও নঙনা। থোংনাং তমদা তানা চাকতাপাদি। পোলচেম লাইচমনুংদা কবম নোংথোইঙামলাবনো কনলকয়ে। হাযনা ৱাহমবাবু। চেকলা য়িথংলেলও। মাযুম থোংনাং লাংসুপা মায়াং লাংতমবাগি। নাওৱা কোঙগোই লাংবু। চেংলৌ মিৎথিৎতানা। ওকসোং পুমথাঙলাংবু। মিৎয়েং উয়োন থিরাবানিগিনা। নরুম ঐদি। নাওৱা কোঙগোই লাংদা লালনংঙামবাবু। কোরৌ নুমিৎ মঙানি সুঙমালে। পোলজেম লাইচমনুংদা। কোবৌ থোইনা যেংনা নোংথোইবে। থংলেল চিঙয়ায চাহুইরোংও। থোংনাং লাংসুবাবু লৌমাতৈয়ে। নখোঙ মাললেম তমপাক লযতাবককুনো। পোইরয় মযতৈ পাংনা নাবাল ওনদেখিও। হায়না পোলজেম লাইচমনুংদা। ৱাঙবল পাংনা নুংওনলৌয়ে। মাথংলেলসুঙ। কোবৌ থারুপনানা নুংসিখিয়ে। পোলবি

খুমলহলনা। থিঙলৌ নিঙনা তেবকলাবাদা। আসাইগৈগি। ৱাযবং চিঙঙামাঙ। থৌবাল সোযথুমমাঙদা চাকতাখিযে। ওইনু সেংবাবাচা। কাদলবা চিঙযায চাহুইবোং। লমযায লৌখৈ নিংথৌবা। হুপসিৎ নোংদমখোংবা। পাখং সঙবায লোলদাম লৌগুমনা। মাদোম পাংসোযনিক। নুবা ঙাইখোং সিলসুলুক্লুম। মাদোম মাপাহাঙনা। নোংযায মীবৌসিৎতা। মাদোম চাকতাখিযে। আদোল নোংযায খুমল লযমা সঙদিঙঙালবি। কমবোংথেমচানু। নাপা নাকুমকাঙবিনা। লাইবেল মানেম মাচা। হোঙনেমযোয খুনজাও। লোকযি সেললোযনাহবু লমওকনাকে। হাযনা যিলতাললকপাতা। মাতু কম্বোংনা মিকৌনাপাতি। নুমিৎপুতি তুমিৎও কৌযে থেঙলাপাপুতি। পাৎলাপা কৌযে। তুমিৎ পাৎলকলে। লাইবেল মানেম মচাসুঙ। সোযনাবে। আদুনোংগিবু পাৎসোযও কৌযে। কমবোংথেমচানু। নাকুম কাঙবিনা মাপল যিকাইবা। মাদ সেলগোইপাগি। যিপল থাঙঙা আমুকোই। যিদু কমবো আঙৌকোইও। কবি কোইও কোইচ নৎতে। আযুক থাঙঙা লাললৈতাবা লালজেনলে। নুংদাং কমবোং মৈবৈতাপাপু মযচেনলে। হাযনা মপল বাবকপা মাতু থৌথিংপাতা। মপল থাঙঙা আমুপা। মাতু কমপোং আঙৌপানা বাচানাপিতে। যিমোম নোংযায খুমল লযমাও। নপল কতৌপা বাবকপা। নাং যিখোযপু। কবি থৌথিংপানো। যিমোম নওপুতুম। নোংযায খাথানা। আতোল চাও পা পুঙতা। ঙাইনোকনাযে। খর্মানিঙ কুমঙযতা। বামা হাযযে খমমাঙথোকঙযতা পাওমা তমযে। যেনথাক তোংথলনা। ঙাখা খুৎতমযে হাযনাযে। হাযনা বাবৈনোংবুথোকনা। খানা খানা হাযনাবমযে। আদুনোংগিবু বাইলোল খাবমলালও কৌযে। নোংযায খুমল লযমা। কমবোংথেমচান সঙদিঙঙালবি নাকুম কাঙবিনা। মাবাল থিঙলৌ নিঙনা তেবকলাবাদা। নোংযা মাবমখৈবু যৌদাবিঙৈ। আঙালবা থোংলেল খমলাবাগি। হাওচাবা পামবানা। লাথাৱাই। খোংচাপামবানা। পুঙথোলবাই। হযলা খোংচাবামপানা খোংতৌবাই নিংঙেল তৌপামবানা। তৌবিংকোলদা। যিসঙ লযনাসা। লমসঙ লযনাখল। লমলকপা মাসঙসা। সাতলপা মাসাইখম। সঙলেল মাঙলমখল। উপল পোপতেকলয। সতৌ তোললোংপানা। যুমপি কাওচৌ ওই। উবা হুমপু ওইনা। চানা সঙসোনযালনা। কমবোংনানা কুপ। সাবা যাংসঙ সানা। ফাযেং নোংফাইবাদা। কৌবা চাঙনুং সোয। লোযযা তমলোল ঙাললকলাবাদা। হাওচাব তৌবেল ৱাক। খোলফবা। নোংযায যাকা সকযে। আতোল খুমল লযম।

কমবোংথেমচানু। নারুম কাঙবিও। য়াহৌরো। তুরেল লোকচা মংচায়ি। সারোল মংলোল য়িতিনখোং। লয়তাঙ য়িমোইকোলগি। লাইচা য়িরিকলাইনা। সানদেং নারো। হায়না নোংয়ায় য়াগৈসকপাবু। য়োয়রুমলোন। সঙদিঙ ঙালবি নারুম কাঙবিনা। থৌখামখিয়ে। য়িদাইরেম হাওচারা। তৌবেল খোলফবাও। নাক্ চয়রৎখিও। নারাক মাহি থাংখিও। নোংয়ায় মীরৌসিং। থোঙবু মিকংচেং আসিদা। য়াকৈবা অসিবু করিনো। য়িপল থাঙঙা আমুবা। ময়রাকখোল। য়িদু কমবোং আঙৌবা লাললাওখোললা। হায়না পাওহংবাবু। মাদাইরেম হাওচা তৌরেল খোলফবানা। মাক্চয়রৎতা। মারাক হিথাংদানা। পাওখুমলকয়ে। নোংয়ায় য়িরযমাবি য়োয়রুমলোন সঙদিঙঙালবি। নপল থাঙঙা আমুবা লাললাওখোলবু নৎতে। নাদু কমবোং আঙৌবা ময়চেনখোলবু নৎতে। ৱায়রং চিঙঙামাঙ। থৌবাল সোয়থুমমাঙদা। চিঙয়ায় চাহুইবোং। সেলজা হায়হৈবা। লময়ায় পাখারাবা। হানলোয় মাপাতামবানা। মাপারি খাইনারাবাগি। চেকলা মারুমবিসুঙ। থোংনাং নাওৱা কোঙগোইলাংনা থুবৌলাবাগি। ওইনু সেংবারাচা। লময়ায় পাখাবাবানা। কৌবা চিঙনুং নোংগা সোয়বকলাবাদা। মাদোম হুপসিং নোংদম খোংবা চেকনে। হায়না পাওখুমলাবাদা। য়োয়রুমলোন কমবোংথেমচানুনা। তৌয়িগিদি। য়িদাইরেম। হাওচা তৌরেল খোলফবাও। ওইনু সেংবারাচা। চিঙয়াই চাহুইবোং। লমযায় পাখারাবা কৌবাদি। কাদৌনগনো। নোংয়ায় খুমললয়মা সঙদিঙ ঙালপি। য়াকৈচেক। লময়ায় লৌথৈ নিংথৌবা কৌসে। হায়না মিংহোংখিয়ে। সঙদিঙ ঙালবি য়াগৈচেক। লময়ায় লৌথৈ নিংথৌবানা। হুপসিং নোংদম খোংলকলে।

ৱাহোং:-

হাওলৈ নোংপোকলা পাংবারম। নিংথি য়িযাচাও। চাকপা অঙগোয়ি। চোইনৌ সনা পোকপায়ি। কবো সামবা লায়রাবা। কামবা চোং দাইয়েমনা। খুলখিলৱাই। নুঙখেন চামিলৌ। লয়ঙোই সেকচাইথকতা। চিঙখোঙ য়াগৈবাদি। বাহোং ময়পুঙবিচা। পোলবি। কোইচায়েক। নুংবা থায়াঙবানা। ময়তৈ লয়মা। নোংবাললোন নমোইনু অহোঙবিবু। কাওজা মলহোংনোংদা। কোরৌ আচু থাতারিবদা। কোরৌ নোংনা নের্মলিঙয় মাললেম লয়না ৱাংলিয়ে। সুকমু লয়তম ফেলফদা। লোইমোম কুরোল হুফদা। চেঙচা মায়ঙৌ তালফা দারিঙয়। পামেল টকপাক। কোঙয়াঙ ৱাতোলকোন। তৌরেল খাংফকসানা পাললমঙয়। চয়রয় ফিঙৌ ফৌবাদা। মাচেঙ কাইরয় আঙৌবাবু লোইফতা। মেনাং তলবাসা।

নামুংবাসুঙ। লোঙ্গফাদাঙয়। কোরৌ নোংলাওখোলগা। মাললেম তমপাক লয়লাওখোলগা তাননা পাললমঙয়। কোরৌ সেনচঙনা। ৱাঙপল পাইচঙানানা। ওঙলমঙয়দা। সেলচা হায়হৈবানা মলচৎঙয় নুংবা থায়াঙবানা। কোরৌ নোংথাঙখোল। নুংনাং কাওখঙকোলদা। মলহোংনোংদা। আৱাং নোংনিংথৌ পাখঙ য়োয়রেলবানা। নুংবা থায়াঙবাবু। তাঙচা লুরেলতোলদা। মললা মাসিঙথি চোয়নৌ সনা পুমনা লুপনা। থেৎপিঙাময়ে। চারয় পারোইথেৎ। মাললৌ কোহ্জা য়েক্না। হনফবা চেক। পোলবি কোইজায়েক। নুংবা থায়াঙবা। সাৱা পোংতুহৌবা। আরই সংখুচেক। উরিৎ লোলয়ামচানা। আৱাং নোংথি চিঙনুং হৌবাদা। পোলবি খেরাংথাং। চেকলা মারাঙহৌনা। নোয়দমচেক। ৱাহোং ময়পুঙচানা। নিংথি য়িয়াচাওগি। লয়ঙোই সেকতাইথকতা। কৌবা চিঙনুং সোয়রাবাকি। চেকলা নোংদমখোংনা। চিঙখোঙ য়াগৈরকলে।

**নোংনিংখোই:-**

নোংপোক ঙমথংনা লোয়য়া ঙমলোননানা। চিঙখোঙ য়াগৈবাবু লৈয়ে। সেলবি চকলৈঙাল। কবো তাংলৈ ঙন। খাগি লোইমাতোল। কোরৌ নোংনা ৱাৎপা। মাখুরোল। মাললেম লয়না থোইবা মারমখৈ। লৈচায় য়িনাপাকপা মাতুয়া। লেংজেং কংলাতোং। সনা খুনুংপোক লয়মাঙন। চকপা কৈনুংসি। মেলখোমবা লয়য়োনলাং। সনা মাপাল সাবা। লুপা মাহয়য়ালবা মারমখৈ। খাবি লুকোক চানুনা লুতুৱাই। মাপা আমুরাচা খোকমৈ সুমবনা। কোরৌ মাখৈ ফংগে। ফংদাৱাই। ৱাঙবল মাখোয় নেৎকে নেৎতাৱাই। খাগি ৱায়সি খোংমাঙবা মারমখৈ। চৌফৎকোঙ মাপুঙলেলদা। চিঙখোঙ য়াকৈবাদি। কৈথোঙ কামবা লয়ামনা। কোরৌ নোংগাঙয়দা। ফাইরয় মায়েলচানা। লমলক চেলনাদনা। ওনখিচেক সেলবি নোইনিংখোই। চেকলা ময়না কুইবা। উফৈ ফালদোং কোইবা। নোংনিং লৈরিক ফাবা। খোইবা লয়য়ি চাকহালফাবগা। পামেল উহারাই থোংফাবা। অঙৌবা য়েকলাংফাবা। আমু য়িকতমফবা। সামন তোংথিলয়োলবু। চেকলা চেকময়সাং। সেলবি নোংনিংখোইনা। খমনিঙ আচঙবাবু তৈনা ফবা। খমমাঙ আথোক লমবু তৈনা সেনবা। মানলং চয়রোয়নানা। য়াহিপপা চেক। উফৈ ফালদোংখোই। ৱাংঙমলোন আয়াঙফাবি মলহোললৈ। আঙৌবা লাঙগম নুঙচি লালথাবা। হুয়েল লালদালৈ। সেলবি তাইবোং মায়ায়লৈ। ময়দেংঙু চিঙখোঙ তোলনাবানা। য়াওরৈ লৈয়াথি। খুলগাম লয়নামুংগি । লাংকোই নাকথং পাংমাদা। সনা পুঙবুলেম। লুপা

থেলমায লাংনা। যাওবৈ পুঙফুনা। চেকলা তুফাং চিন্না যুমদালৈ। মাপুমবেম লযসাংনিংথৌনা। যুকৌলৈ। লাইবেল চিঙখোঙ তোলনাবা যুমদালৈ। সেলবি নোইনিংখোই। চেকলা চেকমযকুই। নোংনিং লৈবিককা ফাবানা। উফৈ ফালতোং কোইনা। তুনুংপোক লোলমাখৈ। লেংলেঙ কংলাতোংদা। চিঙখোঙ যাগৈবকযে।

**তেনুৱা:-**

সেলবি ঙমথাংনা। কবো ঙমলোননানা। মাচেঙ পাওতাকপা। চেকলা লোনখঙবা। সাবা পোংদুহৌপা। ফিগে লমসংমালবা চেকনা। চিঙখোঙ যাগৈবাবু লৈযে। লমলেল সেলবি নমসিলৌ। কবো নমবাইলৌ। ৱাযসি লমদোংপাল। তাইবোং লমমাপাক। খাখাবা পুঙমাযোন। বাইবি চিঙচিনলম। তাইবোং লমমাপাক। কাপুকথা মালখালৌ কানমবা পেংওইখা। সেলবি মিতাকলৌ। কবো পোংযেংলৌ। কামবা লৈনুংসি। কবো খোইমোম লাইমযচিঙদা। চিঙখোঙ। কৌপা অঢাঙঙা মাপাবি। যুকোকথোং যাযমাবা। সেলবি চাকতাংবা। কবো যুমকাবা। কোকথক থোংঙাংঙৌবা। কোকপাল। মাকমবি হাওনিঙসং পৌসোংনু সাফাবি। যাওবা মাসিঙসুবি। চকমোন তেমখাঙলোনবি। লোইদাম থাবু ফাবি। হযবাঙ মাচাযালবি। তাওজিঙ মাকুপলবিবু। লোইদাম থাসিঙ সুদানা। হুললাললমযে। হাওনিঙসং পৌদোংনু সাফাবিনা। মাপাবি উকাক কোকথোংতুপপাবু। সাংলককাপাবা সাংলক। মামোম মানুং মালসু সেংপি। সমলাং পোপতেক লযবি। সনা খাখৌথেংপিবু সাংলকযে। মামোম চাওবা। লেপফাবকলে। সাংব লেপতমলকলে। চযবয নিঙখমলাক। মাললৌ থোংতন লাকলাপাতা। থাঙি লিহৈঙাঙ। লোইমোম লিহৈ সাংলাবাদা। পাবিং যেংওইতিং। উকাক মাযথোংযাললনা। পোলবি উচেক হোইঙামবাবু মাপল পলথৌ নিংথৌ। সেলবি কোকথক থোংঙাংঙৌবা। কোকপাল থোংসোক সাবা। চকলৈ নেমথিবা। তাংলে কোলথিবানা। মাবাল ওনদেবক। মাচেঙ হলৱাইবকপাদা। মামোম সোংকৃ লৌঙাকপি। সাৱা উচেক হোইবিবু। চেংলৌ সকখঙদা। পুনুং লেপখঙদাবাগি। ঙাইতে লৌসঙনুংদা। চিনকোয পাওবলনাবে। ফযবা তালদাকানা। সাযবা ফিযালনা। তিংখং খোঙচঙনাবে। নুবা হিগোক কুমবালৈ কুমজেং কোবিথোকনাবে। হোবেল নুমিদাং খালৈ লৌকাবকবাদা। মামোম সোংকৃ লৌঙাকাপীনা। পাওহংখিযে। পললেমযিমা। হাওনিঙসং পৌতোংনু সাফাবিও। যিপল নঙগি ফমলেল ফমপা অসিবু। কানানো। হাযনা পাওহংবাবু। হোযদা

যিমোম সোংগ লৌঙাক লুবিও। নাপল পলথৌ নিংথৌ। কোকথক থোংঙা লৌবা। কোকপাল থোংসোকসাবা। চকলাই নের্মথিবা। তাংলৈ কোলথিবা। পলথৌ নাপা সাংমাবানে। হযবাঙ নঙবু নাচাযালবি বানে। যিমোম নাওৱা নিঙথিবি। নঙবু নাহল হযবাঙ নাচা যালবিবা। তাওচিঙ নাক পালবিবা। খোযচি থাংকা মিহুলনোংদা। লোদাম থাসিঙসুতানা। হুললাললমবাগি। নাপল চেংলৌ সকখঙদা পলথৌ চেংলৌ লেপখঙদাবানে। হাযনা আসুম ৱাহমলাবাগা। মমোম সোংক্ লৌঙাকপিনা। তাঙজা যিকাইপোক। হুযাই সেলখোইখিযে। মমোম নাওবা নিঙথিবিনা। হে পললেম যিমা হাওনিঙসং পৌদোংনু সাফাবিও। নামোম ঐদি। যিপল পলথৌ নিংথৌ। সেলবি কোকথোং ঙাঙঙৌবা। কোকপাল থোংসোক সাবাবু। চেংলৌ সকখঙদাবাগি। ঙাইতে লৌসঙথকতা। চিলকোয পা ওললানাবে। সেলবি যিপাচা। কবো যিযেললুবু। তাঙচা যিকাইযে। থাঙঙা যিবযকোক। লংকাই যিপলসাং। যিতা ঙাইবোযনাই। যাংদৌ পোকমাবোর্যসিংপু। হুইযাই সেলগোযযে। হে পললেম পোকমাবিও। ঐদি তাইবঙ নামুপোংবু। ওইনা পালঙমলাবোইযে। কোবৌ নোংগাবা। চিঙঙু পলদললাগে। আমল যাবাপুকা ওই। আকেম চকমোম লাংকা ওইবাকে। হাযনা চকপা অঙকোযি। নির্ংথিযিযাচাওগি। লাইজা যিবেলপুঙদা। যিমু খৌযেকনানা। নোংমললাবগি। পললেম মামা হাওনিঙসং পৌদোংনু সার্ফাবিনা। মামোমবু নুংসিথোইবাগি। লাইস্রা ঙাতালোং। নোংদা লাইবেল পাখংবা খোনখৎলোং। মোমনু পাজেঙ চাজললোং। চোমলাং খোঙথিনলোং। ফুমথি হামৎলোংবু। লযনা ফাননা। লাহজা চেপকোৎনানা। কোবৌ নুমিৎ চুপমাবেমমানা লোযনা। তাঙচা খোঙ গুল লিবাবু। লিখঙদাখিযে। ঙাখা খাবংবিচা। লেমলয তোনমযুম। ঙামাই নুংচেংবিচাবু। খোলখৎলকযে। ঙাচিংচিংলোযনাই। লযতাঙ কাওবিসল। ৱাঙনুলোন সমফাবি। সমলাং অমা চিংলাবাদি লেমলয ঙাযাম লাকপাঙা। লেমলয হিংনা তুংবা ঙাবু খোলখৎলকযে। লেমলয নঙবু খোলদে। যিমোম সোংক্ লৌঙাকপিবু খোলবানে। হাযনা লাইচা যিবোলনুংদা। লোংলেল চেপনা হাযথাবমযে। লোংলেল খোলমাবকতি। থৌদু নুঙঙাচা চেঙজা নুঙলাইথকতা নাওযিবাবু। খোলখৎলকযে। থৌদু নুঙঙাচা নঙবু খোলদে। যিমোম সোংক্ লৌঙার্কপিবু খোলবানে। হাযনা তেকপি ওকলাকোলদা। লযঙোই সেকচাইথকতা হুললাললমযে। হাওনিঙসং পৌদোংনু সাফাবিনা। মালেম মানালোয। থাপি মাতাং তেনবাযৌনা। তাঙজা খোঙগুল লিবাবু।

লিখঙদাখিযে। মোমনু আব্রাহকনা চোক। যেলবিতোল নাহুই। সনা লাংচেং হুইবাবাগি। মাবাল ওনদেবকলাবাদা। নুমিদাং মিৎযেং নাওসুমবা। খোমলেল তমগনখিবাবাগি। যিনুংসোইযাযমাদা। মামোম সোংক্ লৌঙাকপিবু। খোমলেল মঙফাওনাবকযে। পললেম যিমাও। নামোম ঐদি। থৌদু নুঙঙাচা। হুপমিবা চেঙজা। নুঙযিথকতা নাওযি বাচাবু। ওইবাবি ঐবু। যিপল নঙনা। তেকপি ওককোলদা হুললাললমযে। নামোম ঐদি। কোবৌ আচুলাং। ব্রাঙবল আসা খাঙঙমলোইযে। লেমলয তিংলিকোলদা। ঙাবা ফুবাও লোনদাবিঙয। মাকে হাথাদাবিঙয। খোইযা লোঙচুমদাবিঙযবু। তেকপি ওকলাকোলদাগি যিপল নাবালযাযদা। চৈবৈ ফিবোল ৬কি খাগাথা। মাললৌ মাবোল ৬তি থককাথোংনা। উকাক তলখায খুমনা। লাঙজল পুবিতু। সাবা চাজুমথিলনা। কোবৌ ৬নি সুনা নোংহামবিযো। যিপল খামাব তৌখোম চঙখোনবাদা তাইবঙ নামুপোংবু ওইনা সালওললককে। হাযনা মঙফাওবকযে। মাপলনা খোমলেল মিকপ পোকলকলাপাতা। কৌবা সোযবম সোযদা। চিঙলেল ঙালদাবিঙৈ। চিবা পাওনাইতাবা। ফকলাং থেংগোইবা। নিকপনা। হিককপ হৈকপনানা। নোংযায পিঙচেপ মযবা হাইজৌথালনা। তেকপি ওবলাকোলগি। থৌদু নুঙঙাচাবু। চযবয নাহোংসা। মাললৌ থুপকিনা। পাযখু লেংহাননানা। হলবাইবকপাদা। চযবয মাবোল ৬তি। খাগাথা। মাললৌ মাবোল ৬তি। থককা থোলনা। উকাক তপতাইখুম। লাঙচল পুবিতু। সাবা চাজুমথলনা। ঙাইখমবাবু মাপলনা আথাকাইনা। নোংহামযোনলে। কোবৌ নুমিৎসুদা। মামাল খামবি। তৌগোল চঙখোলদাবিঙয। যিমোমবু। চেংলৌ মাসক কবম ওইবাবিগাবানো। যেংনিঙলে হাযনা। কোবৌ নুমিৎ ৫ নিদা। সাবা চাচুমহাং। লাঙচল পুবিথোক। উকাক তলখাযহাংনা। চযবয ফিবোল হাংনা। মিৎযেং সানখৈবাবু। মামোমবু তাইপঙ নামু পোংওইগাবাবা হাযবাবু। ওইঙামদে। পোলবি ওনথোকপা। চেকলা তোংহৌবা। মাখোঙ থাবাল লোঙজুম মালবা। মাচিন তেৎনৌ যোৎকোন মালবা। মাহাক ফিগে লমসং মালবা। মাকোক তাঙচা লিললু মালপা। মাময তেৎনৌ তোলথাং মালপা। মামিৎ তম্ফা মিৎকোই থিলফাবা (মমিৎ তমফা মিৎকোই থিলবা) চেকপু ওইঙামযে। সেলবি কোকথক থোংঙাংলৌবা। কোকপাল থোংসোকসাবা। মামোম সোংক্ লৌঙাকপিনা ওনখিচেক। হাওনিঙসং পৌদোংনু সাফাবিনা। নোংহামযোনবাবাগি। মামোম থাঙঙি লীহয সংবনা। সালওননচেক।

চেকলা লোনখঙবা। পোলবি তেলনুৱা আপিসক। ফিগে লমসং যিলবানা। তোংজেং খাবা পালথকতা। কৌবা চিঙনুং সোযবকলাবাদা। সাবিক লাইখলতোংনা। যুমচিন চাকোথকতা। পাওমেলখিযে। যিপল পলথৌ নিংথৌ। সেলবি কোকথক থোংসোকসাবাও। পললেম যিমাহাওনিঙসং পৌদোংন সযাবিও। লমব্ লাকযে। তবা লাকযে। চকপা লমপ্ নাওতাযামপা। হিকা লোযখোম তুমাবা। মাচ লমচাওবা। মাচি খুবা। তেংযাযহলবান্। লাকযে। মাখুলেঙগা মুবা। মাসিংচেৎ মযবোঙবা। মাখুদেং নানৈবাবু লাকযে। যিমোম কোননু যাহৌবো। আকো নঙাদ থোঙহাংও। কোন নঙাদ। লানথোং ও। আমল নঙদি পাওচেললো। হাযনা। সেলবি যুমচিন নাইবেথকতা। চেবলামইবু ওংনা চিঙখোঙ যাগেবকলে। সাবা তোংগৌবা। মাচেঙ পাওতাকপনা। কৌবা চিঙনু সোযবকলাবাদা। সেলবি নেমচিনৌ। কবো নেমপেলৌ। খোইমোম লাইমযাচঙদা। চিঙখোঙ যাগে তমযে। কৌবা চিঙনুং সোযবকলাবাদা।

হাবিনোংনাং:-

লমলেল ফেলচেংলই। চেংলয বাংগোললেল। ৱাংগোল তমপাক লযনামুং। চিঙঙ লাঙাঙ পললোইলৌ। তুবু লৌকুমবাই। সিঙচা লৌতমৱাহ। যলেং থাঙহৎৱা। খমলাং তাৰ্গসিৱাব্। ঙমলোন নাতৈনানা। চিঙখোঙ যাগেবাব্ লৈযে। পললেম মামা। ঙানুবোন লৌসিকাম চান্। পাযমা লিলগোযগি। হুইচাবিক হুযনিংনাং। নিংনাং সেলৰ্লবিচা কৌবাদি কাদৌনোংগিনো। হাযবাবাদ। পললেম মামা ঙানুবোন লৌসিকাম চননা। মামোম হাওসি নামোই নুবাবিব্। যিমোম পেমমাও। অসি কোবৌ নুমিৎমাদি কৈবা থোংতোকলুও। চংবি পালফোইলুও। লোইমোম ফৌগং লাংলুও। হাযনা থৌসিখিযে। মামোম হাওসি নামোইনুনা। মাবাল ওনদেবকপাদা। মাপল খোঙগাঙ ফমলেলফমদা। নুবা চেঙপোৎ থাবম থাদাবিঙযতা। পললেম মামা চাফু তিললাংসৌ। যুৱাল খোযতৌ ওৎপিনা। খাবয হুইলাং সোনবিনা। থৌসেৎ থৌখাইঙামযে। যিমোম হাওসি নামোইনুবাবিও। সুকমু লযতমফেল লোইমোম। কুবোলহুনা। চেঙচা মাযঙৌ তাললো। লাইসাবা থযতিং থইঙালা। হযতৌ নুংমাবা উমু তাংমাবা। মোমনু চেঙথোমলাদা। চেঙজা মাঙদা যিন। লোইমোম তুংদাচিং। খুৎনিংথৌ তোলপোকপা নিঙখনচেঙ। যাংলৈ তাওবা হুইযামালবা। চেঙচা তেকদাবাবু। নিঙখৎলো। হাযনা থৌদাঙামবাবু। মামোম হাওসি নামোম নুবাবিনা। বাকনখিযে। পললেম যিমা ঙানুবোন লযবাম

চানুও। নামোম ঐবু। চেঙপোৎ হলব্রাইনা থাবম থাদাবিঙয। যিপল ফমলেন নাখোঙকাঙবু ফমদাবিঙযতা। কাবিগি সুকমু লযদমফেলনা। লোইমোম কুবোল ও হাযবানো। হুমাং সেলকোযযিবু তাকতবিযে। লোকলৌ লমখুমযি। সাব্রা পোলথলায। মোমনু সমখোঙচাললযি। চুবা সাইচুমযি। নুবা কানক খোদোমযি। উতি সমখোঙযি। চেঙাহ ওইথ্রাযিবু কংদাবিযে। হাযনা পাউখুমবাবু। পললেম মমা ঙানুবোন লৌসিকামচানুনা। যাইবি মানুংঙৌ তিললাং মাখোয সাওনা। ব তাথিখিযে। যিমোম হ.ঙাস নামোই নুবাবিও। নাপল ঐগি থৌসেৎ থাংযখোলবু কাবি নাতাদাবানো। হাযনা লেমলয ঙাওৎচয। লাংলেল কোঙযাঙবা থাবযনা। মোমনু লুবাইতোলতা চযবিবে। যিমু পাকতযনা। যিঙৌ নফেলনাবে। মামোম হাওসি নামোই নুবাবিনা। মীকপখিযে। যিমু ফিবাক সাপাপু ওইখিযে। পললেম যিমা লৌসিবামচানু। তাওচিঙ হযকুমসিনবি। ঙাইবোং সাব। নামোম ঐদি কাবি নামুপোংবু ওহবাবিবানো। থাং ঙা যিবযকোক। যপালসাং। যং ঙাইবোনা। যাংদৌ পোকমাবোযসিংবু তাঙজা যকতযে। হুইযাই সেলকোযযে। চিকঙায মাপাওচাও। পিবেম থকমাতানা। ওনখিযে। থোঙচিন পাযনা মিকপখিযে। লাকাচন পাযনা পাওনৌযে। লাংলেল বাখাযসু যা যুমচিন চাকোথকতা। পাকতু যিতাই কাঙনা। হুযচালিকপু মিকপনা। গুর্যানিংনাংবু খোললোননা। মিকপনাবিঙযদা। কোবৌ লযবু হুপপাবু। মানলং মাবাঙঙৌবাবু। লমওকনাবে। মোমনু মাঙ্গৌ মাকানকনা। তুবিংখিযে। মোমনু হাওসি নামোইনু লৌথিবি। নুবা চেঙপোৎ হলব্রাইবিনা ওইখিচেক। ঙানুবোন লৌসিকামচানু। পাযমা লিলগোযকি হুযচাবিক হুযনিং নাং নিংনাং যাংসাবিকনা। পোইবৈ যুমলকখোংনা। ব্রাংঙম তমদা লাওবকলে। মাযখু মাযতৈনু। মামোম কাংকৌচিঙ লযমাবনা। সালওনচেক। যুতিঙ মাযখুনু। মামোম নুবা কোইবি হুলালনিকপিনা। ওইখিচেকনা। পামেল উখাঙপাযনা। নিংনিং খোংলাপাতি। নিংবা চযমাবা কৌযে। লোযযা তমলোল ঙাললকলাবাদা। নিংবা চযমাবানা। লাওবকলে। লাংলেল কোঙযাঙ পাযনা তংতং খোংলাবাদি। তংবা চযমাবা কৌযে সবাতৈনা ওনলকলাবাদা নৈনা খোংলকলে। হুযচাবিক হুযনিংনাং নিংনা সেবলবিচানা।

পোলবি মাঙাংইলোয। চেকলা মাহিসাংবু। নুংমাঙসামালোয। লাংনুং পোলমালোয। পোলবি ওনথোকপা হাবিখোলদৈবা। চিঙসাং লাংলেপপা। চিঙযায

কোলথাবা। হারিপলখমবা। পললেম মামা খোয়নৌ নুংবালচানু। য়োয়রুমলোন লৈমা য়াংদৌ অতাওবি। পায়মা লিলগোয়গি। হারি খোলদৈবা। চিঙসাং লাংলেপপা। চানা লমথাঙথৌনা খোয়লেনবা। মাললেম চিঙলয়পাকনা চাউমবা কৌবদি কাদৌনোংগিনো। পললেম মামা লয়মা যাংদৌ আতাওবিনা। কোলৌ নোংকারকপাদা। মোমনু হয়লাঙ মাচায়াল। তাওজিঙ মাকুপল। য়াওৱা মাসিঙসু। চকমোম তেমখাঙলোনবি। লোইতাম থাপুফাবিনা। কোলৌ নোংদাঙমদে। চিঙঙু পলদলফদারে। লয়মা যাংদৌ আতাওবিনা। খোয়নৌ য়িতা লোইয়ম নোংবাল চানু মাঙামাও। নঙখোয় হালনা কোলৌ নোংগাঙামও। খোয়নৌ নাতা ঐদি। য়িপারিবু সাৎলককাবারা। য়িমোম নুংওলবিপু ফুযবককাবারা। পারি নাওপেংগে। যিমোম নাওনৌখিগে। তৌগুমলে। য়িতানঙখোয়গি। মাবা নাখোঙখুলবু য়িলতাললককে। হায়না পাওমেললকয়ে। লয়মা যাংদৌ অতাওবিনা। য়িপাবিপু সাৎলককাবারা। হায়না কোরৌথোযনাযেং। ৱাঙবল পাংনা যেংনা ৱাওইখিয়ে। খোযমা লাংখোঙপাযনা নাওপেংখিয়ে। মপারি নামু পোংওইবাদি সাৎলকতে। চেকলা ওনথোকপাবু সাৎলকয়ে। হারি খোলদৈ বাবু সাৎলকয়ে। পললেম মামা লৈমা য়াংতৌ আতাওবিনা। চানা লমথাঙথৌনা খোযবেনলময়ে। আতুনোংকিপ্। লমলেল খোয়বিখুনও থোলনাযে। মালেম খুৎফাং লয়চেঙফাননা হোৎনা। মাপাবিবু ১০ চাউমলময়ে। আদু নোংগিবু। ১০ চাউমচিঙও তৌনা কৌয়ে। হাবি খোলদৈবাসুঙ চানা লমথাঙথৌনা খোরেনলে। মাললেম চিঙলযপাকনা চাউমবা। তৌনা কৌয়ে। পললেম মামা ইঙেল নুরাবি। লযমা য়াংদৌ আতাওবিনা। মাপাবি। হাবি খোলদৈবা। চিঙসাংলাংলেপপাদা পাওমেলখিয়ে। পাবি চেকলা ওনথোকপা নঙবু। নাপল ঐগা। কোবৌ নোংগাবাদা। কামানফারোইযে। পাবি নঙবু ফয়বাতালদথোং নাওযোক ফাবোইযে। চযবয নাহোংসা। পায়খু লেংহাননা মাললৌ থুপকিনা। ১০ চাবুমসায। ৱানজেং সৌবাইমলনা। নাওযোকফারোইয়ে। নাপল ঐগি। থিকলেল ওইগি। লাইজা য়িওইনাবাসুঙ। তংফারোইয়ে। পললেম থিকলেল য়েৎলর্মকি। ১০ চাওইনাবাসুঙ। তংফালোইয়ে। নাপল ঐদি কোবৌ নোংলাংপালদা। লোইদাম য়িঙা কুমজেলললৈ। য়িঙেল কুনখায়লৈবু ওইরকলে। পাবি চেকলা ওনথোকপা। কৌবা লৈখামমালবা খাঙনৌবা নঙসুঙ। হায়েং লোহদাম মাময় ফাওরকলাপাদা। খোয়মা নাবোলনুং। হাওনা য়িতোলথকতা। ৱাঙপল পাংনা য়েংনা। য়িঙা কুমজেল লাওখৎলকও। নাপল ঐসুঙ। কোবৌ

থারুপনানা। য়িঙেল কুকখায়থারককে। হায়েং লোইদাম য়িঙাচাবিথাদা। পারি যিপিঙঙা লমওকনাসে। হায়না ব্রাহমখিয়ে। লয়মা য়াংদৌ আতাওবি। মাপারি হাবি খোলতৈপা। চিঙসাং লাংলেপপা। চেকলা লোনথোকপানা। লমলেল নাওব্রা খোয়রিখুলদা। ১০ চাউমচিঙতা। খোয়মা নাকাথকতা। য়িঙা কুমচেল লাওপাচেকনা। কৌবা য়িনুং সোয়রকলাবাতা। চিঙখোঙ য়াকৈরকলে।

চিঙঙ্ভু ইবুংঙো নঙগি স্না ফমবাল লাংদা,
নুমিৎ অনি থোকপাগুম-থাবি ২ পানবগুম,
নাশানৌ খোইমোম লাইরেম্মা
চিঙঙ্ভু নাতৈ ননাওবু
নাখুন খুনপুকলেল আচঙবা আশিনা
চিঙঙ্ভু নাকুম কুমবি ওইবে,
লোইদাম থাচা মতম ফংলক্লে হায়বাগী
পন্থৌ ইপা ইতোন ঙাইবাশিংনা
চিঙঙ্ভু লাইমাঙ ফান খাংপোক ইরুম খন,
পনলেম ইমা ইন্দোনশিংনা
মৈদিংঙ্ভু লয়চোন কৈথেন কাদানা
হায়চা আব্রোইথি, নোইনু মারন খাননা,
হয়রাং অশংয়েং তাওচিং আমুন খননা
লুক্রেম পাগা চোননা মাযয়োকনারবদা,
খাবি যোমলোয়হৌ, আমাই নাকলৌশিন,
আশৈ খোংফাং লেংনা, নাখুন খুনপুক আচঙবা আশিগী
পাখং লাংচেং মাথোক কারকপাশিং,
নুরা চেংকোই মিৎচুপিশিং, খুবাই ব্রাইরংবা চানু,
ব্রাংখৈ কৈদুবা নিঙোন, খুব্রাই নিংঙোন,
য়াইস্কুল নিঙোন, লৈকাই খুনচেন ৪ মাগী,
চানুবা লেংনাতিন, চারৈ ফিঙৌ নিংথিবাশেৎ,
লৈরাং নিংথিবা চিননা,
লিকলাং কোনগারদনা শিংলেল লৈনৌচিননা
কোরৌ নোংবুম খুদিংবু, নোইখুতেক, নোযমনলাংনা,

ওইনু কোনগোন লৌবে।। ১৩।।
পম্বৌ ইপা-ইতোনশিংনা,
পললেম ইমা ইনদোন ঙাইবিশিংগা,
মপাবি মতৌ যেংগে, মামোমবু মাযখঙকে হাযবাগি,
চিঙড়ু নঙগি লাকথোঙকা,
নাখুন খুনপুকলেল আচঙবা আশিগী চানুবা লেংনাতিন,
পাখং ঙমদম হৌববু,
নুমিৎশিংবুম (লাইচন নুমিত্তু হাযযু) শুবকলাবা আশদা
লযনুং থাকুপ আশৈবা, পোইবৈ শৈশকপা,
বাঙম তেংথাবানা, পেনা মাকৃ (যন্ত্র) নুংওনবাবৃ থাদাপম,
শামৈ ২ কাবননা, চযজিং পাল লোযনন,
খুৎফাং চাংচৌ ৫ মানা, পেনা খৃৎখৎ তোযনা,
চিঙড়ু নাতিক শক, খোইযম নাঙন থাজবক্লে।। ১ঃ ।।
চিঙড়ু খোইমোম লাইবেমমাগি ,
মদাইবেম খাবি নামাইবি, শাচি লাংকপপি,
লিবি লাফোংনা, চাবৈ ফিডৌ শেৎনা,
শিঙঙেন লৈহুন তৈনা, হযবাঙ পুঙগা থোননা
সাবিক লাইহুই পাযদানা, চিঙড়ু লাইপাও চেন,
নামু মীপুম আমা হাঙদানা,
খোইযুম লাইপাউ চেল্লগানদো,
লাইনিংথৌ ইবুংঙো খোমলেল পাম্বা যাহৌবো ।। ১৫।।
পোইবৈ লোইদাম মনুং ওইবে,
লোইদাম কুমবা মাযাই কাবক্লে,
শাচিফু থাতি (হবাউবিবা থাদু হাযযু) কুমহৌবে,
কোবও খোংমালাকনা, লযবকশিনশু মাবিলথন,
ৱাংপন লাউমালকনা খোংপান লোইখোং মানমাশিন,
নোংলেননা মাবাঙহৌ কোবও চুমালকতা,
শাবন যাঙবি মনমশিললেদা।। ১৬।।
চিঙলমপাংনা যেংলাগা চিঙলৈপাননা,

অপাকমানা মপান ঙাঙনা মাযায কাবকলেদা,
লোইবি চিংদোন অৱাংববু
শানা ফংকে তৌঙামলকলেদা।
লোকলৈনা শনচি শাবকলেদা,
পুনলৈনা সানা শাবকপাদা, চিঙযা কুমতম লৈনা,
শিঙলেল মযাযকা, আবৈ-অবাংনা মাপানফবেদা,
চিঙযা শালৈ হেকপা মতম ওইশিল্লক্লেদা,
ইঙা কুমখাইবা ইঙেন কুমশাবেদো।। ১৭।।
চিঙথংখোমোন আঙনলা, হোংহৃযাই লিকলু আথেভঙা,
নথকতা নাচেম শাৎতাবি, নাখাদা নানাও ফুইদবি,
হুইখোং যেনখোং লোযর্নাবি।
চিঙঙু খোইযম লাইযিংথৌগি মদাইবেম,
খুনপুক আচঙবা আশিনা, চিঙঙু নাকম কাওদানা,
লোইদাম থাঙ্গা ব্রানিনদানা,
কুমজা তেকহৌনা থাচা নৌহৌনাবাবু,
খোইযম নঙগি কংলে নাশুমাঙ,
তিংতা বাইকোইফম, মানবি চিযৈফম,
কাওবেন লাইথেংফম অশিদা,
নাদাইবেম হনবা লেংনাতিন, হাননু নাকলৌশিন,
আশৈ খোংফাং লেংনাতিন, আমাই নাকলৌশিন,
ইবুংঙো নঙগিবু, থমনা লাযবাপান,
চামু চাঙৌপান, তোংলেং লৈশংপানগি,
কুমজা তেকহৌনবানে,
চিঙঙু নাবলকুবু, নাদাইবেমশিংনা,
পোইবৈ মীপুমমাবু হাঙদানাবু, থাঙই মাপানফাবা,
লোইমোম মাহযচুমবাবু, ললকুবিবমও।। ১৮।।
চিঙু ইবুংঙো, খোইযুম নঙগী শংগাইনিংথিবা,
মীবাযমানা কাঙমদবা, পোংলাইমানা যৌঙমদবা,
সনা শঙলেল নুঙাইবা, হাঙোই নুবা কুমদমশঙ,

ককচেং লুচাউবী যাকাশঙ, শন্থিনা কাংমায নাম্বা শঙদা
ইবুংঙো-ইবেম্মা অনিনা, তুবী-লাইবেল শাংনা,
শনৌ লশিতীন্না তৌবগুম কোংগোন যাতাবিববু,
যোইমযাই মালেম অঙান্বদি কোবৌ ঙানগে হাযবক্কে,
ইবুংঙো ইবেম্মা অনিমক খোমলেল পানবা যাহৌবিবো।।
চিংঙু থৌগন্নাই খাবী লল্লাং অমাইবীনা শবীক চোজোউখিং,
থাক্কল ফীজঙ কাং, চোম্মাং নৈনা হাইদোকচবগে।
ননাই ব্রাকমা শৈদমপান্দি
শাংনা চৎখিবা শোববু শাংনা হঞ্জিঞ্জবগে।
তেন্না চৎখিবা শোবশু তেন্না হঞ্জিঞ্জবগে,
হযিচান্দি হযাচা, হযাচান্দি হযিচা হযুম হযুম।।

অশুন্না যাকাযবোলগী মতাং লোইশিল্লবদি অযুক্কী থৌবমশিং মথং মখা লেপ্তুনা চত্থবক্কগনি। অদুনা মাইবনা অনম-অথৌকোক্তুনা লাইগী হকচাং শেংদোক্কগা, মাইবীনা লাইগী নৈহুন তমদুনা হৈকৎ নৈকৎ লোইবগা মৈব মেক্রুক কৎতুনা লাইগা পাউ চেন্বা লোইবর্বাদ অযুক্কা থৌবাঙ লোইশিল্লগনি। অদুগা মাইবীনা মখাগী ঈশৈ অসি শক্কগা জগোই কৎলমগনি।

## অযুক্কী লাইমাং থৌগনগী ঈশৈ:-

লম্হাইনিংথৌগী লাইমাংদা
লাইবেম্বীগী শুমাঙদা
ননইনা জগোই কৎচবা, জগোইগী লেন্নৌ শাজবা
খুঞ্জা ঙনবা কৎপনি, নৈচাউনবা শার্বানি,
তে শাবানি, হো শার্বনদো।।১।।
লাইনিংথৌদি লাইবেম্বী
পালেম পম্বৌ অনিনা
নচানদি হেবুংথৌ
ননাইনদি হেবেম্মা,
পাথৌনা লাংজেংলকপগা
মোম্মু মথোক্লকপীগা
জগোইগী খুৎথেক কৎচবা

পাবি শুক্তা নির্জবি
ইমোম্না শোইদা পীবিযু
হো পীবিযু পীবিযুদে।।২ ।।
নদাইবের্মদি ঐখোযগী
খুনপূকলেলর্দি অচংববু
কুর্মাশ কুমগী কুম্পুক্লুং
লাংহৈ কুমজা অসিদা
তীনজা ফত্তবা কম্বিযু
লাইচা ফত্তবা ঙাকর্পিযু।
কাওবেল মবাই তাবকপা
কাইবৈ যেল্লাই লাক্কদববু
নঙাক থোক্লা ঙাকপিযু,
নকন থোক্লা কম্বিযু
হো কম্বিযু, হো কম্বিযু, কনবিযুদে।।৩।।

**লাইবৌজগোই:-**

লাইবৌজগোই (লাইপাউশাখোয) হাযবা মতাং অসিদি খুন নাই অসিনা হংলিবা পুন্সি মহিংগী অচৌবা শকক অমা উৎলিবা তাংকর্ক্লি। অদুগা অমবোমদা অমুকশু তেংবানবা অসিবু শেগৎলকপা, মালেম শাবকপা, তাইবঙমীনচিংবা থবায পাম্বশিং পুখোকপিবকপগী মবমদা পুক্লীং থিংজিন্না যেংলগা শেমগৎ শাগৎলকপগী মর্মিনি। অদুনা মতাং অসিদা শাবিবা জগোই মযাম অসি হকচাংনা থেক খোযদুনা মথক্কী বাখল্লোল অসি ফোংদোক্লিবনি। খুদমগী মশক ওইনা মাওইবনা পুক্লীংনা নীংলিবা থৌওং অদু চান্নানথোংদা ফোংদোক্লুনা বাবী শাবদা ৬ক লু, খোঙ-খৎনা হাই হুমদুনা বাবীগী মতেং পাংবগুম্বনি। অদুনা মাইবীগী চান্নানথোংদা ফোংদোক্লিবা লাইগী মপাউ অদুগী মওং মতৌবু হকচাংগী কাযাৎশিংনা হাই-হুমদুনা ফোংদোকপবু লাইবৌজগোই কৌবিবনি। অদুনা তাংকক অশীগী মক ওইবা থৌদাংগী মপু ওইবিবা লাইদি লাইযিংথৌ অশীর্নি। হাযবদি অশীবনা মালেম শেম্বা, মী শাবা, অমসুং উপাল-বাপালশিং পুথোক্লুনা তাইবঙশিংনা হিংবদা পাঙ্গল ওইজনবা থৌবাঙবিখিবা অদুনি। মদুদি হোইবৌ হযাগী জগোই-ইশৈনা মালেম শেমগৎলকপা, অর্মাদ তাইবঙ মক্দ হুল্লকপগী

মতৌ ফোংদোকপনি। অদুগা অনোযবোলগী জগোইশিংনা পল্লেমগী পীবুক্লুংদা নাউৱা অঙাংনা থাবুম ১০দা শাবেপ ফাদুনা তাইবঙ ফাওবকপগী মতৌনি। অসিদগী মীবল্লেন্না হিংবদা চঙগদবা পোৎচাকশিং পুথোকপিদুনা তাইবঙ পুন্সিবু ঙাকশেন্নীবিবগী মতৌশিংনি। অসিদশু নত্তনা লাইথৌ অসিদি খুন-নাই অসিগী থাজনবীগী উফম্নিনা খুন-নাই অমগী পুন্সি মহিংদা হবাউ-কুম্মৈ হাযবসিশু হিংলিবা পুন্সিগী চযশুনি হাযবগী মতৌ অমসু পুশিন্বিদুনা যাম্না হৈ-শিংনা পান্থোইবী জগোইনচিংবা হাপচিন্দুনা অখণ্ড-অহৈশিংনা শেন্নীবন্মী।

অদগা অমবোমদশু অমুক লৈশেম্লোলগী ওইবা মীৎযেংদা পুশিন্দুনা ফিবৃলজগোই নত্রগা চুকখোঙ জগোই হাযবা মতেক অমনা লৈশেম্লকপগী মশক অমা উৎলি। মর্দি মাইবীনা মতাং অসিদা শাবিবা জগোই অসি লাইযিংথৌ অশীবনা মালেম শেম্লকপা মতমদা মনাউনিপা কোঞ্জিন তিংথোকপনা লৈপাক থুগাযদুনা শেম্বা যাবক্ত্রবদা মপা কুক শিদবনা নোংথাঙলযমা কৌবী মশক মতৌ যাম্না চঙখোন্নী অমা পুথোক্লগা থাবিবক্তুনা মবুং অতোম্ববু (কোঞ্জিনতিংথোকপা) শুমহৎহন্নখি। অশুম্না নোংথাঙলযমগী শুমহৎলাংদা কোঞ্জিনতিংথোকপনা মাগী মথৌ কাউখিদুনা নোংথাঙলযমগী মশক মুন্না খঙনবা হোৎনবিঙৈদা অশীবনা মালেম শেম্বা লোইখি। অশুম্না নোংথাঙলযমনা মবুংদা লংনদুনা লৈবিঙৈগা মতৌনি মাইবীনা চুই চুই তৌবিবদো। অদুবু উমংলাই হবাউবগী মতাং অসিদা চুকখোঙ শান্নবগী চুক পাযবিবা থৌগল্লোযশিংদা মশা শোক্লা থেংবা যাদে। মবর্মদি নোংথাঙলযমনা মবুংদা চুম্না ফাগী তৌবনি। মশা শোক্লবা যাবা নত্তে মশা শোক্লগদবদি ৱাকোল ফাবমদাইদা লাইপোৎ শেম্পোৎ থেংনবিবা মতম অদুদনি। অসিগুম্বা নুংগী বাখল্লোন্দা পাঙথোক্লিবা মতাংনি। অদুগা চুক পাযবিবা মীশক ৪ অসিদি লাইযিংথৌ অশীবনা মালেম শেম্বদা চুক্কী মশক ওইনা ঙাকহল্লিবা (১) লযশাতাউ (২) নোংশাতাউ (৩) লযখোমতাউ, (৪) নোংখোমতাউ, হাযবা লাই ৪গী মশক ওইবিবনি। অদুনা চুক পুবিবা লাইশিংসিদা অকায-অতোই পীবদা মালেম শেম্বা যাদবদুবুনি পাখংবনা মালেম থুগাই হাযবিবদো। মবম অসি লৈবনা লাইশিংদুগী মশক ওইবিবা মীশকশিংবু লেঙহন-হাই-হনবা যাদে। মবমদি লাইথৌ অসিনা মবম ওইদুনা খুঙ্গংদা অৱা-অনা থোক্কদৌবিবনি। অদুবু লাইবৌ হার্যবিবা জগোই মতাং অসিদদি লৈশেম্লোলগী ওইবা নুংগী ৱাখল্লোল মতেক মতেক পুশিল্লকপনা, লৈমবেল শিদবীনা মচা অতোম্বা কোঞ্জিনতিংথোকপদা মালেমগী

মপু ওইহন্নবগী লৌশিং তাক্লুনা কুকগী ফানখোঙ কোযহনবগী মতৌ অমসু যাওবি। মদুদি মাইবীনা চোখোঙ লীত্তুনা চুক ৪ মক্তা যেত্তুনা চৎলিবদু লযমাবেল শিদবীনা মচা অতোম্বদা নোংখোঙ কোযবা হাযবদি নপাগী ফানখোঙ অসিবু মতৌ অশুন্না ৭লক কোযববুনি হাযনা তাকখিবগী মতৌ অদুনি। অশুন্না মাইবীনা চুকখোঙ যেৎপা হেক লোইবগা অমাইবনা লাইবেল মথেক চৎপা হাযনা তুথুপ ৭ যেৎতুনা চৎলিবসি পাখংবনা মপাগী ফানখোঙবু ৭লক কোযবিবনি। অদুবু লাইথৌ অসিগী লোইশিল্লকপদা 'বাকোল ফাবা' হাযবা ইশৈ অমা শক্লগা লোইবিবসিদি জগোই অসিগী (লাইবৌ) হৌবকপদা হোইবৌ লাউদুনা তাইবঙ মক্ক হুন্দুনা পোকপিবকখিবা থবাযবু লাইবল্লেন্দা অমুক তিনগদবনি হাযনা খঙহন্দনা ''ৱাকোল'' (তাইবঙ থৱায ওইবিবা 'ৱাবা' কৌবা থৱায চেক্লাবু কোনশিল্লিবনি) ফাবিবনি।

অদুবু মতাং অসিদা পুর্শিল্লিবা লাইগী বাবীদি কুর্কশদবী মপাউদগী সনামহী, ৮ খংবা অমদি নোংথাঙলযমানা পাঙথোকখিবা মথৌশিংগী মপাউ অদুনি। অদুনা লাইপাউলানা লাইবুংগী মযাযদা থল্লগা কোযনা চক্লুনা জগোই শাবিবা অসি কর্কশদবনা মচাশিংদা মালেম অসি ৭লক হন্না কোযবদা হান্না থুংলবা অমদা মালেমগী ফম্বাল শিন্নগনি হাযনা মচাশিংগী মথৌশিং যেংলকপা মতমদা সনামহী অমসুং পাখংবনা মপা কুকশিদবগী পাউতাক্তগী মপাগী ফম্বালগী অকোযবদা মাগা মাগী মথৌ তৌখিবদুনি। অশুন্না অশীবনা লোইদাম থাবুম ১২ চঙনা মালেম কোযবিঙৈগী মনুংদনি তাইবঙপাল অসি শেমগৎ-শাগৎখ্রিবা। অদুনা মতাং অসিদা অশীবনা তাইবঙ মীনচিংবা থবায পাম্বশিং অমদি উপাল-বাপাল, নাপী-শিংবী অমসুং মহয-মবোং কযা পুথোকপিদুনা তাইবঙপাল অসিবু অৱাৎ অপা লেহন্দনা শেমগৎপিখি। অশুন্না অশীবনা থা ১২ চঙনা শেম-শাখ্রিঙৈদা লৈমবেল শিদবীনা মচা অতোনবদা নপাগী ফানখোঙ অসি কোযযু মান্নবনি হাযখিবগী মবমদি চহী ১ হাযবসি কোবও শীংবুম ৭না শাগৎপনিনা চপ মান্নবনি হাযনা তাকখিবনি। অসিগী মবমদি পাখংবদি নুমিৎনি। নুমিত্তি মঙান্নি। মঙান্দি মচু ৭নি। অদুনা মঙান্না মপু মাবু যোল্লিবনি। মপুগী মশাদি মঙান্নি হাযবনি। অদুনা পাখংবনা লাইবল্লেনগী মপু ওইখিবনা লাইগী নিংথৌ ওইখিবনি। অদুগা অশীবনা লোইদাম থাবুম ১২ পুথোকপিদুনা অযিং অশা খাযবিবগা তাইবঙ থৱায পুম্নমকপু যোকখিবনা লাইবল্লেলগী মপু ওইখিবনি। অদুনা থৌবাঙ অসিগী মতৌনি লাইবৌ জগোইনা

ফম্বালদগী (লাইপাউলাদগী) লাপ্পা কোয়রগা লাইরেল মথেক্লা নক্লা কোয়রিবসি। অদুনা হোইরৌ লাউবদগী ৱাকোল ফাবা ফাওবদা পাঙথোক্লিবা লাইথৌরোলশিংসিদি তাইবঙ মীরম্লেলগী ওইবা থৱায় পাম্বশিংনা খুঞ্জাও লয়চাউনবগী থৌওংনি। অদুনা মথক্কী ৱাখল্লোলশিংসিবু পাঙথোক্লিবা মতাং অসিগী থৌওং অদু য়েংশি-

## নুংথিনগী থৌগন ঈশৈ:-

(থৌগন ঈশৈ অসি খুঙ্গংগী নিপা নুপী অমদি শেল্লুংবা শেল্লুংবিশিংনা লাই হবাউবা হৌদ্রিঙৈ মমাংদা শাগদবনি। মসিবু লাইরোই নুমিত্তদি ফুঙ্গারেল জগোই হায়নসু খঙনৈ)

### ঈশৈ

হৈবাংখোয়নিদা চানবা হয়নিদা,
শিবুদা থোইনা হাউবা হয়দি
চীন্দম্বা হয়নিদা॥১॥
মমাংলৈকাই থম্মাল শাৎলে,
খোইমুনা ইল্লে খোইরবা,
শাবি লাউ লাউ চৎশি লাউ,
কল্লকপা য়াম্মী কঞ্জাওবা য়াম্মী
মাঙদা থাবোলাউ॥২॥
লানশোম্বিগী লময়াইদা, মোম্লুনা ৱারে পোখাবা
নুরাগী চেংপোৎ মোনখাংননা
নুংশিবা মাইকৈ য়েংজবদি
পাম্মুবা লমদমদি তামহৌরে,
শাবি ইনেম মচা পামুবি॥৩॥
চেক্লা পাইখরবনা পোনবী হঞ্জিল্লকপদা
চেক্লাগী কাইদোংফম খঙদ্রবনা
পোম্বি কঙাওনরেদা
শাবি ইনেম মচা পামুবী
চীংনুংগী সনা লোক্তুদগী

পাইবিবক্লো চেক্লা নুংশিবী ।।৪ ।।
চীংদা শাৎপা ইঙেল্লে
চিন্নদনা কেনখিবা
হো কল্লকই, হো কল্লকই, কল্লকইদে
ঐনা কেনগে কেন্দেদা
মালংবনা লিবি হুম্বগী
হো কেম্বনি, হো কেম্বনি, কেম্বনিদে
মালংবা ঐশু কৈদৌদে
পোম্বীনা মখোক লোযবগী
হো কেম্বনি হো কেম্বনি কেম্বনিদে ।।৫ ।।
(অসিদগীদি লৈ লাংগনি)

## লৈ লাংবা:-

নোংমগী ওইবা লাইথৌদা অযুক্কী তাংকক লোইশিনখ্রগা নুংথিনগী অহৌবা আস লৈবোযহঞ্জবনা লৈ লাংবদগী হৌগনি। হার্যাবিবা মীশক অসিনা লাইবুংগী খাংপোকশঙদা ফম্লিবা ফম্বে (ভাবুক) পুম্নমক্তা লাইবাউ তাবিযু হাযবা ৱাখল্লোনগা .লাযননা লৈ কৎকনি। মসিবু 'লৈলাংবা' কৌই। অশুম্না কৎকদৌবিবা লৈ অসি 'লৈপোল' নত্রগা 'যেন্দায' কৌবা পোল্লাং মচা অমদা হাপকনি। মসিবু 'লবোযহঞ্জবনা লাইনিংথৌ লাইবেম্বীগী মাংদা পুশিন্দুনা খুকমজবম্লগা থোক্লক্তুনা 'লকৎপা হৌগনি। অহানবদা লাইশঙগী মাঙদা লাইগী থৌগনগীদমক যুংদুনা থমলিবা চোঙখোঙদগী হৌগনি। অদুনা লাইনিংথৌগী চোঙখোঙ কৎলগা লাইবেম্লাগীদা কৎকনি। অসিদগীদি মাইবদা কৎকনি। মথংদা মাইবীদা কৎকনি। মথংদা লাই শেল্লুংবদা কৎকনি। আসদগীদি ফম্মেন ফম্বেগী ফমকোক্তা থংজিং লাইগী মশক লৌদুনা ফম্লিবা 'পাখং লাকপদা' লাংগনি। মথংদা লাইবুংগী সনাখোঙদা (থোংগান্দা)থোঙঙাকপা ওইনা মার্জিং লাইগী মশক লৌদুনা খাংশোক থংবা থোঙজিন্দা ফম্লিবা 'নহাকুপ পানা'দা লাংগনি। মথংদা সনাখোঙগী ফম্মেন থংবা থোঙজিন্দা ৱাংব্রেল লাইগী মশক লৌদুনা ফমলিবা "অহল্লুপ পানাদা লাংগনি। অসিগী মথংদা মাঙশোক ফম্বেগী ফমকোক্তা 'কৌব্রু লাইগী' শক্তম লৌদুনা ফম্লিবা 'নিঙোল্লাকপ'দা লাংগনি। মথংদা পেনা খোংবদা লাংগনি।

অসিদগীদি ফমদৌ নিংথৌশিংগী মকোক্তগী হৌবগা মথং মথং লাংলকপনা ফম্বৈ পবেংগী অবোইবা ফাওবা লাংগনি। পবেং অসি লোইবল্লগা অমুক হল্লক্তুনা মাঙশোক ফম্বৈদা ফল্লিবা লযমা ফল্লুপকী ফমকোক্তদগী হৌদুনা মথং মথং পবেংগী অবোইবা ফাওবা লাংলগা লোইশিল্লগা যেন্দাই অদু মফম চানা থমখিগনি।

**লৈলাংবগী থোইদোকপা:-**

লৈলাংবগী কাঙলোল অসিদা থোইদোকপা থৌওং অমনা লৈবাক্কী মপু ওইবিবা নিংথৌ অমদি লযমাশিংনা কবিগুম্বা লাইবুংদা লাইখুকুম্বা লেঙলক্লবদি। নিংথৌগী ফমফমদি ফম্মেন ফম্বৈগী ফমকোক্তা লাইনিংথৌগা থংননা ফমগনি। অদুগা ফিদাদি কৌনাফক নত্রগা চুমথাঙফক্কী মথক্তা অঙাংবা ফ্রাংজি থাবগা অমুকশু মথক্তা অঙৌবা ফিনা অমুক লোন্দুনা থাবগা ফমগনি। অদুবু ফিদা অসিগী মওং অসিদি নিংথৌগী ওইনদি মফম খুদিংমক্তা ওইগদবনি। মসিগী মবর্মদি কৌনা নত্রগা চুমথাঙদি পাখংবগী শাযোন্নি। অসিবু ফিদা ওইবিবদি নিংথৌ হাযবসা পাখংবগী মর্শক্লি খঙহল্লিবনি। অদুগা অঙাংবা মচুগী ফ্রাংজি থাবিবনা পাখংবগা শল্লাই ওইবিবা 'মঙাং' হাযবসিদি অঙাংবা মচুনি খঙহল্লিবনি। অদুগা অঙৌবা ফিনা মথক্তা থাবগা নিংথৌনা ফল্লিবনা লাইগী মতমদা নিংথৌ ওইখিবা পাখংবা হাযবসি মঙাল পুম্নমক্কী মপুনি খঙহল্লিবনি। অশুম্না ফল্লিবা নিংথৌগী নাক-যেৎ ত' ফম্নাইবশিংনা ফিদা অঙৌবদা ফমদুনা থৌগনগনি। অশুম্না ফল্লিবা অসিদা লৈবাংবনা লাইনিংথৌ-লাইবেম্বীগী চোঙখোঙ কৎপা লোইবগা চঙলক্তুনা নিংথৌদা লাংগনি। মথংদা নিংথৌগী যেত্তা ফল্লিবা অঙম্বশিংদা অদুগা ওযদা ফল্লিবদা কৎলল্লগা মথক্তা হাযখিবগুম পাখংলাকপদগী হৌদুনা কৎকনি।

অদুগা অমুকশু লৈমকোলগী লৈমশিংনা লেঙলক্লগদি মাঙশোক ফম্বৈগী ফমকোক্তা লাইবেম্বীগা থংননা ফমগনি। অদুগা ফিদানা মথক্তা হাযখ্রিবা ফকশিংগী মথক্তা ফ্রাংজি অঙাংবখক থাবগা ফমগনি। ফি অঙৌবা যাওবা যাদে। মবর্মদি লৈমাদি নিংথৌগী থাক্তা লৈবা যাদবনা মঙানগী মশক ওইবা মপু মাগী শরুক অসি খাইদোক্লিবনি। অশুমনা লৈমাগী লোযইন-খম্মইনশিংনা নাক-যেত্তা থৌগন্দুনা ফমগনি। অশুম্না ফল্লিবসিদা লযমদা লাংগনি । মথংদা লোইযিন খম্মইনশিং লাংলল্লগা মাইকৈ ঙাকপা লাইশিংগী ওইবা হৌফম থোকপদু অদুম হৌগনি। মতাং অসিদা খঙহৌগদবা অমনা নিংথৌ অমদি লৈমশিংদা কৎলিবা লৈ অসিদি লযবাক্কী মপা-মমা ওইবা মীশক লেঙলকপগীদমক চুম্নগী থৌগল্লোল

উৎপনি। লাইথৌ অসিগা মবী লৈননা কৎপা লৈগী কাঙলোন নত্তে। হায়বদি লয়মা-নিংথৌদি লেঙলক্লবশু লেঙলক্ত্রবশু যাই। অদুগা লাইথৌগী ওইবা লৈ কৎপগী পবমদি থুগাযবা যাদে। অদুগা লয়মা-নিংথৌ যাওদনা মাইবা লোযশঙগী (অনৌবা মতম অসিদা পণ্ডিত লোযশঙ হায়না খঙনবা মাইবহম্বনচিংবা) অঙম-অথৌশিং কুম্লক্লবশু ফম্মেন ফম্বৈগী ফমকোক্তা ফমগনি। অদুগা লৈলাংবগী মওংনা লয়মা-নিংথৌশিংগীগা মান্নগনি।

### হোই লাউবা:-

হোই লাউবা হায়বিবা লাইশোল ইশৈ মতেক অসি 'লাই হরাউবা' হায়বা লাইথৌ অসিগী নুংগী ইচেল অদু শম্না শৈথাদুনা খঙহনবা শৈবোন্নি। মসিনা ...ংথিনগী ওইবা লাইথৌগী অহৌবা ওইববনা মতাং অসি হৌখ্রবদি লাই শান্নবগা শমজিন্নখ্রগদবনা কবিগুম্বা থৌবম অমত্তনা ব্রাকোল শকপা লোইদুনা লাইশঙনুংদা লাই লেঙশিনখিদ্রি ফাওবা যেৎলুবা যাদ্রে। অদুনা লৈ লাংবা হেক লোইখিবগা লাইথৌশিগা মবী লৈননা খুঙ্গংগী ওইবা লাইবৌ যাওগদবা-যাওগদবীশিংনা লাইমাংদা কৎকদবা থৌগন জগোইশিং অমসুং ফমদৌননংথৌশিং লোযননা মাইব মাইবীশিংনা কৎকদবা জগোইনচিংবা থৌগল হৌগনি। অশুম্না থৌগল জগোই লাইবমতুংদা লাইবুংগী মৈবম পাংবা চিথেক্তা হোই লাউগনি। মসিগী মবমদি মৈবম পাংবা মায়কৈদা ব্রাংব্রেন্না পুবিবনি। ব্রাংব্রেন্দি ঈশিংগী মপুনি। ঈশিংদি থবায পাম্বশিংগী হওবকফম্নি। অদুনা ঈশিং মথক্তা মিবেল্লাং শংনা ফিশাবগুম শাবগা তিংলবগী মথক্তা লাইবাখংশিংনা মালেম লয়শা হাপ্পুনা মালেম শেমখিবনি। অদুনা ঈশিংগী মপুনা লৈবা মফমদা মালেম শেম্না অমদি তাইবঙ থবাযশিংনা পোক্লকপগী থৌওংবু শৈথাবা শৈবোল অসিনা হোই লাউবিবনি। অদুগা হোই লাউবা হায়বা অসিগী মিংগৌবোন্দি লাইশিংনা মালেম লয়শা হো... দুনা থোল্লকপদা অব্রাবদা চৈশু ওইনবা খোল্লাউ "হোই হোই" হায়বা অসি লাউদুনা থোনখি। অসিদগী মিংগৌ অসি ওইখ্রিবনি। অদুনা মতাং অসিদা ...পীশিংনা যাওশিম্বা যাদে। অদুনা মশিদা যামদ্রবদা মাইবগা থানা নিপা ৭তগী তাবা যাদে, (লাইবাখং ৭)। অদুগা অমুকশু নুংগী ওইবা শক্তমদা ঈশিংগী মশক ওইবা মহীদগী থব্রায পাম্বশিং শেমগৎলক্কুনা থব্রাযগী লান্ন লমদাং থিবগী মশক অমস্ উৎলিবনি। অদুনা পূং যযবনা মযাযদা লৈবগা অমাইবনা ঈশৈ হন্দুনা শক্কনি। অদুনা লাউগদৌবিবা মফম অদু লাই শেল্লুংবনা তাইবেল-পোংফাইনা ঈশিং

খিক্লোক্লগা লাতোল মচা অমদা লৈখবগা শেল ১গা হাপ্লগা থাগনি। অদুগা মৈবা-মেক্রুক কৎকনি। অদুগা হোইগী লাইশোন্দি মখাগী অশুম্না লাউগনি।

হৌ হোই হোই হা হা হা, হেবিলে, হেবিলা,
শে শে শে শযানসিদা।
হযুখেন হযাহে,
শে শে শে হৌ ।।১।। (মশিনা শৈহৌনি)

সিবু থোইনা হবাউবা লৈবনে লৈবনে ।।২।।) (মসিনা শৈথাজবনি )
হা ইবেন পাম্বদে, অঙৌবা মচন্দে,
মচান্নি শুম তৌশুনো, শাবোখাযজম মখাযজম,
শেকপীনা নেম নেম পোকপিনা, চাউকোই মকোইশে,
তুগা তুগা লীবৌ লৌ তুবা তুখোঙশেং ।।৩।।
অৱাংলোমদা কাখিবা, থাঙজৌ লেংথোং নাখিবা ,
লোযবং লাংগে চৎখিবা, লোযবংবুদি লাংলক্কে,
পাথৌ মচল থোইবীবু শমু ওযবম থাদুনা,
পাজুববব।।৪।।
ইমুনা লাল্লম শাল্লে, নোঙখোঙ শংথাংনবে,
শাবিনা লমদা চৎখিবা, কমদৌবিগবা।।৫।।
নোংনা ফুৎলি চুবে কবম লাকপনো।।৬।।
লৌবীদা উপথ্-শাবন্দা লোংখাক অশুম মবাকএ।।৭।।
কৌবা শোযাবোক্তা, খামেললোক্কী লোকমাঙদা,
চীংখুনুনা খোংবদি নুংওল্লে।।৮।।
পেন্মা লৈহাউনু, পেন্মা লৈহাউনু,
লৈহাউ হেক্কে চৎখিবা, লৈহাউবুদি হেক্লগা,
মানা পাম্বা নিপাদা খুদোন তৌবমমে।।৯।।
পেন্মা চন্দ্রানু পেন্মা চন্দ্রানু,
চন্দ্রা হেক্কে চৎখিববু মপনগী চন্দ্রা মখোঙদা
মানা পাম্বা নিপাগা মেত্তনা চাথোক্লে।।১০।।
হামেঙলাবা কোইজোম্বা, মীগী ফমজাউ কাগনবা,
নকোইনা থিল্লম্বা ইখং খংঙিদা ।।১১।।
ঙাপচুম্না উকাবা উতোল্লোম্মিদা,

থবোইনা মীচীকপা শক্ন ফংঙিদা ॥ ১২ ॥
ইংখোন্নু শংবনু শংবা যেল্লাঙনু ॥ ১৩ ॥
ব্রাকচিংঙৈদা লৃথুম্বা লুপাল হোগাযবে,
ইপামদে শোযববদে উচুক যুংবমনে,
য়াদি চান্দম নিঙোন্নে, কোবেক চাম্বয়ে ॥ ১৪ ॥
অঙৌবা শাগোন তোংববা,
নিংথৌবেলগী শংেন্দি মমৈ গে গে লাউবনে,
চুনবে চুনবে ॥ ১৫ ॥
লৈশু নিংথিবে কোংযাংশু নিংথিবে
শাবন্না লৈবি লৈখোংযাং কোংযাং লৈনুংশি ॥ ১৬ ॥
খোংনাং চম্প্রা যুবী খুদোপ,
পাম্মুবা খুত্তা পানা হাপ্পা নৃংশিদববা ॥ ১৭ ॥
শাম্মদোন তৌদ্রি খোংলে, চোংদোল লৈনা হাইবে ॥ ১৮ ॥
নোংপোক নহা ব্রাইবংবা কৌজেং হাইবম্মো ॥ ১৯ ॥
লফমকনা মংগ্রা ওল্লে, মংগ্রানা অঙাং ওল্লে,
হা ব্রাইনু চার্উবি শুম্বল হাওগী মচীবা ॥ ২০ ॥
পূংদি তেংদেং যযবক্লে ॥
ইমানা শমজেৎ লোলম্বা কাউবল্লে ॥ ২১ ॥
পেম্মা খোযবাঙহৈবী লৈকাইগী শমচেৎ বাযনা হাৎলক ও ॥ ২২ ॥

**হোইলাউবগী নুংগী ব্রাখল্লোল:-**

(১) অশুম্না হোই লাউবা হাযবা তাং অশিনা লাইনিংথৌ লাইবেম্বী অনিনা শান্নগদৌবিবা কুম্মৈশিং অদুবু হান্না শৈথাদুনা খঙহনবগী বানি। মাশিংগা মথং মনা ও কাযহনবা যাদে। খুদম ওইনা হাযববদা মশিং থিবদা ১,৫,৩,২ হাযনা খিবা যাদবশুম হাযবদি মী ঐখোযনা অঙাং ওইদুনা লৈবম্বদগী খংহৌদনা হেক্তা হনুখিবা যাদে। মথং মথং অঙাংদগী পাখং, অদুদগী যুম পান্দুনা থৌমি ওইবক্কনি অদুদগীদি অহন হাযবা অদু ওইবক্কদবনি। অশুম্না হনুবক্কনি। হাযবদি হৌজিক মতমগী হোই লাউবিবসিদা মাগী তৌফমগোকপা প'বং হাযবদু থোইনা খল্লুদনা শাক্লবিবাস চেকশিনগদবা ওই। হার্যাববা অশিদি হোই লাওবগী মতাংদা নাতৈ লৈকববগী বানি। মাদুদি হোইলাওবা হার্যাববা অশিনা লার্কালবা মনুংগী বাখনশিংদি অশিনি:

(১) "হৌ হোই হা হা হা হেরিলে হেরিলা শে শে শে শয়ানশিদা" হায়রিবা অশিদি লাইবংথৌ-লাইনুরাশিংনা হায়নৈ "ঐখোয় হৌজিক্তি নুঙাইরে, নুঙাইবা খৈবিক নুঙাইরে। নুঙাইরবা কুমৈবু শান্নরশি" হায়না খঙহল্লি। মাশিদা লাইবংথৌ লাইনুরা হায়না পাল্লিবা ৱাহৈ অশিদা লাইনিপা অমসুং নুপীগুম উহল্লি। অদুবু মাশিনা খঙহল্লিবদি "পা" পী খোংলম ৯ (লাইবংথৌ ৯)দগী মহি-ময়াইনা "পী" গী ঈবম ৭(লাইনুরা ৭)তা তুংদুনা হৌহোই (হ-পুক্লিং) হেরিলে (র-হকচাং) শে শে শে (শ-থৱায়) হায়বা পুথোক্লগনি নুঙাইরে হায়না খনবা ৱাখন অমা লাকপনি।

(২) "হয়ুথেন হয়াহে শে শে শে হৌ" - হায়রিবা অশিদি "পা" গী মশক ওইবা খোংলম ৯মক্ত তুঙদুনা লৈরিবা মহি লিক্লা (জীবনিশক্তি-ফম্বী) অদুবু "তু"গী য়ুম ওইবা হায়বদি "হ" হায়বা খোনজেন অশিদি থৱায়শিংগী লেম্ফুনি। হাযবিবা খোঞ্জেন অশিদা অনুংশারগা, বশুকারগা, "ক্"গা তপ্লগা থোকপা 'হুংক' হায়বা খোঞ্জেন্ন থৱায়গী মরু হুল্লি। মাশিদা ময়েক খুদিংগী নৈনরুবদি যাম্না পাক-চাওখ্রে। অদুনা মার্শিদি শুপুক্লা হায়রগে। তাইবঙনা হক্তিন্নবা মতমদা খোঞ্জেন অশিনা পলেমগী নাৱাকোন্দা তাইবঙ মরু হুল্লি। হায়বদি "হুংক" হায়বা ৱাহৈনা। মাশিদা খোঞ্জেন্ন মরু হুল্লি হায়বা অশি কদাই ফাওবা ঐখোয়না য়েংবা যাবগে হায়রবদা কুমগী নোংখোং খোঞ্জেন্না থৱায়শিংনা মচা ওল্লি। হাযবদি খুদম ওইনা উচিখোইনা অশিবা তিন্দা খোঞ্জেন্তনা মথৱায় হাপ্লা ঙম্মি।

নোংখোংবদা থৱায় পানবা শিংনা (জীবাশিংনা) মরুম (গর্ভ) পুবগী মওং অশি পাখংবা নোংথাং অনিনা মমাংঙৈ লৈশেন্নকঙৈদা থোকখিবা ৱানি। সনার্মাশিংনা লৈশেমঙৈদা পাখংবনা থুগাইরক্লুনা শেম্বা য়ারক্লবদা নোংথাং লৈমনা পাখংবনা লংনাদুনা পুথোকখি। লমদম তাম্না পুথোক্লগা পাখংবনা নোংথাং লৈমবু ফংখি (ফিবুন জগোইদগীনা য়াচঙলকপা ৱাকোনগী মতমদা ফংনবা)। মফম অশিদা থম্মোয়গী ঈরিক শিন্থখি (নোংচুখি)। অশিননি হৌজিকশু নোংদোন্থক্তা নোংথাং চিল্লোক্লরবদি নোংচুরনি হায়বা খঙনরিবা অশে। মাশি মপানগী মপৌ ওইবা ৱানি। থাঙ্গৈশেংবদি তাইবঙ হকচাংনুংদা থোকপা ৱানি। কুমগী নোংখোং হায়বদি থাজ-মাকমৈ মতমগী নুজাশিংগি পুক্লিং লৈশাৎ তম্ববুনি। পাখংবানা ("পা" পী ওইবনা) নোংথাঙ (নাউৱা থৱায় থাঙথফম ওইনা লৈবা) "পী"গী শিয়োম্নুং (নাওৱাকোন)দা মরু হুল্লি হায়বনি।

অশুম্না কংলাদা তাইবঙ মক হুন্নবা হৰাউ তোযদাওঙৈদা লাইবংথৌ-লাইনুবাশিংনা হৰাওঙৈদা পাখংবা নোংথাং অনিগী (পা-পী অনিগী) কুমৈবু শৈথাদুনা শকপাবু হোইলাওবা হাযনা কৌই। মতাং অশিদা পনখ্রিবা ৱাহৈশিং অশিগী পাওবৌ অশিনা হাযবিবাদি হাযবিবা লিক্লা মহি অশিবু নাউৱা মক ওইনবা ফম্বিকোন্দা থেন্দুনা লৈবে। অশিগুম্বা লিক্লা মহিবু নাউৱা কোন্দা যাজবগা তাইবঙ থৱায ওইবনি, নুঙাইবে হাযবনি।

(৩) "শিবু থোইনা হৰাওবা লৈবনে লৈবনে" হাযবিবা অশিদি তেংপানবা মপুনা অশুম্না অতৎ-অখম লৈতনা মহাক্কি থৌশিন্না তাইবঙশিংনা (জীবশিংনা) পুক্লিংগী অপেনবা ফোংদোক্লদুনা পোকপা শিবগী ঈবৈনুংদা হৰাওনবি, নুংঙাইনবি, কাওথোক্লবি। তাইবঙনা হিংলিঙৈ মতেক অশিদা মপু-মাগী থৌশিলনি হাযবা নিংশিংনদনা। অশুম্না তাইবঙশিং (জীবশিং)না নুঙাইবিবা অশিদগী অমুক হেন্না শিনবিবিবা মপু মানা হেন্না হোৎনজমনগী মহৈযাল্লে হাযনা হৰাওবি হাযবি।

(৪) "হাইবেন পাম্বীদে, অঙৌবা মচন্দে মচন্নিগুমতৌশুনো, শবো খাইজম-মখাযজম, শেকপিনা নেমনেম পোকপিনা চাওগোই মকোযশে, তুগা-তুগা লিবৌলৌ, তুবা তুখোংশেং" হাযবিবা অশিদি তাইবঙগী অপেনবাগী মশক ওইববা ঈ পাম্বি অঙৌবা লিক্লা ফম্বীনা তাইবঙদা ঈ-শল্লাই ওইনা মপুগী শাযোন শান্নফম চাওকোই (ইংখোল) ওইবিবা মপোক অশিদা পোক্লুনা, পোকপা-শিবা হাযবা মপুগী থৌশিল কুমৈবু হিংবা হাযবা অশিনা তাইনদুনা লৈবি হাযবা তাক্লি। মাশিদা হাযবিবা "অঙৌবা মচন" (অঙৌবা শকুক) হাযবিবা অশি ঈক অঙৌববু হাযবনি। "শাদো খাইজম (শবোখাইজম) হাযবদি শা-হকচাংদগী খাইথবকই হাযবনি। "শেকপিনা নেম-নেম" হাযবদি মৈতৈলোন্দ মহি শুমদোক্লকপবু শেকচপ্পা" হাযনৈ। "নেম-নেম" হাযবাদি ঈ অদুবু শিন্থফম ওইবা মফম্নু (তাইবঙ পোকফম্নু) হাযবনি। মাশিবুনি মৈতৈগী খুনুং ইশৈদা "শাবি ইনেম মচা" হাযবিবদো। "তুগা-তুগালিবৌ লৌ তুবা তুখোঙশেং" হাযবদি অশুম্না ওইবকইবা তাইবঙগী পোকপা অমসুং শিববু হিংবা হাযবা অশিনা তুশিন্নাদুনা লৈবিবনি হাযবনি।

(৫) "অৱাংলোমদা চৎখিবা থাঙচৌ লেংথোংনাখিবা, লোযবং লাঙ্গে চৎখিবা লোযবংবুদি লাংলক্তে, পাথৌ মচন খোইবিবু শমু ওইবম থাদুনা পাজুববা"

হায়রিবা অশিদি তাইবঙ মীওইবা ঐখোয়বু মপুগী থৌথা মতুং ইন্না শেম্বিবা মপুবু কাওদনবা ব্রাখন মতিক চানা হাপ্পীরকই। অদুবু অপঙবা তাইবঙ ওইবনা মপুবু নিংশিংনবগী ব্রাখন অদুগী ওন্নবদা চৎখিদু পুন্সিবু কাওথোক্লে। অদুনা ঐখোয় অশি শিন্থা অমগী অকক্লবা মতমদা শিগদবনি হায়বা অশি কাওথোক্লে। অশিনা অব্রাংবা নাপন কাখিদুনা পুন্সিবু মিথানরক্কে। "থাংজৌলেং থোংনাখিবা" - হায়বদি থৌনা লিংজেল ফুদোক্কুনা য়েক্লবাবু মায়থিবা পীগে চৎলুই। অশিদগী তাইবঙনা পাঙ্গন ময়াম হন্থরক্কুনা পুন্সিগী নুমিৎনা চায়থরক্লবা নুমিৎকি মঙান্না মুৎলমদাইদা লিন্না মকোন চংলমদাইদা চুম্মী হায়বগুম মীওইপোক্তি মপুগী পাখোন থৌথাবিরকপনি, মীওইবা ঐখোয়গী তাইবঙগী নাপন-ময়াই অরেম্বনি হায়না মপু মাগী খুয়াদা চঙজরবোই হায়রি।

অতোপ্পা অমনা তাইবঙমী ঐখোয় অশি মহৌশানা শেম্বীরকপা মপুগী খুৎশেমগী মতুং ইন্না মপুবু নিঙশিংজনবগী ব্রাখনগী ব্রাংলবা থৌনা অমা লৈজে। অশিগুম্লবা ব্রাখনগি ব্রাংলবা মতৌ অশিবু লিংজেন হায়বা থৌনানা, পুন্সিবু লোয়রং ওইনা য়েৎলিবা য়েক্লবা, হায়বদি অপাম্বা, অশাউবা, ময়াইকাবা, মিহৌবা, শুম্মৎপা, হাযবিবাশিং অশিবু নমথেক্কুনা মপুবু কাওদনবা কন্না হোৎনজবনি। অদুবু পুন্সিগী তাঙ্কক্তা মথোৎকাবকপগী লাংদা থুখিদুনা নুংশিকাদা চঙখিদুনা তাইবঙ য়ুম্বানবা তারবোই হাযরি।

(৬) "ইমুনা লাল্লম শিল্লে, নোংখোঙ শাংথানরে। শাবিনা লমদা চৎখিবা কমদৌরিগবা" হায়রিবা অশিদি "পা" ওইবগী খোংলিদগী লিক্লা মহি অঙৌবা অদুবু নাউব্রা কোন্দা হেক থুংলবগা ঈ-অমুবা হায়বদি থব্রায য়াইবি ওই। নুমিৎ অশিদগী পুন্সিগী লম্বী লাল্লমশিনবা হৌই। অশুন্না তাইবঙ য়ুমপানবাগী নুংশি লাংদা থুদুনা নোংখোংবগী পান্দমগুম (মথক্তা পনখ্রবা 'হুংক' হায়বা খোঞ্জেন্না) থব্রায হাপখ্রে। "শাবিনা লমদা চৎখিবা কমদৌরিগবা" হায়রিবা অশিদি "পা" ওইবগী সমু শা হকচাং অদুবু পলেমদা পি হাযবগীদমক্তা শাপি (শাবি) হায়না কৌই। অশিগুম্লবা পোৎশক অশিবু তাইবঙ থব্রায়বু ওইগদৌরিবা শোয়গদৌরিব্রা হায়রি।

(৭) "নোংনা ফুৎলি চুবে করম লাকপনো" হায়রিবা অশিদি লিক্লা মহি ফম্বি লাইজ ওইবা থব্রায়বু চেন্থরকলে হায়রি।

(৮) "লৌরিদা উপথু-শাবন্দা লোংখাক অশুম মরাক এ" = হায়রিবা অশিদি মতাং অশিদা "লৌরি" হায়রিবা অশিদি তাইবঙ মীনা মহে-মরোং থাকম লৈমায়

অদুবু লৌফম কৌই। লৈমায অদুবু শরুক কযাথোক্না খাযদোকই। খাইদোকইবা শরুকশিং অদুবু তাইনবিবা অদুবু লৌবি কৌই। অশুম্না তাইবঙগী হকচাং অশিগু থবাযগী (জীবগী) মরু হুনফম লৌবুক্লি। অশিগুম্না লৌফমদা লৌবিগী মশক ওইবা "পা"গী ফৈদোমদগী "পী"গী ফৈদোমদা মরুতাই। ফৈদোম অনিনা পুল্লগা লৌফম অমনি। ফৈদোম অনি তাইনবিবা মফম অদু লৌবিনি। "শাপন্দা লোংথক" -হাযবসিদ অশুম্না চেন্থবক্লিবা শা হকচাংগী মশক ওইবা মরু অদুবু "পী" গী ফৈদোমদা অউপ-অবোং তৌদুনা পুনশিল্লগা থব্রায ওইবকই অশুম্না হাযবি।

(৯) "কৌবা শোযাবোক্তো খামেল্লোক্কি লোকমাংদা চিঙ খুনুনা খোংবদি নুংওল্লে" - হাযবিবা অশিদি কৌবা শোযাবোক হাযবদি তাইবঙগী লব্রায কাযবেন্থকপু কৌব্রুচিঙ কৌই। তেংপানবগী মপুনা তাইবঙ থবাযবু খুর্জি ওইনা পায। হযালাইবেন্বীনা কবদ্রু লাংলেল ব্রাখুনু (লমখুনু)গী মশক ওই 'কুকম চিঙ' হাযবদি খোযদৌ মখা খুদোন অান মখাযবু হাযবনি। অদুগী মথক্তো তোংদুনা মালং খুর্জ ওইনা পাযদুনা থক্কি লাইনিংথৌ (তেংপানবগী মপু লব্রাইদা লৈবা)গী মালং খুর্জ চিংনদুনা হো-ই হাযনা শোনদুনা থব্রাযবু হিংহল্লি। অশিবু থল্লুবদা নুংশিদা হাযবনি।

(১০) "পেম্মা লৈহাউন্ পেম্মলৈহাউন্ লৈহাউ হেক্কে চংখিববু লৈহাওবুদি হেল্লগা মানা পাম্বা নিপাদা খুদোন থোল্লম্মে।" হাযবিবা অশিদি অশিগুম্না থব্রায অশিবু থম্মোইগী লৈকাদা মরু হুনবনি। লৈহাওনু হাযবদি পলেমগী থম্বাল লৈকাবু হাযবনি। "লৈহাও হেক্কে চংখিবা" হাযবদি নাবা ওইবি নুজাশিংনা থম্বাল লৈকা ফগাযনা শাৎ, মথোৎ কাবকপগী মতম্ম থিদুনা অশুম চংখিদুনা চাওবা মপুং ফাজিল্লকই, লৈকাফন্না শাৎলকই। মতম অদুদা অপাম্বাগী লাংদা থুদুনা পুক্লিংগী নুংশি খুদোল পীনবকই। অশুম্না তাইবঙ থব্রায ওইবকই হাযনি।

(১১) "পেম্মচম্প্রনু পেম্মচম্প্রনু চম্প্রা হেক্কে চংখিববু মপনগী চম্প্রমখোঙদা মানা পাম্বা নিপাগা মেত্তনা চাথোক্লে"। হাযবিবা অশিদি তাইবঙ পুন্সি অশিদি পলেমগী থম্বাল লৈকাদগী মহৈ ওইনা যাল্লকপা হৈবাংনি। অশিবু পুন্সিনা, হৈবাং হৈশিং ফাবক্তুনা খোঙ্গুন লিবকই। হাযবদি তাইবঙ মপোক অশি তাওজিং হৈবাংগুম্বনি। পুন্সিনা খোঙ্গুল লিবকপা হাযবদি অহন ওইশিল্লকপবু হাযবনি। অশিগুল্লবা মপু মাগী হৈকোন্দা হৌবিবা তাওজিংনা মমুন ফানা মুল্লকই। হাযবদি তাওজিং মশিন ফবিঙৈ অউবনা তিন চুল্লবগুম, পুন্সিনা মপান ফবিঙৈ অশিবা কৌবা মহাক্তুনা মাযথিবা ফংবনি। অদুবু পুন্সিগী নুমিৎনা চাযথবক্লবা, পাঙ্গনগী

মথৌ হনথরক্তুনা পুন্সিনা মমি শামলক্লবা মতমদা অশিবগা মরুপ ওইরকই। তাওজিংনা হৈখোক লোয়রক্তুনা মপুগী হৈখোঙদা কেন্দুনা তাইবঙগী পুন্সিবু লোইশিল্লি হায়রি।

(১২) "ঙাপ্রুম্না উকাবা উতোল্লোম্মীদা, থরোইনা মী চিকপা শরু ফংইদা।" হায়রিবা অসিদি ঙাপ্রুম হায়রিবা ৱাহৈ অসিমক পুন্সিগা চাংদম্নবদা চপচাবা ৱাহৈনি। ঙাপ্রুম হায়বা অশি ঈশিংদা লৈবা ঙা মখন অমনি। মাশিনা কৈদৌঙৈদা উকাবা হায়বা অশি ওইথোকপা নত্তে। অদুনা তাইবঙ মপোক, পুন্সি অশিবু পোকপা শিবগী য়ু খন্নুংদা নিনি খক্তংগী মপু মানা থাবিরকপনি। অদুবু মীওইবনা নাপনগী ঈপাক্তা তাউখিদুনা পুন্সিবু শিনি হায়বা কাওথোকনৈ। মপু মাবু খক নিংশিংলুবা লৈতে। লেংলরোইদবা পামেন উগুম অপাম্বা, অশাওবা, নাপন, মিহৌবা, শুন্মৎপনচিংবা য়েক্লবশিং অশিগা খুৎশম্ননা চৎমিন্নরুই। অদুবু অঙকপদি লোইবা নাইবা ওইরম্লে। অশুম্না পুন্সিগী শাংলবা লম্বেন্দা থৌনা লৈববা য়েক্লাশিংগা চৎমিন্নরুবদগী মপু মাবু নিংশিংলুদে। অদুবু মপু মাগী শিন্থাদি খঙহৌদনা লোইশিল্লক্লে। অশুম্না পুন্সিগী নুমিৎ চায়থরক্কনি হাযবা থাজদনা লৈরম্ববু নুমিৎনা মঙান মুৎখ্রবদা তাইবঙ থৱায় চেক্লনা হকচাং পোলাং থাদোক্লমদুনা থাজরুদ্রবা মপুমাগী নাক্তা মনিং তম্না পাইশিনখি। অশুম্না তাইবঙ পুন্সিবু লোইশিল্লি হায়বনি।

"থরোইনা মীচিকপা শরু ফংইদা" হায়রিবা অশিনা তাইবঙগী পুন্সিনা চায়থরক্লবা পুন্সিগী নুমিৎ তাখ্রবা মতমদদি মায়াগী হকচাং থাদোক্তুনা থরায়গী চেক্লানা কায়দোং উপান থিরক্লবদা হৌফম মরু ওইবিবা মপু মাবু ফংজখি।

(১৩) "ইংখোন্নু শংবনু শংবা য়েল্লাংনু" হায়রিবা অশিদি তেংবানবগী মপু মহাক্লা চাওগোই (ইংখোল)গী মশক ওইনা কুমৈগী ফম্বাক ওইরিবা তেংপানবা অশিদা পোকপা শিবা অশিনা লোম্বা লৈত্রবা মপু মাগী কুমৈগী থৌরাং তৌদুনা শিনবিরি হায়রি।

মাশিদা পল্লিবা "শংবনু" হায়রিবা অশি মনা-মশিং হায়বনি। অদুবু মাশিদদি মপুগী ইংখোন্দা হৌরিবা মনা-মশিং, হায়বদি তাইবঙ সংসারবু নাতে লৌবনি।

"শংবয়েল্লাঙনু" হায়বদি মৈতৈগী খুনুংলোন্দা মথৌ তৌবা চৎপবু "য়েলাং থৌচৎপা" হায়নৈ। অদুনা মশিদা পীরিবা পাওরৌ অশিনা তাইবঙ কুমৈ অশিবু মপু মানা শিনবনি হায়না পুগনি।

(১৪) "তুম্বি তুম্বি নাতুম্বী শিংজু শুরম্মো। নঙগী শিংজু য়াইনম্বী কনানা চাবিনি।" হায়রিবা অশিদি তাইবঙন হিংলিঙৈগী মনুংদা লৈরিবা থবকশিং অশি শিংথাদুনা

লোইবা নত্তে। মখন-মখন যামখ্রে। হাযবদি শিংশু (শিংজু) হাযবা পোৎ অদুগী মচনগুম্বনি। থাঙ্গৈশেংনমক মীওইবা ঐখোযনা তাইবঙ ৱাখল্লা পুন্সি অশিদা চৎকদবা লম্বী খংনদে। তশেংনা পুন্সি হাযবা অশি ঈফুত্তগী চেঙ্খোল্লককপা ঈশিংনা ঈপাক ওইবকপাগুম্বনি। হাযবদি হিংবা হাযবা অশি মীওইবনা হেক পোল্লপগা অদম্মক তৌবক্লবনি। অশিবু ঈফুৎকি ঈশিং কৌই। অদুনা ঈফুৎনা যাল্লবা-চাওববা ঈপাক ওইবকপাগুম্লা পুন্সিগী অহৌবনা হিংবা হাযবা অশিমখক্তংনা পুন্সিগী লম্ফাংলবা থৌবমশিংবু থেংনবা তাই, মাশিবু শিংজু শুবা কৌই।

অশুম্লা লেল্লিঙৈদা পুন্সিনা কোবৌ মশিঙ শুবক্তনা মী ওইবগী মশক্লাইবা পুন্সিগী থৌদাং অমত্তা পাঙথোকপা ঙম্লমদনা অশিবগা তিন্নখিদুনা তাইবঙগী পুন্সি থাওমৈ মুৎখি। অশুম্লা লম্ফাংলবা মীওইবগী থবক মযাম্লা পুন্সিগী ওইনা পাংথোকপা ঙম্লমদববু শিংজু যাইনম্বা কৌই। অশিগুম্লবা পুন্সিদা তাইবঙনা মিংচৎ ঈরোং খিল্লমদনা পুন্সি পিথম্লাখিবাবু কনানশু খঙবিবোই হার্যাব।

(১৫) "ৱাকচিংঙৈদা লুথুম্লা লুপান তোগাযবে। ইপামদে শোযবমদে উচুক যংবমনে, যাদি চান্দম নিঙোন্নে, কোবেক চাম্বম্লে" হার্যাববা অশিদি মীওইবগী পুন্সিশে নাপান্নি, মযার্যনি, মিতৌর্বনি, অপাম্বনি। অশিনা মী ওইবনা ঐগীতা খল্লি। পুন্সিনা মপান ফবিঙৈ ম্লা-লুপা, লল থুম তাল্লগা লোইবে হাযদুনা কন্না তাল্লুই। অদুবু পুন্সিনা লোইবক্লবা মতমদা অবেম্বদা তাখি।

"ইপামদে শোযবমদে উচুক যংবমনে" হার্যাববা অশিদি মী ওইবগী থবাযশে শবা নাইদে। অদুগা হকচাংদি শিাখ। অশুম্লা থবাযগী পোন ওইদুনা লৈবম্লা হকচাংনা থাম্লা মৈনা চাকখ্রবদা থবায চেক্লানা মাগী হৌফম মপাম ওইবিবা হন্দোকপা যাদ্রবা (শোযবাযাদ্রবা) উচুক ওইনা লৌববা মফম অদুদা অমুক হল্লকই। মফম অদুদি অপাম্বা, অশাওবা, নাপন, লৌনিংবা, শুম্মৎপনচিংবা লীনাং চানিংবা পুম্নমাক্ক বাংমদা লৈবম্লে। তাইবঙ পানগা ওন্নবম্লে। হাযবদি ঈশিংদা কোবেক অকংববু লুপকে হাযনা থাদবকপদা তাওদুনা লৈবা শুম্লে হার্যাব।

(১৬) "অঙৌবা শগোন তোংববা, নিংথৌবেনগী শগোন্দি মমৈ গেগে লাওর্বনি চুনবে চুনবে"।

হার্যাববা অশিদি মীওইবগী পুন্সিনা মথোৎ কাবকপা হাযবা অশি মদবাশিংগী থম্মোযনা শিংথানদনা কনা যাওর্গনি। হার্যাববা মতাং অশি ঈঙৌ ঙব ওইনা লুনা লানা শেংথোইববা লাইনিংথৌ সনা মহিগী পাউজেন্নি। মীওইবা

ঐখোয়গী হকচাং অশিমক লাইংথৌগা শাগোন্নবনি (শগোন)নি। মী হায়বা অশিমক্তবু লাইগী লাইমৈ (মমৈ) হুইথরকপনি। মীওইবনা মথোৎ কারকপদা গে গে লাওনা নিংথিজৈ। অদুবু মপুগী খুৎশেম অঙকপনি। পুন্সিগী নুমিৎনা তাইবঙগী চীংলুমদগী থোক্লকপদা পুক্লিং হুনা ফজরম্বা অদুবু নুমিৎনা চায়থরক্লবা মতমদা অমুবা শল্লাংনা উরেকশেক্লুম নাপদা লৈ ওইনরকই। লোইবি চিঙজাও কাবদা শোরগী নাচি কাঙলমদবাবু দারি মালৈ কাবদা লোইবি চিঙজাও কাগুম্না শদৌ থকহোন্নরক্লবদা পুন্সিনা হন্না তেংথারক্লে। পুন্সি থাওমৈনা মুৎলামদাই নাপ্পগী শল্লাংনা শিংনরবোই। "চু নরে-চুনরে" ফজরে-ফজরে হায়না পুন্সিনা কপ্লি।

(১৭) "লৈশু নিংথিবে কোংয়াংশু নিংথিরে। শাবন্ন লৈরি লৈখোঙয়াং কোংয়াং লৈনুংশি"

হায়রিবা অশিদি তাইবঙ পুন্সি লৈরাংনা লৈখোক লোয়দুনা মালেম থক্ত কেল্লক্লবদা, কপ্লিগৈগী মতমদা হেন্না লৈরাংগুম খন্দুনা নিঙন পুঙগী মশক ওইবা মপু মাবু কাওথোক্লুবাবু নিঙশিংলক্লুনা থিরক্লে। কোংনা-কোংনা য়েং (মুনা-মুনা য়েংবা) য়াঙ্গোয় খোংশল্লক্লুনা নিংনপুঙবু থিরক্লে।

"শাবন্না লৈরি লৈখোঙয়াং কোংয়াং লৈনুংশি"

হায়রিবা অশিদি তাইবঙ পুন্সিনা হিংলিগৈদা হকচাং নুংদা থৱায় চেক্লানা কাইদোং ওইনা পল্লম্মী। অদুবু পুন্সি লৈরাংনা লৈমন চন্দুনা লৈখোঙদা কেল্লবদা থৱায় চেক্লানা কোংনা কোংনা য়েং, মপুগী মফম তম্না য়াঙ্গোই খোংশাল্লকপবু পুন্সিনা নুংশিদকো হায়না তেংথারি।

(১৮) "নোংপোক নহা ৱায়রংবা কৌজেং হাইরমমো" হায়রিবা অশিদি হে য়োইময়াই মালেম অঙানবা, খাগী নিংথৌ নহা শাফবা, নোংপোক (ৱায়রং) থোঙলেল ঙাকপা নুমিৎ কৌবা ইবুঙো, নঙনা তাইবঙ পুন্সিবু ঙশি-ঙশি হায়দুনা অদুম্মক হৌজিনখিবনা পুন্সিবু অশিবা ওইহল্লি। নহাক্তি অচান মিরায় নাইবা নত্তে। তাইবঙ থৱায় পুম্নমক নথানুংদা কোন্দুনা মপুগী খুয়াদা পুশিনবিরি। নঙগী মৈশানা তাইবঙ পুন্সিবু পামেল উগী শিংগুম্না, নোংম-নোংমগী চাকথেক্লকপনা পুন্সিনা লমথুংফম য়ৌরকক্লবনা খোইয়ুম লাইগী পাওগৌখোলবু তাইবঙ য়েংনা অমুক্তদি তাকপিরম্মু, হায়না পুন্সিনা হায়জরি।

(১৯) "পুঙদি তেং তেং য়ৈরক্লে, ইমানা শমচেৎ লোৎলম্বা কাওরম্লে" – হায়রিবা অশিদি মপু মাগী পুঙলোন তাম্থাদা পুন্সিনা জগোই শাজবনি। পুঙলোন তাম্থা অমদা পুন্সিনা চিকমাংনখি। অরোয়বগী পুঙলোন্দা তাইবঙনা নিংশিংলকই।

পুন্সি ঐগী খোঙচত্তি লৌনম্বগী ব্রাখল মযাম্না পুনখিবনা কোযঙাওননা লেঞ্জখি। লিপুনশিং অশিবু থোক্লবা শমচেৎকি মশক ওইববা মপু মাগী লম্বী অদুবুদি কাওথোক্লুবে হাযবনি।

অশুম্না হোইলাউবা হাযবা মতাং অশিদা লাই হবাওবগী মনুংদা ওইবক্কদবা মওংবু শৈথাবনি। মাশি তৌদ্রবা যাদ্রবা হবাওবগী শরুক অর্মনি। অশুম্না হোইলাওবা লোইবগা লাইপাওলা'' (লাইবৌবা) থাদুনা মাইবিনা লৈহৌনোংহৌদুনা অনোযবোল শক্লগনি।

অশুম্না হোই লাউবা লোইখ্রবদি লাই শান্নবা হৌনবগীদমক লাইথৌবোর্যশিং লাইশঙলোমদা কৌশিল্লগনি। থৌগল্লোযশিংনা চঙশিল্লক্লুনা লাই শেল্লুংববু তাইবেল পোংফাইনা ঈশিং খিক্তোকহল্লগা লাইদা খুকমজদুনা মাগী মাগী লৈফম থোকপা মফমদা লেপ্তুনা ইকৌবদা তৌখিবগী ফিভম অদু কাযদনা পবেং শানা লেপ্পগনি। অদুগা লাইপোৎ শেম্পোৎকী থৌবাঙশু মথক্কীগুম্না কাযদনা তৌগনি। অসিদগীদি মাইবীনা লাইনুংদা শেম-শাদুনা থর্মলিবা লাইপাউলাদু পুথোক্লক্কনি।

**শঙ ৩গী মতুং ইন্না লাইপাউলাগী লৈহুনঃ-**

১/ **শঙলেলগীঃ-**



২/ **লংমাইগী:-**



৩/ **ফূরাগী:-**



অশুম্না মাইবীশিংনা মাগী মাগী শঙলুপকী মতুংইন্না লাইপাউলা শেন্নগা লাই পুগদবা থৌগল্লোয়শিংগী থৌরাঙ লোইরবদি লাদু পুথোক্লক্লগনি। মসিগী পোৎশক অসিনা 'লাইপাউলা' কৌবিনগী মবমদি লাইনা লাইশঙনুংদা লেঙশিল্লিবা লাইগী পাউবু পীবদা ফম্লবা লা হায়বিবনি। অদুনা লাগা, লাইগা নক্লবা মবী লৈবগী ব্রাবোলশিংদি মথক্তা পনখিবদুনি। মসিবু মাইবীনা শেন্বা লোইরবদা ফম্বাল থক্তা

লেঙশিল্লবা লাইশিংবু লাগী মথক্তা লেঙৎখপিরো হানা খুরুমজরগা খুৎ ২না নিংথিনা পায়রগা লাইদা শোরনা য়েদনবা নিংশা তপ্না হোল্লগা লাইগী মাংগোল লান্দ্রিবা ফাওবা খোঙথাং তপ্না থাংদুনা তুং হন্না পুথোকলক্কনি। অশুম্না লাইশঙগী ইচুমতাফম লাল্লকপদগীদি মায় ওম্থোরক্তুনা লাইপাউলা থাফম য়ৌনবা তপ্ন-তপ্না চঙশিল্লক্কনি। মতাং অসিদা থৌগল্লোয়শিংশু লাইনুংলোমদা মায় ওল্লম্বদগী মপাল্লোমদা ওম্থোল্লক্কগনি। অশুম্না পুথোল্লকপনা লাইপাউলা থাফমদা লেপ্লগা মাইকৈ ৪ ঙাকপা লাইশিংদা অকায়-অতোই থোকহনবিগনু হায়না খুরুম্লগা লাইবোমদা লাগী মতোন্না ওনশিল্লগা থাদুনা থমগনি। মাইকৈ ঙাকপা লাইদা কৎপগী অহাল-অকোন্দি হান্নগীগুম্না থাংজিং,মার্জিং, ৱাংব্রেন, কৌব্রু হায়বদু কাযবোই।

মতাং অসিদা লাইবুংদা চেকশিনগদবা অমনা লাইবৌরা পুথোল্লকপা হাযনা খঙনবিবা, লাইশিংনা লেঙথোল্লকপা মতম অসিনি। মতাং অসিদা লাইগী মাঙদা মীনা থৎপা যাদে। মরমদি মী অদু লাইনা শাউদুনা তেম্বালহম্বনা লাইয়োকপা কৌই। মরম অসিনা মীশক অদুবু ফত্ত-হৌদি, অনা-অয়েক থোকহল্লি। অদুনা মতাং অসিদা লমলানবা থোক্তনবা লাই লেঙথোরক্কদৌরে, নঙগী নঙগী ফমফমদগী লেঙগনু হায়না লাই থৌগল্লুপকী মীওইশিংনা মীয়াম তানবা লাওথোক্কদবনি। মসিদা করিগুম্বা লম্লাল্লুববদি লাল্লিবা মীশক অদু অমাইবনা তাইরেন মনানা ঈশিং লুপ্লগা নাহাই-নাশেং তৌদুনা তীনকোক-লাইকোর্কাপগনি। অশুম্না লাইবৌলা থাবা লোইরবদি লাই শান্নবগীদমক লাইপাউলাদগী খুরকলৈশিংদু লাই শান্নগদৌরিবা মাইবী অনী অদুনা নহা-অহন য়েংনা অহল ওইবা মাইবীদা লাইনিংথৌগী খুরক্লৈ ৪ অদু নহা ওইবা অদুনা খুকউ লয়তানা ফমথরগা লৌখত্তুনা লালগনি। অদুগা লাদা লৈহৌবিবা লৈপোপ অদুনা মানা (নহাদুনা) লৌখত্তুনা খুরক্তা য়েপ্লগনি। মসিদি (লৈ পীবগী মওং) চুম্নগী থৌগলল্লোন্নি। অশুম্না খুরক্লৈ হেক যেপখিবদা লাদা লৈবম্লিবা লাই অনীদু (লাইনিংথৌ-লাইরেম্বী) মাইবী অনীদা তোংখ্রবনি। অদুনা লাদদি কুকশিদবা থক্তা ঙাইহৌরবনি। অদুনা কুরুনা লেঙশিল্লিবা ফম্বালদু কোয়রগা চৎলিবদু নোংখোঙ কোয়রিবনি। অদুনা খুরক্লৈনচিংবা লাইপাউলাগী নুংগী ওইবা মশক্তি মথক্তা শুগায়না পনখ্রবনা তেনশিল্লে।

**লাইচিংজগোই:-**

অশুম্না মাইবীশিংনা লাই হৌনবা খুবক্লে যেপ্পা লোইববদি মাইবী অনী অদু লাইপাউ লাগী তুংলোমদা, হাযবদি পেনানা হৌইবৌ লাউবদা লেপকদৌবিবা মফম অদুদা মাইবী অহন্না যেৎ থংনা লাইবোমদা মায ওনশিন্না লেপ্লগা লাইচিংজগোই শাগনি। মতাং অসিগী জগোইসিবু 'লাইচিং' কৌবিবগী মবমদি লাইশঙনুংদা ফমদেংলিবা লাইশিংদু লা অসিগী মথক্তা লেঙশিল্লগা লেঙথোক্লকখ্রবনি। অসি ওইবনা লা অসি পুথোক্লকপদা লমলাম্বা যাদে হাযবিবনি। অদুনা লাদা লেঙশিল্লিবা লাইগী পুক্নিংবু মাইবীগী পিবুক্নুংদা অমুক চিংশিঞ্জবগা লাইগী শাদোং ওইবিবো হাযনা কৌশিল্লিবনি। অদুনা জগোই অসি লাইপাউলানা মাঙদা থল্লগা শাদবা যাদে। ৱাখল্লোল অসিগী মতুং ইন্ননি পেনা খোংবনা মফম অসিদা লেপ্লিবশু। অশুম্না মাইবীনা জগোই শাবিঙৈদা পেনা খোংবশু মতাং অসিগী লাইবোল খোংদুনা লৈর্গনি। জগোই অসি লোইববদি লাইমাঙদা লেপ্লিবা লাইপুবা অনীশু (লাইগী লৈমন হাপ্পা ইকৌফু পুবা) লাইমাঙদগী থোক্লক্তুনা থৌগল্লোযশিংনা লেপ্লিবা মবক অদুদা চঙশিন্দুনা মখোযগী লেপফমদা লেপ্লর্গনি

অশুম্না থৌগল্লোয পুম্নমক (লাইবৌজগোই যাওগদবা যাওগদবী পুম্নমক) পবেং শানা লেপহল্লবা তুংদা লাইচিংজগোই শাখিবী মাইবী অনীদুনা মাঙ থাবগা, পেনা খোংবনা মাইবীগী মনাক্তা কোযবিবদুগী মনুং থংনা লেপ্লগা লাইবুং অদু ৩লক হন্না কোযগনি। মসিদা কোযবিবগী মবমদি মাযকৈ ঙাকপা লাই ৪দা অকায অতোই থোকহনবিগনু হাযনা খুকমজর্বনি। মসি অমুকখক কোযবগা অমুকখক খুকমজবশু যাই। অদুবু ৩লক হাযবসিনা মপুং ফাবা মতৌ ওইবনা হৌজিক চৎনবি। অশুম্না মাযকৈ ঙাকপা লাইশিংবু খুকমজবা লোইববদি পেনাগা মাইবীগনা লাইমাঙ মপা যৌবকপদা লেপ্লগনি। অদুগা মাইবী অহন্না মীযামদা (থৌগল্লোযশিংদা) হোইবৌ হযা লাইগদৌবে নখোঙ-নখুৎ লেঙগনু হাযনা খঙহনগনি। অসিদগীদি পেনা খোংবনা হোইবৌ লাউনবগীদমক লাইপাউলা থাবিবা অদুগী মনাক্তা চঙশিলক্তুনা লাগী তুংদা লেপকনি। লাগী তুং হায়বদি লাগী মকোক্লোমদা খুনীং ২ যাম্না নকশিল্লগা থেংদি থেংনদনা খুদোল ২না হুই ১ (খুপীগা খুদোম্বীগা অনীনা তিংথোকপগী অশাংবা) লাপ্পা লেপকনি। ফিবেপ অসিবু 'খোঙকাপ নাউবোই' কৌই। অদুগা ফৈজোমগী লাইখন্না (কুঞ্জা) তুংলোমদা লোৎশিনগনি। মসিগী নুংগী ওইবা মতৌদি ফৈজোমগী লাইখন থাধনা শেৎলিবা ফিশেৎসি। হকচাং কাযাৎকী ওইবদা নিপাগী মশক অদুনি। লোৎশিল্লিবসি লাংবুম্লিবনি (সম্ভোগ)। অদুগা খোঙগী খুদোল ফাক্লিবনা লাইবেম্বীগী হকচাং শেল্লিবনি।

(পেনা খোংবগী ফিবেপকী ফোটো)



অসিগুম্বা ফিবেপ অসি মাইবীগীশু ওইগদৌবিবনি। অদুগা অমুকশু মাইবীগীদি খুৎশু মওং অসিগুম্না খুৎ অনীনা নোংদোল্লোমদা খুৎকী খুদোল ফাক্লুনা যাদুনা লৈগনি। অশুম্না পেনানা শবীক মখোলগী ইপোম চাউহন্দনা হোইবৌগী খোম্বাঙ ৬তা লাই ২গী (হ,ব = লাইংথৌ - লাইবেম্বী) লাংবুম্লোল শোন্দুনা থবায ৫, মিগথানা ৬ হোইদোক্লক্কদৌবিবনি। থবায ৬ অসিবু হোইথবকপদা হোইযাকোন্দা লাইবেম্বীনা হোযাবোল খোম্বাং ৬ শোন্দুনা যাবিগদৌবিবনি। মসিগী হোইযাকোন্নি মাইবীনা খুৎ অনী থাংগত্তুনা খুৎশা ফন্দোক্লগা লৈবিবা মওং অদু। অশুম্না পেনানা হোইবৌ লাউদুনা নৱা মক্ক হুল্লবদি অনোয়বোল (মযাংলোন্দা অঙ্গমুদ্রা হাযবা অদুগুম্বনি) তৌদুনা তাইবঙ হকচাং শাগৎলক্কনি। অশুম্না শক্লক্লিবা অনোযবোল অসি তাংকক ২ থোক্লা নোযগনি। মদুদি অহাম্বদা শোবাবেন্দা লাইশিংনা নোযবা মতাং অসি থবাযনা পল্লেমগী পীবুক যৌবক্ত্রিঙৈদা পস্থৌনা থা ২ পুই হাযবদুগী মতৌনি। মথক্কী লাইবোন্দশু হোইবৌগী মতাং অদুনি। অসিদগী হযাগী মতাং যৌবকপদা পল্লেমগী পীবুক যৌবকপনি। অশুম্না লাইবমলেন্দা নোযবম্বদগী হকচাং শাবা অনোযবোলগী মতাং যৌবকপদগীদি তাইবঙ হকচাং কাযাৎ শুনা লৱাইদগী শেল্লকপনা, হাযবদি কোক্কী শকুক্তগী শেল্লকপা খোঙগী খ্যজিন ফাওবা নোযবগা তাইবঙ ফাওবক্কদৌবিবনি। অশুম্না তাইবঙপাল শেম-শাবকপবু হোইবৌ -হযা লাউবা কৌই।

**হোইরৌ লাউবগী লাইরোল:-**

আ- হোইরৌনা, হোইবৌ হোইরৌনা,
হোইরৌহেনগেদা,
হোইরৌনেশে হোইরৌনেশে।।১।।

আ-হয়ানা, হয়া, হয়ানা,
হয়াহে নগেদা, হয়ানেশে, হয়ানেশে।।২।।
(মশি অরিবা পুয়াদা য়াওবা লাইরোন্নি
অদুবু হৌজিক্তি মখাগী অশুম্না লাউরে)

আ- হোরৌ, হোইরৌ, হোইরৌ,
হোইরৌ, হোইরৌ হেনগেদা লাইনিংথৌ,
আ... হোইরৌনে শে শম।।১।।

আ... হৈয়া, হৈয়া, হৈয়ানা,
হৈয়া, হৈয়াহেনগেদা যোযবৃবি,
আ... হৈয়ানে শেশম।।২।।

অশুম্না পেনা খোংবনা হোইবৌ লাউবিবঙৈদা মাইবীনা মখুৎ ২মক ওয়থংবা খুৎনা খুবাক লোংবা অদুগা যেৎনা উপশিল্লগা শেগা ফন্দোক্লুনা খোযদৌ মপাদা ফৈনা লোন্নদুনা লেঙদনা লেপ্তুনা লৈগনি। অসিদগী পেনা খোংবনা হৈয়াগী লাইবোল লাউবমদাইদা মাইবীনা "অংগো মিদম্না মালেম লৈয়ারশে" হায়না লাউবগা খোযদৌ মপাদা খুৎ অনি লোন্নবম্বদু তপ্পা হাযদোক্লবগা ফৈ নমথদুনা খুৎ অনিনা লৈমাযবোমদা নেমথনা থাধবক্লগা ঈশিং ঈমাযদগী খুজোক্লা ঈশিং শোক্লৎলকপগী মওংদা খুৎ অনিদু খৈযোম শানা থম্বাল শাৎপগী মওংদা পুখৎলক্লগা খুদোন ফন্দোক্লুনা মায মপাদা থম্লগা হৈয়াগী শৈবোল লোইবা ঙাইদুনা লৈগনি। অশুম্না পেনানা হযালাউবা লোইরকপগা মপা চানা খুৎকী মওংদ কাযহন্দনা ফৈ হাইফেৎ নম্লগা য়েৎলোমদা হকচাং হাইফেৎ চেপথবম্লগা ওয়রোমদা অমুকশু চেপথদুনা হকচাং ইপোম পীগনি। মসিগী ৱাখল্লোন্না য়েৎনা লাইনিংথৌগী মশক্লি। অদুগা ওযবোমদা লৈথবনা লাইরেম্বীগী ইহুন পীরিবনি শাথেক অনি অসিনা লাই অনিনা লাংবুম্লিবনি হাযবা খঙহল্লিবনি। খুৎকী মওংনা শিওমনুংগী থম্বান্না লৈশাৎ তল্লিবনি। পেনাগী চৈজিংনা হংগৎ-হন্দ লেল্লিবা অংগো মব্ধ হুর্ল্লবনি।

**হোইরৌগী নুংগি ওইবা ৱাখল্লোনশিং:-**

"আ হোইরৌনা, হোইরৌ হোইরৌনা, হোইরৌ হোইরৌহে, নগেদা লাইংথৌও, আ হোইরৌনে হয়ুম"।।

অশুম্না থৱায় অশিপা-ওইবা খোয়দৌ থম্বাল শাঙ্গোম ঈরু থোকপা নুংজেং লাইজ নুংদা তাওরোয়নাইগী শয়াংথক্তা য়াতারিবা লাইনিংথৌগী মফমদগী পুথরক্কুনা পীগী লৈয়োম্নুংদা পিরে। অশুম্না পুথরক্লিবা থৱায়বু কাযদমাঙদনা য়ারে হাযদুনা হয়া, হয়া হায়না য়াজৈ।

**হয়ালাওবা:-**

"আ হায়ানা হয়া, হয়ানা হয়া হয়াহে, নগেদা যোইবুবি, হ্যানে শেশম" -অশুম্না থৱায় মরু অদুবু পলেম্না য়াজগনি। অশুম্না মরু হেক তাবা নুমিত্তগী তাইবঙ শক্তম নোয়বা (শাবা) লেপ্পা য়াদ্রে।

অশুম্না পেনানা হৈয়াগী লাইশোল লোইদুনা তাইবঙ মন্দ হেক হুনখিবগা তাইবঙ হকচাংনুংদা থৌৱায়গী মশক ওইনা লৈবিবা লাইশিংবু শেম-শাদুনা নোযবগনি।

হয়িঙৈদা লোয়বদি ময়না ৱাযনা নোয়যে।।৩।।

অসিফাওবদি লাইথৌরোয় পুম্নমক হকচাং লেঙবা য়াদ্রি। অসিদগী মখা লৌথরক্কুনা

হে তাংনা শম্না নোয়বদি
লমলেম্মদা নোয়য়ে, মদাইমদা নোয়য়ে।।৪।।

(হৌজিক মতমদনা লাইরোল অসি = হে তাংনা শম্না নোয়য়ে হায়না হায়)

অসি হায়রকপদা ফৈ নমদুনা চৎননবগী হকচাং ইপোম পীবা হৌগনি।

কোরৌ হৌঙৈগী নোয়য়ে, নোংগহৌঙৈগী নোযয়ে,
মালেম শেমঙৈ, লয়গা শেমঙৈগী নোয়য়ে।।৫।।

অশি হায়রকপদগী খোঙফুক্কুনা চৎপা হৌরক্কনি। অশুম্না পেনানা লাইশিং নোয়রিঙৈ মতাং অসি মাইবীগী খৈয়োম জগোইদি কায়হন্দনা তপ্ন-তপ্না খোঙ থাংদুনা চৎলক্কনি। অদুগা পেনাশু লেপলম্বদগী মাইবীগী মনাক য়ৌনবা ইশৈ শক্ল শক্লা তপ্না থোক্লক্লগা মাইবীগা পুম্না চত্তুনা লাইবুংদু ৩লক কোয়গনি। কোয়রিঙৈদা মাইকৈ ঙাকপা লাইশিংবু মাগী মাগী মপা য়ৌরকপদা খুরুম্লমগনি। অশুম্না লাইশিংবু মথং মথং নোয়রক্কনি।

**মখা লাইরোলশিং:-**

লমলেলমদা নোয়য়ে,
মদাইমদা নোয়য়ে,
মহৌচিংদা নোযয়ে।
নোইবী নোইদমচীংদা নোয়য়ে।
কোন্দে খুৎচুম মাইবনা নোয়য়ে।
হে লাইকনচীংদা নোয়য়ে।
ফুইদিংঙা তাংগান চনুনা নোয়য়ে।
হে শৈ ওন অচীংদা নোয়য়ে।।৬।।
য়োইবু তোইবী কৌবী;
তোইবি তংগান চনু ফুদিংৱাক,
খুয়োন ফুইদংলৌবী,
খাবী লেংনাউ মোস্বীনা নোয়য়ে।
মপল লাইবু য়ুকৌএ, লাইবেল্লাইবু য়ুকৌএ।
তাউবোই নাইবু য়ুকৌঙৈ হন্বা লুকথুংদরে,
হন্নু লুকথেক্তবগী, নহানুবী নুংদা
পাক্লা তাইনা লাইথুংলে।।৭।।

(লাইরোল মতেক অসিনা খঙহল্লিবদি পানগী ৱারীনা পাম্হোইবীনা নোংপোকনিংথৌগা থুংনদুনা নোংমাইজিংদা পাল্লবদা পাম্হোইবীনা নীংবা থুংজবদুনা লাইয়ামশিংগা লোযননা হরাউবদা মাগী অপোকপা তাউরোইনাইবু চাক কৌখি। অদুনা অসিদগী হৌনা চৎনখিবনি) উমংলাই-হরাউবগী থৌরমদ 'চাকলোল কৎপা' অমদি শারেল কৎপা হায়দুনা অঙৌবা ঙানা য়েঞ্চাং ওইরগা চাক থোংদুনা কৎলিবদু। পাম্হোইবীদি অঙৌবা পুন্নমক মাগী পোৎনি। অশুম্না পাম্হোইবীনা মপাবু চাক কৌবদা লাইগী মশীং য়াম্মনখিদুনা চাক ওক্লখিদে। মদুদা লাইশিংনা শাউনখিববু খঙহল্লি। অদুগা নুংগী মশক্তনা 'কোংলৌরেল' কৌবা লাইনা 'চরং লয়মা' কৌবী লাইনুবা অমগী পিবুক্লুংদা অংগো মিদম হন্দুনা হৱাই থাঙপাক থাববু 'সাম্মদোন' কৌবা লাইনা য়াদবদগী থুগায়খিবনা অঙাং ওইবা ঙমখিদে মসিবুনি চাক ওকখিদে হায়রিবদু। মদুগী থৌওং অদুনি মাইবীনা খৈয়োম-জগোই শারিবা চরংলয়মাগী মতৌনি পেনানা চৈজিং হংগৎ-হন্দা লেল্লিবা শাম্মদোনগী মশক্লি। অশুম্না চরংলয়মগা শাম্মদোনগনা

তৌখিবা মতৌনি। ৱারী-ৱাখোঙ অসিগী লাইবোলশু লাইরোই নুমিৎকী ঔগ্রীহংগেনগী মতাংদা মপুংফানা শক্লকখিগনি)

লিনগাম লাইকাম্মু লাইথুংলে।
তোইবী তংগানচনু, কোবৌ নোংদংলেংবীনা,
খাবী মথিনাইবে, অমাই মবাঙ হৌবে।
হয়রেম ফুনীংশিংবীগী,
খুঞ্জান ৱান্নিংশিংবীগী,
চাল্লৌ লাপোৎ শুনা, শীংপোৎ ৫ য়াওনা
মাম্বি নুংতেমা কোবও ও নোংমাইহন্বিনা
হেমজেংগে চেনশিনখিএ, হেপাংগে পাংশিনখিয়ে॥৮॥
লীগী মবী পায়না, নোংগী মবী থিনা,
খীকমাবক্তা খিকপদি,
শায়াই লানয়াই খিকখৎলে।
খিকমা লক্তা খিকপদি,
হম্বা হন্নু পুম্ববু হেখিক্কী খিকথাবে।
হম্বা হন্নুমানা পোকমাবক্তা পোকপদি,
হেপোক ২ পোকএ, পোকমাবক্তা পোকপদি,
হেপোক ৩ পোকএ মহৌ ২ পোকএ॥৯॥

মহৌ ফাইবোকচীংদা,
খাবী লেংনাউ মোম্বী, তোইবী তংগান চনুনা,
থিংলৌনীংনা তেনা মপল লাইবু যুকৌএ,
লাইবেল লাইবু যুকৌএ,
হম্বা লুকথুংদবশুং, হে লুক্কা থুংলে।
হন্নু লুক থেক্তবশুং, হে লুক্কাথেক্লে,
নহা-নুবী নুংদগী, লিনগাম, লাইকাম লাইথুংশু,
পানা তাইনা লাইকোক্লে॥।০॥

(মতাং অসিদা পাম্ভোইবীনা লাইয়ামশিংবু চাক থুংহন্দবগী শাউদুনা চৈবদা নহাশিংনা লাইথুং থুংলম্বদু, অমুক হন্না চাক থোংদুনা চাবদা লাইয়াম পুন্নমক মবুক পেল্লবদা অনা-অয়েক পুন্নমক ফখিবগী ৱারীনি। মসিদা পল্লিবা ফাইবোকচীং

হায়বনা নোংমাইজিংদা লাইয়াম্না চাক চাবদা ২রক হন্না ফাইবোক্কুম্না থোংখিবা অদুবু হায়বনি। অদুনা নুংগী ওইবা মশক্তনা তাইবঙ লাংবুম্বদা পল্লেমগী থবাক ঙানফম অনীবু পল্থৌনা শোকপবুনি। অদুগা ফাইবোক ফাইদমচীং হায়বদি পল্লেমগী নাউযোমথোঙবু হায়বনি)

তুবিঙা য়েকচনু, তোইবী তংগান্নুবী,
খাবী লেংনাউ মোম্বীনা,
অমাই মরাঙ হওনা, হে শৈওনচীংদা,
কোন্দে খুৎচুম মাইবনা হে লাইকনচীংদা,
তৌরা নোংদং লেংবীনা মপল্লাইগা নোয়এ,
লাইরেল লাইগা নোয়য়ে, তাউরোইনাইগা নোয়এ,
খোঙশিৎ মানবন হৌনা নোয়এ,
নোয়খুৎথেকপু নোয়দমএ,
নোয়মল্লাংবু নোয়দম এ॥১১॥

নোয়না ঙমদম হৌঙৈদা,
শাযু লৈরাং মশেল, নুংওক পাইবং মশোল,
খৈরোয় য়ুপেং মশেল, তিনশীৎ নাউশং মশেল,
হুয়রিয়া লাইখুৎ মশেল, লাইখুৎ লাইহিংচাগা,
শীংজং ৱাখায় য়াওনা, পিথেৎ-পিতাং য়াওনা,
তোইবী তংগান চনুগা, মপল্লাইগা নোয়দম এ,
লাইরেল লাইগা নোয়দম এ, তুবিবগা নোয়দম এ,
লাইরেম্বনা নোয়দম এ, অরেম্বনা নোয়দমএ,
তুবী খোঙশিৎ মরক্তা চীংলেল পল্লংলাবু,
তুমদুম তুম্না হেতুমগী নোইখায়রে।
লাইরেল খোঙশিৎ মরক্তা মহৌফাইবোকচীংবু,
তুমদুম তুম্না হে নোয়গী নোয়খায়রে।
তুবীবনা নোয়এ, লাইরেম্বনা নোয়এ,
অরেম্বদা নোয়বদি নোয়চুনেশে॥১২॥

অশুম্না পান্থোইবীনা তাউরোইনাইবু চাককৌবগী মওং অমা পুশিল্লিবা অসিদি ঙশাইগী কোংলৌরেলগা চরংলয়মগা হায়বদি পা-পী অনীগী মথৌ অদুবু

নাতৈ শাবনি। তাউরোইনাইদি ঙমুনি। পাম্মোইবীনা ঙানোয়নি। মসিগী মতৌদি তাইবঙ লাংবুমলোন্নি। অসিদগীদি 'অনোয়রোলনা' / উমংলাই হরাউবনা কোরৌ শোরারেন্দা (কৌব্রু চীং অমসুং নোংমাইজিং) হরাউরম্বদগী মালেমদা অমুক মথং শমথদুনা নোয়রকপগী লাইরোলশিংদু অমুক লাক্লগনি।

হয়িঙৈদা নোয়ববু ময়না ব্বায়না নোয়য়ে,
তাংনা শম্না নোয়য়ে, কোরও তোন্দা নোয়য়ে,
নোংমদোন্দা নোয়য়ে, খোইমোম্বনা নোয়য়ে,
লাইরৈবাক্তা নোয়য়ে, কোরও তাচিলৈদা নোয়য়ে,
ব্বাংবন তাতালৈদা নোয়য়ে, চিংঙু নোংখোইরেন্দা নোয়য়ে,
কোরও নোংদোল ঙান্না নোয়য়ে, নোংথৌরেন্না নোয়য়ে,
শোরারেন্না নোয়য়ে।।১৩।।

খাকপানিংথৌ তেলহৈবা, ব্বাংবা নিংথৌ পানজুম্বা,
চিংঙু নোংথৌ য়োইরেম্বা, ইমুফন্নমশিনবা,
শারুক লুতমহুম্বা, লাইপক খেল্লাই ইবা,
কোরও নোংখোয়ফম্বা, নুংলাং য়াইবিরেল,
খাকপা পুরৈরোম্বা, চিংঙু পুরাং নাগবা,
কোকমারোংবু ওন্দেবা, খোংমারোংবু হনব্বাইবা,
চিংঙু নোংথৌ শোরারেল, কোরও নোংথৌ নোংশাবা,
ব্বাংবা নিংথৌ লিহৈবা, খোইমোম লাইগী লায়িংথৌ।।১৪।।

খোইয়ুম য়াইবি য়েলহৌগী, চিংঙু থংবা নোংনিংথৌ,
খোইমোম পাখং য়োইরেম্বা, চিংঙু লাংগোই নখুনেৎ,
লাংগোই ঙৌনা হেম্বা, শায়া ৪ পাম্ববু খুনেৎনবা,
কোরও চৈখাকপা, ব্বাংবন তেম্থা চুম্বা,
চিংঙু থংবনা নোয়য়ে, নোংবাখংনা নোয়য়ে।
অতেংবনা নোয়বদি মশানৌগা নোয়য়ে।
খোইমোম লয়মাগা নোয়য়ে।
কোরও লৈমগা নোয়য়ে।
নোংদোল্লৈমগা নোয়য়ে।।১৫।।

কোরওনোংদোল্লৈমা, খোইমোম নোংখোয় ফম্বী,
নোংথৌরেলগা নোয়য়ে, শোরারেলগা নোয়বদি,
মপারিগা নোয়য়ে, সনাহলগা নোয়য়ে।
ৱাপীহনগা নোয়য়ে, চিংঙু লৈশংখেক ৱায়বা,
লৈরাং খৈয়োম লৈনাউবা, লাংগোই তুখাই তোংবা,
মপারিগা নোয়য়ে, ঙাইরোইননা নোয়য়ে।
চিংঙু লাইবাখংগা খোইমোম লাইরুরাগা,
সনালয়মাগা নোয়য়ে, থম্বাল্লৈমাগা নোয়এ।।১৬।।

চিংঙু লেলগা নোয়য়ে, শোবারেলগা নোয়বদি
চরৈঙৌনা শেংনা, ১০ চামাংদনা নোয়য়ে।
ৱাংলৈ য়ুমাংদনা নোয়য়ে, ফিঙৌখন্না নোয়য়ে।
ৱাংলেল থীন্না নোয়য়ে, পৃংজাও থীন্না নোয়য়ে।
তরেৎ শেনফাং য়ৈনা নোয়য়ে।
মোইবুং থিনগাম্না নোয়য়ে।
চিংঙু তম্না নোয়য়ে।
মঙন তম্না নোয়য়ে।।১৭।।

খোইমোম মারেম তম্না নোয়য়ে।
কোরও কুপ্না নোয়য়ে, কুপ্তুম কুপ্না নোয়য়ে।
ৱাংবল লাংনা নোয়য়ে, লাংদুম লাংনানোয়য়ে।
কোবও নোংদোনঙান্না চিংঙু মঙাইরোয়গা নোয়য়ে।
খোইমোম মহীশাংগা নোয়য়ে, চিংঙু মাইকৈ ঙাকপা,
মাইকৈ শুংদাই ঙাকপা, লৈরিং নোংলিংবগা নোয়য়ে।
চিংঙু শেন্দম চাউবগা, হুলেল য়াইবী মশেনগা,
মৈবি হান্তোং য়াওনা নোংলৈ ইরৈমাশেন্না নোয়য়ে।।১৮।।

মালেম লয়রীশুবা, কোরৌ নোংলীচিংবা,
কুপ্তুবনা নোয়য়ে, হুইথাবনা নোয়য়ে।
চিংঙু য়োমলোয় হৌনা, অপোকচাদা য়াওনা,
অশং-অমান য়াওনা, অতোং-অরেংবগা,
কোরওলেন্দা নোয়য়ে, নোংদোললেন্দা নোয়য়ে।

নোংখোইরেন্দা নোয়য়ে, কাউ খংকোন্দা নোয়য়ে।
খোইমোম মরুপতিন্না নোয়য়ে,
চিংঙু নোংথৌ শোবারেন্না,
য়ায়দা লাংনা নোয়য়ে॥১৯॥

খোইমোম কুপ্তুম কুপ্না, চিংঙু ঙান্দুম ঙান্না,
কোরওথৌনা নোয়য়ে, নোংনিংথৌনা নোয়য়ে।
কোনখৈবনা নোয়য়ে, অতাম্বনা নোয়য়ে।
শোঙলেলবনা নোয়য়ে, লান্দুবনা নোয়য়ে।
অথাপ্পনা নোয়বদি নুমিৎ চাউনা নোয়য়ে।
মালেম পাক্লবা নোয়য়ে। মরা পাক্লবা নোযয়ে।
কোরও কুইনবা নোয়য়ে, নোংলী কুইনবা নোয়য়ে।
খোইমোম থৌনা নোয়য়ে, লাইয়িংথৌনা নোয়য়ে।
শোরাবেন্না নোয়য়ে, য়োইরেনবনা নোয়বদি,
নোয়চুনেশে, লাইয়িংথৌ নোয়চুনেশে॥২০॥

অশুম্না কোরওথক্তা তাংকক অনিরক লাইশিংনা নোয়বম্বদগী শোবারেন্দা তৌবগুম্না চকপা মেনোংমিৎ কৌবা অমনা উরুবদগী মালেমদা অমুক পুথবক্নুনা নোয়গদৌরি। মসিমক্তি নুংগী ওইবা কাংলোন্দা শোরারেল হায়বদি তাইবঙপাম্বগী মতৌদা মপাবু হায়বনি। মপা ওইবশিংনা তাইবঙ মরূ হুল্লমদাইদা লাইদাম থাবুম অনি চঙনা তাইবঙ থব্রায় শেম্লক্লগা মালেমগী মশক ওইরিবা পল্লেমগী শয়োম্মুংদা শিন্নবগী মতৌদুনি। অশুম্না পস্থৌ মপাগী হকচাংনুংদা থব্রায় ওইবা লাইশিংনা মথুম-মরাং হৌনা লৈববু শোরারেন্দা নোয়বা/হরাউবা কৌই। অসিদগী চকপগী হামেঙমিংনা মালেমদা পুথরক্নুনা নোয়বগী ৱারোলদু অশুম্না পল্লি।

হয়িঙৈদা নোয়বদি শোরারেন্না নোয়ববু,
চকপারেন্না উরকএ, চকপা শৱাংবনা উরকএ।
শৱাংমেন্নোংবনা উরকএ, মেন্নোং হামেঙমীৎনা উবকএ।
য়ারৌ তাম্বদা উরকএ, শজি তাম্বদা খঙলকএ।
য়ারৌ শজি তাম্বা, শজি কুরং তাম্বনা,
কোরও নোংখল তোনানশ।
য়ারৌ শজিং তেংদুম,

লাবা খুমন পু, য়াংদৌ শারম লীবনা,
কোরৌরমদা তানখৎখিএ, নোগালমদা তানখৎখিঙৈ,
খোইমোমথৌনা নোয়য়ে, লাইয়িংথৌনা নোয়য়ে।।২১।।
নোংথৌরেন্না নোয়ঙামএ, শোরারেন্না নোয়ঙামএ।
অহোঙ নোইবু নোয়ঙামএ, পূংফানোয়বু নোয়ঙামএ।
কোরওচিন্দা উরকএ, কোরও মথোঙচিন্দগী,
ৱাংবন মলাকচিন্দগী মেন্নোংমীৎনা উরকএ।
হামেঙমীৎনা উরকএ। য়াওরৌ তাম্বনা উরকএ।
শজি তাম্বনা উরকএ, শঙাই তাম্বনা খঙলকএ।।২২।।

চিংঙু থংবা নোংনিংথৌ, পাখংবনা নোয়য়ে।
য়োইরেম্বনা নোয়য়ে, নোংথৌরেম্বনানোয়ববু
শোরারেন্না নোয়ববু চকপরেন্না নোয়দমএ।
শৱাং মেন্নোংবনা, মাইমু হেমজেংনা,
চকপা মশাইকোন্দা, নোয়য়ে।
ফিজঙখন্না (নায়য়ে) ফিঙৌ খন্না নোয়য়ে।
চকপারেন্না নোয়য়ে, শৱাংলেন্না নোয়য়ে।
মেন্নোংবনা নোয়য়ে, মেন্নাং হামেংমীৎনা নোয়এ।
হোরি হোরা তাক্লা নোয়য়ে।।২৩।।

শৱাং মেন্নোংবনা, হেমজেং তাক্লা নোয়য়ে।
শুপ্লা চিংনা নোয়য়ে।
চকপা চাবাখংগা হেমজেং চনুরাগা,
চকপা য়োন্লোয় হৌনা কোরৌ নোয়বু নোয়দমএ।
নুংনাং নোয়বু নোয়দমএ। কাউখংনোয়বু নোয়দমএ।
হেমজেংনোয়বু নোয়দমএ, পূংফানোয়বু নোয়দমএ।
হয়িঙৈদা নোয়ববু কোরৌশম্লা নোয়এ।
ৱাংবন শম্লা নোয়য়ে। মৈনা ৱায়না নোয়য়ে।
তাংনা শম্লা নোয়য়ে। নোয়না হওনা নোয়য়ে।
ঙমদম হৌনা নোয়য়ে। খোইমোমথৌগী নোয়দম্বা,
লাইয়িংথৌগী নোয়ববু নোয়চুনে শে।।২৪।।

অশুম্না শোবাবেন্দা লাইশিংনা হরাউরম্বদগী মালেমদা কুমথরক্লবা মতাংদগীদি মাযকৈ ঙাকপা লাইশিংনচিংববু তাক্কুনা নোয়রম্লগা, কুমথরক্লিবা লাইশিংদুনা তাইবঙগী থবায় ওইবিনবগীদমক মালেমদা (পল্লেমগী শিয়োম্নুংদা) অমুক নোযবক্কনি। অশুম্না পল্লেমগী পিবুক্লুংদা নাউরা মরূ হুন্দুনা তাইবঙ হকচাং শাগৎলক্লগনি। মতাং অসিদা (হকচাং শাবিঙৈ) মাইবীশু পেনানা নোয়রকপা হকচাংগী কায়াৎশিংদু চীন্না হাযদুনা খুৎনা পায়দুনা হকচাং শাবগী খুৎলোন্দা জগোই মথং মথং শাদুনা চৎকনি। অদুবু মতাং অসিদি মাইবীনা মীযাম তানা লাউবগা মীবু খুমহল্লোইদবনি। মবমদি মতাং অসিদি তাইবঙ কনা উহন্দনা পল্লেম-পন্থৌ খক্তনা ওইহল্লিবা থবক্লি। অদুনা পেনাখোংবনা শক্লিবা ইশৈ অদুশু অতোপ্পনা চীন্দুং ইন্দুনা শক্কুনা চৎপা যাদবা পোৎনি। অদুবু হকচাং শাবা লোইদুনা অঙাং পোক্লমদাইদদি মাইবীগা থৌগল্লোযশিংগা অরায-অখুম তৌদুনা লাউবা যাবে। মবমদি তাইবঙ মীবমচৎ ওইনা অঙাং পোকপা মতমদদি মীযাম চঙনা পাঙথোকপনা। অদুনা ইশৈ অমা শকপা, জগোই অমা শাবা হায়বসি নুংগী ওইবা থৌওং অমবু ফোংদোক্লিবা মতৌনি। অদুনা জগোই-ইশৈদুনা ফোংদোক্লিবা নুংগী মশক্কুগী মতৌদুদা কুপথবা মীৎযেং থমদবা যাদে। অদুনা পেনাখোংবদি হকচাং শাবা লোইদ্রিবা ফাওবদি মাইবীগা লোযননা চত্তুনা খোংদবা যাদে। অদুগা মাইবীনা হকচাং কাযাৎ শেম্বগী লাউবশু, পেনানা হান্না শক্লক্লগা কোন্না চীন্দুং ইন্দুনা লাউগদবনি। মাইবীনা পেনাদগী হান্না লাউবা অমদি জগোইগী খুৎলোল তৌবা যাদে। মবমদি পন্থৌনা হান্না থবায় পীবক্লগা পল্লেম্না কোন্না যাবিবনি। অদুবু মতাং অসিদা যেংশিনগদবা অমনা হৌজিক মতমগী অহোংবা মশক অসিনি। মদুদি মাইবীগা পেনাগা পুন্না হাযমিন্নগদবা লাইবোল অসিদা তোঙান তোঙান হাযনদুনা চৎলিবা অমদি মাইবী খক্তনা জগোই শাবগা চৎলিবা অসিনি। অশুম্না মথং মথং নোয়বক্কনি-

লাইনুরা ৭না নোযযে, লাইবংথৌ ৯না নোয়য়ে।  
মালেম লযদা নোযযে, হযিঙৈদা নোযয়ে।  
লম্মাবা-তুমাবদা নোয়য়ে, লমশেম্বা-তুশেম্বদা নোয়যে।  
কেগে থংজিংদা নোয়য়ে, ব্রাংব্রেন খানা চাউবদা নোয়য়ে।  
চিংঙু মার্জিংদা নোযযে, অরাং কৌব্রু অশুপদা নোয়যে।  
মায়কৈ ৪ মক্তা নোযয়ে, শুংদাই ৮ শুনা নোয়য়ে।  
শীখায় ৬১ মক্তা নোযয়ে।।২৫।।

পাখংবগা লৈকক লৈযাবেল চনুগা নোয়য়ে।
খোইয়ুম লাইযাম তিন্না নোযয়ে।
মহৌ চীংদা নোয়য়ে, ফাইবোক চীংদা নোয়যে।
ফাইবোক ফাইদম চীংদা নোয়য়ে।
কুমশুখোং-নোংদমখোংদা নোযয়ে।।২৬।।
তাংজা মব্দ হুনা-নাক্লৌ ফিয়ান্না নোয়যে।
অংগো মিদম্না নোয়যে।।২৭।।

মতাং অসি যৌবকপদগীদি মাইবীগী খৈযোম জগোইগী খুৎ অদু লোইশিন্দুনা খুৎলোল হোংদুনা হকচাং শাগৎলকপগী খুৎথেক অমুক লওবগনি।

পেনা - লৌৱাই শেম্না নোয়যে।।২৭।।
মাইবী - লৌৱাই শেম্বা খুৎথেক লৌবশে।।



নাকোঙ থোঙলেল শেম্না নোযযে।
নাকোং থোঙলেল শাবা খুৎথেক লওবশে।



পেনা - লাইবক খেল্লাই শেন্না নোযয়ে।।২৮।
মাইবী - লাইবক খেল্লাই শেন্বা খুৎথেক লৌবশে।।



পেনা - পিশুম পাগোই শেন্না নোযযে।।২৯।
মাইবী - পিশুম শেন্বা খুথেক লওবশে।।



পেনা - নাতোন নাচি শেন্না নোযযে।।৩০।।
মাইবী - নাতোন শেন্বা খুৎথেক লওবশে।।



পেনা - খজাই লেংলোয শেম্বা নোযযে ।।৩১ ।।

মাইবী - খজাই লেংলোই শেম্বা খুৎথেক লওবশে ।।



পেনা - চান্বাল মোইগাই শেম্বা নোযযে ।।৩২ ।।

মাইবী - চাম্বাল মোইগাই শাবা খুৎথেক লওবশে ।



পেনা - খদাং শেম্বা নোযযে ।।৩৩ ।।

মাইবী - খদাং শাবা খুৎথেক লওবশে ।



পেনা - ঙল্লি তোংদম শেম্না নোযয়ে।।৩৪ ।।

মাইবী - ঙল্লি তোংদম শাবা খুৎথেক লওবশে।



পেনা - লেংদোল লেংপাক শেম্না নোযযে।।৩৫ ।।

মাইবী - লেংদোল লেংপাক শেম্বা খুৎথেক লওবশে।।



পেনা - খূনীং মোইগাই শেম্না নোযযে।।৩৬।।

মাইবী - খূনীং মোইগাই শাবশে।।



পেনা - থবাক ঙানফম শেম্না নোযযে।।৩৭।।
মাইবী - থবাক ঙানফম শাবা খুৎথেক লওবশে।।



পেনা - খোযদৌ থম্বাল শেম্না নোযযে।।৩৮।।
মাইবী - খোযদৌ থম্বাল শাবা খুৎথেক লওবশে ।।



পেনা - খ্বাঙ পমশি শেম্না নোযযে।।৩৯।।
মাইবী - খ্বাঙ পমশি শাবা খুৎথেক লওবশে ।।



পেনা - ফৈগল ফৈদম শেম্না নোযযে।।৪০।।

মাইবী - ফৈগল ফৈদম শাবা খুৎথেক লওবশে ।।



পেনা খুকউ কাংগোই শেম্না নোযযে।।৪১।।

মাইবী খুকউ কাংগোই শাবা খুৎথেক লওবশে



পেনা খুবোম তোংশা শেম্না নোযযে।।৪২।।

মাইবী - খুবোম তোংশা শাবা খুৎথেক লওবশে ।।



পেনা - খুনীং মোইদোন শেন্না নোযযে।।৪৩।।
মাইবী - খুনীং মোইদোন শাবা খুৎথেক লওবশে।



পেনা - থুজিল মোইফাং শেন্না নোযযে।।৪৪।।
মাইবী থুজিল মোইফাং শাবা খুৎথেক লওবশে



(মথক্কীসিনা পুয়াদা লৈবা খুৎলোন্না। অদুগা হৌজিক মতমদা লাইবুংদা হকচাং শাবিবাগী মওংগী ফোটো খবা অমুক লৌখৎচগে।)

চিবাই শেম্বাগী খুৎলোল



নাখাও শেম্বাগী খুৎলোল



মিৎচি শেম্বাগী খুৎলোল



নাচি শেম্বাগী খুৎলোল



লুখম শেম্বাগী খুৎলোল



চিম্বান মথক শেম্বাগী খুৎলোল



চিন্বান মখা শেন্বাগী খুৎলোল



যাবি খোংজি শেন্বাগী খুৎলোল



শযেং মরু শেন্বাগী খুৎলোল



খুবাক শেন্নাগী খুৎলোল



খুৎশা শেন্নাগী খুৎলোল



খুদোন ১০ শেন্নাগী খুৎলোল



যাংলেন শক শেম্বাগী খুৎলোল



নাকথং শেম্বাগী খুৎলোল



নিংদু শেম্বাগী খুৎলোল



পিবাই শেম্বাগী খুৎলোল



হকচাং থোঙ শেম্বাগী খুৎলোল



ফৈবোম শেম্বাগী খুৎলোল



খুমীৎ শেম্বাগী খুৎলোল



খোঙনম শেম্বাগী খুৎলোল



খুযা শেম্বাগী খুৎলোল



অশুম্বা মীবেল্লগী ওইবা মতৌ অমগী পাদম লাক্কুনা পাঙথোক্লিবা থৌওং অসিনা, পল্লেমগী পিক্কুংদা নাউৱা অঙাংনা মক্ষ হুল্লকপদগী থাবুম ৫ শুবা ফাওবগী মনুংদা মথং মথং হকচাংগী কাযাৎ মপুং ফাবকপগী ৱাখল্লোল শাগৎলি। অদুনা পেনা খোংবগী ইশৈদি মতাং অসিদা লোইশিল্লগনি। অসিদগীদি অঙাংনা পল্লেমগী পীক্কুংদা থাবুম ১০ মপুং ফাদুনা অঙাং পোকপগী মতাং যৌবকপদগীদি লাই শান্নবদা যাওবিবা থৌগল্লোযশিংনা অৱায-অখুম তৌদুনা লাইবোল শান্নবা যাবে। মসিগী নুংগী বাখল্লোন্দি মীবল্লেলগী ওইনা অঙাং পোকপা হাযবা মীযাম চঙনা পাঙথোকপা থবক্লি।

অদুবু মতাং অসিগী লাইবোল অসিদা থাযনগা হৌজিক্কা খেংনবক্লিব অহোংবা মতৌ অসিদি মচা তানা তানা খঙজিন্বদি চুমগনি। মবমদি মতমগা অহোংবা হাযবসিনা খুননাইদা লাইথুং ওইহনবশু যাওদবদি নত্তে। অদুনা হৌজিক্কা মতমদা মতাং অসিগা ওইনা (অঙাং পোকপা) শান্নবিবা লাইবোল অসি নাইহাশংগী ওইনা চৎনবকখ্রবা চাবোক্লোলগী মতৌদুনা। হাযবদি বাংগোনশ চঙবদা শীজিন্নবিবা পোৎচাকশিং অমদি থৌওং পুন্নমক অমত্তা ৱাত্তনা থাবক্লি হাযবদি পীবৃক্কুংদা অঙাংনা থা মশীং অশুম অশুম যামখৎলক্কুনা থা ১০ মপুং ফাবকপা, অসিদগী পোক্লবা থৌবাঙ লাকপদা তৌবকপা ফিভম, চঙলিব পোৎচঙশিং, মাইবী, মাযোক্লবী, ঈশিং, খুদেং, ফক, ৱাচেৎকী বাকথৌ, নাউফম ফুন্নবা চফু, অসিনচিংবা পোলমশিংবু লাঙবদা লাইবোল ওইনা হাপ্পা অমদি অঙাংপোকপাদা তৌবা হকচাংগী মওং-মতৌশিংবু নিংথিনা শেম-শাদুনা হাপচিল্লিবা যাম্নমক মতাং চাই। মসি খুন-নাইসিনা যাবা থৌওংনি। অদুনা খুন নাইগা অপাম্বগী লমদাংদা অহোংবা মচৎ হাযবসি ঙশিনা লোইবদি নত্তে, মথংগী মীবোলগীদমক্তশু মচু কযা লাকখিগদৌবিবনি। অদুবু লাইথৌ অসিগী মবমদা নৈনবক্লিবা লাইবিক অসিদি অবিবা পুযাশিংদা যুমফম ওইবগা ইবকপা ওইবনা হাযবিবা মতাং অসিগী ওইনা পুযাদা লৈবম্বদু খক্তা লৌখৎচবগে।

অশুম্বা হকচাং শাবা অনোযবোল লোইবদগীদি নাউৱা অঙাং পোক্লবা তুংদা অঙাং ইকুবগা মিংশেল যেংদুনা, শমচেৎ হাত্তুনা লাইবক্তা লযশা নমগনি (চন্দনথিনবা)। হাযবিবা মতাং অসি "লাইবৌ খুৎথেক" কৌবা পুযাদা মখাগী বাবোল অশুম্বা ইবি-

"লাইবৌ খুৎথেক হাযগে। খুবক্তা লৈ যেপ্তুনা হস্থো-হঞ্জিন্বদি লযহৌনোংহৌবনে। খুবাক খুবদি লযতাইবনে। জগোই শাবা লযশেম-নোংশেম্বনে। নোংদোন খাযোমদি শাম্মদোন্না পুনুং হবাই থাবগী অংগো মিদম্বনে। লুতোন পাযবা, লুতোন শেম্বনে। না পাযবা না শেম্বনে। লাইবক পাযবা লাইবক শেম্বনে। পিশুম পাযবা পিশুব শেম্বনে। নাতোন পাযবা নাতোন শেম্বনে। খজাই পাযবা খজাই শেম্বনে। চীন্বাল পাযবা চীন্বাল শেম্বনে। খদাং পাযবা খদাং শেম্বনে। ঙক্কী পাযবা ঙক্কী শেম্বনে। লেংদোল পাযবা লেংদোল শেম্বনে। খুনীং পাযবা খুনীং শেম্বনে। থবাক পাযবা থবাক শেম্বনে। খোযদৌ পাযবা খোযদৌ শেম্বনে। খ্বাঙ পাযবা খ্বাঙ শেম্বনে। ফৈগন পাযবা ফৈগন শেম্বনে। খুক্কু পাযবা খুক্কু শেম্বনে। খুবোম নম্বা খুবোম শেম্বনে। খুনীং নম্বা খুনীং শেম্বনে। খুদোল লাম্বা খুদোল শেম্বনে। শোবাবেন্দা পাউতাকক্লে। হকসাং ইকুজবে। চন্দোন কাপ্লে। মিংশেল যেংলে। পবিং হুল্লে। চুপ থাবে। পবিং কোল্লে। অমাংশঙ শাবে। যোৎশবি থাবে। পান্থোইবী ইবাল্লক্লে। নোংপোক্কা পান্থোইবীগা ফিজি হাইনবে। খুজেং লাক্লবে। লেংগোন্নবে। পান্না ইন্নবে। তিংগোং কাংগোং শকক্লে। শানাবেম্বী শকলে। উর্চাচ লৌবে। শিংশিং লৌবে। লিলা লোইবে। পাম যাল্লে। লৌ যাল্লে। লাশিং হুল্লে। লাশিং খুল্লে। লাশিং মল্লে। লশিং তক্লে। মোইথাপ তাবে। লং নাইবে। লং শুবে। ফিহৌবে। ফি ককলে। ফি লাক্লেল তাইবে। ফি শুবে। ফি ফৌবে। ফি লাইদা কৎলে। লোং খোল্লে। মাইবিনা ফিজঙ লীৎলে। লাইবাউ খুৎথেক অসি নঙাইবে"।

অশুম্না যাম্না মক ওইবা তাংককর্শিবু লৌখৎলগা লাকখি হাযবসি লাইবিক অসিগী বাবোলগী খঙবা ঙম্মী। অদুবু হৌজিক্কী মতমদা চাউথোকলিবা মতৌ অর্সিদ অবিবগী যুমফমদমক যাওবমদ্রবশু যাম্না মপুং ফাবা মতৌ অমা ওই। মবমাদ লাইবিক অসি নৈনবকপদা অবিবা পোৎচাক্কী লংলা ওইখিবা পুযা 'তাইবঙলাংবুম' কৌবদা মীওইবগী হকচাংগী কাযাৎ খুদিংমক্কী মবমদা শুগাইনা পল্লিবা অসিনি। অদুনা মথক্কী ৱাবোল অসি লৌথোকফম পুযাগী ফোটো অমসু হাপচবি।

**অনোয়রোলগী নুংগী ৱাখল্লোল:-**

মৈনা ৱাযনা নোযযে (মকুহুনবা নুমিত্তগী মমৈ শমথনা মৈশা হাপ্পা শাইযে) তাংনা শমঙৈগী নোযযে (হকচাং কাযাৎ শেন্নে) অশি হাযনা পেনানা হেক লাওবকপদা খোঙ ফুক্তুনা চৎপা হৌবক্কনি। মথক্কী মৈনবায...........হাযবা অশিদা চৎপা হৌবা যাদে হাযনৈ। মতম অশি ফাওবা ঙশাইগী লাইপুবশিং অদু মাইবী অমসুং পেনাগী তুংলোমদা যেৎ ওইনানা লেপ্তুনা চৎপা হৌবা ঙাইদুনা লৈগনি। মখোযশিং অদু হোইবৌ লাওবদগীনা চৎপা যাদ্রিবা ফা ওবা হকচাং লেংবা যাদে। মাশিদা লেংদনবগীদমক মাইবিনা হান্না অশুম্না লাওগনি। হো লাইনিংথৌ লাইবের্স্বাগী মনাইশা হোইবৌ লাওগদৌবি লেঙবা যাদে কো অশুম্না লা ওবক্কনি। অশুম্না:

কোবৌ হৌঙৈগী নোযযে (কোক্বি শকুক শেন্নে) নোঙ্গহৌঙৈগী নোযযে (মিৎশেন্নে)

মালেম শেমঙৈ লৈগী শেমঙৈগী নোযযে (হকচাং শেন্নে) শোবাবেন্দা নোযযে (মাশিদা শোবাবেন হাযবিবা অশি শল্লাইলেল হাযগনি। শংলিদা ঈ শন্দোক্লা শেন্নে)

পুঙখৎতৈনা তাতাতৈনা নোযযে (মিহুন হাপ্লে) তবেৎ শেনফাংযৈনা মোইবুংখোংনা লোযযে (নুংশিৎ চেল্লে খোঞ্জেন থোক্লে) অশিগী খোঞ্জেল আর্শান

তাইবঙ মীনা শিবমদাইদা মাইবনা নুংশিৎ কৌদনা হংবদা পুক্ত খোংদনা খুদম পিবল্লিবদো।

লাইনুবা ৭না নোযযে (ঈবম ৭ শেন্নে) লাইবংথৌ ৯না নোযযে (খোংলম ৯ শেন্নে)

মালেম লৈদা নোযযে (হকচাংনুংদা শেন্নে)

হযি চকঙৈগী নোযযে (হোন্দোক হোনজিন শেন্নে)

লমাবা -তুমাবনা নোযযে (কোক্ত লৈবা লোযনবা থবায শেন্নে) লমশেনবা তুশেনবানা নোযযে (মিবেল থবায শেন্নে) কেগে থাংজিংদা নোযযে (ওইগী কমখোংগী মিহুন শেন্নে)

ৱাংৱেন খানচাওবদা নোযযে (ওইগী লকাগী মিহুন শেন্নে)

চিঙঙু মার্জিংদা নোযযে (যেৎকী লকাদা লৈবা মার্জিংগী মিহুন শেন্নে)

অৱাং কৌব্রু অশুপ্পদা নোযযে (যেৎকী কমখোঙগী মিহুন শেন্নে)

শিজ্মাই ৬১দা নোয়যে (হকচাং কায়াৎ পুন্নমক শেন্লে)

"পাখংবগা লৈকক লৈয়ারেল চনুগা নোয়য়ে" (তাইবঙ খোইদৌ কংলাদা নিংশা চুপ্লিং খুর্জি পায়দুনা লৈরিবা লাই অনিবু শেন্লে)

"খোইয়ুম অনিনা নোয়বদি মহৌয়ে চিঙদা নোয়য়ে, মহৌফাইবোক চিঙদা নোয়য়ে, ফাইবোক ফাইদম চিঙদা নোয়যে"। (হকচাংগী কায়াৎ শর্নচিং নাতোন, খোল্লাং অনি, খাগী থোঙ শেন্লে)

"কুমশুখোং-নোংদমখোংদা নোয়য়ে" (ফম্বীয়েন শেন্লে)

"তাংজ মরুহুন নাক্লৌ ফিয়ান্না নোয়য়ে" (তাইবঙ মিদন্লে)

অঙ্গো মিদম্না নোযয়ে (মীগী মশক মপুং ফাবে)

"লুৱাং কাবেন ১২ য়াৎনা নোয়য়ে" (হকচাং কায়াৎ ১২ শেন্লে)

"হকচাং কাযাৎ ৯ য়াৎনা নোয়য়ে" (কায়াৎ ৯ শেন্লে)

অশিদগীদি হকাচং পুন্নমক শেমগৎ লক্লগনি। মাশিদা নোয়রকপা (শেন্লকপা) মফম-মকমশিংদা খুৎনা শোক্লুনা তাক্কনি। মার্শিনি লাইপাও শাখোয় হায়বিবশে।

"লরাই কোইবেল শেম্না নোয়যে" (লরাই শেম্বা)

"নাপ্পশেম্না নাচি শেম্না নোয়য়ে" (চুবা পাযবা)

"লাইপক খেলাই শেম্না নোয়যে" (লাইপক পাযবা)

"পিশুম পাগোয় শেম্না নোয়যে" (পিশুম পাযবা)

"নাতোন শেম্না নাচি শেম্না নোযযে" (নাতোন পাযবা)

"খজাই শেম্না নোয়যে" (খজাই পায়বা)

"চিনবান মোইগাই শেম্না নোয়য়ে" (চিম্বান পায়বা)

"খদাং শেম্না নোযয়ে" (খদাং পায়বা)

"ঙক্লি লুশম শেম্না নোযয়ে" (ঙক পায়বা)

"লেংদোন-লেংপাক শেম্না নোয়য়ে" (লেংদোন পায়বা)

"খুনিং শেম্না নোযয়ে" (খুৎকি খুনিং পাযবা)

"থবাক ঙানফম শেম্না নোয়য়ে" (থবাক পায়বা)

"খোয়দৌ শেম্না নোয়য়ে" (খোইদৌ পায়বা)

"খ্বাঙ পনশি শেম্না নোয়য়ে" (খ্বাঙ পায়বা)

"ফৈগন শেম্না-ফৈবোম শেম্না নোয়য়ে" (ফৈগন পায়বা)

"খুকউ শেম্না কাংগোই শেম্না নোযযে" (খুকউ পাযবা)

"খুবোম শেম্না নোযযে" (খুবোম পাযবা)

"খুনিঙ শেম্না মোইদাম শেম্না নোযযে" (খোঙগী খুনিং পাযবা)

"খুদোন লাম্না নোযযে" (খোঙগী খুদোন পাযবা)

"হকচাংগী মিদম শুনা লৈইদাম ১০ শুনা নোযযে" (পলেমগী পবুক্লুংদা থা ১০ মপুঙ ফাবে)

খোইযুম নোংপোক (নোংমদা পোকপা) ওইবও ফাওবে।

অশিদগী তাইবঙপানগী চৎনবি অঙাং ইকুবগনি। নুংশেল যেংহল্লো। নমশা প থৈক্তে (চন্দোন থিনবিবো) অদুগা অঙ ং চোংলো। ফৈবা হৈবো।

অসিদগীদি অঙাং পোকপগী থৌবাং লোইদুনা ইক শান্দেংবা লোইববদি শোনাবেন্দা পাউতাক্লুনা অঙাং অসিবু ধুনা চাউহনবীবো হায়না কত্তুনা চোংলগনি।

মাইবি - হো লাইনিংথৌ লাইবেম্মগী মদাইবেম শা।

মযাম হাউ।

মাইবি নাউবা অঙাং অসি চাউবা লেপযাদুনা শাংবা লেপ্পুম
ফংনবা তিংতিং চোংশে।
মযাম চোংশে চোংশে।

মাইবা শোবাবেলগী মপাব, নোংলৈমগী মমোম্লোহ,
থবীনা কাবিবৈ কাহৌবো নুমিৎনা বাংলওে বাংহৌবো।।
চাউবো শাংশো, হো যাযা যা ।।৪১।।

অশুম্না অঙাং ইকুজব লৈইদা ফৈবা যৈদনা অঙাং চোংবা লোইববদি ওইবও মীবমচৎাক হৌনবা অঙ ং অমগা পোকপদগী পাখং ল ঙোং থাবকপগী মতম ফাওবদা ওইবকপা হকচাংগী শুভম, অমদি মহোং ক বকপগী কেবা মৈবনচংবগী বারীশিং মাইকম তাক্লগা লাইথৌবোয়শিংন হুমদনা ও ওবশিংগ পক্লাং নুঙাইহন্নবা কুমৈ উৎকনি। মসি লাইথৌ কুমৈ অমগা হৌনশনি। অদুবু অসিদা পোক্লিবা অঙাং অসিদি অতৈনগুত্র লাইনংথৌ অশীবনা ওইবঙমা শানবা হোৎনবকদা ঙম্লক্রুদুনা মপা কুকশিদবগী পিবুক্লুংদা চঙলগা ল ইগী মমি যেংলগা শাকবো হায়না তাকপিদুনা কুকগী পিবুক্লুংদা শাখিবা মী অদনি। অদুনা অশীবনা শাববা মী অদু মপান্দা হোইদেক্লকপগী মতৌ অদনি। অদুবু মঙাং অসিদা উৎলিব অঙাং পোকপগী মতৌ অসিদি খুন নাই অসিগী চৎনবীগী মশক্তা ফোংদোক্লিবনি।

অদুনা লাইবৌদা কোযবিবসি লাইযিংথৌ অশীবনা নোংখোঙ কোযবিবনি হাযবগী ৱাবোলশিংদি মথক্তা শুগাযনা পনখ্রে।

অসিদগীদি তাইবঙ মীওইবা হাযবসিদি পোক্লবদি হিংবদা কবি কবি চঙবতাই হাযবগী ৱাখল্লোন্দা মীৎযেং থমদুনা খুন্নাইবোল অমা শেমগৎলকপগী মশক অমা শাগত্তুনা মরু ওইবা পোৎচৰ্ঙশিং পুথোক্লক্লপগী ৱাখল্লোন্দা যুমশাকৈশা হাযবসি মরুওই হাযবা তাক্লবা যুমশাবোল হাযবা জগোই অমা শেমদুনা হাপলি। অদুবু মসিনা পানগী ওইবা মতৌদা খুন-নাইবোলগী ৱাখল্লোল ওইনা উববশু নুংগী ওইবা মশক অমদা থবাযগী লমদাং পীবি। ৱাখল্লোল অসিদি মখাদা পল্লকখিগনি।

## যুমশারোল

মাইবী - হো লাইনিংথৌ-লাইবেম্মগী মদাইবেমশা।

থৌগল্লোযশিং - হাউ।

মাইবী - হৌজিক্তি নমু তাইবঙ মীদি পোক্লবদি যুমদা লৈগদবনিনা মোংবা যুম শাবসিকো।

থৌগ:- শাবশি শাবশি।

মাইবী - অদুদি কুকশিদবগী পবিং নিবশিকো।

থৌগ:- নিবশি নিবশি।

মাইবী অফবা নুমিৎ-থা যেংলশিকো।

থৌগ: যেংলশি যেংলশি।

মাইবী - অফবা নুমিৎ লৈবে। থবী তেকতবা থবা অচঙবসিদা পবিং লাংশং হুল্লসিকো।

থৌ:- হুল্লশি হুল্লশি।

মাইবী - পবিং তিংনবা যেংদৌগী উচুক যুংলশিকো।

থৌ:- যুংলশি যুংলশি।

মাইবী - পবিংতিংবা লোইদুনা কাবল লওবা লোইববনিনা পবিং কোনশিল্লসিকো।

থৌ:- কোনশিল্লসি কোনসিল্লসি।

মাইবী - পুংফম অফবাসদা যুমফম থোল্লসিকো।

থৌ:- থোল্লসি থোল্লসি।

মাইবী - যুমফমগী লৈমায তেল্লসিকো।
থৌ:- তেম্মসি তেম্মসি।
মাইবী - লৈমায অসি লৈযে থানবা ঈশিং চাইবসিকো।
থৌ:- চাইবসি চাইবসি।
মাইবী - লৈযে থাবসিকো।
থৌ:- থাবসি থাবসি।
মাইবী - যুমফম শেম্বা লোইববনিনা উবোং যুংনবা শেল্লসিকো।
থৌ:- শেল্লসি শেল্লসি।
মাইবী - উবোং শেল্লবনিনা যুংনবা উখুল তাল্লসিকো।
থৌ: তাল্লসি তাল্লসি।
মাইবী পুংজা খেন্দোং অফবসিদা উবোং যুংলসিকো।
থৌ:- যুংলসি যুংলসি।
মাইবী - উবোংগী উপা যুংলবনিনা খাংঙেন হাপ্লসিকো।
থৌ:- হাপ্লসি হাপ্লসি।
মাইবী - যুম্বীবেলশিং যুংলসিকো।
থৌ:- যুংলসি যুংলসি।
মাইবী - শুক্কু খাঙেল পুম্নমক পানখৎলসিকো।
থৌ:- পানখৎলসি পানখৎলসি।
মাইবী - লোয পুম্নমক যুংখৎলসিকো।
থৌ:- যুংলসি যুংলসি।
মাইবী লোয যুংবা লোইববনিনা যাঙ পানখৎলসিকো।
থৌ:- পানখৎলসি পানখৎলসি।
মাইবী - যাং পাল্লবনিনা লোযখোম চিংখৎলসিকো।
থৌ:- চিংখৎলসি চিংখৎলসি।
মাইবী - লোযখোম চিংখৎলবনিনা সনা যুম্বী হাপ্লসিকো।
থৌ:- হাপ্লসি হাপ্লসি।
মাইবী - সনা যুম্বী হাপ্লবনিনা হুমদাং পুম্নমক যান্সিল্লসিকো।
থৌ:- যান্সিল্লসি যান্সিল্লসি।
মাইবী - হুমদাং যাল্লবনিনা উবা থাবসিকো।

থৌ: থাবসি থাবসি।

মাইবী উবা থাববনিনা ইকুপ্লসিকো।

থৌ: কুপ্লসি কুপ্লসি।

মাইবী যুম কুপ্পদা ৱাচেৎ পাখ্র' তাহনগনু যুম্মু পাখ্রা তানিকো।

থৌ: তাহন্দ্রে তাহন্দ্রে।

মাইবী যুম কুপ্পা লোইবর্বদি শঙমায মেল্লসিকো।

থৌ: মেল্লাস মেল্লাস।

মাইবী যুম মথক্কী শেম-শাবা লোইববনিনা ফক্লাং খাবসিকো।

থৌ খার্বসি খাবসি।

মাইবী ফক্লাংগা উবা থাবসিকো।।

থৌ: থাবাস থাবসি।

মাইবী ফক্লাশাং সন্দো ক্লুনা ইচপ ফার্বাসকো।

থৌ· ফার্বসি ফার্বসি।

মাইবী ফক্লাং খাবা লোইববনিনা শাই কক্লসিকো।

থৌ. কক্লসি কক্লসি।

মাইবী শাই কক্লর্বানিনা ফক্লাং তযবসিকো।

থৌ: তযবসি তযর্বাস।

মাইবী ফক্লাং তযনবা লযবাক থাংলসিকো।

থৌ: থাংলসি থীংলসি।

মাইবী - লযবাক থীংলবনিনা পুশিল্লসিকো।

থৌ: পুশিল্লসি পুশিল্লসি।

মাইবী - লৈবাক পাযখৎলো বাই তৈবসিকো।

থৌ: তৈবসি তৈবসি।

মাইবী - ফক্লাং বাইতযবা লোইববনিনা মনীংথোঙ মমাঙথোঙ পাল্লসিকো।

থৌ:- পাল্লসি পাল্লসি।

মাইবী - যুমশাবা লোইবর্বনিনা লাইনিংথৌ-লাইবেম্বীদা কৎনবা যুমদাই নাকশেংন শেংদোক্লসিকো।

থৌ:- শেংলসি শেংলসি।

## য়ুমশারোলগী নুংগী ব্রাখল্লোল:-

অশিদগীদি মী অমা হাযবা অদুগী হিংবদা নুঙাইনবগীদমক য়ুম লৈতবা যাদে। অদুনা য়ুম শানবগী থৌবাং তৌবগনি। অশিগুম্নবা মৈতৈগী উমংলাই হরাওবা হাযবা অশি মী ওইবগী য়ুম্বাললোলগী মওংবু নিংথিনা তাকলি। অশিদগী য়ুম শানবগী পবিং হুল্লগনি। চুকথাবো। অমুক পবিং কোল্লো। য়ুম শাবো, উবেপ য়ৎলো (যাত্রা হুনবা) খাঙেন হাপ্পুনা হুমদাং যাল্লো। উবা থাদুনা ইকুপ্লো। ফল্লাং খাদনা শাইকক্লো। যোশবি থাবো। অমাংশং শাবো। অদুগা শং লাইদা কৎলো।

অশিদগী নোংপোক লাক্লগনি। মফম অশিদা নোংপোক পান্থোইবি হাযবিবা অশি পা পীগী মশক তাকপা বাহৈনি. নোংপোক হাযবিবা ব্রাহৈ অশিনা পুবিবা মনুংগী বাদ তাইবঙ হাযবা অশি নোংমদা পোকপা মপোক্লি হাযবগীদমক নোংপোক কৌই। অশিগুম্নবা নোংমদা পোকপা তাইবঙনা মতমগী খোঙথাংদা শাবেপ কাংথোং ফাবকই। মতম অদুদা পা-পী ওইবগী লাইজ ঈকনা হকচাংগী কাযাৎ খুদিংদা থল্লা লৈবকই। মতম অশিদা তাইবঙবু নাপনগী লোকচপ্পু হোইজিন দুনা পুবা ঙম্বা যেক্লবাশিং হাযবদি অপাম্বা, অশাওবা, নাপন, মিহৌবা, শুম্মৎপা, হার্যবিবাশিংশিনা খুদম চনখি। অশিগুম্বা মতমদা অউবাশিংনা মিতানৈ। মতম অশিদা তাইবঙনা মনুং মপান অনিদা থোইদোক্লা ফজথোকই। মাশিবু লাইগী পাও কৌই। লাই মাগা পাওদো থবক ওইনা উৎলকই। মাশিবু নোংপোক পান্থোইবি কৌই। অশিনি নোংপোক পান্থোইবি লাকপা হার্যবিবশে।

অশুম্বা য়ুম শাবা লোইববদি খুবকলৈ যাওবী মাইবী অনীনা লাইশঙনুংদা যমদেংদনা লৌবিবা কুৰুশিদবদা কৎলগা খুংগং অসিগী মচা মনাই পুম্নমকপু খুঞ্জাও-লৈচাউনা নুঙাই যাইফ হনবিয়ু হাযনা নিজগনি। অদুনা মতাং অসিদা শাবিবা য়ুম অসিশু অতৈ নত্তে। হৌজিক মতমদা কনাগুম্বগী য়ুম অমা শাবা মতমদা উবোং য়ুংবগী (যাত্রা হুনবগী) লাইথৌদা লীবিবা ব্রাবী অদুনি। মদুদি কুৰুশিদবনা তাইবঙমীনা লৈনবা য়ুম শাবসি কনানা উবোংগী উ পুথোকতানা য়ুম হাযবা পোৎশক অদুগী মপু ওইদনা তাইবঙমীবু যোকপা ঙমগদগে হাযনা হাযবকপদা লাইযাম পুম্নমক খুম্বা ঙমদ্রবদা লাইযিংথৌ অশীবনা হাযখি, ঐনা শেমজবা তাইবঙমীগী লৈননবা য়ুম ঐনা শাবগা য়ুমগী মপু ওইজগে হাযনা মপা কুৰুশিদবদা হংগৎচবগা শাখিবা অমদি য়ুম শাবদা চঙলিবা উ-বা পুম্নমক মানা শাযোঞ্জবগা তাইবঙ মীবু যোকপিখিবদুগী মতৌ লৌবিবনি। অসিদশু নত্তনা

থৱায়গী লমদাংদা থম্মোই লাইয়ুম হায়বদুগী মশক অমসু উৎলিবনি। মসিনা মখাদা পল্লকখিগনি।

অসিদগীদি লাইদা শঙ কৎখ্রবা মতুংদগীদি নোংপোক পান্থোইবী অনীনা নোংমাইজিং চীংদগী কুম্লক্কুনা খাবা নিংথৌগী কোম্লুং কংলৈদা পান্থোইবীগী শক্তম শারগা লাৎতুনা হরাউ-তয়াম্বগী থৌরম পাঙথোক্লিবা অদুদা থৌজাল পীবিবা লেঙবিরকখিবা অদুগী ৱাখল্লোল পান্থোইবী জগোই হায়বা মতাং অমা অমুক পাঙথোক্কনি। ৱারী-ৱাখোঙ অসি পান্থোইবী খোঙগুল কৌবা পুয়াদা পল্লি। ৱারোল অদু অশুম্বা পল্লি-"তমফা ময়রা পোনঞ্জেম্বিনা মশাবি কোরও খোঙজোম্ববু য়াহৌখোনগীবু তমফা মতে-মনাউ ২মাদি কোরও নোংইন চেক্কুম লীয়েৎননা মাল্লং ফেঞ্জি ওইনা খমগোল নোংলৈ হুমন্ননা মপন কংলৈ পূংময়োন খাবা মবালয়ায়দা তারকলে। য়াংবা পুম্না হৌনা চাল্লৌলাগাথা পাশোৎ লমকারোয়, লোইমোম ফৌববোকপু ফাম্না হুন্না ইশ্বী চাউরা খুদিংদা চাল্লৌ লাগায়োম, ফিঙৌ থকখন্না, লৈঙোই পাক্তেনরবদা তমফা নোংথাংকুপকুম য়াংবা ময়ুম চঙলকপবু মমান নিংথৌ খাবা শোকচোম্বনা চকথাঙ য়াবোঙ ফান, মনুতেকঙা খাবা নিঙোনবীনা ময়বুন হাই জাউথান, শরীক তোংদম খীং, মোইবুং থিনকাম্লনা, ৭ শেনফাংযৈ, ৱাংলেল মবাঙহৌনা লমওকঙামএ। খাবা মবানয়ায়দা খোইমোম লাইশঙশা, চিংঙু লাইফম শেম, চৈরৈ ফিঙৌ থকখন্না তেবা নমখাঙ তৈ, মোল্লাং তপ্তাই থানা পুকমঙামএ অঙৌবা ১০ চামাংদবগীদমক্তা খাম্বী লৈরুপ অমা তৈনা হৌ, থাংজিং য়াতোইলেল, শাঙ্গায় মানগোংচেং, ৱাম্লেল নীংগোয় ওৎ, চেঙঙৌ ফাহাপ্পনা, য়েরুম কাংখিন্ননা হৈরাঙ মথেন তৈ, তাউজিং পুংবু লেম্না লুক্লেল পাম্না হারে।

"অঙৌবা মশাবীগীদমক্তশুং ১০ চাশেংলুকপু লুক্লেল পাম্না হানা য়োয়নখিএ। শীংলেল চুনবা-লৈরাং নিংথিবনা য়োযনরে। খাবা পুম্নাহৌ, য়াংবা মাইফাং শানা মাম্বী খুতপ্পনা কাউবি চিগলুক, মুকমু লৈতোন কোন্না পুরুমখিএ"।

অশুম্না নোংপোক্ক-পান্থোইবীগা লাই অনীনা খাবা মরানয়াইদা লেঙবিরক্কুনা হরাউ তয়াম্বদু য়াওবিরগা খাবা শাগৈবু নুঙাই-য়াইফরো হায়না থৌজাল পীবিখিবদগী নুঙাই-য়াইফনা পানখিবদুগী ৱাখল্লোনি। অদুনা মতাং অসিদা পাঙথোক্লিবা থৌওংদি লাই অনিনা হরাউ-নুঙাইনা লেঙলকপগী মওংনিনা য়াম্না পুক্লীং নুঙাইবগী মওংদা য়াম্না ইংনা তপ্পা মোং-হাদনা কেনা-মৌনা শাবা জগোইনি। অদুগা মসিদা মরু ওইবা ইশৈ শক্কদৌরিবদি পেনা খোংবনা শক্কদবনি।

অদুবু জগোই শাবিবা মাইবীশিংশু ঙম্লবদি পেনা খোংবগা শকমিন্নবা য়াই। অদুগা মাইবীনা শাবিবা জগোই মখন্না 'খুৎথেক অচৌবা' নত্রগা 'পান্থোইবী জগোই' হায়না খঙনৈ। মতাং অসিদা খঙগদবা অমনা মতাং অসিগী নুংগী ওইবা বাখল্লোল য়েংলগদি লাই অনিদা খাবা নিংথৌনা থৌজাল পীবিয়ু হায়না নিজবা অদুগা লাইনা থৌজালবীবগী ৱাবোলশিংদুনা ইশৈ ওইনা শকপনা চুম্বনি। অদুবু হৌজিক্তি মখাগী শৈবোল অশুম্না শক্লবি।

নুমিদাং ৱাইগীনা মতমদা,
নুমিৎনা চীংযানা থাংলক্লে।
চীংগী মৈনবু তময়াথেল,
তমগী মৈনবু খোকমৈনেম।
চীংগীনা পামেন্না নিংথিবী,
তমগীনা পামেন্না নাপৃংবী,
শাবিনা মাঞ্জনা পামুবা,
থংলেলগী চেংলৌনা উববা
মাঞ্জ কাইদোংফম্ব তার্কপিযু।। ১ ।।

থংজিং মাইকৈদা:-

কেগেনিদবু কশাবেল,
মোইবাংগী লাংবুম্না অবিবা
মোইবাংগী থংজিংনা কোইবেল্লাই,
লোক্তাক ইশা ৯ ফাংবনা,
চেংলৌ শকয়েংনবা লাইনিংথৌ,
শাবিনা মাঞ্জা পামুবা,
নোংপোক্লা মালং হুম্মোইবা,
কাওবেন্না শম্বোই থিববু,
কেগেনা মাইকৈনিবু পাংলকপবা।।

ৱাংব্রেনগী মাইকৈদা:-

আ...................... হা,
নোংনা চাউবনা বাববেল,
লম্লেন্নবু শুগুনির্দি যাংদৌবম,

থোংনাংনা মোংবিনা চীং নুংহুৎ,
লেপ্লে ঙাথোঙনবু লোল্লিবা,
ঙাচিক্লা কোনগুম্না কোনথাবা,
ঙাবেন্না কোম্বু কোল্লিংবা,
পামু লমদম্নবু তাকপিযুযা ।।২ ।।

**নোংপোক মাইকৈদা: -**

আ................ .. ...হা,
নোংনা হৌবনা মাযকৈদা,
হাওবৈনা নোংপোক্লা পাংবদা,
নোংপোক্লা মালংনবু হুমমোইবা,
উতংনা নাশিনা লোম্ববু,
যাইবীনা খাঙথোংনবকপা,
চবৈনা মযেক নাইববু শেৎচল্লে,
খুবোম্না যাইবুনা হাপচিল্লে,
খুজেংনা যাইজাউনা শিজিল্লে,
পাম্বোম্না যাইবুনা হাপচিল্লে,
চোল্লাং নাশিনা যানশিল্লে,
পাখংনা তোলোক হাপচিল্লে,
কাংজৈনা কাংহুনা লেংদাথোং,
লৈবাংনা নাচোম্না থেৎচল্লে,
নুমিদাং বাইগীনা মতমদা,
খোইযুমগী লাইবুংনা লৈবা মাইকৈদা,
শাবন্নগা লম্মুদি থোবক্লে ।।৩ ।।

অশুম্না হৌজিক্কী মতমদা চৎনবিবা শৈবোল অসিদি মতাং অসিগাদ নুংগী ওইবা মশক্তদি চানবা ৱাৎলি। অদুনা মতাং অসিগী ওইবা 'পাম্বোইবী খোংগুন' পুযাদা যাওবিবা মখাগী শৈবোল অসি ওইনা শক্লবদি হৌবমশিগাদ চানগনি।

আ........................হা,
নুমিদাংৱাইগীনা মতমদা,
নুমিৎনাগা চীংযানা থাংবাৱাই,

তমযানা কোবীনির্দি চেল্লকপদা,
নামবা লৈনম্মুদি পুবদনা,
লিবি খোঙদোযনা হুল্লকপদা,
চীংগীনা মচাদি পামহৈবী,
তমগী মচানা নানৌবী,
তংগান চনুদি পুইদিংল্লাক,
চেংলৌনা হেম্বিদি পান্থোইবীনা,
মবুংঙোনির্দি চীংশোম্বা,
নোংপোক শেল্লুং অপান্নগা,
পামুনদি নুংশিনবু
শমু খুৎনির্দি পাযননা,
নোংপোক্লদি চীংমঙন,
নোংমাইজিংগী চীংদোন্দ
খোইযুম্না কংলৈবু পাংলক্লে ।। ১ ।।

অশুম্না ইশৈ শকপা হেক লোইবকপগা মাইবাগা থৌগল্লোযশিংগা নুংগী ওইবা মওং মতৌশিংবু বাবী শানদুনা মীযাম তানবা ঙাংনগনি। মতাং অসিগী নুংগী ওইবা থৌওংদি নোংপোক পান্থোইবীনা খাবাগী কোন্নুংদা লাই হবার্উববা অদুবু যাওবা লাকপদা খাবা শাগেনা নিংথিনা থৌগন তৌখিবা অদুগী মতৌনি।

মতাং অসিদা পাঙথোক্লিবা থৌওংদি যাম্না মোং হাদবা ইংন ৎপ্পা হকচাং থেকথ-নৌথদুনা শাবা জগোই মখলনি। অদুগা মসিদা মক ওইনা ইশৈ শক্কদৌবিবদি পেনাখোংবনা শক্কদবনি। অদুগা জগোই শাবিবা মাইবীশিংশু ঙল্লবদি পেনাখোংবগা শকমিল্লবা যাই। অদুগা মাইবীনা শাবিবা জগোয মখল্লা "পান্থোইবা জগোই" নত্রগা "খুথেক অচৌবা" হাযনা খঙনৈ।

মাইবী - হো লাইনিংথৌ লাইবেম্মগী মদাইবেমশা।

থৌ:- হাউ।

মাইবী - নোংপোক হাবম পাংবা মাইকৈদা চবৈ চোনজোন শেৎ, খুদাং যাইজাউশি, খুবোম যাইশিলোল, কুবাউ ফাল্লং থাং, হুইবোং লুফাচিন ব্রাক্তং নাশিনা পাইখু লেংহুম্নাই, যোৎকি চৈশু, শেনগী কাংচুপ থক্ক' লেঙলকলিবা অসি নবুংঙো নোংপোক অপান্বা মান্নবা যেংঙু ।।

থৌ:- হো য়েংঙে য়েংঙে, মাল্লে মাল্লে। (য়েংবগী মওং তৌবা)

মাইবী নবুংঙোগী শমু ওইবম থংবদা খুৎকা খুৎক পায়ননা, চীনফি খানিক্লা, লাইফি খোইদোম্না, ফিমু খাণ্ডওন্না কোকচাক শমখোম্না, শল্লাং উফোঙথোক, চোল্লাং মনাশিনা হাইনা হুম্না লেঙলক্লিবী চেংলৌ শক্কোয়হেম্বী খোইমোম নুজা অসিশু নবেম্মা তংগা চনু পুইদিংব্রাক পাম্থোইবী নত্তবরা য়েংঙু।

থৌ:- হো মানি মানি (যেংবগী মওং)

মাইবী - হৌজিক্তি নবুংঙো-নবেম্মা লেঙলক্লবনিনা ইকাইখুম্নবা উৎসিকো।

থৌ:- উৎসি উৎসি।

মতাং অসিদা থৌগল্লোয়শিংনা ফি মচি পায়খৎতুনা থাংগত্তুনা লৈগনি। মসিবু অনিবগী মতমদদি 'ফিজি হাইনবা' হায়না ইদুনা লৈবম্মী (মংক্তা পনখিবা 'লাইবৌ খুৎথেক' কৌবা লাইরিক্তা হায়বা)।

মাইবী - নবুংঙো নবেম্মনা লেঙলকপদা কোরও ময়শা লাংলকপনা হুমাং লাইজ ইহওনরকপনা তুখোঙ লাইজ ইফুৎ থোক্লুল্লিবা অসিবু শমু হকচিক্লবা কাংহাইমিদম খন্না হুমাই মাইরেং হওসিকো।

থৌ:- হুমসি হুমসি।

মাইবী - নবুংঙোনা শমু হৰ্কচিক্লক্লবনা অরাম-খৌরাংবা কোক্লবা নিংথিবা হযাঙ-লৈরাংশিংনা তাউজিং হৈরাল্লসিকো।

থৌ:- লাল্লসি লাল্লসি।

মাইবী - নবুংঙোনা তাউজিং চীন্দম লোল্লবনা ক্বা য়াচু চানবা পানা তপ্তাই লাল্লসিকো।

থৌ:- লাল্লসি লাল্লসি।

(মসিবু অরিবগী মতমদা 'পানা ইন্নবা জগোই' কৌই। মথক্কী লাইরিক্তা হায়বনি। অদুবু লোল অসিদি ভারতকী ওইবা লোন্দশু কৌনবনা করিগীনো হায়বা অমদি খলহল্লি। অদুবু অরিবা পুয়াদদি অদুম্মক ইরম্লে।

মাইবী - নবুংঙো-নবেম্মগা লেংদোল-লেংপাক পাযনা খজাই লেংওন্নসিকো।

থৌ:- ওল্লসি ওল্লসি।

মাইবী - নবুংঙো-নবেম্মগা নপা-নপা ফিজি-ফিজি পাযনদনা নুংশি-নুংওন পাউশানবো।

থৌ:- শানবে শানবে।

মাইবী - খুৎকা খুৎকা শম্নবো।

থৌ:- শম্নবে।

মাইবী - খুজেং খুজেং পাযনবো।

থৌ:- পাযনবে, পাযনবে।

মাইবী - পাম্বোমগা পাম্বোমগা লৌনবো।

থৌ:- লৌনবে, লৌনবে।

মাইবী - লেংগা লেংগা লেংগোন্নবে।

থৌ:- কোন্নবে কোন্নবে।

অসিদগীদি নোংপোক পান্থোইবী অনিনা হরাউ মথোই তোংনা অপাম ইহওবক্তুনা নুঙাই ইথক কানা পাউশানবগনি।

**পাউশা ইশৈ:-**

যা যা হোযা, যাযা, যাযা, যা।
শমন খোকশে, মখোকশে।
শমন হনশে মহনশে,
পাখং শমৈ ব্রাযনশে,
নুবা শমৈ চুনশে,
চুনবে চুনবে।
যাযা হোযা, যাযা,যাযা, যা॥১॥

শনবেম্বী থোক্লকও,
নহুম নোঞ্জেন শাবিগে
লাই খুবাক খুবিগে।
যাযা হো যা
যাযা, যাযা, যা॥২॥

উচি চিচি, চিচি,
উচি লাবা মৈতৎপা,
খকুং মপান খৌশাবা,
শেন্দাং লাকই ফ্রুং।
যাযা হো যা,
যাযা, যাযা, যা।।৩।।

তিং তিং তিংগাকোক
তিংগোং কাংগোং তিংগাকোক
যাযাহোযাহো, যাযা, যাযা, যা।।৪।।

শিংশিং লৌজশে পানা লৌজশে।
যাযাহো যাহো যাযা যাযা যা।।৫।।

অশুন্না নোংপোক পান্থোইবীনা, কংলৈদা খাবা শৌচোম্বনা লাই হরাউববু যাওবিবা লাক্কুনা খাবা শাগৈদা অফ-নুঙাই থৌজানবিবম্বগী লাইবোল লোইশিল্লগনি। অদুগা অমনা লাইবোল অসিনা পীবিবা থবাযগী ওইবা লম লমদাংগী মতৌ অমা লোযনবিবা অদুশু পল্লকখিগনি। অসিদগী অমুক পান্থোইবীনা নোংমাইজিংদা মপা তাউবোইনাইবু চাক কৌবদা অউনপোং (চাক্কৌমন) পাবিবম্মু হায়ববদা মপানা লিন্না মকু হুমগুন্না মউন হুদোক্লগা ওইনা শাজিন্নৌ হায়না পান্থোইবীদা পীখিবা। অদুগা পান্থোইবীনা মপাগী মউন্দা যোক্লিবা মযেক অদুবু তমদুনা ফি ওইনা শাবগা শীজিন্ননবগীদমক লশিং পাম্ব থাদুনা লং পুথোকপগী লাইবোল চত্থবক্কনি। অশুন্না লশিং থানবগী থৌবাঙদা লৈবাক যান্দুনা শেম শাবকপগী থৌবাংগী ওইবা লাইবোল অদুবু 'পামযাল্লোল' হায়না কৌই।

**পাময়াল্লোলগী লাইবোল:-**

মাইবী - হো লাইনিংথৌ লাইবেম্মগী মদাইবেমশা।
থৌ:- হাও।
মাইবী মমোমলাংলেল ইবেম্মা তংগা চনু পান্থোইবীনা মপন লাইবেল তাইবোইনাইগী মউম্বু চবৈফিশাতমনা শানবা লশিং থাগদৌবি। পাম যাল্লশিকো।

থৌ:- যাল্লসি যাল্লসি।

মাইবী - উ-ৱা হাইদোক্লবা থাঙ পাযবো।

থৌ:- পাযবে।

মাইবী - উপি-উবেল অকংবশি খান্বী মক থাদোক্লবা খোন্নশে।

থৌ:- খোন্নশে।

মাইবী - উপী-উবেল খোন্নবনা খান্বী ময থানবগীদমক ময লওনবা মযবাচিংলশে।

থৌ:- চিংলসে চিংলসে।

মাইবী - ময হওববনিনা উপি-উবেল অকংবশিং খান্বি মय চৃবশে।

থৌ: চৃবশে।

মাইবী খান্বী মযচাকপা লোইশববনিনা খান্বি মযখাকশিং খোমদোক্লশে।

থৌ:- খুন্দোক্লশে।

মাইবী - খান্বী মযখাক খুন্দোক্লবনিনা লৈবাং লশিং মক্ন লিংনবা শিংঙেল মক্নবু চবৈ ফিগাউনুং হাপচিল্লো।

থৌ:- হাপচিল্লে।

মাইবী - লৈবাং মক্ন হাপ্পবনিনা শিঙেল মর্উালিংনবা তেৎনৌ যাফাকপা থৌবৈ নীংদু লাংলেল ৱাকুকোম্ধু শাফববু শমু খুৎতা পাযনা তুমু লৈকন তও, মালেম লযমায-কাঙনা শিংঙেন মক্ন থাবশে।

থৌ: থাবশে।

মাইবী হৌজিক্তি শিঙেল মক্ন পোখাযনা লৈবাং খুমু হুল্লেদো।

থৌ:- হুল্লে।

মাইবী - লৈবাংগী লৈনা পাল্লক্লে।

থৌ:- পাল্লে পাল্লে।

মাইবী - শিঙেল কাংধোং ফাবক্লবনা লৈবাং লৈখোঙ যেত্তনবা লশিং মখোঙ শোন্নশে।

থৌ:- শোন্নশে শোন্নশে।

মাইবী - হৌজিক্তিং শিঙেল চাউবা লেপফাববনা লৈবাং

পোম্বোম্নরক্লে।

থৌ:- পোম্লে পোম্লে।

মাইবী - লৈরাং লৈশাৎ তম্না শিঙেল মমুল ফারবনা হেক্লসিকো।

থৌ:- হেক্লশি হেক্লশি।

মাইবী - শিনৌ লশিং পশোৎলৈবু হেক্লবনিনা শিঙেলপোন্দা হান্নবা লৈরাং লৈপোল শারো।

থৌ:- শারে শারে।

মাইবী - হৌজিক্তি শিঙেল অহেকপবু লৈরাং পোন্দা হাল্লশে।

থৌ:- হাল্লশে হাল্লশে।

মাইবী - পোন্দা হাল্লবনিনা পোমাই তুশিল্লশে।

থৌ:- তুশিল্লে তুশিল্লে।

মাইবী - হৌজিক্তি লশিংগী পোমাই তুরবনিনা য়োইময়াই শালাংনা শিনৌ মকং ফানবা ইয়ুম কংলৈ শুমাং ফৌরুরশে।

থৌ:- ফৌরুশে, ফৌরুশে।

মাইবী - কংলৈ শুমাঙ য়ৌরবনিনা পয়া পরৈ থোক্লা লশিং পোমাই হাংলে।

থৌ:- হাংলে হাংলে।

মাইবী - শিনৌ লশিং ফৌরশে।

থৌ:- ফৌরশে ফৌরশে।

মাইবী - লশিং কংলবনিনা মরূ লওথোক্লবা কপত্রেং পুশিল্লক ও

থৌ:- পুশিল্লক এ পুশিল্লক এ।

মাইবী - লশিং তক্লবা কপত্রেং মাঙদা থারো।

থৌ:- থারে।

মাইবী - লশিং তক্লশিকো।

থৌ:- তক্লশি তক্লশি।

মাইবী - লশিং তকপ লোইরবনিনা হাপ্পনবা কাপ্পোন শারো।

থৌ:- শারে শারে।

মাইবী - কাপ্পোন্দা লশিং হাপচিল্লো।

থৌ:- হাপচিল্লে। হাপচিল্লে।

মাইবী - লশিং কাপ্লোন্দা হাপ্লবনিনা হুইত্রিনা লশিং কাপলো।
থৌ:- কাপ্লে কাপ্লে।
মাইবী - লশিং কাপ্লা লোইরবনিনা মোইথাপ তারশিকো।
থৌ:- তারশি তাবশি।
মাইবী - হৌজিক্তি মোইথাপ তাবা লোইরবনিনা তরেং পুশিল্লকও,
লং নাইনাইরশি।
থৌ:- পুশিল্লক এ পুশিল্লক এ।
মাইবী - তরেঙ পুশিল্লক্লবনিনা লং নাইরশিকো।
থৌ:- নাইরশি, নাইরশি।
মাইবী - মকি লংদুম নাইবা লোইরবনিনা তরেং খোংফাং
পুথোক্লশিকো।
থৌ:- পুথোক্লসি পুথোক্লসি।
মাইবী - হৌজিক্তি মকি লংদুমদগী অমুক লংখাই শেম্লবা তৌওৎতা
হঞ্জিল্লশিকো।
থৌ:- হঞ্জিল্লশি হঞ্জিল্লশি।
মাইবী - মকি লংদুমদগী তৌওত্তা হঞ্জিবদা লংখাই ফারবনিনা
লংশুনবা ব্রাং খুদেং মায়পাকপীদা ঈশিং থন্না হাপচিল্লে।
থৌ:- হাপচিল্লে হাপচিল্লে।
মাইবী - লংয়ৈজেনা লং শুরশিকো।
থৌ:- শুরশি শুরশি।
মাইবী - লংশুয়বনিনা চাক মেৎলশিকো।
থৌ:- মেৎলশি মেৎলশি।
মাইবী - হৌজিক্তি লং চনাং থাবা লোইববনিনা ফৌননবা
পোলাংখোক শারো।
থৌ:- ফৌরশি ফৌরশি।
মাইবী - হৌজিক্তি লং কংলবনা লোকশিল্লশিকো।
থৌ:- লোকশিল্লশি লোকশিল্লশি।
মাইবী - লং লোকশিল্লবনিনা লংচাক্তা চাকশিল্লশিকো
থৌ:- চাকশিল্লে চাকশিল্লে।

মাইবী - লংচাক চাকপা লোইববন। ফি হৌনবা ফিহৌ কৈবাক্তা হাপচিল্লশিকো।

থৌ: - হাপচিল্লে হাপচিল্লে।

মাইবী - লংদুম থাবশিকো

থৌ: - থাবে থাবে।

মাইবী - হংলাকচৈদা কোৎশিল্লে।

থৌ: কোৎশিল্লে কোৎশিল্লে।

মাইবী - খ্বাংদা কানাইবা থাবোকো।

থৌ: - থাবে থাবে।

মাইবী - সনম লাকশিল্লো

থৌ: - লাকশিল্লে।

মাইবী শুনাচৈ হাপপো।

থৌ: হাপ্লে হাপ্লে।

মাইবী উতোং হাপ্লো।

থৌ: - হাপ্লে।

মাইবী - নাচৈ থাবো।

থৌ: - থাবে।

মাইবী - শুনা খল্লে।

থৌ: - খল্লে।

মাইবী হৌজিক্তি শুনা খনবা লোইববনিনা ফি শাবা হৌবশিকো।

থৌ: হৌবশি হৌবশি।

মাইবী - ফি হৌবা লোইববনিনা লাইজি থোংনবা লং অসি নিংথিনা শন্দোক্লো।

থৌ: - শন্দোক্লে।

মাইবী শুনা, উতোং নাচৈ, ৩মক পুল্লপ পাযবগা অমুক্তং নিকথোকউ।

থৌ: - নিকথোকএ।

মাইবী - হৌজিক্তি ফি লাইজি থোংবা হৌনবা, ওযনা শুনা কাঙদুনা থবাক তেম' (পাঙন্দেম) হল্লো।

থৌ: হুল্লে।

মাইবী - ফিশাতেম্না লোনশিন্দুনা লংযৈশিল্লো।

থৌ:- যৈশিল্লে।

(মতাং অসিদা পেনা ফিশা ইশৈ শক্কনি)

ফি শাবো। ফিশা ইশৈ:- "ও পেম্মা তিঙ তিঙ ফিশাবি চবৈনা ফিশা হৈবিনা তিঙ তিঙ ফিশাবো। মচল লৈমা ফিশাতেম, মনিং লৈমা নাওংখোক, নাওংখোক তোংদানবি। থবো কাংদম ওল্লে। শুনা থবাক অনিনা কোবৌ থক্তা থাঙ্গৎলি, শুনা থবাক অনিনা মালেম লৈদা থাদবে। চকপা ইযোং ফালওইনৈ। চিঙলাই শাবা খুনেৎনে, নোংশা শাবা খুদানৈ। পাঙন্দেম চিন্নাইবি মনুং লংখোং তৌথোক্লে। লংচাক যুংনা হানজিল্লে। লংলা ফৈনা চিংথোক্লে। যেৎনা হুন ওইনা ওক, ওইনা হুন যেৎনা ওক, চেক লাওবা খোঞ্জেন্না শেন্দাং চাকবায খোন গুন্বী। তঙ লাওবা তেমথেংখোল লোক্তাক খাবা পাই গুম্মী। চবৈ ফিজি অমদা শাশবনা ইনোমনোম। চবৈ ফিজি অমদা শাবনা ইথন থন চবৈনা ফিশা লোইবে" অশুম্না শক্কনি।

মাইবী - তৌজিক্তি চবে ফিশা লোম্লবনিনা শাংদিং ফিগোই লেন্নবা খোইমোম পান্থোইবীগী খুৎশুথাঙ হৈজ্রাং যাশাবা পুবক ও।

থৌ: পুবকএ পুবকএ।

মাইবী - চবৈফিদোল লোম্লবনা ইযোং লাংদিং কক্লবনিনা যেত্তুম পুমথাং লোন্না মালৌ ফিবাং তাইবশিকো।

থৌ:- তাইবশি তাইবশি।

মাইবী ফি-তাইবা লোইববনিনা চবৈ ফি শুনবা বাং খুদেং মাযপাকপদা লাইজ থন্না হাপ্পুনা পোপ পোপ শুদোক্লশি।

থৌ:- শুবশি শুবশি।

মাইবী - চবৈ ফিশুবা লোইববনিনা কম্থোক্লগা পোলাংখোক্তা ফৌবশিকো।

থৌ:- ফৌবে ফৌবে।

মাইবী - চবৈফি কংলে লোকশিল্লশিকো।

থৌ:- লোক্লশে লোক্লশে।

মাইবী - চবৈফি থুপ্লবনিনা লৈযৈ থাবশিকো।

থৌ:- থাবে থাবে।

(মতাং অসিদা ফি শাবকপগী খুৎলোল-খোঙলোন্দি লাইবিকশিদা হাপ্লবশু থোইনা কান্নবোইদবনা হাযবদি শিন্তাকপা নাইনা তমদ্রবদি কান্নবোইদবনা ব্রাবোল ওইনা শুগাযনা ইজদ্রে)

অসিদগীদি ফিশাবা লোইববনিনা মাইবীনা লাইশংনুংদা চঙদুনা লাইনিংথৌ-লাইবেম্বীদা কৎলগনি।

**ফিকৎলোল লাইরোল:-**

চিংঙু ইবুংঙো খোইযুম লাইনিংথৌ
যোযবু খোইমোম লাইবেম্মী। (লাইশিংদুগী মিং পল্লু)
চিংঙু নতৈ-ননাউ, খোইযুম নবিংঙাগী
ঙাংলৌ নখোঙখাদা
নশু হেবুংথৌ-হেবেম্মশিংনা
নহান্নোং লোইবী পামযান্নোং
শিনৌ থবাকলিং, লশিং মযাইকানা
তুনুং লংলা নাইববু, নাক্ক তেমথেং তোযবদি
ইযোং শাংদিং কক্লে, চবৈ ফিকোয লেল্লে।
ইবুংঙো ইবেম্ম অনিনা,
নখুন খুনপুক্লেল অচঙববু,
পাবিথোই পুবিথোইনা,
খুঞ্জাও-লৈচাউবা পীনবীযু,
লৈবাক মবা তপ্লা,
নিংথৌ পুন্সি হন্বিযু হাযনা
চিংঙুগী ঙাংলৌখাদা
চবৈ কৎচবিযে লাইনিংথৌ।।

অসিদগীদি মাইবীনা ফিকৎপগী লাইবোল লোইদুনা লাইশঙনুংদগী থোক্লক্লগা মখাগী অশুম্না হাযগনি

মাইবী হো লাইনিংথৌ লাইবেম্মগী মদাইবেমশা।

থৌ:- হাও।

মাইবী - হৌজিক্তি ইবুংঙো-ইবেম্মা অনীগী চবৈ ফিঙৌ হোংলবনিনা খুঞ্জাও-লৈচাউ নুঙাই-যাইফা পুন্সি-নুংশাংনা চাক্কী-ঈশিংগী

মপু ওইনবা লাইগী কংলৈ শুমাংশিদা কেনা-মৌনা জগোই খুথেক কৎশিকো।

থৌ:- কৎশি কৎশি।

মতাং অসিদা লাইগী থৌগল্লোয পুম্নমক্না ফজবা জগোই-ইশৈনা পূং, পেনাগা লোযননা ঙাইহাক শাগনি। অশুম্না লোংখোল ইশৈ শক্কুনা ফিজি হাইদোক্কুনা লাইবুং অদু অমুক্তং কোযক্লবগা লাইবৌলা থাফমদা চঙশিন্দুনা লাইনিংথৌ পানা, লাইবেম্বী পানাগী নিপা ৩/৫/৭ অদুগা নুপী ৩/৫/৭ নাকল নাকল লেপ্পদুনা লোংখোল লমজেল তান্নবা থৌবাংলগনি।

**লোংখোন্নগী লাইরোল:-**

মাইবী - হো লাইনিংথৌ-লাইবেম্মাগী মদাইবেম শা।

থৌ:- হাও।

মাইবী - হৌজিক্তি লাইনিংথৌ-লাইবেম্বী অনিগী চবৈ ফি হোংবগী খুঞ্জাও-লৈচাউ জগোই কৎলবনিনা লমদম (হবাউবিবা খুন্দুগী মমিং হাযগনি) খুনপুক্লেল অচঙবা অসিগী মচা-মনাইশিংগী থব্রায হাপ্নোইখিবা মিবেল হামচৎনখিবাশিংবু থব্রায হাপ্নোইদনবা মিবেল হামচৎনদবা পযা চেপশিলোং, শংগাই যাইনপলোং, চোল্লাং খোঙ থাল্লোং, যু মথী হাম্মৎলোং, নবেনধৌ লাইশ্না চেপকোৎলোং, নবুধৌ নোংদালাইবেল পাখংবা খোনখৎলোং, লোংলে খুত্তা পাযদনা খোনখৎলগা লাইনিংথৌ-লাইবেম্বী অনিবু কোনশিল হলশিকো।

মাইবী - হো লাইনিংথৌ লাইবেম্মগী মদাইবেমশা।

থৌ:- হাও।

মাইবী - থব্রায মাবু খোন্দ্রিঙৈ মিবেল মাবু কৌদ্রিঙৈ, তীনমু ফত্তবনা তীনযেৎলম্বা, লাইমু ফত্তবনা লাইযেৎলম্ববু ৱাংব্রেন খানচাউবগী মবমখৈ, পাম্বা কৈবেল মপি-মচানা ফত্ত-হৌদিববু মথীক-মথা ফন্না ঙাইবিবা থীকফনবী-থাফম্বীনা কোল্লিবা লমলেল চীংনুং হুত্তা চবৈ ফিজি হাইনা হোইথহৌশিকো।

থৌ: হো, হোইথহৌশে।

অসি হায়না মাইবীনা খাঙচেৎ ফিজি পাযদুনা খা পাংনা ইন্থোকখিগনি। অসিদগীদ অমুক মখাগী বাহৈ অসি হায়না ৩লক, থৱাযবু ফিগাউশানা হাপ্লে হায়না থল্লগা ৩লক লাইনুংলোমদা ইনশিনল্লক্কনি। অশুম্না ইনশিল্লকপা অসিনা ২বক ইনাশম্বা ফাওর্বদি লাইনুংদা শ্বা চেনশিনগদৌবিবা লাইনিংথৌ লাইবেম্বীগী থৌগল্লোর্যশিং চেন্ননবগী থৌবাঙ তৌদুনা লৈগনি। ৩লক হেক শুবদা চেনশিনগনি। লাইবোন্দি-

মাইবী হো লাইনিংথৌ-লাইবেম্মাগী মদাইবেমশা, হৌজিক্তি কুমশি কুমজা অসিমগী খুঙ্গং অসিদা (খুন্দু মমিং হায়বগা) তীনযেৎ-লাইযেৎনগদবা তানমু-লাইমু, ফত্তবা-হাওদিবা পুম্নমকতি হাওবৈ খানা পাংনা হোইথখ্রবনিনা অফবা নুংঙাইবা কপযাং তানযাংবা থবী শুম মশেল্লাবা নুমিৎকুম মঙান নাইর্বদি চিংঙুবা লাইশঙনুংদা পুশিল্লশে 'শ্বা'। অশুম্না মাইবীনা ৱাহয অসি হেক হাযবকপদা লাইবোমদা থংলিবা নিপা অমসুং নুপী অনী অদু লাইবুং যৌবা হান্বা তান্নদুনা চেনশিনগনি। মসিদা নিপানা হাল্লগা মখাগী বাহয অসি হায়না লাউগনি।

থৌগল্লোর্যশিং লাইনিংথৌনা থোইবে,
লাইনিংথৌনা থোইবে,
যাযাহো যা, যাযা, যাযা. যা।।

অশুম্না হাযবগা লাইনুংলোমদগী তপ্পা থোক্লক্লগা হান্নগী লেপফমদা অমুক লেপকনি। মসিদা লাইবেম্বীনা থোইবগনা

লাইবেম্বীনা থোইবে,
লাইবেম্বীনা থোইবে,
যাযাহোযা, যাযা, যাযা, যা।।

অশুম্না চেনশিনবা অসি ৭লক তৌগনি। মবমদি মসিদা লোংখোল্লবা লাইবেম্বী অসি ঈীবৈমা ৭না নুংজেংদা পাখংববু খোম্বদুনি। অদুগী মশক লওবিবনি। নুপী ৭ শুবিবশিনা মসিবু লাইনুবা ৭ কৌই। অদুগা নিপা ৭না, পাখংবনা লাইনুবা ১/১গী লোংদা লক্তুনা লাইপাখং ৭ কী মশক লৌবিদুনা শল্লাই ৭ পুথোকপিখিবা অদুনি। অদুগা খঙগদবা অমনা উমংলাই হবাউবগী লাইবোন্দা 'যাযা লাউবা' হায়না তাংকক খুদীংদা তোযনা পল্লিবসিদি লাইশিংনা যাবে হাযবা ৱাখল্লোল ফোংদোক্লিবনি। অশুম্না চেনশিন্বা অসি ৭লক তৌগদবনি হাযবগী কাঙলোল লৈববশু হৌজিক মতমগী ওইনদি ৩লক্তগী হেন্না তৌনদবগী মতৌ অমা লৈবে।

মশিদি মতমগী ফিভম্ননি। অদুবু হৌজিকশু লাইরোই নুমিৎকী ওইনদি চেকশিন্নরি। অদুনা লাইরোই নত্তবা নুমিৎশিংদা খোম্বদা ৩লক খোল্লগনা ২রক শুরকপদা, ৫রক খোল্লগনা ৩রক খোল্লগা হংগনি। অদুগা ৭লক ওইরগনা ৫বক শুবদা ঙাফা পাউহং তৌগনি। অদুবু হৌজিক মতমগী ওইনা মতাং অসিগী ব্রাহং-পাউখুমগী মওং অসিদি নুংগী ওইবা বাখল্লোলগদি চানদ্রে। মরমদি লোংখোল্লোল লাইরোল অসিদা য়াওরিবা -"নবেঙ্কৌ লাইশ্রা চেপকোৎলোং, নবুধৌ নোংদা লাইরেল পাখংবা খোনখৎ লোং" হায়বিবা অসিনা খঙলে মদুদি মথক্তা পনখিবা পাখংববু মচানা হাৎলগা নুংজেংদা হুন্থখিৱনি। থৌদোক অদু মচানা মমাদা তম্লগা মমা ৭না নুংজেংদা খোনখিবনি। অদুনা নুংজেংদা খোল্লি হায়গদবনি। অদুগা মখোয়না ফাবিবশু পাখংবনা শল্লাই ৭কী য়েলহেল ওইনবা শা-উচেক ওইনা শায়োন্দুনা লাইনুরাশিংগী লোংদা লৰ্খিবদু হায়গদবনি। অদুবু হৌজিক্কী ওইবিবা বাহং- পাউখুমদি অশুম্না হায়-

মাইবী - (নিপাশিংদা) হো, লাইনিংথৌগী মদাইবেমশা।

থৌ:- হাও।

মাইবী - নঙখোয়না ঙশাইমখৈ লোং খোল্লুবদি করি পাত্তা খোল্লি, কবি ঙা ফারকপগে ?

থৌ:- খাখোংদা খোল্লি। ঙানোয় অচৌবা ফায়য়ে।

মাইবী - নঙখোযনা ফারিবা ঙা অসি শিহনবা য়াব নত্তে। ইশায়ফূদা নিংথিনা য়োক্কুনা থম্মু। হয়েং চিংঙুবা লাইতোল লোম্লগা শীজিন্নগদবনিকো।

থৌ:- (নিপা) হোয়, হোয়।

মাইবী - (নুপীশিংদা) হো, লাইবেম্বীগী মদাইরেমশা।

থৌ:- হাও।

মাইবী - নঙখোয়না ঙশাইমখৈ লোংলেল খুত্তা পায়দনা লেম্লে ঙা ফাবা চৎলুবদি করি পাত্তা খোল্লুই, কবি ঙা ফাবকপনো ?

থৌ:- লাইখোং পাত্তা খোল্লুই। যাম্না চাউবা, য়াম্না শাংবা ঙমু অমা ফারকই।

মাইবী - নঙখোয়না ফারকপা ঙা অদু, হৌজিক শীজিন্নবা য়াদ্রিকো। ঙাযোক চফূদা নিংথিনা য়োক্কুনা থম্মু। হয়েং খোইযুম লাই অনীগী হরাউ মথোইতোং থৌদোক কুম্মৈ শান্নরকপনা চিংঙুবা

লাইতোল লোম্লবদা শীজিন্নগদবনিকো।

থৌ:- হোয় হোয়।

অশুম্না লোংখোল লমজেল অসি চেনগদবা মশীং অদু চেন্বা মশীং শুবকপা, অবোইবাগী অদুদদি মাইবীনা ঙশাইমখৈ তৌবগুম্না ফত্তবা হোইদোকখিবগী মওংদা খাঙচেৎ ফিজি পায়দুনা খা পাংনা ইস্থোক্লমলগা অমুক লাইনুংলোমদা ৩লক অফবাইনশিন্দুনা খোঞ্জিল্লগা অবোইবদা শ্বা হায়রগা লাইনুংদা চঙশিন্দুনা লাইদা থৱাযশিংদু শিন্নদুনা কোনশিনহনগনি। অদুবু মতাং অসিদা নিংশিগদবা ৱাখল্লোল অমনা কোপ্সিল্লক্লিবা থৱায অসি লাইগী থৱায নত্তে। খুঙ্গংগী মচা-মনাইশিংগী থৱাযবু কোপ্সিদুনা থম্বীযু হাযনা লাইদা শিন্নর্বনি। অদুনা 'লোং' হাযবা ৱাহয়শি শীজিন্নরিবনি। লাইগী থৱায় কৌবদদি লোং হায়বা পোৎশি শীজিন্নবা যাদে। লাইনা কিবা পোৎনি। অদুগা লাইগীদি শবীক পায়রগা কৌগদবনি। অসিগুম্বা নুংগী মচৎ অসি লৈবননি। লাইশ্রানা পাখংববু লোং খোল্লগা ফানবা থৌবাংবদা পাখংবা মশানা শাযোঞ্জবিবা শক্তম লিল অদু ওইনা লক্তুনা শা-উচেক্কী মশক ওইনা লকখিবনি। অদুনা লাইগী থৱায়দি লাইবৌ ফুক্ত্রিবা ফাওবা লেঙশিন্বা যাদ্রি হাযবগী ৱাখল্লোল লৈগদবনি। অদুনা মীশিংগী থৱায ওইবননি লাই ফত্তবা হোইদোকপিখো, অফবা পীনবিযু হাযনা লাইনুংদা পুর্শিল্লিবদু। অদুবু হৌজিক্তি লাইদা থৱায় শিন্নবগী লাইবোল অসি মখাগী অশুম্না তৌর্নবি:-

**থৱায় কৌশিন্বা লাইশোল:-**

"চিংঙু ইবুংঙো লাইনিংথৌ,
খোইমোম লাইবেন্বী ইবেম্মা,
খোইযুম নঙখোয়গী কংলৈ নশুমাঙদা,
ঙসি কোবও নোংজা অসিদা,
খুরক্লেগা য়েপ, খোইযুম লাইবু চিংথোক্তুনা,
কোরও চুপ্পা চোং, ৱাংবল লোম্না লাউনা,
হবাউ মথোইতোং, নুংঙাই কুম্মৈ শান্নজববু,
ইবুংঙো-ইবেম্মা অনিমক, চিংঙুবা নফম্নাংদা,
হঞ্জিবিরো লাইনিংথৌ।
খাবী নদাইবেম ঐখোয়না, অমাই ইরাঙ হওনা,

লোংলেল খুত্তা পায খাখোং লাইখোংদা খোল্লুবদি,
লেপ্লে ঙাবু খোল্লুদেদো, মদাইবেম খুঙ্গং অচৌবসিগী,
থৱায ৫মক, মিগ থান ৬পু খোম্বনি।
ইবুংঙো-ইবেম্মা অনিমক্তা কোনশিনবীযুদো"।

অশুম্না লাইদা ঙা কৎপা (থৱায কৎপা) অসি লোইববদি, নুমিৎ অসিনা লাইবোই নুমিৎ ওইববদি পেনানা লাইবৌলা ফুক্ত্রিঙৈদা লাগী মনাক্তা চঙশিল্লগা হোইবৌ লাউবদা লেপখিবা মওং অদু ইকায কাযদনা লাগী মকোকলোমদা লেপ্লগা লাইবোমদা ওনশিন্দুনা হৌইবৌ হঞ্জিন্বা হাযনা নহাল হৌবদা লাউখিবা অদুম্না হোইবৌ লাউগনি।

**লোংখোনবগী ৱাখল্লোল:-**

লাইথৌবোল অসিদা 'লোংখোনবা' হাযবা মতাং অমা যাওবিবসি পাখংববু (কোন্নথংদা নোংদা লাইবেল পাখংবা হাযনা কৌবকখিবা) মচানিপা খুইবনা (খুইযোই তোম্পোক) অঙাং ওইবিঙৈদা খাবা শল্লাইগী নিংথৌ ফান্দোংবনা ইনশিন্দুনা হাৎখি। থৌওং অদুদি পাখংবনা কংলাদা লিল ওইনা শাযোল্লগা মচা অমসুং লাইশ্রাবু যেংশিন্বা লাকখি। অদুগুম্বা পাখংবগী অবোম্বা নতৌ অদু মুন্না খঙবা খাবানিংথৌনা মাগী লৈঙাক পথাপ্তা অকাযবা থোক্লকপা যাই চিংনবদগী থোকখিবনি। মদুগী মতৌদু পুশিল্লকপনি। মদুগী বাবী-ৱাখোঙদি মতম অমদা লৈবাকসিদা অঙোম শল্লাইগা, খাবা শল্লাইগা অনি অসি কংলা ফম্বাল মুন্নবগী মবমদগী যাম্না যেংথীনবম্মী। মদুদা অঙোমগী নিংথৌ অঙৌপাম্বনা (পুবৈবোম্বা) লুৱাং শল্লাইগী 'লংমাইবা' হাযবা মীশক অমবু লাঞ্জিংলেল (সেনাপতি = মন্ত্রি) ওইহন্দুনা পাম্বা মতমনি। মতম অদুদা খাবগী নিংথৌ 'ফান্দোংবা' হাযবা অসি অঙোম্না লাল ঙমদুনা লানফা ওইনা যাম্না বানা থবক শুহন্দুনা থমখি। মতম অসিদা খাবা শল্লাইগী নিংথৌ অসি 'খাবা নোংজেংবা' নত্রগা 'খ্বাইনুংজেং পিবা' হাযনা মমিং ওনখি। অশুম্না পিবানা নিংথৌ ২ (নিংথৌ ২ হাযবদি অমনা অঙোমনিংথৌ পুবৈবোম্বনি, অদুগা অমনা মাগী লাঞ্জিংলেল সেনাপতি ওইবিবা লুৱাং লংমাইববুনি) অসিগীদমক্তা মীনাই ওইনা থৌগাই তৌবকপদা মযুমগী নুপী অঙাংশিং ফাওবা মতমচানা যেংশিন্বা ঙমখিদে। অসিদগী মবিন যাম্না খাবা লানফা অসি মথম্মোইদা শাউবকপনা অবোম্বা লালওং অমা পুথোক্লুনা নিংথৌ অনি অসি হাৎলগে হাযনা খল্লক্লুনা নিংথৌশিংনা কোন্নুং

কাবকপদা লুপ্লগা তেন্না কাপখি। মসিদা নিংথৌ অনিনা কোন্নুং থাদোক্লুনা চেনখি। অসিদগী নোংজেংবনা অমুক হন্না কংলৈগী নিংথৌ ওইখি।

অশুম্না কুপত্ৰেংগী মচা অঙোম শল্লাইগী নিংথৌ ওইবিবা অঙৌপাম্বা পুবৈবোম্বগা খাবা শল্লাইগা কংলা ফম্বালগীদমক্তা তোযনা লাল শোক্লদুনাতা লৈবা অসিদা কুপত্ৰেংগী মনাউনিপা শেন্দ্ৰেংনা মচানিপা 'পাখংবগা' লোযননা মোইবাংদা চেন্দুনা লৈখি। পাখংবনা মফমদুদা নিংথৌ ওইদুনা পানখি। অশুম্না লৈবা মতম অসিদি মাগী নুপিশিং হাযবদি লাইশ্ৰানচিংবা লাইনুবা ৭তি মবুধৌ তাউবোইনাইগী মফমদা মচানিপা 'খুইবগা' লোযননা লৈহৌখি। মতম অসিদা মোইবাংদা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লিবা (মুংযাংচাউবা হাযনা কৌদুনা) পাখংবনা নুপী অঙাংশিংবু যেংশিন্নবা শক লোৎলগা লিলগী মশক ওইনা (লাইবেল ওইনা) অযুক-নুংথিন্দা লাক্লুনা চঙলকই।

অশুম্না লৈবকপদা নোংমদি পাখংবনা লাকপদা লাইশ্ৰাশিংনা যুমদা লৈতবা নুমিৎ ওইদুনা মাগী নুপীনা ফৌবাদা ফৌ ফৌবম্বা অদুবু নুংশানা কংবা মান্নবগীদমক্তা ওৎপিগে হাযনা মমৈনা ওক্লুনা লৈ। মদুদা ইবাং অদুবু খংবা খাবগী নিংথৌনা পাখংবগী মচানিপা অঙাং ওইবিবা খুইবদা ইনশিন্দুনা, নমাগী ফৌ অসি লিন্না চাইখাযবিবসি লুৱাং তওনা ফুবগা হাক্তোকউ হাযনা তাকশিন্দুনা হাৎহনখি। অদুগা অশিবা লিল অদুবু নুংজেং পৃথ্ৰিদা থাধহনখি। অশুম্না পাখংবনা লিল/লাইবেলগী শাযোল পুথোকপা তৌখি। মসিদি পাখংবগী অবোৎপা মশক্তি। অশুম্না লৈবিঙৈদা লাইশ্ৰাশিংশু মযুমদা হল্লক্লবদা নুমিৎ খুদিংগীদি মবুংঙোনা (পাখংবা) লাকপা মতম যৌববশু লাক্লবদা থবায ৱাদুনা লৈবিঙৈদা অঙাং ওইবিবা মচানা ঙশাই লিল ১ হাৎখিবগী ৱাবীদু মমাদা তমখি। পাউ অদুদা মথৱায বাজববা লাইশ্ৰানা নুংজেংদা কুমদুনা লোংপাযবগা খোন্দুনা মবুংঙোবু ফংনবা থিখি। অশুম্না পাখংবগী থবাযবু হীবৈমা ৭না খোল্লকপদা নুপী ৭ মক্কী লোংদা পাখংবনা শল্লাই ৭ পুথোক্লক্কদৌবিবা শাযোন অদু শা-উচেক ওইনা ১/১ লকপিখি। অসিগুম্বা শাশিংশিবু হীবৈমাশিংনা কংফান্দা পবেংশানা থম্লগা থৱায হাপ্পা লাইশোল হোইবৌ লাউদুনা ইশৈ শক্লকপদা পাখংববু মী ওইনা অমুক হিংগৎলকখি। হাযবিবা ৱাবী-ৱাখোঙ অসি 'থেংগৌবোল' অমদি 'শল্লাইপোকপা' কৌবা লাইবিকশিংদা পল্লি। ৱাবোলশিংদু যেংশি-

"হৌজিক্তি ৱাবম অমা হাযবক্কে হে মীওইবাশিংও খাবনা খুইববু

ইনশিন্দুনা লাইশ্লানা ফৌ ফৌবিঙেদা পাখংবনা ফৌবাদা লাকপবু খুইবনা তত্তনা ফুদুনা হাৎলে। অদুগা নুংজেংদা হুম্থখিবে। লাইশ্লানা হেলোয ৭ মক্লা লোং শুদনা খোলএ। লৈকক লৈযাবেল চনুনা লাইশ্লানে। পাখংবা খোল্লে। নিংথেম পোকএ। লাইযিবীদি অহুম্মুনে। নোংলুম খোল্লে। অঙোম পোকএ। নোংলুম (যেকম) চাহৈদে। লর্ফুবিদি মবৈনুনে। হামেঙ খোল্লে। খুযোনথেম পোকএ। হামেঙ চাহৈদে। মাংবাইবীদি তোন্থাংনুনে। শামু খোল্লে। খুমন পোকএ। শামু চাহৈদে। তুংবাইবীদি থোইনুনে। ইবোই খোল্লে। লুৱাং পোক এ। ইবোই চাহৈদে। শজিবীদি চিংনুনে। শজি খোল্লে। মোইবাং পোকএ। শজি চাহৈদে। লাংর্কাপ্পদি থেবে লোংবম চনুনে। কৈ খোল্লে। ভান্বা পোকএ। কৈ চাহৈদে। শাগৈ ৭না নামুংনবদি অসিনে খঙও।

## মথক্কী ৱারোল অসি লওথোকফম পুযা

(শলাই পোকপা পুযা)



মতৌ অশুম্না মতমদুগী ওইবা "কুপত্রেং অমসুং শেন্দ্রেংগী মতমদা কুপত্রেংগী মচা অঙোম শল্লাইগী অঙৌপাম্বনা (পুবৈবোম্বা) নিংথৌ ওইবা হানখিবা অদুগা শেন্দ্রেংগী ঈ, মঙাং শল্লাইনা কোম্বদগী হৌজিকশু মঙাং নিংথৌগী ওইনা লৈবাক নিংথৌগী থৌবমশিং পাংথোকপদা অঙোম নিংথৌগীনা হাল্লিবা অমদি ফমফম ফিদাদা মঙাং নিংথৌগী যেৎ ওইননা (মায়ওন্দি মঙাং নিংথৌগা মান্নদনা) থাবিবনি। অশুম্না নুংজেংদা হীবৈমাশিংনা লোংখোম্বা লোইবগা মবুংঙোবু হিংনবা হোইবৌ লাউখিবা অদুগী মতৌনি। লাই হবাউবা লোইবা নুমিত্তদি লোংখোম্বা লোইবকপদা 'হোইবৌ হঞ্জিম্বা' হাযনা হোইবৌ লাউবিবশি। অদুনা উমংলাইগী লাইথৌ পবেংদা যাওবিবা 'লোংখোম্বা' হাযবিবা মতাং অসি মথক্তা পল্লিবা অসিগী বাখল্লোন্দগী খুঙ্গং অদুগী ওইবা লাইগী মচা-মনাইশিংনা অসি-অনা থোক্কদবা লৈববশু লাইনিংথৌ-লাইবেম্বী অনিনা কোন্সিন্দুনা থম্বীযু। ননাই ঐখোযনা (মাইবীশিংনা) নচা-নাইশিংগী থবাযবু কোনশিঞ্জবক্কে হাযর্নি ৱাখল্লোন্নি। অশুম্না লাইবম্লেন্দা লাইশ্রাশিংনা পাখংবগী থৱায কৌখিবা অদুদগী হৌদুনা ঙশিগী খুন-নাইনা অকম্বা অনা-অযেক তৌববদা লোং পাযবগা থৱায-মি কৌবগী মওং অমা হৌজিক ফাওবা তৌবিবশে।

**নোংপোক-পান্থোইবী ফিজি হাযনবা:-**

মীওইবনা তাইবঙ ফাওবকপা নুমিত্তগী কনাবুশু নিঙশিংবা লৈতনা পুন্সিবু পুন্সিনি হাযবা খন্দনা অঙাং ওইনা অকাওবগী ফিজংনুং, পুন্সিগী তম্পাক থক্তা লেল্লম্মী। অদুবু কল্লবা মতমগী খোঙথাংনা অশুম চঙশিনখিবনা অঙাংগী ফিজং ৱাংম লানখি। যেন্নিং থাগী উপানগুম মথোৎ কাবকপগী উখোংখাদা অঙাংগী পুন্সিনা পোথাজে। অশুম্না মথোৎ কাবকপগী তাঙ্কক্তা অঙাংগী পুন্সিনা চঙজে। অশিগী তিন্নবনা মপান থোংদা থোইদোক্লা পুক্লিংগী মিতানফম ওইবকই। অশুম্না তাইবঙ মপোক্লা অঙাংগী পুন্সিগী ফিজং ৱাংমা লানখিদুনা মপান থোংদা থোইদোক্লা ফজববি মথোৎ কাবকপদা তিনখিববু ফিজংহাইদোকপা (ফিজি হাইবা) কৌই

**খুজেং লাক্লবা:-**

অশুম্না অঙাংগী পুন্সিনা অবোইবগী ফিজং লালদুনা মথোৎ কাবকপদা চঙজবক্লবদা থোইদোক্লা ফজবা শকফমগা লোযননা পুন্সি লমবেন্দা মপু মানা তাকপিবম্বা লৈশা পম্বুং যৌননবা তপ্ল-তপ্লা চৎমিন্নখি। মাশিবু নোংপোক-পান্থোইবি খুজেং লাক্লবা কৌই। অনিমক্লা থাদোক্লবা যাবক্তবু লেংকোন্নবা কৌই।

**পান্ন ইন্নবা:-**

পান্ন ইন্নবা হাযবদি অঙাংগী পুন্সিনা মথোৎ কাবকপগী মপানতাং অহল হাযবা অদুগী মতুং ইন্দুনা অদুম্মক চৎখি। মাশিবু পান্ন ইন্নবা কৌই।

**তিঙ্গোং কাঙ্গোং শান্নবা:-**

তিঙ্গোং কাঙ্গোং শান্নবা হাযবদি অশিনি হার্যবিবা উচেক অশিগী মবোল অশি অবেপ্প লৈতে নিঙঙ্ নিঙঙ্ববা পুন্নমক হার্যবিবোইনা খল্লি। হাযবিবা অশিদি পুন্সি অশি তিঙ্গাকোক্লি হাযবনি। মীওইবগী পুন্সি অশিদি মপু মাগী পাখোন্নি। মাগী (তেংপানবা মপু) পাখোল লোইদ্রিঙৈ ওইহন্নিংবদা ওইহল্লি। অঙাং ওইবিঙৈদা অঙাং ওইনা খলহল্লি। মথোৎ কাবকপশু অদুমঙাই। অহল ওইবক্লবশু অহন্নি হাযনা অদুম্মক খলহল্লি। অদুনা মপু মাগী খোঙ্গেন অশি নিঙঙ্ নিঙঙ্ববা ওইদুনা লৈহল্লি। অশুম্না খল্লম্লিবা পুন্নমক অশে মপু মাগী পাওখোন্না হেক লোইবগা মালংদা তিঙ্গাকোক ওইনা লৈহৌই। অশিবু তিঙ্গোং-কাঙ্গোং শান্নবা কৌই।

**শামন কাপ্প:-**

শামন কাপ্প হার্যবিবা অশিদি অশুম্না মপুগী পাওখোন ওইনা লাক্লিবা পুন্সিনা হৎবগী পনখৈ লাল্লক্লবা মতমদা অশিবা হাযবা অদুগা মরুপ ওইবকই। অশুম্না অশিবগী থৌবিনা পুনখ্রবাদা থবাযগী চেক্লানা মতম কুইনগী ওইনা পুন্সিগী তম্পাক্তা অরা-নুঙাই থাংমিন্নবম্বা নুংশিজববা শামু (শামন শা হকচাং অমনবা) হকচাংবু কাওথোকপিবন্নে (কাপথোকপা)।

অশিদগী পাম যাল্লগনি। মশি তাইবঙগী লিচৎনি। মী ওইনা হিংলবদি যুম লৈতবা যাদে। ফিশেত্তবা যাদে। থবক শুদবা যাদে হাযবা যুম্লাললোলগী বাংলবা থাক্লি বাখন অদুবু মীযামদা উমংলাই হবা ওবনা নিংথিনা তাকপি।

অশিদগী পাম যাল্লো।
উপি-উবেল খোল্লো।
লশিং হুল্লো।
লশিং শাৎলো।
লশিং খুন্দনা পোন্দা নল্লো।
পোন কাইদনা মল্লো।

লশিং তক্লো।

লশিং কাপ্লো।

লং নাইবো।

লং লংদনা মেৎলো।

লং শুবো। বাং খুদেংদা হাপ্পুনা। ফিশু ইশৈ

"বাং খুদেং মাইপাকপী লাইজ থন্না হাপচিল্লো, চবৈ পোক পোক শুদোক্লো"

ফিশুবা লোইবগা লং চাক্লো।

ফিহৌবো।

ফি শুনা খল্লো।

ফি শাবো।

মতাং অশিদা মপাননী ওইবা বাখন্দা মী ওইবগী যুম্বাল্লোলগী ওইবা থবক হাযবদি মী ওইনা হিংলবাদ ফি শিজিন্নগনি হাযবা বাখল তম্বাবনি হাযনা উবে। অদুব মাশিনা মন দা পুনিবা বাখনাদ মথক্তা পল্লিবা পাম যানবা হাযবা থবক অশি তাইবঙ মীগী চানবা মতৈ মবোং থানবগী থবক ওইনা উনবি। অদুবু মশিগী মনুদ পুনিবা বাখন্দি ঙশাইগা নোংপোক পান্থোইবা হাযবিবা মী ওইবগী পুন্সিনা লিক্ল লাইজ ঈকুনা পুক্লিংগী পন নমখাযদুনা চেন্থবক্লগা পলেমগী থম্বাল লৈকাদা তাকই অশুম্না তাইবঙগী শমু হকচাং ওইরিবা ঈ পাম্বাগী লৌফম শেম্মী। মাশিবু পাম যানবা কৌই। "উপি উবেল খোম্বা" হাযবিবা বাহৈ অশিনা তাক্লি, মর্দদি তাইবংদি মপু (তেংপানবা মপু) মাগী উপান্নি। মবা লেম্ফু থক্তা লৈবা, মশা মবেং খাদা পানবা। কবিগীদমক্লো হাযববদি পাম্বীগী মবা লেম্ফুদা মচিঞ্জাক পিদুনা হিংহল্লি। অদুনা তাইবঙ উপান্দি নিংশা শোবনা থবাযনিনা কোবৌ থক্তা নুংশিং লৈবনা মবা লেম্ফুনা থক্তা লৈবনি। চিঞ্জাক্কি লৈহাও হাপ্পুনা তাইবঙনা হিংনৈ। অশি গুম্বা উপি উবেল হাযবদি উপানগী অথোইবা তাইবঙ হকচাং শেল্লে হাযবনি।

**"লশিং হুনবা":**- হাযবদি লৌশিং হাযবনি। মী ওইবগী লৌশিং হাযব অশি কোক্কি মফমদা লৈ। অদুনা বাখল লৌশিং লৈফম ওইবা কোক হান্না শেম্মী। অশিবু "লশিং হুনবা" (লৌশিং শেম্বা) কৌই। "লশিং শাৎলগা পোন্দা নম্বা" হাযবাদ কোক্তা থোপ শেম্বাবুনি। অশুম্না লশিং অশি পোৎশক অশিনা অশুম চাওখৎলকপগী বানি।

**"লং নাইবা"**:- হাযবা অশিগী মনুংগীৱাদি লংলাগী মশক ওইবা হকচাংগী শিংলি শেম্বনি। অশুম্না ঈগী মশক ওইবা ঈঙাং শেম্মি। ঈ হাযবা অশি লম্বি অমত্তা তিন্নহন্দনা লংলা গুম্লবা শিংলিনা হকচাংগী কাযাৎ শিনবা থুংনা লম্বী নাইনা পুই। মাশিবু লংনাইবা কৌই। অশুম্না "লংশুবা" "লং মেৎপা" "লংচাক চাকপা" হার্যবিবা অশি ঈ ওইনা হাযবদি মথক্তা পনখ্রবা "ঈমুবোল" হাযবা ঈগী মবোল (লৈবোল) শিংবু হাযবনি।

**"ফিশাবা"**:- হার্যবিবা অর্শিদি ঐখোযনা পান্দা উবিবা ফিশাবা হাযবা অশি লংলা কযানা শাবনি। অশি গুম্না তাইবঙ হকচাংশু শিংলি কযানা শেম্বনি। অশুম্না শিংলিনা ঈগী ঈচেল অশিবু ফাজিন্দুনা থম্বনা হিংহল্লিবনি। অশুম্না ফিশাব গুম তাইবঙ হকচাং শু শাই হাযবগী "ফি" কৌনৈ। হকচাংবু ফিগুম্না শাই হাযবননি ৱাৈশিংশি র্শিজিন্নবিবা অশে -"ফিশেংথা" "ফিঙৌ" "ফিযানবা" "ফিবোয" হাযনা হাযবিবশে।

**"ফিতাইবা"**:- হাযবদি মীওইবনা পোক্লক্লবর্দি শা হকচাংনা অশুম চাওখৎলকপগী মতুং ইন্না হাপ্পিবর্কালিবা লৌশিং অশিশু অশুম হেনগৎলকই। অশুম্না অহল হাযবা খুভমদু ফংলক্লবা মতমদা মী হাযবা ঐখোযশে মপু মাগা যাম্না নক্ল তাইনবিবনা, ইবুঙো মাঙোন্দা তিনশিন খিনবা লাইগী লম্বী থিবকই। মাশিবু ফিতাইবা কৌই।

**"ফিশুবা"**:- হার্যবিবা অর্শিদি মীওইবনা পাঙ্গলনা মপাল ফবিঙৈ, অথোইনা পনকা, অবাংবা বাখন্দা খন্দুনা পুক্লিংগী নোংলৈনা হুমদত্তুনা তর্মাখববা মপাম্বা, অশাওবা, নাপল, মিহৌবা, শুক্ষৎপানচিংবাগী কোমদা তার্শিন্দুনা মপু-মাগী নাক্তা লেংদ্রবা যুমদা হনগনি হাযবা কাওথোক্লুই। অদুবু অহল হাযবা পুন্সিনা লমাজং লক্লবা, হকচাংনা মযেং তাবক্লবা পাঙ্গল মবায চাযবক্লবা মতমদা শেংলবা লম্বী তাইবঙগী নাপনগী ৱাংমদা লৈবা লম্বীবু মাবা হৌবকই। মতম অশিদা মচু যাওদনা শেংলবা লাইজ ঈশিংগী পান্দম ওইবা মপু মাবু নিঙজবনা ফত্রবা পুক্লিং অদুদগী শেংদোকউ হার্যবি।

**"ফিলাইদা কৎপা"**:- হাযর্বাদি অহন হাযবা পুন্সিনা অশুম চৎখিবনা পুন্সি লৈবাংনা লৈখোক লোযক্লবদা মালংবনা খোঙদোয হুনখিবনা (নিংশা তর্থাখবনা) অশিবনা খুদুম চনখি। পুন্সিনা খোঙফম অমত্তা লেংথোকপা ঙমখিদে। অশুম্না পুন্সি লৈবাংনা পামেল লৈচা শেংনা লৈমাযদা কেল্লকই। অশুম্না থৱাযগী চেক্লানা মপু মাঙোন্দা চঙজখি। মাশিবু লাইদা ফি কৎপা কৌই।

**অশিদগী লোং খোল্লগনি:-**

**"লোংখোনবা":-** হাযবিবা অশিদি অশুম্না তাইবঙ হকচাংগা কাযনববা থৱাযনা তাইবঙ মীপোক্তা অমুক হল্লকউ হাযনা কৌজববু লোংখোনবা কৌই। মাশিননি মী ঐখোযনা ঙাওন-ফৈনা নাববা মতমদা লোং পাযদুনা থৱায মি কৌন্নবিবশে।

লোংখোনবা লোইবগা মাইবিনা ফিজং লিংলগনি। ফিজং খল্লিবা অশি অতৈ নত্তে, হকচাং পোলাংগী মশক্লি। তাইবঙগী হকচাংশু ফিগী মশক্লি হায হাযদুনা মথক্তশু পনখ্রে। থবায-মি কৌশিনবদা ফিজং খনবা হাযবা অশি অদুম্মক মীওইবনা তৌদুনা লাক্লবনি। অশুম্না তাইবঙ ফিজংগী মকুমদা মপু মানা লেংদনা লৈবিবিবনি। অদু গুম্বা মপুগী মফমদা থৱায মাবু থিনজিল্লি। চুই-চুই হার্যবিবা ৱাহৈ অশি চংঙো-চংঙো হাযনা ইনশিনবা ৱাহৈনি। মতাং অশিবু "ফিপুল শাখোয" কৌবিবা মক চপচাবা মিঙ্গৌনি। তাইবঙদি "ফি" কৌই। অশিগুম্বা ফি অসিবু মপু মাঙোন্দা "পুনশিল্লে" হাযবগী "ফিপুল" হার্যবিবনি। হুল্লিবা ফিবুন অদু থবাযগী মশক্লি। থৱায পানবা খৈবিকপু শেম্বিবা অশি লাইংথৌ সনা মহিনানি। অদুনা মতাং অশিদা ফিবুল অশি মাইবি নত্তনা অতৈনা শান্নবা যাদে। হন্দোক হঞ্জিন হুল্লিবা অদুনা থবযনা তত্তনা অপোক-অশি নাকল অনিদা কোযনা চৎলি হাযবা খংহল্লি। অশিদা লাইপাও শাখোয লোযবৈ।

অশুম্না লোংখোম্বা লোইদুনা থৱায-মি কোম্বা লোইববদি লাইশঙদগা মাইবীনচিংবা লাইথৌবোযশিং অমুক থোক্লক্তুনা 'ফিবুন জগোই' হৌনবগী থৌবাঙ তৌবর্গনি। অদুবু জগোই অসিদি লাইপাউলানা লযমাযদা লৈবিঙৈদা তৌবা যাবা নত্তবনা হাযবদি ফম্বাল মখাদা লীৎলগা পাঙথোক্নদবা ওইবনা লাদা ফমদেংলিবা কুরুশিদববু লেঙখৎলশি হাযবগী ৱাখল্লোন্দা খুকুমজবগী মওং তৌদুনা খোঙথাং অমদি খুৎথেক্লা পাঙথোক্লিবর্নি। মসিগী মবর্মদি মথক্তশু পনখ্রবা মাইবনা লাইবেল মথেক চৎলিবা অসি কোঞ্জিন তিংথোকপনা মপা কুরুশিদবগী ফানখোঙ কোযবিবনি হাযনা। অদুনা মাইবীনা পাঙথোক্লিবা জগোই 'ফিজঙলিৎপা' নত্রগা 'ফিবুল জগোই' চুকখোঙ শান্নবা হাযবিবা অসিদি লৈমবেল শিদবীনা মচা অতোম্বদা (কোঞ্জিনতিংথোকপা) মপাগী ফানখোঙ কোযবা হাযবদি অশুম্না তৌ হাযনা তাকপিবগী মওং অদুনি। কুরুশিদবগী ফম্বালগী মশক ওইনা চুক-ফানখোঙ যুংলগা (চোঙ ২গা চয ২গা যুংবা) ফি তিংলিবনি। মসি হৌজিক্তি চুম্নগী যেংদৌগী চযনা

যুংবা নত্তনা কবিগুম্বা মফম খবদদি 'হুমাই নাবেকপা' হাযনা অশাংবা চযনা মকোক পানদুনা পাক্ল-চাউনা হুমাইগুম্না শেন্নগা শীজিন্নবগী মওং অমশু লৈবে।মশি চাওখৎপগী মতৌনি। (যেংবদা ফজে) ফি অমা তিংলগা শেল্লিবা অসিগী মথক্তা লাইশিং লেঙখৎলগদবনা লাইপাউলাদা মাযকৈ ঙাকপা লাইশিংগা লোযননা লেঙশিল্লিবা কুকশিদবগী লৈহুল অসি ফুক্লগদৌবিবনি। অদুনা মতাং অসিদা লৈমবেন্না মচাদা তাক্লির্বদি মালেম শেম্বা মতমদা লাইবুংথৌ ৯না থেংগৌগী খোঙচৎ তৌদুনা মালেম শেমখিবগী মওং অদু তাক্লিবনি। অদুনা লাইবুংথৌ ১/ ১ না চৎখিবা খোঙচৎ অদুবু থেংগৌবোল ৯ কৌই।

**পাতোল জগোই:-**

অশুম্না থোবক্লগা মাইবীনা লাইবৌলা থাফমদা চঙলক্লগা লাগী মকোকলোমদা চঙশিন্দুনা লাইবোমদা মায ওনশিল্লগা লেপকনি। অদুগা জগোই অমদি খোঙচৎ হৌগনি। অসিদা শান্নগদৌবিবা মাইবী অনী অসি নহা-অহনগী মওং অদু কাযহন্দনা লেপকনি। হাযবদি অহন্না লাইনিংথৌগী মশক ওইনা, যেৎ থংনা লেপকনি। অদুগা নহানা ওযবোমদা লাইবেম্নগী মশক ওইবগী বাখল্লোন্দা লৈগনি। অশুম্না লেপ্লগা জগোই হৌবগনি। অহানবদা খুবাক ২ বক খুবগা মাঙদা খুৎলোংনা তিংথোক্কনি। মসি ৩লক তৌগনি। অদুগা মায মপাদা অমুক খুৎ ২ মক থাংগৎলক্লুনা খুবাক খুনা খুনা যেৎ-ওযদা ৩লক হন্দোক-হঞ্জিন্না লৈথোক-লৈশিল তৌগনি। অসিদগী জগোই লৌবগা খোঙশিংনা শিংনা চৎপা হৌগনি। অশুম্না চৎপনা থাংজিং লাইগী মপাদা (লাইনিংথৌগী মাইকৈ) নোংলৈ ইবৈগী খোঙচৎ তৌদুনা উপলৈ ওইনা ৩লক লৈশিনগনি। (যেৎথংবা মাইকৈদগী ওযবোমদা লযবকপবু উপলৈ কৌই)। অদুগা অমুকশু লোঙলৈ নৈদুনা (ওযথংবা মাইকৈবোমদগী যেৎথংববোমদা লযববু লোংলয কৌই) ৩লক হন্দোক্কনি। অশুম্না মার্জিংগী মাযকৈবোমদা অমুক লাক্লুনা লযগনি। অসিদগী লাইবৌলা অসিবু ওযওইননা থল্লগা লাগী মতোল্লোমদা উপ্লে তৌদুনা লাক্লগা ব্রাংব্রেনগী মাযকৈবোমদা অমুক তৌগনি। অসিদগী অমুক লাগী মকোক্লোমদা লাবু ওযওইননা কৌব্রুবোমদা লাক্লুনা যেৎলগা হন্দোকখিবনা অশুম তিংথোক্লগা উপ্লে তৌদুনা লযবকপনা মকোক থংলিবা মাইবীনা লাইমাঙ মপা হেক যৌবকপগা লাগী মতোনলোমদা চুম্না চঙশিল্লক্কনি।

অসিদগী অমুক লোংলয তৌদুনা অমুক লাইমাঙলোমদা হন্দোক্লকপনা হান্না চঙলকখিবগী মপা যৌনবা থোক্লক্কনি। অসিদগী অমুক লাকপনা লাগী ময়ায চানা থাংজিংগা ৱাংব্রেন ২গী মবক্ত অমুক চুমদ্রিংনা চঙশিল্লক্লগা অমুক লোংনা লযথোকখিদুনা হান্নগী চঙশিল্লকফম মপা যৌনা থোকখিগনি। অশুম্না লাকপনা লাগী লাকোক মপা যৌবকপা হাযবদি ৱাংব্রেনগা মার্জিংগগী মযায মপা যৌবকপদা লা তম্না চুম্না অমুক চঙলকপনা অমুক লোংলয তৌদুনা ঙশাই চঙলকখিবগী মপা যৌনা অমুক হন্দোক্লক্কনি। অশুম্না লাকপনা লাগী মযায মপা যৌবকপা হাযবদি কৌব্রুগা মার্জিংগগী মবক মযায মপা চানা চুম্না চঙশিল্লক্লগা অমুক ঙশাইগুম্না হন্দোকখিবনা চঙলকফম মপা যৌবকপগা ওযবোমদা উপ্লে তৌদুনা ওযবোমদা লৈশিল্লকপনা অশুম চৎখিবনা থংজিং মপা যৌনা লাক্কনি।

অশুম্না থংজিংগী চিথেক হেক যৌবগা ওযবোমদা উপ্লে লৈবক্লুনা খোঙফম ৪/৫ কৌব্রু বোমদা চৎলমলগা অমুক যেৎলোমদা অমুক লোংলয তৌদুনা লযবকপনা থা মচেৎ শানা লাকপনা থংজিংগী মপা যৌনা লাক্লম্লগা ওযবোমদা উপ্লে তৌদুনা মায ওল্লক্লগা বাংব্রেনগী চিথেক যৌনা লাক্কনি। মফম অসি হেক যৌবগা মথক্কী অসিগুম্না উপ্লে লৈশিল্লক্লুনা থংজিংলোমদা খোঙফম ৪/৫ হল্লম্লগা লোংনা লযদুনা অমুক হন্দুনা থা মচেৎ শানা কোত্তুনা বাংব্রেনগা মপা যৌনা লযথোক্লক্লগা ওযবোমদা উপ্না অমুক লযশিল্লগা মার্জিংগী চিথেক যৌনবা লাক্কনি। অশুম্না মার্জিংগী চিথেক যৌবগা ওযবোমদা উপ্না লযবক্লুনা খোঙফম ৪/৫ অমুক চৎলম্লগা যেৎলোমদা লোংনা থা মচেৎ শা লযবক্লুনা বাংব্রেনগী মপা যৌনা লযখৎলক্লগা অমুক ওযবোমদা উপ্না মায লযবক্লুনা কৌব্রুগা চিথেক যৌনবা লাক্কনি। যৌবগা অমুক ওযবোমদা উপ্লে তৌদুনা খোঙফম ৪/৫ হল্লম্লগা অমুক যেৎলোমদা লোংলয লযবকপনা কৌব্রুগী মপা যৌনবা থা মচেৎ শানা লযখৎলক্কনি। অসিদগী অমুক ওযবোমদা উপ্লে তৌদুনা কোযনা লাকপনা লাইবৌলাগী লাখোক মপা যৌবক্লবদি চঙশিন্দুনা লাগী মনাক্তা লেপ্লগনি। মসিদা খুবাক জগোই শাদুনা ৩লক লযবগা ৪ব্রক শুবদা লাইনিংথৌ লাইবেন্থীগী থৌগন জগোই কৎকনি। অশুম্না শাবিবা জগোই অসি লোইবকপদা মথক মপাদা খুৎ ওযনা মখা যেৎনা মথক থংলগা জগোই থাগনি। অশুম্না জগোই লোইববদি লাইপাউলা মথক্তা থাবিবা ফি অদুনা মথক্তা লৈবিবা লৈহুনশিংদু যোমশিল্লগা লওখৎলগনি। অদুগা লা অদুনা লাইশঙগী মনীংথংবা ফক্লাংগী

মপান্দা মযায চানা চাইথোক্কুনা মাঙখিদনবা নিংথিনা শেল্লগা ব
ফাওবা নুমিৎ খুদিংগী হপচিন্দুনা থমগনি। মসি লাই লোইখিবগী লৈ
কুরুগী লাংথ্রৈগা লোযননা মফমদুদা ফুমখিগনি।

**পাতোল জগোইগী খোঙলোলশিং:-**

১ শুবা:-



১/ থংজিংগী চুক
২/ মার্জিংগী চুক
৩/ ৱাংব্রেনগী চুক

২ শুবা:-



১/ থংজিংগী চুক
২/ মার্জিংগী চুক
৩/ ৱাংব্রেনগী চুক
৪/ কৌব্রুগী চুক

৩শুবা:-



অশুম্না লাইবৌলা থাবল্লিবা মফম অদুদা চোঙ ২গা অতোপ্পা চৈ ২গনা চুক ৪ ওইনা শেমদুনা যুংলগা ফিজঙ ওইনবগীদমক, শেমদুনা থল্লবা মবাক তাইবা অঙৌবা ফি অদু চুক পাযবিবা মী ৪ অদুনা ফি মচীলশিংদু চুক্কা লোযননা তিংনা পাযগনি। মসিদা চোঙ অমসুং চৈ যুংবগী মওংদি লাইনিংথৌগী চোঙ পুবা নিপা অদুনা থংজিংগী চুক ওইগনি। অদুগা লাইবেন্থৌগী চোঙ পুবনা চীংখৈগী চুক ওইগনি। অদুগা অতোপ্পা চৈ নত্রগা হুমাই নাবেকপা পাযবা নিপা ২ চহী অহন্না নত্রগা লাইনিংথৌগী হুমাই পাযবনা ৱাংব্রেনগী চুক পাযগনি। অদুগা নহানা কৌব্রুগী চুক পাযগনি। অশুম্না তিংথোক্তুনা থল্লিবা ফি অসিগী মথক্তা লাইবৌলাদগী লওখৎলক্লিবা লৈযোম অদু হাপ্লগা অমুক ফিজঙ অদুনা মখাবোমদগী যোমশিল্লগা লেঙদনা লংনা অমুক পুক্সিন্দুনা থমগনি।

অসিদগীদি ফিবুল জগোই হৌনবগীদমক ক্বাশেল পুবী অনীদগী ফিবুল অনী অদু মাইবী অনিদুনা লওবক্লগা ফিজঙ অদুগী মথক্তা হাপচিনগনি। অসিদগী লাইনিংথৌগী মাইবী ওইবিবীনা কৌব্রুগা থংজিংগা ওইবিবা চুক অনিগী মযায চানা মপাল্লোমদা মায ওন্দুনা লেপকনি। অদুগা লাইবেন্থৌগী মাইবীনা মার্জিংগা ৱাংব্রেনগা ওইবিবা চুক্কী মযায চানা লাইবোমদা মায ওনশিন্না লেপকনি। অসিদগী মাইবীনা খুবাক জগোই ৩লক শাবগা, ৪বক শুবদা ফিবুল অদু লওখৎলগা ৩লক লযবগা ৪বকতা অমুক খুবাক জগোই শাগনি। অসিদগী ফিবুল অমুক লওখৎকনি। অশুম্না অহানবগী গুম তৌগনি। অশুম্না ৩লক তৌবগা ফিবুল অদু অমুক ফিজঙ মথক্তা হাপচিলগা লাইনিংথৌগী মাইবীনা ফম্মেল্লোমদা অদুগা লাইবেন্থৌগীনা মাংশোকলোমদা ফিজঙ মখাদা লিথোক্কনি। অশুম্না লাইনিংথৌগী মাইবীনা থংজিংগা বাংব্রেনগা চুক অনিগী মবক্তা মায মাঙশোক ওন্না লেপকনি। অদুগা লাইবেন্থৌগীনা কৌব্রুগা, মার্জিংগীমবক্তা মায ফম্মেন ওন্ন লেপকনি। অদুগা হান্নগী জগোইগুম্না কাযদনা শাগনি। মতাং অসিদা 'ফিবুলহাবী' হাযবা ইশৈ অদু পেনাখোংবনা শক্তুনা লৈগনি।

**ইশৈগী শৈরেং:-**

নুবানা ফিবুল ঙাইবোঙচীং,
লাইবুংথৌনা হুল্লগা,
লাইনুবানা ওক্লৈচীং।
লাইনুবানা হুল্লগা,
লাইবুংথৌনা ওক্লৈচীং।
চীংলেন্ন পল্লং খোইখোইবদা,

লাইনিংথৌ লাইবেম্বী অনিনা,
থেংগু নম্বোল শান্নবা,
নিংথিবে নিংথিবে।। ১ ।।

অশুম্না মতাং অসিদা মাইবীনা শান্নবিবা ফিবুল অনি অসি নুংগী ওইবা ৱাখললোন্দা অশীবনা মালেম শেম্বা মতমদা লযফু লৈমবেল শিদবী মমাদা লৈবাক খবদং পীবিযু হাযনা নিখি। মদুদা মমানা খোইজিখাদগী লৈবাক পুথোক্লুনা মচাদা ঙাইখোংশিললুক মকম ওইবা লৈবাক মতুম অনীখক পীবিবকখি। মদুগী মওং ওইবিবনি ফিবুল অনি অশি। অশুম্না লৈবাক মতুম অনি অদু অশীবনা লৈখাবোন্দগী হোনগৎলক্লুনা মপা কুরুশিদবনা মালেম শেম্বাদ পোৎশক অসিদা হাপ্লগা শেম্মু হাযনা পুথোকপিবা সনাগী পুখম মথক্তা ঈশিং থন্না হাপ্পিবগা মথক্তা কঙ মযাম অমু তাউহনবিবগা অদুগী মথক্তা অমুক লৈমবেল শিদবীনা মিবেল লাংশং হাযবা লং মখল অমা খযাত্তগী চিংথোক্লগা ফিগুম্না শাবগা মথক্তা লৈবাক লিখদনবা তিংদুনা থম্বীবগী মথক্তা লযশা হাপ্তুনা থোনগৎলকপগী মতৌনি। অশুম্না মালেম শাবা মতম অসিদা অশীবনা লাইবুংথৌশিং নেল্লগা লৈশেম্বা যাওহল্লকপা। মসিদা কোঞ্জিন তিংথোকপশু যাওনা মালেম লযশা হোল্লকপদা বামনখ্রদুনা ওক শাদনা লৈবাক্তু ইন্দনা ইন্দনা অমুক চৎ, থেংগুগী মতৌগুম্না মনংগন্দা লৈবাক অমুকপু, অশুম্না হোৎনবকপা মতম অসিদা মপা কুরুশিদবনা অশীববু থাগৎপিখি।

অশুম্না মপানা মযাম্ববু থাগৎপদা মাবু যাওবিদে হাযনা শাউদুনা লযবাক মশি চাইখায হার্যাববদু মতাং অসিদনি। অশুম্না লযবাক শেম্বা যাবক্তবদা কুরুশিদবনা মচা অতোম্বগী মবুক ফাহন্নবগীদমক নোংথাংলযমা পুথোক্লুনা কোঞ্জিন তিংথোকপগী মনাক্তা থাবকখি। অশুম্না ফিবুল অসি অমুক থাধ, অমুক লৌখৎ তৌবিবসি। থাধবিবনা অশীবনা লৈশা হার্পাচিন্বা অদুগা লৌখৎলিবনা হাববান (কোঞ্জিনতিংথোকপা) থুগাযবদুনি। অদুনা মতাং অসিদা কুরুশিদবনা নোংথাঙলযমা থাবকপগী মতাংনি। মাইবীনা ‘চুই হা হা’ হাযবা লাইশোল অমা হেক হেক চুকখোঙ পাযবিবা মীওইশিংদা লংনবগুম তৌবিবা অসি। অশুম্না লংনবকপা অসিদা হাবাবনা নোংথাঙলযমগী মতৌ অসি উবদা শুমহৎখিদুনা লযবাক থুগাইবা কাউদুনা নোংথাঙলযমদা ওনশিন্দুনা ফিগৈ হংনদুনা লৈবিঙৈদা অশীবনা মালেম শেম্বা লোইদুনা মপা কুরুশিদবদা হংগৎচৈ। মদুদা কুরুশিদবনা লৈমবেন্দা যাথং পীদুনা মালেম অসি থুগাইবদা কাযবা ঙমদনবা ফাবো হাযনা

ফাহনখি। অসিগুম্বা ৱাখল্লোন্দা পাঙথোক্লিবা মতাংনি। অদুনা মতাং অসিদা মাইবীনা চুকখোঙ পুবিবা মীওইশিংদা মশা শোক্লা থেংবা যাদে। মবমদি মবুক্লিং শাউবিবা মবুংগী ৱাখল ফানবগী চুম্না তাৎ তৌবনি। অদুনা মতাং অসিদা লৈমবেন্না মালেম কাযদনবা ফাই হাযবিবদি চুক ৪ অসি লেঙলবোয হাযবনি। অদুনা চুক পার্যবিবা মীশিংদা থেংদুনা চৃক্তু লেঙখিবা তাববদি খুঙ্গংদা ফত্তবা মহয লাক্কদৌবিবনি। অশুম্না মতাং অসিদা হাবাবগা নোংথাঙলযমগা অনিনা ফাগী ওইনা পাউবৌ তৌনখিবা লাইবোলশিংদু অশৈবনা (পেনা শকপনা) ইশৈ ওইনা শক্কুনা হাযগদবনি। অশুম্না ফিবুল জগোই অসি নোংচুপ-নোংপোক, অমসুং খা-বাং লাক্লা অশীবনা থোনজিম্বা, হাবাবনা থুগাযবা তৌদুনা অঙম তান্নবিঔদা নোংথাঙ লৈমা লাক্কুনা হাবাববু অশাউবা ফাথনবা লংনবা হৌবক্কনি। ইশৈ ওইনা পেনানা অবায-অখুম তৌদুনা পাউশনগনি। মসি হাবাবগা, নোংথাঙ লযমগা অনীগী মশক লওবিবা বাখল্লোন্নি। অশুম্না ইশৈ অসি শক্লিঔদা লাইনিংথৌগী মাইবীন ওযবোমদা উপ্লে তৌদুনা লযশিল্লগা থংজিংগী চুকখোঙবু যেত্তুনা বাংব্রেনগা থংজিংগগী মবক্তা চঙলগা লাকপনা কৌব্রুগা, মার্জিংগগী মবক্তা ফাওদোক্লগা মার্জিংগী চুকপু যেৎ ওইননা লোংলয ওইনা কোৎলগা মার্জিংগা, ৱাংব্রেনগগা মবক্তা চঙলগা লাকপনা ঙশাইগী উপ্লে ওইনা থংজিংগী চুকপু যেৎপা হৌখিফম, হাযবদি কৌব্রুগা থাংজিংগগী মবক্তা অমুক ফাওদোক্কনি। অশুম্না থাংজিংদগী হান্না হান্না হৌদুনা ৩ সক যেৎকনি।

**মাইবীনা য়েৎপগি ফোটো:-**



**য়েৎপগি মওং:-**




২/ অদুগা লাইবেন্থীগী মাইবীনা মার্জিংগা কৌব্রুগগী মবক্তা লেপ্লম্বদগী বাংব্রেনগী চুক তম্না চঙশিন্দুনা ব্রাংব্রেনগা মার্জিংগগী মবক্তা ফাওদোক্লগা যেৎওইননা লোংলয তৌদুনা হাযবদি চুক অদু যেৎলোমদা থমদুনা যেৎলগা বাংব্রেনগা থংজিংগগী মবক্তা চঙদুনা কৌব্রুগী চুক তম্না চঙশিল্লক্লগা মর্জিং, কৌব্রু চুক্কী মবক্তা ফাওদোক্লগা ওযবোমদা উপ্লে লযদুনা যেৎলকপনা থংজিং, কৌব্রু চুক্কী মবক্তা চঙলক্তুনা ব্রাংব্রেনগী চুকপু ঙশাইগীগুম্না যেৎকনি। মতাং অসিদা খঙগদবা অমনা চুকখোঙ যেৎপসিদা লাইনিংথৌগী মাইবীনা অহানবা হৌগদৌবিবা মাযকৈগী চুক অদু ওযবোমদা থন্নগা যেৎপা হৌগনি। অদুগা লাইবেন্থীগী মাইবীনা যেৎথংবা নাকন্দা লৈহল্লগা যেৎপা হৌগনি। অশুম্না ৩/ ৩ লক যেৎকদবনি।

**য়েৎপগী মওং:-**



৩/ লাইনিংথৌগী ২বক শুবা যেৎপনা থংজিংগী চুকপু ওযবোমদা উপ্লে তৌদুনা লযবক্লগা ৱাংব্রেনগা মার্জিংগী মবক্তা লাক্লগা ৱাংব্রেনগী চুকপু যেৎতা থন্নগা লোংলয তৌদুনা কোৎলগা অমুক থংজিংগী চুক্তা অমুক চত্তুনা যেৎকনি অশুন্না ৩লক তৌগনি।

**য়েৎপগী মওং:-**




৪/ লাইবেম্বীগী ২শুবা লীযেৎনা মার্জিংগা কৌব্রুগা যেৎকনি। অহান্বা যেৎপগী ৱাংব্রেনগী চুকখোঙদা হেক থুংবগা যেৎলোমদা লোংনা লযদুনা বাংব্রেনগী চুকপু যেৎওইননা থন্নন্নগা মার্জিংগী চুকলোমদা চত্তুনা কৌব্রুগা মার্জিংগী মবক্তা থোক্লক্লগা মার্জিংগী চুকপু যেত্তা থন্নগা যেৎলোমদা লোংলয তৌদুনা যেৎপনা মার্জিং বাংব্রেনগী মবক্তা চঙখিদুনা মার্জিং কৌব্রুগী মবক্তা থোক্লগা কৌব্রু চুকপু ওযদা থন্নগা ওযবোমদা উপ্লে তৌদুনা থংজিং কৌব্রুগী মবক্তা চঙলগা মার্জিং চুক তম্না চত্তুনা চুকপু যেত্তা থন্নগা যেৎওইননা লোংলৈ তৌদুনা যেৎকনি। অশুন্না ৩লক যেৎকনি।

**য়েৎপগী মওং:-**



৫/ লাইনিংথৌগী ৩লক শুবা লীযেৎনা অনিবক শুব যেৎখিবদা অবোইবা থুংফম ওইখিবা থংজিংগী চুকপু ওযদা থল্লগা ওযবোমদা লযদুনা উপ্লে তৌদুনা যেৎলগা কৌব্রুগী চুক তম্না চত্তুনা যেত্তা থল্লগা যেৎলোমদা লযদুনা লোংলয ওইনা যেৎলগা মার্জিংগা কৌব্রুগী মবক্তা চঙলগা যেৎপা হৌবকখিবা চুক থংজিংদা থুংগনি। অশুম্না ৩লক য়েৎকনি।

**য়েৎপগী মওং:-**




৬/ লাইবেন্থীগী ৩লক শুবা লীযেৎনা, অনিবক শুবদা অবোইবা থুংফম ওইখিবা মার্জিংগী চুকপু যেত্তা থল্লগা যেৎলোমদা লোংলয ওইনা যেৎলগা মার্জিং বাংব্রেনগী মবক্তা চঙদুনা বাংব্রেন তম্না লাক্লগা থংজিং ৱাংব্রেনগা মবক্তা থোক্লগা ৱাংব্রেনগী চুকপু ওযদা থল্লগা ওযওইননা উপ্লে তৌদুনা যেৎলগা মার্জিংগগী মবক্তা চঙলগা মার্জিংগী চুক তম্না চত্তুনা মার্জিংগী চুকপু যেত্তা থল্লগা মার্জিং, কৌবুগী মবক্তা থোক্তুনা থুংগনি। অশুম্না ৩লক যেত্তুনা লোইগনি।

**য়েৎপগী মওং:-**



অশুম্না লাইরেম্বীগী অরোইবা লীয়েৎ লোইরক্লবদি, লাইনিংথৌগী মাইবীনা লেপ্লিবা থংজিংগী চুক তম্না, মার্জিংগী চুকখোঙদগী ওয়রোমদা লৈরগা চুকখোঙশিংগী মপাল্লোমদা লাক্কনি। অদুগা মাইবী অনিমক লাইনিংথৌগী মাইবীনা য়েৎ, লাইরেম্বীগীনা ওয়থংলগা থংজিংগী চুক্তা মায় ওনশিল্লগা লেপকনি। অসিদগী মখোয়না লেপ্লিবা চুক হায়বদি থংজিংগী চুক্তগী হৌনা 'চুইহাজগোই' তৌদুনা পাউশা ইশৈ শক্লগা ফিবুল চুনবা হৌগনি। মতাং অসিদা তঙাইফদনা খঙগদবা মরম অমনা লাই হরাউবা হায়বা লাইথৌ অসিদা হৌবদগী লোইবা ফাওবদা চত্থরক্লিবা থৌবম পরিং অসিনি। মরমদি মসি মপাম্ছোংদা য়েংবদদি থৌরম অমথক্কি পরিং অমথক্তা ওইনা উই। অদুবু নুংগী ওইবা ৱাখল্লোনগী মশক্তি তেংবাম্বা অসি ওইরকখিবগী ৱাখল্লোল অমদি মীরল্লেল অমদি লাইরল্লেলগী ওইবা পুন্সিগী মশক অমা, মতেক মতেক শমজিল্লগা মাংলমচৎকী মাইচৌশিংনা শেম্বীরম্বা মতৌনি। অদুনা চুকখোঙ জগোই অসিগী মতাং অসিদশু মতেক মতেক্কী ওইবা ৱাখল্লোলশিং শমজিল্লগা পাঙথোক্লি। মদুদি ফিবুল জগোই হায়বসিনা সনামহীগা পাখংবগা লৈবাক শেমজিম্বা-থুগাইবা তৌবগী মতৌনি। অদুগা চুকখোঙ য়েৎলিবনা কোঞ্জিনতিংথোকপদা মমা লৈমরেল শিদবীনা ফানখোঙ কোযবা তম্বীরিবনি। অদুগা চুইহা তৌদুনা ফিবুল চুনরিবনা নোংথাঙলয়মনা হারাববু তাৎ তৌদুনা থেমখিবা অদুগী মতৌনি। অদুনা মতাং অসিদা শকপা ইশৈদি নোংথাঙ লয়মগা হারাবগনা পাউরৌনখিবা ৱারোলশিং অদুনা শৈথাদুনা শক্কনি।

**পাখংবা-নোংথাঙ পাউরৌ ইশৈ:-**

**ইশৈ**

**১/ থংজিংগী চুকখোঙদা শক্কদবা ইশৈ:-**

১/ হাবাবা = হা, পেম্মা নিংথিবী, খোইমোম নঙবু কনানো?
নোংদোন তরঙ মথক্তা মৈরিগুম্না ঙাল্লিবী,
নুরা নঙবু উবদি পায়মা ঐদি খোয়জংলেনে।
পেম্মা নঙবু কনানো খোইমোমগী ফিগৈ শেংনবু
হরাবা ঐগী ইফমদা তম্মুগবা নিংথিবী ।। ১।।

নোংথাঙ:- হোয়নে হোয়নে ইবুংঙো,
পায়মা খোয়শাউনগনবা,

হে, নহাবা অপিশা,
লৈকু মকুম খোইচোপ্পা,
লৈবাই মকুম খোইথাবা,
লৈতুম হুন্না পাউশাবা,
ইপনগী পুল্লাং কাযবেনে,
পুল্লাং লুবোই কাইর্বাশিবু
শিংবিগেবু হাযববা,
শিংবিবোইবু হাযববা,
ইপন্নব্ শাউগনি শিংলম ৬ ।। ২ ।।

অশুম্না থংজিংগী চুকখোঙদা পাজুনদুনা পাঙ, জগোই শাদুনা অবায- অখুম তৌদুনা লাই অন পাউহং হশে শক্লবন্নগ লাইনিংথৌগা মাইবীনা ফম্মেল্লোমদ চুক্কী মপান্দা ৱাংব্রেনগী চুকখোঙলেম্মদা কোইনা লাক্কুনা মার্জিংগী চুকখোঙদা থুংগনি। অদুগা লাইনেম্বীগী মাইবী শু মাঙশোক্লোমদা চুক্কী মপান্দা কৌব্রুগী চুকখোঙলোমদা কোইনা লাক্কুনা মার্জিংগী চুকখোঙদা থুংলগা অমুক পাঙ, জগোই শাদুনা চনগনি।

**থংজিং চুকখোঙদগী মার্জিং চৎপগী খোঙচৎ:**




১/ **মার্জিংগী চুকখোঙদা শক্কদবা:-**

**পাখংবা:-** ঐদি নঙবু হুন্দেদা,
লযপাক শঙদা ফম্বী,
কুবাউফান্দা ফমদুনা,
মনম নুংশা যাইবিবি,

চোম কাযদোই শিবিবু হুম্বনে।
পেন্মা নঙবু হুন্দেযে।
হে পেন্মা নিংথিবী,
খিং খিং লওজশে, পানা লওজশে।।৩।।

**নোংথাঙ লযমা:-** হে ইবুংঙো নহাবা,
যাবৌদগী শঙাইনা,
মচী কেক্রু থোক্তবি।
ললহাম্বুংগী কাকফৈনা,
মনা খুমাই শাদবি।
তোকযমদগী ঙমুনা,
খোইজু তেল্লোক চিন্দবি।
কোংবদগী (খোংদগী) ঙাখানা,
শবোং (চেংলে) কাপ্প লাক্তাব।
শুক্রা মপান শাদবি।
যাংকোক্লা মহয যান্দবি।।
নোংমৈ লওজবো।।৪।।

অশুন্না চনবগী পান্দশাইশৈ লোইববদি অমুক বাংব্রেনগী চুক্তা চঙশিন্দনা চনবগী পাজু হৌশৈ শক্কনি।

**মার্জিং চুক্তগি বাংব্রেন চৎপা খোঙচৎ:-**



**ব্রাংব্রেনগী চুকখোঙদা শক্তদবা:-**

**পাখংবা** =

হে পেম্মা খোযবাঙ হৈবী,
নুবানা লৌনম কিশিনবনা,
হাবাবা ঐগী উনগোযনুংদা,
পাযমা ঐদি লিপুন্ননেবে।
চীংদা শাৎপা ইঙেল্লেনা,
চিন্নদনা কেনখিবা কল্লকইদে॥১॥

**নোংথাঙ:-**

ঐনা কেনগে কেন্দেদো,
মালংবন' লিবি হুম্বদা,
লৈবাংনা লৈখোক লোযবনা কের্ম্বনি।
মালংবা মাশু কৈদৌদে,
পোন্নানা, মখোক লোযবনা কের্ম্বানদ॥২॥

অশুম্না পান্দানবগী ইশৈ শকপা লোইববাদ মমক কৌব্রুগা চুকখোঙদা চঙনাদা পাজনগান। মসিদা মাইবী অনাগা খোঙচাক শান্তানংথৌগা মাইশানা শম্মোল্লোমদা চত্তুনা থংজিংগী চুকপ্ল যেত্তা থম্বগা কোইদুনা লাকপনা কৌব্রুগা চকখোঙদা থুংগনি। অদুগা লাইবেম্বীগা মাইবীনা মাঙশোক্লোমদা চত্তুনা মার্জিংগা চুকপ ওযদা থমদনা কোইবগা কৌব্রুদা থুংগনি। অদগা পাজনগান।

**ব্রাংব্রেন্দগী কৌব্রু চৎপা খোঙচৎ:**





কৌব্রুগী চুকখোঙদা শক্কদবা ইশৈ:-

| | |
|---|---|
| পাখংবা - | পেম্মা নঙবু শক্কোযগেনবী, |
| | নুবানা লৌথুপ কোইথানা, |
| | পাযমা শামল লীকিনবদি, |
| | খোইমোম চীনফোংনবিও ।। ১ ।। |
| নোংথাঙ লযমা:- | হে নহাবা খোইযুম কজক্লবাও, |
| | খোইমোম ঐদি পানাই-পীনাইদবীনে। |
| | চীংগী মচা পামহৈবী, |
| | তমগী মচা নানৌবী, |
| | ইবানা লযমবেল ওইবী, |
| | ইদুনা নোংথাঙ লযমানে ।।২ ।। |
| পাখংবা:- | ব্রাকথ্রুবী মযকামও ।।৩ ।। |
| নোংথাঙ:- | ইচীন তুম্মী কামফদে ।।৪ ।। |
| পাখংবা:- | থেংগু নমবোল নোযনোয, |
| | থেংগু ও নহাপো ।।৫ ।। |
| নোংথাঙ:- | ইনম পোল্লি পোফদে ।।৬ ।। |

অশুম্না শক্লিবা ইশৈশিংসিদি হাবাবনা মালেম থুগাইবদগী অশীবনা শেম্বা ঙমদ্রবদা কুক শিদবনা নোংথাঙ লযমা থাবক্তুনা হবাবাবু মবুক্লিং ফাবগী মতৌ অদুনি পাজুনবা হাযবিবসি। অদুবু মতাং অসিদা খঙগদবা অমনা চুক পুবিবা লাইগী

মশক ওইবিবা চুক পাযবিবা থৌগল্লোযশিংদা মাইবির্শিংনা মশা শোক্কুনা লেঙহন হাইহন্বা যাদে। খুন্দা অকায-অতোই থোক্কদৌবিবনি। অদুগা অমনা অশুম্না লাই শান্নবা হৌখ্রবা মতমদা পাযবিবা লাইগী লাইপোৎ-শেম্পোৎশিং লৈবাক্তা তাহনবা যাদে। লাই লৈতাবা কৌই। অদুনা মফমদুদা অমুক হিবীফান্দুনা ইকৌগদৌবিবনি। অদুগা লাই শান্নবিঙৈদা অমাং অশোযগী চিঞ্জাক চাবগা (যুনচিংবা) লাইগী পোৎ পাযবশু যাদে। মসি খঙনা মশা মশানা চেকশিনগদবনি।

অশুম্না মাযকৈ ৪দা ফিবুল জগোই লোইববদি নোংপোক-নোংচুপ, অমসুং খা ব'ং লাক্লা পাজুনবগীদমক মাইবিশিংনা মাগী মাগী লেপফমদা চৎনবগনি। মদুদি লাইনিংথৌগী মাইবীনা কৌব্রুগী চুক্তগী চঙশিল্লগা ঙশাই অহানবদা হৌবকপদা লেপখিবা মফম, হাযবদি কৌব্রুগা থংজিংগী মবক্তা মযাযচানা মায মপাল্লোমদা (নোংপোক) ওন্না লেপ্তুনা লৈগনি। অদুগা লাইবেম্বীগী মাইবীনা কৌব্রুগী চুকখোঙদগী মার্জিংগী চুকপু যেৎলোমদা থল্লগা মপাল্লোমদা কোইনা লাক্কুনা বাংব্রেনগা মার্জিংগগী মবক্তা মায লাইবোমদা ওনশিন্না লেপ্তুনা লৈগনি। অশুম্না লেপ্লববদি খল্লিবা ফিজঙগী মযায মপা চানা মখাদা মাইবী ২না হংগৎ হন্দা ৩/৩ লিত্তুনা পাযবিবা ফিবুল অনিদু অমুক অমুক চুনবমগনি। অশুম্না ৩লক শুববদি লাইনিংথৌগী মাইবীনা ফম্মেল্লোমদা, হাযবদি থংজিংগা, বাংব্রেনগা চুক্কী মবক্তা ফাওদোক্লগা মাযনা মাঙশোকলোমদা ওল্লগা লেপ্লগনি। অদুগা লাইবেম্বীগী মাইবীশু মাঙশোকলোমদা লযদুনা চৎলগা কৌব্রগা মার্জিংগগী মবক্তা থোক্লগা মায ফম্মেললোমদা ওনদুনা লাইনিংথৌ মাইবীগা মাযযোক্লদুনা লেপ্লগা ঙশাইগুম্না ৩লক হংগৎ হন্দা চৎনদুনা চুনগনি। অশুম্না চুনবা অসিনা ৩লক শুববদি মাইবী ২মক খুৎকা খুৎকা পাযনদুনা লাইগী লাইমাংলোমদা থোক্লক্কনি। অদুগা থংজিংগা কৌব্রুগগী মবক্তা লেপ্লম্লগা মায ওম্থোক্লদুনা লাইনিংথৌ মাইবীনা ফম্মেললোমদা থংজিংগী চুকপু ওযবোমদা থল্লগা লাকপনা থংজিংগা ব্রাংব্রেনগগী মযায মপা চানা মাযনা মাঙশোকলোমদা ওল্লগা ফিবুল অদু ফিজং মথক্তা হাপচিনগনি। অদুগা লাইবেম্বীগী মাইবীনা কৌব্রুগী চুকপু যেৎলোমদা থল্লগা লাকপনা মার্জিংগা কৌব্রুগগী মযাযদা মাযনা ফম্মেললোমদা ওল্লগা লাইনিংথৌ মাইবীগা মায ওক্লা লেপ্লগা ফিবুল অদু ফিজঙ মথক্তা হাপচিল্লগনি।

( ফিবুল জগোইগী মতাংগী ৱাবোল অসিদা নোংথাঙ লৈমাগা হবাবগা ঙাংনবিবা ৱাবোল অসি লৌথোক্লকলিবা পুযা 'ইবেংবা পূৱাবী' গী ৱাবোল মতেক অমা ফোটো ওইনা হাপচগে)

ফিবুল জগোই লোইদুনা কৌব্রু চুক্কগী থোক্লক্কুনা কারল পাজুনবগী চংপা খোঙচং:-




কারল পাজুনবা খোঙচং:-



(খা-ব্রাং লাকপা খোঙচৎ)




অশুম্না ফিজং মখাদা কাবল পাজুনবা অসিনা মশীং শুববদি (৩লক) ঙশাই হৌবদা লেপ্লখিবা মাগী মাগা মফমদা ( নোংপোক নোংচুপ)লেপ্লবগা ফিবুলশিংদ ফিজঙ মথক্তা হার্পাচন্নবগা ফিজঙ অদু লাইনিংথৌগী মাইবীনা চুক ৪দা পুল্লিবা যগ্জ অদু লৌথোক্লগা নিংথিনা যোমন্নিলগা লাইবেম্বী মাইবীগী ঙকশমদা নিংথিনা কিশিনবিবগা লাইবোমদা মায ওন্দুনা লাইনুংদা চঙদুনা ফিবুল অদু কৎকনি। মসিবু "লাইকাবা" হায়না খঙনে। মতাং অসিদা চুক্তগী ফিজঙ ল ওথোকখ্রবশু চুকখোঙ ৪দি লেঙবা যাদ্রি। ফিবুল কৎপা লোইবগা লাইবেল মথেক চৎনবগী ফিজঙ অমক তিংথগদৌবিবা। মবমদি পাতোল জগোইদগীনা ফিবুল কৎপগী মতাং অসি ফাওবদা মাইবানা পাঙথোক্লিবা জগোইশিংসিনা হাবাবনা লৈবাক থুগাইববু নোংথাঙলযমনা খান্বা অমাদ লৈমবেল শিদবীনা মচা অতোম্বদা ফানখোঙ কোযবগা খোঙচৎ তম্লীবগী মতৌশিংদুনি। অসিগী মথংদা চৎলিবা লাইবেল মথেক্লা পাখংবনা ফানখোঙ কোযবদুনি।

অদুগা মতাং অসিদা নিংশিংজনিংবা অমনা ফিবুল জগোই নত্রগা চুকখোঙ শান্নবা হাযবিবা মতাং অসিদা শক্লিবা ইশৈশিংগী মতাংদনি। অদুনা ইজবিবা ঐনা হাপচবিবা খবশিদ মতা অসিগী ওইবা পম্বদা যাওবা খবদংদুনি। মবমদি মতাং

আসগা মবী লৈনদবা শৈবোলশিংগু পুশিল্লুবদা ইতিক নৎচাদবনা। পুযাদা লৈবন্বা খবদু হাপচবনি। অদুগা তাবদা থোইদোক্লা পুক্লাং হুববা নিংথবা শৈবোল কযামকমগু অখঙ-অহৈশিংগী চীন্দা পক্তুনা লৈববনা ইশৈশিংদু ঐনা অমুক হাপ্লদুনা থোইদোক্লে খন্বদগী তেনশিঞ্জবে। অদুবু লাইকাবোল ইশৈসিমদি ঐনা লোল অসিমক খঙলুদ্রবগু লওখৎচবি। অদুবু ইশৈ অসিগী লোল অসি কবি হার্যবিবনো হাযনা খঙনবা থিজিন্বা, অদুগা নুংদা পুনিবা বাখল্লোন্না কবিনো হাযবনচিংবদি হৌজিক থিজিন্দবদি যাবক্লবোই।



লাইকা ইশৈ:-

নকুইখেং নকুইহোং,
মাই লৌ হৈ
হৈবা মতা লাংগুতাউ,
হে মেলো লাংগুতাউ,
অথম মেলো লাংগুতাউ,
অনুখাই খাই খাই খাই,
তেবা কোহং কোই কোই,
কাচবা কোহিং কোই কোই,
হৈ লৌ মাই।।১।।
(লেঙশিল্লসি লাইনিংথৌ,
খোঙগাবসি লাইবেন্সী,
কোবও মযশাকন্বদা

হবাউ মথোই-কাকবা,
শান্না থৌদোল লোম্লেনে।
ফম্মা নাবল চল্লক্লে
শঙগাইনুংদা চঙলসি
ফম্বাল থক্তা লেঙশিন্না
পোত্থাবিবো লাইনিংথৌ।। ১ ।।

অশুন্না ইশৈ অসি শক্তুনা মাইবী অনি অসি খুৎ শন্নদুনা লাইনুংলোমদা চঙলকপনা লাইনুং যৌববদি খুৎ থাদোক্লবগনি। অদুগা ঙক্তা পুন্দুনা লাই কাবক্লিবা ফি অদু ল'ওথোক্লগা লৈ অদুনা লাইবৌফিনা যোম্লগা লাইবেম্বীগী ওয থংবা নাকন্দা থমগনি।

অদুগা মখাগী ইশৈ অসি শক্তুনা লাই পোত্থাহনগনি।

**ইশৈ:-**

চিংঙু ইবুঙো লাইনিংথৌ (লাইদুগী মমিং হাযবা),
খোইমোম লাইবেম্বী (লাইগী মিং) ইমা ইবেম্মা,
চিঙু নতৈ ননাউ, খোইমোম নবিংঙানা,
ঙশি কোবও নোংলেলচুপ্পা,
কংলৈ নঙগী নশুমাঙদা,
কোবও অশাখাঙ, বাংবন অচুলাংনা,
হবাউ মথোইতোং, থৌদোক কুমৈ শান্নববু,
নদাইবেম খুঙ্গং অচৌববু,
খুঞ্জাও লৈচাউহন্নিদুনা,
বাত্ত-পাদ পীনবীযুদো।। ১ ।।
চিঙু নঙগী শংগাযনুং,
মীবাযমানা কাঙমদবা,
পোংলাইমানা যৌঙমদবগী
সনা ফম্বাল্লাং নুঙাইবদা
চিংঙু খোইমোম অনিনা,
শজিক অনি থোকপগুম
থাবা অনি ঙানবগুম

নচা ননাই পুম্বগী
থৱায মিবেল কোন্দুনা
শিঙেল লৈকাথক্তা তেথবশি
লৈবাং লৈযোন্নুংদা হঞ্জিম্বিবো।।২ ।।

**পাউশা ইশৈগী নুংগী ৱারোলঃ-**

ফিবুল জগোই হাযবা অসি নোংথাঙ লযমনা হাবাবগী অশাউবা ফাথনবা ফজবা শক উৎতুনা লংনবগা শুমদুনা থম্বনি হাযখ্রে। অদুনা মতাং অসিদা শক্লিবা ইশৈ অসি লাই অনীনা অশেংবা ফিগৈ হংনবিবানি। অদুনা বাবোলশিংশিনা হাযনবিবা ৱাখল্লোলশিংদু যেংশি ।

**নোংথাঙ** "হে নহাবা অপিশা লৈকু মকম খোইচোপ্পা লৈবাই মকম খোইথাবা" হাযবদি নোংথাঙ লযমনা হাবাবদা হো নহা ওইবিবা পাখংমচা, খোইদা তিল অশিবা লেংশিল্লগা লৌনম তৌদুনা ঙাবু ফানবা হোৎনবগুম নঙগী নশক্লা ঐগী থম্মোইবু ফাবিবা। "লৈতুম হন্না পাউশাবা ইপনগী পুল্লাং কাযবেনে।" হাযবদি লৈতুম মচানা থাদুনা নুংশিবগী ইহুন পীবকপগুম নঙগী নশক উবদা ঐগী থম্মোই কাযবে হাযবনি।" পুল্লাং লুবোই কাযর্বসিবু শিংবিগেবু হাযববা, শিংবিবোইবু হাযববা ইপন্নবু শাউগনি শিংলম্মো।" হাযবিসিদি নঙনা ঐগী থম্মোইদা নুংশি কাইহৌববনিনা নঙগী ওইনা লৌশিনবিবো হাযবনি।

**পাখংবা** = "ঐদি নঙবু হুন্দেদো, লযপাকশঙদা ফম্বী, কুবাউ ফান্দা ফমদুনা মনম নুংশা যাইর্বিবি চোম কাযদোই শিবিবু হুম্বনে।" হাযবদি ঐদি নঙোন্দা নুংশিবগী বাহৈ অমত্তা কাংথোক্ত্রি। নঙগী ফজবা শাবান্দু উবদা মিহৌজবনি। "হে, পেম্মা নিংথিবি, খিংখিং লৌজশে, পানা লওজশে।" হাযবদি হে ইবেম্মা' হবাউ হবাউনা অপাম-নুংশি থুংনশিকো হাযবনি।

**নোংথাঙ** = "হে নহাবা, যাবৌদগী শঙাইনা মচি কেক্রু থোক্তবি"। হাযবদি নঙগী নশাদু শাবেপ কাংথোং ফাদবি হাযবনি। ললহাম্বুংগী কাংফৈনা মনা হুমাই শাদবি, তোকফমদগী ঙমুনা খোইজ্রু তোল্লোক চিন্দবি "হাযবদি ফিনুংগী হকচাংগী কাযাৎ মপুং ফাদ্রি নথৌ পাংথোকপা ঙমহৈবোই হাযবনি। খোংদগী (কোংবদগী) ঙখানা শাবোং কানক লাক্তবি" হাযবদি খোংদা লৈবা ঙখাগুম্বা তাইবঙ মৰূ অদু মপুং ফাদবি শুক্তা-শোইদাবা ঙমহৈবোই হাযবনি। "শুক্লা মপাল শাদবি, যাংকোক্লা মহয যান্দবি; নোংমৈ লওজবো" হাযবদি শুক ওইবা নঙশু, যাংকোক ওইবা ঐশু মপুং ফাদবনা মপু, ফাববা মতমদা থুংনশি হাযবনি।

পাখংবা:- "বাকথুবী ময কামমো" হাযবদি অথুপ্পা মফম খল্লুবদা ময হওবে হাযনা হাবাবনা চঙশিল্লকপনি।

নোংথাঙ:- "ইচিন তুম্মী কামফদে"। হাযবদি ঐগী হকচাং কাযাত্তি লৈশাৎ মমি তমদ্রিবীনি মদু যাদে হাযনা চেন্ববনি।

পাখংবা:- "থেংগুও নহা পো" হাযবদি থেংগুগী মশকুম কাযাৎ মপুং ফাবিবিনি নঙদি ঐনা মথক থংদবা যাদে হাযনা তান্নবকপা।

নোংথাং:- "ইনম পোল্লি পোফদে" হাযবদি নঙবু ঐনা পুবা ঙল্লোই হাযদুনা চেন্থোকপা।

অশুম্না হাবাবদি নোংথাঙ লযমবু শক খঙদবদগী মাগী অপাম্বা ফংনবা হোৎনবকপদা নোংথাঙনদি খঙবনিনা চেন্দুনা লৈথোক্লবা হোৎনবকপনি। অশুম্না নোংথাঙ লযমবু হাবাবনা তান্নখ্রিঙৈদা অশীবনা মালেম শেম্বা লোইখিবনি। অশুম্না লমদম তাম্না পুথোক্লবা মতুংদা নোংথাঙ লযমনা মালেম কাযবা ঙম্লোই খঙলবদা মাগা মথৌ লোইববনা হল্লগে খল্লক্লদনা মতাং অসিদা মপুগী যাথং মপুং ফাহল্লগে হাযনা হাবাববু ফংহনখি। অশুম্না হাবাবনা মানং থংলবা মতুংদা নোংথাঙ লযমনা মাগা অশেংবা মশক তাক্লুনা তৌবিবা পুন্নমক অসি ইপা কুরুশিদবগী যাথং ঙাক্লবনি হাযনা খঙহল্লম্লগা নোংথাং লযমা হনখি। মতাং অসিদা হাবাবগী বাখন্দা মানা তৌকবিবা পুন্নমক মচন নুপিনি হাযবা খঙলক্লবদা মথন্দ মবুক বাবৌদনা মীচৈ অমা পীবকখি। ঐনা ঐগী ঈ মবী ইচন্দা তৌহৈদবা তৌকবদা ফংলিবা ইকাইবা অশিগুম নমু তাইবঙপান্না ঈগী মবীবু চাবৌ-মৌবৌনববদি শুক্তা শোইদাবা ওমদনা পুন্সিদবা ওইশনু হাযনা ব্রাবৌবগা হঞ্জিনখি।

## লাইবেল মথেক

অশুম্না শিবুল কৎলুবদগী হন্দোবক্লগা ফিজঙ অদু চুক্তা অমুক তিংদুনা হান্নগুম্না পাযবগা লাইনিংথৌ-লাইবেম্বী অনিগী থৌগল্লোযশিং অদু লাইবেম্মগা থৌগল্লোযশিংনা লাইনিংথৌগী মাঙদা চৎখত্তুনা পবেং কাযদনা লেপকনি। অশুম্না লেপ্লগা লাইবেল মথেক চৎপা হৌগনি। লাইবেল মথেক চৎপা হৌদ্রিঙৈদা পবেং অসিনা লাইবুং অদু অমুক্তং কোযনা চৎলমগনি। অদুগা লাইবেল মথেক্কী খোঙচৎ অসিদি পুন্না মশীং ৯ চৎকনি। অদুবু মপুং ওইবদি ৭নি। ৯শুবিবসিদি অশীবনা মালেম শেম্বদা চৎখিবা অদুনি। অদুবু থৌবম অসিদা মপুং ওইবা ৭ চৎলিবদি লৈমবেল শিদবীনা ফানখোঙ কোযবদি অশুম্না চৎলু হাযনা চযোল ৭ মশক ওইবা খোঙচৎ ৭ তাকখিবা অদুনি।

(লাইরেল মথেক্কী খোঙলোল অসিবু তাকপা পুয়াগী ৱারোল হায়গে)

"লাইরেল মথেক্তি (১) মনিং-মমাং, খা-ৱাং শুরগা, (২) মবুক ফাৎলো, অদুগা (৩) চোঙখোঙ কোৎলো। অদুগা (৪) অউপ-অরোং চৎলো, অদুগা (৫) চিথেক ৪ নোংলৈ-ইরৈ লৈয়ো। অদুগা (৬) পাফল অচৌবা লৈয়ো। (৭) অদুদগী ওয়দা হল্লো। (৮) লোইরগা য়েত্তা চত্তনা লাইরেম্মগী মমাংদা য়ৌরো। অদুগা (৯) লাইনিংথৌনা য়েত্তা, লাইরেম্মনা ওয়দা হন্না খাইদনা কোয়যো। অদুনা থুংবদা লাইনিংথৌনা মনুং চল্লো। লাইমাং য়ৌবকপদা অমুক মপান থংঙো। অদুনা থুংঙুরগা চঙঙক্তনা লাইরেম্মগী মপাদা য়া য়া তৌ। মপা মপা লান্নহল্লো। অদুনা হান্নগী য়ৌবদা লান্নহল্লগুনো। অদুগা খাইদনা চৎহল্লো। হঞ্জিল্লকও। অমুক চৎথোকও। অদুদগী চঙঙো।"

(খোঙলোল অসিগী লৌথোক্লকফম পুয়াগী ফোটো হাপচগে)

১বা-কাবল (নোংপোক-নেংচুপ চৎপা)




২শুবা:- কাবল (খা বাং চৎপা খোংচৎ)



৩শুবা-মবুক ফাৎপা:-




৪শুবা চোঙখোঙ কোৎপা:-



৫শুবা-অউপ-অবোং:-




৬শুবা যেনশিন মান শাবা:



৭শুবা- নোংলৈ ইবৈ




৮শুবা: পাফন অচৌবা



৯শুবা:- লাইনিংথৌ-লাইবেম্বী লাইখাই খোঙচৎ




অশুম্না লাইবেল মথেক চৎপা লোইদুনা নোংলৈ ইবৈ চৎলুবদগী হন্দোকলকপনা লাইবুং অদু থুংনা কোযকুবগা লাইগী লাইমাং হেক যৌবদা হান্না লাইবৌ চোংবদা চৎখিবা লাইনিংথৌ-লাইবেম্বীগী পবেং অনি অদু মাগী মাগী পবেংদা কাযদনা লেপ্লগনি। হাযবদি লাইবেম্বীগী পবেংনা লাইনিংথৌগী পবেংগী মবত্তা চঙদুনা লেপ্লম্বদু অমুক হন্না হন্দোক্লুনা হান্নগী গুম্না লেপকনি। অদুগা লাইবুংগী চিথেক ৪ মক্তা চত্নুনা যাযা লাউগনি। মাযকৈগী অকোল অহালাদ থংজিংনা হানগনি। মথংদা বাংব্রেন, মথংদা মার্জিং, অদুগা কৌব্রুদা লোইগনি। অদুনা যাযা লাউবমদাইদা পবেং অনি থোক্লা কোযকুবদুনা থংজিং মপা যৌবদা যাযা লাউনবা নপা নপা লাম্থোক্লুবো হাযনা মাইবনা লাউবকপদা লাম্থোক্লগনি। অদুগা মখাগী অশুম্না মাইবনা লাউগনি।

## য়ায়া লাউবগী লাইরোল:-

মাইবা:- হো লাইনিংথৌ লাইবেম্মগী মদাইবেমশা।

গৌগল্লোই:-হাও।

মাই:- হৌজিক্তি থংজিং লাইগী মবমখৈদা লাইনিংথৌ-লাইবেম্বীগী কংলৈ মশুমাঙদা কোব ও চুপ্পু থোই মালেম মনালোযনা হবাউ মথোইতোং শান্ন-তোইদাউকুববু খোইযুম লাইশিংনা যানববনা লাইশঙ নুংদালেঙশিন্নবা নপা নপা লাইপোৎ শেনপোৎ লাইগা লাইগাচোঙগা চোঙগা, থাঙগা থাঙগা,

হুমাইগা হুমাইগা, লেপশুমগা লেপশুমগা, খুদৈশেল কাওশেল খুৎকা খুৎক থেংনদুনা যাযা লাউশিকো।

থৌ:- হো, লাউবশে।।

মাই:- যাযাহো যা।

থৌ:- যাযা হো যা।

মাই:- যাযা, যাযা, যা।

থৌ:- যাযা, যাযা, যা।

মাই:- হো মযাযা হো যা।

থৌ:- হো মযাযা হো যা।

অশুম্না যাযা লাউবা লাইবোল শুববদি মাইবনা অমুক মখাগী অশুম্না হায়বক্নি।

মাই: হো লাইনিংথৌ লাইবেম্মগী মদাইবেমশা।

থৌ:- হাও।

মাই: হৌজিক্তি থংজিং লাইগী মবমখৈদা,
খোইযুম লাইযামশিংগা যানববনা,
বাংব্রেন খানচাউবগী মবমখৈদা,
চৎলনবা নপা নপা লাম্থোক্লবো।

থৌ:- লাম্থোক্লবে লাম্থোক্লবে (অসি হায়বগা ওয-যেৎ অমুক ওন্নবগনি। অশুম্না বাংব্রেনগী চিথেক্তা অমুক লেপ্লগা লাউবগনি)

মাই:- হো, লাইনিংথৌ-লাইবেম্মগী মাইবেমশা।

থৌ:- হাও।

মাই: হৌজিঙ্ত বাংব্রেন খানচাউবগী মবমখৈ যৌববনা লাইনিংথৌ-লাইবেম্বীগী কংলৈ মশুমাঙদা ঙসি কোবৌ চুপ্পুথোই মালেম মনা লোযনা হবাউ মথোইতোং শান্নতোইদাউকববু খোইযুম লাইশিংনা যানববনা লাইশঙনুংদা লেঙশিন্নবা নপা নপা লাইপোৎকা লাইপোৎকা শেনপোৎকা শেনপোৎকা লাইগা লাইগা,চোঙগা চোঙগা, থাঙগা থাঙগা, হুমাইগা

হুমাইগা, লেপশুমগা লেপশুমগা, খুদৈশেল কাওশেল,
খুৎকা খুৎকা থেংনদুনা য়াযা লাউশিকো।।

থৌ:- হো, লাউরশে।

মাই:- য়ায়াহোয়া।

থৌ:- য়ায়াহো য়া।

মাই:- য়ায়া, যাযা, য়া।

থৌ:- য়ায়া, য়ায়া, য়া।

মাই:- হো, ময়ায়া হো য়া।

থৌ:- হো, ময়াযা হো য়া।

মাই:- হৌজিক্তি ব্রাংব্রেন খানচাউবগী মরমখৈদা
খোইয়ুম লাইশিংগা যানরবনা
থাঙমায় মাবনিংথৌ মার্জিংগী
মকাইফমদা চৎলনবা
নপা নপা অমুক লাম্থোক্লবো।।

থৌ:- লাম্থোক্লবে, লাম্থোক্লবে।। (অসি হায়রগা অমুক মপা মপা ওম্থোক্লবা। অশুম্না চিংখৈ চিথেক্তা লাক্লুনা লেপ্লগা মাইবনা অমুক লাউগনি)

মাই:- হো, লাইনিংথৌ-লাইবেম্মগী মদাইরেমশা।

থৌ:- হাও।

মাই:- হৌজিক্তি থাঙামাই মারনিংথৌ,
চিংঙু ওংজা চীংমাবা, ওংলৌতোল লৌথীবা, লাংগোই শগোল অপাইববু মশাথেক্লা ব্রারক থৌবাও তম্বীবগী মকাইফম থাঙমায লৌহনজিং, য়েন্না লমনুংশি য়ৌববনা লাইনিংথৌ লাইবেম্বীগী কংলৈ মশুমাংদা ঙসি কোবৌ চুপ্লুথোই মালেম মনা লোয়না হরাউ মথোইতোং, শান্না তোইদাউরুববু খোইয়ুম লাইয়ামশিংনা যানববন লাইশঙনুংদা লেঙশিন্নবা নপা নপা লাইপোৎকা লোইপোৎকা শেনপোৎকা শেনপোৎকা লাইগা লাইগা, চোঙগা চোঙগা থাঙগা থাঙগা, হুমাইগা হুমাইগা

লেপশুমগা লেপশুমগা, খুদৈশেল কাওশেল
খুৎকা খুৎকা থেংনদুনা য়ায়া লাউশিকো॥

থৌ:- হো, লাউরশে।

মাই:- য়ায়াহোযা।

থৌ:- য়ায়াহো য়া।

মাই:- য়ায়া, য়াযা, য়া।

থৌ:- য়াযা, য়ায়া, য়া।

মাই:- হো ময়াযা হো য়া।

থৌ:- হো ময়ায়া হো য়া।

মাই:- হৌজিক্তি চিংঙু মার্জিংগী মবমখৈদা,
খোইযুম লাইয়ামশিংগা য়ানরবনা,
অৱাং কৌব্রু অশুপ্পগী মরমখৈদা চৎলনবা,
নপা নপা অমুক লাম্থোক্লবো॥

থৌ:- লাম্থোক্লরে, লাম্থোক্লরে। (অসি হাযবগা অমুক ওনথোক্লবা। অশুম্না কৌব্রুগী চিথেক্তা লেপ্লগা অমুক লাউরগানি)

মাই:- হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা।

থৌ:- হাও।

মাই:- হৌজিক্তি অৱাং কৌব্রু অশুপ্পা,
লাইযাম খুন্দা অহাম্বা,
চারিক মপান থাদ্রিঙৈ,
চারিক মপাল থাবীবা,
নোংথৈ মউ লিংদ্রিঙৈ,
নোংথৈ মউ লিংবীবা,
কৌবা অঙাংঙাগী লমদম য়ৌববনা,
লাইনিংথৌ-লাইরেম্বীগী কংলৈ মাশুমাঙদা,
ঙসি কৌরৌ চুপ্পুথোই মালেম মনা লোয়না,
হরাউ মথোইতোং, শান্না তোইদাউরুববু,
খোইযুম লাইয়ামশিংনা য়ানরবনা,

লাইশঙনুংদা লেঙশিন্নবা,
নপা নপা লাইপোৎকা লাইপোৎকা
শেনপোৎকা শেনপোৎকা
লাইগা লাইগা, চোঙগা চোঙগা
থাঙগা থাঙগা, হুমাইগা হুমাইগা
লেপশুমগা লেপশুমগা, খুদৈশেল কাওশেল
খুৎকা খুৎকা থেংনদুনা যাযা লাউশিকো।।

থৌ.- হো, লাউবশে।

মাই:- যাযাহোযা।

থৌ:- যাযাহো যা।

মাই:- যাযা, যাযা, যা।

থৌ: যাযা, যাযা, যা।

মাই:- হো মযাযা হো যা।

থৌ:- হো মযাযা হো যা।

মাই:- হৌজিক্তি অবাং কৌব্রু অশুপ্পা,
কৌবা অঙাংঙাগী মবমখৈদা,
খোইযুম লাইযামশিংনা যানববনা,
চিঙুবা লাইশঙনুংদা খোঙগাবনবা
নপা নপা অমুক লান্থোক্লুবো।।

থৌ: লান্থোক্লুবে, লান্থোক্লুবে।(মপা মপা ওন্থোক্লগা
লাইমাঙযৌনা চঙশিনল্লগনি)

মতাং অসিদা লাইনিংথৌগী পবেংগা লাইবেম্মগী পবেংগা অনি হন্দোক-হঞ্জল লান্থোক্লবিবা অসিগী নুংগী ওইবা ৱাখল্লোন্দি তাইবঙগী পুন্সি অসিদি অমুক পোকপা অমুক শিবা তৌদুনা থবাযগী খোঙচৎ অসি লোইবা লৈতবা লম্বী অমদা হন্দোক-হঞ্জিন চৎতুনা লৈবনি হাযবগী ৱাখল্লোন্নি। অদুগা লাইপোৎ শেনপোৎশিংনা অনি অনি থেংজিন্নবিবনা তাইবঙপানগী পুন্সি অসিদি অনি থেংনবদগী পোক্লকপনি হাযবগী ৱাখল্লোন্নি। অদুনা ৱাকোল (থৱাযগী-মকোল) ফাবা হাযবিবা অসি থবায মাবু হন্না হন্না পোকপিবকউ হাযনা থৱায মি কোল্লিবনি।

অশুম্না কৌব্রু মাইকৈদা যাযা লাউবম্লগা লাইমাঙ যৌনা চঙশিল্লক্লগা মনুংথংনা চৎলিবা লাইবেম্বীগী পবেংনা যেৎলোমদা লোংনা লৈদুনা হল্লগা চৎখিগনি। মতাং অসি পবেং অসি লাইনিংথৌগীনা মাইবনা মাঙচিংগনি। অদুগা লাইবেম্বীগীনা মাইবীনা চিংগনি।

লাই খাইনবগী খোঙচৎ

লাই খাইনবগী খোঙচৎ অসি ৩লক হন্না লাইবুং অদু কোইনা চৎকনি।

লাইশঙ




চৎলৈদা মখাগী লাইবোল অসি মাইবনা হাযবগা মযাম্না খুমগনি।

খাইনবে খাইনবে,
লাইনিংথৌ লাইবেম্বী খাইনবে।
লাইপোৎ শেনপোৎ খাইনবে।
খুদৈশেল কাওশেল খাইনবে।

অশুম্না লাইবোল অসি হায়দনা ৩লক কোযকবগা লাইগা শুমাঙ মতোন তেক যৌনবকপগা পবেং অনি অসি পুন্সিল্লগা লাইকানবগীদমক লাইনিংথৌগী পবেংনা মকোক থংলিবা মাইবনা ওযবোমদা উপ্লে লৈযদুনা লাইনিংথৌগা মপাদা চঙশিল্লক্কনি। অদুগা লাইবেম্বীগী মকোক থংলিবা মাইবীনা যেৎলোমদা লোংনা লৈদুনা লাইবেম্বীগী মপাদা চঙশিল্লক্কনি। অশুম্না চঙলকপনা লাইমাঙ যৌবকপগা অমুক লাইনিংথৌনা যেৎলোমদা লোংনা লৈবগা অমুক শুমাং মতোললোমদা চৎখিগনি। অদুগা লাইবেম্বগীশু ওযবোমদা উপ্লে তৌদুনা লৈথোক্লক্লগা লাইনিংথৌগী পবেংগা মান্ননা শুমাং মতোল্লোমদা চৎমিন্নবক্কনি। অসিদগী শুমাং মতোন যৌবগা লাইনিংথৌনা ওযবোমদা উপ্লে তৌদুনা লৈশিল্লক্কনি। অদুগা লাইবেম্বীনা যেৎলোমদা লোংলৈ ওইনা লৈখৎলক্লগা পবেং অনিমক চপ মান্ননা

পুন্না কাবল্লগা লাই মাঙদা থুংগনি। মতমসিদা মাইবীশিংনা হান্না লাই পুবমদাইদা তৌখিবগুম নহা-অহল কাযদনা লাই অদু ওক্লগা লাইনুংদা পুশিন্দুনা মাগী মাগী হান্নগী থমফমদা থম্লগনি। লাইপোৎ শেনপোৎ পুন্নমক অশুম্না তৌগনি।

পুন্সিন্দুনা লাই কাবকপগী খোঙচৎ:-

**লাইবোল:-**




লাইনিংথৌ লাইবেম্বী পুন্সিল্লে।

লাইপোৎ শেনপোৎ পুন্সিল্লে।

খুদৈশেল কাওশেল পুন্সিল্লে।।

## লাইখাইনবা-পুন্সিন্বগী ৱাখল্লোল:-

মতাং অসিদা লাই খাইনবা হাযবিবসিগী নুংগী ওইবা বাখল্লোন্দি তাইবঙ পান্বা হাযবসিগী পুন্সি অসিদি শিবা হাযবা পুন্সিগী লমথুং অদু যৌবক্লবা মতমদদি থৱাযদি হকচাং থাদোক্লম্লগা চৎখিবনা থৱাযগা হকচাংগা খাইনখিগনি হাযবা বাখল্লোন্নি। অদুগা অমুক পুন্সিম্বা হাযবা অসিনা থৱায মাগী খোঙচত্তি অবোই অখম নাইদবা খোঙচৎ অমদা তাইবঙগী হকচাংগা পুন্না পুন্না শাফোঙবিদুনা তাইবঙপানগী লমদাং মুৎহন্বিদবা অদুগী মতৌ ওইবা বাখল্লোন্নি। অদুনা বাকোল ফাবা হাযবিবসি থৱায মাবু অতৎ-অখম লৈতনা তাইবঙ পান্দা লাকপিদুনা তাইবঙ লমদাং মুৎহনবিগনু হাযনা থৱায মাবু ফাজিঞ্জদুনা থৱাযমি কোল্লিবনি।

## ব্রাকোল ফাবা ইশৈ

ব্রাকোল্লো ব্রাকোল্লো
ব্রাকোন্ন ফাশে লীফাশে
ব্রাকোল তনোয নোয।।১।।
চীংদগী ব্রাকোন্না,
তমদা তাগে মহাযবে,
ব্রাকোন্না ফাশে লীফাশে,
ব্রাকোল তনোয নোয।।২।।
ব্রাইনু ও ব্রাইনু ও,
তমদা পাইবা ব্রাইনুনা,
চীংদা পাইগে মহাযবে,
ব্রাইনুনা নেম নেম,
পোংনা হাওনাবে,
পোংনা হাওনাবে।।৩।।

অশুম্না ইশৈ শকপা মতমদা লাংদে পুং হাযবা পুং অদুদি শোযনদমক্কী যৈগদবনি। মবমদি মর্শিদি থব্রাযবু হিংহল্লিবা মিহুন্নি হাযনা মথক্তা পনখ্রে।

ব্রাকোল শকপা লোইদুনা লাইপোত্থাখ্রবদি লাইবু নাউশুন্নবগীদমক্তা পেনা শকপনা ফম্মাং থৌগল শক্কুনা লাই নাউশুল্লগা লাইগী চোম্মং লৈনা থাধবগনি। অশুম্না লাই লোইদ্রিবা ফাওবা নুমিৎ খুদিংগী তৌগনি। অদুগা অমনা হৌজিক মতমগী ওইনদি নোংমথক হবাউবগী মওংশু লৈববনা নোংমগী ওইবদদি লাই নাউশুন্নবোই। লাইবোইগী থৌবাং চত্থবগনি। অদুবু মতাং অসিদা খঙগদবা অমনা 'লাইপাউলা' হাযবা অমা লাই হবাউবগী মরু ওইবা পোৎচঙ অমা যাওবিবসি অনোযবোল হাযবদি হকচাং শাবগা যাম্লামক মবী লৈবনা লাইনিংথৌ লাইবেম্বীনা অহিং অমা নোংলেন্দ্রবদি পোৎ অসি শেম্বা যাদবগী নুংগী ওইবা কাংলোললৈ। অদুনা লাইপাউলাগী নুংগী মশকতি মথক্তা পনখ্রে। অদুগা লাইবোই নুমিৎকী ওইনদি লাইগী থৌগল্লোযশিংসি ইকৌবা নুমিত্তা যাওখিবশিংদু নত্তনা যাদে।

**ব্রাকোল লাওবগী ব্রাখল্লোল:-**

"ব্রাকোল ও ব্রাকোল ও ব্রাকোলনা কাপ্প লিকাপ্পা ব্রাকোল কনোয নোয। চিঙদগী ব্রাকোলনা তমদা তাগৈ মহাযবে ব্রাকোন্না ফাশে লিফাশে ব্রাকোল কনোয নোয।"

বাইনু ও বাইনু ও চিঙদগী বাইনুনা তমদা তাগে মহাযবে বাইনুনা নেম নেম পোংনা হাওনাবে" (২)

মফম অশিদা পল্লিবা "বাকোল-বাইনু"অনি অশিদি তাইবঙগী থবায ওইবিবা খোযদৌ থম্বাল লৈকাদা খোংফম অমা লেংদনা কবক্র কোঙযাং বাখুনুগী (জ্যোতির্ময ব্রহ্ম) মশক ওইনা লৈবীবা ইবুংঙো মহাক্ক থক্কী সর্নাজিংগী চিঙথক্তা খোঙফম অমা লেংবীদ্রিবা যাইবিবেল (ব্রহ্ম) শিদবগা অনিনা শোবগী খৃজি পাযদুনা "হো ই" হাযবা থবায ওইবা শোব-হোন্দোক হোর্নাজিন অনিবুনি। হাযবিবা শোব নিংশা ২ অশিনা ফৌশু ইশৈ শক্কুনা থৱায (মিথুন) পুন্নমকপু ফাদুনা থম্মী। অশিতনা তাইবঙনা হিংালবনি।

"চিঙদগী বাকোন্না তমদা তাগে মহাযবে" হাযবিবা অশিদি থক্কী থবাযগী বোল ওইবা নিংশানা খোযদৌ চনিঙ যৌনা শিন্থবকপবু কৌই।

"তমদগী বাকোন্না চিঙদা কাগে মহাযবে বাকোন্না ফাশে লিযাশে বাকোন কনোযনোয"।

হাযবিবা অশাদ থক্কী যাইবিবেল শিদবা (ব্রহ্ম) কৌবা লাই মহাক্র থবায ওইবা নিংশবু খোযদৌ থম্বাল লৈকাদা তত্তনা পঙজা কাযদনা শিন্থবিকই মালংগা শহম ফম্বদা খান্বী মৈশা ফাদুনা তাইবঙ পামেল উপানবু তনা উযোল চোংদনা তাইবঙ কল্লিঙৈদা অশুন্না লৈবম্ববু। পুন্সি লৈমল চল্লক্লবা মতমদা অবোযবগী মৈশাদা থবায পুন্নমক খাঙবা ঙল্লক্তে। চাকথেল্লবা নিংশানা কোবৌথক্তা পাইখিবা তাববদা তাইবঙ হকচাংনা অশিবগী খুঙম ফংবা তাবকই। মতম অশিদা থবাযনিংশানা মাঙদনা থবায পুন্নমক কোবৌ থক্তা ইবুঙো মাগী খুভম যৌনাবা কাবা তাবকই। মতাং অশিদা যাইবিকোনগী থবাযবু ফাহৌশি হাযবি।

"চিঙদগী বাইনুনা তমদা তাগে মহাযবে, বাইনুনা নেম নেম পোংনা হাওনাবে পোংনা হাওনাবে"

অশিনা অমুক মপুগী পাওখোংবু ফোংলি। অশুন্না অবাল খুভম ফংলবা থবায মহাক্তি শিবা নত্তে। তাইবঙ হকচাংত অশিবা ওইর্বনি। কোবৌ থক্তা মপু মহাক্কী লৈকোন্দা তিল্লুববা থৱাযনা মপুগী নুংশিবা লৈনম ফংবদা তাইবঙ লৈকোন্দা অমুক পাইনিংলকই। থোইদোক্লশু লাপ্নফংবা লৈনম্মা নুংশিবা হেনবাগুম, তাইবঙ পুন্সি লৈকোন্দা মালেমথক্তা পাইগে হাযবক্লে। তাইবঙ থম্বাল লৈকাদা অমুক তোংনিংলক্লে।

"ৱাইনুনা নেম নেম পোংনা হাওনাবে পোংনা হাওনাবে" - অশিনা হাযবি খৱায ওইবা মহাক্তো মালেম থক্তা তাইবঙপান্দ মীওইনা (পোং ওইনা) হাওনাবে- (হাথবে-পোক্লে) অশুম্না হার্যবি।

(২) অদুগা "শাকোক ফম্বাল" কৌবা লাইবিক্তা (লাঃ)

অশুম্না হার্যবি -"ৱাকোল কৌবদি বাঙমলোল পাম্বেইবীবু নোংপোক্লা কোর্নবিবে অদুগী বাকোল কৌবনে"। অশিগী যেংলুববাশু নোংমদা পোকপা (নোংপোক) তাইবঙগী পুন্সিনা লাইজ ঈকুনা থল্লবা মপানথোংদা অউবগী থোইদোক্লা পেন্নববা মথোৎ কাবকপগী পুন্সিবু লাই অনির্গী কুম্মৈনি হাযনা শৈথাবশু যাই।

## লাই লমথোকপা

হৌজিক মতমদা লাই হৰাউবর্গী থৌবমদা, লাইফম খবদা হৰাউবা হৌখিবা নুমিত্তগী চঙ তাবা অফবা নুমিৎ, হাযর্বদি ৫/৭/৯/১১/১৩/১৫ নি চনবা নুমিৎশিংদা লাই লমথোকপা হাযবা থৌবম অমা পাংথোক্লে। মসিদি থোইদোক্লা নুংগী বাখল্লোল যাওবা থৌবমদি ওইদে। অদুবু লাৎলিবা লাইশিংসিনা "কোংবা লমযেংবা শাবল লমথোকপা" হাযবা অদুগী ৱাখল্লোন্দা লমহাংদা থোক্লুনা লম যেংলবগা বাখল্লোন্নি। অদুনা মসিগী থৌ ওংদি লাৎলিবা লাইশিংসি নির্ংথনা শেম শাববা লেংজাউ (দোলাই) অমদা লেঙখৎহল্লগা নিপা ৪না লেংজাউ অসি পুবগা মাইবা, মাইবী, পেনা, অমদি হৰাউবদা যাওবা থৌগল্লোয পুন্নমক শুনা যাওবগা মফম অদু তান্না চৎলগা, মফম অদুদা হৰাউবর্গী থৌবম পুন্নমক পাঙথোক্লবগী থৌ ওংনি অদুগা বাকোল ফাবদী হান্নগুম্না লাই লেঙলক্লগা লাইশঙদা তৌগনি। অদুনা লাইবিক অসিদি লাইথৌ অসিগী নুংগী ওইবা বাখল্লোল লৈবা ওইবনা মতাং অসিগী ওইর্নাদি তেনশিন্বা তাবে।

## কংলৈ থোকপা

উমংলাই হৰাউবিবঙৈ মনুংদা চঙ তাবা নুমিৎ হাযর্বদি ৫/৭/৯/১১/১৩/১৫নি চনবা নুমিৎশিংদা লাই কংলৈ থোকপা হাযবা অমা পাঙথোন্নে। অদুবু হার্যবিবা থৌবম অসিগীশু চপ চাবা বাবী ৱাখোঙ যাওবা অবিবা পুযা ফংদ্রবনা নুংগী ৱাখল্লোল ইবদা লুবে। অদুনা অতাবা বাবী বাখোঙদগী লওখৎলগা লাইবিক অসিগী শবক শিদনবা হাপচবে।

কংলৈ শান্নবগী মতাং অসিদি লাইয়িংথৌ খোরি ফাবনা নুপী থিখিবা অদুগী ৱারী ৱাখোঙ হায়বগী ৱাখোল্লোল লৈ। মওং তম্না অমদি মদুবু কায়দনা লাইগী থৌগল ফংজবনি।

**মাইবী লাইপাউ:-**

ও.......খোইয়ুম লাই-ও
নোংখোং নুংনাংখোং
কা কাখোং নুংনাং তরাতরেৎমক্তগী
ই...এ...ইং...এ...হুম...!
য়াইবীদনা নুংঙৌ পিমাবা
নুংনাং ঐবু মহারাবা
তরং খোঞ্জেল য়াইপিরেন শিদবা
এ...ইং...এ...হুম...!
নয়ু খোইয়ুম শিদবা ঐদি
চীংঙু নোংথৌ সলাইলেন
অৱাংগী য়ুরেন পাখঙবা-ও
কোরৌদনা থংবা নোংনিংথৌগী মপারীনি
অহিং লৈশং খয়োম নানৌবা
নোংয়াই কাংদ্রেন লৈনৌরকপা
খোইরিনা খোইদাং শিল্লকপা
নৱা খোবি ফাবা ঐবু লাকই-এ।

অসিগী মতুংদদি মাইবী লাইপাউ চেনখ্রবনি, লাইপাউ চেনবা লোইরবগী মতুংদি লোইয়াবাকপসু লাক্কুনা, খোবিফবা অমসুং লোইয়ারাকপা অনিনা লাইয়াম পুম্নমক্কী মমাংদা মুক্রা শান্নগনি। মুক্রাগী মওংদি অহানবদা খোরিফাবনা অমুক থাগনি মথংদা লোইয়াবাকপনা অমুক থাগনি। মাযকৈ ঙাকপা থাংজিং, মার্জিং, ৱাংব্রেন, কৌব্রু অমসুং লাইয়াম পুম্নমক্স য়েংবদা অসুক্কী মতীক পেনবা নাইদ্রবা মুক্রনানি হায়নৈ। ইতাওনা অমুক থাই ঐনা অমুক থাই অসুম্না হায়রগা মথং খোরিফাবা কাংজৈ শান্নবা হৌথগনি।

কাংজৈ শান্নবগী মওংদি অহানবদা হনত্রে লাউদুনা কাংদ্রুম লৈবাক তাহন্দনা হুনগৎলগা থাংজিংলোমদা থোমগনি, মথংদা মার্জিং অহুমশুবদা ৱাংব্রেন

মবিশুবদা কৌবু অমসুং ইবোইলোইবদা হবাওবিবা লাইনুংদা কাংদ্রুম থোমজিনগনি। অদুদগী কাংজৈ অদু যেৎকী লেংবান্দা হাইগৎতুনা যেৎকী খোঙনা মাং থাবগা ওইগী খোঙ তুংদা ফৈ নমলপ, ওইগী খুৎনা খ্বাং মাপাদা চেজেৎ পাযশিল্লগা ঈশৈ লৌগনি।

"ঈশৈ"

১। তুবী চীংলাই লৈমা...আ
যা...কদেং ঙানবীদি
এ...ইং...এ...এ...ইশানৌ
শানৌদগী ইযা তমফা ইনেম্মচাবু পাম্মুবী...এ
ঙসি কৌবৌনিবু নুমিৎতা
শানৌগী মাবনিবু খোঙ্গুল লীবকপবু
উবকত্রেকো...ইশানৌ।

২। শানৌ তমফা-তমফানিবু ইনেম্মচাবু
লৈকাই পম্বনিবু লান্দুনা
খাম্বী মদোম মৈবৌববু চৎখিববনে
উবকত্রেদো...ইশানৌ।

৩। তমফা ইশানৌ অদুবু
মপনগী তুবেল চেংলৌনিবু মপান্দা
উতি শমখোংবু শেংখিববা
চেংহি শম্বালানবু লাংখিববনে
উবকত্রেকো...ইশানৌ।

৪। পম্বৌগী মোংবা যুমজাউনিবু মনুংদা
শল্লাং তেইনা নাননা
শমচেৎ তোম্নানবীবু হাৎলিববা
শানৌ ইনেম্মাচাবু
লৈকাই পম্বানিবু লান্দুনা
কৈবোই মবুংলক্তবু থেৎতুনা

শানৌ মবুংলক্কবু তিন্দুনা
চেফৈ কাংর্মিনিবু তমখিববা
লমথা পানজন্নীবু লৌখিববা
উবকত্রেদো ..ইশানৌ।

৫। মপনগী হাউবোং লমশোম্বীগী লমযাযদা
নুবা খ্বাংচেৎ মচিনিবু লাংনা
ফৈজা পোপতেকনিবু লৈদুনা
লোইমোম ফৌগৌনিবু লাংখিববনে
উবকত্রেদো ..ইশানৌ...।

৬। খোইনৌ...ইযা চাননবীখোই
তমফা ইশানৌদুবু
চেংলৌ শকপূ উবমব্রা
পাউদম্বীযুগবা ইশানৌখোই।

অশুম্না ঈশৈ অসি শকউবগা খোবিফাবনা তালোই থিবক্কনি থিবা খঙলকত্রবদা ঐবু তুমা কাযবা তাববনা হাযদুনা কাংজৈ কাংদোন্না লৈমাযদা লৈযি খোৎতুনা খুদম-চাংদম যেংগনি। অসুম্না যেংবদা লৈবে হাযবা খঙলদুনা শীংগাই ঘন্দুনা লাইবক চাং যেংলক্কে। মতাং অসিদা শীংগাই হুনবা অসিগী মওংদি শাংনাং হুই অমা শাংবা নত্রগা হাউকাপ অমা হাযবা খঙনবা অসি চৈতেক তবা পাযবগা হুনগৎলগা কাংজৈগা কাংপাক্কা ঘোমগনি। থোম্বদা মচীন তুম্না চোংথোকখিবা মাযকৈদা খোবিফাবগী তালোই থিগনি।

মতাং অসিদা "খোবিফাবা নোংকুম্বা" হাযবা লাইরিক্তা পনবা মতাং অমতং মখাদা লৌখৎচবি:-

"চবৈ ফিরুক খুমনা কাংহুলেংদা থোংনা নমু মাযাম তিনবলক্কে চঙনা তালোই তুথি তর্মখিঙৈদি কদৌ নোংকনো হাযনসু লহাল নোংকি ব্রাবু লৈযে। শেল্লোই লৈহৌ চীংদা খাবী মথি নাইনা অমাই মবাঙ হৌনা চীংঙু লাইযাম লেংগাতিননা খোইযুম মহীশাং পুম্না হুপ্না লহাল নোং মালেম লৈশেম থৌবু থৌকাউ মলাং হৌবকপবু থৌথোক তেনবননিঙলপগীবু চীংঙু নোংথৌ সলাইলেলগী মপাবী নোংথৌ খোইবি হাযবা নাউবা খোইদাং শিৎপনা কাংহু লেংগা থোংনা তাল্লোই

তুযিল তমখিঙৈ লংমাই তেংনা যুম গাখিববু চীংঙু লাইযামগী তোইদাও পুক্লিং তিংনা নোংক্রুঙৈনে। চীংঙু লাইযাম লেংনা তিনবনা অসুম্না থৌথোকখিঙৈগী ৱাবু থৌকাউ ফবোইযে হায়না ৱা ওইখিবগিবু খোইযুম লাইগী হবাউ তোইদাও খুদিংদা খাবীনা যোম্বনা তালোই তুথি তমখিঙৈনে হাযদববা।

অসুম্না লাই হবাউবদা মাইবীনা ফিব্ক খুমদুনা কাংজৈ পাযদুনা মীযামলক্তগী কাংজৈনা লৈশাবী অমা কোৎলি। অদুগা মাইবীগা লাইমাংদা পুন্না জগোই শামিন্নৈ, মসিবু লাই নুপী থিবা কৌই।

## মরিশুবা তাংকক: -

### (লাইবোই নুমিৎ)

নুমিৎ অসিদি বাকোল লাউবা লোইদুনা লাইলেঙশিল্লগা পোথাখ্রবদি অহিংদা তৌগদৌবিবা লাইবোইগী ওইবা থৌবমগী থৌবাং তৌবগনি। মদুদি লাইগী মাঙদা থাবিবা হৈকক-হৈবাশিং কাইথোক্লুনা শেংনা শেংদোক্লগা মফম অদু অমুক তৈথোক-নাম্থোক্কনি। অদুগা অপাকপা ফি অমা থাবগা চঙগদবা পোৎলম পুম্নমক মথক্তা হাপকৎকনি। মদুদি যোৎপাক ১, ('তৈযোৎ' হায়না খঙনবা), লাইগা থাঙ ২, ফিবাল ২, থৌবী অশাংবা ১, লাংথ্রৈ মপোপ ১৮, খুদৈ মচা ১, লাতোন মচা ৩, লাশেৎ খবা (হুইথী যেনথিগী), শবীক ২ (শেংগাউ শবাক হায়না খঙনবা) যেংদৌ লম ১ শাংবা ১৪ (হিতোম্বদা নওওইনবা), কৌ খব, নোংগাফি (লাইনিংথৌ-লাইবেম্বীগী ফিবোয ফিঙাম), চযোম যুখোম, হাযবিবশিং শা ফি অদগা মথক্ত থম্লগা মাইবনা। হনম-অথৌ লাইশোল তৌদুং কোথোক চামথোক্কান।

অশুম্না লাইগী পোৎলমশিং অনম-অথৌ কোক্লুনা শেংদোকপা লোইববদি লাইবুংগী চিথেক ৪ মক্তা চক খব খবনা মৈ থাদুনা থমগনি। অদুগা সম্থোং পাংবা চিথেক্তা চক খব থাবগা মথক্তা লাইনুংদা শেমদুনা থম্নব। থাঙ কৎলাদু পুথোক্লক্লুনা থমগনি। থাঙকৎলাদু লাতোন মচা ৩না লোল্লগা থাগনি। মথক্তা খুদৈ মচা অদুনা ৩ থোক্লা থুপ্তুনা থাবগা মথক্তা লাংথ্রৈগী লৈহুন তৌগনি। লৈগী মওংদি লাগী মাযকৈ ৪দা হুল্লিবা লাংথ্রৈ ৩/৩না মতোল মপাল্লোমদা ওল্লগা মতোন্না লাগী মতোল্লোমদা ওনগনি। অদুগা লাইবেম্বীগীনা লাগী মকোক্লোমদা লৈগী মতোল ওল্লক্কনি। অদুগা লৈশিংসিগা মথক্তা লাইশিংগী মাগী মাগী থাঙনা মথক্তা ননগনি। অদুগা ফিবাল অদুনা মপান থংনা থংনা থমগনি। থাঙগী মতোল অমসুং ফিবালগী মতোন্না লাগী মতোল্লোমদা ওনগনি। অদুগা লাগী মতোন্না সম্থোং ওন্না থাগনি। অশুম্না পোৎ শেম্না লোইববদি মাইবী অনিনা মায সম্থোঙ ওন্না লেপ্পগা মাযকৈ অদুগী মপু ওইবিবা সম্ধোং নিংথৌ অপাম্বু লাগী মথক্তা লেঙশিনবিববো হাযবগী রাখল্লোন্দা লাইচিং জগোই শাবগনি। মতাং অসিদা পৃং অমসুং পেনাশু যৈবা, খোংবা তৌগনি। মতাং অসিদা লাইবুং মযাযদা লম্লান্দুনা মী চৎপা যাদে।

অশুম্না মাইবীনা লাইচিংজগোই লোইববদি লা মথক্তগী থাঙ অমসুং ফিবাল অদু লওখৎনবগীদমক, লাইবৌ চোংবদা লাইবৌলা ফুক্লমদাইদা শাখিবা জগোই

অমদি খোঙচৎনচিংবা অদু কাযদনা তৌবগা থাঙ অমদি ফিবালশিংদু লওখৎতুনা মাইবী অমনা থাঙ পাযবগনি। অমনা ফিবাল অদু লওখৎলগা পাযগনি। অদুগা থাঙ অমসুং ফিবান্না হকচাং শাবগী মওংদা কোক্তগী হৌনা হকচাংগী কাযাৎ পুম্ন মক শোক্তুনা শোক্তুনা জগোই শাগনি। অশুম্না হকচাং শাবা লোইবগা খুজেংলৈবী জগোই কৎকনি। অদুগা মাইকৈ ঙাকপা লাইবু খুকবদুন ফত্ত-হৌদি চঙহম্বিগনু হাযনা খুকম্নগা পল্লান্দবী হাযবা (☆) লাইযেক অসি যেক্লমগনি। অশুম্না মথংদা মার্জিং, মথংদা বাংব্রেন অদুগা অবোইবদা কৌব্রুদা মওং অসি কাযদনা তৌবগা লোইগনি। অসিদগাদি মাইবা অহন্না পার্যবিবা থাঙ অনি অদুদগী ওযথংবা খুৎনা পার্যাবনা লাইবেম্বীগী থাঙ অদু ফিবাল পাযবিবা মাইবীগী খুৎ যেত্তা পিগনি। অদুগা ফিবাল পাযবীগী খুৎ যেত্তা পাযবিবা ফিবান অদুনা থাঙ পর্যবিবী মাইবীগী ওযদা পীগনি। অশুম্না থাঙ ফিবাল অসি ১/১ পাযনববদি লাইনিংথৌগী মাইবীনা সম্বোংদা অদুগা লাইবেম্বীগীনা চিংখৈদা মায ওনশিন্নদুনা লেপ্পগনি। অদুগা চঙশিন্নবক্তনা লাইবুংগী কাবন মযায চানা হাযবদি লাইপাউলা থাকম যৌবকপদা থাঙগা থাঙগা, ফিবালগা ফিবালগা শংনগনি। অশুম্না মাইবী অনিনা মাযকৈ ওম্বোক্লদুনা হাযবদি সম্বোং লেপ্পনা চিংখৈদা লেপ্পা চিংখৈনা সম্বোংদা লেপ্পগা মথক্কী শুম্না কাযদনা তৌগনি। অশুম্না তলক থাঙগা থাঙগা, ফিবালগা ফিবালগা থেংনববা তুংদা অমুক বাংব্রেনগা, কৌব্রুগদা চপ মান্ননা তৌগনি। অশুম্না থাঙ ফিবাল কৎপা লোইববাদি ৬শাইগী থাঙকৎলা অদুদা থাঙ অমসুং ফবাল অদু অমুক থম্নগা মাইবী অনিনা সম্বোং মপু নিংথৌবু খুকমজবগা থাঙ অমদি লৈহন্নচিংবা লওখৎলক্লগা লাইনুংদা পুশিন্দনা লাইদা খুকমদুনা মাগা মাগী মফমদা থম্নগনি। মতাং অসিদা মাযেং অমত্তং থমজানংলিবদি হৌজিক মতমদা থাঙ হাইবিবৈঙগী মতাং অসিদা ইশৈ খব শক্লগী চৎনবী অমা লৈবি। মসি ইশৈশিংগা মতাংসিগা চানব্রা হাযবসিনি। অদনা ইশৈশিংসিদি শকপিবিবশিংগী মফমদা থমজবে। অদুগা লাইবোই নুমিৎকী ওইবা থৌবমশিংগী নুংগী বাখল্লোনশিংদি মখাদা থম্নকখিগনি।

অশুম্না ব্রাকোল শকপা লোইবগা মাইবিনা নত্রগা মাইবনা শাবোয খাওলগনি। মাশিদা শাবোয শাবোয হাযদুনা হেক-হেক তৌবিবা অশি তৌদবা যাদ্রবা মর্বাম্ন। ঐখোয মীওইবগী মবক্তশু ফত্তবা কাংলুপ অদুম্মক যাওবির্বানি। অদুগুমদুনা লাইশিংগী মবক্তশু ফত্তবা লাই যাওবক্তুনা অকাযবা কযা থোকহল্লি। অশিগুম্বা অকাযবাশিং অশি থোকহন্দবনগীদমক্ত মাখোযগী মচিঙ্গাক পিদুনা

থেমদুনা নুমিৎ অশিদা লাইনিংথৌগী কুমৈ মপুং ফানা শান্নবনি।

অশিদগী মাইবিনা মাইকৈ ৪ থাঙ হায়দুনা থাঙলোল শান্নরগনি। মাশিদা চোংলিবা থেঙ্গৌ অশিদি মালেম শাবগী তাওরোইনাইগী শাথেক অদু নত্তে। মাশিনা তাইবঙ হকচাং লাংবুম্বগী (শাবগী) পা-পী অনিনা শাবা থেঙ্গৌগী মওংনি। হঙ্গৎ-তন্দা চেম্ণোক চের্নশিন তৌরিবদো। মাশিদা পোৎশক অহুম শিজিন্নগনি। মদুদি: থাঙ, মৈ, ফিরাল। হায়বিবা পোৎলম অহুম অশি তাইবঙ মীওইবগী হকচাং শাবগী পোৎলম্নি। থাঙ হায়রিবা অশিদি পা-ওইবা লাই মাঙোন্দগী থৱায়বু থাঙদোকপিরক্লে হাযবগীদমক থাঙ কৌরিবনি। মৈ অশিদি পাঙ্গল মৈশা হাপ্লিবনি। ফিরাল-হায়রিবা অশিদি তাইবঙগী হকচাংগী মওংনি। অশিগী ফি অর্শিনি মীওইবনা পুন্সি লোইর্দ্রিবা ফাওবা শিজিন্নরম্লিবা অশি। মী ওইবগী পুন্সিনা লোইবক্তুনা শিববা মতমদা তাইবঙগী মথৌ লোইরে হাযদুনা "পামেল উক্রোঙ হোঙবা ফিরোই মঙমতৌবা" হাযবিবা অশে। তাইবঙগী পোকপা-শিবগী মবমদা ফি-মবাক তাইবগুমই হায়বা অশি লাইবেম্ম পাওশাগী মনুংদা যাওবক্কনি। থাঙ হাইবকপা মতমদা মাইকৈ ৪গী থাংলোল লাইরোল (ৱাহৈ) মান্নরোই মাশি তাইবঙগী যুম্বালবগী চৎনরোলনি।

## লৌয়াল্লোন ইশৈগী ৱাখল্লোল:-

নুপী ৭ য়াওগনি। ফিমু খাংচেৎ শেৎকনি। অমাইবনা ইশৈ শক্লগা খুৎলম্না খুমগনি। অমাইবি ১না নুপীগী লুচিংগনি।

ইশৈ:- হোইরৌ হয়া, ইইয়ে, হোইরৌ হয়া, ৩লক শোল্লো। হ্যাশো ইইয়ে হয়াশো ৩লক শোল্লো। ইংশো ইইয়ে ইংশো ৩লক শোল্লো হুপহে ইইয়ে, হুপ হুপ হুপ। অশি শোল্লো।

লোইদাম কুমহৌরকঙৈগীবু হেয়ো। খুৎলম্না হেয়াল্লো হায়না খুমগনি। খোইয়ুম নোংপোক অরিবনা লমলেল কুমদমলৌদা হেয়ো। অশুম্না নুরাবিনা হেয়ো হায়রকপদা খুৎলম্না হেয়াল্লো হায়গদৌবনি। খালৈ লৌখোই হৌরকঙৈগী হেয়ো। শরেন নোংশা খাংনৌবনা অরৎ হাগফানা হেয়ো। পানবা কৈরেনা অরাংবনা তিদি ঙমগচিংনা হেয়ো। ....। খাওরৌনা পোৎপু লেংনম ওই, লিন্দুনা কাংজৈ ওইনা হেয়ো।.....। নারিন্না লুম্লি ওই, লিলখাক্ল ৱায়খুমিৎ ওইনা হেয়ো।.....। তিম্বুনা

নাওপুন্না যোৎথাংলি ওই, তাংলৈনা যোচৈ ওইনা হেযো।.....। খৌনাইবনা লাঙ্গোল ওই ঙৌনাইবনা যোথোন ওইনা হেযো।.....। থেঙ্গুনা লোংখুম ওই, লিলহানা চৈবুন ওইনা হেযো।......। খালৈ লৌখোই হৌবকঙৈগী হেযো।

হে খোইমোম লাইবৈমা লংমাই নুবাবি ৭ মক্লা হেযো। লৈশাংথেম লাইবেম্ম, শবাংথেম লাইবেম্মনা হেযো।.....। লোইমোম ফৌওইবি, নোইনু থুল্লৈমগা হেযো।.....। পাম্থোইবি, থোঙঙাক লাইবেম্বীগা হেযো।.....। লেম্লৈ ঙাবা ঙাওইবীগা হেযো।.....। লংমাই নুবাবি ৭মক্লা লৌযানঙৈগী হেযো। লাংলেল কোংযাঙ ব্রাককোন শাফবনা হেযো।.. ..। থৌবৈ নিংদুম্বা তেৎনৌ যাফাকপনা হাক মপানফোইনা হেযো।.....। কৈথেৎ মকুতুপ হাকুনোংগফৌনা হেযো।... ..।

ব্রাহি কোক্তাই শোই, লৌবি কাচিন যান্না হেযো।.....। পিবেন নাতৈ খোম্না লৌযানঙৈগী হেযো।.....। লোইমোম ফৌবম ৭মকপু পাক্লা-তাইনা হুনঙৈগী হেযো।.. ..। থাঙভি মপানফা, লোইমোম মহৈ যানঙৈগী হেযো। ....। অশি হাযদুনা ফৌহুনগনি। অশুম্না লৌযানবা লোইদুনা ফৌহুনবা যোৎলেংদা হাপ্পুনা কাগনি।

"নহাবি লৌকুম অঙনবী লৌকা মান্নশি। থুমজোং ঙাইবৌ মপান্দা নচা ইচা চানবা লিক্লু থম্বাল লাংজেমশে। পাবি ইমোম যোক্লবা হাবৌ তাঞ্জেমশে।" অশি শক্তুনা লৌযানবা লোইশিনগনি।

(মতাং অসিদা লাই পাখং-লাই নুবাশিংনা কুমদম লৌদা লৌ যানখিবগী মতাংদা 'ইবেংবা পুৰাবী' পুযাদগী ৱাবোল মতেক খবা ফোটো ওইনা হাপচগে)

**ইরেংবা পুৰাবী পুয়াগী ফোটো**

<u>তাংখুল-নুরাবি:-</u>

মতাং অসিদা তাংখুল থোকপা হায়দুনা লাই হরাওবদা তৌরিবা অশি নোংপোক পান্থোইবিগী ৱারি হাপ্পনি। হয়িচক (সৈত্য) হায়না কৌবা মতমদা থোকখিবা মীগা-লাইগা শন্নবিগৈগী ৱারিনি। কংলৈ নিংথৌ খাবশোম চোনবনা পান্থোইবিবু মমৌ ওইগৈদা পান্থোইবিনা মবুঙোগী ৱাশক ঙাক্কবা ঙাওশিন্নখি। অশিদগী তাইবঙ মীনা ঙাওবা হায়বা অশি হৌদোকখি। মতাং অশিদা ফেংলিগৈদা খাবনা মাইবা কৌবা লাকখি। মাশিদা নোংপোক্না হায়খি-"হে ইচুমৱাও নঙদি নিংথৌ ওইরগা হৌনবদি খঙদেয়ে। থাঙ পাযরিগৈদা মাইবা কৌহৈদে। নাবদি ফবগনি অৱা-খুদোং ১ থোক্লগনি তাও" (পান্থোইবি লাংওন,লাঃ ২০)। অশুম্না তুংগী পায়রিগৈদা অনাবগী মাইবা কৌবা য়াদে হায়নরি

নোংপোক্ন খাবা হাৎকনি হায়দুনাফেংখিবা থাঙ মফমদি হৌজিক ফাওবা নোংপোক থাঙফেংনুঙ হায়দুনা ইঙৌরোককি লমদা লৈবি। অশিদগী নোংপোক্না খাবা ময়ুমদা মাইবা শাদুনা পান্থোইবি হুদুনা পুরকপনা খোচিঙ য়ৌরকই। খাবশু হঞ্জিনখি। অশিদা নোংপোক্না হায়, হৌজিক্তি য়েক্লবনশু তানবা ফংলরোই অদুনা নহাক্না মফম অশিদা লৈরম্মু ঐনা কংলৈদা চত্তুনা য়েক্লবা হাৎলুগে। খাবা সাগৈ লোইশিল্লুগে। অদুনা য়েক্লবনা খঙখিনি লোইবি চনুরা শাদুনা ফিমু খাঙচেৎনা হাও শমতুংয়ান্না মফম অশিদা লৌ য়াল্লম্মু। অশুম্না থল্লম্লগা নোপোংক্লা কংলৈদা চত্তুনা খাবা হাত্তুনা শাগৈ পুম্না লোইচল্লে।

অশুম্না নোংপোক্না য়েক্লব খুদুম চল্লে হায়না পুক্লিং হরাওনা লাকপদাবু পান্থোইবি লোইবি চনুরা শাদুনা পাম য়াল্লম্বা উবদা মশানৌগী পুক্লিং য়েংগে হায়দুনা পাওশারকই (লংনরকই) মপুরোইবনা তাংখুন শাদুনা লাকপদু পান্থোইবিনা শক খঙখিদে। মতাং অশিদা ইবুঙো-ইবেম্ম অনিনা ঙাইহাক কুমৈ শান্নে। মতাং অশিদি ফৌহুন্দে। পান্থোইবিনা মবুংঙোবু চুম্না ঙাইবনি। অদুগা লংমাই খুৎলমশু য়াওদে। মতম অশিদি তাইবঙ মীনা থোইনা লৌউ-শিংউবগী লৌশিং লৈতে। চাকশু চাকশৌবি (থরোচনু) হেক্তুনা চারম্মী।

অশিদগী নোংপোক্না তাইবঙ মীবু লৌউবা তম্বীরগে হায়না নিংদুনা "কোরৌ নোংমগী নুমিৎ লোইদাম ফাইরেন্থাগী মাকমৈ (থাবান) ৫নিদা কোরৌ (নুমিৎ) য়ুমশকৈশদা লোইদাম কুমহৌএ। লমলেল ইরিল ৱাংমদা লোইরি তরাংচিঙগী তমথরকপা মাকতিংগী ঈচিন্দা (কুমদমলৌ) নোংপোক অরিব লাইনা লৌখো এ" ফৌওইবি ৱাওরোল (লাঃ ২৭)দা হায়রি। অশিগী শক্তম হোরেন লৌয়াল্লোন্দা হায়রক্কনি।

লাইহবাওবদা তংখুন থোকপা হায়বা অশি মপানগী মিৎয়েংদা নোংপোক পান্থোইবিগী শায়োন ব্বারিদু ওইনা উই। অদুবু মাশিদি তাইবঙ পোক্লবগী ব্বারি ওইনা মনুংদা চৎলি। নোংপোক নিংথৌ হায়না মতাং অশিদা পল্লিবা অশি নুমিৎপুনি। হিরৈমা ৭ (লংমাইখুৎলম) হায়বদি নুমিৎ চয়োন ৭পুনি। ফৌ হায়বদি তাইবঙগী য়েনবুদি। খোইরা য়ানবা হায়বা অশি (তাংখুন্না খোইরা লোকপা) তাইবঙ মরু হুনবাবুনি। অপাম-নুংশিগী হকচাং লেং-ওৎপনা তাইবঙ মরু হুল্লিবনি অশিগী মওংদা পুবশু হরাওবগী পরিংদা চান্নে।

মতাং অসিদা মপুং ওইবা শক্তম লাংলিবা তাংখুল অমসুং নুরাবীগী শক্তম লাংলিবসিংসি মশাগী চপ চাবা ফিজোলশিং পান্থোইবী খোঙগুন্দা হায়রিবদু শেংকদবনি।

**তাংখুল অমসুং নুরাবীগী ফিশেৎ:-**

নোংপোকনিংথৌ অমসুং পান্থোইবী অনিগী ফিশেৎ অসি "পান্থোইবী খোঙগুল" কৌবা লাইরিক্তা অশুম্না পল্লি"-

**নুরাবীগী ফিশেৎ:-** .......তমপা কোরও অব্বার্ংবদি তাংখুল শাবম নুবাবীবু ওইনা শালওনখিএ। চীনফি খানিক্লা, লাইফি খোইদোম্না, কোকচাক শমখোম্না, কোনডৌ পঞ্জনশি, লীক্লাই নাথংননা, তিকতা নাউকমখোক, লওখোৎ মাঙইন্না হাওশম তুংথাংনা, লংমাই চীংনুং চাদ্রেবু চুবা লৈথেৎ ফনা, খাম্লে লওতাএ..."। অশুম্না নুরাবিগী ফিশেৎ অসি 'চীনফি' হায়বা ফি অসি চীংমীগী মরিং ফুরুপকী নুপীশিংনা শেৎপা ফনেক মখল অমদা নাপু মচুনা মপাল চন্বনি অসিনা ইন্বা। অদুগা লাইফি হায়বসিনা 'তোংকাপ' হায়নশু খঙনবা মপাল চন্দবা ফনেক অরাংবা মখল অমনি মসিনা শেৎকনি। অদুবু নুবাবীনা শেৎপদি মচুদি অমুবা ওইগনি। অদুগা শম অসি নিংথিনা পুনশিনগনি। শমজি থাধবা যাদে। পুল্লিবা শম্বুল অদু লৈ ফজবা হাযবদি উরেক শেক্লচিংবা থেৎকনি। নাদা কোনডৌগী নারাউবী য়ানগনি। চারিক-নোংথৈ পরেং না লীক ওইগনি। য়োৎপাক অমা মাঙলোমদা মকোক্ল থংলগা লেংবান্দা হাপ্লগা, পায়রগা শম অমসু তুংদা য়ানগনি। শমদুগী মনুংদা চাকয়োম, য়ুখোম, ফৌ অসিনচিংবা হাপকনি। অদুগা চাদ্রে হায়বা লৈ অদু নাদা চিনগনি।

**তাংখুলগী ফিশেৎ:-** "...... মশাবী লংমাইনিংথৌ য়োইরেম্বদি তাংখুল হুয়তোক পাখংববু শানা, চবৈ য়ুংচিংনা, মাল্লৌ শেনখম্না, শাক ফৈথেৎনা, ব্বাক্তং

নাশিনা চুম্বল লাল্লেথেম, হুইবোং লুফাচিন, লিকোল শানমনা, কুবাউ ফাল্লংথাং, যাইবী খাঙথোম্না, তাংখুল তোল্লোকলৈ খোমথাংনা, থাঙলেল চীনীবোঙববু নাক্তা যেপ, তেন্দোং নমদা হুল, লীকং শানাযননা, তাংখুল যাইবোং নাবিবু চৈবৈ খাউওন্ননা, খুৎখাঙ মিদমশিনা হেন্বা খুল্লাম্ববু শানা লাবকএ.....''। অশুম্না তাংখুলগী ফিশেৎ অসি ফি অশাংবা অমনা কোক্তা কাবল যেৎলগা ফিগী মতোল অদু তোলোক হাযবা অদুগী মশক্তা লাইবক মপাদা থিনগৎকনি। মদুবু পজেংনা অমুক কাবল ওইনা ফাগনি  অদুগা 'বাক্তং' হাযবা লৈ মখল অমা নাদা চিনগনি। হাযববসি বাগী পজেঙ অমদা নিংথিনা থাঙ অমনা ইত্তুনা খোইজু কাহল্লগা লৈশুম্না শেন্বনি। মসি নাদা থিংজিল্লগা চিম্বনি। অদুগা কুবাউনা শাবা, থাঙ যেপ্পবা 'ফাল্লং' হাযবদি হৌজিক মবীং ফুকপ্পা থাঙ যেপ্পবা উনা শাবা 'পাই' হাযবা অমা তুংদা যাল্লিবা অসিনি। মসি লীনা মবী ওইবগা খ্বাঙদা পুনগনি। মসিদা 'লাইথাঙ' হাযবা থাঙ মখল অদু (মতোল পাক্লগা শেংগা যাৎপা) হাপকনি। অদগা তেঞ্জৈ হাপ্পবা উতোং অমসু নমদা পোগনি। অদুগা লীকং অমা লেংশান্দা যানগনি।  তা অমসু খন্না পাযগনি। শেৎকদবা ফিনা অমুবা খুদৈ অমনা 'কপত্রেংফিশেৎ' হাযবা মওংদু (খুকউ কুপ্পা শেৎলগা মাংগী লাইখল ফিনা অদু নামৈগা লোযননা তুংলোমদা যেপখৎপা) শেৎলগা, মথক্তা তাংখুন ফি হাযবা মচুদা অমুবনা লাংবা (হাওফি হাযনা খঙনবা) অদুনা মনুংদা শেৎলবা ফি অদু কুপশিন্দুনা ইকোয কোযনা যেৎলগা শেৎকনি। অদুগা ফি অসিমক্লা (হাওফি) ফুবিৎকী মওংদা 'খাউওন ফুবিৎ' হাযবদু শেমদুনা লীৎকনি।

অসুম্না থাঙ কৎপা লোইখ্রবদি নুবাবী থোবক্তুনা লৌতাবোন ঈশৈ শক্তুনা মখা শমথগনি। অসুম্না নুবাবী শাবীনা শম অমা যানগনি, শমদুগী মনুংদা চাকযোম, পুকযু, ৰাইযু, ফৌদিগী ফৌ অসি খৈবিক্লচিংবা হাপকনি। খুৎতা যোৎপাক অমসু পাযগনি।

অদুদগী নুবাবীনা লাইবোমদা ওনশিল্লগা, লাইগী থৌগলদা অশোয-অঙাম থোক্তনবগীদমক, লৈপাক্কী, খুলগী, অমদি লৈপাক নিংথৌগী যাইফবোলবু লাইদা থৌজিগনি। হাযবিবা পুন্নমক অসি শৈথাদুনা ঈশৈ ওইনা শক্কনি।

## থৌনি ঈশৈ

চীংঙু ইবুংঙো হা খোইযুম লাইযিংথৌ
যোইবু খোইমোম লাইবেন্বী,
(হবাউবিবা লাই মমিং )
আ ইবুংঙো নদাইবেম খুঙ্গং অচৌবা,
তলা নংগী উবিং গোন,
ফমদৌ নংগী নঙাইবোই
নদু নংগী নপা চানা,
ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী
নকুম কুম্বু কুমগাউদা নথা থাবু থাগাউদনা,
খুনথক মনিল নাই
খুনখা মবাং মক্তবু হৌবদনা
নকুম নংগী কুমহৌবকপা
হবাউ নংগী শকশেম তম
থৌথোক নংগী কুম্মৈ শান্নবকপবু
ঙসি-কোবৌ নুমিৎসিদা
চীংঙুবা লাইতোন লোম্মগে
ইযোং শংদিং ককনা
চবৈ ও ফিবোই তাল্লগে
হাযবক্লেনে ইবুংঙো,
আ ইবুংঙো

নদাইবেম খুঙ্গং অচৌবসিবু
ইবুংঙো ইবেম্মা অনিনা—
কোবৌ নোংঙ্গাদ্রিঙৈগী ৱাংলেনসিদা,
খুঞ্জাউবা লৈচাউবা
খুলহোং লৈহোংববু পীবিবমউ,
মপল পম্থৌ কায়দবা
পলেম মমা শেৎনদববু লনকুবিযু
মপাবী-মমোম নৌনা শেৎনা খাযহন্বীগনু;
থানফম মৈখু খুহন্বীগনু
লমযাই কাইথিন তোইহন্বীগনু লাইযিংথৌ,
ইবুংঙো ইবেম্মা অনিমক্না
নদাইবেম খুঙ্গং অসিবু
চাকহোং-ঙাহোংবা
কাউবেন শনগোন থনবা,
তযুম নাইকোন থনবা
কুবাউ ফান্না বাৎপা
নমু পোংনা হেনবা—
পুন্সি নুংশাংববু
চাককু লনকুবীবম্মু হাযনা
চীংঙু ইবুংঙো খোইমোম লাইবেম্বী অনিগী
ঙাংলৌ খাদা ননাইনা থৌনিজবিনে লাইনিংথৌ।।

অশুম্না ঈশৈ অসি শক্রুনা লাইদা থৌনিববগী তুংদা লৌতাবোন শৈশক লৌথগনি।

**লৌতারোন ইশৈ :**
**(সিকপলোন শক্রনি)**

চিংঙু ইবুংঙো খোইযুম লাইযিংথৌ,
হাযোইবু খোইমোম লাইবেম্বী ও,
ঙসি কোবও নোং যাইফবা থবী চৈজেন্দবা,
থবা লান্নংদবা অসিদা,

নোংপোক শেল্লুং অপান্বনা,
চিংঙু মাগী মঙাইবোই, খোইযুম মাগী মহীশাং,
লংমাই খুৎলংনিদি তবেৎমক,
লোইমোম্নিদি ফৌওইবী,
অকোল কোল্লাংবীগা যাওবদনা
তবেৎ শেল্লেমদি তুংইন্না, নোইনু থুল্লেমাবু লম্লুপ ওই,
লেমলৈ ঙাবাঙাওইবীদি খাল্লে ঙমগাচিংঙদনা,
ৱাত্রে শিলহৈবীনা খাল্লে খন্দৌনা,
শৌবোল্লেমা চিদাই খোম্না,
নোংমাইবেম্বীনা ৱহী কোক্তাই শোইনা,
চিংঙুগী লমলুপ ওইনা লমলেল কুমদল্লৌদবু,
খাল্লে লওবু তাগে হাযবক্লেনে লাইনিংথৌ।।

**নোংপোক লৌতারোলগী শৈরোল:-**

হযি চকঙৈগীবু চীংঙু খোইযুম লাইযিংথৌ যোইবু খোইমোম লাইবেম্মা চীংঙু-ও, হা-নতৈ ননাউগী লোইদাম কুমদমলৌ অসিবু খাল্লে লৌতা হৌবকঙৈগী ৱাবু তেংথাজগেদো লাইনিংথৌ।

আ ইবুংঙো শবেন নোংশা খ্বাংনৌবনা অবৎ হাগা ফাইযে, পামবা কৈবেন যেক নাইবনা তিঁতি ঙমগা ফাবদনা ইবুংঙো খাওবৌনা পোপ্লু ওইবেনে, হ' লিন্দুনা পোপ্লু কাংজৈ ওইবেনে লাইযিংথৌ।

ইবুংঙো নাবিলনা লুমলি ওইবে, লিনখাকনা বাইখুমিৎ ওইবে, তিবুন-নাপুন্না যোৎ থাংলি ওইনা, হা তাংলৈনা যোৎচৈ ওইবে, খৌনাইবনা লাংগোন ওই, ঙৌনাইবনা যোৎথোন ওইবেনে ইবুংঙো।

থেঙ্গুনা লোংখুম ওই, লিলহানা চৈপুন ওইবদনা অবৎহাগা ফা, পাম্বা কৈনা তিঁতি ঙমগা চিংনা খাল্লে লৌখোই হৌবকঙৈবু চীংঙু নকুম কুমদম্ববু খোইযুম লাইপুংথৌ ৯মক্তা যোইবু খোইমোম লাইনুবা ৭মক্তা লাংলেন কোংযাং বাৰুকোন শাফবা থৌবৈ নিংদুমবা তেন্নৌ যোৎফাকপনা যোৎলৈ লোংনা ফান্না খাল্লে লৌতা হৌবকঙৈগীবু ইবুংঙো।

আ ইবুংঙো খোইযুম নংগী থাজ ৱাকাওদনা চিঙু নতৈ-ননাওনা খোইযুমগী নকুম তম্ববু ফংলক্লবগী চীংঙু নবমবু খোইযুম অমাইবনা অশৈ লৌতা যোইবেন

লৌতা অনিমক্কা হাউশি ঙমগা চিংনা খাবি যোমলোইহৌ, অশৈ খোংফাংলেংনা যোৎলৈ নোংথাং কুপলকলেনে ইবুংঙো।

ইবুংঙো তেংপাক লাল্লুশা, হাক নোংগা ফৌ পোবোম মতাশম, কাইথেৎ মকু তুপ, ৱাহী কোক্তাই শোইনা যুবা, খুমল তানা যাংদৌ মমৈ শম্না ৱাহি কোক্কাই শোই, লৌবি শুংদাই যান্না পিবেন মচিখোম্না খালৈ ঙমথুংলক্লে হেযিযো- ও আ ইবুংঙো, খোইযুম লাইযিংথৌ।

যোইবু খোইমোম লাইবেম্মা চীংঙু অনিমক্কী খাল্লে- ও নংগী লৌবেনবা, চাইচি লৌবেনপাক্তা কেগে মোইবাংচাদি শিদ ফৌ, নোংযাই খুমনচাদি নাদ ফৌ, নোংবান লোইজা যাংবা লোইমোম ফৌবম তবেৎমক্লা থাংই চোইনা হুন যামচেং, লৈকুপ শিবেদো, চীংঙু নবনকু খোইযুম নথৌজানববু পোইবৈ মীপুমনমবু বাঙম তেৎনৌচিদাই নাই থাংই মপান ফাবা লোইমোম মহৈ চুম্ববু লনকুবিবম্মু কো লাইনিংথৌ।

## ১। নোংমাই লৌতারোল:-

চীংঙু ইবুংঙো খোইযুম লাইযিংথৌ হা যোইবু খোইমোম লাইবেম্বী অনিমক্কী, লোইদাম কুমদম লৌ, চীংগী মচা হেনৌবী, তমগী মচা নানৌবী মপল তাংশক্তবী, মদু মীথানদবী, উমা সনা চীনজ্রোইবীনা নোংমাই খুলং তবেৎপু পুবদনা খালৈ- লৌবু লৌতাগে হাযবক্লেনে লাইযিংথৌ।

### লৌয়ান ঈশৈ

চীংঙু খোইযুম লাইযিংথৌ খালৈ মবৌচানে যাল্লোহে
হো যানসে—।
যোইবু খোইমোম লাইবেম্বীগী খালৈ মবৌচানে যাল্লোহে
হো যানসে—।
ঈপু লৌনি যাল্লোহে
হো যানসে—।
খুঞ্জাওনবা লৌনি যাল্লোহে
হো যানসে—।
লৈচাউনবা লৌনি যাল্লোহে

হো যানসে—।
লৈবাক মবা তপনবা লৌনি যাল্লোহে
হো যানসে— ।
লোইমোম ফৌবম তবেৎ লৌনি যাল্লোহে
হো যানসে—।
ফৌবেল-ফৌজাউ লৌনি যাল্লোহে
হো যানসে—।

চীংঙু খোইযুম লাইযিংথৌ যোইবু খোইমোম লাইবেম্মা, চীংঙু নতৈ-ননাওগী লোইদাম কুমদমলৌ অসিবু খাল্লে ঙমথুং তাল্লে হেযিযো। নযু লৈবু হোংনেম লৈবু লৈপুনসিবু শীংঙেল তোংদম পুন্না লৈবাং খৈযোম শানা খোইযুম সনা নখোঙখাদা শীংঙেল লৈবাংনা শিল্লন্নগে হেযিযো।

আ ইবুংঙো খোইযুম লাইনিংথৌ যোইবু খোইমোম লাইবেম্বী অনিমক্কী নদাইবেম খুঙ্গং অচৌবনা হবাও শকশেন তম থৌদোক কুম্মে শান্নবকপবু ইনুংবা নুমিৎ শীংবুম (শুবিবা নুমিৎ মশিং হাযযু) শুবকলে, আ ইবুংঙো চীংঙু লাইতোম লোম্লসি, ইযোং শংদিং কক্লসি, চবৈ ফিবোই তাল্লগেদি হাযবক্লে। চীংঙু ইবেম্মা অনিমক্লা কোবৌ নোঙ্গাদ্রিঙৈদা নদাইবেম খুনবুকলেন অচৌববু খুঞ্জাউবা-লৈচাউবা, খুনহোংবা-লৈহোংবা, চাক হোং-ঙাহোংবা, শিদযাই মপান থাবা, নাদযাই মউ লিংববু পীনবিযু লাইযিংথৌ।

আ ইবুংঙো পাবি নৌনা শেৎহনবীগনু, মমোম নৌনা কাযনহনবীগনু, মপল পম্থৌ, পলেম মমা কাযনহনবীগনু, নদাইবেম খুঙ্গংবু থাংফম মৈখু খুহনবীগনু, লমযাই কাইথিন তোযনহবীগনু, মীকপ মীবাউ তোযহনবীগনু, চীংঙু ইবুংঙো ইবেম্মা, চীংঙু নথৌ চান্না চানবিবমউ, খোইযুম নবন কুবিবমউ।

চীংঙু ইবুংঙো খোইযুম লাইযিংথৌ, চীংঙু নতৈ-ননাউগী লোইদাম কুমদম লৌ অসিবু নোংমাই খুলং তবেৎ পুদুনা খালৈ লৌতাগে হাযবক্লে।

**শৌবোন লাইরেম্বী লৌতারোল:-**

হোইবৌ হযা ৩। হযা সো ৩। ইং সো ৩। হে-হে-হে ৩। হুপ হে ৩। লমলেনমদা হেযি-ও। ৱাইবা চেংলৈ লমহন্দা হে-যিও, লম্মাবা নংবু চৈনম লমলোইদা হেযি-ও।

মালেম হৌঙেগী লৈগা হৌঙেগী, কোবৌ হৌঙেগী নোংগা হৌঙেগী, পোইবৈ শেমঙেগী, লৈগা শেমঙেগী, নহাল নোং হযিঙৈদা, ঙাগী নিংথৌ মপুথিবা কৌনা পোক্লবদা মপন নিংথৌ মপুথিনা কোবৌ নুমিৎসিদা ৱাহমলকএ।

হে ইমোম সৌবোন যাবেন চনু শানা খোংনাং লৈমা, শানৌ নচনি ননাওবু, ইপনগী লোইদাম কুমদমলৌদা খালে লৌতাকও হাযনা পাওমেন ৱাগী, মপন কোল্লোই মযাথংবু মালেম লৈদা তাফদবনা যোইবু খোইমোম লাইবেম্মা সৌবান যাইবেন চনু শানৌ মচিন মনাউনা লমলেন মদাইমা, হৈবেম চীং, খুজান লাল্লুমথেন, সৌবোন পলেম যাইবু নাতৈননা খালে লৌতাগে হাযবেদো।

ইবেম্মা লাংলেন কোংযাং ৱাকুকোন শাফবা থৌবৈ নিংদুম্বা তেৎনৌ যোৎফাকপবু যোৎলৈ লোংনা ফান্না লমলেন চেংলৈ উনুংতা, মপন লোইদাম কুমদম লৌদা খালে লৌতাখএ হেযি-ও।

যোইবু খ্বাংচেৎ মচিলাং, অশৈ খোনমান্ননা যোইমাযাই তাউদনবনা মপন থৌবি লৈমনু, লাইবেম্মা শাফবী সনা লিনগোইগী নোংপোক খাগী নহা শাফবদি, নোংপোক মৱাইতা খাগী লোইমতোন অবা মচৎলম নুমিৎসনা মৈকোইবমগী, লমকা হৌবক্লে। খিং খিং কাবক্লে হাযবদুনা শৈশক্লবিঙৈদা নোংপোক খাগী নহা শাফবা লাংগোই শগোল অপাইববু শমুদোন খোঙওইনবা সনা কোবি চুমবুন খুৎশুনা লুপা হংজৈনবনা, শানৌ মচিন-মনাউবু পাউহংলকএ।

সৌবোন যাইবেন চনু, শানৌ নচিন ননাউনা লাংলেন কোংযান ৱাকুকোকনা তেংকোক হৈবোই নাইবু খুবাক তিল্লাই-মেন, যোৎলৈ নোংথাংকুপ থৌবৈ তোনগালাং হাক নোংগা ফৌনা কোবৌ নুমিৎ মঙানিবু খালে লৌতাবদি তেমপাক লৈতুম কযা শুববনো হাযনা পাউহংববু, যোইবু খোইমোম লাইবেম্মা শানৌ মচিন-মনাউনা কোবৌ নুমিৎ মঙানি তেমপাক মপুম মশীং থীঙমদবগী তাংজ মরু লুক্লা হুইযাই শেংগোইখিএ।

যোইমযাই তাউদনবনা নোংপোক খাগী নহা শাফববু নোংচুপ ঙমথংনখিযে। শানৌ মচিন-মনাউসু খালে লৌকা যাল্লক্লবদা মপন নিংথৌ মপুথিবনা পাউহাঙমএ। হে সৌবোন যাইবেন চনু শানৌ নচিন-ননাউদি কবি খালে লৌকা যাল্লক্লবনো হাযনা পাউহংববু। হোংগোইদা ইপল-ও, নিংথৌ খাগী নহা শাফবনা কোবৌ নুমিৎ চুপনা খালে লৌতাববু নমোম ইবিংঙানা তেমপাক মপুম মশীং থিঙমদবগী পাউখুম ঙমদবনা খালে লৌকা যাল্লক্লবনে হাযনা

পাউখুমলবদা, হে ইমোম পেম্মা-ও নপন নিংথৌ মপুথিবা ঐবু নোংমল্লববা হাযনা পাউহংলল্লবদি ইমোম কবিগী তাংজা ইকাইকবনো।

হযেং কোবৌ নুমিৎমদি ঐসুং খালৈ লৌকুমগে হাযনা পাউমেল্লবদা কৌবা চিংলেন নোংগা শোইযাববদা, মপন নিংথৌ মপুথিবসুং খালৈ যুপুংথক্তা ইলুম নাউসং অমা খাগা ইলুম শোক্তোংঙাং অমা থক্কা থন্না ঙাইখমলে। নিংথৌ খাগি নহা শাফবদি নোংপোক মব্রাইতগী থোঙলেন নাতে কাঙনা লাঙ্গোই খুরুপ মানবনা হৌবক্লবদা খালৈ যুপুং থক্তা সৌবোন যাইবেন নিংথৌ চনুনা মপন কোলোই মপাউতগী পাউহংলকএ। নিংথৌ খাগী নহা শাফব-ও, কোবৌ নুমিৎ মঙানিগী লাঙ্গোই নখুৎনেৎকী তাংজা মখোঙগুনবু কযা শুবনো হাযনা পাউহংববু কোবৌ নুমিৎ মঙানিগী লাংগোই মখোঙগুনবু থিঙমদবগী নশাবী নিংথৌ খাগি নহা শাফবদি তাংজা ইকাই শিথোইদাখিএ।

মপন নিংথৌ মপুথিববু শিগববা শিদ্রি এ, তুবেল বাইখুবিচাবু ওইনা শালওনখি, যোইবু খোইমোম লাইবেম্মা সৌবোন যাইবেন চনু শানৌ মচিন-মনাউগা মশাবী নিংথৌ খাগি নহা শাফবগা খোইযুম নখোয অহুন্না চিঙ্গোই পাওবৌনবদুনা মালেম লৈহৌনবকঙৈগীবু চীংঙু কুমগাওদা লোইদাম থাজ ব্রানিদান্না লোইদাম শজিফু কুমহৌ থাদা নুমিৎ চৈচেন্দবা অসিদা শানৌ নচিন ননাউনা নপনগী লোইদাম কুমদম লৌদা খালৈ লৌতাগা হাইবগী নদাইবেম পোইবৈ খুঞ্জা হৌ তযুম নাইজাতিনা অশৈ খোংফাংলেং অমাই লাকলৌশিন্না চীংঙু নবমবু খোইযুম অমাইবনা অশৈ লৌতা যোইবেন লৌতা মৈনা হাওসি ঙমগচিংনা কোংযাং খাংতপ পায যোৎলৈ নোংথাং কুপ তেমপাক লাল্লুশা হাকনোংগা ফৌ পোবোন মতাশম কাযথেৎ মকুপতুপ যুপা খুমনা তানা যাংদৌ মমৈশম ব্রাহি কোক-তাইতুপ লৌবি শুংদাইযন পিবেল মচি খোমনা চীংঙু নপাউশাবু শৈশকপা, খোইযুম নপাউবু তেংথাননা খালৈ ঙমথুংলেদা হেযিযো-।

ইবেম্মা যোইবু খোইমোম লাইবেম্মা সৌবোন্না যাইবেন চনু মালেম লৈহৌবক্কী কোবৌ নোংহৌবক্কী শিদবা মপান থা নাদবা মউ লিংবী মপন নিংথৌ পুথিবগী লোইদাম কুমদমলৌ অসিদা মালেম লৈপাক মনমসিনা কেগে মোইবাংচাদি শিদফৌ নোংযাই খুমনচাদি নাদফৌ নোংবান লোইজা যাংবা লোইমোম ফৌবম তবেৎনা থাংযি চোইনা লং যামজেং লৈকুপ শিবসে যোইবু নবনকুবু নদাইবেম নমু মীপুমবু শেন্দবা থাংযি মপান ফবা লোইমোম মহৈ চুম্ববু লনকুবিযু-ও।

নপাবী ইমোম ওক্লবা কৌখা কাওথুম তানশমসে চীংখোং ইবুং ওক্লবা লিকলু থম্বাল লাংজেমসে। হে খোইমোম লাইবেম্মা সৌবোন যাইবেন চনু নদাইবেম তাইবঙপান পুম্নমকপু থৌজান তাহেন নাইদবী নঙগা নশানৌ তমফাতোন সনা খোংনাং লৈমগা শানৌ নচিন-ননাউদি চীংঙু লাংওন মবিবক্তা সনাকোনুং থৌদাবী কাজেং যোহ্লিং কাদবী তম্ফা চেংলৌশক পাম্ভোইবীবু নুবা লাংজেং মথোল্লকপিবু ওইনা পানফবী শানৌ নচিন-ননাওনা নবম খুবাই খুনফমলেন অচংবা অসিদা নুমিৎ অনি থোকপগুম থবা অনি পানবগুম নপন নুংবান অপানবা মযুম নাক্তা চেংজা তুগুম্ববু লেপনা খিল্লিবী শানৌ নচিন-ননাউনা চীংঙু নবম্বু খোইযুম অমাইবী ঐনা চীংঙু নতিক অকুববু তেংথাঙমদে হাযবগী চীংঙু তাথিবিগনো অবাই লাংবিগনো, চীংঙু সনা নখোঙ খাদা হযি হযা লাউনা কোলশিল্লমগে হেযি-ও।

**লওয়াল্লোল ঈশৈ**

নুবাবী:- চীংঙু খোইযুম লাইযিংথৌগী
খালৈ মবৌচানে যাল্লোহে।
খুৎলং:- হো যানসে।
নুবাবী:- যোইবু খোইমোম লাইবেম্বীগী
খালৈ মবৌচানে যাল্লোহে।
খুৎলং:- হো যানসে।
নুবাবী: ইপা লৌনি যাল্লোহে।
খুৎলং:- হো যানসে।
নুবাবী:- ইপু লৌনি যাল্লোহে।
খুৎলং:- হো যানসে।
নুবাবী:- খুঞ্জাউনবা লৌনি যাল্লোহে।
খুৎলং:- হো যানসে।
নুবাবী:- লৈচাউনবা লৌনি যাল্লোহে।
খুৎলং:- হো যানসে।
নুবাবী:- লৈবাক মবা তপ্পবা লৌনি যাল্লোহে।
খুৎলং:- হো যানসে।
নুবাবী:- নিংথৌ পুঙ্গিনবা লৌনি যাল্লোহে।

খুৎলং:- হো যানসে।
নুবাবী:- মোইবাং ফৌবম তবেৎ লৌনি যাল্লোহে।
খুৎলং:- হো যানসে।
নুবাবী:- ফৌবেল-ফৌজাউ লৌনি যাল্লোহে।
খুৎলং:- হো যানসে।

মতাং অসিদা তাংখুল শাবনা নোংপোক চীঙ্খোবোমদগী থোবক্কনি, মশাদা লীকং-তেন, তাবাক, অমসুং পাই অমা যাওগনি। ঈশৈ শক্তুনা থোবক্কনি।

**ঈশৈ**

তাংখুল:- চীংশোংগী খুনুদি লমলৈমা
লমগী খুনুদি থাবিকপি.
ইবেম্মা চেক্লা নংনা
পামেল সৈযি থেমজনিবু মথক্তা তোংলদুনা.
চেক্লাচাদি মৈপুঙবী নঙনা
চেক্লাগী নখৌ ইপোং পোং
পোম্বী নঙক ইচোই-চোই,
ইবেম্মা চেক্লানা
পাখঙ ঐবু চিংর্নদি-চিংনমক্তবু যেংলদনা
পোম্বী নঙনা অবাক তম্না
কু ক্রু কু হাযনমক্তবু খোংবদি,
চেক্লাগী নবোন খঙদবনা
পাখঙ ঐগী উনবী পুক্লিং ককঙাওনবেনে।
চেক্লা-ওদা পোম্বী নঙবু
নপাউ শেংনা তমলোবাউ ও ইবেম্মা।

নুবাবী: চীংশাংনিদি অশুকপা
লোইবিনিদি ব্রাংথোইবদগী
তম্না নাযৈখোল
মালংমক্তবু পাওদম্বদি
কোবৌনা খাককুম-খাক

ব্রাংবলনা লাউদুম লাউবদি
হা তম্বা নঙবু
কনা ওইববনো
পাখং নপাউ শেংবিবকউগবা।

তাংখুল: চীংগী খুনুদি থাবিকপী
তমগী খুনুদি লমলৈমা,
ইনেমমচা-ও পাম্মুবী নঙনা
পামেলগী শৈই উকাথক্তবু তোংলগা
পাখঙ ঐবু মুনা মুনা যেংদুনা
পোম্বী নঙনা খোম্থাং নাইনামক্তবু খোংবদি
পাখঙ ঐনা
ইদোমমা নাম্মগী পংশোই হাঙবশুম
চেক্লা-ও পোম্বী নহাকশু
নদোমগী পংশোই হাঙলববনে পামুবী।

নুবাবী:- আ ইবুংঙো লমগী চেক্লানিদি খোন্নৌবা
চিংশোং খুনুদি লল্লৈমা নঙনা
পামেলগী উশাথক্তবু তোংদুনা
নুংশি খোঞ্জেন্না তেংথাবিব নঙবু তাবিয়ু।
মোম্লু লাইবকথীনা যামজেং কশা চাউবী ঐশু
অপাম ফিবাকখায, নুংশি পুংবা কাযববনা
ইদোম পাহাঙনা লোইবী শবম চীংমাযসিদা
মোম্লু লাইবকপু ঙাইখম্লজবিবী
নুজা লাইবক থীবিনিনে ইবুংঙো।।

তাংখুল.- আ ইবেম্মা
লংমাই শাবমনিদি নুবাবি-ও
লাংবল উচিখোইবু খোন্দানবী নুবানা,
চিনফিনিদি খোইদোম্না
লাইফিনিদি খাউওন্না

চখাচীংদি চীংমৈশাং, লোইবি শবম চীংমাযদা
তুমু লৈকন তও, যোৎলৈ নোংথাং কুপ্পদি
নুবাগী লাইবক মাযোক্লা
কাযনা মকুপ কনাবু মোম্লু থাগোন্নদুনা
কবিগী নুবানা নদোম লেপ্লিবনো
পাইমা ফিগৈ শেংঙুনে,
মোম্লু চেংলৌ হোম্বিও।

নুবাবী: আ ইবুঙো পাখং নঙবু খোন্নৌবা
লোইবী পল্লং চাউথোইবা
মণ্ডন তবঙ ব্রাংবা চীংদসু
লমগী চেক্লা থাবিকপী
চীংশেং খুন্নুবু খোন্দম্লা
নিঙোনগী ফিগৈ হংলিবা নঙবু
মোম্লু নুজানা শকখঙজদেনে
নুবা ঐনা খাল্লে ঙমথুং তাম্বদি
চেক্লা তুফাং পাইমিন্নবপা
পামু মাবু ঙাইবিবিনিদো॥

তাংখুল: আ - ইবেম্মা,
তাংখুল শাবমনিদি নুবাবি-ও
নুজা নঙনা তবা চাকঙনমক্তবু চাবগা,
চিনফিনা খোইদোম্লা
লাইফিনা খাউওন্না
কোকচাক শমখোম্লা
শমজিহুক তুংথাংচিন
হাওদৈ অযাকপা
বাংলৈ অথুম্ববু হাল্লদনা,
নীংঙোলনা হাউশম তুংযান্না
যোৎলৈ লেংদা থোং
যোৎখোক মাংওইনবদনা,

অচেন খোঙলৈ যাঙনা
নপলগী খালৈ মবৌচাদা,
অযুক যেন্দা অঙনবদগী
তনমু লৈকন তৌ
যোৎলৈ নোংথাং কুপ্না
মালেম লৈথোং কাঙববু,
যোৎলৈ মশীং কযা শুববগে

নুবাবী.- আ - ইবুংঙো,
তম্বা ওইববু নহাক্না
অযুক্কী যেন্দা অঙম্বদগী
তবাগী চাকঙন চাবগা,
খুবোম যাইসি লোনশিল্লে,
খুদাং হাইজাউ শিজিল্লে,
বাকতংনাসিনবদনা
লীবি তেনদোং নমদা পো
তিমেনগী তানা খুৎতা পাযবদনা
খোঙকাপ নাউবৈ থাংলকপবু
পাখঙনা থাংলকপা খোঙথাংগা
যোৎলৈ মশীংগা মান্নেযে।
(নুবাবিনা খুৎলংদা ওর্নশিল্লগা)

খোইনৌখোয চেক্লাগী মবোলসু লৌফম খঙদে নীংঙোল ওইবীগী পাযমা উনগোইনুংদা খোইবাঙলে খালৈ ঙমথুং তান্নবা লৌ যাল্লসে

নুবাবী ফৌঙাং লৌনি যানসিদা,
খুৎলং:- হো যানসে।
নুবাবী:- তবা লওনি যানসিদা,
খুৎলং:- হো যানসে।
নুবাবী:- তোংনু লওনি যানসিদা,
খুৎলং.- হো যানসে।
নুবাবী:- লিকশি লওনি যানসিদা,

খুৎলং:- হো যানসে।
নুবাবী:- খবো লওনি যানসিদা,
খুৎলং:- হো যানসে।
নুবাবী:- যাইফৌ লওনি যানসিদা,
খুৎলং:- হো যানসে।
নুবাবী:- চজাক লওনি যানসিদা,
খুৎলং: হো যানসে।
নুবাবী: চহাউ লওনি যার্নসিদা.
খুৎলং:- হো যানসে।
নুবাবী: পুমান্বী লওনি যানসিদা,
খুৎলং:- হো যানসে।
নুবাবী:- লাংমার্নাব লওনি যানসিদা,
খুৎলং: হো যানসে।
নুবাবী:- মোর্সি লওনি যার্নসিদা,
খুৎলং:- হো যানসে।
নুবাবী:- মাংদাং লওনি যার্নসিদা,
খুৎলং:- হো যানসে।
নুবাবী:- ইবোইযা লওনি যার্নসিদা,
খুৎলং: হো যানসে।
নুবাবী: কৈদেকপা লওনি যানসিদা
খুৎলং:- হো যানসে।
নুবাবী: তুমাই ফৌগাক লৌনি যাল্লোহে।
খুৎলং:- হো যানসে।
নুবাবী:- কুম্বী চংলৈ লৌনি যাল্লোহে।
খুৎলং:- হো যানসে।

(মতাং অসিদা তাংখুল শাবা থোবক্তনা যাম্না শাওবা মওং উৎলগা নুবাবীদা লাওবক্কনি।)

তাংখুল:- ওঃ ইচল ?
নুবাবী:- কবি ওইব্রা ইবুং।

তাংখুল:- এ ইচল কৃকিনো ঐকি মবৌ যানপ্রা ?

নুবাবী:- চীংঙু ইবুংঙো খোইয়ুম লাইযিংথৌগী খালৈ মবৌচানিদা যাল্লোহে।

খুৎলং:- হো যানসে।

নুবাবী:- যোইবু খোইমোম লাইবেম্বগী খালৈ মবৌচানিদা যাল্লোহে।

খুৎলং:- হো যানসে।

নুবাবী: লৈপাক মবা তানবা লৌনি যাল্লোহে।

খুৎলং:- হো যানসে।

নুবাবী: নিংথৌ পুন্সিনবা লৌনিদা যাল্লোহে।

খুৎলং: হো যানসে।

নুবাবী লৈবাক মবা তানবা লৌনি যাল্লোহে।

খুৎলং. হো যানসে।

(মতাং অসি তাংখুলনা হংলকপা পাউহং অদু নুবাবিনা তাশিন্নদনা লৌ যানদুনা লৈবগী মওংনি। অসিদগী থুনা যানশিনবগী মওংদা মখাগী অসুম্না হাযবগা যানগনি)

নুবাবী:- হো যাল্লো।

খুৎলং·- হো যানসে।

নুবাবী:- হো যাল্লো।

খুৎলং:- হো যানসে।

নুবাবী:- ইপা লৌনি যাল্লোহে।

খুৎলং:- হো যানসে।

নুবাবী:- ইপুনা লৌনি যাল্লোহে।

খুৎলং:- হো যানসে।

তাংখুল:- ও নুবাবী
ও ইচল
ও--শবম নুবাবী।
কৃকিকি মীকি মবৌ যানপ্রানে ?
যা! নপুক্তা, তানা থিনথোককে খঙকনিতো

তেন্না কাপকেতো শবীসো।
ও· যানকনো-যানকনো-যানকনোনে।
কৃকি থৌওইতাপা শাব্রানে?

নুবাবী:- ওঃ তাংখুল নাবাওপা।
ঐকী ইবৌ চা পামলৌ যানপপু,
তাংখুল নাবাওপা নঙনা,
যানকনো যানকনো হাযপা শাপতি,
কৃকি ওইপ্ৰা?

তাংখুল:- ও. ইচল ঐকী মবৌনে যানকনোনে।

নুবাবী:- ওঃ ইপুং ঐকী পামলৌনে যানকনিযে।

তাংখুল:- যা!! যানকনো হাযপিপামক্তা।
কৃকি উনপী থোইচৎনপনোনে তাসিনা লেংর্কনি।

নুবাবী:- ও ইবুং উনপী ননুং হৌকনো।
তিলাং নখোয শাওখিকনো।
নচল ওইপী ঐনা যাৱা অমত্তা চীংকোইকে তাপিযো।

তাংখুল:- ও· ইচল, নীংঙোল ওইপী নঙনা,
ইপুং যাৱা অমত্তা চীংকোইকে,
হাযতনা-হাযতনা ওইতপা শাপতি,
নপুংনা নুংশি শাপা ওইখ্রেতা।
যাৱা নপাউ শেংলোনে ইচন।

নুবাবী:- ও ইপুং, ইপুংপু পোইবৈ কৈতা পানপ্রা?
ক তৌপা লাকপ্রা। কৃ কৃ পুবকপ্রা?
যাবা চীংকোইপিযো ইপুং।

তাংখুল:- ও ইচল, ইচলকী যাৱা অসিতি,
নপুং ওইপা ঐতি মখোঙ থাংতনা
চৎনীংতপা ওইখ্রেতা,
হাইস! নুংশি শাখ্রেতা।

নুবাবী:- ওঃ ইপুং নচল ওইপী ঐসু,
উনপী পুক্লিং মবাঙখ্রেতা।

পাইমা মপুক ওন্না,
নুংশি শাখ্রেতা।

তাংখুল:- ও ইচল, নঙনা নপুংপু নুংশি শাপা ওইপ্রানে ?
তমপা ওইপা ঐহাকসু, ইচলপু নুংশিখ্রেতা।
ঐকী মপুকসে মলাং মলাং লাংলেতা।

নুবাবী:- হো ইপুং অতুতি হো হাযপা শাপীযো।

তাংখুল:- হো ইচল ঐতি লোইপী অৱাংপা চীংতা পানপনে।
নপুংতি লাংহৈ কুমচা অসিমা যাম্না কন্না নাপিপানা
পামসু থবক শুপীতে। নহাল হৌখিবা কুমতকি
পামতকি লফূ মকক-মনাউ, পান্তুম-হাতুম,
থপী মাইবেন খবা হেকলুই।
অসি পুতুনা মৈতৈ তমতা পুতুনা লাকপীপনে।

নুবাবী: হো ইপুং অতুতি কৃ ওইপাকিবা ?

তাংখুল:- এ· ইচল নখোযকি মৈতৈ কৈথেলতা,
ঐকি মপোৎসিকা শেনচাকা ওন্নপীকে।

নুবাবী:- হো ইপুং, ইপুংনা যাৱা চীংকোইপীপতো,
নচনকি মপুক অসি যাম্না নুংশিযেতকো।
হাকুমকী চহিতা যাম্না-কন্ন নাপা ওইপিপনা,
ৱাখ্রপনা পাম যানপা ঙমতে,
থাযনকী পামতকী লফূ, পান,
থপী মাইবেন পুবকই ,
হৱাই শীংঙেল খবা থাপসু,
উচিনা কোকোক্লা চাথোকখ্রে, অসিবা ইপুং ?

তাংখুল:- হো' অতুনিনে ইচল।

নুবাবী:- হো ইপুং, অতুপু ইপুংনা
চীংতকী কুমলকপপু
কৃবি থাত কুমলকপা ওইপিপনো ?

তাংখুল:- এঃ অতুতি ঐতে কাওপিপা ওইখ্রেনা,
খনপীখিকে কো ইচল,

যো! নিংশিংলেহে ইচল,
নপুংনা চীংতকী কুমলকপা থাতিনেকো,
মেবা থাকী থানিনতা কুমপীপনে।

নুবাবী:- হো ইপুং, ইপুংকি যাৱা নপাউ অতুতি,
নীংঙোল ওইপী ঐখোয়না তাপতা,
ইপুংপু যাম্না নুংশি শাপা ওইযেকো।

তাংখুল: হো ইচল,
ইচলনা ইপুংপু যাম্না নুংশি শাপা ওইযে হাযপসিনা,
ওইপা মান্নে নপুংনা ইপলকি মঙন তবং ৱাংপা চীংতকী,
অসুম অসুম কুমপীবকপতা,
নপুংনা যাম্না ৱাপিপা ওইপিবে।
ঐকী মপুকসে যাম্না লাল্লে হাযপাকী,
ঈশিং খোংতা চবা বানকে হাযতনা
চঙাপপতা পামেন-শহি উফে থক্তা
পোমপী অনি খকনা তোংপাবল্লেনে ইচল।
পাখঙ ঐপু মমিৎনা ফচনা যেংপীপা শাযেনে।
হাইস! চেক্লা অনি অতনা
পোমপী মঙক ইচোই চোইনা,
চেক্লা মখৌ পোংনা অবাক্লনা খোংপিপতি
ইচল নংসে উকতৌপা ওইপা মান্নেনৈহে,
যাম্না নুংশি শাপা ওইখ্রেতা ইচল।

নুবাবি: (যাম্না লাঙতক্লবা মওংদা) ও...ইপুং!!
চেক্লা অনিনা উফৈথক্তা তোংমন্নবকা
অবাক্লনা খোংতুনা লৈ হাযবকো ইপুং?

তাংখুল:- (যাম্না নুঙাইতনা) অতুপুনে ইচল,
চেক্লা অনিকি মবাইপক অতু খল্লুপাতা
হাওপা ঐকি মপুক অসি কাযপিখ্রেনে ইচল।

নুবাবি:- (যাম্না খঙনিংনা) কৃ ওইপ্রনে ইপুং!
ইপুংকি যাৱা নপাউ তাপতি

নচনকি থম্মোই অসি মিপাইবেনে ইপুং।

তাংখুল:- (ঙাইহাক ৱানা খল্লগা লৈবা) ও!! ওস্তোকপনিদকো ইচল
চেল্লা অনিকি মবক্তকি অমপু
শাতানপনা ফাখিপাতাকি পুংপা কাযবপা
চেল্লা অমনা নিংপা কাযনা পাইখিতো ইচল!!

নুবাবী:- হো ইপুং,ইপুংকী নপাউতো তাপতা,
নচল ঐকী থমোইতা
তনিক তনিক ইহৌইতা

তাংখুল: এঃ কৃকিবা ইচল।
পামেল উতা তোংমিন্নবমপা
পোমপি-চেল্লা অনিপু
শাতানপাকি তেন্না কাপ্লতা
চেল্লানা তুবকখাযনা
খা-বাং পাইখি হাযপিবাকা
ইচলকী থমোই তনিক তনিক্লে হাযপাতি
কৃ ওইপ্রা নুচা নপাউ শেংঙুনে ইচল।

নুবাবী:- হো ইপুং, থৌথোক অতু নিংশিংলুপাতা
নচলকি মপুক অসি কিপনা লোইখ্রে।
হাযথোক্লবোইকো ইপুং।

তাংখুল:- যা! কৃ ওইপ্রানে ইচল,
ঐকী মপুক্লা ইচলপু
থোইনা থোইনা নুংশি হাযপিবকা
লৌথুপ কোইথানপাপু কৃ ওইপ্রানে।।

নুবাবী: হো ইপুং, নচল ঐকী থমোইতা
তাশোল ওইপা ৱাপু ওইপনা
নচন্না হাযথোকনিংতপকী তৌপনিনে ইপুং।

তাংখুল:- এ! কৃ ওইপ্রাকো!! (মথন্দা নুঙাইতনা শোনবা)
(নুঙাইতনা) এ, অতুতি ইচল, হাওপা ঐপু উবকা
মাংলমচৎকী ৱাপু নিংশিংতানা ইচলকি থমোই কাযপিপা

ওইবপাতি নপুং ঐতি চৎপিখ্রকেকো।

নুবাবী:- হো ইপুং, নচল ঐকী থম্মোইতি খঙপিতনা কৃকি অতুক তহানা ৱাবৌপিপ্রনে ইপুং। ইপুংকি থমোইনা চিংনপিবপতি নিঙোলকী অথুপ্পা ৱাফমশে শেংনা তমচাবাকেকো ইপুং।

তাংখুল:- (হবাউনা) এ, হাযবোনে ইচল। থমোইকি অবাপা বাখনতি ফোংতোক্লাকা ফপনিনে।

নুবাবী:- (নুঙাইতনা) তাপিবোকো ইপুং!

তাংখুল:- হাযবোনো ইচল! ইচলকি যাবা নপাউতু তানিংপনা হাওপা ঐকি মপুক অসি ওমচাক্লপিপানেনে।

নুবাবী:- মতম খবকী মমাঙতানে ইপুং, মৈদিংঙু ৱাংঙম শুমাঙতা, তাউবোইনাইগী শঙগাযনুংদা পোন্দা যোকপা পোম্বী অমগা লোইবি মঙন তবং ৱাংবা চীং, শেল্লোই লংমাই হৈযাইচীংদা চাক্তাবা চেক্লা লমখুনু অমকা পোমপী চেক্লা অনিনা কোবৌ নুমিৎ খুতিংকী পোমপী অনী চীল্লোক্লা চেক্লা অনী চীনতিন্না পামেলগী উফৈ থক্তা যাযবেকমিন্নবম্পপু মিহৌ চাউপা কংলৈনিংথৌ খাবা শোকচ্রোম্বগী মনাই শাতানপাশিংকী লিবৌ লাংনা পোম্পী মাপু ফাখিপনা লমকী চেক্লা মাতি পাংশোয হাঙনা পাইখিতো। অতুকী খল্লুপতা নুচাগী থমোই কার্যপিপনিনে ইপুং।

তাংখুল:- (শাউনা, মশাদু তৌফম খঙদনা কোযচৎ চৎলগা) যা! অতুকি ওইবেকো ইচল! উম! কংলৈ নিংথৌ মাকি মশাইকোন্তা মখোঙতা লাংলীনা পুত্তুনা পোনকি মনুংতা উপ্লিপা পোনপি মাপু মনীং তম্না পাইহল্লুকেকো ইচল।

নুবাবী:- হো ইপুং, পাযমা পুক্লীং অমুক্তা তপথাপিখো, নচলনা ফিগৈ অমতা শেংচাখিকে।

তাংখুল: যা! হে ইচল, হাওপা ঐপু খামপিকনো। ঐকি মপুক অশে পোনপী মাকি খনপাতা খামপি মৈকুম চাকথোক্লে।

নুবাবী:- (নুংশিনা) হো ইপুং, নচল ঐকী ৱাশে পাযমা তিল্লাং খযোৎনা অমুক্ততি তাপিখোনে ইপুং ।

তাংখুল:- কৃ ওইপিপ্রা ইচল।

নুবাবী:- ইপুং, পোনপী মাশু মথংলেল কাযনা মৈনা চাক্তুনা চেক্লাকী ঙমচপা মবৌশিং পুথোক্তুনা পোনকী লাংলৌ থতৎলকা লমথুংফম খঙতনা মনীংতম্না পাইচখ্রপনিনে ইপুং।

তাংখুল:- ইচল, কৃকি ওইতাপা ঙাংপিপ্রনে'?

নুবাবী:- ইপুং, নচলনা হাইচাপা অসি অশেংপা ওইপিপনেকো ইপুং। ইপুংকি পাইমা ৱাখনতা চিংনা পবৈনপিকানো।

তাংখুল:- ইচল, হাওপা ঐতি পোম্পী মাকি খনপাতা থমোই অসি মৈপা হৌথোকখবে। অতুনা মৈতৈ তমতা কুমতানা লাংপন খুনু থেমপা শাতনা খাপা নিংথৌকি কোন্নুংতা চঙলকা পোম্পী মাপু ফাতানা পুবল্লকা হাওপা ঐকী পোন্তা নিংথিনা যোকথোক্কে। (শাউনা থোকখিবা)।

নুবাবী: (হাওবনা থোকখিবা মাযকৈদা ঙকচাননা যেংলগা মথন্দা মুকম মুকম শোন্দুনা লৈহৌবা) হাওবা অসিবু কনা ওইবিগবা। ঐগী শক্তম অসিদা চীংমী নুপা ওইনা খন্দুনা শবম নুবাবী ওইনা উখ্রমাল্লে। নুজা ঐনশু মাবু মাগী ৱাঙাং-শাঙাং অমদি ফিশেৎ অসিনা তশেংনমক্তি খঙদ্রে। অদুবু মাগী খোম্থোক অসিদি ঐগী ইবুংঙো নোংপোক শেল্লুং অপাম্বদি ওম্থোক্লমকশু মানখ্রেদকো। অসিগীশু মথক্তা মৈতৈ নিংথৌ খাবনা উফৈ থক্তা চেক্লা অনি কাইদোংমিন্নবম্ববু চেক্লা অমা ফাদনা যোকহৌই হায়কৃবদা চেক্লাগী খোংগুল লীকগনি হাযনা থমোই কায়না চৎখ্রিবসিনা অমুক্কা হেন্না চিংনহল্লেদকো।

ঐশু নুজা ওইবী লাইবক্লা, কনা খঙদা ঐগী শকক ওইজববা থংলেল মাবু শেৎন-খাইননা খাবা মবান যাযদা ৱাইথুংলুবদগী অঙাওবীগুম ঙাওশিন্নদুনা খাবা

মযুম চঙদনা থংলেল মাবু থিজবকপনি। ওন্থোক্লা চিংনাখ্রেদা (অসি হাযবগা নুঙাইতনা লৈহৌবা)।

(মতাং অসিদা খাবা নিংথৌগা, মনুতেকঙাগা ৱাবী শাদুনা থোক্লকপা)

খাবানিংথৌ:- কংলৈ নিংথৌ খাবা শোকচোম্বা ঐগী যামচেং ইবাইবক অসি ওন্থোক্লগু নোংদম থীখ্রেদকো লৈমা। পাইমা ঐগী খোযজঙনা তিল্লাং ঐনা খোইদানা খাবা যেত্তা তিন, যাংবা শাগৈ ওইনা ইমৌ ওইগে থৌবাঙদুনা, মৈদিংঙু ৱাংঙম চনু পান্থোইবী, পাম্বা কৈবেল তোংবী, খিক্লোয মাম্বন্থক্তা লাংগোই খুকপ থওববু লাংগোই খোঙ্গুল নাইদবী তম্ফাকোবও অবাংবীবু লুহোঙ খোংদোংলুববু মালং ফোঞ্জ ওই, খমগোল নোংলৈ ওইনা মাঙখ্রেদো।

লৈমা:- তমফা ইহুইবোল তুবি ঙাংযেক চনু, কোবও অৱাংবী, শোঙলেল অথাপ্পীগী তাঙজা খোঙ্গুল লীকুববু যোইবু মাব খোঙগুনবুথিকুবদি শোঙলেল অথাপ্পীবু যাংলৌ লম্বী কদোমদা চৎখিবনো খঙবিবক্লাববা ’

খাবা: মোম্মু তালোয ইকম্বী লৈমা ও, তমফা কোবও অৱাংবীগী খোগুলবু কোযনা চেন্দুনা থিকুবনি। অদুবু ইমোম মাগী খোঙগুন থিবা ফংলক্তবেনে।

লৈমা:- ইনিংথৌ ইবুংঙো কংলৈ নিংথৌ লৈপাক মপু ও, ননাইনা খঙজবা অমদি লৈজেদো।

খাবা:- কর্বিনিনা লৈমা, তম্মু তাশি ৱাবোন্দু।

লৈমা:- অতৈ নত্তে যোযমবেল। ইমোম ইহুইবোল তমফা চীংলাই ঙাম্বিদি নহাননোং থৌবাল তুবেল তোর্বান্দা, মশাবি অঙৌবা কাইনৌ চীংশোম্বগা অপাম নুংশি বাবীনহৌববু লোইযুম হংনেম্বী চানা উহৌই হানা নকুম্বী ঐঙোন্দা পাউদমখিবা লৈবিনে যোইমবেল।

খাবা:- (ঙক্লপ্পা) হি! অদু ওইববদি লযমা ও, তম্ফা চেংলৌ শক্কোয হেন্বিদি খাবা ঐগী পাযমা তিল্লাং থোইনা খোইদাবী ইমোম ইহুইবোল ইমৌনিদো। অদুনা খোইমোম মাবু চিংঙু লাইশক শেম খোইমোম লাইশক শাদুনা মোম্নুগী শল্লাং চোইনা কেম্বগা, চবৈ ফিমনগবু চিংঙুগী খুভম যানা ইবাৎ-থৌনিবসিদো লৈমা।
(মতাং অসিদা তাংখুল শাবনা সনা কোন্নুং যৌবক্তুনা কোন্নুংগী সনথোঙদা লেপ্লগা ঈশৈ ওইনা শক্তুনা থোঙ হাংদোকপিযু হাযবকপা)

তাংখুল:- (শিগপলোন্দা)

ইপাইবুংঙো,
হা...কংলা শীংকাপমক্তবু তম্বিবিবা
কংলৈ নিংথৌ, নঙবু লৈপাক মপুবেল,
ননাই হাওবা হুইতোক পাখংবা,
লাংবননিদি খুনুথেম্বা ঐহাক্লা,
নিংথৌ নঙগী সনা যোইকোন্নুংসিদা,
খোঙদোইজবক্লিদো লাইনিংথৌ।।১।।

হা...ইপা ইবুঙো,
পন্থৌগী কংলৈ সনা যোযশঙগাই,
শঙগাইনির্দি কোলোয নুংলাংপাল,
অতেং শঙখুৎশা নিংথিবা,
হেঙাই শঙনুংওন শঙলাংচান,
পেংগী লানচাইশঙ,
হুযেল লৈহংবী লৈহংবা ফানশঙ,
ফিমবোল অথৌববু কাইন হুম্বাশঙ,
মোন্ত্রি শিংলী পাফল শঙ,
থোঙজীন নাতৈ কাঙ,
চাবগী নাপৌ শৎপিযুনে য়োইমবেল।।২।।

খাবা:- (অঙকপা খোঞ্জেল অমাতাবগী মওংদা লৈমদা

ওন্সিল্লগা) হি' ওন্থোক্লা নুংশিখ্রবা খোঞ্জেল অমনা নিংথৌ ঐগী সনা যোইকোন্নুংগী সনথোঙবু হাংবিযু হাযনা লাউবক্লিরবসি তাববনে লযমা!

লৈমা: ইনিংথৌ ইবুংঙো ননাইশু তাজেনে লযমাবা

খাবা: তশ্বা মাগী মবোন্দি তাইবঙ মীনিনে। অদুবু খোঞ্জেল অসিদি খোইযুম লাইগুম শুমহযাই চোল্লনে।

লৈমা: অশেংবনি যোইমবেল, ননাই লৈমা ঐগী থমোইবুশু ইশুম শুমাজ•াখবেনে।

খাবা: লৈমা নঙ তক যাংনা খোঙদোই হুল্লু। খোইযুম লাইবা, নমু তাইবঙ মীবা খঙনবা সনা ঐগী যোইকোন্নুংগী খোঙলেল নাপৌ শত্তুনা মীৎযেং শানখৈক চৎলু।

লৈমা: ফগনি লৈপাক মপুবেল ননাইনা মাৎযেং শানখৈজকগে। (তফিং তাফং থোক্লক্তুনা যেংবা। তাংখুলগী শক তেক উবদা ঙক্লা যেংলগা তপ্পা হংলকপা)

হাওবা, নঙবু কংলৈ নিংথৌগী সনা যোই কোন্নুং অসিদা কাব হযানিংদুনা লাকপনো ?

তাং: এ, ইমা নঙকী কংলৈ সনা যোযকোন্নুং অসিতা লাকচাপাতি। হাওপা ঐকী থমোইনা খৈনা পামচাপা পোমপা অমাপু থিচাকে হাযতানা মৈতৈ তমতা কুমতানা লাকপতা, নিংথৌকী সনা যোইকোন্নুংতা ফচাপা (যাম্না নুংশিনা) চেক্লা অমা ফাতানা যোক্লি হাযপা তাপতকা হাওপা ঐঙোন্তা পিপিযো হাযনা নিচকে হাযতনা লাকপিপানে।

লৈমা: পাবি মদম মানবা হাওবা ও, ইমাদি চেক্লাগা ফিগৈ খঙবা ঙমদ্রে। শঙগাযনুংদা চঙদুনা ইনিংথৌদা হংগৎলুশি লাউ।

তাং: ফৈযে, ফৈযে চঙপিশে। (লৈমানা মাঙচিংদুনা চঙলকপা)

খাবা:- (হাওবগী মশক হেক উবদা অঙকপা অমদি নিংশিংনিংশিংনা খঙবা ঙমদবগী মীৎযেংদা মথন্তা শোনবা) "হি, চবৈ মাগী মফিজেৎ অসিনা লোইবী চাংমী

ওইনা উববশু, চিংঙু লাইগী মণ্ডল অমা লোযনবা হাওবা অসিবু কনা ওইবিগাবা"।

(ফোংনা হংলকপা) হাওবা নঙবু বাবি খুন্দগী লাকপনো ।

তং (খুক্ক খুদক কুন্থবগা খৎ ২ লোন্নদুনা শিগপলে'ল ওইনা শক্লগা)

ইপা ইবুংঙো পহৌগী মদম মাম্বন্ ইনিংথৌ ননাক ঐগী ইখুঙ্গংদি ভাপ্রুম খুলেম্নি (শীংকাপ হুন্দুর্গন)

হাকুমগা মেব থাজদুদা, থাজমাণী থানিন্দা

সনাগী ক্লাগোক মথম চংজবদু ননাই হাওবানিনে ইনিংথৌ।।

খাবা: (মেবা থাদা পাম্লেইবীশু মাঙখবনা, যাম্না নংনবা মাযেংদা যেংলগা) অর্দাদ হাওবা নঙনা কংলৈ নিংথৌ খাবা শোকচোম্বা ঐগী ইফমদগী কনি অপাম্বা লৈদনা লাকপনো তুক হাযযুদনা তাশি।

তাং: (খুক্ল কুন্থবম্নদগী হৌগৎলক্লগা) এ, কংলৈ নিংথৌ চপিও। ননাই হাওপা ঐনা কংলৈ নংকা সনাযোযকোন্নুং অসিতা লাকচাপাতি হাওপা ঐকা থমোইনা থৈনা পামচাপা পোম্নপি অমাপু থিচাবে হাযতনা মৈতৈ নঙকী তমতা কুমতানা লাকপতা, ইনিংথৌকা সন যোকোন্নুংতা যাম্না ফচপা চেক্লা অমা যাতনা যোক্লি হাযপা তাপতকি হাওপা ঐঙোন্তা পীপযো হাযনা নিচাকে হাযতানা লাকপিনানেনে ইনিংথৌ।

খাবা: (চিংননা) হাওবা নঙনা হাযববু খাবা ঐগী কোন্নুংসিদা ফজবা চেক্লা অমা ফাদনা যোক্লি। অদুবু নিগে হাযদনা লাকপান, অসিবা ?

তাং: উম, অতুনিনে ইনিংথৌ।

খাবা: হে হাওবা, ঐগী কোন্নুং অসিদদি লমগী চেক্লা অমত্তশু ফাদনা যোকপা লৈতেনে।

তাং: হাযপিকনো ইনিংথৌ ননাই হাওপানা যাম্না পামচাপানে।

খাবা: (যাম্না চিংননা তিন যোক্তুনা খঙ্গবগা মথন্দা শোম্বা) উম, মানা হাযবিবা অসি কনাগুম্না অমনা ইনশিল্লকপা শোযদনা ওইগনি। অদুনা অশেংবা অমা হাযদবা যাদ্রে) (তপ্না) হাওবা, নঙগী বাফম অদ এ যাম্না চিংনবেনে। নমু মিবৈহৎ তম্বা নুজা কনাগী মপাউদগীনো হাযযু তাগে শেংনা তম্মুদো।

তাং. ৮, শেংনা হার্যপিকে তাপিযু ইনিংথৌ।

খাবা: হাযযু, হাযযু।

তাং. হাওপা ঐনা লাংপন খুনুথেমপা ওইত্না কোযনা চক্তুনা পোনর্পি খোযতাপা চেক্লাগী নুংশিপা থিখবিঙ্তা, তিংঙিকুম্না লওর্নপি, খাবকুম মাপোং হাপ শাবম নবাপি অমনা লোইপি ঐকি ইপালও, খান্নে ঐকি ইবৌবেল চাংমায মতাযাপাপু হুবান্তানা যাম্বোকপিএ। অত তা হাওপা ঐকা মপুক অসি শামতানা তানা থম্বোকাপকে তৌপাতা মানা ঐপু কংইবমতা চৎপিকপা ওইপিপানো হাযতানা হংপাতা, লাংপনা খুনুথেমপা চৎলুপ নে হার্যপিপাত, অত ওইবর্পতি মৈতে নিংথৌকা সংগ কোন্নুংগা মথংলেল কাযনাবাপি চেক্লা অমা যাতানা পোল্লা যোকহৌই হাযপা তাপতা হবানাপ মাপু খাখোক্লুক। পোর্নাপি নিংকে লাকপানিনে ইনিংথৌ।

খাবা (বানী অসি তাবদা পাম্বোইবা ওইবমগদ্রা হাযবগা বাখন্দা চিংনানা হাযবকপা) অদদি হাওবা, নঙগী পাল্লৌব হবান্দনা যালহৌবা শবম নখাবা অদুদি মগম কদাইদ কে ঐবু অমুক্তা উনহনবা যাগদ্রা?

তাং এ, কৃকি যাবোইতাপ্সোনো ইনিংথৌ। হুবানাপ মাবুতে নোংপোক হাবম পাংপর্কি চখা চাংশাং পবেংত খুনতব শবম চীংতানে। লাকপিযো চৎপিশে।

খাবা. (যাম্না চৎনিংনা) চৎলে চৎলো চৎশি।

তাংখুল: ইপা নিংথৌ ক তৌপা ওইপ্রা অসিতা মৈতৈ মযাম

ফমপীপসে নুপীসু মযাম মযাম ফমপীপা
অসোমতসু যাম্না ফচপা অনিখকসু ফমপী তনা
নোক্তনা-নোক্তনা লৈপীপসে কৃ তৌপা
ওইপীপবা ইপা নিংথৌ।

মৈতৈ নিংথৌ: -নুংশদা পাবি মদম মানবা ইপানদি নংবু খঙঙোই উববোইদবা হাযদনা নীংই, অদুবু ইচানা খংঙে। ইপানা পাল্লম্লিবা পোইবৈ লমদম অসে চীংঙ্‌ উমংলাই হাযদনা অমা লৈ। অসিবু ইবাৎ থৌনিদনা খুনচাউগে-লৈচাউগে নুংঙাই যাইফজগে বাৎত পাদববু থৌনিগে হাযদনা হবাও-কুম্মৈ ওইবা লাইথৌ তৌহল্লিবনি।

তাংখুল. হো ইপা নিংথৌ নচাসু যাম্না হবাওপা ওইবে নুংঙাইপসু শাবে ইপা নিংথৌ। খুঙ্গং অসি নুঙাইবগনি।

মৈতৈ নিংথৌ: - পাবী ইপুংঙো নহাকনা হাযবগী মতুংইন্না খুনজাও লৈচাওবা ওইহৌগে চাকহোং ঙাহোংবসু ফংহৌগেকো ইবুংঙো। কুমজা কুমজা খুদিংগী ইপানা মফম অসিদা কাউবা লৈতনা ঙাইবমগে চহী লাংহৈ খুদিংদা ইপাগী নাক্তা লাকউকো।

তাংখুল: ইপা নিংথৌ নচা ঐসু লাংহৈ কুমচাপু কাউতনা ইপাকী যুমতা অসুম-অসুম লাকপা ওইকে ইপা নিংথৌ। (মথন্দা) এ, কনো অমাসু কাউথোকপিএ। এ, নিংশিংলে নিংশিংলে।

মৈতৈ নিংথৌ: কবি হাযনিংঙি হাওবা, হাযযু তাসি ইপাদা।

তাংখুল: এ, ইপা নিংথৌ, নঙখোযকী তমপাক্তা ইমা কৈথেল লাইবেম্বীনা তাইবঙকী ব্রাত্তনপা পোৎলম পুম্নমক যোল্লি হাযপা কৈথেল আতুপু কতাইতা ওইপিপ্রনে ?

মৈতৈ নিংথৌ: ফবে-ফবে পাবী মদম মানবা ইচানা কৈথেল লাইবেম্বী পলেম নমানা কাবিবা কৈথেলদো পাবী

নঙনা হংলিবদু ইপা তাক্কেদো। ইপাগী খুৎনা থিল্লিবা মাপা অসিদা উবিবা অসি কৈথেল লাইবেম্বীন। বাত্তা-পাদনা যোল্লিবা কৈথেলনে নবুক্লা পাম্বা খঞ্জকুবো চৎলু।

তাংখুল: ইপা নিংথৌ নচাসু খোংতোইচবকেকো ইপা নিংথৌ।

ঐনা ঙসি অসুম-অসুম লাকপসিনা মৈতৈকী কৈথেল যৌপা ওইবে। অসিতা থমপা ঙাংশং ঙাঙপা অসি কৃ ওইপ্রা হংপীপা ওইকে।

হো মৈতৈ ইমা, হো মৈতৈ ইমা, হো মৈতৈ ইমা।

কোনশবী. অঃ পাবী মদম মানবা নহাকপু কনানো নহাক্লা মৈতে ইমা, মৈতে ইমা হাযদনা খুলাম তোযনা তোযনা কৌববু ইমাদা কবি হাযনিংবগে পাবী মদম মানবা।

তাংখুল: এঃ মৈতৈ ইমা লাই মাপলনা কায হাযপা কৈথেলদো অসি ওইপিপ্রা।

কোনশবী: ঙাইখো-ঙাইখো পাবী মদম মানবা কৈথেল আসিবুদ ইমানা ফর্মলিবা মফম অসে লাই মাপলনা কায হাযবদো মফম অসিনি। অদুবু পাবী মদম মানবা নহাকপু চেংলৌ নশক যেংলুবগা নবাহৈ নপাউখোলদু তাবগা ইমাবু খংহৌদনা তৃ চুংই। পোইবৈ কৈদা লৈবনো লমদম কৈদগী লাকপনো ইমাদা যাব্রা নপাউ শেংনা পাউদম্মুগবা ইবুংঙো।

তাংখুল:- এঃ মৈতে ইমা ঐতি লোইপী চীংতকী লাকপীপনে নখোযকী মৈতে কৈথেলতা চৎপীকে হাযতনা লাকপীপনে।

**কোনশবীনা খনবা ব্রাখল:-**

(মথন্দা শোন্বা) ঙসি ঐহাক্কী ইনাক্তা লাকইবা তম্বা নিপা অসে মহাক্কী মশক অসি হেক উকুবদা মহাক্কী

মরাহৈ মপাউখোল হেক তাকুবদা ঐগী ইশাসি ইখঙ খঙহৌদনা তু-জুং-মানজুংই পোৎশি পোৎ-কাউই। মসি তম্বা নিপা অসিবু যেংঙু যেংঙুবগা ঐবু নহান নোংগী লাংলোন অমবু নীংশিংলকই। মসিবু কনা ওইবমগবা।

কোনশবী: হো ইবুংঙো হাও পাখং ইমাগী অসিদা লৈবিবসে নঙগী কবি অপাম্বা যাওই।

তাংখুল:- হো মৈতৈ ইমা ঐখোযগী ফনেক ফিপান্‌ত্রা হাপ্লপা হিগোক কুমলং হাযপতো যাওপিপা ওইপ্রা।

কোনশবী: হো ইবুংঙো পাখং ইমাদা যাওবি যাওবি।

তাংখুল: মৈতৈ ইমা কিতায ওইপ্রা।

কোনশবী. হো ইবুংঙো ইমানা পার্যাববা অসিনি। ইমাগী ইবুংঙো মসিগী লং আসদি ইমানা কুম অমা চংনা ইমাগী ফৈবাক অসিদা খুবাক অসিনা তাদনা তাদনা নাইবা লংনি। মসিগী লং অসিবু কুম অমা চঙনা নাই হাযবগী মাগী মামংবু হিগোক কুমলং উতি কুমলং হাযবা লংদো অসিনে।

তাংখুল হো মৈতৈ ইমা মতুকী লং অতো ঐঙোনতা পীপিপা ওইযো মমল কযা লৌপীকনি।

কোনশবী: ইমাগী ইবুংঙো হাও পাখং ইচানা পামই হাযববদি ইমাগী লং অসিদি মমল লৈতে ইচানা পীনিংবা মমল পিযু ইমানা যাম্মা-যামদে হাযবোয ইবুংঙো।

তাংখুল: ফৈযে মৈতৈ ইমা চক খুদোপসু যাওপিপা ওইপ্রা

কোনশবী: ইমাগী ইবুংঙো চক খুদোপসু যাওবি। সে সে ইচাগা শিবা যাব্রা যেংউ।

তাংখুল· হো মৈতৈ ইমা চপ চাপিপা ওইযে। মৈতৈ ইমা ঐকী মবন শেনচাসি যামপিতপা ওইযে। অসিখক লৌপিযু হাযপা যাপিপ্রা ইমাসু শাওগনো।

**কোনশবী বাখল:-**

(মথন্দ' শোম্বা) ঙসিগী হা ও অসে মহাক্কী অবেপ্পা অমগুং যাম্না খংনীংবা ওইখ্রে হেক্রুমক হংঙগে মহাক্কা পাবা পুবী অসি খঙদ্রবদি ঐ যাম্না নুংঙাইতবা ওইবে।

কোনশবী কদায কদায পাবী মদম মানবা হা ও পাখং ইমানা ঙাস পাবিবা হিগোক কুমলং অসে অসিগী মপান্দণা ইচানুপাদো যাম্না নুংঙাই যাইফবা শুকতা শোইদনা বাংত পাদনা পাল্লুবোকো নখোয অনি। ইচানা ঙসি পীবমলিবা শন অসিনা ইমাণা কোবী শেংগা ও চোনবা মযেং তাদবা ওইহৌগে অসিগী মপান্দগা ইমাণী লৈকাই খুঙ্গং অসিস বাংত পাদবা য ইফ নুংঙাইনা পানবা ওইহৌগেকো।

**কোনশবী শিগপলোন ওইনা হংবা:-**

ইমাণী ইবুংঙো, ইমাগী ইবুংঙো হা পাবী মদম মনবা নহাকপু ঙাইখোনে পাবা নঙগা চেংলৌ নশক উকবগা ইমাবু নহান নোংগী মপোক লাং ওন অমবু নীংশিংলকইনে ইমানা। পাবা ইবুংঙো ইমাদা নঙবু পোকপা পল্লৌগী কোলোয মমিং হাযবমখো, পাবা নঙবু পোকপী পলেম নমাগী মমিং তাক্লমখোনে। ইমাগী ইবুংঙো নুংশিবা নঙগী কোলোয নমিংনা কাব কৌবগে পোইবে লমদম কদাযবাইদা পানবনো পাবী, কোলোয নপাও শেংনা তম্মুগবা ইমাদা।

তাংখুল (মথন্দা শোম্বা) উমঃ ঐকা মশকসি খঙখিবা তাবে হাযপীবোই হাযপসু মৈতৈ ইমাসি উনপী মনুং হৌনা তিলাং মখোয শাওখিগনিকো কবম তৌসিবা।

তাংখুল মৈতৈ ইমা নচা ঐতি চীংতা পানপনে ইমানা হাযপিপসে হাওপা ঐপু কু হাযশিবাকো।

কোনশবী:- পাবী ইবুংঙো ইচাগী অশেংবা অমা ইমাদা হাযদ্রবদি চৎখিবা যাবোই নপাউ শেংনা তম্মু।

তাংখুল:- ফৈযে-ফৈযে ইমা।

**(শিগপলোন-ওইনা শক্লগা)**

ইমা ইবেন্মা....হা পলেম মানবী তাবিযোনে ইপা ইবুংঙো পন্থৌ নুংশিবনা পানবা লমদমদি পোইবৈ লমদম লমনুংশি/লমলেল ঙাপ্রুম খুল্লেল (হুন্দুং) হাযনা কৌই। ইপা ইবুংঙো পন্থৌগী কোলোয মমিংনা কুপত্রেং শেল্লুং অপান্বা হাযনা কৌইনে ইমা ও। ঐবু পোকপী পলেম ইমাগী মমিংনা পিবিৎনু-অহুন্থু মাইবেংথৌবা চনু হাযনা কৌইদে।নপাবী ঐগী কোলোয ইমিংনা তাংখুল হুইতোক পাখং হাযনা কৌই. .নে. .ইমা ও।

কোনশবী: অঃ নুংশিদা পাবী ইবুংঙো ইমানা নচান নোংগা বাবু খঙনিংদনা পাবী নঙোন্দা ইমানা পাউহংবনি। চহি কুমজা অমত্তা কাওদনা লাংহৈ কুমজাবু কুমকাউদনা ইমাগা ইচাগা উন্নাশি। ইমানা কৈথেলসিদা পাবী নঙনা লাকাত্রফাওবা ঙাইদুনা লৈবমগনি পাবী ইবুংঙো নঙ লাকউকো।

তাংখুল: মৈতৈ ইমা পলেম নুংশিপা নচাসু কাওপা লৈতনা লাকপিপা ওইকে নচাসু চৎপাপা ওইবকে।

(তাংখুলখোকখিবা। মতাং অসিদা নুবাবিশু থোক্লতুনা লও যানগনি)

নুবাবী: হো যাল্লো।

খুৎলং: হো যানসে।

নুবাবী:- ইপা লৌনি হো যাল্লো।

খুৎলং:- হো যানসে।

নুবাবী: ফৌবেন ফৌজাও লৌনি যাল্লো।

খুৎলং:- হো যানসে।

নুবাবী:- লোম্বা তেক্তা লৌনি যাল্লো।

খুৎলং:- হো যানসে।
(তাংখুল থোক্লক্কুনা লৌ যানবা অদু উবা।
মতাং অসিদা পাম যানগনু হায়না তাংখুন্না লাউবকপগী পুযাগীদু হাপচিল্লু)

অদুগা অমনা লাইগী লাইমাঙদা নুবাবানা লওতাবোল শক্লবগী মখাদা নুবাবানা ল ও যাল্লবা অসিদি (পান্থোইবী খোংগুনগী মতুং ইন্নদি লংমাই খুৎলং ৯ যাওখিবোই। মথন্দা শবম নুপী শাদুনা লোৎলিঙে মতমনি) তাংখুন্না নোংপোক-চিংখৈবোমদগী থোক্লক্কুনা নুবাবীগা ইশৈ ওইনা বাহং পাউতং তৌনগনি। অদুগা মফম অসিদা (চিংখৈ পাংবা) উশা মচা অমা যুংলগা লফোয লফাং চঙথোকপা অমা উশাদা যান্দুনা থল্লগা হোবেল খোই লোক্কনি।

**ইশৈ**

তাংখুল·- আ ..ইবেম্মা, হুইতোক পাখং ঐহাক্কী
পাযমা ইবুকপু হুর্বিবি, নূজা শকোযহেন্বী,
হে যোইবুনাই চাংলেল নাকপাক যাল্লিবী,
পামেলগী উশাথানা, হাউন্না নাবোল শৎপী,
যাংগেল তাউবা মক তুপ্পা,
যোৎযান খন্দৌনবীও, লোইর্বী খম্লাং ইপালও,
হেম্না ইপুলওবু লওতাঙাম্বী নঙবু কনানো ?॥১॥

নুবাবী. আ. ইবুংঙো পাখং লাংজেং মথোক্লকপাও,
তাংখুল হুইতোক পাখংবা নঙবু তাবিযু।
ঐদি তাংখুল শাবম নুবাবীনে।
নমু পোংনা তাম্বা নিগানা,
মোম্লু ইদোম লওতাএ,
থৌবৈ তেংবাংলাও,
তেৎনৌ ঙল্লুমবিবা-ও।
অঙৌবা খুন্দা যু, শীংখাঙ খনফৈ চযনমযু,
উমি তোনথুমযু, যুঙৌ পুঞ্জাউ ওম্বা,
লৈযু অথুম্ববু লৈযে থকমিন্নখিশে,

মোম্নু ঐদি অৰা শোনখে নিকএ,
খাল্লে লওকল্বীবাবোনে ইবুংঙো ॥২ ॥

তাংখুল:- আ...ইবেম্মা,
যোযবুনাই ও নুংশিবী নঙবু
তাংখুন শবম নুবাবীও।
ৰাযবম লমচীক লওকুম্বী,
শেল্লোই নাইতোম লওতাবীবী ইবেম্মা,
মোম্নু শীংলেল তাইজঙবী, ৰাংলৈ চোপ্পা যুকৌবীও;
ঐদি নঙবু কৈদৌবগী থৌবৈ তেংবাং লুশিবনো,
তেৎনা ঙল্লল্লোই, ইযুম তাংখুল হুইতোক ইপালও,
হেন্বা ইপুলও অসিগীদমকপু,
ইযুম শাবম তানা তাবগা,
ইযুম তাংখুল হুযতোক মনিন নাইবগা,
ৰাবা খুনথিনা, চেঙজা লান্নংনববু লৈবনে।
শযি লৈতানা তাউবা হুইবিন থৎর্নবিযে।
যোইবুনাই নঙবুদুম লাংবল কবোঙ খৎখুমগে।
লৈকাই পুজাকক লাংবল অওল্লুকুম্বাবু,
ললশিংলগেকো ঙশিদি ॥৩ ॥

নুবাবী:- আ...ইবুংঙো,
হুইতোক পাখং নঙবু তাবিযুনে।
পাখং নঙনা উনবী কজক হও, বাইবাশেংগমথোং,
লকাতেনমৈ লাক্লা লাবা কপলাক শেংশৌনা,
কাংগম যাদা চীক্লা চৈথাগে মক্তবু হাযবগী,
তাংখুল কলহৌনীকপবু,
ৰাংলেল মীৎকুপ মকমদং ঙাইখশ্বী যুগবা
আ...ইবুংঙো তাংখুল হুযতোক পাখংবা নঙবু তাবিযুনে,
নুবাঐশু বাইবং লমচীক লওকুমদে,
শেল্লোই মক্তবু তোপ্পা লওতাদেদো,
মোম্নু শীংলেল তাইজংদবীনি, ৰাংলৈ চোপ্পা যুকৌজদে।

মুৱানিংথৌ খুৎথাহয, হযবাঙ অনৌববু থানবিদে;
মোম্মু নুজা ওইবিনিনা, ইপনগী খাল্লে অওইবা,
পুজেং কাবা লও, লাংজেং খোনবা লও,
পান্‌ফুক পানফোয লও, শিংখা শিংথুমলও,
চইন নাফ'লও, মুল্লাং পোপতেক লও,
থাংযি অঙললও, অসিবু মোম্মু ইদোম লওতাবীনে।
যো`যাম খনতওনা, যোৎলৈ নোংথাঙ কুপ্পগুম,
চীংলেল নাকপাক হোৎ, পামেন উশা শম্মা,
মাল্লেম লযঙাঙ মপানফোয, তেংপাক খালোল তও,
মোম্মু খোযমা ইথোকলক, লাংজেং ইকাবকপী,
পম্মৌ পামাচাগী নমোম সানম ঙাইথিংতোনগুম্বী ঐবু,
ইন্নশিনযোম্মা, নাউবা খোযবীমা, মোম্মু চবৈ নাহোংমা,
থাক্লেল চাইজমা, খোল্লাং পিশিনমাগী,
নমোম শানম ঙাইথিংতোনগুম্বী ঐবু,
কবিগী লাংবল কবোঙ খুৎখুমগে হাইবনো।।৪।।

হেম্বা নতীক্লা, লোইবী নপানবদা তিমেল লুমথানা,
থাঙলেল লুমযান্নবা খুৎখুমলুও।
নমোম চৈবে ফিজ হোংলাতোনগুম্বী ঐবুদি লাইশেংবীও,
ইপাম তাংখুল শাবম চাবা খংনা পামেল উযোকথা,
যাংলৌ লমগা ফান্না, খোযমা নাকা থৎ,
লাইথাঙ হাওযোমশা, তিমেন ঙানোয চোংবা,
তাউবা কাঙদেন শুবা, চিংশাং পনগা লাউবা,
লাংবন খোইযুথকপা,
তাওমন শিংকুপ তোই, ঙাইবোং শিংকুপ শাবা,
খকঙ যুঙৈ শেম্বা, পুকযু খোম্নীং কোযবা,
কোবও লিতাংফানবা, শাবেল লৈতোয যাৎপা,
শংগাই মকোংজেং, শাকু বাল্লোং থনবা,
বাল্লোংনীংগোয ওৎপা, শিংউৎমিদম লও,
থুল্লাং মাযোন শৎনা, থাংজি মিতম তংবা।

হাওদৈ যুমেৎপা, হেন্বা থেম্বুঙ ফমবা,
ইদু শাবম হাওপাখং নমান্নববু লৈবনে,
লাংবন অওল্লুকুন্নবু ললশিংলুও।।৫।।

নদোম্যা লান্দাবা ঙম্লোই হাযববদি,
লৈবুং কোইজাবাউবা লমচৎনা,
খোযমা লিল্লা নাথেৎও, তাঙজা লমফান্না,
মংশক খুৎখুম তাল্লুও।।৬।।

তাংখুল: আ. .ইবেম্মা,
যোযবুনাই শাবম নুবাবীও,
নঙবুদুম হযেল এঙ্গী ইবাননে,
শাবন নাউদ লৈহেক্লা, লেবাংতোন্দা থেক্লগে।
যেল্লাঙ খুদাপ চেন্নাথনা, কাংগম নোংদং লেংলগেদো।।৭।।

পাখং এঙ্গী ডনগোইনুং অশাউ খাম্বা মৈপোক খোল্লে,
লীবী থমোইতিং লকা তেনমেলক্লা,
কাংগম যাদা চাক্লা চৈবীবগেদো,
হাওবা ঙানকোক শোনশুম,
লূবক কাংদৈ থীবগেদো।।৮।।

(তাংখুল্ল অশাউবনা হেঞ্জিল্লক্লবদা নুবাবীনা অশেংবা তাক্লক্লগনি)

নবাবী: আ...ইবুংঙো,
তাংখুল হুযতোক পাখংবা নঙবু তাবিযুনে,
যোযবু মোম্লু ঐদ, তাংখুল শাবম নুবাবীবু নত্তেনে।
যোইবু খাবী ইপাউশা, তম্ফা ইপাউ তোযগীবু,
তাংখুন শাবম নুবাবীবু ওইনা শানওনজবনে।
তম্ফা থাঙলেল হাইকুপ চেম্বী,
কজেং নীংথওকম্বীনিনে ইবুংঙো।।৮।।

তাংখুল:- আ...ইবেম্মা,
তম্ফা নঙবু মৈদিংঙু চনু ৱাংঙম্লোলও,
পাখং ঐশু তাংখুল হুয়তোক পাখংবু নত্তেনে।

অঙৌবা লংমাইনিংথৌ, শেল্লোই চীংখোঙ লাকপনিনে।
তম্ফা হৈনা নতুংইন্না, মাব নঙগী খোঙগুল লীবকপদা,
তাংখুল হুযতোক পাখংববু শাবকপনিদো।।৯।।

নুবাবা: আ...ইবুংঙো,
অঙৌবা কোবও খোঙজোম্বা নঙবু তাবিযু।
নুবা ঐদি তাংখুল শাবম পাখংববা খাজিক্লুবেদো।
লোইবী কজক হওনা, হেম্বা নুংযেংচেংববু শোংগীজৈদো।

মতাং অসিদা খঙহৌদবা যাদবা অমনা তাংখুলগা নুবাবীগীনা লওযানখিবাশিগী মবমদানি মদুদি নোংপোক পান্থোইবী অনীনা ঙাঙনখিবা মফমদি কুমদম লওদা নত্তে। 'চখাচাং' হাযনশু খঙনবা 'শবমচীং'দনি। অদুগা মফমসিদাদি কৌশ হুনখিদে। অদুবু হৌজিক উমংলাই হবাউবগী লওযাল্লোন্দা নোংপোকনিংথৌনা কুমদমলওদা লাইবেম্বা ৭কা লোযননা, লাইবেম্বীশিংনা যোৎপাক পাযনগা, নোংপোকনিংথৌনা নোংশাগা, কৈগবু পোৎপু ফাবগা শম্পোৎ খোইদুনা ফাইবেন থাগী চেনি পান্বদা লও তাখিবগী মওং শান্নবদা তাংখুল নুবাবা যাওবিবসিদি নুঙাইনবা কৌমৈ ওইনা হাপখিবনি। অদুবু থৌওং অসি হৌজিক্তি তোকপা যাবা পোৎ নত্রবনিনা লাইবল্লেলগা মবী লৈননা মপুং ফাহনবা তাই। অদুবু হৌজিকমক্তা ওইনা শক্তম লাংলিবশিংনা লাইগা মবী লৈনদবা ইশৈ কযা হাপচিল্লিবা অসিদি লাইদা লংনবনি যাম্নমক তৌহৈদবা মতৌনি।

(তাংখুলনা তমদগী হল্লক্কনি অমসুং নুবাবীনা লৌযান্দনা লৈগনি তাংখুলনা হাযবিবদু তাশিন্নদনা লৌ যান্দনা লৈগনি) ঐকী মবৌ যানকনুহৈ।

তাংখুল:- ও,কিনা কিনানো।

নুবাবী:- (খুৎলংদা ওনশিল্লগা) ইতাখোয,

পাঙাঙ ঙাঙপা হাও পাখংসি কনানো খঙতে খাল্লে ঙমথুং থেঙকানি লও যানপিশে।

নুবাবী: হো যাল্লো।

খুৎলং: হো যানসে।

নুবাবী:- ফদিগোম পাখোন লৌনি যাল্লে'।

খুৎলং: হো যানসে।

নুবাবী: খোংদুম ম'ইবেন লৌনি যাল্লোহে।

খুৎলং: হো যানসে।

নুবাবী: পানফুক পানফোই লৌনি যাল্লোহে।

খুৎলং: হো যানসে।

নুবাবী: সীংখা সী'থুম লৌনি যাল্লোহে।

খুৎলং: হো যানসে।

(তাংখুল শাওদুনা খোক্লপ')

ওঃ ইচল।

ওঃ শবম নুবাবী।

নুবাবী:- ওঃ ইপুং, কু ওইপ্রা। মৈতৈ তমতা কুমতানা লাংপন খুনুথেম্পা ওইতনা মথংলেল কাযনবপী চেক্লাকী খোঙকুল লীপিকপাপু পোম্পী শক্তম উবকপ্রানো ইপুং?

তাংখুল:- (শাউনা) যা! ইচল নঙতি হাওপা ঐঙোন্তা ফাক শাপিপাতি কুকি ওইপ্রানে? নিংথৌকোন্তা কৃশু লৈতাপা চেক্লাপু কৃকি লৈযে লৈযে হাযচিনপিপ্রানে। ওইতাপা ঙাংপিপাতি ঐকী তা অসিনা নপুক অতুতা থিনথোকলোবা?

নুবাবী:- হো ইপুং, নচল ঐপু শাউপিকানোনে। নচল ঐকী ফিকৈপু ইপুংনা নাপ্লা শেন্তানাপানা অচেন খোঙলৈ যাঙনা খোঙতোযখিপানা নিংথৌকোন্তা ফাতুনা থমলমপা চেক্লাতি অহাঙপা অতিযাতা মনিং তম্লা পাইখ্রপনে হাযপাপু ইপুংনা তাপিখিতাপানেনে ইপুং।

তাংখুল: (ৱাখল খন্থবগা) এ, অতুতি ইচল, নপুং ঐনা চনিংলৈখে তাতাপাকী নাপা শেন্তানপনা ঐনা ৱাচাপা ওইবেকো!

তাংখুল: হো, ইচল নপুং ঐতি লমপা লমশাং লাকপীপতা যাম্না বাথোর্কাপখবে ঐকী মপুকসে যাম্না লামপা ওইখ্রে। চযোম যাওপিপবা খবা খচিক্তং নিপিকেনা ইচল।

নুবাবী:- হো ইপুং, নচল ঐনা ঙশাই অযুক্কী যেন্তা অঙনপতা খালে ঐকী ইবৌচা অসিপু লোইর্পা পামযানপাতা কোবও মৈশানা কল্লক্পাতা অবা পোথানপাকীতামক চাযোম যুখোম পুপিবকএ। ইপুংকা অবামপা কোক্লাপা চাপিও।

(নুবাবীনা চযোম অদু তাংখুন্দা পীগনি। তাংখুন্না চযোম অদু থোক্লগা যাম্না লাম্না চাগনি)

তাংখুল. ওঃ ইচল চযোমসি চাপিপতা ঐকী মথপাকসে যাম্না যাম্না ফুনপীখবে যুখোম যাওবর্পাতি খবা খচিক থকপীপা ওইসে।

নুবাবী: ওঃ ইপুং, নচলনা নুংশিনা পিচপনে, ইপুংকী মপুকপু যাম্না থন্তনা পেনর্পিযো। যুখোম অহাওপাসু যাওবি থকপিযো।

**নুরাবী যুখোম লানবা-**

অঙৌর্বাদ খুন্দা যু, শীংখাঙ খনফৈ চযনম যু উমিতোন্থুমযু, যুঙৌ পুঞ্জাউ ওম্বা, লৈযু অথুম্বনি থকউশে।

যাংথো-যাংথো
জাংথো-জাংথো
যাংথো-যাংথো।

(নুবাবীনা যুখোম ২ খুৎনাম্ম-নাম্মনা পাযবগা তাংখুন্দা পীদি পীদনা লংনদুনা জগোই শাদুনা লৈগনি। তাংখুন্না যুখোম যেৎন পাযবদু মুন্দুনা থকখ্রে ময়ু ঙাওখ্রে খুলং তবেৎতা তানা থিনকে তেন্না কাপকে হাযদনা কোযতান তান্নদুনা তাগী মতোন্না নুবাবীগী হকচাং থোঙগী মপাদা থিনবগী মওং তৌগনি। মতাং অসিদা নুবাবীনা চেন্ন-চেন্না যু থক্কনি। মতেক অসিগী নুংগী ওইবা বাখল্লোন্দি যুখোম ২ অসিনা লাই অনী হাযবাদ নোংপোক পান্থোইবীগী থৌৱাযগী কোন্দা লৈবিবা তাইবঙ থৌবায ওইবা মহীনি। অদুগা তানা থিল্লিবনা তাইবঙ পোক্লগা খুঞ্জাও-লৈচাউহন্নবা মৰু-হুল্লিবনি। অদুনা মতাং অসিদা থক্লিবা যু অসিদি হাওদৈ অযাকপা (কালৈ) হাযবদু নত্তে। অদুগা তাংখুন্না পার্যবিবা তা অসিগী নুংগী ওইবা মশক্তি লাইনিংথৌগী ফিনুংগী মশক্লি।

নুবাবী লৌ যান্না যান্না চেন-চোংদুনা লৌ যাল্ল। তাংখুল খুলং তবেৎমক তানখাযবে পাচুবে।

নুবাবী:- হো ইপা মৈতৈ নিংথৌ
হো ইপা মৈতৈ নিংথৌ
হো ইপা মৈতৈ নিংথৌ
তাংখুল কোকচাউপা নাবাউপা অমা লাকপীতনা তানা থিনকে তেন্না কাপকে হাযতনা নীংঙোল ওইপী ঐখোযপু তাম্থোকপীবে। হো ইপা মৈতৈ নিংথৌনা অমুক্তা কর্নাপিযো।

মৈতৈ নিংথৌ:- অঃ কনা ওইবিগবা ইপা মৈতৈ নিংথৌ ইপা মৈতৈ

নিংথৌ হাযনা যাবা খোঞ্জেল ৱাংনা কৌখিববু কনানো।
কদায কদায ইমোমগী মদম মানবী নখোযবা ইপা মৈতৈ নিংথৌ ইপা মৈতৈ নিংথৌ হাযদনা কৌববু কবি তৌববগে ইপাদা যাবা নপাউ শেংনা চীঙ্গোইযো।

নুবাবী:- হো ইপা মৈতৈ নিংথৌ, নমোম ওইপী ঐখোয তবেৎনা পাম যাল্লিঙৈতো কিতাযতকিনো খঙতে তমপা ওইপা অমা লাকলকা মাকী মবৌচানি লৌ যানকনো হাযতনা নমোম ওইপী ঐখোযপু তেন্না কাপকে তানা থিনপীকে হাযতুনা কোযতান তানপীপা ওইবে ইপা মৈতৈ নিংথৌনা অমুক্তা বাযেনপিযো।

মৈতৈ নিংথৌ: কদায-কদায ইমোমগী মদম মানবী ইমোম নখোযনা লৌ যাল্লিঙৈদ' শকখ৬দবা নিপা অমা লাক্লগা লৌ যানবা যাবোই হাযদনা কোইতান তানবিবে অসিবা।

নুবাবী:- হো ইপা মৈতৈ নিংথৌ অতু ওইপনে অতু ওইপনে ইপা অমুক্তা বাযেনপীযো ইপা।

মৈতৈ নিংথৌ:- কদায ইমোম্না হাযবিবা তম্বা নিপা অদুদি কৈদা লৈবগে হা ?

নুবাবী: ইপা মৈতৈ নিংথৌ আ... তৃ লেপ্পুনা লৌবপসে অসিন ইপা মৈতৈ নিংথৌ। (খুদোম্বী থিন্দুনা তাকপা)

মৈতৈ নিংথৌ: উমঃ কদায-কদায পাবী মদম মানবা তম্বা ওইবা নহাকপু ইপাগী ইনাক্তা চঙশিল্লকউ ইপানা যাবা চীংগোয-পাউহংগে।

তাংখুল:- এ, কৃ হাযপিপ্রা ইপা ?

মৈতৈ নিংথৌ:- শে শে পাবী মদম মানবা, নহাক্না ইমোমগী মদম মানবী তবেৎ অসিনা মপাগী মপুগী লৌ যানজববু

তম্বা ওইবা নহাক্না যানবা যাবোই যানগনু হাযদনা তানা থিনগে তেন্না কাপকে হাযদনা তাল্লি। হাযবদি কবিগীনো হা'

তাংখুল: ইপা মৈতৈ নিংথৌ নুবাপীশিংসে মচিল ওইতপা ঙাওপিপনে ঐকী ইপাকী ইপুকী লৌনে। মখোযকী মপাকী লৌ নৎপীতে যানকনো হাযপনে মখোযনা পংযান-যানপা শাপনে। ঐকী লমপু মখোযনা যানপতি ঐনা যাতে। ইপানা ফচনা অচম্পতা বাযেনপীযো।

নুবাবী:- হো ইপা মৈতৈ নিংথৌ তাংখুল কোকচাউপা নাবাউপা অসে মাকি মাচল অসে থিপিপা শাপনে ওইতপা ঙাওপীপনে। মাকি মপাকি মপুকি লৌ নত্তে। ঐখোযকী ইপাকী-ইপুকী মবৌচা অশেংপনে তাংখুলকী মীচঙ-শাপিকনো অচুমপা যেংতানা শেংনা বাযেনপীযো ইপানা। (মৈতৈ নিংথৌ খুম্বম খওদনা লৈগনি)

তাংখুল: ইপা মৈতৈ নিংথৌ নুবাপীকী মীচং শাপীকনো ঐকী ইপানা ইপুনা থমপিবমপা মবৌনে। থাযন উক্রোং হোংঙৈতা ইচাতি মথম্তা পোকপনি হাযতানা উবোং খিনতনা থমপীপা লৌনে। নোংমাই নুবাপীনা মচিনা থিপিপা শাপনে চুম্না ব্রাযেনপীযো ইপা।

নুবাবী: হে ইপা মৈতৈ নিংথৌ তাংখুলকী মব্রা তাপিকনো নীংঙোল ওইপী ঐখোযকীসু থাযনা ইপানা উক্রোং হোংঙৈতা নীংঙোল ইদোম শাৎপীনি হাযতনা ইমোমকী অউল লৌ ওইকনি হাযতনা উবোং খিনতুনা থমপিপনে। নীংঙোল ঐকী লৌচানে যাপীবোযযে ঐনা।

(মৈতৈ নিংথৌ ব্রাখল থোকলক্লে)

মৈতৈ নিংথৌ:- ঙাইখো-ঙাইখো পাবী মদম মানবা ইমোমগী মদম

মানবী নখোযসে ইপা যাব্রা অমা চীংঙ্গাযগে নখোয অনিমক যাগদ্রা'

(অনিমক চপমান্ননা) ইপানিংথৌগী যাথংবু যাপিপা ওইচাবে।।

মৈতৈ নিংথৌ: -নখোয অনিগী লৌ অসে তাংখুলগীসু উবোং খিল্লি হাযবে ইমোম নঙগীসু উবোং খিল্লি হাযবে নখোয অনিগী উবোং খিল্লিবসে ইপা অমুক্তা যেংখিগে। কদায ইমোমগী মদম মানবী উনবী মনুং হৌগনু তিলাং নখোয শাওগনু ইপানা ফজনা ব্রাযেনগনি নীংঙোলবু পোকপা পন্থৌগী কোলোয তাকউ। ইমোম নঙগী কোলোয মিংলেন্না কবি কৌই ইপাদা হাযযু।

নুবাবী: - ইপা মৈতৈ নিংথৌ নমোম ওইপী ঐপু পোকপা পন্থৌতি তুপী লাইবেল তৌউবোইনাই হাযনা কৌই। নীংঙোলপু পোকপী পলেমকী মিংলেন্না খুনুং লাংবাকোই চনু তম্ফা লাইনামুংবি কৌই। নমোম ঐতি তুবি চীংলাই লৈমা লাইবেল কজেং ঙাম্বা চনু কৌইদো ইনিংথৌ।

মৈতৈ নিংথৌ: ফবে ইমোমগী মদম মানবী ইপানা ব্রাখলগী লংজিল কিশি কোক্লে। নীংঙোলগীদমক্তা উবোং খিল্লম্মী হাযবদো ইপা যেংগে লৈপাক তৌথোকউ।

(নুবাবীনা তৌথোকউ)

নুবাবী: - ইপা মৈতৈ নিংথৌ মফম অসিনি খবা খুৎতক তৌপা ককই চীংচুম থোক্লিপসে। ইবোইকী মচী তবেৎ পুখম শেনচা তবেৎ ফুমতনা থমলিপা অসিনে ইপা মৈতৈ নিংথৌ যেংপীযো।

মৈতৈ নিংথৌ: -ইমোমগী মদম মানবী নহাক্কী অসিদি যাম্না ফজবে নঙনা হাযবিবা পোৎ পুন্নমক অমত্তা ব্রাত্তনা লৈবে। অদুনা ইপানা যাবে। অদুদি তম্বা ওইবা অসিগী ব্রা

অমুক হংখিগে।

কদায-কদায পাবী মদম মানবা হাও পাখং ইমোম অসিগী ৱাদি চুমলে মপা-মপুগী লৌনি হাযবদো যাবে ইপানা। নহাকসু উনবী ননুং হৌগনু তিলাং নখোয শাওগনু ইপানা চুম্না ৱাযেনগনি। নঙবু পোকপা পল্ত্নৌগী মিংলেন তাকউ। পলেম নমাগী মিংলেন হাযযু ইপাদা। পাবী নঙগী কোলোই নমিংনা কবি কৌই হাযযু। পোইবৈ লমদম কৈদা পানবনো ইপাদা শেংনা তাকউ ইবুংঙো।

**তাংখুলনা ইশৈ ওইনা শক্লুনা খুম্বা:-**

ইপা ইবুংঙো মৈতৈ নিংথৌ তাবিযুনে, ঐবু পোকপা ইপা-ইমানা পানবা লমদমদি পোইবৈ লমদম হুনতং হাযবদুদা পানবনিদো। ইপাগী কোলোই মমিংনা কুপত্রেং শেল্লুং অপাম্বা কৌই। পলেম ইমাগী কোলোই মমিংনা খাকপা নিংথৌ চনু হাযনা কৌইদো। নপাবী ঐহাক্কী কোলোই ইমিংদি তাংখুল হুইতোক পাখংবা হাযনা কৌইনে ইপা ইবুংঙো।

মৈতৈ নিংথৌ:- (পুক্লীং নুংঙাইবা মওংদা।)

নুংশিদা পাবী মদম মানবা নৱাহৈ-নপা ওখোল তাবদা ইপানা খঙহৌদনা তুখোঙ লৈনা কাঙঙিদা। ফবে হৌজিক্তি নুবাবীগী অসিদি উবোং লৈবমলে ইচাগীসু ইপানা যেংগে লৈপাক তৌথোকউ।

তাংখুল:- ইপা মৈতৈ নিংথৌ যেংপিযো অতোংপা লৈপুং অসিতা শনতংকী মচী তবেৎ পুখম-শেনচা তবেৎ শেমপুঙ তবেৎকা ফুমপিপসে ইপানা ইমানা ঐকীতমক থমপীপনে উবোং খিনপীপনে যেংপীযো ইপা। (লৈপাক তৌথোক্লুনা যেংহনবা)

মৈতৈ নিংথৌ: নহান নোংদা শেমখিবা খুৎশেমবু ঐগী মাংদা

লেপ্পরেনে। (মথন্দা খম্বা)
পারী মদম মানবা নহাকসু ইমোম মদম মানবী নহাকসু উনবী ননুং হৌনরগনু তিলাংগী নখোয়বু খোয়শাওনবগনু তিলাং খয়োৎননা পাইমা খোয়দানরোগবা নখোয় অনিসে কোরী শেঙ্গাউ অমত্তদা পুল্লগা লৈমিন্নৌ হায়ববু করি খল্লি?

তাংখুল:- ইপা মৈতৈ নিংথৌ ঐতি য়াপিপা ওইরে।

নুরাবী:- ইপা মৈতৈ নিংথৌ তাংখুল কোকচাওপা নারাওর্পসিনা য়াপিপা ওইরপসু নীংঙোল ওইপী ঐতি য়াপিপসু ঙমলোইয়ে।

মৈতৈ নিংথৌ:- ইমোমগী মদম মানবী নোংমাই নুবাবী ইপানা হায়বসি য়াদবা তৌগনু।

নুবাবী: - ইপা মৈতৈ লমপু তাংখুলকী মীচং শাকনো। ঐতি শুকয়া-যাপীরোইয়ে। অতুকা ইপা মীতৈ লমপু মখোয়সে মপুক য়াম্না ফত্তবা শাইযে। মাকি পামতা শেবোৎ থাপসু ঐকী পামতা মবী চৎশিল্লক্কা পাল্লে। নীংঙোল ঐকী পামতা খোংদুম থাপসু মাকী পামলোমতা চৎতনা পঙপানতা পানপা ওইখি। মানা হেক্কনা হেক্কনা লোইনা চাবিখিয়ে তাংখুল কোকচাউপা অসিনা।

মৈতৈ নিংথৌ: ঙাইখো-ঙাইখো ইমোম মদম মানবী নখোয় অনি অসে পামলৌসু থংনরে শেবোৎ, মাইরেন, খোংদুম থাবসু মরী লোনশন্ননা পানবা ওইরে। নখোয় অনিদি অমত্তা ওইনা পানমিন্নরো হাযববু কবি হায়বগেনে?

(অনিমক চাপমান্না) ইপানিংথৌকী য়াথংপু যাপিপা ওইচবে।

মৈতৈ নিংথৌ:- অদুদি ঙসি কৌবা নুমিৎ শীমবুং যাইফবা অসিদা ইপানা লৈরমলিবা কৈবোই লৈকাই খুঙ্গং অসিদা পাবী ইবুংঙো ইবেম্মা নঙখোয় অনীনা নমু পোং অপঙবশিংসিবু নাওয়োকউরোকো।

লেংঙি-পাল্লিবা থৱায খুদিং, নমু তাইবঙপানবা খুদিংবু নপাবী-নমোম শক্লা নাউযোক্লুনা অযুক ঙন্না কোম্থা নুমিদাং ঙন্না কোনশিন্দুনা কাউবেন শন কোন্দেবগুম থবায-মীবেল হামচৎ হামফোইনদনবা থৌজাম্বিবল্লগা চিংঙু নখোযগী নকাইফম লংমাইচিংদা পাম্বিকুবোকো। ৱাৎতবা-পাদবা, নুংঙাইবা-যাইফবা, কাউবেন শনগোল থনবা, তযুম নাইকোল থম্বা, তবেৎ শেনগাউ চোনবা, মীকপ-মীবাউখোল তাদবা, থানফম মৈখু খুদবা, নমু পুন্সি নুংশাংববু তযুম যুম্বুম অমা চীৎথদনা যেল্লুবোকো। নপাবী-নমোমশিংগী তবা পীবুক থন্ননবা কৈবী-কৈবেন থন্ননবা লোইমোম ফৌ থাকবে।

তাংখুলগী (শিগপলোন)

ইপা ইবুংঙো...হা পোইবৈ নিংথৌনিদিকো যোইমবেল। নচানা ইপল পম্থৌগী যাৱা কোলোই অহকপবু কোবৌগী নোংদা কাফদেদো হা...মালেমগী লৈমায থক্তসু তাফবোই তাইবঙ নপাবী ওইবা ঐনা তাইবঙ অমত্তা ৱাৎতনা নমু পোং ওইবা পুন্নমকসু থৌদিক থৌদানা নাওযোকচকুগে। ইপা ইবুংঙো পম্থৌগী যাৱা কোলোয অহকপবু নপাবী ঐহাক্লা চবৈ ফিগাওশানা যাজবগেকো লৈমাবা।

মৈতৈ নিংথৌ:-ইমোম ইবেম্মা কমদৌই নহাক্তি।

নুরাবীগী (শিগপলোন)

ইপা ইবুংঙো হা কংলৈ পুংগীদি যোযমবেল, ইপলগী কোলোযনিদি অহকপা যাথং পম্থৌগী অথুম্বা অসিবু নমোম ওইবী ঐহাক্লা চবৈ থুপকিননা শমু ইনমগন্দা পোবদনা নমু যুমথোঙ অমত্তা ৱাৎতনা পাবি নাউযোক্লা-ইমোম নাউকোঞ্জকুগেনে যোইমবেল।

(অসিদগী তাংখুল-নুবাবী অনীনা খৎনবকপদগী অশেংবা ফিগৈ খংনবক্তুনা তেথনবক্লবদা ঙশাইমখৈ

চিংনদুনা লৈবল্লিবা নিংথৌ লযমা অনিনা লাই অনিদা খুকুমদুনা হাযজবকপা)।

মৈতৈ লৈমা:- (মনু তেকঙা)

"হে ইমোম ইহুবোল, তম্ফা তুবি চীংলাইলৈমা লাইবেন কজেং ঙাম্বা চনুও। খাবা ইবানযায, যাংবা ইশাইকোন্দা পুঙবু হাবেপ মযগুম ঙাল্লিবিও; খাল্লে লৌকুম ইনগুম মিবেল খাথালাক্লা খান্নগে হাযনা হোযথিববু ননুচিংঙু লাইবকথাবী, যামজেং কশা চাউর্বি শবা তুবৈ শোযর্বাব ইশুং লাংগী পৌবা ইনখোঙলিগুম শোযনবে। লৈবাই খোইবী তৎকুম তৎনববগী নদাইবেম খাবা ইবান যাযদি খমখু মযেংতা, কাংখা তিংথৌ হও, শুমায নাউথা চোৎলক্লেদো। অদুনা যোইবু ব্রাংগোল লাইকবা অতেংবী নঙগী চবৈ নাযনফি মাল্লৌ নকানপ অমম্ববু থাম্ববমমো। খুগা যাংশমজেৎনা তোনান নোংগী শল্লাং চোইনা কেলহৌববু হন্নু ইযাই কাববি ঐনা তাংজলুদা থোং, চবৈ ফিনা যোম্না নোং হামজবিযে। তম্ফা কোনখৈ অতার্মাব নাঙনা নশাব অঙৌবা কাইনৌ চাংশোম্বগা ঙাইবোইননা খাবা ইবানযাধদা অমুক্তুদি লেঙশিনাববম্মুকো"।

মৈতৈ নিংথৌ: হে খোইযুম লাইযিংথৌ, অঙৌবা কোবও খোঙজোম্বাও, তম্ফা নশানৌ তুবি চাংলাইলৈমাগা চিংঙু খোইমোম নবিংঙানা, নমান ইথং, ইকম ২মক্লী লঙজ বাবৈচেম্ববু নুথী ব্রাবৈচনবিগনো। নদাইবেম খাবা লাংতক্লা যাংবা লাংফেন্না খোইমোম তুংইন তাম্বা নোংগী লৌশং ফৎমাংনববু বাওইবিগনো। নপনগী কংলৈ পুংমযোন আসবু পোইবৈ পুংখাঙনিক্তা বাংঙম তেৎনৌ চিদাই নাইদবা পুন্সি চাবি কুই-বাংঙম খোঙদোনশাংনা পাম্ববু লনগুবিবমমো।। (অসিনা পুযাগী লোন্দানি। মখাদা অনৌবা লোন্দা হন্দোকচগে)

লৈমা: হে ইবেম্মা চীংলাই লৈমা পাম্বোইবী, নঙবু খাবা শাগৈগী

ঙাকপি-শেম্বিবা লাইবেম্নী ওইবিযু হাযনা কন্না থৌবাঙজকববু নপন পঙ্খৌ খাবা শোচোম্ববু শিবে হাযনা লৌনম তৌকুবদগী খোইমোম নঙনা শাউখিদুনা খাবা শাগৈ ঐখোযবু ছন্দোকপিবম্বদগী অৱা-অনা ওইদুনা পুক্কৈ-ললগৈ পুম্নমকপু মযেং তাশ্রবনা অৱাবদগী কনবা ঙমগদ্রা হাযদুনা, ইবেম্মগী শন্নাং অকেম্বগা, শেৎন-ইন্নবম্বগী ফিমন অমম্বগনা ইবেম্মগী শক্তম শাবগা লাৎচবিবা অসিবু মীৎযেং তাবিদুনা নশাবি ইবুংঙো চীংশোম্বগা লোযনবা লেংশিম্বিবম্মুকো।

খাবা:- হে ইবুংঙো নোংপোক শেল্লুং অপাম্বা ও, নশানৌ ইবেম্মা খোইমোম পাম্বোইবীগা অনিনা ননাই ঐখোযনা লাঞ্জখিবা পুম্ববু পুকখা লিনখা থাবিগন্‌। ইবংঙো ইবেম্মাবু ঐখোযনা খঙদবদগী কোইতান তানখিবদ্ অপঙবা মীওইপোক ওইবদগীনি। অদনা ননাই ঐগী লৈবাকপু অবা-অনাদগী কনবিবম্মুনে ইবুংঙো। (অসি হাযনা লাই অনিদা চপ মান্না লৈমা নিংথৌ অনিনা খুকুল্লগা চঙখিগনি) অসিদগীদি মৈতৈ নিংথৌ লযম অনিনা নোংপোক পাম্বোইবীবু খুকুল্লল্লগা চঙখিগনি। অদুগা লংমাই খুৎলংশিংনা তাংখুনগা লোযননা লও যাল্লগনি।

নুবাবী: তবা লওনি যাল্লোহে।

খুৎলং:- হো যানসে।

নুবাবী: ফদিগোম লৌনি যাল্লোহে।

খুৎলং:- হো যানসে।

নুবাবী:- পাখোল লৌনি যাল্লোহে।

খুৎলং: হো যানসে।

নুবাবী:- শৌগ্রী লৌনি যাল্লোহে।

খুৎলং:- হো যানসে।

নুবাবী:- মযাংবা লৌনিদা যাল্লোহে।

খুৎলং:- হো যানসে।
নুবাবী:- লশিং লৌনি যাল্লোহে।
খুৎলং:- হো যানসে।
নুবাবী: থোযদিং লৌনি যাল্লোহে।
খুৎলং:- হো যানসে।

**মতাং অসিদা**

তাংখুল: হো ইচল, নুবাপী, উনা খোইনা চীকলে...ও খোইনা চীকখ্রে, খোইনা চীকএ।

নুবাবী:- ও ইপুং, কত্তাযতা চীকখ্রে, ঐ শোনপীকে (নুবাবীনা শোনবদা ফরে)

তাংখুল:- ও ইচল, খামপী মৈপা চিংতুনা খোই লোক্কে। (মৈবা চিংদুনা মৈ থাদুনা খোই লোকই, খোই লোকপা লোইবদুনা তাংখুল নুবাবী অনিনা খোইবা-খোইবাক পাযদুনা লাইদা কৎলি)

মতাং অসিদা খোইবা লোক্লিবগী নুংগা ওইবা বাখল্লোন্দি ঙশাই নুবাবীদা তানা থিন্দুনা যুখোম থক্তুনা থৌৱায মক হুনখিবদু খোইবাগী মচানা পোক্লকপগুম চাবোক ফনা পোক্তুনা খুঞ্জা ও লৈচাওহনবগী ৱাখল্লোন্নি। মাসবু "নপোকখোইবা ফবকপা খোইবা যেলহৌ ফবকপা" হাযনা শৈথাদুনা শক্লবিবনি।

**খোইবা খোইবাক কৎপগী ৱারোল:-**

হযাহে খোইযুম লাইংথৌ,
কোবৌ নোংহৌবকপা মালেম লৈশেমলকপা,
নোংমদোন নিংনাং কাওখং কোন্দগী,
চিঙঙুযাবা নখোলজেনবু লাংবন খোইমু খোন্দা নবকপা,
নপোক খোইবা ফবকপদা, খোইবা যেনহৌ ফবকপা,
হাক্তক হাক্তক খুদিংমক চক লাংওন মবিমক্তা,
স্না কোঞ্জু কাদবা, কজেং থাঙহিং কাদবা,

চিঙু নখোঙখাদা পুনেমজবি এ।

"চীংঙু ইবুংঙো খোইযুম লাইযিংথৌ, যোইবু খোইমোম লাইবেম্বী, চীংঙু নতৈ-ননাউ অনিগী লোইদাম কুমদম লৌ অসিদা খোইবী খোইবা শাবমলে, খোইবী খোইবা অসিনা খোইষী মবুক থন্না যাওবা, মচা মশু, শুক্তা সোযদানা পোকইবা অসিগুম্বা নদাইবেম খুনবুকলেন অচৌবা অসিবু চাবোক কাদংযাম নাউদা খোংফাংলেংনা পাবি নাউযানফনা, মমোম নাউযোক যামহনবিযুদো। চিংঙু ইবুংঙো খোইযুম নঙগী নবনকুনা নখুন খুনপুক্লেল অচৌববু কৈবি হাপচা থলহলবিযু। লোইমোম ফৌগে চোলহনবিযু, কাওবেল শনগোল থন্না, পামেল শীংজা কোনখিলহন্নিযুদো লাইনিংথৌ"।

(খোইবী খোইবা কৎপা লোইববদা মন্ন যুম্লম অমা চিৎথদনা যেননবা থাকখ্রে, তাংখুল অমসু নোংমাই খুলং তবেৎসু খোইবা খোইহা চুপলে, খোইবাক অসিদগী

তাংখুল অমসুং নুবাবী অমুক হন্না পুন্না লৌ যানগনি।)

হো যাল্লো।

হো যানসে।

ইপা লৌনি যাল্লোহে।

হো যানসে।

ইপু লৌনি যাল্লোহে।

হো যানসে।

লৌ যান্বা। নাইবদুনা লৌকা ঈশৈ শক্লুনা লৌকাগনি।)

**"লৌকা ঈশৈ"**

চীংঙু ইবুংঙো খোইযুম ইবেম্মা অনিগী

নদাইবেম খুঙ্গং অচৌবা অসিগী,
খুঙ্গাউ-লৈচাউনবা
লোইমোম ফৌপাল চাউনবা,
মহৈ মবোং চুম্নবা
খালৈ লৌগা যানববু,
খালৈ ঙমথুং তাল্লক্লে।
লোইমোম মরু তাবদি
কুমশী চহি কুমজাগী,
নদাইবেম খুঙ্গং অচৌবগী
খালৈ মবৌ কোন্দা.
মতিল-মকাং তাদববু
লোইমোম ফৌপাল চাউববু,
মহৈ-মবোং চুম্ববু
পীর্নবিবমউ লাইযিংথৌ।।

অশুম্না তাংখুল নুবাবীনা লৌ যানবগী থৌবম লোইখ্রবদি 'লাইবোই' হার্যববা অসিগা ওইবা থৌবাঙ মথং মথং পাঙথোক্লগনি। মসিগী লাইথৌ মতেক আসগী তাংককশিংদি লাইগী থৌগল্লোযশিংনা ঔগ্রী চোংনবগীদমক থওবী পাযদুনা ইকোয কোযনা লেপ্লগা হুযথী যেল্লি যেপ্পা, কে ক্রেক কেক চোংবা, হুযথী-যেম্বী লোকপা, খেঞ্চো ইশৈ, লাইবেম্মা পাউশা, অমসুং হিজিং-হিবাউনচিংবা মথং মথং পাঙথোক্লগনি।

## ঔগ্রী চোংবা:-

ঔগ্রী চোংবা যাওগদৌবিবা নাপা অমসুং নুপীশিংদু মশীং মান্নাহনগনি। পুন্না লাইবুংগী কাবন মযাযদা, হাযবদি লাইবৌলা থাফমদা ইকোয কোযনা লেপকনি। লেপ্লগী মওংদি লাই শেল্লুংবগী মতৈ মনাউনা নত্রগা যুম্নাক্কী লাই ওইবগা লাই পান্নবগীনা, লাইনিংথৌবোম থংবগী নাকন্দা শেল্লুংবনা মকোক ওইগনি। অদুগা মাগী নুপীনা লাইবেম্বীবোম থংবা পবেংগী মকোক ওইগনি। অশুম্না লেপ্লগা ঙশাই লাইনুংদা ঔগ্রীগীদমক শেম-শাদুনা থমখ্রবা শবীক অমসুং থওবী অদু পুথোক্লক্লগা লাইনিংথৌবোমগী শেল্লুংবদগী হৌনা থওবী মচীল অদু পাযবা

হৌহল্লগা মথং মথং নিপাশিংদু পায়হনগনি। অদুগা লাইবেম্বীগীশু মকোক চিংলিবী নুপীদুদগী হৌনা থওবী অদু মথং মথং পাযহনগনি। অশুম্না থওবী অদু পাযবা থুংলবা মতমদা মকোক থংলিবা নিপা নুপী অনিনা পাযফম মচী অনী অদু কিশি কিশিন্নদুনা তাইশিন্নবগা, ফিনা পুন্দুনা থমলিবা শবীক্কী ফিজি অদুনা পুনশিনগনি। অদুগা অবেম্বা ফি মচীল অনিদুনা মকোক চিংলিবশিংগী, নিপাগীনা খুৎ ওযগী অদুগা নুপীগীনা খুৎ যেৎকী খুদাংদা অমুক পুনগনি। অশুম্না থওবী অদু নুপীশিংনা খুৎ লোংনা, অদুগা নীপাশিংনা উপ্পা পাযগনি। অদুগা অমুক হুযথী-যেম্থিগী লা মচেৎশিংদু পুথোক্লক্লগা মাইবনা নিপাশিংদা অদুগা মাইবীনা নুপিশিংদা ১/১ পীগনি। পীবা মতমদা পীবিব মীনা 'হুযথী-যেপশে' হাযনা পীগনি। অদুগা লওবিবনা "মযেপসে" হাযনা লওবগা, নিপাশিংনা যেৎনা থওবীগা পাযমিন্নগনি। অদুগা নুপীশিংনা ওযনা থওবীগা পাযমিন্নগনি।

অসিদগীদি মাইবনা কোযনা লেপ্লিবা অদুগী মযাযদা চঙশিল্লগা লাইবোমদা মায ওল্লগা লাইবোল শক্লবগী থৌবাংলগনি। মতাং অসিদা মাইবনা হকচাং লেঙবা যাদে হাযনা মযামদা খঙহনগনি। অদুনা থৌগল্লোযশিংনা লেঙদনবা চেকশিনগদবনি। অমসুং খুত্তগী থওবী নাম্লোক্লনা থাখদনবশু হোৎনগদবান। থওবীশু লৈবাক তাবা যাদে।

## লাইরোল:

হোইবৌ হযা ৩, হযাশো ৩, ইংশো ৩, হেহুপ ৩, হে ঔগ্রীওদা কোল্লো, লমলেল মদা কোল্লো মদাইমদা কোল্লো। কংলৈযোন্দা পুংমযোন্দা, যোইমযাইবু, তাওদনববু, তাওবোইনাইবু, অঙানববু, মালেমখৈবু লাঙজখৈবু, সনাতোনবু, খোকমাতোনবু, থাবিলেংবু, শেনগোই লেনবু, অপানবাবু চাবংশেনবু, খোইবুং শেনবু, নোংশাবা মৈবু, নোংপোকলৈমবু, তৌবিং লৈমবু, মালেম মহৌ লৈবাই পাঙ্গনিংথৌ চনুবু পাযমগীদি, লিলগোইগীদি, পলেমশিন্না, পিথাং শিন্না, নাওযোকপিবা মৈবু, মপাললোনবু কোবৌ খোনবা চনু নোংবু খোনবা চনুবু, মালেম লুম্বা লৈবু লুম্বা চনুবু সনাগীদি, লিনগোইগীদি, যোইমযাযদি, তাওদনবদি, নুমিৎ ওল্লবদা ইমমি ওল্লবদা, থবি চাযববদা, তালৈ চাযববদা, মিবেল লৈববদা, চেপ্প লৈববদা, হেনবা থাববদা, মাঙদা থাববদা, লোইজিং লুম্লবদা, চিঙজাউ লুম্লবদা, যোযমাযাযদি তাওদনবদি লাইজ হনখিশুনো। হযিঙৈগীবু কোল্লো। মালেম হৌঙৈগীবু, লৈগহৌঙৈগীবু, পোইবৈ শেমঙৈগীবু, লৈগশেমঙৈগীবু, কোংলৌবেন্না, লৌথিবনা, পুনুংথাগী, হৱাই থাগী, থাঙপাক থাগী, শংলৌ

লোক্লবদা, যেলাং লাল্লবদা, মতা লাল্লবদা, পুনুং যাল্লববু মিদম যাল্লববু, মহৈ পাল্লববু, অঙ্গো পাল্লববু, শামদোন্না অযাঙবনা, পুনুং লিবু, হৱাইলিবু, মাবালৈদা, নেৎথৎলেদা। নেথৎৱাগী হৌনখিযে।

কোংলৌবেল লৌথিবনা যাইবি হৌবে, মনুং হৌবে, তিল্লাং শাওবে, মখোয শাওবে। শামদোন অযাংবগা কোংলৌবেল লৌথিবগা, হাওমুক্লবে, লেংফাই চল্লে। মোংব যেৎলে, তাজিন যেৎলে। সামদোন অযাংববু হুন্নথুবে। লঙজল লৌবে, লিগা লৌবে, সামদোন অযাঙববু মশাকক্লা বানক তমখি। মকোয ফোযবে, মবাং ফোযবে, মতুফোইবে, মমান ফোযবে। খোযনৌমৈবু, মবাং মৈবু, লাংজেং শৎনা, কোংমা শৎনা, লৈশাৎ চিঙদা, চিঙলাং মৈদা শৱাবা চিঙদা, তৃগেনবা চিঙদা, মলাং চিঙদা, কোইফোয চিঙদা, থাঙমাই হনগা, মাব হনগা, ওংজাবগা চিঙমাবগা, মমোশ্লিগা, অৱাংবিগা, ঔবিথাংদা, শমৈ থাংদা, লাঙচন ৱাযনা, লিতোল ৱাযনা কোন্নবম্মে, মকোন্থোক্লে কোল্লো।"

অশুম্না মাইবনা ওগ্রীহংগেনগী থৌবমদা নুমিৎ লাইবোল শকপ হেক লোইবকপগা মাইবানা থৌগললোযশিংদা থওবী অদু চেৎনা পাযযু থাবল চোংসিকো হাযনা খঙহল্লগা মখাগী লাইবোল অসি শক্কনি। অদুগা থৌগল্লোযশিংনা থাবল চোংবগী খোঙথাংদা হকচাংদি ইপোম হ ওহন্দনা তপ্পা তপ্পা চৎকনি।

**ঔগ্রীগী ৱাখল্লোল:-**

অকোল্লি হাযবিবা ৱাহৈ অশিমক্না তাইবঙ শেম্বগী কুমৈনি হাযবা খঙহল্লি। অকোল্লি হাযবা অশিদি অশুম্না হাযবনি অ + কোল + লি অশিগী মওংনি। "অ" দি পোক্লেন পোকপনি (পাখংবা যাংবী লা:) হাযনা হাযবি। অদনা মযেক অশিদা থবায ওইবা মযাই ৫ মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, লৈপাক, নোংথৌ, অশি যাওবি।হাযবিবা পোৎলম ৫ অশিনা তাইবঙগী থৱায ওইর্নবি। অশি শুম্বা থবাযগী মশক অশিবু "কোনবা" হাযবদি হাপ্পা হাযবনি। লি (থম্বা,লিবা) হাযবনি। অশুম্না অপাম নুংশিদা মক হুনখ্রবা (পামযানবা-লৌযানবা) অদুবু থবায হাপ্পগী ৱানি। মী ওইবগী পোকপা শিবা হাযবা অশি নুমিৎ চযোন ৭ মক্তনি। অদুনা মতাং অশিবু নুমিৎ লাইবোন কৌবিবনি।

মাশিগী লাইবোল অশিনা মৈতৈগী পোকপা শিবগী থবায খোম্না অমদি হকচাং শাগৎপদা শোন্নবি। মফম অশিদা পল্লিবা "সামদোন অযাংবা" হাযবাশি তাইবঙগী থৱায ওইবিবা "ঈবোয বাবা" হাযবা অদুনি। "কোংলৌবেল লৌথিবা"

হাযবিবা অশিনা "যাবৌ শাদোকপা" হাযবা থৱায অদুনি। থৱায অনি তাইবঙ মীনা পোকপদগী শিগদবগী নুমিৎ ফাওবা কোযনা চত্তুনা তান্নদুনা লৈ। অনি অশিনা হেক ফংবদা মীশিবে।

হাযবিবা লাইবোল অশিনা মনুংদা পুবিবদি:-

"লমলেন মদা কোল্লে.................................. যোই মযাইদি তাওদনবদি লাইশ হনখিবশুনো"। হাযবিবা অশিদি তাইবঙগী হকচাংবু "লমলেন" কৌই। মাশিগী খুদম "শাকোক লমলেন্না" খুদম্নি। হকচাং মশক খঙনবা তাকপদা হাযবিবা পুযা অশিদা নিংথিনা ইবি। অশিনা মবম ওইদুনা পুযা অশিনা মমিং অশি কৌবিবনি। তাইবঙনা পোকপদগী পুন্সিগী নুমিৎ অশি অশুম মঙান হেনগৎলকই। তাইবঙ নোংশা পান্দা নুমিৎ মঙাল অশুম কনখৎলকই। অশুম্না পুন্সিগী নুমিৎনা নোংচুপ পনখৈ পাংলক্লবাদা তাইবঙ পুন্সি মঙালদো খঙহৌদনা চিকমা ঙর্নাখি। অবোইবগী বাহে অশিনা হাযবি। তাইবঙ পুন্সিশি ইশাইফদা যা ওবা লাইজ নংগী নুমিৎকী মশক আদু কোবৌথক্কী নুমিৎনা তাখ্রবা মতমদা ঈশিং থক্তো লৈহৌই হাযবনি।

"হ-ই ঙৈগীবু কোল্লো.................. নেৎথৎবাগী হৌনখিযে"। হাযবিবা অশিদি অশুম্না পুন্সিশে হ-ই (শ্বব নিংশা) যাওনা শেল্লকপনি। অদুবু পুন্সিনা মঙান মুৎলক্লবদা তাইবঙ পুন্সি পামেল উনাবু মখোকলোযনা মুল্লক্লবদা নোংলৈ নুংশিৎ (নিংশাশোব) না হূর্মাখদুনা (কোংলৌবেল মার্জিং-অতিযা নুংশিৎ) হৌনখি— থবাযনা হকচাংগা থাপ্লখি।

"কোংলৌবেল লৌথিবনা যাইবি হৌবে..........................
লিতোল ৱাযনা কোন্নবম্মে মকোলথোক্কি কোল্লো।"

অশুম্না পুন্সিগী নুমিৎ মঙান্না মুৎখ্রবদা হকচাংগা থৱাযগা অনিনা কন্না পুন্সিবু মুন্নখি। অদুম্মক থবাযনা হকচাংবু খুদুমচনখি। অশিবগী লিপুন্দা হকচাংনা মালেম থক্তা ওনহৌই। তাইবঙগী পাঙ্গন্না ফবিঙৈ অথোয নাপন কাবম্বদো "মশাকক্লা বাবক তমখি" হাযবদি অশিবনা বাবকখি হাযবি। অশুম্না নুমিৎ মাগী মপুক মনুংদা শিখ্রবা থৱাযবু "লিতোন ৱাযনা কোন্নবমমে" হাযবদি লিশাংশিৎনা লেপ্পা লৈতনা চৎলক্লিবা মাগী পবিংদা থৱায মাবু হকচাং নুংদা কোনশিনবিবে হাযবি।

**কে ক্রেক কেক**

কে ক্রেক কেক মোক মোক,
যাংগেন শম্বা শ্যাও শ্যাও।

তোকপগা কাম্বগা, কৈগা যেনগা, কাওনবা।
যেনখোং ফত্তে চাশিল্লু,
লাইগী যেন্নি চাফদে।।১।।

লীকশাবি লীকশাবি,
লীক্রু লীকশাং তম্ফা পবেং,
লীক্লাই খুজি সনা চোল্লাং
ৱাইনৌশে ৱাইনৌশে,
চবোবাংমৈ ৱাইনৌশে।।২।।

হা ইপু পুথ্রম্বা, নঙনা যাংগেল যাল্লুবা,
যাংগেল ৱাবু খাঙলুবা, অবিববু খন্দোকউ
অনৌববু হাপচিল্লু।।৩।।

মতাং অসিদা অইবনা মীৎযেং অমত্তং থমজনিংবদি থাবন চোংবগী খোঙথাং লোইবকপগা মিকে না যাগে ম্বগী চৎনবী অমা হৌজিক লৈবা। অদুনা মতাং অসি কুপথনা যেংশিন্বগী তঙাইফদবা লৈর্গনি। মবমদি মতাং অসিদ শাম্মদোনবু লম হেনমাল্ল হাযদনা কোংলৌবেল অপাম্বনা (নিংথৌ অপাম্বনা) ফাবগা লমচৎ তম্বীবিবা মতাংনি। হাযবদি চবংলযমদা অংগো মিদম্মা হবাই থাঙপাক থাকুববু শাম্মদোন্না অকাযবা পীকবগী মবম্না। মবম অসি লৈবননি মতাং অসিদা থওবী যাওবিবা। পোৎশক অসিগী বাখল্লোন্দি তাইবঙ থৌবায পুম্নমকপু ফাননবগীদমক্তা ফানযাই পুন্নযাই ওইনা, লৈমবেল শিদবীনা পাবুক্লুংদগী মিবেল লাংশংবু (খোযবী) খযাত্তগী চিংখোক্লগা তাদুনা শেমখিবর্নি। অদুনা থৌবাযবু ফাননবা মবীনি হাযবদগী 'থৌবা' কৌবর্বনি। মসিবু লাইবমলেন্দগী অমুক মোইবাং থংজিংগী কুমৈদা যাওখিবা 'ঙাংখলযমানা' মালেমদা পুথবক্তুনা অঙাওবা সন "নির্থিঙাংব" কৌববু ফাখি। থওবী অসি লীশুং ১৮না তাগদর্বনি। মমিংনা "চোম্ফাবী" কৌই। মসিবু 'নিংথৌ অপান্বনা' শীজিন্নদুনা শাম্মদোম্ব ফাখিবনি।

অদুনা মতাং অসিদা হুযথী যেন্থি যেপ্লিবনা কোংলৌবেন্না চবংলযমগী পিবুক্লুংদা যেন পীবিবান। অদুগা অমনা অমুক থৌৱায মি কোম্বা অসিদি থৌবম অমগী অবোইবদা তৌনবা, অমদি থৌবম অমদা অমুক খক্তা পাঙথোকপা থৌওংনি। অদুবু হৌজিক্কী ওইনা লাইবোই নুমিৎকী মিকোম্বা অসি থেংখাঙ ২বক্তা কোম্বগী চৎনবী লৈবি। মর্দুদি পেনানা লোংখোম্বা লোইবদা অমুক অদুগা মাইবনা

ঔগ্রীদা অমুক। অদুবু মতাং অনিশিমক মখাদা থৌবম লৈবিবা ঙাক্কি। অদুনা লাইবিক অসিগী ওইনদি মাইবনা মিকোম্বগী মতাং অসি অবোইবদা থমজবগে।

অদুনা থাবনচোংবা লোইববদি ঙশাই যেপখিবা হুযথী-যেম্থিগী লা মচেৎশিংদু অমুক লোক্লগনি। মওংদি মাইবনা লাইনিংথৌবোম থংবা পবেংগী মকোক লোমদগী, হাযবদি লাইগা থংনবাবোমদগী হৌনা মথং মথং লওখৎলক্কনি। অদুগা মাইবীনা লাইবেম্বী পবেংগী লওগনি। মসিদা মাইবনা হাযবগা থৌগল্লোযশিংনা খুমগনি।

মাইবা:- হুযথী লোকশে।

থৌগল্লোয:- মবোকশে।

অশুম্না লা মচেৎশিংসি লওখৎপা লোইববদি লাইনুংদা পুশিন্দুনা ''মশীং অমত্তা ব্রাৎচদ্রেকো'' হাযবগা লাইদা কৎলগনি। অদুগা থোক্লক্তুনা মযাম্না পাযবিবা থওবী অদু পুল্লিবা কিশি অদুদি থোক্তনা, লাইবেম্বীবোমগী মাযকৈগী মকোক থংবিদগী হৌনা, শবীক পুল্লিবা ফিজিনা খুজেংদা পুল্লিবদু গোক্লগা মথং মথং অশুম কোন্সিল্লকপনা নিপা পবেংগী মকোকচিংলিবা অদুদা লোইগনি। মাগীশু শবীক পুম্বা ফিজিনা মখুত্তা পুল্লিবদু লওথোক্লগা, থওবীদগী শাবক্তি লওথোক্তনা কোন্সিল্লগা থওবী অদু শবীক্কা পুল্লপ্না লাইনুংদা কৎলুবগনি। মতাং অসিদা থওবী পাযবম্বা লাইথৌবোযশিংদি খুৎ শম্নদুনা লেপহৌগান। অশুম্না থওবী কৎলবগী তুংদা মাইবনা নিপাবোমগী অদুগা মাইবীনা নুপীবোমগী মকোক থংলগা খুৎ শম্নদুনা পাযনবগা শবী লীৎলগনি। অশুম্না মাগী মাগী পবেং অদু মনুংলোমদা লৈশিল্লক্তুনা অবোইবা পবেং যৌনবা লাক্লগা, অবোইবদা লেপ্পিবা অনিগী মবক্তা চঙনদুনা মথং মথং লীত্তুনা লাইবোমদা কাখৎলক্কনি। অশুম্না থংন থংনবগী মবক্তা লিৎলকপনা মকোক থংলিবা ফাওবা লীৎলক্কদবনি। মসিদা মখাগী লাইবোল অসি মাইবনা হাযবগা থৌগল্লোযশিংনা খুমদুনা লীৎকদবনি।

## লাইরোল

মাইবা:- শবী লীৎশে।

থৌ:- মবীৎশে।

অশুম্না শবী লীৎপা লোইববদি অমুক শবী হল্লগনি। মসিগী মওংদি খুৎ শম্নবম্বদু থাদোক্লবগা নিপাগা নিপাগা, নুপীগা নুপীগা মায় ওনশিন্নদুনা লেপ্লগা খুৎকা খুৎকা পাযনবগা লোংনা লোংনা ৩/৩ লক লয়থোক্লদুনা হন্দোক্লগনি। মসিদা মাইবনা হাযবগা থৌগল্লোযশিংনা খুমগনি।

মাইবা:- শবী হনসে।
থৌ:- মহনশে।

**হুয়থী-য়েনথীগী নুংগী ৱাখল্লোল:-**

অশিদগীদি মী মযাম লেপহল্লগা হুইথি-যেন্থি যেপ্লগনি। ম ওংদি মাইবনা লা মচেৎ ১/১ পাযদুনা লেপ্লিবা নুপিশিং অদুদা পিগনি। মাশিদি লাইবংথৌ ৯ (পা-গী খোংলম ৯) না লাইনুবা ৭ (পী-গী ঈবম ৭) তা যেনপিবাবুনি। মতাং অশিদগী হৌদুনা লাই হবা ওবগী মপুং ওইবা শকক লাক্লবনি। মথক্তেশু পনখ্রবনি উমংলাই হাযবা অশিদি তাইবঙ মীগী হকচাংনুংদা লৈ হাযবদুনা মতাং অশিগী মমিং অশে ফম্বী ঈহৌবকপা (কামগী থৌইনশিন)বু হার্যবিবনি। মাশি মমাংনোংদা তৌখিবা নুংজেং লাইজদগী লাইবংথৌশিং ঈশোক্লগা লাইনুবাশিংনা ইচাই হাযবদো। মাশি হকচাং মনুংগী বানি।

বাহৈদি:-"হুইথিযেপসে" অশি হাযবকপদা মীযাম্না "ময়েপশে" হাযনা খুমগনি। যেন্থি যেপশে।......। অশিদগী অমুক হুইথিলোকশে। অশি হাযবাদা "মবোকশে" হাযনা খুমগনি। অশি হাযদুনা পাযহল্লিবা লামচেৎশি অদু অমুক লৌগৎর্কনি। মাশিবু অশুম্না খণ্ডহল্লি:- হুই- হুপ্লেন (হকচাং) থি যেন, হাযবনি।

অশিদগী যেন অশি পিবুক্লুংদা শবি লিৎলগা মক হুন্দুনা ফিযানগনি। মতাং অশিদা মযাম পুম্নমক খুৎ শম্নগনি। শবিলিৎপা হাযবাদি ফম্বী যেনবু পলেমগী পীবুক্লুংদা লিৎশিল্লকপবুনি। মক হুল্লিঙৈ অশিদনি শবি লিৎলিঙৈদা তৎহৈদে হাযবিবদো। অশুম্না মযাম খুৎ শম্নদুনা লেপ্লিবা অদুগী মবক্তা মাইবনা লিৎলর্কনি।

বা হাযদি:- "শবি লিৎশে মবিৎ শে"

অশি হাযনা হাযগদৌর্বানি। অশিদগীদি কেক্রেককেক চোংলগনি। মাশিদা কেক্রেককেক হার্যবিবা অশিগী মতাংদ অতিক্কোক শিদবনা মচাশিংদা মেন ফম্বাল শিন্নগে, লৈখোঙ কোযযু হাযবা মতমদা সনামহিনা মালেম কোযখ্রিঙৈদো সনামহি থুংলদুনা মপু শিদববা খন্দুনা খুকমগে হাযনা চঙলকপদা মপা, নত্রে হাযবা খঙলদুনা শাওখি। ঐবুনা মালেম ৱানা কোযহনবা অদুগা ফম্বালনা ইনাওদা পিথোকপা কনাগী থৌশিন্নো হাৎলগে হাযনা চোংশিল্লকই। 'কেক্রেককেক" -হাযর্বাদ "হাৎলগে" হাযর্বানি।

মাশিদা পাখংবা ৱাখল থোক্তনা নুংবংলে। পাখংর্বাদ মৈনি। সনামহিনা ঈশিংনি। ঈশিংনা মৈ মুৎপা হাযবা অশিদি হৌনবনিনা পাখংবা শিবা তাবে। মাশিদা

পাখংবগী লৈমা লাইশ্রানা খাম্মী। "মোকমোম"-অশিদি ঙাইবিখো-ঙাইবিখো হাযবনি। "যাঙ্গেন শন্বা শ্যাও শ্যাও" অশিদি যাঙ্গেনবা হাযবদি মথৌ পাংথোক্লুববা হাযবনি। মালেম কোযকবা তপথবিযু তপথবিযু হাযবনি।

তোকপগা কাম্বগা,
কৈগা যেনগা,
কাওনবা, যেনখোং ফত্তে
চাশিল্লু; লাইগী যেন্নি চাফদে।

হার্যবিবা অশিদি ইতৈ ইবুঙোগা ননাওগা পাবা যাবা নত্তে। ইতৈনা তোকপনি। ননাওনা যেন্নি। শোইদনা ইতৈনা হাৎলগনি। অদুব্নু ননাওগী ব্রাখন্না হেক্তা তৌবা নত্তে। পলেম্না (লৈম্রেন্ন) তাকপনি হাযবনি।

লিকশাবি লিকশাবি,
লিক্ত্র লিকশং তস্ফা পবেং;
অগ্নি খুজি সনাচোল্লাং।

হার্যবিবা অশিদি ইতৈ'বুঙোগী পাযমা থৌশিল অদু ফজৈদি হাযবব্নু ঐগী ইবুঙোদি ননাও নুপী ঐখোযনা লিক্লাং পবেংগুম লেংদুনা নিংথিববা খুত্তা সনাগী খুজি শিবগুম থৌগল্লি। ইতৈনা শোকপা যাবোই হাযবকপনি। অশিদগী হৌদুনা মৈতৈগী চৎনবাদা মনাওনুপীগা মতৈগা শোক্লুবা যাখিদে। অদুগা সনা মহীনা শাউদুনা চঙশিল্লকপদা মনাউ নুপীশিংনা কিমন্দুনা ফিকক খুমদুনা লোংখিবদগী মতৈ উবগা কোক খুম্বগী চৎনবী ওইখি।

ব্রাইনৌশে ব্রাইনৌশে,
চবো বাংমৈ ব্রাইনৌশে।

অশিাদ ইতৈ'বুঙোনা খনবিবিবদো কাওবেন ষন মপাশাবা বাইনবা পান্নক্লবদা চবোৎ হাকদা বাইকবদা হাকদমক তৎপা অদুগুম্বনি হাযবনে।

হা ইপু পুখ্রনবা নঙনা যাঙ্গেন যাল্লুবা,
য়াঙ্গেন ব্রাবু খাঙলুবা,
অবিববু খন্দোকউ, অনৌববু হাপচিল্লু।

হার্যবিবা অশিদি লৌশিং লৈববু "পুকখালুংবা" (পুখ্রনবা) হায। বাংখৈ লোল হাযবা লাইগী মতমদা লোলবা লোন্নি। মাশি খুনুংচক (ত্রেতা) লাংবচক (দ্বাপুব) ফাওবা অদুম্মক ঙাংনবা ব্রানি। লৌশিংবা ইতৈ'বুঙোগী নথৌ

পাংথোকপদা তযাং-তশোইবা ব্রাখন্না পাযম খোযশাওব তোকপিবো। ব্রাখন নৌনা খনথবিযু।

অশিগাযনা ননা ও নুপীন খামখ্রবদা লাইনিংথৌ সনামহি ইকাইবদুনা মালেম অশিমক্তা থল্লবোই থুগাইবগে হাযনা ফুক্কুনা চেপ্পা হৌবক্লবদা তেংপানবগী মপুনা, তাইবঙগী মপু ওইদুনা যুম খুদিংগী মপু ওইবো, হাযবদা থাদোকখি। অদুদগী হৌদুনা মালেম অশি নাকল অমবোমদা চেপখিবনি হাযবি। অশিদা পল্লুবিবা ব্রাফমশিং অশি পাখংবা নোংখোঙ হাযবা থৌবম অদুগী বানি। মতাং অশিদা লাই হবা ওবগী মতাংদা "পাখংবা নোংখোঙ" অমদি "লিন্দা ওবেল" হাযদুনা পুযা ২ মতম অমত্তদা হেক-হেক পাল্লবা অশাদ "নোংখোঙ" হাযবিবা অশিনা সনামহিনা চৎখিবগী বানি। অমাশনা মানা চৎথ্রভৈদা লাইযাম্না কংলাদা হবা ওবম্বগী বানি। নোংখোঙ চল্লকপগী মতাংদা থোকপনি মথাক্কি লাইবোনশে।

হাযবিবা অশিদি লাইনিংথৌগী কুম্মদনা মপুং ফাবিবনি। অদুনা মতাং অশগী মনুংগী ইচেলদি, অশুম্না যেন, পীদুনা মরু হুল্লবা থবাযনা পলেমগী পীবুক্লুংদা তাবদুনা নাব্রা কোন্দা অঙ্গো মিদমদুনা মৈশা হাপ্লব্ পাখংবা ফম্বাল তোংবা বৌই। লাইনিংথৌনা পাখংবা মাঙনবগীদমক্তা মালেম থুগাইগে তৌই হাযবদি পলেমগী পিবুক্লুংগী নাবানা লোইদাম থাশিং শুদনা ঈশিং যাব্রা ওইনা মাঙগে তৌববু পাওবৌ তৌবনি। অশুম্না হাযবিবা মতাং অশি লোইবগাদি খুৎ থাদোক্লদুনা মী ২ / ২ খুৎ পাযনদুনা কবি হন্দোক্লগনি। ব্রাহৈদি "শবিথোকশে" মথোকশে, শবিহনশে-মহনশে, হাযনা লোংনা লোংনা লৈদুনা হন্দোক্লগনি।

## খেঞ্জো ইশৈ

অশুম্না ওগ্রীগী লাইবোলশিং মথং মথং শক্লক্কুনা শবী লীৎপা লোইবক্লবদি ওগ্রীগী নুংগী ওইবা থৌওংদা কোংলৌবেল অপাম্বনা চবংলৈমাগী পিবুক্লুংদা অংগোমিদম্না হবাই থাঙপাক থারুবদা শাম্মদোন্না থুগাযরুবদা অপাম্বনা শাম্মদোনবু থওবীনা পুন্দুনা ফাবগা বাবকপগী থৌওং অসিবু লাইবাখং ৭, লাইনুবা ৭না থাগৎপগী মতাং ওইবা খেঞ্জো ইশৈ শক্লগনি। অদুনা মতাং অসিদা থৌগল্লোযশিংনা লাইমাঙদা, নিপানা লাইনিংথৌবোমগী মাযকৈ, অদুগা নুপীনা লাইবেম্বীবোমগী মাইকৈদা মাযগা মাযগা ওনশিন্নবগা পবেং শানা লেপকনি। অদুগা মাইবনা ইশৈ হল্লগা থৌগল্লোযশিংনা খুমদুনা শক্কদবনি। ইশৈ অসি শকপা মতমদদি লাইশিংনা থবায যাম্না নুঙাইবগী ম ওং উত্তুনা খুবাক খুদুনা খোঙ চোংদুনা

শব্দদবনি। ম ওংদি খুবাক খুন খুনা খোঙথাং মচা ৩ মাওলোমদা চঙশিন্বা। অদুগা অমুক খোঙথাং ৩ অদু তুংলোমদা হন্না খুৎশু তাঞ্জা চানা নাগী মপা যৌনা যৌনা থাংগৎলগা তুংলোমদা হাইগনি।

## খেঞ্জো ইশৈ

খেঞ্জোবে খেঞ্জাবে
খেঞ্জো লাংমৈ খেঞ্জোবে।
খুযোনও লৈখোঙ কায,
মোবিও লৈবাম্বী,
চিঙ্গোই লিক্লা ৱাইবংখু,
কোককায মোইদাং অযাংঙা,
হিতা থাংমৈ অচোংঙা।
থোইদিং ও মকেবে,
কবোক ও মকাবাম,
হংগাম মুবা লিও লিও,
ইপুবোয চনিংলোয,
নাকা ইকা খোঙথীল্লোয।
খোইনিংও তুথবো,
নাউবা ঐনা খুঞ্জগে।
হা নাৱা নশমতোন
পুকমা পুকমা লিখাও খাও,
কাক্লেন খুজিন চুই চুই।
শগোন তোংবা কাইবংবা
নঙবু তোংবা যাংদবা।
লম পানা খোঙশাংবি,
নঙবু শাযবা ঙাংদবী,
ইমিং ইমাং হাহৌনা
খুপাক হাহৌন॥

**খেঞ্জোগী নুংগী ৱাখল্লোল**

মতাং অশিনা হায়বিবদি নুংজেংদা লাইয়াম্না হৰাওঔদা মপুগী থৌশিল মপুং ফাবক্লবদা লাইযাম্না নুঙাইনবক্লদুনা অমগা অমগা থাগৎনবকই। অশুম্না লাই হৰা ওবগী লাইবিক "খেঞ্জো পাওশা" নদি হায়বি। অদুবু মনুং অশিদা লৈবিবা মনুংগী ৱাদি অশুম্না হায়বি। থবাযনা হকচাংনুংদাগী পোইনা চখোক্লক্কুনা শিবা ওইবক্লবদা হকচাংনা মালেমদা ত্রিনখি। শিবা নাইদবা থৱাযদি মালংদা লৈহৌই। অশিগুম্লবা থৱাযবু ঔগ্রী লিবোল (নুমিৎ লাইবোল) শক্কুনা লিবি পাওথোম তৌবকপদা থৱাযনা অমুক মীপোক তাল্লকই। অশুম ওইবা মপুমাগী থৌশিনবু থবায ওইবা শিংনা নুঙাইদকো ফজৈদা হাযবি।

মাশিনা হাযবিবদি:

খেঞ্জোবে খেঞ্জোবে নিংথিবে নিংথিবে।

খেঞ্জো লাংমৈ খেঞ্জোবে - নিংথিবা মপা লৈতবে।

অচিচিবো চিচিবো – চেকশিল্লো চেকশিল্লো।

হামেং খেঞ্জোং-মখেঞ্জোং নঙনা চোংবা ফনবদো।

খুযোনও লৈখোঙ কায তান-মেন কাযগনি।

মোবিও লৈবাম্বী – লাইমিং লাইশোল লালগনি।

চিঙ্গায লিক্লা ৱাযবংখু নোংগী লিক্লা তাবগুম ইংনা শকও।

"কোককায মোইদাং অযাংঙা" = ইশৈ লিকোক-লিমৈ কাযগনি। "হিতা থাংমৈ অচোংঙা" নঙনা চোং ফন্দা শৈথিবদা, "হঙ্গাম মুবা লিও লিও"-শংলৌ হঙ্গামমনাগুম নৌথৌও। "থোইদিংও মকেবে" = থোইদিং যেন্নাগুম কেথবো। "কবোক ও মকাবাম" - কবোক পোকপগুম মকা লাম্না শকও। "ইপুবোয চনিংলোয" = তেংবানবা মপুগী লাইমিংবু শেমশিদো। চনীঙ তানা শোনসিদো "নকা-ইকা খোঙথিল্লোয" নঙগী ঐগী লান্নফমনে।

"খোইনিংও তুথবো" = নিংথিনা শকশোল্লো।

"নাৱা ঐনা খুঞ্জগে" - তোল্লবা ঐনা তাজগে। "হে নাৱা নখুঞ্জ" পঙখ্রবা ঐখোযগীদি "পুকম্মা পুকম্মা লিখা ও খাও" = খুকম-খাজংজদুনা থম্মোইনুংদা হাপ্পসি। "কাকএন খুজিন চুচু" – কাযহন-তোইহনবা যাদে। "শগোন তোংবা কাইবম্না নঙবু তোংবা যাঙদবা" ফনা শিং হৈদনা লাইগী মতিংদা শিংবা যাদে। "লম-পানা খোঙশাংবি নঙবু শাযবা ঙাংদেদা" = যামখ্রবা মশিংনে থাদনা ঙল্লোই।

"ইমিং ইমাং হাহৌনা খুপাক হাহৌনা" = মথক মখা অশিদা মুন্না খঙবা ঙমদবা মতিংনে। অশিদগীদি লাইবেন্ম পাওশা শক্লগনি।

(অসিদগীদি লাইবেন্মা পাউশা লৌবগনি।)

অসিদগী অমুক লাইবেন্মা পাউশা হাযবা শৈশক অদু অমুক তৌবগনি। হার্যাববা অসিশু মথক্কী থৌওং (ঔগ্রী)দা শাম্মদোনবু ফাখিবগী মতৌ অদু অমুকশু লাইবেন্নীশিংনা তৌফমথোকপামক্লি হাযনা শীংথাবা মতাংনি। অদুনা মতাং অসিদা পল্লিবা শা ফাবা হাযবসি শাম্মদোনবু ফাবা অদু শিঙথাবিবনি। অদুবু লাই হবাউবা হাযবা থৌবম অসিদি পান্দা থোকপা বাবী পবিং অমা শেন্নগা নুংগী ওইবা থবাযগী লমদাং অমসু অদুম্মক শাগত্তুনা চৎলবর্নি। অদুনা থৌৰাযগী ওইবা মতৌশু মখাদা পল্লকখিগনি।

**লাইরেন্মা পাউশা,**

"এহৌ এহৌ এহৌ। নর্গাশিংখোয পোংখুখোয,
হৌনবিখোয হৌর্নবিখোয।
ইতাখোয মুৰাখোয, হৌনশে হৌনশে।
যোইবু বাংঙম শুমাংদা
শিনৌনা মযায কাবেদা, (শীং ৭না মপান শাবেদো)
পাশ লংলোয ঙন্বা,
নোংযায চাবি বাযেনবা কদাইদা তাগবা।
নোংপোক লৈমা ঙন্দগী
যোইবু বাঙম শুমাঙদা তাববো।
হে হে লাইবেন্ম নোংপোক লৈমঙন্দগী,
যোযবু বাঙম শুমাংদা,
চবৈ ফিগ ও শানা যাববো।
সনা কৈথেন নিংথৌবা,
থৌদু নুঙপাক বাযেনবা,
কদাইদা তাগবা।
নোংপোক লৈমা ঙন্দগী,
যোইবু ৰাঙম শুমাঙদা তাববো।

কামবেংবা কামন্নশে অঙৌবা,
হেকাংদা লিহৌবা হৌনশে হৌনশে।
খুবি শুনা লিলি, খুজেং শুনা লিবি,
ওই ওইবমদা লিবি যেৎওইবমদা লিবি,
শাম্মদোন্না লিবি, কৌবোংশুনা লিবি,
লাংশাং কুমশাং লকমতোনবা,
খালৈ মবৌমাঙদা, অকুবা পানা কুবিশো।
শিং তবেৎনা মপান শাবেদা,
নিংথৌখুৎশা মুবাবি, থেঙ্গুনম্বোন নোযনোয।
হবায থাঙপাক মথাঙ পাক,
চেংবি লোইযা মবোযযা
লমলোয খবোয খজিক চিক,
খজিক খজম চম চম।
ফদি ফোৎচিন মফোৎ চিন,
যেক্তুম হনজিন মহঞ্জিন,
কবি শানো যাংকোকশানে।
কনানা ফাবা, যাম্মনা ফাযে।
হে নাবা নখুঞ্জা থিঙ্কোবে থিঙ্কোবে,
থিঙ্কো লাংমৈ থিঙ্কোবে,
লাইবেল কোকপা থিঙ্কোবে।

**লাইবেম্মা পাউশাগী ব্রাখল্লোল:-**

মতাং অশিদা খংহল্লি মর্দুদি অশুম্না তাইবঙ শাগৎলকপাগী থৌবাং অশিনা লোমলবাদা পূন্সি অশিদি অমুকশু শিবির্বনি হাযবা তাল্লি।

"এহৌ এহৌ এহৌ" তাবো তাবো। "নহাশিংখোয" – লাইযাম পুম্নমক (মিহুনশিং)। "পোংখুখোই" – তাইবঙ থবায ওইবিবশিং। "ইতাখোয, মুবাখোয" লোযনবা থবায (মুবাকৌবা থবায) শিংবু হাযবনি। "শিনৌনা মযায কাবে" – মিহুন (লাইযাম) পুম্নমক হাক্লা মখেলাঙ্গনু। "নোংযাই চাবি বাযেনবা কদাইদা তাগবা" = মপুগী থৌশিন কবিনো খঙদবনি হাযর্বনি। "নোংপোক লৈমগুন্দগী যোইবু বাঙম শুমাংদা তাববো" – তাইবঙ মীওইপোক অশিনা

লোইববা মতমদা মপুদা অমুক তিনশিহল্লকউ। নোংপোক লৈম ঙন্দগী যোইবু বাঙম শুমাঙদা তাববো তাইবঙ মীওইপোক অসিনা লোইববা মতমদা মপুদা অমুক তিনশিল্লহল্লকউ। "হে হে লাইবেম্মা নোংপোক লৈম ঙন্দগী যোইবু বাঙম শুমাংদা চবৈ যিগা ওশানা যাববো" পাখংবনা হায় হে লৈমবেল শিদবী থৱাযশিং অশিনা অমুক নোংমদা পোল্লক্লবদি পিবুক্লুংগি শিয়োমফিদা কোনশিনবিয়ু। অদুনা থবায নঙখোযশু হল্লকখো।

"সনা কৈথেন নিংথৌ, থৌদ নুংপাক বাযেনবা কদাইদা তাগবা" তাইবঙ মালংপান (সনা কৈথেন নিংথৌ) অশিদি নুঙশুম্বান। তেকখ্রবদি শন্বা যাদবশুম শনবদি হিংবা যাদে। থবায নঙখোয কদাইদা চংখিগনি। "নোংপোক লৈম ঙন্দগী যোইব বাঙম শুমাংদা তাববো" পলেম মাগী পিবুক্লুংদা হল্লকউকো। "কামল লেংবা কম্মঙাশ মঙৌবা" ঐখোয পুন্না তাইবং কুম্মৈ হোমন্নশিংদে থবাযশিং।

"হেকাংদা লিতৌবা তৌনশে হৌনশে" হে তাইবঙ হকচাং ওইবা থবাযশিং চংমিন্নশি। (হকচাংবু কাং কৌই খোংজিংলোল লাং)। "খুনিশুনা লাব, খুজেংশুনালিবি . খাগো মনী মাঙদ অকব পানা নাবদ" তাইবং থবায লাংপুম্নগা বাবু হাযবি। মক মবা, ওাযম্ম লৌবব (খাংল) কৌনে। অশিশুম্বা পলেমগী লৌপুক্তো থবায ওইবা ঐখোযনা মক ওইনা তশিং "শিং তবেংনা মপান শাবেদো" তাইবঙ ম্মাল লৈকাদা নামং শিংবুম নিদা শঙেল লৈশাং তম্মী। লৈকা আশগা লৈযোন্নুংদা থবাযগী লৈহিনা থল্লে। "নিংথৌ খুশা মুবাবি" পুক্লিংগী ইথক তৌবকপনা থবায (মুবা) মবু চেন্ডবক্লনা, "থেঙ্গু নম্বোল নোয নোয" আননা থেঙ্গু নম্বোল ওইদুনা থবায মাবু শেম্ববি (নোযনোয) শাবে শাবে। "হবায থাঙপাক মথাঙপাক" হকচাং ওইবে। "চেংবি লোইযা মবোইযা" তাইবঙমী (চেংবী) ওইনা থবায ওইবা ঐখোযগা লোযন্না, "লম্লোয খাবোয খজিক চিক খজিক খজম চম চম" লম্লুপ ওইদনা লেঙ্গোন্নদুনা (খজিক্লনা) চংমিন্নবনিদো।

অশুম্না ইবুঙো ইবেম্ম (কুব লৈমবেল) অনিনা লাইযাম খৈবাক্কি মফমদা বাযেনবি। কংলা মেনগী মথক্তা ফমদুনা (খোযদৌ কংলা)। তাইবঙগী কুকুমচিঙ কংলা (খোযদৌ)দা লাই অনিনা "কবদ্রু লাংলেল বাখুনু (লমখুনু)গা মশক লৌদুনা খোঙফম অমত্তা লেংদনা লৈ। (তাইবঙ মীনা শিবমদাইদা পুক্তি শোন্দুনা হংবদা

শিনি শিবোই খুম্মি হাযবিবা অশি লাই অনিশী লৈবর্নি) অশুম্না লেংদনা মিহুন মযামগী মপু ওইদুনা থব্রাযবু ঙাকপিবাল্লবা অশিবু তাইবঙগী অবোইবা যৌবক্লবদা থবায ওইবিবা শা অনিনা ( তাইবঙগী হকচাংনা, কল্লিভৈদা ফংনবা লৈতনা তান্ননকপা থবায অনি হাযবদি নুমিৎ লাইবোন্দা যা ওখিবা "কোং লৌবেন লৌথিব" শাম্মদোন অযাঙবা (ইবোযবাবা যাম্ম যাবৌ শাতোকপা) হাযবা অনিনা) ফংনবা লৈতনা তান্নবকপবু পুন্সিগী পনথৈ যৌবক্লবদা ফংনদুনা যাবৌ শাতোকপনা যা ওজবে (চাবে)।

থবায অনিনা তান্নবা অশি অহিং অহিংদা তান্নবনি। অযুক নংথন পোথানৈ। অশুম্না লৈববু থব্রায মি ফম্ন কৌই। "ফদি ফোংচন মযে হচিন, যেত্তুম হর্নঞ্জন মহাঞ্জন" হাযবদি তেংপানবা মপুগী থৌশিন কুম্মে, পোকপা শিবা অনিবু শমজিন্নদুনা শান্নবিবনু লোইবে হাযবনি। পুন্সিগী যুথল অনিবু হিংবনা তাইশিনতল্লি। পোকপা শিবা অনবু যেত্তুম্না তাইশিনবাগুম্বনি। "কবিশানো যাং কোক শানে, কনানা ফবা যান্নন হম্যে" তাইবঙগী থৌবায ওইবিবা নাবা কৌবনু শাদোকপা কৌবা থৌবযনা ফংনবা যাঙনা তান্নবব 'যাংকোকসা' কৌই। অশুম্না হকচাংবু মথক্তা পনাখব শা অশিনা হেকচাবদা আশনা ওই। "হে নাবা নখুনজা, থিক্লোবে থিক্লোবে, হ ক্লোবে লাংমৈ থিক্লোবে, লাইবেন কোকপা হক্লোবে" ও থবায (মিহুন) শিং শোযদ্রে শোযদ্রে শোযদবা যাবমথৈ শোযদ্রে, শুকশোয শোযদ্রে। অশুম্না থবাযগা হকচাংগা কাযনববদা থবাযশিংনা তনভদা চোইজাযননা চৎনাখ। অশিগুম্বা থবাযন নঙ্গোং তেংপানবগী মপুনা তাইবঙবু পোকপা শিবাগা ঈপাক অশিবু লাননবগী "হি" অমা পুথোকপিখবদুদা হাপ্পুনা অমুক তাইবঙ ঈপাক অশি অমুক লাপ্লগনি।

লাইবেম্মা পাউশা লোইববদি থৌগল্লোয পুম্নমক লাইমাংদা চঙশিন্দুনা খুকুমজগনি। (অসিদগীদি হিজিং-হিবাউ লৌবগনি।)

## হিজিং-হিৰাউ

লাইবোই নুমিৎকী লাইথৌ পবিং লোইশিল্লকপদা হি হোনবগী থৌবম অমা পাঙথোক্লবা মতুংদা লাই লোইশিল্লগনি। অদুনা মতাং অসিদশু মথক্তা তৌখিবগুম, হাযবদি নুমিৎশিগী লাই শান্নবা হৌবকপদা তৌখিবগুম, ইকৌবা নুমিত্তা লাইগী থৌগল তৌখিবশিংনা থৌগলগী পোৎ পুম্নমক পাযবগা হিবোয ওইগনি। অশুম্না মখোযগা লোযননা লংমাই খুৎলং ওইকবী নুপীশিংশু যাওনা নিপাগা নুপীগা মশীং মান্নহল্লগা হিবোই ওইননবগীদমক থোক্লক্লুনা লাইমাঙদা পবেং শানা লেপ্লগনি। লেপ্লগী মওংদা যেৎ-ওযগী ফিভমদি মথক্তা তৌখিবদ্ কাযবোই। অদুগা লাইগী লাইপোৎ-শেনপোৎ পাযদবশিংনা, ঙশাই মাইবনা নুমিৎশিদা যাওগদবা পোৎ-চৈশিং অনম-অথৌ কোকপদা যাওখিবা, লাইনুংদা লৈবিবা হিহোম্বগী নও ওইনবা যেংদৌশিংদু পাযগনি। পাযবগী মওংদি লাইবোমদা ওনশিন্না লেপ্লিবা থৌগল্লোযশিংনা খ্বাং মপাদা ফৈনা পাযবগা, হি শাবিবনি হাযবগী বাখল্লোল তৌদুনা চৈ মতোলশিংদু মপা মপা থেংনহল্লগা লাইনিংথৌবোমগীনা মথক থংহনগনি। অদুগা মাইবনা লাইমাঙদা চঙশিল্লগা লাইদা ওনশিন্দুনা হিজিংলোল অসি শক্কনি। মাইবনা অশুম্না শক্লিঙৈদা হীবোযশিংদি হুকচাং লেঙবা হাইবা যাদে। লাইবোল লোইদ্রিবা ফাওবা তুমিন্না ঙাইদুনা লৈগনি।

## হিজিং-হিৰাউগী বাখল্লোল:-

অশুম ওইবা থবায যাইবি অশিবু মপুগী মফমদা অমুক থিনগদৌব। তেংপানবা মপুগী পাযমা বাখন্দা তাইবঙগী থৱায অশি মহাক্কা তৎন থানদনা লোযনদুনা থবাযবু পোকপা শিবদা পুদুনা চৎকে খল্লে। অশিগুম্বা উবা ফংদ্রবা তেংপানবগী ঈপাক অশিবু লানঙমদবা ঈপাক হাযনৈ। মাশিবু লান্নবা হিগী মশক ওইবা লাইমিং পুথোক্কে নিঙলে। তাইবঙ মপুবু "হিমক শিদবা" কৌই। হযা লৈমবেলবু "যাই মক নাদবী" কৌই। তাইবঙ মপুগী যাৱা খোম্থোক্লা লৈম্রেন্দা বাহোমলে। হে লৈমবেল তাইবঙশে তাইবঙ ঈপাক্তগী লানবিশি, নঙনা পোৎশক অমা পুথোক্লো ঐনা অমা পুথোক্লগে। নশক ইশক মান্না পুথোকশে। অশুম্না পোৎশক অনিশি পুথোক্লে। লৈমবেন্না পুথোকপা পোত্তু মপুনা মমিং থোল্লে।

ঐগী যাৱা খোম্থোক্তগী থোকপনি হায়দুনা "ৱাকযৈ" কৌবে। ঐগীনা নঙবু ঐনা খুদুম চল্লে হাযবগী "খুমু" কৌবে।

ৱাকযৈ অশি হীদগী ওইবনি হাযদুনা "হি" কৌবে। "খুমু" অশিনা অনৌবা যেন্নিং হুল্লে হাযবগী "নৌ" কৌবে। অশিগুম্বা হিদা হাপ্পুনা নৌ অশিনা হোল্লগা অচঙবনা থৱায কোল্লি। শিঙ্গুম্বনা (শিবনা) তাইবঙ ঈপাক্তগী লানশি হাযনা শেম্বিবে। হি অশিগা নৌগা অনি অশিনা হিদান্নবা, হিবান্দা নৌনা খেৎপগী তাইবঙগী চাদা-শোইদাবি। তাইবঙ থৱায খোল্লি। মিকোল থাগোল্লি। অশিননি লাই ইকৌবা নুমিত্তা হীবী ফানবা হাযদুনা লাইগী থৱায কৌখৎপদা হীবী ফাল্লিবদো। লাইংথৌগীনা কুকুনা মপু ওইবগা। খোংলম ৯গী মপু ওইহল্লি। অশিনা লাইবংথৌ ৯ হাযবিবনি। ওইগী হীবীদি লৈমবেলনা মপু ওইদুনা ঈবম ৭কী মপু ওইহনল্লি। লাইনুবা ৭না হিবি ফাল্লে। লাই নুপীবু "লাইনুবা" কৌই। মখোযনা ঈবম ৭কী মপু ওই। ঈবম হাযবা অশি ৭তগী খক হেন্দে। অদুনা লাইনুবা ৭ হাযবিবনি। হি অশি মালংবনা (নুংশিৎ) হোল্লি হাযবদি নিংশা শোববুনি। হিবিগা, হিহোনবগা, হিগা অহুম অশি মৈ, ঈশিং, নুংশিৎনে। অদুনা হিবি চনবদা হি ৩ হো ৩ ও ৩ হাযনা হাযবিবদো। মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ ৩গী মিংখৈনে। অহানবদা মপুনা পুথোকখিবা কংলাদা লাইযাম্না হোনখিবদি সনাগী হি, তম্ফাগী নৌনে। অসিগুম্বা লাইনিং কাংলোল অসিবু লাইনীংচেৎপা লুৱাং পুন্সিবনা থিখি। লাইগী বাবিনা মবম ওইদুনা লাইনিং চেৎপা লুৱাংনা পামেন উ (উনিংথৌ) না কৌব্রুগী ঈঙেল্লোক্তগী যান্দুনা শাই। হৈবানা নৌ ওইখি। মতাং অসিদা লুবাংগী হিযাল্লোন দা 'কৌজেং' অমসুং 'উচি' হাযনা থৱায পাম্বা অনিখক পল্লিবসিদি মপাম্থোংদা পোৎশকশিংসি ওইনা উববশু নুংগী ওইবদি 'ইবোযৱাবা' অমসুং 'শাদোকপা' হাযবা থৱাযনা তাইবঙ পুন্সি লোইবক্লবদা লাইগী হিদা তোংদুনা অমম্বা ইপাক লার্নখিবা অদুনি।

## হিজিংলোল

হযাহে চিঙঙু খোইযম লাযিংথৌ,
খোইযম যাইবি যেলহৌগী, অমম লযশা হাল্লকপা,
যাইপি ওংথি হুমওইনা, খেবেনোংগুম তাগুপ হৌ,
পোইদিং নোংথাঙ তাবংলেন, তাবং লাইজ ইপোকপা,
চিঙঙু যেনদাও তাওবি ইবোইনাই,

লাইরেল তাউরোইনাই, নূংমু শিদবা, নূংনাং নাদবা,
নুঙগাং মাহারাবা, য়াইবি নুঙঙৌ পিমাবা,
কোরও নোংদুরেল পাফনবা, নিংনাং চারারোয় আহেনবা,
কোরও কাবিবা ব্রাংবন কুবিবা, কোরও নোংথৌ আয়েংবা,
বাংবা নিংথৌ পানজুমবা, হুপলা মপান থাবা, হার মউ লিংবা,
মিশেমবোং কাইবি লংগুম পারিং লাংশংহুন,
উকাক মায়ধোং য়াননা, মালেম মপুঙ লাকনা,
লয়শেম লয়হৌরকপা লায়িংথৌ ।। ১ ।।

চিঙঙু ইবুংঙো নঙগি, সনা ফমবাল লাংদা,
নুমিৎ অনি থোকপগুম, থাবি ২ পানবাগুম,
নাশানৌ খোইমোম লাইরেম্মা, চিঙঙু নাতৈ ননাওবু,
নাখুন খুনপুকলেল আচঙবা অসিনা, চিঙঙু নাকুম কুমবি ওইরে,
লোইদাম থাজা মতম ফংলক্লে হায়বাগী,
পঙ্খৌ ইপা ইতোন ঙাইবশিংনা, চিঙঙু লাইমাঙ ফান,
খাংপোক ইরুম খন, পলেম ইমা ইন্দোনশিংনা,
মৈদিংঙু লয়চোন কৈথেন কাদানা,
হাযজা অওয়থি,নোইনু মারন খাননা,
হয়রাং অশংযেং তাওজিং অমুন খননা,
লুক্রেম পাগা চোননা মায়যোকনরবদা,
খাবী য়োমলোযহৌ, অমাই নাকলৌশিন,
আশৈ খোংফাংলেং, নাখুন খুনপুকলেল আচঙবা অশিগী
পাখং লাংজেং মাথোক কারকপাশিং,
নুরা চেংকোই মিৎচুবিশিং খুরাই ব্রাইরংবা চনু,
ব্রাংখৈ কৈদুবা নিঙোন, খ্বাই নিংঙোন, য়াইস্কুল নিংঙোন,
লৈকাই খুনজেন ৪ মাগি চনুরা লেংনাতিন,
চবৈ ফিঙৌ নিংথিবাশেৎ, লৈরাং ফজবা চিননা,
লিকলাং কোনগারক্তনা শিংলেল লৈনৌ চিননা,
কোরৌ নোংবুঙ খুদিংবু, নোইখুৎথেক নোয়মনলাংনা,
ওইনু কোনগোন লৌরে ।।২ ।।

পম্বৌ ইপা-ইতোনশিংনা, পলেম ইমা ইনদোল ঙাইবিশিংগা,
মপাবি মতৌযেংগে, মামোমবু মাযখঙগে হাযবাগী,
চিঙভু নঙগি লাকথোঙকা, নাখুন খুনপুকলেল আচঙবা অশিগি
চনুবা লেংনাতিন, পাখং উবাংময খাঙনৌবাগা
পুম্নতিননা নোযনা ঙমদমহৌবাবু,
নুমিৎশিংবুম(শুবিবা নুমিত্তু) শুবক্লবগী,
চিঙভু লাইতোন লোমগে হাযবক্লেদো,
ইযোং শঙদিং কককে হাযবক্লে,
চিঙভু নাবমবু, খোইযুম নঙগী নামাইবগা,
চিঙভু নঙগি নাদাইবেম লযনুং থাকুপ আশৈবা,
পোইবৈ শৈশকপা, ব্রাঙম তেংথাবানা,
পেনা মাক্রি নুংঙনবাবু থাদাপম, শামৈ ২ কাবননা,
চযজিং পাললোযননা, খুৎফাং চাংজৌ ৫মানা,
পেনা খুৎখৎ তোযনা, চিঙভু নাতিক শক,
খোইযুম নাঙন থাবশু, ঙাসিদা মঙাইবেদো।।৩।।

চিঙভু খোইমোম লাইবেম্মগি, মদাইবেম খাবী নামাইবি,
শাজি লাংকপপি, লিবি লাফোংবীনা, চাবৈ ফিঙৌ শেৎনা,
শিঙঙেন লৈহুল তৈনা, হযবাঙ পুঙগা থোননা,
শবীক লাইহুই পাযদনা, চিঙভু লাইপাও চেন,
নামু মীপুম অমা হাঙদানা, খোইযুম লাইপাও চেনবাশু,
ঙশিদা মঙাইবেদো।।৪।।

পামেল হযবা পোংগন নও, ইব্রাংশংশং খাইফাবা,
হযবা নৌদি তমফাবা, হৈবোং নৌদি খাইফাবা,
ফানাম্বা নওদি নওচিনতুম, নওবেন খাঙতপ লাক্লা,
তিযাঙ কাংদং যযনা, ইমু মাকন ফুনা,
ইঙাং মাথি পেকনা, লাইজা ঈবিক হওনা,
চাবাং যেননা ইচাই চাই, নাযু নোংবান হোঙনেম,
লুবাং নিংথৌ পুন্সিবগী, ব্রাকযৈ মানুংচঙনা,
তোংজেং মাখুনেৎ আসিবু, মযনা ব্রায তাংনা শমনা,

শৈথাজবমগেদো নদাইবেমনা, লাইনিংথৌও ॥৫ ॥

চিঙঙু খোইযুম লাইযিংথৌ, (হবাউবিবা লাইগী মিং)
ইবুঙো নঙগি, .ব্রাকযৈ নাখুনেৎ, তোংজেং নানুংচঙ অসিবু,
লোইদাম কুমগি মতম ওইবক্লবগী,
তুবেল লাইজ ইতাগে হাযবক্লেদো, হে খোইযুম লাইনিংথৌও,
চিঙঙু খোইযুম লাইযিংথৌগি মদাইবেম,
তমবা অকনবনা মাথিনাই, অশোম্বনা মাবাঙহৌনা,
তুবেন লাইজা ইপাক থক অশি যৌনাবা,
বাকযৈ হিজগাংনুংদা চঙনা শেন্দাং যেস্থী মবিলতেং,
কুবাক মহুম লৈনা শিৎনা, হাযাম শা চিংথোকশে ॥৬ ॥

যোইবু খোইমোম লাইবেম্মা, নঙগি বাকযৈ নাখুনেৎ,
তোংজেং নানুংচঙ অশিবু, লোইদাম কুমগি মতম ফংলকলবগি,
তুবেন লাইজা ইতাগে হাযবক্লেদো,
যোইবু খোইমোম লাইবেম্মাগ মাদাইবেম,
নুজা অশোনবিনা মথিনাই, অকনবনা মবাং হৌনা,
তুবেন লাইজা ইপাক থক অশিদা,
যৌনবা হাযাম শা চিংথোকশে ॥৭ ॥

চিঙঙু খোইমোম লাইযিংথৌ, ইবুংঙো নঙগি
বাকযৈ নাখুনেৎ, তোংজেং নানুংচং অশিবু,
বাকযৈ হিজগাং নুংদগী তোংজেং হি চিংথাগে হাযবগী,
নদাইবেম পাখং লাংজেং মথোকলকপবু,
তনবা লেংনা তিল্লকলবা অসিদা, নাযু খোইযুম লাইযিংথৌ,
বাকযৈ মাখুনেৎ, তোংজেং মানুংচং অসিবু,
শেনদাং যেস্থি মবিলতেং, কুবাক মহুম লৈনা শিৎনা,
লাইবেন ঙাঙোই যোয মোংবা, তুতেংকোন,
নোংমোইনু অহোংবী তুশাকোন,
লাইজা তাবঙ ইপাকথক্তা তাঙা যৌনবা,
হাযাম শা চিংথোশে ॥৮ ॥

লাইবোল অসি শকপা লোইবকপদা হিবোযশিংনা খোঙদি লেঙদনা খুৎনা হি অদু হিজগাংদগী চিংথোকপগী মওংদা ৩লক চিংথোক্কনি। অশুম্না তৌববদি হি অদু চিংথোক্তুনা থম্বগী মওং তৌবগা, হি অসি শাবকখিবগী ৱাবী-ৱাখোঙ তৌদুনা 'উযাল্লোল' হাযবা লাইবোল অদু তৌবগনি।

## উয়ালোল

চিঙগু খোইযুম লাইনিংথৌ,
খোইযুম যাইবি যেলহৌঙৈগী,
অমম নৈশা হাল্লকপা।
খেবে, নোংকোন তগুপহৌ,
পোইদিং নোংথাং তবংলেল,
তবংগী লাইজ ঈপোকপা।
পনম যেনদাও তাওবী ইবোইনা,
তাওবা ইবোইনা নুঙগাং মহাবাবা।
ৱাংবা নিংথৌ পানজুম্বা,
হুপ্লা মপান থাবগী,
হাব মউ লিংঙকপা।
মিশেম্মোং কাইবি মহুম্নুংগী,
পবিং লংনা তৌবগুম,
উকাক মাইথোং যাল্লকপা।
কোবৌ নোংলেন্না মবাং হৌবনা
শাবন নাওদু মবিন থন
খোংবান নাওদু মবিন থল্লক্লে।

লাংবন কৌজেং চোংবিচানা,
চানালকা যাদা চিক্লা, ঈবাল্লকপবু।
লুৱাংনিংথৌ পুন্সিবনা মিৎযেং শাঙ্গৈবে।
মপন থবৈ চমোইবনা,
মমোমগী দমক ললউল্লকপবু,
থামলৌ অচনবনা পান্দথোং,

নেশ্বী অবাযবনা নুংদাচন,
তুবেল লৈবায চাংদোম্বক্তা,
শিংথা খন্দোন ঈওতৌনা,
কৌবদি কদৌ নোংগিনো?
লম্লেল লোলোয শিংমিৎথা
কৌববু কদৌ নোংগিনো'?
চিবা খুমন তানবা, নাবেকপবু,
খিক্লোয মবিন তান্না শৎনা,
পাবি অমা নমদাপো,
মমোম অমা লুদা হাপ,
লাইজ ইবাল লকপবু,
মমৈনা খুমু নৌবু ওইদনা,
লাইজ ঈবাল লকইদো।

নযু নোংবান হোংনেম,
লুবাং নিংথৌ পুন্সিবনা,
মিৎযেং শানখৈবে।
লুব্রাং ইপাচা পুন্নমক,
লুব্রাং ব্রাংমনাও শিলহৈবা,
নোংবান ব্রাংবিখুৎ খুৎহৈবা,
লুবাং ইপাচাশা, নঙখোযবু,
ঐগী তোংজেং ইখুনেৎ ওইনববু
তলা চাওথোই ববু হোইথিকবো।

শিংজং লেংদা থোং,
চেংজেন নমদা পোনা,
তলা চাওথোই ববু,
কৌবা চিঙদা কাদনা,
হোইথি বক্লে।
নুমিদাং তাংলৌ লৈনথেংলবদা,

তলা চাওথোই্ ববু,
লমওক নদবে।
ঈঙেল কৌবা লোকমায,
অহেন বদা ফিদুপ,
নাতৈ শন্না দনা,
লোকমাই খুদেং শাবা,
অহেন বদা তলা চাওথোই ববু লমওক্লবে।
তলা চাওথোই ববু,
লমওক নববদা,
শদু লৈমায ফাল্লে।

সনা যাইগ থা
লুপা কোনগা চনলে।
চাল্লৌ লাগা থা,
হৈবাং অশং যেং,
তাওজিং অমুক খন,
যেকম কাংখি তমলে।
অশি মতুং থোকপদা,
নুমিদাং তাংলৌ লৈনথেংলে।
নোংযাই ইপাচা ইখোযশু,
যাইবেক নোংফাই চল্লশি হাযনা,
যাইবেক নোংফাই চল্লে।

অদু মতুং থোকপদা,
ঈবোক লাইচম লৈমা,
মালেম লৈবোল হনবি,
উপি উবেল পোকপি,
তনমু তনহাও পোকপি, মমানা,
নুমিদাং তাংলৌ লৈন থেংলবদা,
পামেল উখোঙ খাদা,

খোংশাল লক্তনা যৌবক্লে।
পাবি ইবুঙো নঙবু,
ইমানা শযিকুহি ওইযু,
উপন লংদা ওইযু,
শাম্বা থাংদোং ওইযু
হাযবব্ হোয যাদবগী মবম্না
শিঙেন অবেম্বা লৈবাং
অতিঙাবু ওইবে দকো,
তলা চাওথোইনবু ওইনা,
শালস্নোল লবদা,
হযেং ইনুংশোবা তৈনা ঙাল্লবগা,
চবোয তেত্রু খোংলগা,
ক্রাক্কি লালবাও চেল্লবদা,
লুবাং ওঁথবা নোংবান,
ইযান বনা শিংজং,
কাম্দোয চন পামেন,
ঈশাথা তোং জেং নাওমৈকক,
পামেন উকতুপ, টানং
উমাং কক্কে হাযবক্লে।
অশিবৃ বাংখুদেং ওইগে হাযবা নত্তে,
লোইমোম শুম্বন ওইগে হাযবা নত্তে,
নযু নোংবান তোংলেম লুবাংনিংথৌ,
পুন্সিবর্ণা তোংজেং মখুনেৎ,
তি ওইগে হাযবান।
অদুম ওইনামক পাবি ইবুঙো,
নঙনা তুনিং দবনা,
ঙংদনা হাযনা হুম্না লৈববু,
ইমাবু কবম যেংঙু হাযবনো।

অশিমতুং থোকপদা ইনুং,
শোবা তৈনা ঙাল্লে।
লুরাং ইপাচা পুম্নমকশু,
উনিং উমাং কক্লে।
শেন্দাং যেন্থি মবিনতেং,
হিংলৌ নাবিন শিৎ,
হাকমৈ থিংজিন লৌনা,
উনৌ হিবি তোনগথান্না
লুবাং নিংথৌ পুন্সিবগী
মবাল যাযদা বাইখুংলুবে।

নহারোংগীবু লৌব,
ইন [illegible] খাংপোক [illegible]
হৈতেববু মবিং খুম্বিবোঙ্গা
মবাল থৌচংখি।
কোবৌ নোংলেল খ ঙনা,
ঙমদদনা লোংখুম নামৈ
যেপ্পনা, শবেন মনা ওই,
পাখং শঙ্গাই খুত্তা
পাযবনা চিবেল তোম্পোকপা
ওইদনা যাবৌ শঙাই তবানশাবু
ওইনা শাল ওল্লে।

লুবাং ইপাচা নঙখোযপুম্নমক,
হিশিবু কনানা হান্না তোংহনশিগে?
নুমিৎ হান্না উবা,
থবী হান্না খঙবা,
যাবৌ শঙাই তুবানশাগী,
চিক অকংববু হান্না তোংহনশি।
লুরাং ইপাচাশা নঙখোযশু

তোংখৎলো। ব্রাংবন মনাও,
ঙাবেন ইথিংক্লক, লাইবেল,
লাইশম থাংবি ইনফুই
তোনগা লংববু পিবাং থকুপ হৌবে।

হৈবোং নৌদি তকফাবা
হৈবা নৌদি খাযফাবাদুদা
চবক ইশম চাইবনা মাঙলোমদা
ইবৈ তেক্কোৎ শানা,
চিঙঙু খোইযুম নতৈ ননাওদি
ব্রাকযৈ হিজগাং নুংদগী
বাকযৈ অনি খজিক্লা,
তোংজেং অনি খাফাংনা,
বাকযৈ হিদান্নগে হাযবক্লে।
হিও হিও হিও সন্দ্রেন তবেনঙা।
হিনঙব্ হোন্দেদো লাইনিংথৌব্
হোনবান। হিও সন্দ্রেন তবেনঙা
হি হি হি ন ও হোহো যে হে হে
ও হি হি। আশনা হিবা ওবনি।

অশুল্লা টাল্লোল শকপা লোইবকপগা মাইবনা হিবোযশংদা হিহোন্নবদমক মখাগা অশুল্লা হাযগনি।

মাইব হো, লাইনিংথৌ লাইবেম্মাগা বাকযৈ হিবোযশা।

হিবোই: হাও।

মবাইবা লাইনিংথৌ লাইবেম্মা অনাগী বাকযে মখুনেৎ তোংজেং মনুংচং আসবু লাইজ ইপাকথক্তা বাকযৈ হিদান্নবগীদমক তোংজেং হিজগাং নুংদগী চিংথোক্লবনা হিদান্নবসিকো।

হিবোয:- হো, তান্নবশে, তান্নবশে।

অশুল্লা হাযবগা ফৈনা পাযবিবা নও অদু যুংখৎলগা খুৎ অনিনা হিহোন্বগী মওংদা পাযগনি। মতাং অসিদা লাইনুংদা লৈবিবা লাইনিংথৌ-লাইবেম্বীগী লাই পুবশিংনা থোক্লক্লগনি। অদুগা লাইনিংথৌ পুবনা মাইবগী তুংদা চৎকনি। অদুগা

লাইবেম্বীগীনা মাইবীগী তুংদা চৎকনি। অদুগা লাইগী থৌগল্লোযশিং মথং মথং তুংলোমদা পবেং শানা লেপ্লগনি। অশুম্না লাইবুং অসিদা কোযনা চৎকনি। অদুগা পেনাগা মাইবীগশু যাওগনি। পেনানা লাইনিংথৌগী নাকল্লোমদা খোংদুনা চৎকনি। অদুগা মাইবীনা লাইবেম্বীগী নাকন্দা শবীক থীংদুনা চৎকনি। অদুগা মথাগী লাইবোল আস মাইবা অমসুং হিবোযশিংনা অব্রায অখুম তৌদ্না শক্লগা চৎকনি।

মাইবা: হিও, হিও,
হি নঙবু হোন্দেদা,
লাইনিংথৌবু হোম্বনি
হিও শন্দ্রে তবেংঙা তবেংঙা।
হিবোয:- হি, হি॥১॥
মাইবা:- হিও, হিও,
হি নঙবু হোন্দেদা,
লাইবেম্বীবু হোম্বনি
হিও শন্দ্রে তবেংঙা তবেংঙা।
হিবোয: হি, হি॥২॥
মাইবা:- লাইনিংথৌ-লাইবেম্বী অনিগী
বাকযৈ মখুনেৎ-তোংজেং মনুংচঙবু
তুবেল লাইজ ঈদা হোম্বদ
খুঞ্জাও-লৈচাউনবা হোম্বনি।
নিংথৌ পুক্সিনবা হোম্বনি।
লৈবাক মবা তপ্লবা হোম্বনি।
পাবি শুক্তানবা হোম্বনি,
ইমোম শোইদানবা হোম্বনি।
হিও, হিও সন্দ্রে তবেঙা তবেঙা।
কুম্বী কোংযাং চাদুনা লাপোৎ-শাংপোৎ পুদুনা
ওঃ ওঃ লাংগা হি হোল্লে।
চোথে কুম্লংশিবিনা, লাপোৎ শীংপোৎ পুদুনা
ওঃ ওঃ লাংগা হি হোল্লে।
হিবোয:- হি হি॥৩॥

অশুম্না লাইবুং অসিদা হি হোম্বগী মওং তৌদুনা চঙ তাবা মশীংদা কোযনা চৎলগা লাইগী শুমাঙ মতোন হেক যৌবগা হি অদু লাইবোমদা কাখৎনবগীদমক মায ওন্দুনা লৈখৎলক্কনি। অশুম্না লৈখৎলক্লগা লেপ্পুনা হিবোযশিংনা পাযবিবা নওশিংদু থাংগৎনদুনা মতোন-মতোনশিংদু তপ্না থেংনগনি। অশুম্না থেংনবিবা অসিগী নুংগী ওইবা ব্রাখল্লোন্দি লাইনিংথৌ লাইবেম্বী অনীনা লাংবুম্বগী মতৌনি। অদুগা মচা-মশু কযা শুক্তা-শোইদাহম্বিদুনা খুঞ্জাও-লৈচাউ হনগদৌবিব্বনি। অদুনা মতাং অসিগী ওইবা ব্রাখল্লোন্দি হি অসিনা লাইবেম্বীগী হকচাংগী মশক্নি। অদুগা নওনা লাইনিংথৌগী হকচাংগী মশক্নি। অশুম্না লাইনিংথৌ-লাইবেম্বীনা তক্ল-হোন্নবকপদগী তাইবঙ থব্রায পীবিদুনা শুক্তা-শোইদাহনবী। অদুগা তাইবঙ পুন্সি লোইববা থব্রাযবু অমম্বা ইপাক লাম্ছোকপিবিবগী মতৌনি।

অসিদগীদি হিবোযশিংনা নও মতোল চীল্লোক্লবিবা অদু লেংবান্দা অমুক হাপকত্তুনা পাযহন্নবগীদমক মাইবনা মখাগী বাহে অসি হাযগনি।

মাইবা:- হো লাইনিংথৌ-লাইবেম্বীগী মদাইবেমশা।

হিবোয:- হাও।

মাইবা;- হৌজিক্তি লাইনিংথৌ-লাইবেম্বীগী ব্রাকযৈ মখুনেৎ তোংজেং মনুংচঙ অসিবু ব্রাকযৈ অনি খজিক্লা-তোংজেং খবাংননা লাইজা থিনপেক্লা, ইমু খোঙ্গাও কল্লুববু লৈবাই খমথেংলবগী, ব্রাকযৈ হিথাংফম যৌববনা তোংজেং হিজগাং নুংদা থল্লনবগী বাকযৈ হি খাল্লনবা নঙগী নঙগী হযবা নওবেলশিংদু লেংথোনবো।

হিবোয:- থোংলে।

অশুম্না লাইশঙলোমদা তপ্ন তপ্না চঙশিল্লকপনা চুবি হেক যৌবদা নওশিংদুনা মতোন্না লৈবাক্তা শৌবগা হি খাম্বগী মওং তৌবগা মাইবনা অমুক হি হোম্বগী ইশৈ, মথক্তা শরুখিবা অসি শক্লগা হি কাখৎকনি। অশুম্না হি কাদুনা চুবিদা লেপ্লবা মতমদা হি হোম্বদা তেংমাই লেপ্লুবা লাইনিংথৌ-লাইবেম্বীগী হিখাউ, অমদি লাইপোৎ-শেম্পোৎ পুম্নমক মাইবীনা ওক্তুনা লাইনুংদা পুশিন্দুনা মাগী মাগী থমফমদা থল্লগনি। অসিদগীদি হিবোযশিংনা মাগী মাগী নওশিংদু লৈবাক্তা থল্লগা মথক্তা ফমদুনা লৈগনি। অদুগা মাইবীনা লাইনুংদা কৎলিবা কবোক-হৈবোক্ল

চিংবা কাইথোক্লক্তুনা হিরোয়শিংদা পীজ-পীথক তৌগনি। মসিবু ‘হিরোয় চাকখাঙবা’ কৌই। অশুন্না হিজিং হিরাউগী থৌরাঙ লোইরবদি লাই হরাউবা হায়বা লাইথৌ অসি পুন্নোই লোইরবনা মাইবনা থৌৱায়-মি কোল্লগনি। অদুনা থৌৱায়-মি কোন্নবগী পোৎ মাইবীনা শেম্লগনি। মদুদি লাতোল মচা ৩ লোন্দুনা মথক্তা খুদৈ মচা ১না ৩ থোক্লা থুপ্তুনা থাগনি। মথক্তা চেঙ খর হৈগনি। অদুগা লফোয় লফাং চঙথোকপা ১, লাংথ্রে মপোক ৫, হৈজাং ১ হাপকনি। মসি লাইবৌলা থাফমদা লাইবৌলা থাবগী মওংগুন্না থম্লগা, মাইবনা মিকৌপোত্তু মাঙদা থমদুনা লাইরোমদা ওনশিন্দুনা লেপ্লগা থৌগল্লোয় পুন্নমক্লা লাইনিংথৌ-লাইবেম্বীগী মাইকৈ লান্নহন্দনা নিপা নুপি পরেং ২ থোক্লা লেপ্লগা মখাগী লাইরোল অসি শক্তুনা থৱায়বু শুগুগী চীংনুং হুত্তগী কোনখৎলক্লক্তুনা লাইশঙনুংদা পুশিল্লগা খোইদৌ খাদা থমগনি।

(মথক্তা লৈরিবা উয়ালোলগী লাইরোল অসি লৌথোক্লকপা পুয়াগী ফোটো হাপচগে)





## মিকোন লাইরোল

মাইবা:- হয়াহে হে শুং তযুম চিনগোই ইৱাকমানা,
হয়িঙৈগী খোইয়ুমগী ৱারম অচেৎপা,
যাইবী থৱায়-মিকোনশৈবু হুয়া লাউনা
শৈথিজরক্কেদো লাইনিংথৌ ও ॥ ১ ॥

লম্লেন্নিদি মদাইমা শুগুখুনবি ইৱাংকোল,
চীংনুং হুত্তি লমনুংশি, ৱাংনুরৈমা মপারি,
ৱাংব্রেন খানাচাউবগী মরমখৈদগী
নদাইরেম খুঙ্গং অচৌবগী থৱায় হাম্বোইনখিবা
মিরেল চোইচৎনরুব থৱায় মাবু কোনগেদো ॥ ২ ॥

হেদা থৱায় ৫মক মিগ থানা ৬মক

থব্রায নঙবু কোল্লগে, মিবেল নঙবু কাবশি।
তুবেল থাংথোং মথেক লৈবোং ফৈবু শানা,
চংলৈ হিদেন মতাফবা খুদিংগী,
তোবৈ নমশাং ইন্নদি যাইবী নঙবু কাবশি
তোবৈ অশুম কাবকপদি, লল্লেন্নিদি মদাইমা
চেপ্পি খোঙবাল যৌবেদো। চকপী মহা মক ইখাইদি
শীংঙুৎ নাচুং যৈনদি তেবা খোংফৈ চল্লমগে।
শাযবনা খোঙ থিংলমগে লাংগোম্না পৌবোল্লমগেদো।।৩।
হেদা থৌব্রায ৫মক মিগ থানা ৬ মক
থৌব্রায নঙবু কোল্লগে, মিবেল নঙবু কার্বশি।
তুবেল থাংথোং মথেক লৈবোং ফৈবু শানা,
চংলৈ হিদেন মতাফবা খুদিংগী,
তোবৈ নমশাং ইন্নদি যাইবী নঙবু কাবশি
লল্লেন্নিদি মনাইমা চকপি মহা মক তুংওইনা,
তাংজেং চাকব্রাইতা ইবেল শল্লশি,
শগংবা খোং কাদুনা নিংথৌদা ইবেল কোনগেদো.
নোংযাইখোংদি ইখাইবু শীংঙুৎ নাচুং যযবমগে
তেবাগী খোংফৈ চল্লমগে।।৪।।
শাযবনদি খোঙ থিংলমগে। লাংগোম্না পৌবোল্লমগেদো।
হেদা থৌব্রায ৫মক মিগ থানা ৬মক,
থৌবায নঙবু কোল্লগে, মিবেল নঙবু কাবশি।
মবম্না লমলেল মদাইমা নোংযাযখোংদি তুংওইনা
শন্দংখোং ইখাই থিংলমগে।
শীংঙুৎ নাচুং যযবমগে তেবা খোংফৈ চল্লমগে।।৫।।
শাযবনা খোঙ থিংলমগে লাংগোম্না পৌবোল্লমগেদো।
তুবেল থাংথোং মথেক লৈবোং ফৈবু শানা,
চংলৈ হিদেন মতাফবা খুদিংগী,
তোবৈ নমশাং ইন্নদি যাইবী নঙবু কাবশি
শন্দংখোংদি তুংওইনা ইথায ইবেল কাশিদো।

উঙামলেলশু থিংলমগে, খুগা ইখাই থিংলমগে।
শীংঙুৎ নাচুং যয়বমগে, তেবাগী খোংফৈ চল্লমগে।।৫।।
হেদা থৌৱায ৫মক মিগা থানা ৬মক
থৌৱায নঙবু কোল্লগে, মিবেল নঙবু কাবশি।

তুবেল থাংথোং মথেক লৈবোং ফৈবু শানা,
চংলৈ হিদেন মতাফবা খুদিংগী,
তোবৈ নমশাং ইন্নদি যাইবী নঙবু কাবশি
মবন্না লম্লেল মদাইমা খুগা ইখাই তুংওইনা,
নোংমাইখোং ইখাই থিংদুনা, নাউদু হিযাঙতেক থুংশিদো,
পাখংবা ইবেল কাশিদো। খোর্দাক ইখাই থিংলমগে,
শীংঙুৎ নাচুং যযবমগে, তেবাগী খোংফৈ চল্লমগে।
শাযবনদি থোঙ থিংলম্লগেদো, লাংগোম্না পৌবোল্লমগেনে।।৬।।
হেদা থৌবায ৫মক মিগা থানা ৬মক
থৌৱায নঙবু কোনগেদো মিবেল নঙবু কাবশি।

তুবেল থাংথোং মথেক লৈবোং ফৈবু শানা,
চংলৈ হিদেন মতাফবা খুদিংগী,
তোবৈ নমশাং ইন্নদি যাইবী নঙবু কাবশি
লম্লেন্নিদি মদাইমা পাখংবা ইবেল তুংওইনা
নিঙোল খোংদি ইখাইশু, হিযাঙখোংশু থিংলমগে।
কোম্নাখোংদি মাঙওইনা কোন্নুমা ইবোন্দি নাতৈনা,
ফৌগাকচাউবু শমদুনা পুমলেল ইযায খাযনদি,
শেকমাই তুবেল কাশিদো। ইকোপ খোংলেল শমসিদো।
খেলাখোংদি মাঙ ওইনা থৌবাল তুবেল কাশিদো
থৌবাল ইবোঙ লম্মহন থৌবাল ইখাই থিংলমগে।
শীংঙুৎ নাচুং যযবমগে, তেবাগী খোংফৈ চল্লমগে।
শাযবনা থোঙ থিংলমগে, লাংগোম্না পৌবোল্লমগেদো।।৭।।
হেদা থৌৱায ৫মক মিগা থানা ৬মক
থৌৱায নঙবু কোল্লগে, মিবেল নঙবু কার্বশি।

তুবেল থাংথোং মথেক লৈবোং ফৈবু শানা,

চংলৈ হিদেন মতাফবা খুদিংগী,
তোরৈ নমশাং ইন্নদি য়াইবী নঙবু কারশি
লম্লেন্নিদি মদাইমা থৌবাল ইরোঙ তুংওইনা
লিল্লোঙ তুরেল কাদুনা লিল্লোঙ শারিল্লোঙ থুংশিদো।
তুরেল লাইজা নমশং ঈ, ইরিল ইখাই থিংলমগে।
শীংঙুৎ নাচুং য়য়রমগে, তেরাগী খোংফৈ চল্লমগে।
শায়বনা থোঙ থিংলমগে, লাংগোম্না পৌরোল্লমগেদো।।৮।।
হেদা থৱায় ৫মক মিগ থানা ৬মক
থৌৱায় নঙবু কোল্লগে, মিরেল নঙবু কারশি।

(মতাং অসিদা খঙগদবা অমনা চীংনুংহুত্তগী তুরেলগী ঈশিংদা পুখৎলক্লিবা থৌৱায় অসি লাৎলিবা উমংলাইশিংদুনা লৈবা মফম অদু ফাওবদা পুখৎলক্কদবনি। অশুম্না পুখৎলকপদা লৈবস্বা ইখাই খুদিংমক তুবেল থিংবগী লাইরোল অসিনা থিংলগা লাইফম অদু য়ৌনবা কোনখৎলক্কদবনি। অশুম্না লাইহৌবা নুমিত্তা ইকৌখিবা মফম হিদেন অদুদা লৈয়ু হায়না থেম্না হৌগনি। অসিদগী থৌৱাযনা লৈনিংদে লৈনিংদে হায়না লাইবুংলোমদা পুশিল্লকপনা লাইগী ফানখোঙ মখাদা লৈয়ু হায়বা ফাওবা থৌৱায়না যাদদুনা তাইবঙ মীগী খোযজিখাদা লৈয়ু হায়বদা য়াদুনা ফানয়াই-পুন্নয়াই ওইবা খোয়রীনা পুল্লগা সনা-লুপাগী চুক্তা পুন্দুনা থমগনি)

তুরেল থাংথোং মথেক লৈরোং ফৈবু শানা,
চংলৈ হিদেন মতাফম খুদিংগী,
তোরৈ নমশাং ইন্নদি য়াইবী নঙবু কারশি
মরম্না লমলেল মদাইমা লাইনিংথৌগী হিদেন্দা
থৌৱায় নঙবু লৈয়ুনে, মিরেল নঙবু পোত্থাবো।
থৌৱায় ঐনা য়ানিংদে, মিরেল ঐসু লৈনিংদে।
ইরাইলৈমগী য়াতাফম, ইখৈরেলগী মকাইফম্নিদো।।৯।।

হেদা থৌৱায় ৫মক মিগা থানা ৬মক
চিঙুবগী লাইকোন্নুং কংলৈ শুমাঙদা লৈয়ুনে।
থৌৱায় ঐনা য়ানিংদে, মিরেল ঐশু লৈনিংদে।
শারোয়-ঙারোয় ঙম্নাতিল, লাইয়াম ফত্তবা লৈবিদো।।১০।।

হেদা থৌৱায় ৫মক মিগা থানা ৬মক

চিঙুবগী লাইকোন্নুং ফানখোঙখাদা লৈয়ুদো।
থৌৰায় নঙবু কোনগেদো মিরেল নঙবু পোত্থারো।
ফানয়াইদি পুম্ন য়াই থওরী কোংগোই য়াইওইবা,
সনাগী চুক্তা পুল্লগে, লুপাগী হুইনা য়য়রগে।
থৌৰায় ঐনা য়ানিংদে, মিরেন ঐশু কিজৈদো।
চিঙুলাইগী ফানখোঙদি মাইকৈ ঙাকপা লাইয়াম্না
খোইয়ুম মাবু শঙলিদো।। ১ ১ ।।

হেদা থৌৰায় ৫মক মিগা থানা ৬মক,
থৌৰায় নঙবু কোল্লগে মিরেল নঙবু চঙলশি।
নয়ু খোইয়ুম লাইনিংথৌ (লাইদুগী মিং)গীদি মরমখৈ,
মখুন খুনপুক্লেল অচঙবগী,
মশু হেবুংথৌদি হেবেস্মশিংগী,
তাইবঙ নমু হকচাংনুংদবু,
থৌৰায় নঙবু কোল্লগে, মিরেল নঙবু কারশিদো।
তাইবঙগীদি শমুখোঙ, খুমিৎ তাংদা লৈয়ুদো।
থৌৰায় ঐনা য়ানিংদে, মিরেল ঐশু য়াজরোই।
তাইবঙ শমু খুমিত্তি খোইয়ুম লাবানিংথৌগীদি
য়াতা কাবু ওইবনা থৌৰায় ঐনা লৈনিংদে।। ১ ৩ ।।

হেদা থৌৰায় ৫মক মিগা থানা ৬মক,
থৌৰায় নঙবু কারসি, মিরেল নঙবু কোল্লগে।
তাইবঙগী খুকউ কাংগোয়দবু থৌৰায় নঙবু লৈযুনে,
মিরেল নঙবু পোত্থাউদো।
থৌৰায় ঐনা য়ানিংদে মিরেল ঐশু ঙল্লোইদো,
তাইবঙ খুকউকাংগোয়দি কাংশু কৌবা লাইগী খুভম ওইরিদো।। ১ ৪ ।।

হেদা থৌৰায় ৫মক মিগা থানা ৬মক,
থৌৰায় নঙবু কারশি, মিরেল নঙবু কোল্লগে।
তাইবঙ হকচাং কমখোঙদা,
থৌৰায় নঙবু লৈরোদো, মিরেল নঙবু পোত্থারো।
থৌৰায় ঐনা য়ানিংদে, মিবেল ঐশু কিজৈদো।

তাইবঙ হকচাং কমখোঙদি লানঙমদবা ইপাক্লি,
তাইবঙ পুন্সিনা লোইরমদাই, ঐগী কনা লৈরক্রবদা,
থৌরায়গা হকচাংগা কায়নরমদাইদা,
মপু মাবু উজবা, ফংহৌরোইদো ঐহাক্না ॥১৫॥

হেদা থৌরায় ৫মক মিগা থানা ৬মক,
থৌরায় নঙবু কারশি মিরেল নঙবু কোল্লগে।
থৌরায় নঙনা পোক্লকফম চৎলমখোঙদা চঙলশি,
খোইদৌ মখা খুদোল অনি মখায়গী,
শংগোম লাইজা ইয়োককোমদা,
ইরু-শান্দেং লোন্নগা, মপু মাগী মকাইফম,
থম্বাল ১০৮না শাৎলিবা, শিঙেলগী লৈরিক-লৈকানুংদা,
থৌরায় নঙবু লৈরোনে, মিরেল নঙবু পোথারোদো।
থৌরায় ঐনা যাজরে, মিরেল ঐশু য়ানিংলে।
মপোক মপোক খুদিংদা মপুগী খুয়া ফংজগে ॥১৬॥

হেদা থৌরায় ৫মক মিগা থানা ৬মক,
তাইবঙগীদিখোয়দৌ থম্বালদা, খোঙফম লেঙথোকর্পিদ্রবা,
হৈয়ি শিদবনা লুপাগী ক্বাগোক মশা ওই,
হৈয়া লৈমরেল শিদবীনা সনাগী ক্বাগোক মখুম ওই,
ক্বাগোক্লুংদা লৈরোদো, থৌরায় নঙবু লেঙগনু।
তোই তোই হায়না কৌরগে, রি রি হায়না থেন্নগে,
রো রো হায়না পুল্লগে। ক্বাগোক মখুম খুন্নগে।
লুপাগী রায়খু ওয়না পায়দনা,
সনাগী শোজৈ য়েৎনা লোল্লগে।
হৈয়ি হৈয়ি হৈয়া হে হুম হুম হায়নদি,
থৌরায় নঙবু কোল্লবনে ॥১৭॥

মতাং অসিদা খঙগদবা অমনা থৌরায়-মিকোম্বা হায়বা অসি হৌজিক্তি ঐখোয়গী লৈবাক (পোইরৈ = মনিপুর) অসিদা নত্তনা মপান্দা লৈবা লম (ভবত, বাংলাদেশ, অমদি মায়ানমারনচিংবা) লমশিংদা লৈবা মৈতৈ খুলশিংদা উমংলাই হবাউবগী থৌরম তৌরিবনা মিকোম্বা মতমদা শুগ্গু নূংথোঙ হায়বদি চীংনুংহুত্তগী

কৌখৎলকপগী ৱারোল মতেক্কী পেরা ২ অসি হায়রল্লগা অতৈ শৈরোল পুম্নমক হুন্দোক্লল্লগা লাইগী ইকৌফমদা থৌৱায়বু লৈয়ু হায়না থেম্বদগী হৌরগা অরোইবা ফাওবখক্তমক কোগদবনি।

## লাই নোংগারোল

অশুম্না মিকোন-থাগোন্দুনা খুনগী মী পুম্নমক্কী থৌৱায় হান্থোইনরুবা-মিরেল চোইথোক্লরুববু মাগী মাগী খোইদৌনুংদা লেঙদনা থম্না লোইখ্রবদি লাই নোংগানবগী থৌরাং অমুক তৌরগনি। অদুনা থৌগল্লোয়শিং লাইনুংলোমদা অমুক চঙশিল্লগনি। অদুগা মাইবা মাইবীনা লাইনুংদা চঙদুনা মৈ মমহল্লগা মাইবীনা খুৎ ওয়না শরীক পায়রগা, যেৎনা লাইগী থাক্কল লৈনা পায়দুনা নোল্লগা মখাগী লাইরোল অসি মাইবগা মাইবীগা অৱায় অখুম তৌদুনা শক্কনি। অদুগা পেনানা থোঙজিন মপান্দা খোংগনি।

### লাইরোল

মাইবা:- শোবাবেন্না নোংদোল কাগে হাযরক্লে,
হা পাম খাউবুবা পুববো পুরেরো।
অৱাং কৌবা চীংদোন্দা,
খামবী ময়রা থান্দুনা,
লাংগোই শাবোৎ হাপ্লগা,
তবেৎকী শেম্বুং য়েরক্লে।
থাঙলেল চকথাঙ ফান্নদি
পেনাগী শমৈ ৱায়বদনা
চিঙভু-খোইমোম নোংগাগে হায়রক্লে।
হা পাম খাউববু পুরবো পুররো।

অশুম্না লাই নোংগাবা লোইববদি লাই তেথবগী থৌরাং তৌরবনা লাইনিংথৌ-লাইরেম্বীগী শক্তম শেমলিবা অদু শিথরগা পোৎ-চৈ পুম্নমক মফমচানা লোইশিন্দুনা থল্লগনি। অদুগা অমাইবা-অমাইবীনা শরোয় খাঙদুনা তীনমু-লাইমু শিংগী মচিঞ্জাক পীরগনি। অশুম্না ফম্বালথক্তা ঙেশিল্লল্লিবা লাইশিংনা নোংখাথ্রবদি লাই মাগী মচা-মনাই ওইনা লোয়নরল্লিবা শারোয়শিংবু মচীঞ্জাক পীদুনা (শরোয় খাঙদুনা) মথংগী চহীগী লাইথৌগী মতম যৌদ্রিবফাওবা মবুংঙোগী খুভম অসি শেন্নদুনা লৈরো হাযনা শিন্নদুনা থমগনি। অদুনা লাইনিংথৌ-লাইবেম্বীশিংনা নোংগাদ্রি ফাওর্বদি শবোযশিংগী চাকথাক পীরোযদবনি। অশুম্না লাই লোইখিবগী

নোংঙাল্লবদি মুক্লা-লমজেন্নচিংবা তৌগনি। অশুম্না লাই হবাউবা লোইববতুংদা মুক্লা-লমজেলগী শান্নবা মখল অমা পাওথোক্লিবসি অতৈ ৱাবী-ৱাখোঙ ওইবা লাইবিকাশিংগী মনুংদা মোইবাংগী কংলৈবোন্দা মোইবাং হবাউবদা খন্বা-নোংবান্না মুক্লা-লমজেল তৌখিবদগী হৌবকখি হাযবসি পনবদা লাল্লোই।

**লৈখোম্বগী ৱাখল্লোল**

লৈ খোম্বা হাযবা মতাং অসি লাই হবাউবা লোইখ্রবা মতুংদা নুমিৎ ৩/৫/৭ শুবা নুমিত্তা পাওথোকপা থবক্নি। মসিগী থৌওংদি পানগী ওইবা মতৌদদি লাই হবাউবিঙৈদা কৎখিবা লাংথ্রেশিং অদুবু শেংনা খোমদোকখ্রগা অনৌবা অমুক কৎলগা (হুল্লম্লগা) কোনযাই হুন্দুনা মথংগী চহী ফাওবা লাইগী থোঙাংলগা থম্লম্ববু খঙনৈ। অদুবু নুংগী ওইবা ৱাখল্লোন্দি মথক্তা নৈনবক্লিবা থৱাযগী ওইবা লমদাং অদুগী মর্বাম্ন। তশেংনা হাযববদা লাই হবাউবা হাযবা থৌবম অসিমক্কী মন্ ওইবা পোৎচঙ ওইবিবসি লাংথ্রে অমসুং কোনযাইনি। মবর্মদি পোৎশক অনী অসিনা হৌবকপান, অমসুং লোইশিল্লিবনি। অদুনা লৈ অমসুং কোনযাই হুল্লম্লগী নুংগী বাখল্লোন্দি তাইবঙপানবু নোংদম-নোংখাইবাদুনা থবাযবু পোকপা শিবগী লাম্না লমদাং পাবিবা লাইনিংথৌ-লাইবেম্বীগী থবাযবু লেঙথোকাপদনা লাইমুমনাংদা লৈনগা খুঙ্গং অসিবু শঙদুনা লৈবিযু হাযবগী বাখল্লোনি।

হাযবিবা অসিগী মীৎযেংদা পোৎশকশিংসিনা লওনিবা নুংগী ওইবা মথৌশিংদি, লাংথ্রে হাযবা অসিদি তাইবঙগী থবাযশিংবু লাং ওইনা ফাদুনা তেংবানবগী লম্বী অমত্তদা চৎথোকহন্দ্রিবা পোৎশক্নি। অদুনা লৈকা অসিনা থবাযগী লৈফম লাইগী শিযোম্লুংনি। অসিগুম্বা শিযোম্লুংগী মশক ওইবিবা অসিদি হবাউবিবা লাই অদুনা লৈযোন্নুংদা হঞ্জিনখিদুনা তুমখ্রবদি, চহী ১ লৈশাৎ তমদনা লৈখ্রগদবনি। অশুম্না লৈযোন্নুং অসিদা লাইগী থবাযন তুমদুনা লৈবিবনা মবম ওইবননি লাই হবাউবা লোইদুনা থোঙ লোনখ্রবদি মথংগী চহীগী হবাউবা, নত্রগা কুমজম্বা মতম যৌদ্রিবা ফাওবা লাইগী থোঙ হাংবা যাদে হাযবিবসি। মবমদি লাইদি চহী ১ ফাদ্রিবা ফাওবা থৱাযশিং পোকপিবক্কদৌবিবা লাইগী শিযোম লৈবাং অসি লৈশশৎ তমদে। খুদমদি উপাল-ৱাপালশিংনা চহী ১দা অমুক্তগী হেন্না যেন্নীং হুন্দ্রিবা অসিনি। অশুম্না চহী কুমওল্লক্লবদি লাইগী শিযোম লৈবাং শাৎলক্কুনা লাইনা (থৱাযনা) হবাউবকই। অশুম্না কুমওন মপুং ফাদুনা শিযোম লৈবাং শাৎলক্লবদি খুঙ্গং অদুনা লাই অদু চাক্লোন কৎপা নত্রগা হবাউদবা যাদে। অসি তৌহৌদ্রবদি খুঙ্গংনা শুক্তা শোইদাবোইদৌবিবনি হাযবগী ৱাখল্লোল অমা শাগৎলিবনি। অদুনা অসিগুম্বা

লৈবাংগী মশক ওইবা পোৎশক অসিবু লৈখোম্বা নুমিৎতা হুন্দুনা তুমহল্লম্লিবনি। মসিদা তুমহনবা হার্যবিবদি লৈ অসিনা অশুম অশুম খুইথখিববনি। অশুম্না তাইবঙপানগী মচত্তশু নুংগী হকচাং কাযৎনা মশোং কাঙলক্ত্রবদি তাইবঙ মক্ষ হুম্বা যাবা নত্তে।

অদুনা থৌবম আসদা যাওবিবা, অর্মদি লৈ অসিগা ইথা থানদনা পাঙথোকর্মিন্নবিবা কোন যাই হাযবসিশু লৈ অসিগী ওইবা নুংগী বাখল্লোলগা ইবোইনৈ। হাযবদি মসিদি থবায হাযবশিংগী পা অমসুং পীদা যাওবিবা মক অদুগা মশক ওইনিবা পোৎনি। মসিগী মবমদশু লাই ইকৌবগী মতাংদা মবীকচুম্না ইখ্রবনি। অদুনা লৈবাং অসিনা লৈশাৎ তমদুনা থবাযবু ঙাইদুনা লৈবা মতমদা থবা অনীগী মশক ওইবিখি। অসিগুম্না মশক আস ওইবনা লৈবু তুমহনদুনা হেক থমাখবগা ফন্নালগী মখাদা কোনযাইশু হুন্দুনা তুমহন্দুনা থম্লম্লিবনি। হার্যাববা অসিগী খুদমদি থবাযগা মক্ষনা তুমদুনা লৈখিদুনা হবাউ তযাম্লক্ত্রবদি শিযোম্মুংদা থবায মক্ষ থাবা যাবা নত্তে। অদুনা লৈ অসিবু তুমহম্বগা লোযননা থবাযগা মশক ওইবিবা কোন যাইবুশু তমহন্দনা থমলিবনি। অদুনা লৈখোম্বা হাযবা নুমিৎ আসদা কোনযাই হুনবগা লোযননা লাংথ্রে কৎপগী থনক পাঙথোক্লিবা। অদুগা অমম্না লৈমনাশিং খোমদোক্লিবনা থবাযগী লৈশাৎ তম্বা লোইখ্রবা লৈর্মন্দি তাইবঙনা অহলগী খুভম ফংলক্তুনা তাইবঙ মক্ষহুম্বগী থৌদাং লোইখিবনা অসিবগী মাযকৈ পাংখিবগা মতৌদা লৈবু লৌথোক্তুনা হুন্দোকখ্রিবনি। অদুনা লৈ খোম্বা হাযবা অসিগি নুংগা ওইবা মতৌদি নোংমৈগী কুম ফংদুনা লৈশাৎ তর্মাদ্রফাওবা তুমহন্দুনা থম্লম্লনি। অশুম্না খোমদোক্লবা লৈমনাশিংসি লাই নিপাশিংগীনা ফমমেল্লোমদা অদুগা লাইবেম্বীশিংগীনা মাংশোকলোমদা ফক্লাংগী বাংমদা ফুর্মাজনগনি।

## লোইরবা

